# সত্যম সিবম সুন্দরম - ৩

হন্দোকচবা ঃ
**শ্রী এনঃ শামু সিংহ**
বিটাইর্দ প্রিন্সিপাল, থৌবাল কলেজ
মণিপুব।




**শ্রী সত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুর পব্লিকেসন ট্রষ্ট**

46179

25/7/05

ফোঙজবা : ব্রিং কমান্দব একেঃ দেবেন্দ্রা সিংহ(বিটাইর্দ)
পব্লিসরঃশ্রীসত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুব
পব্লিকেসন ট্রষ্ট।

কোপী মশীং : ১০০০

ফোঙজবা নুমিৎ : ২৫/০৩/২০০৩(লৈবাকপোকপা)

মমল : লুপা ১১০ ০০

মণিপুরীদা হন্দোকপিবা : শ্রী এনঃ শামু সিংহ , *এমঃ এস্সিঃ*
বিটাইর্দ প্রিন্সিপাল,থৌবাল কলেজ ,মণিপুব।

---

নম্ফমঃ সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুব।

# কংচবা

ইবুংঙো নহাক্কী

অহুমশুবা পুন্সিগী ৱারী শরুকসে
কংচরি ননাই ওইবা ঐখোয়না
লৌবিয়ুকো লংনবিদনা।

# হন্দোকচরিবগী মায়কৈদগী



অহানবামক্তদা লাইবিক অসিবু মিংযেং তাবিবিবা, তাবিবিবী পুম্নমক্কি মফমদা নোল্লুকচবি। মায়া সংসাবদা ইবাক্লখিদুনা পুন্সিগী পান্দম কাওখ্রবা মীওইবা জাতিবু লমজিংবিনবা ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবানা মালেমদা অবতাব ওইনা তাং ২৩/১১/১৯২৬ তা লেঙথবিবকখিবদগী ৬সি ফাওবদা পৃথিবীগী লৈবাক ১৮৬ কি মীওই কবোব কযাদা হৈথবিবকাখ্রবা, কংবা নাযদ্রবা অমৃতনা থল্লবা, শ্রীসতা সাই বাবাগী পোকপদগী শোক ১৯৬৮ ফাওবগী পুন্সি বাবি - **সত্যম্-সিবম্-সুন্দবম্** গী নিংথিববা প্রেমগী ঈচেল অদুগী অহানবা অমসুং অনীশুবা শকক্কি মণিপুবি অনুবাদ অদোমগী খুত্তা তাং ১৯/১০/২০০১ অমসুং ˋ ৯/০২/২০০২ ইংদা লাম্বোকচখ্রে। ভগবানগী কৃপা ব্রাৎলিবনা মপূং ফাবা ইৎন্ন ৬মজাখদে; অদুবু সেবানি খনবিদুনা অশোয অঙাম পূম্নমক ঙাকপিনবা অমসুং চুমথোক্পিনক্লবা নোল্লুকচবি।

চেন্থবক্লিবা ঈচেল অদুগী মখা চথবকপা ওইনা অদোমগী খুত্তা লাম্থোকচবি অইবা অসিমাক্ক **সতাম-সিবম-সুন্দবম** গী শোক ১৯৬৯ দগী ১৯৭২ ফাওবগী অহুমশুবা শকক্কি মণিপুবি অনুবাদ। ঐনা আশা তৌজে; হৌজিক্তি, মকম থুপ্পা চেল্লিবা, অমৃতনা থল্লবা ঈচেল অদুদা, তাইবং লীলা হেক লোযবগা, অনৌবা মপোক অমা অমুক পোকহনবিদনা ইবুংঙো মাগী চবণ থম্বালদা চিংশিনহনবিদুনা, চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা থম্বিনবা চঙজনবগী থৌবাং লৈবিবম্লগনি' মিংযেং তাবিবসি। ইবুংঙো মানা থৌজাল পীর্নবিবসনু।

*জয় সাই বাম*

এনঃ শামু সিংহ

# ৱাহৈ অমা-অনীদং

শ্রী ভগবানগী চরন্দা ভক্তি কৎচবি। ইবুংঙো মহাক্না গোলোক/বৈকুণ্ঠ থাদোক্লুনা মালেমদা মীওই শকেম লৌবিদনা যুগ অবতার ওইনা লেংলিবকপা মতম অসিদা পোকহন্বীদুনা, মহাক্কী সেবা যংহন্বীবগীদমক্তা হন্না হন্না ইবুংঙো মহাকপু থৱমজবি।

**সত্যম সিবম সুন্দরম** মহানবা অমদি অনীশুবা শকক পাবিদুনা পুক্নিংদা শ্রীভগবানগী মমি নীর্ণথিনা তাপ্লরদা মখা অহুমশুবা শকক অসি অমুক পাথাবরো, নুংশিববা, নুংঙাইববা ঈপাক্তা তা ওর্থাবরো। থাজগনখিদ্রবা, মযাদা মৈ চৌববা মী ওই কযা কযানা, শিঙনদুনা লাকখ্রগা ইবুংঙো মহাক্কী মনাই অথোইবা ওইদুনা হন্নখ্রবনি, থোহংদোক তেন্দোক্লা পুক্নিং শান্তি ফংবগনি।

ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাবু পৃথিবীগী লৈবাক ১৬৫দা লৈবা মী ওইশিংনা জাৎ-পাৎ, ধর্ম, কুচ, লমগী খেন্নবা থম্নদনা মখোয মখোযনা লাৎনবিবা ঈশ্বর অদূন নিংনবি, লাৎনবি। অঙকপা মওংনি। যুগ কযা অসিদা অমুক্তা থোকখিদ্রি। লাৎনলিবা ঈশ্বরগী রূপশিং সংসার অসি থাদোকখ্রবা (শিপ্লবা) মতুংদতনি। অবতার মশামক হিংলিঙৈদা শ্রীরামনি, শ্রীকৃষ্ণনি, শিবনি, দুর্গা লক্ষ্মী সবস্বতীনি, শ্রীগনেশনি, ঈষুনি, বুদ্ধনি হাযনা মী লিশিং, লাক্ষ, কবোর কযানা লাৎননসি শ্রীসত্য সাই বাবা খক্তনি। কাবগীনো? মবম যাম্না লৈ। চাহ ৫,০০০ গী মমাংদগী তাকলম্বা কযা চহি ৭৬ অসিদা থোকাখি ওইখিবা কযানা ইবুংঙো মহাকপু কনানো হায়বা শক ঙাকই।

মীওইশিংনা চৌবা ঙন্না শক্তিগী বাংমদা লৈলা কযা কযা পাংথোকপাবরা, পৃথিবীদা ফাওববা ডাক্তর কযানা ফবা যাবলেই হাযবা অনাবা মশিং লাকপা ঙমদনা ফহল্লিবা, হৈবশিংবা, ফাওববা ডাক্তর কযানা শিবে হাযবা মীওইশিংবু পুং কযা, নুমিৎ কযানিগী মতুংদা থবাই অমুবু হা  ঁ হিংগৎহনবিবিবা মহাক আস কনানো? মী ওইবা ঐখোযনা থাগী লুপা লিশিং মগা ভং  ।বা কোইনা চোল্লে অদুবু থা খুদিংগী লুপা লাক্ষ চাতবক/চাতকক্তগী হেন্না মী ওইবগী  ৎচননবা অবেপ্পা লৈতনা দান চৌবিবা মহাকসি কনানো? ইবুংঙো মহাক্কী নিংথিজখ্রবা পাম্লগা ৱাবী শ্রীএন কষ্টাবিনা ইবা পৃথিবীগী লোন ৩৬কি মথ ক্লা হন্দোকখ্রে। ইংরেজীদা ইবা কোপী ২০০/৩০০ দি মণিপুরদা পানরে। অদুবু ইংবজি পাবা ঙমজদবা মীওই কযাগী যেংজবগা ইমালোন্দা, চৌনাব অযাবা পুন্নমক লৌজবগা **সত্যম শিবম সুন্দরম** পার্ট (১), (২)শুবা অমদি (৩)শুবা ফোঙজবনি। অহুমশুবা অসি ফোঙবদা চঙবা শেল মখৈ মতম খবগী লোন ওইনা পুথোকপদুনা ফোঙবা ঙমহনবিবগীদমক্তা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী মনাই অমা ওইবা ঙম্নবা কন্না তোৎনজবিবা শ্রী সিং এইচং ফালগুনি সিংহ শিংজমৈ ক্ষেত্র লৈকাই মোনখাং লৈবক্তা লৈবরু থাগৎচবি। শ্রীভগবান্না মহাকপু মঙ্গল আশীর্বাদ পীবিবসনু।

শ্রীভগবানগী সেবাদা অঙম্বা শকক যাবা ফংননবা শ্রীসত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুর, পব্লিকেসন ট্রষ্ট অমা শেমজদুনা সেবা চৌবা হোৎনজবনি। খঙজদ চৈজদা, অৱাৎ অপা, অরান অহুই পুন্নমক পাবিবিবা, ঙাকপিহৈবা ভক্তশিংনা ঙাকপিয়ু।

জয় সাই রাম

খোৱাই
তাং ২৭/০৩/২০০৩

বিং কমান্দর একেঃ দেবেন্দ্রা সিংহ *(রিটাইর্দ)*
*প্রেসিডেন্ট*
শ্রীসত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুর পাব্লিকেসন ট্রষ্ট।



ঐনা ঈশ্বর ওইনা পোকপগী অমসুং ঐহাক ঈশ্বরনি হায়বগী মতিক -মগুণশিং, শক্তিশিং খঙলিবা মহাক্তো **পোকপা অমসুং শিবগী চক্রবু** জয় তৌবা ঙমগনি অমসুং ঐহাকপু ফংজগনি।

- *গিতা (৪) ৯*

মহাক্তি লৈরোল মচা অমদুনি, পোৎশক্কুনি; তোঙান্বদুনি অমসুং অপুনবদুনি, অচুম্বদুনি; **সত্যম** নি।

মহাক্তিখঙলিবদুনি, থৌওংশিংদুনি, জ্ঞান তাবিবদুনি, ব্রাখলদুনি, নিঙলিবদুনি অমসুং তৌরিবদুনি, চিত্ নি; **সিবম** নি।

মহাক্তি মঙালদুনি, অরংবা মতিক মগুণদুনি; নুংশিবা খোন্দুনি, অমেঙবদুনি, নুংঙাইবদুনি, **সুন্দরম্** নি।

# য়াওফম তাকপা

# কাখৎলক্লিবা নুমিৎ
## (The Ascending Sun)

নোংমগী নুংথিল অমদা সত্যানবাযন বাজু হাযবিবা চহি ১৮ শুববা, ঊববাকোন্দা হাযস্কুলদা তম্লিবা ছাত্র আসনা মাগী লাইবিক মগাম যাওবা খাও অদু লঙথোককখি অমসুং হাযবকখি, "ঐগী তুংইন্নবাশংনা এপ কৌবি, ঐগী তৌগদৌবা থবক লৌবি। ঐ নখোযগা অমুক মবা লৈনদ্রে," অমসুং অস্যুম্ন' মযাম্বগী যুমদগী থোকখ্রগা, মহাক্না সনাখোংনাং পাম্বি অমগী মখাদা যমাখ অমসং ঈশে অম্না শবখি, মদু তিল্লিবা মযাম অদুনা নাগা লোযননা শকপদ মনা পামখি। "পাকপা খংনবা তোংনবা, অমুক মাযপাকপা, অমুব ম্যাংনবা, নুংখাইনা লৈব', ঙ এবস্ লাযথুং লাযনানা অবাবা ওইরাব', অমসু, আশনা অসিদগী নাপ্লেকপা পাম্নাশং, লাকও! পুকগী মপুগা মখোঙ সেবা তৌবরো।" ছকখ্রবা থৌদোক অদুদা লম্ফথোকপিখ্রিবদু মাসান।

যাইফবনা পাও আস পাকচাউনা শন্দোকখি ঃ "মহাবাস্ত্রগা সিবাদগা সাত বাবাদু মানা হাযবম্বা মতুংইন্না অমুক হন্না লাল্লে হাযবে"। সিবাদ চংনবা লাকখিবা যাত্রক পুম্নমব মান' অচা, ওইরাবউদা নোক খেদ্না, ঈশে সক্কুনা, ভাগোই শাদুনা অমদি অঙকপা থৌদোক কযা তৌদুনা লেনখিবা পুত্তপাতিদা মবা মবা লাক্লখি। মখোঙনা চংপা চমদবা কযা, ভনাবা কযা, অবা অনা তাবন কয়া অমনা অনকপা অমসুং অবাপ্পা মফম কযাদগী চাম চামনা খুজিং ওইদনা লাকখি। পুম্নমক বাবানা মপুক্লিং ফাথবিাখ অমসুং লাযেংবিখি। মখোযনা হৌজিক ওইরাবা ফিভম অদু মখোযগী তৌগ্রবা পুন্সিনা ওইহনখিবনি হাযবসি মযামদুদ' খঙহনবিখি অমসুং মাগী লমজিং নিবিবা কাঙবুদদি মখোযগী হৌজিক ওইরাবা ফিভমনা

## সত্যম সিবম্ সুন্দরম্

মখোযগী তুংগী পুন্সিগী ফিভম লেপকদৌবির্বনি হায়না তাকপিখি। মহাক্না মাগী নুংশবা প্রেম অদ্ মথবাই নুংঙাইত্রবশিংদা. ইনাক খুন্নবশিংদা অমদি লাযববশিংদা চপ মান্ননা মবাং কাযনা পাবিখি: প্রকৃতিগী লৈবিবা আইন, নিযম, পুন্নমক অসিগী য়াংমদা থবক তৌবা ঙম্বা তোপ তোপ্পা শক্তি লৈ হাযবসি মহাক্না উৎখি। খ্বাইদগী চাউববা, চৈ শিংলবা মুনি-ঋষিশিংদগী হেন্না জ্ঞান মঙোন্দা লৈবমই। মহাকপু পাবক্কা তৌগে হাযনা লাকখিনা কাংবু অদুনা পবিক্কা তৌবগী মগু ত্রা মাগী মতিক মগুন শিংথাদুনা লৈখি ; মতিক-মগুন শিঙথাবিবাশং অদুনা অতৈপু যা ওশিল্লকুনা নুংশাইবা অদ শক্তক যামন্নবা পামখি, অসম তৌদনা মপু ওইবিবা ইবুংঙো অসিগী মায পাকপা, জয ওইবকপগী মফম অমদগী মফম অমদা মথং মথং শন্দোবকখি। লৌবক খোযদোক্না, শেম শাবকপা হাযবদ্ মদুনি।

বনাকমাবিদগীনা কিলনমাগা বাওবা বাবানা মশাগী চহি ৩২ শুবা-পা মতমদা ভবত কোমখিবা য়াম্না কান্নবা খোঙচৎ অদগী থাং ফোং শাদি দা বাবানা ধর্ম গোকখৎপগী শিংকুববা অনেক অদ্ অমক তিংংতন্না অমসুং মীওইবগী পুন্সিদা চংনা নীতি অসি তৌনা অমুক তৌদোকপগী থবক অসি খনা হেন্না পাক চাংনা বনাশিলহনগে হায়না নপাক্লিদা লেপখি। মহাক্না থাগা ... গানান গাপাখি আস লোন ১১ দা তাযবন্দি তেলেগু, ইংলিস, তামিল, মলযালম, কন্নাদা, মরাথি, গুজরাত, বেঙ্গোলি, হিন্দি, আসামিজ অমসুং নেপালি ফোঙখি। মহাক্না বৌনকপগী খোনজেলনা মিং না শিংহল্লকপা, তুমদুনা লৈবম্ব পুন্নমকপ হৌদোকপা অমসুং হৌগৎহনাখবা মোইবুংগা খোনজেল, মী ওইবনা মশাগী নুংদা লৈবিবা যেক্রবশিং - অপাম্বা, এশাওবা, মীহৌবা, পামশিন্বা, নাপল অমসুং তক্কচবা আসগী মাযোক্কো লানথেংনবা হৌনবগী ফিবাল হাইবকপনি। মীযাম পুন্না ঈশ্বরগী মতিক মগুন শৈথাদুনা ঈশৈ শক্লবা মহাক্না থবাই যাওনা হাযখি অমসুং খুদিংমকপু ঈশ্বরোমদা চঙশিন্নবা পুক্লিং থৌগৎখি। মহাক মশামক্না নোং যাওববা নোংদুমগুম ভাবতাক মফম পুন্নমক্তা চৎখি, লোযননা চিংনবগী, নিঙবা কাযবগী অমসুং বাখল পল্লেপফম লৈতবগী তমথিববা মঙালশিং অদুনা যৈবদগী থৌগংনববা থম্মোয পুন্নমক্তা নৌনা থাজবগী বাখল মবাঙ-কাযনা হৈথবিখি। মসিবুনি মক-মবাং হুন্না হাযবদু, অচুম্বা, ধর্ম, শান্তি অমসুং প্রেমগি মকশিং, চহি

মশিং লাকওমদ্রবা বেদগী য়াথংনা মক-চওহল্লবা মকশিং, অমসুং লম পুম্নমক্তা লৈরিবা মুণি-ঋষিশিং অমসুং অশিংবশিং অসিনা মশানা-য়েৎননিংঙাই লৈতনা হকথেংনবা থৌদোকশিংনা মক চওহল্লবা মরুশিং অদু হুন্বগী ব্রানি। মাগী নুংশিবা প্রেম অদুগী মঙালনা থম্মোয কযাদা যৈখি, যৌখি অমসুং মীওই কযা অমদা সাধনাগী ব্রাখল ফাওহনখি অমসুং মীযামগী সেবা তৌনিংবগী ব্রাখল পোকহনখি; পুম্নমক অদু মাগী পাওজেলননি, মদুনা মপানথোংগী মমিদা ঈশ্বরগী শক্তম থিবগী মহুত্তা মশা-মশাগী থম্মোয নুংদা থিজনবা ব্রাখল পোকহনখি। থব্রাই যাওনা, হৈনিং-হবাওনা ভজন শকপনা ঈশ্বরগা থেংনবদগী ফংলকপা চাংজৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবা অদু ফংনবা হোৎনবদা মহাক্না মীওই কযামকমদা মতেং পাংখি। অসিগুম্বা মীওইশিং অসি মাগী মনাক্তা মদ্রাসতা কৌখি, মদু ভাবত পুম্নমক্কি সত্য সাই সেবা কাংলুগী অহান্বা মীফমগীদমক্তনি, মদুদা মীপুম খুদিংমক অনৌবা মিৎযেং অমা যাওহনখি অমসুং সমাজ সেবা হেন্না হৈনিংনা পাওথোক্তুনা মশা পেলহনজনবগী থৌনা ফংজখি। অসুম্না, মকশিং অদু সাইগী সাবুং-সাবুং তৌবা নুংশাগী মঙাল অদনা যৈবদা যাম্না থুনা মতোন চোংখি।

মাসগী থৌদোকশিং অদু সত্যম্-সিবম্-সুন্দবমগী অহান্বা ভোলুম অনি অদুদা ইখ্রে। হৌজিক এহাক অদুগুম্বা ঈশ্বরগী ব্রাবি অদু মখা অমুক লীথবা হৌজনগে, মদুনা শ্বর্গনু মীওইবগী থম্মোয নুংদা পুথবক্লুনা মশানা মশানু কৈশুমশঙদা থমজবিবা মীওইবব্ মনিং-মখা তমজনবনি -হাযবদি অবান-খুভম ফংজনবনি। ॥ ॥

# য়েংউঃ পৃথিবী পূন্নমক লাইথুরুম্বা
## (Attention : World at Prayer)

বোম্বেগা অকোযবদা লৈবিবা মফম পূন্নমক্তুবু নিংথিনা ফজনা উবাঙম্বা ভোংওক ভৌবা মফম অমদা শাবিবা, যেক খোংপগী নমুনাদা মনি মু[illegible] লৈথোক্তজবা ধর্মক্ষেত্রগী শত অদ সাইনিতিগা অন্তব জাতিগী মযোল ওইবা মফম অমা ওইনা শোক ১০৬৮ গী মে তাং ১০ দা বাবানা শঙ্গাখি। মাসগী লাই[illegible] বানা অসি বাবানা বোম্বেদা লৈবা মতমদা মগাক্কি লৈফম ওইনস্ শিজিন্নখি।

ধর্মক্ষেত্র গাগনা যাগি অসি ভগবৎ গীতাগী অহান্বা শ্লোক কি ওনা য়াহৌনি, মগা অদুদা মাসগী যাহে অমিনা শিজিন্নবাস কৌরবগী [illegible] পূন্নমনপ্ ঈশ্বরনা মাংগোলনা অমসুং পান্দবাশিংগী অহিংসা [illegible] সীং হুখারখিবা লানগী অদুম হোংদোক্লবা শিজিন্নবি। লানবুং অদুবু কুরুক্ষেত্রদা [illegible] খংলখি, অদুবু যাগা, যাচম্বা বিচার, শান্তি অমসুং নুংশিবা পুনক্রবণাদমক ঈশ্বরনা খংহংদনা প্রকপনা [illegible] ধর্মক্ষেত্র ওন্থোকখি। যাহে অদুনা মীওইবগী ধর্মোযদ [illegible] কবম্বা মতমদা হৌখরে। [illegible] মতমদা হীনকহ্রবা [illegible] ক্রানবগী লানযামবু খুদম ওইনা উৎলি, [illegible] খংনবা অদ পান্দবাশিংনা চেঁ ওইখি [illegible] এখোয়না ঈশ্বরগী ঐখোয়গী ধর্মোযদা লমাডংবিবা ওইনা নিংজনবা মতমদা মফমনা জয় ওইবদা লোযাশিল্লি। অদুগা হৌজিক্তি মদুগী মাওইবগী হাংন্ডাংদা খোঙ্গাং অমা হৌরক্লিজিন্না বাবানা লৈবিনা ফেন্দা মদবু শন্দোক্লা তারি, মবম দ মহাক মশাগী মশামকসি সনাতন সার্বাথিন হায়না মাওজৌননা লাউথোকপিদ্রে, অদুগুম্বা মী পুঙ্সি হায়বসি হেক হৌবকপদগা (মতম অমসুং মফম হায়বসি হৌখিবদগী) লৈরকখ্রবা মী, অদুগুম্বা জিব খুদিংমক অদুগীদমক ওইবকখবা মী।

ঐখোযনা পূক্লিংগী মিৎযেংদা উবা ঙমই মদুদি শ্রীকৃষ্ণনা শগোলগী যাচল পাযবি, অদুগা আর্জুন্না তাবি অমসুং তল্লি। ঙসি ঐখোযনা বাবা উবগুম ঐখোযনা ইবুংঙো মহাকপু উবি, মথোং হুক্তবা অমসুং তযাং তশোযকববা পুক্লিংবু লৰ্মাজিংবিবিবা অমসুং ঙাক-শেন্বিবিবা ওইনা, অন্না-অনাদগী কনবিবিবা ওইনা, নিংশিংবিবিবা অমসুং চৈ-থাংলিবা ওইনা, খঙহন্বিবিবা অমসুং হিঙ্গৎহল্লিবা ওইনা। ধর্মক্ষেত্রনা ঐখোযদা ধর্মগী শেংলবা ঈচেল অদুবু খঙজখ্রবা অমসুং মদুদা লুপখ্রবা কযাগী মফমদা ঐখোযদা ফাওবকপা তৌবিমল খঙবগী বাখল অদুবু উৎননবা ঐখোযদা নৌহৌনা নিংশিংহল্লি, ধর্ম চুম্না চৎলিবা কাংবু অদুগা মফমদা, মদুনা কবন্না নুংঙাইবা অমসুং শান্তি ফংহল্লিবগে হাযবা উৎলিবা কাংবু অদুদা, যুগ খদিংদা, মতম পুম্নমক্তা মশাগী লৈজবা পুম্নমক কৎথোক্ননা পান্দম অদুগীদমক্ত হোংননিবা পুম্নমক্কি মফমদ ঐখোযগা তৌবিমল খঙবা বাখল লৈগদবান হাযবদুব নৌনা নিংশিংহল্লি।

বাবানা নিলদিং অদুগা মমিংসি অদুগীদমক অসুম্না খোনাখ, চুম্না তেক খোনখিবা নত্তে, নহাক্না লাউথোক্লি মদুদি মহাক্কি ব্রাহ্মৈ অমতা আধ্যাত্মিক্কি অথ হাযবদি কান্নবা লৈতবা যাওদে, মাস কৌবিবা খোঞ্জেল অমান, নহাকপু যাম্না চান্না নুংশিনা বার্তন তৌবিবান, গিতাগী বাফমশিং তাননবা, নহাক্কি মাযাগী পাম্পশিং অদুবু মাঙহনাখনবা, নহাক্কি খম্মোয মনুংদগী বাবানা লোন্না চিবোন চিবোন ঙাঙলি, শোল্লি, নঙগী খম্মোযনুংগী লানবুং অদু আধ্যাত্মিক্কি খোঙজংগী শান্নপুং ওইহন্নবা, মহাক্না ননাকোংদা ঙংলি, মদু অবাবা কোক্লবা মন্ত্রনি, আশার্বাদনি, মদ ঈশ্বর লাক্লে অমসুং মাগী পাঙথোক্কদবা থৌবমশিং হৌবে হাযবগী লংঙথোক্লিবনি, খোল্লাঙনি। মাগী দোলাই থৌনগী থবক হাযবদি লৰ্মাজিংবিবগী থবক অসি, থিজবিবা খুদিংমক্তা, মফম পুন্নমক্তা লোযনা ফংহল্লি, মাগী ধর্মক্ষেত্রান হাযনা লৌখ্রবা অনাবগী মশক ওইববা, পঙখ্রবা লানথেংনদুনতা লৈবিবা পৃথিবী অসিদা, মবমদি, মফম অসি ধর্ম হাযবদু তম্বা যাবা মফম্নি, অমসুং থবক ওইনা পাঙথোক্কুনা মদুগী ফল ফংজবা যাবা মফম্নি। "ধর্মনা চৈঙাক ওইনগা কর্ম তৌ। পুম্নমক ঈশ্বরনি হাযবা ব্রাখল্লোন অসিগা লোযননা ধর্মসি থবক্তা ওইনা উৎলু। ব্রাহ্মণ্ মশক খঙহন্বিগে হাযনা ঙাইদুনা লৈবিবা ধর্মক্ষেত্র যৌনবা পাঙথোকলিবা কর্মগী লম্বি অদুদা চৎলু", বাবানা হাযবিবি।

# সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

শঙ্গাবা অদু ভাবতকি মফম পুন্নমক্তগী অমদি মপান লৈবাক্তগী লাকখিবা মীওই লিশিং কযানা যেংখি। থৌজালগী নুংশিৎনা যৈবদগী লাপখ্রবা, মনুংহঞ্জিন্বা মফমশিংদগী লাক্লখি। বোম্বেগী ভবসোভাদা (Versova) লৈবা ভাবতিযা বিদ্যা ভবন্দা লাংতক্লববা মীওই লিশিং যাংখৈনা হাযবিবা নুংথিল অদুদা তিনখি, মদু যাম্না মক ওইখ্রবা মিকুপ অদুদা মখোযগী নুংঙাইবা অদু ফোংদোকচনবনি। যাম্না নিংথিজববা শঙ অদু নুমিৎ ১০৮ নিদা শাবা লোযখি, শেংলবা শঙ অদুগী নুংগী ওইবা ঈচেল অসি ৯ গী অঙ্ক মশিং অসিনি, বাবানা লৈগদৌবিবা কা অদুবু কোর্যশিল্লিবা থম্বাল অদুগী লৈকাস্ ১৮ নি, যুম্বিমখোঙসু, কাখৎনবা শিবি অদুসু পুন্নমক ৯ গী পোৎথোক ঙাক্তনি, ৯ অসিমক ঈশ্বরগী মযেকনি, অঙ্কনি।

শ্রী পি: কে: সবন্ত না মীযামদুদা নিংশিংখি মদুদি বাবানা মাগী মমাংগী সিবদিগী হকচাংদা লৈবিরৈদা মহাবাস্ত্র অসি আশীর্বাদ পিবিখি অমসুং ঙসি অমুক হন্না মফম অসিদা ধর্মক্ষেত্র লিঙখৎপিবসি মহাবাস্ত্রগী যাম্না লাইবক ফবনি। বাবানা হাযখি মদুদি মী খুদিংমক হিংলি, চৎলি, থবক তৌবি, অমসুং পুন্যাগী নত্রগা পাপাক ফল তুংশিল্লি কুবক্ষেত্রগী ফল ওইনা, মকমদি কুব হাযবদি কর্ম তৌবা থবক তৌবা হাযবনি। মসিগী হিরম অসিদা, *ধর্মগী ঈচেল অদুনা পুক্নিংগী মাকুপ হংদিংবু তালহল্লবদি কুরুক্ষেত্রনা ধর্মক্ষেত্র ওইবকই।* মহাক্না হাযখি, ধর্মক্ষেত্রনা পৃথিবী পুন্নমক্তা পিগদৌবিবা পাওতাক অদু মসিনি।

বাবানা মাগী লৈফমদু ঈশংনা পিকথম্না পাৎ অমনা কোর্যশিল্লগা মযাযদা থম্বাল শাৎপা সত্যদ্বিপ হাযবা ঈথৎ অদুদা লৈখি, মফম অদু আধ্যাত্মিক খোঙজং চংনফম খোইবা অমা খুদঙ্গা ওইবকখি; মফম অদুমক, সত্য সাই বাল্ বিহাবগীদমক পুবকখিবা পুন্নমক, সেবাদলগা পুবকখিবা নুপামচা, নুপিমচা পুন্নমক, ভজন মন্দালি অমসুং সেবা সমিতিগা অহল ওইববা মেম্বব পুন্নমক, পুন্নমক বাবাদগী নুংশিবা প্রেম ফংজখি অমসুং ব্যবহাব তমজখি। প্রেযাব হোলদা তিনখিবা ঈশ্বরবু থিবক্লবা কাংবু অমসুং সমাজ সেবিকা পুন্নমক্তা বা ঙাঙখি; অদুগা মখোযসু যাম্না হেন্না ভাব তানা অমসুং মিৎযেং পাকথোক-চাউথোক্লা হন্নখি।

মবকসিদা, অবাপ-অবাপ্পা মফমদগী সাই ভক্তনা পিক থল্লবা, মখোযনা হেক ঙমজবা মওংদা খোঞ্জেল হৌনা-হৌনা ভজন ঈশৈ শক্লনা বস মচা কযা

অমা বোম্বেদা লাক্লুখি, মদুদা লম্বিচৎপশিংদা প্রশান্তি নিলযমনা মনাক্তা চৎপগুম ফাওহনখি। মযাযথংবা বোম্বেগী ভিক্তোবিযা-ত্রেন খামফমদা থুংলখিবা ত্রেন খুদিংমক্লা মদ্রাসতগী, ত্রিবান্দ্রমদগী, বঙ্গলোবদগী, বিজযাবাদাদগী, নাগপুবদগী, নবসাবিদগী, দেলহিদগী, কলকত্তাদগী, লক্ষ্ণৌদগী, দেহবাদুন্দগী অমসুং অকোযবদা লৈবিবা খুঙ্গংশিংদগী অখন্নববা মী তোংনবা বাগা পৃবকখি, বাগা পুম্নমক অদু মথনাই হবা ওববা নুপা, নুপি অমসুং অঙাংশিংনা পিক পিক থনখি. মখোয খুদিংমক মখোযনা নুংশিজবিবা ঈশ্বব অদুগী দর্শন ত্তৌজনবগীদমক্তনি। লম্বি অদ যাম্না শাংই, বাই, অদুবু ভজন অদুনা থাদোবকখিবা ভিটামিন 'জি' অদুনা যাম্না থুনা মশা অমসুং পৃক্লিংদা কান্নবা পিবকপদনা আবাবা বাখল পুম্নমক্ত মাংহনখি। অদুগা কংফালগা লম্বিদদসু নত্রে! অদগুম্বা মথবাই নুংঙাহজববা কাংবু অদ বোম্বেদা পৃবকপদা সমুদ্র অমসুং হবাহ জহাজনসু মতেং পাওলি, মীওই কযা অমনা ঈশি গা লম্বিদা অমসং প্রন তোংদুনা, সিলোন, সিঙ্গাপোব, ঢাকাবগা, মানিলা, বংবাইং, দুবাই, কাসাব্লানকা, মোম্বাসা, নাইবোবি, হামপলা, আকশা অমসং মালতা, হোংকোং, ফিজি, তেহবান্, টোকিও, প্রশান্ত অমসুং আতলান্তিক সমুদ্রগা খোঙবানশিং, বেস্ত ইন্দিজ, পেরু অমসুং ব্রাজিলগী ঈংশি দগীসু মীওই কযা অমা লাক্লুখি।

মবমাদ, বাবপু মখোযগা মপান অমসং গুরুনি হাযনা যাখবা কাংবুশিং অদগা পৃথিবীগী ওইব অহান্না মীফম অদ বোম্বেদা ভাবতিযা বিদ্যা ভবনগী জগাদা মেগা তাং ১৬ তা হাপদোক্লদৌবিবনি। বাবানা লাউথোকখি মদুদি শবতাব অমগী হাক্তক্তা অবতা মশা যাওনা অমদি মাগী হকথেংনবা লুচিং মখাদা ভক্তশিংগা মাফম অমা পাম্মিন্নবা হাযবসি পৃথিবীগী ইতিহাসতা মসিনা অহাম্বনি! অঙকপা নত্তে! অহাঙবা সমুদ্রগী অতিযা মথক্তা উচেক শঙ্গ শঙ্গুনা জহাজগী মাযখল ওম্না পাযশিন্নকপগুম, মখোয পুল্লপ পুল্লপ ভাবত- ওম্না পাযনবকাখি।

নুমিৎ অদুগী অযুক্তা নুমিৎ হেক থোবকপগা দিলিগেৎশিংনা হোল মনুংদা মবী মবী চঙনবকপা মতমদা যাম্না হবাও মনুংশিগী মীনোক্তা লোযননা তবাম তবাম্না ওক্লখিবদু কবিগুম্বা মমাংগী থৌদোক অমদা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা মওংনি। বাবাগী ফমফম অদুগী মনিংদা ফক্লাংদা অযেকপা লাই অনিনা লৈতেংলি, অমনা

সংর্কিতনগী নুংশিবা প্রেমদা মশা পুমলুপ লুপখ্রবা চৈতন্যগীনি অদুগা অমা অদুনা ঈশ্বরসি বামগী শক্তমদা লাৎচখ্রবা, মাগী থম্মোযদগী থোবকপা খোঞ্জেলনা শ্রীবামগী মীনুংশি, চিঙলেম্বা অমসুং মতিক-মগুন, মথৌনাবু শৈথাদুনা শরুখিবা লম্মোইবা ত্যাগবাজগী শক্তম্নি। বাবানা লেংশিনগদৌবিবা চৌকি অদুগী মনিংদা থাংমৈ অমা যোল্লি : মঙাল অমসুং নুংশিবগী মৈবিনা চুমদ্রিং চুম্না কাখৎলি, নুংশিৎনা মদুবু কবি অমক্তা নিকহল্বা ঙমদ্রি! অযুক্তি পুং ৯ দা বাবানা মাগী থৌজালগী মীনোক অদুনা তিল্লিবা দিলিগেৎ পুন্নমক্তা লৈনাগুম খিকর্থানদুনা মোমোন মোমোন তৌদুনা লেঙশিল্লকখি। মহাক হেক উবমত্তদা অমদি মঙোন্দগী থোবকলিবা মঙাল অমসুং নুংশিবা প্রেম অদুনা তিল্লিবা পুন্নমক অদু লুংঙাইবনা মখুম মবাং হৌহনখি। খিস্তদনা, স্বর্গদগী থাবকখিবা বেদগী মন্ত্র খোঞ্জেলনা পুন্নমক্কি নাকোংদা ঙংলবি। অদুদগী তৌফম থোকপা খব পাঙথোক্লবা মতুংদা বাবানা লৈবাক খুদিংম গুগী দিলিগেৎশিং বৌশিন্দুনা মাগী মাগী মবমদা সাধনাগী হিবমদা কবি কবম্না শিল্লবগে হাযবাসদা ব' ঙাঙতনখি। মদুগা পাওখুম গুহন ভক্ত কযা, ভাইস চানসেল্লর কযা, বিজ্ঞানক কযা, দাক্তব কযা, কবি কয', লৈবাক্কি ঞাযোল্লবা বযা অমদি কবনাবগী মীওই কযানা হৌগত্তুনা সেবা সামাতগী থবকশি, স্তুদি সাকলগী থবকশিং, ভজন ঈশৈগী কাংবুশি, কযা ভাকুংগা লোযননা পাঙথোক্লবিবা অদুগী মবমদা ঙাংনখি।

অস্ট্রেলিযাদগী লাকখিবা হোবার্দ মুকেৎনা হাযখি, "অস্ট্রেলিযানা নহাক্কি মীনুংশি দনকাব লৈ, নঙগী মঙাল, লমজিং দবকাব লৈ"। নোবরেদগী লাকখিব তাইদিমান জোহানেসান্না (Tideman Johanessan) মশানা যাজখি, "স্ক্যানদিনাবিযাদা নহাক্কি পাওতাক, নহাক্কি লমজিং খুদক্তা থান্না থুনা দবকাব লৈবে, মবমদি মফম অদুদা থম্মোযগী অসেংবা আধ্যাত্মিক্কি ঈহৌ কযাবু মীওই খবগী নমফুনা নমহত্তুনা লৈবে।" সিলোনগী দাক্তব নল্লাই নওান্না হাযজখি, "ঐখোয অমশুদা মাবিবা অঙাংশিংনি। ঐখোযবু অমুক্তা উহন্বিযু"। কমপলাগী দাক্তব সি জি: পতেলনা হাযজখি," আফ্রিকানা নহাকপু খ্বাইদগী হেন্না দবকাব লৈ"। মেক্সিকোগী তিকাত্তগী (Tecate) ইন্দ্রদেবীনা হাযখি, "ঐনা ভগবান বাবাগী মবমদা সন্তাববববা, (Santa Barbara) বক্লি, (Berkeley) চিকাগো

অমসুং অতৈ কলেজশিংগী ছাত্রশিংদা ব্রা ঙাঙবা মতমদা ঐনা ব্রা ঙাঙবা লোযববসু ঐনা মখোযদা আমেরিকাদা বাবা শোযদনা পুবক্কনি হাযনা ব্রার্শক্তিবমখৈ মখোয হন্নখো হাযবা যাদে। মখোয বাবাবু যাম্না থৌবাংলি।" লোস এঞ্জেলেসতগী (Los Angeles) চার্লস পেন্না হাযখি, "আধ্যাত্মিক্কি লমজিংগীদমক ঐখোযনা ভাবত্তা যেংলি; বাবানা ঐখোযগীদা লাকপিনবা ঐখোযনা নিজবি। মহাক্না ঐখোযগা লৈমিন্নববা মতমদা মহাক্না অতোপ্পা খুদিংমক্কসু লৈমিন্নগনি।"

মফম অদুদা নুমিদাংবাই তৌখিবা মীযামগী মিটিং অদুদা মীওই লাক্ষ কযা তিনখি অমসুং মখোয খুদিংমক্কি থস্মোযদা সাই-না-চেৎনা ফম্বদু উখি। মিটিং অদু গান্ধি নিতিবু চপচানা ঙাক্না চৎখিবা ভাবতকি উপ-প্রধান মন্ত্রি শ্রীমোবার্জি দেসাইনা সভাপতি ওইখি। মহাক মাঙজৌননা বাবাগা ধর্মক্ষেত্রদা উনপ্রে অদগা তৃক্কচবা অমসুং মীহৌবগী বাখলদা লুনা লুপশিনখ্রবা পৃথিবী অমগীদমক মাগী ঈশ্বরগী ওইবা মীনুংশি লৈ হাযবসি ভাব্ তাবা ঙমখি। মশিং লাকঙমদ্রবা মীযাম্না ক্রক-এক ইন্নবা, নুপিনা যেত্তা, নুপানা ওইদা, তুমিন্না, থৌবাংনা, যাম্না হৈনিংনা, যানান্না, পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্কগী, মন্দিরগী শিবি খুদিংদগী, মোসক (Mosque) অমসুং চর্চ খুদিংদগী, গুরুদুবাব খুদিংদগী অমসুং অতৈ লাইশঙ কযাদগী লাকখিবা মীওই পুম্নমক্না বাবাগী নিংথিবনা মাযপোং অদুদা মিৎফম হোংদনা যেংদুনা লৈখিবদ্ উবগা মাগী থস্মোযদা অওম্না অমা লাকখি। শ্রীমোবাবজি দেসাইনা হাযখি মদুদি খ্বাইদগী ফবা ওজাদি গিত্তানি, মবর্মদি মসিনা মীওই অমনা মানা হেক ঙস্না শক্তিদা পৃথিবীগী যাইফনবগী হোৎনগদবনি হাযনা তাকপিবি, অদুগা হোৎনবিবা অদুগী মাযপাকপা নত্রগা মাযখিবা অদু থোযনা খন্দনবসু হাযবি, মবর্মদি ঈশ্বব- থবক পুম্নমকপু শিল্লিবা ঈশ্বব অদুদি কনাদা কবি মনা নত্রগা মহৈ পিগদগে হাযবসি খ্বাইদগী হেন্না ফজনা খঙই।

বাবানা মাগী পাওজেল অদু সংস্কৃত লোন্দা পিবা হৌখি। মহাক্না ঐবু মাগী পাওজেল অদু ইংলিসতা হন্দোক্লবা হাযখি, অদুনা ঐনা মাইক অমগী মতুংদা দাইসর্কী নাকল অমদা লেপখি। অদুবু অদুগুম্না লাইগী চিন্বান অদুদগী, লাইগী ওইবা মবোলশিং অদুনা অসুক্কি মতিক নুংশিনা অমদি থুনা হৈথবকপ্রে, মদুদি ঐহাক অঙকপা অমসুং অকিবা ব্রাখলনা মবোল থোক্তনা মীগুম লেপতুনা লৈখি।

কবম্না; ঐনা ঙকখি, চাউখ্রবা গঙ্গাদগী ঙংদুনা চেন্থুবক্লিবা ঈশিং মযাম অদুবু পিকখ্রবা থেমস তুবেলদা চেনহলাখিগনি ? থুনমক বাবানা পাওজেল অদু তেলেগু মবোলদা চৎথবকখি। *"হকচাং অসি মন্দিব অমনি, মসিদা 'ঐ' হাযবা ঈশ্বরদু লেঙশিল্লি, লৈবাক অসিনা "ঐখোয" - হাযবা অপুন্বা অনিংবা অদুগী মন্দিবনি; সংস্থাব হাযবাসনা 'মহাক' - হাযবদুগী মন্দিবনি, মদু 'ঐ' অমসুং 'ঐখোয' হাযবদুগী অপুনবা শক্তমদুনি।"*

"মসিদা তিল্লবিবা মযাম অসি তোঙান তোঙান্বা লাইনিং নিতি কযাদগী লাকখিবা মীযাম্নি, মবম অদুনা মতাং অসিদা ঐনা অসুম্না হাযবনা মতিক চায মদুদি লাইনিং নিতি খুদিংমক অসি মিৎনা উবা চন্বা অমসুং ঙমদবা ঈশ্বব অদ খঙননবা হোৎনবকপগী লম্বিদা ফাওবকলিবা অমাংবা রাখল পুম্নমক অদ শেংদোক্লবগী খোঙথাং ঙাক্কনি। থিনবক্লিবা পোৎশক অদু চপ মান্নবা লন, মপ অমতবুনি ; অবোইনা মতোন অদুদি অমতনি, মদুযৌনবা লম্বি অদখক্তা তোঙান তোঙাম্বগী বানি। শেল খব অমসুং ইজৎ খবগী হিদান্নদনা, মাগা মাগী লম্বিনা হেংগা ফবনি হাযনদুনা, লমজিংবস্ যামই" বাবানা হাযাখর্বনি।

"মথক্কি অত'চবা মসিগী ফনা যাম্না মনুং ফাওবদা ঈশ্বব লৈবগী খুদম প্রমান অমতা লৈতে হাযনা বাশক্লিনা কা.বু অদুফাওনা, নত্রগা ঈশ্ববাদ শিখর্বান হাযন লৌবিবা নত্রগা কবিগুম্না হিংলম্বা হাববস্ন, মীওইবগাদমক্তা মাগা দবকাব লৈবা মতম অদু হেংখ্রবনি. অদনা মসি বান্নদবদা খুবৌ থাংনবা খক্তনা হাযনা লৌবিবশিংস মসিমদি যাগদবনি মদুদি মীওইবগী রাখলনা, বিচাবনা লাম্বা ফংবগী বাংমদা কবিগুম্বা খচবা ঙমদবা খব লৈবি, মদুনা সংসাব অসিব শিন থুংনা লৈবি অমসং মাগী শক্তমসি নুংশিবা ওইনা, কৎথোকপা থাদোকপা ওইনা অমদি সেবা ওইনা শাফোংলি। মদুগী কানগুম্বা খব অদবুনি ঈশ্বব হাযবিবাস," ব্রাফম অসি জগৎ অসিদা ঈশ্বব লৈ হাযবগা পাওজেল পিবগী মতাং অমদা বাবানা হার্যাবখিবান।

সনাতন ধর্মগী নিতি-নিযম অমদি চৎন পথাপশিং অমুক হঞ্জিনহন্নবা ভাবতিযা বিদ্যা ভবন্না হোৎনবক্লিবা অদুবু যাম্না থাগৎপগা লোযননা বাবানা হার্যাখ, "মসিগী মীফম অসি ঈচেল অহমখক্কি তিন্নফম্নি — আত্মাবিদ্যা-দিলিগেৎশিং অমদি লাক্লিবা মীপুম খুদিংনা মহৈ যান্বা পুক্সি অমগীদমক্তদি খ্বাইদগী

তঙাইফদবা, মকুওইবনি হায়না লৌনবিবা, সত্‌শঙ্গ- জাতি পুম্নমক্তগী, ধর্ম পুম্নমক্তগী লাক্লগা তিন্নবিবিবা ; অমসুং ভবন, মসিনা মীয়ামদা নীংশিংহন্নবদা মতেং পাঙলিবা ভাবতকি মশাগী ওইবা কলচব"।

কমিটি মচা তবেৎনা মখোয়-মখোয়দা পীখিবা হিবম অদুদা নৈনবগা মখোয়না লেপ্পবা ৱাফম অদু তাং ১৭ কি মীয়ামগী অপুনবা মীফমদা থাগৎলকখি। মখোয়না (১) ভজন, ঈশ্বরগী মিং শোন্বা, অমসুং অয়ুক অঙন্নদা লম্পি শবক্তা শংকির্তন শকপা, (২) বেদ অমসুং সংস্কৃত তম্বা, (৩) স্কুল অমসুং কলেজদা লমচৎ নির্তিগী মবমদা তম্বা, (৪) সেবা দলদা মিংচন্বা অমসুং ট্রেনিং পিবা, (৫) নুপিগী সংস্থানশিং লিঙখৎপা অমসুং মথৌ তৌহন্বা, (৬) খুল্লিন গৌলাংগী থাক খদিংমক্তা তেংবাং পিনবা, (৭) ভারতকি মনুং অমসং মপান্দা লৈবা সত্য সাই সংস্থানশিংগী লৈনগদবা মবী।

অদুগী মতুংদগী দাওব গোকব্না বাবাগী অনাতাবগা মবমদা তিল্লবা মীয়ামদুদা বা পাঙখি। "ঐখোয় পুম্নমক্তা মসিদা টর্নবনা আস পান্দম অমখক্তং হৈনা মবা চেৎশিলহন্নবনা, মদুদি মিৎনা টবা ঙম্বা নত্রগা খৎনা শোকপা যাবা পোৎশক, মচাকশিংদগীদি ঈশ্বরনা হৈন্না চাদই, মশব খোকই, সবজেক্না ওবজেক্তগী মথক থাংই, উনবা মীদুনা (Seer) উববা পোৎশক্তদগী (Seen) হেন্না চাউই, দোলাযথৌবিবদুনা দোলাযদগী হেন্না চাউই, the transcendental over the trivial মবম অদুনা, মতুং লৈতবা, পুমশুপ শুপ্পা অদুগা মী ওইবগী শক্তম লৌদুনা লাক্লিবা থৌদোক অসিনা, অতোপ্পা মাওই খবর্দাদ শোযদনা চম্মবা, জ্ঞান তাদবা খোকম্ৱবসু ঐখোয়দদি মসিনা চম্মবা, জ্ঞান তাদবা হাযবদু তৌহল্লোইদবনি, মহাক্না শন্দোক্লা হায়খি।

মমাংগী নুমিদাংবাইদা মহাক মশামক্তা লাউথোকখিবগুম, বাবানা ঈশ্বরগী মিং অমদা লোয়নবিবা লেম্বা, মতিক মগুন অমসুং মদু শোঞ্জবনা মঙোন্দা পিরক্লিবা অফবা ফলশিং অদুগী মবমদা বা ঙাঙখি। "খুদক খুদঙ্গ ফংবনা (নুংঙাইবা, শেল, মিংচৎ .. .) হেন্না পাম্নবা মুগ অসিদা", বাবানা হায়খি, "ঈশ্বরগী মমিং তত্তনা শোনবা হায়বসি মীওইবনা ঈশ্বরগী মনা ক্তা কাখৎনবগী নত্রগা মহাকপু ইনাক্তা পুশিল্লক্লবগী অমতা ঙাইববা আশাদুনি। মমিং তোয়না

শোঞ্জবনা ঈশ্বরগী থৌজালশিং পুথবকই; মীবানা ঈশ্বরগী মমিং শোন্ন-শোন্না হৃ যাওবা কপ অদু থকখি; মদু অমৃত ওনখি। নহাক্কি অযুক-নুংথিলগী মতম পুন্নমক ঈশ্বরগী মমিং তত্তনা নিংশিংদুনা শেংদোকউ। ঐনা মমিং অসিমা পামই, মওং অসিমা পামই হাযদুনা ফোংদোকহন্নিংই হাযনা নখোযনা খনবা অদু ঐদি পমদে। অনৌবা লাইনিং লম্বি অমা হৌদোক্লবা ঐহাক লাকপা নত্তে। ঈশ্বর অদুবু শক তাক্লবা অমসুং পুজা তৌনবা মীওইবনা হেক শিজিন্নখ্রবা অমদি শিজিন্নবিবা মিং পুন্নমক্কি মওং অসি ঙসিগী সাইগী মওং অসিনি হাযবসি খঙউ। মবম অদুনা, ঐনা তাক্লি মদুদি বামা, কৃষ্ণ, ঈশ্বব, সাই হার্যবিবা মিং পুন্নমক অসি খেন্নবা অমতা থম্মোইদবনি, মবমদি, মখোয পুন্নমক ঐগী মিং ঙাক্তনি। *ঐগী পুন্নমকপু নুংশিবা ঙস্বা গুন অদুমু নশাদা পাকহন্নবা হোংনদনা, ঐগী অকা অকুম লৈত্রবা শান্তি, ঐগী নুংশিবা প্রেম, ঐগী খাঙবা কন্বগী মতৌ; ঐগী মতম চুপ্পদা নুংঙাইদুনতা লৈবা ঙস্বগী গুন শিং অসি নশাদ খবদং ফাওহমবা হোংনদনা ঐগী মিং শোনবা অমদি মুর্ত্তি পুজা তৌবনা কাবিবু কান্নগদগে* ' নখোযগী মবত্ত। অযাম্বন ঐঙোন্দগী পাওজেল অমতং পিনবা হাযজবি। ফবে, ঐগী পুন্সিনা ঐগী পাওজেলনি। নখোযনা নশাদা অপাম্বা লৈত্রবা, থৌনা অমসুং থাজবগা লোযনবা অবাবা তাববা মীওইদা সেবা তৌনিংবগী বাখল নশাদ। পোকপা উববদি নখোযনা লৌল্লবা পুন্সি অদু ঐগী পাওজেল অসিগা চাননা হিংলি হাযবা যাই"।

মাগী থৌজালনা পিক থল্লবা মিংযেং অদুনা মমাংদা ফল্লবা ভগবানগী শেংলবা ব্রাফম অদুতবু থৌবাংর্জবিবা মযাম অদুদা হৈজিনবিবগে হাযদুনা ভগবান্না মীনুংশিনা মমিং অদু ইবা চের্নখি। মাগী খোঞ্জেল বাংখৎলকখি, ব্রা ঙাঙবগী খোঙজেল অদু শকক ২/৫ হেন্না থুজিল্লকখি। তিল্লিবা মীপুম খুদিংনা মখোযগী পুন্সিদা যাম্না চাউববা মীকুপ তাঞ্জা অমা লাকখ্রে হাযবসি মশা মশানা খঙজবকখি, হাযনিংঙাই লৈত্রবা নুংঙাইবগী ঈথক অমগা লোযননা অদুগুম্বা শাফোঙবগী ব্রাফমাশং অদু তানবগী থৌবাং তৌনখি, অদুগুম্বা পুন্নমক্কি ওইনা যাইফবগদবা মীকুপ, পৃথিবীনসু ফংগনি হাযনা আশা তৌজবা যাবা, অদুগা যাম্না তাঙনদি থোকপা অদুগীদমক থৌবাং তৌদ্না লৈর্নখি।"

মহাক্লা হাযখি, ঙসি মযম অসিদা তিল্লিবা মযাম অসি ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা, সমাজগী তোঙান তোঙানবা কাংলুপতগীনি; ঐ কনানো, কবিনো হাযবা চপ-

চাবা, তংতাবা বাক্ম অমা হায়বগে মবমদি নখোয় ১০০ গী মনুংদা ৯৯ না ঐগী মবমদা খণ্ডদ্রি। নখোয়না মসিদা লাকখিবসি তোঙান তোঙাম্মা মবম কয়ানা লাকহনখিবনি – খবনা আধ্যাত্মিক বাফমশিং খণ্ডনিংবদগী, খবনা নশানা লৈবিবা সংস্থান অদু চাউখৎহনিংবদগী, খবনা পাম্বদগী নত্রগা নুংশিবদগী, থাজবদগী, নত্রগা অতোপ্পনা নুংঙাইবদু শকক যানিংবদগী নত্রগা নশাগী নুংঙাইজবা অদু মখোয়গা শবক যামিন্ননিংবদগী।

অশেংবর্মক্তি, ঐগা চপচাবা অশেংবসি নখোয়না খঙবা ওমদে, ঙসি ওহল্লো নত্রগা চহি লিশিং কয় খিবনা নত্রগা লাইনিং লাইশোন তৌবনা নত্রগা মাওইব জাতি পুম্নমক পুংগা তাংনম্মনবনা খঙবা ঙমলোই। অদুবু, ইকুই কুইদনা, মাসগী, ঈশ্বরনা নশানা লৌ শেখ্রনা সেংলনা হবচাং অমাদি মামং অসিনা পিরিবিনা ৷ এইনা অদুদি নখোয়না হ লক্কগাগ , ধর্ম চেল্লবা মুণ শ্যাম্যাশ, লম্যোইংশিং, লাইরীন শ শ্রীদি ঈশ্বরগী শবলোন পবনা মাওইশিংদগী যাওবা নসিনা খুদো চাবা মংনগী লাইনব নবদ নখোয়না হেল্লবনি।

"এন নখোয়গা চা মিন্নং, নখোয়দৌন চাবনা, অমসুং নখোয়দা বা ঙনা, নখোয়ম্ম্না মাওইনা ওমান হায়না লায়া উত্নবান। মসিগী অনাম্মা মিংযাং আম তৌদনবা ওনা বনি তৌনবার্সনা। এস ঈশে শক্তনা, শান্নমিন্নদুনা, নখোয়গা নবন ইনমা, নাম্মন্নদুনা নখোয়বু লায়া চত্নবা হোৎনাববান। অদুবু মাকুপ অমদা এগা ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি অদু হেক্তা নাগেমদা খঙহল্লকপা, উৎমোদবপা যাই। ঈশ্বরগী ওইবা তন অদু মাওইবগী শকলোন্না কুপশিনখিবনা, নঙগা নমিত্তা অশেংবা হান উইন্দ্রনা মাযা অদ লাকশিন্ননা, শদমচনাশিন্ননা হোৎনগদবান।

"মসিগী মাগী মতুং অসে, মাসদা তোঙানবা লাই পুম্নমক, লই খুদংগী নিয়ম পুম্নমক হায়বদি মাওইবনা ঈশ্বরদা পিবিবা মমিং পুম্নমক, মতুং পন্নমক অদু যাওত্রবনি। চিংনবনা নখোয়বু নখল লান্না পুথোকহনখিগনু। *এইখাক ঈশ্বরনা হায়নসি নত্রগী খঙ্গোযদা চেৎনা হাজদুনা নিঙলবদি, নহাক্কু ঐগী অশেংবা ওইগনি শক্তম অমা উবা ফংগনি।* মদুগী মহুত্তা নত্রগী থাজবদা অবেপ্পা লৈত্রবাদ হায়বদি অমুক হেক থাজবা, অমুক হেক থাজদবা তৌববদি ঐগা অশেংবদু খঙবা ঙম্নবোই লোয়ননা অদুগুম্বা ঙমখে লৈতনা নুংঙাইবা অদু ফংবা ঙম্নবোই।

নখোযদি নবাযবক ফববনি, পুন্সি অসিমক্তদা অদুগুম্বা মওং খুদিংমক্তা ওইবা যাবা ঈশ্ববগী শক্তম, শকওং অদু থেংনজবগী নুংঙাইবা তাঞ্জা অদু থেংনজবে।

ঐহাক অতোপ্পা ব্রাফম অমদসু নখোযগী পুক্লিং অমুক্তং চিংশিনগে। হৌখিবা মতমর্দাদ ঈশ্ববনা মালেমদা অবতাব তৌবর্কখিবা মতমদা মহাকপু অবতাবনি হাযনা খঙ্ববগী নুংঙাইজবদু মাগী থৌজালগী খুদম কযা অমা মবাং কাযনা ফংলবসু মহাক্কি হকচাং অদুনা সংসাব থাদোকখ্রবা মতমদা ফংহনবি; অদুগীসু মথক্তা, অদুগুম্বা অবতাবশিং অদুনা ফংজখিবা থাজবা অমসুং ভক্তি অদুসু শক্তমশিং অদুবু কিবদগী নত্রগা মখোযনা লৈবাক্কি মপু ওইবদগী নত্রগা মখোযগী যাম্না থোইদোক হেন্দোকপা শক্তি অমসুং লৌশিংদগীনি। অদুবু মিকুপ্ অমতং সত্য সাই অবতাব অসিগী মবমদা খন্থদুনা যেংউ। ঙসিগী অঙকপা ফংনা খুদক খুর্দক্কি বান্নবা, নুংঙাইবা ফংবা পাম্বগী বাখল মবক অসিদা, হাযনিংঙাই লৈতনা অমনা অমবু থাজনদ্রবা অমদি ব্যবহাব লৈনবক্রবা মতম অসিদা পথিবীগী মফম পুম্নমক্তগী মীওই লাক্ষ কযানা মহাকপু ইবাংচবিবা অসি কনিনো" নঙসু যানিংগনি মদুদি মসিগী তঙাইফদবা মবম হাযবব্ মীওইবা ওইনা ঈশ্বব ওইবদুননি।

"অমুকহন্না, পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্কা ভাবত্তা সনমান থল্লিবা অসি উবদা নহাক কযাদা লাইবক ফববনো; সত্য সাই হাযবা মমিং অসিদা পৃথিবীগী কাচিন কোযা খুদিংদগী শোন্নবকপা খোঞ্জেল অদু নখোযনা হার্গাবিবা হকচাং অসিনা হিংলিঙৈদা, নখোযগী মবক্তা, নখোযগা লোযননা, নমাংদা লৈবিঙৈসিদা তাবা ফংলি।

অসিগুম্বা হকচাংদা থুক-থুক লাউবা খোল্লাও অসিনা দিলিগেৎ পুম্নমকপু ঙকহনখি; অদুনা, মখোযনা হোল অদু থাদোক্কুনা চৎখ্রগা মাগী মাগী কা অদু যৌবা মতমদা মখোয খুদিংমক ইঙ্কি খব-খবগী অব্রাংবা হেনগৎখি, মবর্মাদ মখোয খুদিংমক্কা তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা উহনবিখ্রে অমদি আশীর্ব্বাদ পিবিখ্রে হাযনা ফাওর্নখি। বাবানা যাম্না তোযনা মহাক অবতাবনি, ঈশ্ববদু মীগী শক্তমদা লাকপনি হায়না হাযবিখ্রবনি, অদুবু হন্দাক্কি মতাংসিদদি মহাক্কা তবং-তবংনা, তশেং-তশেংনা মহাক মশামক্ অসি মীওইবনা পৃথিবী অসিগী পুন্সিদা মশাদা হেক নিংলকপা, ফাওবকপা লাই পুম্নমক্কি মমিং অমসুং মওং পুম্নমক অদুমক্কি হাযনা মযেক শেংনা তাকপিখ্রে।

মথংগী নুমিৎকি অমুক্তা সব কম্মিটিশিংগী রিপোর্ট অদু দিলিগেৎশিংগী অপুনবা মীফম অমদা নৈনখি অমসুং দিলিগেৎ খবনসু মীফম অদুদা ব্রা ঙাঙখি। বাবানা ব্রাবোইশিন অদু শমলপ্পা হাযবিখি অদুগা সাই ওবগেনাইজেসনশিংনা কবম্বা মওংদা সেবাগী থবকশিং চঙ্শিনগদবগে হাযবা হিবম অসিদা বাফম খবা তাকাপখি। চিবোনখক্তনা খুদোংচাবা ফংলিবা ঙসিগী সংস্থাব অসিদা বাবাগী যাথংশিং অসিদি চুমদ্রিং ওইবা অমসুং নাখৈ শেংবা তাবনি। “মসি লাল্লি”, মহাক্না শেংদোকখি, পুন্নমক্ মান্নবা অধিকাব লৈ, মান্নবা মথৌ লৈ, তৌফম থোকপশিং লৈ অমসুং দাযিত্ব লৈ হাযনা থাজবসি লাল্লি। নখোযনা ষনবি পুন্নমক্ চপমান্নে অদুনা দজন দজন লৈবসি হাযবা যাবোই। খব অমনা মখোম থোক্তবা যাই, খব অমনা মচিঙ্গাক হেন্না চাবা যাই, খব মনা শঙ্গোম বাৎনা থোকপা যাই, খব অমনা নহা ওইবা যাই, খব অমনা অহল ওইবা যাই, খব অমনা মপুক তপ্পা যাই, খব অমনা ফিংবা যাই। নবণা মী পুন্নমকস্ অমতা মান্নদে। মীপুম খুদিংমক্কি অমসুং খুদিংমক্তা চৎকদবা শাজৎ নিতি অদু মাগী চৰিত, শিনাফম শক, ফমথোল, তৌশিংবা, জেন্দব, অমসুং মহাক্ ওজাবা, ছত্রবা, মপুব, মনাযবা, মপাবা, মচাবা, অনাবনা, মশা ফনা মীবা, হাযবনচিংবা বাফম কযাসিনা মওং লেপই। ঐগী ওইনদি নিযম অমখক্তনা ঐবু পুল্লিঃ মদু নুংশিবা হাযবর্দুনি। নুংশিবা অদুনা নঙ্বু চীকহনগনি, শান্তি লৈহনগনি, মদুনা নঙ্বু নুংঙাইহনগনি, মদুনা নঙ্বু ঐঙোন্দা তিলহন্নিংগনি।”

নুংথিলগী মীফম হৌবকপা মতমদা বাবানা হৌদোকখিবা ভাবত পুন্বগী ওইবা প্রশান্তি বিশ্বান মহাসভাগী পন্দিত মবিনা সংস্কৃত লোন্দা বা ঙাঙখি। শ্রীমতি ওসবোন না ইংলিসতা ঙাঙখি। মহাক অসি হৌজক ঐখোযগী মবক্তা লৈবিবা খঙবা ঙমদ্রিবা সাই বাবা অসিগী মমাংগী মপোক্তা লৈবিঙৈ মতমগী “খঙবা ঙমদ্রবা সাই” (Incredible Sai Baba) ইখিবা ভদ্রলোক্ অদুগী লোযনবীনি হাযনা মীযামদা শক তাকখি।

দিলিগেৎশিংনা খন্ন নৈনবদগী থোবকখিবা আধ্যাত্মিক্কি থাক বাংখৎহন্নবা হৌদোক্লবকখিবা ব্রাফমশিংদু বাবানা তেনতক্না ব্রাবোইশিনখি অদুগা তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কি মীহুৎশিংগা শানখিবা বাবিশিং অদুসু মচং ওইবা ব্রাফমশিং অমুক্ হন্না পিবিখি। মহাক্না ভজনগী, ধ্যানগী, স্তদি সাকিলগী, অমসুং মকওইনা নগব সংকির্তন্গী মবমদা ব্রা ঙাঙখি ; অকোনবগী মতাঙ অসিদি যাম্না মকওইবা

নিযমশিং চেকশিন্না ঙাক্লবগী জ্ঞানগী মবম্নচিংবদা শুগাইনা তাকপদা মতম যাম্না চঙখিবা-চঙদবা যেংদনা অমদি মশা ৱাবৱা হাযবা খন্দনা মথৌ চিন্দুনা লৈবমই। মসিগী মথক্ত অমুক বাবানা ইউনির্ভসিতি ৬৫ দগী লাকখিবা হৈশিংলবা নহাবোলশিংগী ওইবা প্রশান্তি যুথ কেমপ্ অমসু লমজিংবিখি। মফম অদুদা অথন্নববা মীফম অমা বোম্বেগী লাইওন্ মযামগীদমক্তা ফমখি, মদুদা লাইওন্শিং অদুনা মখোযগী মথৌ পাঙথোকপা মতমদা তঙাই ফদনা থমফম থোকপা মিৎযেংগী মবমদা লমজিংবিনবা অমদি মখোযগী থৌবমশিং কায়দনা হিংহননবা ৱাখল্লোনগী মবমদা লমজিংবিনবা হাযজখি। ভাবতকি মপান্দগী লাকখিবা দিলিগেৎশিংদা হেন্না তোযনা দশন পিখি হাযবসি মযাম্না খঙনখি। মদু মখোযগা হকথেংনবগী খুদোংচাবদু তোযদবগীনি অমসুং বাবানা হেক যার্বিবিবমথৈ মখোয বাবাগী মনা ক্তা নক্লা লৈনিংখি।

অদুগুম্বা মযামগী মনুংদা বাবাগী মনাক্তা যাম্না নক্লা চিংশিনখিবা মীওই অমদি কুলপতি দাক্তব কে: এম: মুন্সিনি; মহাক্ মতম শাংনা গান্ধি নির্তদা লৈবক্লবা, যাম্না হৈথোয-শিংথোইববা বাজনিতিবালা, মবৈপাক নিংবগী কবিতা ইবিবা কবি, লৈবাক সাসন নিংথিনা তৌবা হৈববা, ভাবতকি কলচবরু থৱাই যাওনা ঙাকচাববা মীশক অমনি। গান্ধিজিনা লমজিংখিবা নিংতম্ অন্দোলন্দা যাওখবা অকনবা লান্মী অযাম্বদগী হেন্না মহাক্লা ভাব তাখি মদুদি ভাবত অসি নিংতম্গদবনি, মদুনা ভাবতকি কলচবদা ফুমদুনা যাওজববা ফিদমশিং অদু ঙাক্লা চত্তুনা ভাবতনা মীওইবা জাতি পুন্নমক্কি চাউখৎ খোঙথাংদা মমল নাযদ্রবা থৌদাং যাগদবনি, পিগদবনি হাযবসিদা মহাক্লা মযামদগী হেন্না ভাব তাখি। মুন্সিনা ভাবতকি কলচব যোকখৎনবা হোৎনখিবসি ভাবতিযা বিদ্যা ভবন্ হাযবা সংস্থান অসিগী মতেংননি; অদুগা ভাবত-মাতাগী নহাবোল পুন্নমক্তা, মখোয অশেংবা মচানি লমদম অসিগী মুনি-ঋষিশিংনা থাম্বনম্বা মমল নাযদ্রবা জ্ঞান অদুগী ফংফম থোকপা মচাশিংনি হাযনা হিংনিংবগী অপাম্বা, থৌবাংবদু মখোযগী থম্মোযদা চেৎনা মমি তাহন্নবনি। বাবানা কনফবেন্স অদু ভবন্গী জগাদা পাঙথোকপদু যাবমই, যাম্না লৈহাও চেল্লবা লৌফম্নি, ইকুই-কুইদনা বেদগী অমসুং উপনিশদ্কি মহৈ মবোং কযা যাম্না মবাং কাযনা লোক্কদৌবিবানি। বাফম অসি বাবানা যানিংবগা লোযননা পনখি। মবম অদুনা ডাক্তব মুন্সিনা ধর্মক্ষেত্র অমসুং কনফবেন্স হোল

অদু যেংখি অদুগা মানা হায়খি, "ঐহাক্কি পূন্সি অসিদা অসিগুম্বা মীযামদগী থোইদোক-হেন্দোকপা শক্তি পির্নবিববা মীওইশিং অসিদা যাম্না হৈনিংবা পোক্লকই ; মখোযনা কবম্না মখোযগী ব্রাখল্লোন্, মিৎযেং অসি মীযামদা খণ্ডনবগে হায়বসি ঐহাক খণ্ডনবা হোৎনবকপনি অমসুং কবম্না থাজবগী ঈচেল অদু ফাওহন্দুনা মখোযগী তুংইনবশিং অদুবু কৎথোক্লবা মীশক্ ওইহনখিবগে হায়বসি খণ্ডনবা হোৎনবকপনি।"

ডাক্তব মুন্সিনা ধর্মক্ষেত্রদা বাবাবু মহানবা ওইনা উনবা মতমদা আশা পুম্নমক থুংনখ্রে, নিংঙম্বা পুম্নমক ফংজখ্রে, লাইশোল পুম্নমক্কা অপান্বা বোব ফংজখ্রে; মবম্দি বাবা লাকখ্রে। লাকখ্রে বাবা: বিজ্ঞানগী সিংহাসন্ মথক্তা, ভাবতপু মী ওইবজাতি পুম্নমক্কি গুরু অমুকহন্না ওইহন্নবা, ভাবত মনিংতম্বগী মহৈ অদু ভাবত মচাশিংনা ফংজনবা, মশানা মপু ওইজনবা লম্বিদু তম্বিদুনা অমসুং ভাবতবাসিশিংগী মওংনা মীওইবা জাতি পুম্নমক্তা তম্বিদুনা, আম্বা নিদ্যা লিংখৎনবা বাবা লাক্লে।

ডাক্তব মুন্সিগী যেৎথংবা খুৎ অদু পার্বকিনসন হাযবা অনাবদু লৈবদগী খব খব নিকপদ্ বাবানা উনমই। অদুদগীদ, ডাক্তব মুন্সিনা হায়: "বাবানা মাগী ফমফমদগী হৌগৎখ অদুগা ঐগী খুৎ অসি মাগী খুৎনা পাযশিনখি অমসং মাগী মখুত্তগী থোবকপা বিভূতিনা নোর্থশিনবিখি। অদুদগী মাগী খুৎ অদ যাম্না থুনা ওৎখি অদগা মানা পুথোকপা খুদোপ অমা মখুত্তা যাওবকখি, মহাক্না মদু ঐগী যেৎকি খুৎনাওনিদা শিজিনবিখি। খুদক্তা ঐগী খুত্তা লৈবম্বা অনাবদু খব ফাখবগুম তৌবে; মসুম্না ঐগী যেৎথংবা খুৎ অমসুং খোং অনিমবসু ফবগুম্ তৌখি।" মতাং অসিদা পন্দবা যাদব বাফম অর্মদি অনাবা যখ্রিবা এও, অদু ওাইহাক্কি ওইবা মওং নত্তে, তুংকোযনগা ওইনা ফগ্রবান হায়বসিনি। মবম্দি হিদাক্কি বিজ্ঞান্না হায়বি মদুদি পার্বকিনসন্ হাযবা অনাবসি কর্বিনতো হায়বদা যাম্না পুথোকপা বাবা অমসুং লাযেংবদা ফগন্দবা অনাবনি।

মহাক্না মতম শাংনা অবাবা শকফম ফোংদোক্লনা খাঙ্দুনা লাকপা অবাবা অমা যাম্না অওকপা মওংদা ফহনখিবা অসিগীদমক্তা চহি ৩২ দা ঙাইবিবা বাবাব্ চহি ৭০ গী মথক্তা লৈববা অহল অমনা, মানা মতম কযাদগী থিবকপা গুরু অদু ওইনা

ফংজবদা মবক্কী লৈবন্বা খুবৌথাংবা পুন্নমক্তুসু মাঙ্‌হনবিগ্রে হাযবদি বাবাসি ডাক্তব মুন্সিগী গুব ওইখবে। বাবানা ডাক্তব মুন্সিগী যুমদা চৎখি অদুগা ইমুং অদুগী মী পুন্নমক্না বাবাবু থাজবন্বদু উখি। অদুগা বাবানা মখোয পুন্নমক্তা থাজবা পিবিখি মদুদি মখোয পুন্নমক্কি অব্রা-অনা, খুদোংথিববা মতম খুদিংদা বাবানা মখোযগা লোযনগনি। মহাক্না মুন্সিগী মচাদা হাযখি মদুদি মহাক্না চহি কযাগী মমাংদা ট্রেন্দা চৎপা মতমদা শর্বক্কি নাকন্দা লৈবা স্তেসন-মাষ্টব অমগী মনাক্তা চঙ্‌জফম লৌবা মতমদা বাবাসু মাগা লোযনখি। মহাক্কি মবী মতা পুন্নমক্কি মশা-মউ ফনবা অমদি নুংঙাই যাইফনবগী পোৎলুম পুন্নমক্ মহাক মশানা লৌখি, মবমদি কনা অমতনা মাগী নুংশিবা প্রেমগী বাংমদা লৈতে। ডাক্তব মুন্সিনা ইবি ; "মহাক্না মীওইবগী থম্মোযদা থাজবগী পাম্ব (মব) থাবগী শাক্ত লৈ, মক অদুনা মতোল্ চোংলবা মতমদা. মখোয অদুবু মীহৌবা ; তুক্কচবা অমসুং অকিবদগী মনিং তমহন্‌গনি"।

অঙকপা নওে, অদুওইববদি. পাক্লংদা লৈবন্বা চিংনবা বাখল খবগা লোযননা মুন্সিনা বাবাদা চঙ্‌লকখিবা হাযবদি মাগী শাংলবা পুন্সিদা থেংনবকখিবা বাবা মগাম অদুগুম্বা অমনি হাযনা খল্লগা চংলকখিবা ব্রাখল অদু বানাগী অশেংবা মও, হেক খঙবদগী ব্রাখল পুন্নমক্ত লোযনা মাঙখিবমই অমসুং বাফম পুন্নমক্ত ভগবানগী থাদা কোপি লিশিং ৫০ হেন্না চৎপা থাগী চেফোং অদদা ইবদা মহাক র্কবি অমতা চিংনবা লৌখদে। বটেন্দা মাগী থৌবম পবেং অমা চৎথবা মতমদা জুলিঅস সিজবনা যাম্না ইতিহাসিক ওইবা বাঙংদা হাযখি. "বেনি-বেদি বিসি," "ঐ লাকখি, ঐ উখি, ঐ জয তৌখি"; মতাংসিদদি, "ঐ চৎলুই, ঐ উখি. ঐবু জয তৌখি"। মসি ডাক্তব মুন্সিখক্তগী হকথেংনখিবা থৌদোক নত্তে। যাম্না খঙ্‌নিংনা অশেংবা মিৎযেংনা বাবাগী মনাক্তা চৎখিবা মীপুম খুদি মক্ হাযনিবা থৌদোক অদু হকথেংনখিবা ডাক্তনি।

তাং ১৮ দা. ইন্দ্রদেবীনা অখন্নবা হাযজবদগী বাবানা ধর্মক্ষেত্রদা মুৎপা লৈত্রবা থাংমৈ অমা থানগৎলি ; মদু ইন্দ্র দেবীগী "অমম্বদা থাংমৈ থানবা খোংজং অদুগী মখাদা চঙ্‌শিল্লকপা মীওইবগী থম্মোযদা থুপতুনা লৈবিবা তুক্কচবা বাখলনা থল্লবা নবক্কি কোম্ অদুদা মঙাল ফাওহন্নবগী আশানি। মদুগী থাংমৈ অমসুং শেংলবা মৈ অদুদগী চুখৎখিবা অতৈ থাংমৈশিংদগী লাকপা মঙাল্ অদুনা নুংশিবগী মঙাল অমা মদুদা ধ্যান তৌবা পুন্নমক্তা পিবগনি।

## সত্যম্ সিবম সুন্দবম্

সাইগী নুমিৎ অসিনা সুম থোবকপসিনা কনগুম্বা অখন্নবা মীওই খবদি তশেংনা অনাবা ব্রাখল পোক্লমই। বাবানা লৈবা মফম খুদিংমক্তা মী লাক্ষ-লাক্ষনা যোমশিনবদু উবদগী পাখৎলদুনা, ধর্মদা শেন্দান লম্বি ওইনা চৎলম্বা কাংবু অদুনা মখোযগী হিংনবা লম্বি ওইবম্বা হান্নগী চৎনবি-লাইদা কৎপগী নিতি-নিযম পুন্নমক্ অদু তোকখ্রগনি হাযনা কিবমই অমসুং মদুনা মখোযগী পুন্সি হিংবদা অবাবা ওইবর্গনি হাযনা কিবমই। থাজবগী ইংখোলদা হৌবিবা পাম্বি পুন্নমক্ বাবানা ঈশিং চাইবা লাকপনি হাযর্বসি ইখঙ্ খঙ্নবমদে, মহাক তোখায তাহন্নবা তিন্নবা যাদনবা মক শুনবা লাকপা নত্তে, খ্রাইদগী চাউবা পুর্নশিনহনবা ঙম্বদুনি, বাংখ্রবা চাংদোন্দুনি মদুনা খব অমদা শিব ওইনা উবা, খব অমদনা বিষ্ণু ওইনা, খ্রাইস ওইনা, খব অমদনা অল্লা ওইনা, নত্রগা বুদধ ওইনা, হাযবদি মখোয মখোযনা যেংলকলিবা মিৎযেং অদুগী মতংইন্না। পা ওর্চেশিংগী মনুংদা অফবা ঙাঙবা ঙমদবা কাংবু অদুনা থীনা ঙাঙ-শকপা, ওইদবা হুন্দুনা ঙাংবা থবকতা যাওখিবমই অদুগা খব দাযিত্ব মশক খঙবা চেফোংশিংনদি অশেংবদু থিজিন্দুনা খঙনবা হোৎনখি। মখোযগী মীহুৎনা বাবাগা উনহনবিদুনা মখোযগী মবক্তা তাংখ্রবা থৌদোকশিং অদু কযাম থাক ব্রাংখ্রবগে হাযবদু খঙজনবা মখোযনা হাযজবকখি। মেগী তাং ২১ দা ইংলিসকী মকোক থোংবা চেফোংশিং অমদি ভাবতকি লোনশিংগী মনুংদা মকওইবা, মকোক থোংবশিংগী অখন্নবা পাওমী ৩০ বোম ধমক্ষেত্রদা লাকখি। মখোযনা হংখিবা ব্রাহং পুন্নমক ঙকপদগী ঙাক্তনি, বাবানা পাঙথোক্লিবা মিবাকলশিং অদগী পান্দম অমসুং কবি মবমগীনো হাযবদু খংনিংখি। মদুগী পাওখুম ওইনা বাবানা লাউথোকখি মদুদ মিবাকলশিং অসি মী খঙনবা উৎপা নত্তে, ঈশ্বরনি হাযবগী খুদম-প্রমানশিংনি। "ঐনা পিনিংবা মতমদা ঐবু পিহল্লিবসি নুংশিবা প্রেমনি, অদুগা ঐনা হেক পিনি বা মতমদা, পোৎ অদু শেম-শাদুনা লৈবে," মহাক্লা হাযখি। "ঐগী ব্রাশক্লা পৃথিবী অসি অতিযা ওস্তোকপা অদুগা অতিযা অসিনা পৃথিবী ওস্তোকপা ঙমই, অদুবু ঈশ্বরনা তৌবা ঙম্বসি মদৃখক্তমক্ নত্তে। মসিগুম্বা কবিশু লৈত্রবা পুন্নমক অসি, অমদি হোঞ্জন্না খনবা পুন্নমক অদুবু থেংননবা নুংশিবা, মীনুংশি, তোমথিন খাঙবা কনবা হাযবসিসু ঈশ্বরনা তৌবা ঙম্বশিংনি, মখোয অদুবু ফতনবা ঙম্বগী বাবেপ্-মদুনি তোপ্ তোপ্পা ঈশ্বরনি হাযবগী খুদমদি, বাবানা শন্দোক্লা তাকখি।

থিজিনগে হাযনা লাকখিবা কাংবুদু বাবাগী মনাক্তা ফম্লিংখি অমসুং তম্লিংখি। মহাক্না খববগী কাংবু অদুদা ভাবতকি কলচবদা অমতা ওইবগী ব্রাফমদা শাফু পিনবা, ভাবতকি লেল্লিবা পুন্সি মওং অসিদা শাফু পিনবা পাওতাক পিখি, খেন্নবশিংদা অমদি অশোযবশিংদা হেন্না পাকথোক-চাউথোকহনবগী মহুত্তা, অপুনবা ব্রাখল শাগৎনবা ইনবা পাওতাক পিখি। মখোযনা চীবোল্ যাওদবা অমসুং ফত্তবা হাযজিনবগী থবক্তা যাওদবদু বাবানা পামখি। মহাক্না মখোযদা হেন্না মৈ চাকহনবগী থবক তৌদনবা হাযখি, মদুগী মহুত্তা মীগী সেবা তৌবা অমসুং কৎথোকপগী মবমদা হেন্না মকওইনা ইনবা পাওতাক্ পিখি।

তাং ২৪ দা গুজবার্তকিদমক কাবনা খোঙ্‌শানখি, মফম অদুদা স্তদি সার্কল কযা, ভজন্ মন্দলি কযা অমসুং মাগী অনিংবদগী থোকখিবা মিবাকল মযামদুনা সাই ভক্রিদা পৃমলুপ্ লপখিবমই। মহাক্না ববোদা চৎপগী লম্বিদা নবশাবি অমসুং সুবত যেংখি ; ববোদাদা নোংমা পনখি, মদুদা নদিযাদ-নচিংবা অকোযবদা লৈবিবা মফমশিংদগী ভক্তশিংগা উনখি। মদুদগী বাবানা বোম্বেদা হল্লকখি অমসুং পুনাবোমদা চৎখি। পুনাগী অন্ধ্র অসোসিযেসন অদুনা বাবাবু মখোযগী ওফিসতা ওকখি। বাবানা মী ওইবা জাতিদা ব্রাহল্লিবা সমস্যাশিংগী মবমদা ব্রা ঙাঙখি অমসুং মদু কান্নগদবা মওংদা তশেংনা কোকহন্নবা মাযকৈদস্ বা ঙাঙখি। কোকহন্নবা পাম্লেশিং অদু চহিচা কযাগী মমাংদা মুণিশিংনা পুথোকপিবম্বনি।

পুনাগী মীযামশিং অদু বাবাগা দর্শন ফংজবা অমসুং অমৃতগী মশক ওইববা পাওজেল তানা ফংজবদুদা বাবানা আশীর্ব্বাদ পিবিববনি হাযনা খনখি। মহাক্না হাযদববাদ চৎপগী লম্বিদা, শোলাপুবদা পনখি, মফম অদুদা মহাক্না মীযামদা মশা-মশাদা যাওর্জাববা নুংগি শক্তিশিং অদু থিজিন্নবা অমসুং মদু চাউখৎহন্নবা তম্নবা হাযখি। "নশাদা অমুক্ কাযহনবা ঙম্লবোইদবা থাজবা পোকহল্লু, নশানা কুইনা নুংঙাইনা অমসুং মতম্ শাংনা হিংবা ঙম্নবগী শক্তিদা থাজৌ, মীঙোন্দা মতেং পাংবা ঙম্নবগী নশাদা লৈবিবা শক্তিদা থাজৌ" মহাক্না হাযখি। হাযদববাদতসু মাগী পাওজেল্ অদু ব্রাখল শেবান্নববশিংদা অমদি পল্লেপফম লৈত্রবশিংদা কান্নববা হিদাক ওইখি। *"ব্রাখল্ নুংঙাইযু, অদুগা নশা খিঙেউ। ঈশ্বরদা থাজবা তমউ, ধর্মলৈবগা তিন্নৌ, থকশি খাসি লৈযু অমসুং মীগী সেবা*

*তৌবগী অৱাংবা ৱাখল্ লৈয়ু। ইন্দ্র খুদুম চল্লু; ফত্তবা যেংগনু, ফত্তবা তাগনু. ফত্তবা ৱাখলদা, দৃশ্যদা, বাহৈদা, পাওদা নুংঙাইগনু। চুম্না চৎলু অখোযবা লম্বি চৎকনু। ফত্তবা, কান্নদবা পাগনু নত্রগা ফত্তবা ফিলম্ যেংগনু। তযাং-তশোযবিবা প্রক্রিং অদু ভজন্না, নগব সংকির্তন্না অমদি নামস্মরন্না নিযম নাযহল্লু"* বাবানা পিখিবা যাথংনি। জুনগী তাং ১০ দা বাবানা প্রশান্তি নিলযমদা হল্লকখি।

মসিগী পন্দুপ অসি চার্লস পেন্ন-গী চিঠিদগী বাফম মতেক অমতং পল্লগা নিংথিনা লোযশিনবা যাবে, মহাক্লা চিঠি অদ বাবাগা হকথেংননা উনজববা মতুংদা আমেরিকা যৌবগা ইনকর্পানি, ধর্মক্ষেত্রদা অমদি বোম্বেদা ফমখিবা পৃথিবীগী ওইবা মিযম অদুদা হকথেংননা থংখিবা থৌদোক্লা নাগী থাজবা অমসুং ভক্তিদা হেন্না মপুং ফাহল্লদুনা, খোইদোক্লা অশংননা বাবা অসি মীওইবগী শকলোন্দা লাক্লবা ঈশ্বর অদানা হাযনা খঙহনখিবা অদুনা হেন্না মপুং ফাহল্লদুনা আমেরিকাদা যৌনবা মতুংদা হবকখিবা চিঠিনি।

বাবানা মাগী আমেরিকাগা লৈফমদা মমা দা উহনখি অমসুং হাযখি, "নঙনা চার্লস, বোম্বেদা নিংতম্বু থিবিবা মীওই লিশিং কযা উখি, ঐবু হাযফেত্তং উনবা হোৎনাখিবা মযাম্। মশিং অসিদি সমুদ্রদা ঈশিং মথিক অমা তাবগুম্বনি, অশিবগী বাংমদা লৈবিবা মশক উঙমদ্রবা মশিং লাকঙমদ্রবা আত্মা মযাম অমনা ঐবু ফংজনবা হোৎনবিবা অদুগা চাংদম্নববাদ মাসগী মশিং অসিদি সমুদ্রদা ঈশিং মথিক অমা তাবগুম্বনি। পুম্নমক্তা ঐগী মঙাল অমসুং নুংশিবা পী, খুদিংমকপ্ মাঙসোমদা অবান্ খুভম ফংনবা মাযকৈদা মতেঙ পাঙই।

"মশানা ঐগী ইনাক্তা লাকখিবশিংনা মবাইবক্ ফবদগী থাক অদু যৌখবে, মখোযনা অশেংবা অদু উবা হেক হৌবকপদা। ঐবু উজগে হাযনা কৌজবা কাংবু অদুসু মখোযগী লাইনিং অদু পাওখুম পিখবে; খুদিংমক্তা দর্শনগীদমক খুদোংচাবা খুদিংমক পি, মবমদি মখোয ফংবদা যাবা ঙাক্তনি অমসুং ঐগী নুংশিবা ফংজে।

"অদু ওইববদি, চার্লস্, ঐবু ফিভম অসিদা উবা শুকফং ফংলবোইদবসু লৈবি। মখোয অদুসু চপ্ মান্ননা মকর্পাক মতেংনা, লাইবিক্কি মতেংনা, নত্রগা ফোটোগী মতেংনা ঐগী ইনাক্তা যৌবক্লে। মখোয খুদিংমক্তা, মখোযনা তশেংনা পাম্লবদি, ঐনা নুংদা ঐগী দর্শন পি। মখোয অসিসু ঐনা চপ চানা নুংশি মবমদি

মখোয মশানা মশাবু উজবা হৌখ্রবনি, মখোযগী হকচাংগী ৱাংমদা লৈখ্রবা জিব ওইনা, ঈশ্বরগী আত্মা ওইনা। মসি মশা খণ্ডজনবগী অশেংবা খুমাং চাউশিনবনি। নিংতম্বা অমসুং শান্তি হাযনসি মখোযগী ওইবা যাই, মখোযনা ধ্যানগী মতমদা ঈশ্বরবু নুংশিবর্বদি। মমিং মযাম অমনা কৌনবিবা, শক্তম মযাম অমনা ওইবিবা অমখক্তু ঐবুনি হাযনা নিংজবিবা পুন্নমক্ শান্তি ফংগনি।



## সাই রাম

*"ঐ মহিমা ঐহাক্না হাযনিংই মদুদি ঙৌংবা অবতারশিংনা 'হংলকৈভদা মখোয ঈশ্বরনি খণ্ডখিবসি নুপাশংনি। মপুবোইববু ঈশ্বরগী লম্বীদা লমজিংলিবসি মখোযনি। মীওইবনা ঈশ্বরদা ভাক্ত প্রেম লৈবিবা অসি নুপাশিংনানি। নুপীশিং নত্রগাদ নুপা খবা খজিক্তমক ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবমগনি।"*

বাবা

*"ঐ লোকনাথ, আনন্তনাথ, শ্রীনাথান। গজেন্দ্রবু কনবিবা, অঙাং ওইরিবা ধ্রুববু থৌজানবিবা, লাইববা কুচেলাবু (সুদামা) চানবিখিবা, হিংচাবা নিংথৌ হিবনযা কসিপুগী মচা প্রহলাদকী মবুংঙো ঈশ্বর অদু ঐহাক্নি।"*

বাবা

# মিকপ্ থোক্লক্লিবা মহাদেশঃ
## (The Awakening continent)

"বেদ-দা ইবম্বগী মতুংইন্না পৃথিবীগী মীওই পুম্নমক্পু ঐগী বিশ্ব-প্রেম্না যাম্না নুংশিনা যোকপি-কোনবীনবা বাবেপ্ লৌবে। মবমদি জগৎ অসি ঐগী যুর্মান অদুগা মহাদেশশিং অসিনা মসিগী মনুংদা লৈবা হোলশিংনি। ঐনা মীওইবগী ইতিহাসতা ওইদবনা, মার্যথিবনা, অচুম্বনা, মাযপাকপনা অমসুং ধর্মনা লৈঙাক্কদবা সনাগী তাঙ্কক্ অমতং ইনবা লাকপনি। মতম অদুদা লমচৎচুম্বনা শক্তি পিগদবা, লৌশিংনা নত্রগা অনৌ-অনৌবা পুথোকপগী লৌশিংনা নত্রগা লন্ লৈবনা শক্তি লৈবা যাবোইদবা। জাতি পুম্নমক্কি মীফর্মশিংদা জ্ঞানি শিংতনা সিংহাসন্দা ফমগনি।

"লাম্না চৎখিগনু। ঐগী অঙকপা শক্তি উৎপনা মীযাম্বু জ্ঞান মাঙহনবা অদু ঐগী পান্দম নত্তে। আশীর্ব্বাদ ফংবগী নুংঙাইজবা অদু পিনবা লাকপনি, চাংজৌ নাযদনা নুংঙাইবা ফংহন্নবা লাকপনি, মদু তশেং-তশেংনা আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং চঙশিনবগী ফল ওইনা ফংজগদবনি অমসুং মীওইবা জাতিবু মনিং তমহন্নবা, মঙাল ফাওহন্নবা হাযবদি জ্ঞান তাহন্নবা অমদি নুংশিবা প্রেম্ ফাওহন্নবনি ঐনা লার্কলিবসি।"

মথক্কি ব্রাহৈশিং অসিগা লোযননা মহাক কনানো হাযবদু শক তাকখিবগা লোযননা অমদি মহাক্না পথিবী অসিদা লাক্লিবগী পান্দম খঙহনবগা লোযননা মীফম অদু লোর্যশিনখি, মদুদা মবাইবক্ ফববা দিলিগেৎ ১৭০০ অদু মদু তাবদা মশাদু হবাও নুংঙাইবনা থুমহৎখি।

জুন্‌গী অবোইবা নুমিত্তা, বাবানা লাউথোকখিবা অদুগী নুমিৎ ৫০ নি শুফাত্রিঙৈদা বাবানা নোংপোক আফ্রিকাগীদমক্ বোম্বেদগী বোইং-প্লেন্ তোংখি।

ভাবতকী ব্রাংমদা চৎপসি মসিনা অহানবনি হাযবদি মানা হান্না লাউথোকখিবগী মতুংইন্না লোযনবা কাংবু অমগা মশা হকথেংননা চৎপসি হন্দক্কিসিনা অহানবনি।

মহাদেশ অমগী মনুংদা মনিংতম্বদা ঙাইহিবিবা, হাযবদি মম্লম্বদগী নোংঙান্থোবকপদা ঙাইহিবিবা মফম অমদনি মহাক্লা চৎলিবসি। মহাক্লা থৌনা অমসুং পুক্লিং ফাজিনবা ; থম্মোয পুম্নমমক্ পূনশিলহনবা, অমসুং নুংশিবা প্রেমগী ঈচেল অদু থুজিলহন্নবা চৎপনি। অপাম্না, হৈনিংবনা কৌববা মফমদা বাবানা মতম পুম্বদা চেনসিল্লি, নত্রগা লাঙ্তক্লবনা শ্বব ফুল্লবা মফমদা চেনশিল্লি।

বোম্বেগী প্রজাশিংনা চাউববা মীযামগী মিটিং অমা ধর্মক্ষেত্রদা পাঙ্থোক্লুনা জুনগী তাং ২৯ দা বিদায পিখি। মতুংদা, এবোপ্লেন্ তাফমদা, মীযাম শুপ্পা, মী লিসিং লিসিংনা শম্বলগী পবিংদা, মনুংদা,মশা মশাগী অবোইবা শক্তিন্দা এবোপ্লেন ডেক পাযখৎপা ফাওবদা তনাও-নুংঙাইবা ফোঙ্দোকখি।

পুং অমদা মাইল ৫৯০ গী চাংদা, ফুট লিসিং ৩৫ শাংনা পাইরিবিবা প্লেন্ মনুং অদুদা তোংলিবা মী ওইশিংদা (অযাম্বনা বাবা চৎপদদা থ ওইনা চৎপসু যাওবি) থৌশালগী খুদম পিদুনা, খুদম ওইনা, লাইবিক্তা ইবিদনা, ফোটোগ্রাফতা ইদুনা নত্রগা বিভূতি পিবিদুনা নত্রগা লন্নায হৎলকপা বাহং কযাগী পাওখুম্ পিনিদুনা মথৌ চিল্লমই।

চৎমিন্নবা কাংবুদা যাওবা লোস-এঞ্জেলেসকী বোব্ বেমবনা বাবাগী মখোঙ্ অনিনা মমাঙ্দা লৈবা অহাঙ্বা যমফম অদুগী তুংদা হাযথবকপা শকক অদুদা মখোঙ অনিনা কন্না নেৎশিনবদু উখি : মহাক্লা খুদোংচাবদু নানথোকহল্লখিদে ; মহাক্লা ফোটো অনিবক নমহৌখি অদুগা বাবাগী খুযা-থম্বালগী ফোটো অনি ফংখি ; মদু মীওই লাক্ষ কযানা পূজা তৌনবি। মদুদা বাবানা মাগী ফমফমগ তুংগী নাকন্দা যাওবা খাওদগী কার্দ অমা লৌথোকখি অদুগা যাম্না নুংশিবা ব্রাহৈ খব ইখি অদুগা থাখি, "বোব্ বোইং ৭০৭"। বোবনা মদু যাজবগা লোযননা কার্দ অমদা পাওখুম্ পিবকখি ; "অতিযা অসি সংবান্নে, সমুদ্রসু সংবান্নে; ঐখোযগী অনিংবদু অচুম্বা ওইবক্লে, ঐখোয নহাক্কা লোযননা পাইবি"।

তশেংবদি, অতিযা অসি মতম পুম্মমক্তা শংবান্নবদি নওে। ভাবতলোমদা যাম্না তপ্পা চৎলিবা মোনশুনগী নোং মপৈশিং অদুনা (অযাম্বদা মসি ব্রাঙবনি)।

# সত্যম্ সিবম সুন্দবম্

সমুদ্রনা অতিযা অসি নুংশেলদৌনা যেংর্বান; কবিগুম্বা মতমদা অঙৌবা ঈথক মচা মানবা জগু-জগুবা কযা মসিগী মমাযদা লৈবা উই। কনাগুম্বা অমনা অহাঙ্বা মথক অসিদা লৈতেম্ মান্নবা অমা যান্দুনা লৈবগুম উই অদুগা মখাদা লৈবা সমুদ্র অমসুং কংফাল আসব্না মশক্ উদবা খুৎ অমনা চিংথোকখিবদৌনা উই। যাম্না থুনা, অবাংবা তনিক ওনিকপা চাংদুম অমসুং নুংজা ও অমদি অশংবা মপাক মপাক্ কথা মিৎনা হেক উবা ঙম্বাফাওবা সন্দোক্লা উবকই। মদুবু পাববা লৈচিন্না যাম্না থুনা লৈমায আস খুমজিনখি। মাউন্ত কেন্যা যৌবে হাযনা লাউথোববর্কাখ। ঐখোযনা মাগী সংবন্নবা মতোন অতুম্না অদুতা উখি, ভৌকননবা সমুদ্র অদুগী মথক্তা।

মিকুপ অমগা মনুংদা মদুগী সমুদ্র অদু ঐখোযগী ইথক্তা লৈবমই। ঐখোযগী মখাদনা, নুংশাগী মঙাল্ থঙোবকপা, অঙাংবা অমসু, বাউথাংনবা মচুগী মবোল মবোল নায়বা যুমথক হায়র্বাদ নাযশোন সহব লৈবমই। ঘবি অচৌবা অদুনদি পুং ১২ তাগদবা মিনিট মনি থক্তা চাইবমই অদুগা এখোয হশাদা শিবিবা ঘবি অদুদাদি নুংখিলগী পুং ২ গা মিনিট ৪৫ তাবমই।

বাবাব্ খোঙজিন্দা ওকলমই – "নন্দলালা! যদু নন্দলালা!" খৌবাংলব থম্মোয লিসিং কযাগী চিনবান্দগী মতম অমতদা, মখোযনা হেক উবা যাবা মযম পুন্নমক্তা লেপলম্বা মযাম অদুদগী। চৎমনর্বিবা ঐখোগগী কাংবু অদুগা কান্তবযাওদুনা ভৌযম থোকপা, ফোবম্ মেনশিনবা, মখোযনা চুমলে হাযবাস চাদুম নম্বা, শোই ভৌবনাচিংবা তৌবিহৈদা, লৈ খক্তনা নীংথিনা লেতেংলবা কাব অমদা দাক্তব সি. ডি পতেলনা বাবাব ওকপগী ভজন শক্লিবা মযাম অদুদা পুশিনখি।

"মদু মিৎ অমসুং নাকোংগী নুংঙাইববা কুম্মে ওইবমই দশ্য অদু লৈ মযাম অমনা নোংচুবলম খিকথবমই, অদুগা থাংমেগী মঙালনা ঈথক ঈপোম হৌহল্লমই, মখোযনা যাম্না নুংশিনা অমদি থম্মোয মনুংদগী হাযবদি যাম্না থরাউ যাওনা ঈশৈ শকপা মতমদা," বাবানা গাযখি। "জযদেব অমসুং গৌবাঙ্গনা ঈশ্বরগী মাতিক মগুন শর্কখিবা মতম অদু ঐচোন্দা নিংশিংহাল্লি" বাবানা ইখি।

আফ্রিকাগী হিবা মনিমুক্তানি হাযনবিবা উগান্দা সহবগী কোনুং কমপালাদা ঐখোয চৎপা তাখি। লম্বী অদু মাইল্ ৪০৭ শাংই। ফজখ্রবা দৃশ্য কযানা মাইল কযা শাংনা শাংনা লৈতেংবা, চুমদ্রিং চুম্বা লম্বি অদুদা কার্বাশংদু যাঙনা থৌবমই।

কেন্যা সহৱগী বাখললোন্দি (মদু ঐখোযনা নুমিৎ তাদ্রিফাওবা ফাওদুনা চৎলমই।) 'মবাম্বী' নি: হাযবদি "ঐখোয পুনসিনসি," অদুগা মসিগী বাখল্লোনসি ঐখোযনা চৎলিবা লমশাং পবেং অদুদা উই— গেহুগী লব ক্তা, শা-ষণ যোকফমদা লম্বাগা নাকন্দা খুঞ্জাশিং পুল্লপ পুল্লপ যাম্না মথৱাই নুংঙাইনা, মথৌনা লৈনা, মশা খিঙনা। মখোযনা মথূত্তা উশা চবুন চবুন পাযদুনা বাংনা থাঙ্গৎলগা কন্না নিক্কুনা, নোমদুনা নুংঙাইনা ভগোই শাই।

লম্ শাংনা চৎলকপগা বাবকপা, হৈনিংলক্তবা ব্রাখল অদ খবগা মথৌদি উ পবেং মব ক্তা ফাওদুনা চৎপদুনা হন্থহল্লমই। উশিং অদগী নিংথিনা শাংবা অমসুং নংশিংকি অইংব অদুন ঐখোযনা বাংনা সুম কাখৎলিবমখে ঐখোযবু নু ঙাইহল্লমই। মফম আসদা চহি চুপ্পদা তাবিবা নোং অদুনা ঙংদুনা চেন্থবিবা ৩বেল কযাগী অমদি এগাৎ এগাৎ তেকপা ঈশংগী পাৎ কযাগী মমা ৩ইহল্লি।

এহাক্লা মাহসোবগী কলেজদা এনথ্রোপোলোজি তম্বিবা মতমদা পাখবা যাম্না শাংতক তৌবা অতোঙবা লৈতেম মান্নবা মফম অমা হাযফেত্তুং উখি। ঐখোযগী মখাদা খৃঃ ২০১০ লাপ্পা যাম্না ঙম্বা গোর্ব্বান ৬বমই। এখোযনা গোদা পাৎ, নাকব পাৎ অমসুং নাকুক সহব উখি। মফম অদুদা লাঙতক্লবা আফ্রিকা মচা অমসু নানত মচা ফনা যাম্না ডাইদুনা লৈবমই, মখোযব দর্শন পীনাবিখি। পাবানা মখোযগী মনক্তা চৎলমই অমসুং মখোযগী মব ক্তা বিভুতি দবকাব লৈবা মীংই খব যাতনম্বদগা মহাক্লা মখোযগীদম ক্তা বিভূতি পুথোকপিদুনা পীবিখি।

উগান্দাগী মতাযদা লৈবা মালাবাদগীদি যাম্না নিংথজববা লমজিংবা কাব শমনা বাবাগী মাঙদা চৎখি, মদু লৈবাক অদুগী মকোক্লা বাবাবু ব্যবহাব তৌবগী খুদাগ্ন। ভিক্টোরিযা পাৎকি গভনুদগী নাইল্ ভুবেলনা খোৰাক্লবা জিনজা যৌনবা কাবাশংদু থৌগি অমসুং মাগী মাইল্ ৩৫০০ শাংলবা শেংলবা পম্নগী খোঙচৎ অদু বাশক্ ডাক্লবা অবাংপাংনা অঙম্বা চীং, ৩ম্ কযা ফাওদুনা ভুমেধ সাগব (Mediterranean Sea) যৌনবা চেন্থবি।

যাম্না হবাও তযাম্লবা মাযথোংনা লৈতেংলবা মাযাম্ অমনা ঙাইদুনা লৈবম্লবা কমপালা সহবদা অযুক্ পুং ১.৩০ তার্থাত্রিঙৈদা থুংখি। অদুবু, বাবাসিদি পুংতোপ্ তোপ্পা মীতা অর্মনি। নুং ঙাইবনা মথুম মবাং হৌববা মযাম অদুনা বাবাবু

ওকপগী ফিবালশিং অদুনা লম্বী অদু ফৈনা-ফৈনা থৎলমই ; গজ খব খবতমক্ লাপ্পনা বাবানা চৎলিবা লম্বি অদুদা লৈখক্তনা শাবা অকোনবা কালোক্ ১০৮ না লৈতেংলমই অমসুং মদু ইলেক্ট্রিক্কি থাংমৈ মঙালনা যাম্না নিংথিহল্লমই। দাক্তব পতেলগী যুমগী মপান্দা মীওই লিসিং অনিনা যাম্না মথৱাই নুংঙাইনা, খৌবাংলিবা দর্শন্ অদু পিবিবমগনি হাযবা আশাগা লোযননা ভজন্ শক্লমই। বাবানা মখোয অদুবু নিঙ্বা কাযহনখিদে। বাবানা কাবদগী কুমথবগা যাম্না তপ্না মখোযগী মবক্তা কোযনা কোযনা যেংদুনা, মথবাই যাম্না হবাওহন্না চৎলমই। মখোযনা বাবাবোমদা চেনশিন্নদনা, মশা মশাগী ফমফমদা লেঙ্দনা লৈবগা উৎখিবা সনমান অদু যাম্না ফিদমনিংঙাই ওইবা শাজৎনি।

মদুগী অহিং অদুদা কমপালাগী মীযাম অদনা নোং থুনা চালহন্নিংবগী শান্থিবা অৱাবা মৈচাক অদু মখোযগী পাম্সদা অমুক্তা অদুম্না লৈখিদ্রে। মবমদি সহ্নগী মীওই পুম্নমক্না বাবা থংলখ্রে হাযবসি খঙ্খিবমই অমসুং নুমিৎ তেক খোবকপগা মখোযদা দর্শন্ পিবিগনি খঙ্বর্নানি। নোংঙাল্লগা বাবাদ চত্নোনা যোবকখি, অমুক্তা মমাংঙৈদা অদুম্না যাম্না তিনখিদ্রিবা মীযাম অদুগা মাযোক্নানা লেপলমই। শম্বল পবেং পবেং খাবিবা অদুগী মবক্তা শেম্লিবা চৎফম অদুদা যাম্না লেম্না, নুংশনা, মীপুম খুদিংমক্তা মাগী অথোইবা নুংশিবা প্রেম অদু পিবিদুনা চৎলমই।

মহাক্না অৱাবা মাযথোং অমা হেক উবগা নত্রগা অবাবা তেংথাখোল্ অমা হেক তাবগা, মহাক্না মিকুপ অমা লেপ্পমই, যাম্না লেম্না মখুৎ ওৎখি অদুগা মী অদুগীদমক লাইগী হিদাক হাযবদি বিভূতি শোম্বিবমই। পৃল্লীবা মাযামদুগী আ মতাযদা লেপলিবা আফ্রিকা মচাশিং অদুগী মনাক্তা মহাক্না চৎলমই। মহাক্না মযাম অমা মখুৎ পাযদুনা উকমদা নিংথিনা ফমদুনা মযাম পুন্না শাক্লিবা ভজন অদু তাজনবা পৃশিনবিবর্কখি। ঐখোযনা ফাওখি মদুদি মদুদা তিল্লিবা ভক্ত মযামদু বাবাদা সমুদ্র লান্না লার্কপিদুনা মখোযদা পুন্সি হাপ্লিবনবা অমদি নুংঙাইহনবিবনবা হাযজবম্বা কাংবু অদুনি।

"ঐহাক্ লম্ যেংবগী দবকাব লৈতে। ঐহাক্ মফম খুদিংদা, মতম পুম্নমক্তা লৈ।" বাবানা ঐখোযদা হার্যবিখি। "নখোযনা কোযনা খৌবা যাই। ঐগী থবক লৈ, থবক্ অদুগীদমক্তান ঐনা লাক্লিবসি।" অদুবু দাক্তব পতেল্না হিন্দু-মন্দিব,

বহাইগী লাই খুরুমফম্ অমসুং তেলেভিজন য়ুম্বি লৈরিবা চীং য়েংবীনবা কন্না হায়জরমই। মখাদা থৌদরকপা মতমদা, মোতোর সাইকলদা ঙাক-শেনবা ওইনা চৎলিবা ফুট ৬ ৱাংবা পুলিস কনস্তেবল অদু মনাক্তা কৌশিনখি অদুগা মঙক্তা শিনবা খ্রাইস য়াওবা য়াম্না ফজরবা লিক্ অমা মাগীদমক্ খুদক্তা শেন্নগা পিখি। নুপা অদু খ্রিসতিয়ান্ ধর্ম চৎলি হায়বসি বাবানা খঙ্খি।

বাবানা লাক্লিবসি মীওইবনা ঈশ্বরদা থাজবা অদু মপুং ফাহন্নবনি, মদুবু মাঙ্হন্নবা নত্রগা য়ৈখায়নবা লাকপা নত্তে। মহাক্কি নুংশিবা- প্রেমদি শম্বল্ লৈতে, সিমানা লৈতে, নিতি অনিগী মরক্তা খায়দোক্লবা ফক্লাং লৈতে। ভজন্ শক্লিঙৈদা মহাক্লা অনাবা, ঙমদ্রবা, মনা-পঙ্বা, মরোল থোক্তবা, মমিৎ উদবা, মখোঙ শোয়নাইরবা ময়ামদু খন্দোক্তুনা মানা লৈরিবা বঙ্গলোদুদা পুখিরমই অদুগা খুদিংমক্তা য়াম্না নুংশি-নুংঙোন্না অমদি থোৎ-নৌনা ৱারি শাখি। মহাক্লা স্বাহিলি, ইংলিস নত্রগা হিন্দি লোনদা ৱা ঙাঙখি অমসুং খুদিংমক্তা থৌজাল্ খুদম খর-খব পিখি, হায়বদি শেংলবা উৎ, লিক্, অদুগা মাগী নত্রগা খ্রাইসকি মুর্ত্তি য়াওবা নত্রগা শক্তি য়াওবা তকমান্গুম্বা পিখি। কা অদুদগী থোরকখিবা মীপুম খুদিংমক্ মোমোন্ মিনোক্, মথৱাই নুংঙাইবগী মিৎয়েং, মথম্মোয় হরাওবগী ফিভম অমসুং হেন্না চেৎশিন্না থৱাই য়াওশিন্নিংবগী মতৌগা লোয়ননা থোরকখি।

মপুন্সিগী মনা তাদ্রবা, পুমপং পঙ্খ্রবা নুপা অমা থোরকপা মতমদা পুমঙ্ক ঙকখি, মরমদি মহাক মনা ফজনা তাবা ঙমজখ্রে। পোলিয়োনা নারবা অঙাং অমা খুদক্তা ফখিবদগী মপান্দা চেন-চোংদুনা শান্নখি ; আশাগী কা অদুদা মখোঙ্ পানবা চৌকিদা ইন্দুনা পুশিনখিবা অনাবা অমা চৌকি অদু অহাঙ্বা ওইনা মী অমনা ইন্দুনা পুথোরকখি, অদুগা মখুৎনা লোয়নবদুগী মরেংবান্দা শৌরগা অনাবা অদুনা মখোঙ্না থোরকখি।

জুলাযগী তাং অহুমদুদি কাওবা য়াররোইদবা নুমিৎ অমা ওইখি। অহানবদা ঙোরোঙ্গোরো মৈগী চীংদা হৱাই-জহাজনা চৎপা খুৎচত্তুনি। মফম অদু আফ্রিকাগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না লমলক্কি শা লৈবা মফম্নি। অন্তরজাতিগী এরোপ্লেন্ তাফম্ ENTEBBE ফাওবা কারনা চৎখি, অদুগা অয়ুক্ পুং ৯ দা ইঞ্জিন্ অনি পানবা হৱাই জহাজ অমা তোংখি ; অদুগী মনুংদা বাবাদা চপচানা থাজবা লৈজবা ঐখোয়

অহুম অর্মদি, খোঙ্চৎ অদুদা যাম্নদি যাওনিংলগা যাওবদি ফংখিদ্রবা মকপ্শিংনা হায়বকপা অদুগুম্না লমলক্কি শানা পিক থন্না লৈববা জঙ্গল অমগী মথক্তা ইঞ্জিন্ অমতা পানবা প্লেন্দা তোংবা হায়বসি যাম্না খুদোংথিনিংঙাইনি হায়না ফোঙদোবকাখিবা চেকশিন বাহৈশিং অদুনা পোকহনখিবা অকিবগী রাখল্ পুম্নমক্ত থৌশাখিদে।

ঐখোয়না অদুগুম্বা মপাঙ্গল থোয়না কন্দ্রবা অচৌবা গাবি (Super-Wagon) অদুদা বানাগী তুং ইনজবমই। গাবি অদু গ্রহল্ ওইববা ব্রিটিস মচা অমনা শৌখি, মহাক্না মতম খুদিংমক্তা কবিও তৌবোই হায়না থাজবা পিখি। ঐখোয়না পুং অমা মখায়বোম পাকচাউখ্রবা ভিক্তোরিয়া পার্কক তব তববা ঈশিং মথক্তদা পাইবমই, হয়রিবা পাং অসি নাইল্ তবেলনা কংহল্লগে হায়বগী মওগুম্ অরেম্নদা চিংথোকপা লাক্লবি। ঐখোয়গী গাবি অদুনা যাম্না তপ্না Serengeti National Park মথক্তা পাইবা মতমদা তোখান তোঙানবা লমলক্কি শা না কয়া উবা ঙমখি। মৈগী চাং মচিন অদু চাউখ্রবা কোবোক কোয়শিনবা নৈতেম মান্নবা মফম অমান, মাইল ১২৭ হেনবনা মবাক-মযং ওইবা, লমলক্কি শা কয়ানা চৎজফম পিবিবা নাপি, মোংশোং অমসুং জঙ্গলনা পিক থনবা মফম্ন। মসিগী অংকপগী মশক ওইবনা (fantastic) ঙগা অসিদা Masai-Manyatta থবিগী যাম্না অনোযবা শাগা মখল আসসু ফংই।

(প্লেন্ অদুদা শ্রী কর্স্তবিনা শিজিন্নববা বাহে, minitrail super wagon, & our vehicle হায়বসি যেংশিনবিগনি, যাম্না নুংঙাইবা ফাগগী মওংনি)।

প্লেন পায়খৎপম লম্নি অদুদগী মৈগী চীংগী লমপাক মনুংদা লৌনিবা মী লৈফম-থুংফম অদু ফাওবা গাবি শৌজিনখিবদা লমলক্কি শাম্ মযাম অমনা পাক্লবা মনা অদু যাম্না লেম্না থমদুনা অর্মদি অর্যাক্কি পুং ১২ গী মমাংগী নুংশা মঙালনা যৈবদা তনিক তানক্লবা অঙৌবা মযা পবেং থিন্দোক্লবা শাম্ মযাম অমনা ঐখোয়বু ওর্কপিখি। লেন্দবোভর (টাটা মচাগুম্না নত্রগা জিপ্ অচৌবগুম্না গাবি) অমদা তোংলগা অথেনবা ঈশিংদা লৈওন্দুনা শান্নবিবা লমলক্কি ইবোই, জেব্রানচিংবা শা কয়ানা পিক্ থন্না লৈবা মফমদা ঐখোয়বু পুবমই। যাম্না থুনা ঐখোয় নোংশাগী চাকতাফম অমদা চঙ্লমই। থোইদোক্না তেক-কায়বরোইদবা মফম অমদা কাব

অদু খামলগা যেংবদা তোংতক্ তৌবা মফম অমদা মশা যাম্না লুমলবা নোংশা লাবা অমনা হকাম্ চনবদু যাম্না যেংবা নুংঙাইখি অমসুং যাম্না নোযববী নোংশা অমোম্ অনিনা নাপি মবক্তা নুংথিলগী ঙাইহাক্ তুম্লিঙৈদা গাবিনা তক্লিং তকমাং তৌখিবগী মওংদু যেংবদা যাম্না নুংঙাইখি (admired)। অসিগুম্বা কাংলুপ্ কাংলুপশিংসি মথং-মথং যাম্না উবকখি, অমসুং মখোয মশানা ঐখোযবু যাম্না নুংশিহল্লকখি। ঐখোযনা ইশাদা ফাওখি মদুদি বাবানা মফম অদুদা লাকখিবদু মখোযবু আশীর্ব্বাদ পিনবনি। কদোমদগী লাকখিবনো হাযবা খঙহৌদবমখে লাক্লগা, যাম্না ইনাক্খুনবা নোংশা অমোম অমনা তৌগংলগা যাম্না চীংলেম্না, মতু চনোল চনোলদা, যাম্না হাঙণদবা মানবা জিনাম (শগোল্ মাননা শা) শঙ্গু অমগী মাংগে ওম্না চংশিখি। অসিগুম্বা খুদোংথিবা অমা থোক্লদৌরে হাযবসি চুচোংশিংনা মতুক শাংনা মবুং মৌপ্পাশিং অদুদা পাও পখি। অমসুং মখোযনা অগুন মথং ইবোইশি, জেব্রাশিং, শঙ্গাইশিংদা ওমুক্ পাওদ পিখিদুনা মমিং মনা শিংহনাখ। মিকুপ খবগী মনংদা মখোয নাপ্পা চেংথাকখি। অমসুং যাম্না চাং লেম্লবী নুপী অদু অহাংবা নাংশিং অদদা হাকাথ খন্দনা লেপতনা লৌখ।

অসিগুম্বা, জাবাশিংগী মবঙন অমগা অমগা তেংনাংনবিবা সেবা অদু খর্দাগ্লবা বাবানা ঐখোযগা পুক্লিং চিংশিনখি। মহাক্লা হাযখি মাওইবদি অমগা অমগা হিদানবদা অমাদি হিংনবগা লানকমদা পুক্লিং শৌগৎনদুনা লৈবে, মদুনা শাশিং আসনা মাওইবদ। তেংনাংনবা অমসুং সেবানা হিংনবগী পুক্সিদা যাম্না ওমজানিংঙাই ওহবা লম্প্লিনি হাযবদু পবা ওম্বিবি।

নুংথিল্ পুং মবিদা মৈগী চাং মাচন অসিদগী পাইখৎখি অমসুং নাভ্রোন পাৎ (Nation Lake) যৌবমদাইদা শেমখিবা কুইদ্রিবা, মৈগী লাইদা পুং থাবগুম মনিল কাবিবা, মৈগী চাং অমগা মথক্তা যাম্না খুদোংথিনা প্লেন্ অদু পাইখি। ঐখোযগী গাবি মচাদো (mini-wagon) Nairobi National Park মথক্তা Embakasi প্লেন তাযমদা তাদ্রিঙৈদা ঙাইহাক্তং কোযনা পাইদুনা লৈখি; মদুনা শগোলগুম্বা মবাং-মনাংবা শাশিং অমসুং পাইবদি ওমদনা মখোঙনা যাম্না যাঙনা চেনবা ঙম্বা উচেক অচৌবশিং লৌবদু হাযফেত্তং উবা ফংখি।

# সত্যম্ সিবম্ সুন্দবম

বাবাগী কাব অদু আফ্রিকাদা অহানবা ওইনা মীযামগী মিটিং তৌগদৌবিবা লমহাং অদু যৌনবা চৎলিবা মীনা কক্-কক্ ইন্নববা লম্বি অদুদা ষণ-শাদুনা চৎপদৌনা যাম্না তপ্না ফাওদুনা চৎলমই। মিটিং অদু তানবা চেনশিন্নবকখিবা মওং অদু Kenya গী ইতিহাসতা মদুগা মান্নবা থৌদোক্ লৈখিদ্রি, মবমদি, ঙসি ফাওবদা মীবৈবাক্তগী লাকখিবা মীওই অমত্তনা অসুম্না পুন্নমক্না যাবা মওংগী বাঙাং অসি ঙাঙখিবা লৈত্রি। ধর্ম অমখক্তবু যাজবা মীওইশিং, নত্রগা ধর্ম পুন্নমকপু যাবা মীওইশিং, ঈশ্বব যাদবা কাংবুশিং, সাধকশিং, বিজ্ঞানিকশিং, ঈশ্ববগী লম্বি থিবিবশিং, নুপা, নুপী, অসুম্না পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা শিনফমদগী লাকখিবা মীওই পুন্নমক তিনখি, মহাকপু ঊনাংবনা অমসুং মান্না ঙাংবা তানিংবনা মশা অদু মবেং মবেং চৎপা অদুগা যাবগাদ বাবানা মখোযন্ মচা মনাযনি ওযনা লৌশিনবিবসানু হাযবগী বাখলনা মশা অদ পুমক্তংলনা মীওই কয়া অমা তিনাপ। বাবানা অচুম্বনা চৎ ওইবগা, নুংশিবনা মাথিংপা বিলম্ৰাও ওইলগা মপা নাহক অমমম হগ্ম্যোয খুদিংদা শাগংলি।

মহাক্ষ পাওতজল হদু মীওইনা খুদ মক্ ওংশেংবীদ জাব গুদংনবু, "ঈং, মঙাল অদুগা মবিক অমমাম্ন, ঈশ্ববগী মতিক মগুনগী ঈথক অমমাম্ন" হায়নাবাদ শাফু পিখি। উনাশা অসিগী মখাদা, হকচাং আসগী মনুংদা, পুক্তিদা অমসু লৈ শাংগু ফাজন্দনা থম্লিবা অদুগী মনুংদা কনি লৈবগে হাযবদ লেংনবা পুন্নমক্তা পাওতাব পিখি। "মসিগা শদোং অমসুং শরুপা লৈফমসে, আকবা অমসুং বাখল ফাওথম অসে, চিংনবা অমসুং অপাম্বা পোক্লবা মফমসে, হকচাংসে, মসে অমতা ঙাইববা, অমুক্ খাযদোক খাযদিন যাদ্রবা, পুন্নমক্তা মৈদা, ঈশিংদা, নুংশিৎ গা, মাদা, শা ঙাদা, জীব খুদিংদা, মথবাই পানবা পান্দবা পোৎ খুদিংমক্তা শিনথুংনা লৈবনা ঈশ্বব অদুগা লৈফম্নি।" মসিগী মিৎযেং অসিনা তোঙান তোঙানবা জাতি মবক্তা অমদি তোঙান তোঙানবা লমদম্ মনক্তা ওংশংনা নুংশিননা লৈমিন্নাবগী খ্বাইদগী অকনবা যুমফম অমসুং শুংশোই শোযদ্রবা লম্বিনি হাযবসি বাবানা খঙই।

বাবানা মাগী লৈফমদা হল্লকখি অমসুং মদুগী অকোযবদা লৈবল্লিবা যামখ্রবা মীযাম অদুদা আশীর্ব্বাদ পিবিখি। মতুংদা, মাগা চৎমিন্নবা কাংবুগী মবক্তা থবনা অহানবা ওইনা যেংলিবা তোলভিজন্ অদুগী মমাংদা ফমখি। মদু যেংবগী থৌবম

অদুনা বাবানা মীযামদা মসিনা ফত্তবা কযা পুহল্লকপা যাবগী মবমদা পাওজেল পিনবা মচাক্ ওইখি। বাবানা হায়খি মদুদি মসিনা মীওইববু অবাংবা থাক্তা পুখৎকদবা বাখলশিংবু মচিন্ পঙ্হাল্ল অদুগা অনেম্বা থাক্তা কুমথনবগী বাখলবুনা হেন্না যাওহল্লি। "শিল্লবা কাংবু অদুনা তৌকৰদি চুন্না মা যাম্না তিলহন্নবনি, অদুনা মীগী বাখলগী থাক অসি সুম্ সুম মোৎশিল্লক্লে অদুনা মীযামদা শিক্ষা পীনবা, মমল যাম্লবা খৎলায অসি মীযাম অমা হু চাইশিন্নবা খৃৎলাগ (Televisham-Telepoison) ওইবে." বাবানা হায়খি বাবাদি যাম্না শেংলিবা, অমোৎপা মমি হাদ্রিবা পক্লিংদা ইন্দ্রগী মণ্ডম মবা' হৌহন্না, মী হাৎনিংবা, ক্নিংবা বাখল্ পোকহনবা থিলম, যাগি [illegible] কুম্মৈ এমসং অকি [illegible] পা [illegible] কুম্মাশিংব [illegible] যাদবা মানি।

[illegible] মত্তাগদা [illegible] শা [illegible] মপ [illegible], [illegible] শা [illegible] লৈবা [illegible] বো [illegible] সম্পাসি [illegible] দা [illegible] তানা। [illegible] নুমৎ হদি [illegible] মৌদাংশিং [illegible] মশাল হৌনা [illegible] হৌদ [illegible] National Park [illegible]। [illegible] আসংগুম্না শা [illegible] লৈরমই [illegible] লৈরমই। [illegible] স্কুল অসি লাইহনিব [illegible], অদুগ [illegible], [illegible] অমা [illegible] লৌদুনা লেবদুনা [illegible]। দৃশ্য অদুনা [illegible] পুক্নি [illegible] সদা শাশা, অসিনা [illegible] হন্না [illegible] তাবা হননগী মচাক ওইখি। "ঐখোবদি হশগা মতিক মগুন [illegible] দোক্রবাদিমক ঐখোগী মশেল্ হাত্তোক্লে," মহাক্না হায়খি।

পুখ্রি অদুদগী যৌদোবকপা মতমদা ওন্তোক্না ফজনা মর্ডাক মভু চোম্বা নোংশা লাবা অমি অমসুং লিংথিনা যোর্কপিববী নোংশা অমোম অহুম্না যাম্না তন্না ন শা যাইদুনা লৈবদু উখি। ফোটো কযামকম নশ্বদবু মখোয কনিশু শম্না অমা ফাওবা থৌশাখদে। মদুগী মহুত্তা, মতুংইনবা কযানা কোযশিনবা সিনেমাগা অযাওবা হেবোগুম্ মওক শাংনা তিংথোক্নুনা যাম্না হৌনিং হবাওনা লৈখি। মখোঙ্না যাম্না যাঙনা চেনবা উচেকশিং অমদি যাম্না তাযং-তফিংনা অতোপ্পা মফম অমদা চেনখিবা শগোল্ মানবা শাশিংসু উবকখি।

মীওইবগী ব্রাখলনা লাম্বা ভম্বগী বাংমদা লৈখ্রবা নুংশিখ্রবা মনম্, নঙখ্রবা অমসুং অথুম্বা অমতগী থৌজাল্ ওইবমই।

মথংগী অযুক্তা, নাইবোবিদা হল্লকপগী লম্বিদা বাবানা নান্যাকি অমসুং অতৈ সহব অমসুং খুঙ্গংশিংদা মীযাম্না মহাকপু ঙাইবম্না মফমশিংদা কাবদগী কুমথখি। মহাক্না ঙকখি মদুদি কনানা ঐহাক্ লম্বি অসোমদা হল্লক্লনি হায়না পাও পিখিবনো" ? মহাক্কি থৌজালদগী মখোযনা মথন্তা খঙ্বা ওইবমলগনি ; ঐখোযনা মদুগী মবম অমতং পিবা তাববদি মসিখক্তনি, অতৈ মবম পিনিংঙাই লৈতে। নুমিৎ যুংলমদাইদা বাবা অমসুং অতৈশিংদু ঙাইদুনা লৈবরা প্লেন্দুদা তোংখৎখি অদুগা কেনাগী যাম্না ফাওববা অতোঃবা লৈতেম মান্নবা মথক অমসুং ভিক্টোরিযা পাৎাক মথক্তা লৈবা কিস্মু ইথাংফম লান্না পাইবগা I ai bhe প্লেন তাফম যৌখি।

কম্পালাদা বাবানা লৈর্বাস মাযাম্না আশার্বাদ অমসুং পাওতাক লৌনবদা শিজিন্নখি। অপেতাক তায কম্মিস্নর, শ্রী কে: পি: আব. সিংহ, উগান্দাগী লাম্মিগা মপোক জেনরেল আতাদি আম্মন, ভাকশেল মন্ত্রি, মি: ওনামা. ইন্ফোরমেসন অমসুং ব্রোদকাষ্টিংগী মান্ত্রি, মি. ওজিবা, মনুং থৌবমগী মন্ত্রি, মি: বতবিঙ্গযা, পোলিস ইন্সপেক্তর মি. ওবযেমা অমসুং অতৈ আফ্রিকাগী লুচিংবশিংনা দাক্তর পতেলগী যুমদা বাবাগা উনাখ অমসুং বাবাগা মতিক মগুণগা মবমদা চাউবাকপা খর্বাদ উবা থংজাখ। মহাক্না লৈবৈদুদা লাইওন্স ক্লবকি মেম্বরশিং, রোতারি ক্লবকি মেম্বরশিং, দাক্তর কযা, কাববাব বালা কযা অমসুং অতৈ অতৈ সেবাগী সংস্তান কযাগী মেম্বরশিংদা মহাক্ন বা ঙাঙখি। তিল্লিবা মীওইশিং অদুগী মবক্তগী কনাগুম্বগী যাম্না লন্নায ওইবা বাফম ফাওবদা মানা মহৌশাগী যাম্না লেম্বা, নুংশিবা, থোং নৌবা অমসুং ফাগগী মওং অদু অমতা কাযদনা পাওখুম পিবমই। মিটিং লোযবমদাই খুদিংগী মানা মযামদুগী মবক্তা কোযনা চংলমই অদুগা খুদক্তা শাবা/পুথোকপা এনামেল্না শাবা নত্রণা সনানা শাবা খ্রাইসাক মুর্তি, খ্রিসতিযানশিংগী, গুরু-নানক্কি মদুনা শিখ কাংবুগী, জবাতুস্তবাগী মদুনা পার্শিশিংগী অমসুং মশাগী-মদুনা মহাকপু পামজবশিংগী। মহাক্না যানা নুংশিনা বা ঙাঙখি অদুগা Makrere ইউনিভরসিতিগী ছাত্র কাংবু অমদদি মতম শাংনা বা ঙাঙখি অমসুং মহাক্কা লোযননা ফোটো অমা নমনিংবা মতমদা বাবানা ছাত্রশিং অদুগী মবক্তা লেপখি।

কাংবু-কাংবু উনবা মতমদা মখল কযাগী ব্রাহং হংলকখি, "ঈশ্বব অমতং লৈববদি ঐখোযনা কবিগী মাবু উবা ঙমদ্রিবনো ?"। বাবানা খুমখি ; "নঙনা ঈশ্বব উননিংলিবা কবিগীনো ? নঙ্ ঈশ্ববনি। মহাক নত্তবা পোৎ অমতা লৈতে। ঈশ্বববু অদুম্ হায়না থেংননবা হোৎনৌ"। "ঐখোয কবম্না মতম পুন্নমক্তা নুংঙাইদুনতা লৈবা যাগদগে ?"। বাবানা হাযখি, "মনুংদগী নুংঙাইবা ফংউ। নহাক মতম পুন্নমক্তা লেঙ্দনা লৈববা নুংঙাইবগী ইফুত্কি মশক্ ওইববা আত্মা অদুনি। পুন্নমকপু নুংশিউ ; অদু ওইববদি কনা অমতনা নঙ্বু তুক্কচবা নত্রগা কল্লকপা তৌববোই"। মহাক্লা দাক্তবশিং অদুদা হাযখি, "কল্লকপা হাযবসি ডাক্তবশিং অমসুং উকিলশিংগীদমক্তদি শিনফমগি লাযনানি। অতোপ্পা দাক্তব অমনা অফবা মিংচৎ নত্রগা শেল ফংবদা নহাক্লা নুংঙাইযু ; নহাক্লা দিগ্রিগী সাবটিফিকেত লৌবা মতমদা ঙাঙখিবা ব্রাফমশিংদু ব্যবহাব তৌ"।

তাং ৭ তা বাবানা অহানবা মীযামগী ওইবা মিটিং অমা কমপালাদা পাঙ্থোকখি। অদুগুম্বা জাতি তোঙানবা, ধর্ম তোঙানবা মবক্তুদা মহাক্লা হাযখি, 'হকচাং অমগী মনুংদা চপমান্নবা ঈ অমনা শিনবা থুংনা চেনবগুম্ জগৎ সংসাব পুন্নমকসি ঈশ্বব অমতনা মথৌ তৌহনবনি। হিংনবগীদমক্ চবাংনবিবা মবক অসিদা হেনজিন্না যাওশিল্লনু ; অদুগা নঙগী অকোযবদা লৈবিবা জীব পুন্নমক্তা যাওবিবা ঈশ্বব অদুগা লৈনবা মবী অদু থৌশাদবা তৌগনু। মী অমগা অমগগী মবক্তা লৈবিবা খেন্নবদুদা হকচিন্না লৌগনু, অদুগা পুন্নমক্কা লৈনবিবা মবী অদুদা নহাক্কি মিৎযেং থমউ। জপমালাগী মকশিংদু থোইনা থৌসাকনু, মদুগী মহুত্তা পুন্নমক অদুবু অমতা ওইনা শম্নহল্লিবা লেঙ্দ্রবা লঙ্ মবী অদুদা খল্লু"। মসি মীগী থম্মোযদা থুক লাউহনখিবা পাওজেলনি ; মদুবু যাম্না হৈনিং-হবাওনা মুসলিমশিংনা, খ্রিসতিয়ান্শিংনা, বহাযশিংনা, হিন্দুশিংনা অমসুং পাবসিশিংনা লৌখি, যানিংখি।

তাং ৮ দা কমপালাদা অতোপ্পা অচৌবা মিটিং অমগা তৌখি। মদুদা মহাক্লা হায়খি, "কম্পালা অসিদা ঐনা যাম্না ফববা, পেন্না অমসুং নুংঙাইনা লেনবা পুন্সি অমগী তঙাইফদনা চঙ্বা মচাকশিং অদুতা মকওইনা হাযগে"; মদুগীদমক্তা তঙাইফদনা চঙ্লিবা নিযমশিং হাযবদি ধ্যান-তৌবা অমসুং নুংশিবা হাযবসিগী মবমদা শুগাইনা তাকখি। "নুংশিবা হাযবসি শক্তিনি", নুংশিবা হাযবসি চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবনি ; নুংশিবা হাযবসি অমম্বা কোকহল্লিবা মঙাল অদুনি ; নুংশিবা হাযবসি ঈশ্ববনি," বাবানা হাযখি।

পাওজেলশিং অসিনা আফ্রিকানশিংগী থম্মোয়দা বাবাসি য়াম্না চেংনা পুনশিনখি। মীয়াম পুম্নমক্লা মহাক অসিবু মরুপ অমা ওইনা, লমজিংবা অমা ওইনা, লুচিংবা অমা ওইনা অমসুং মঙাল অমা ওইনা সক খঙম্লে। তাং ১০ দা গুরু পুর্নিমা থোকপনিনা বাবাসি তাং ১০ দা চৎখ্রগনি হায়না মীয়াম্না ঙাঙ্নরমই। মরম অদুনা, মদুগী নুংথিল অদুদা পান্দল্ মখাদা ফল্লিবা মী লিশিং কয়াদুনা খুরুখুদক কুন্দুনা চিঠি অমসুং অইবা চে-মচেৎ কয়া পিনখি, খব অমদি মমিত্তগী পিরাং শিন্থখি! ভক্তিনা থল্লবা মায়থোং ময়াম অদু দাক্তর পতেলগী থোংনাও অমদগী য়েংখিবা মতমদা ঐগী মিত্তগী তারকখিবা পি অদু খাম্বা ঙমখিদে। অসিগুম্বা অনৌবা মহাদেশ অমদা ভক্তিগী ঈচেল অমা মথন্নতা হেক্তা ফাওগৎলকপসি উজনবগী খুদোংচাবা অমা ঐঙোন্দা পিবিখিবগীদমক্ থম্মোযদা য়াম্না নুংঙাইজবগী তৌবিমল খঙ্বা উৎচখি। অসুম্না ঐনা নুংঙাইজবগী মঙদ্রং অমদা লৈরিঙৈদা বাবানা নঙ্গন্দা তপ্না পোপ্ থাদুনা "কবিগী কপ্লিবনো" হায়না হৌদোকপিরকখি। চে-মচেৎ-মকায় অইবশিংদু, চিঠিশিংদু অৱাবা ৱারোলতনা পিক থল্লমই মরমদি বাবানা বোম্বেগীদমক্তা তাং ১০ দা আফ্রিকা থাদোক্কনি হাযবসি খঙ্খিবননি। "ইপা! ঐখোয়বু অসুক্ থুনা থাদোকপিগনু!" চে-খুদিংমক্তা হায়জবল্লিবসি মসিনি।

হল্লকপগী তাবিখতু যৈথোক্লে হায়দুনা ভারত্তা পাও থাখিরমই। পুর্নিমা নুমিৎ অসিদা, আধ্যাত্মিক্কি লম্বিদা চঙ্শিল্লবা ময়াম অসিনা অমুক্ নৌহৌননা জগৎকি মবুংঙোগী খুয়াদা অমুক হন্না কৎথোকচবগী নুমিৎ অদু তাং ১০ দা ওইবমই। বাবানা বোম্বেদা হান্ননা পাও পিখ্রবনি মদুদি মহাক্লা অয়ুক্ পুং ১১ দা কমপালা থাদোক্লগা নুমিদাং পুং ৯.৪৫ দা বোম্বেদা থুংগনি, মদুনা নোংমতদা আফ্রিকা অমসুং ভারত অনীমক্ মহাকপু উজবগী নুংঙাইবা অদু ফংনবনি! অদুবু আফ্রিকা মচাশিংনা য়াম্না খৌরাংনা হায়জবদুদা য়াবিরদুনা নুমিত্তুমা কম্পালাদা মপুংফানা লৈথোক্লগে হায়না লেপখ্রে অদুগা অতৈ মহাদেশশিংদনা মাগী জগৎ শিনথুংনা লৈবা ঙম্বগী শক্তিদুনা খুদম-শাক্ষিনা ওইনা থৌজানবিরগে হায়না লেপখ্রে।

গুরু পুর্নিমাগী অয়ুক অদু ভজনগীদমক মী লিশিং কুনমঙাদগী হেন্না তিনখিরমই। তানজানিয়াদগী মি: জুদুনা লুচিংবা ঈশৈ অদুদা আফ্রিকা মচা পুম্নমক্তু পুন্না শকমিন্নরমই। পুং অনী হেন্না বাবানা নুংশিবা থিবিবা, লাংতক্লরিবা

থম্মোয়শিং অদুগী মবক্তা তপ্না চত্তুনা অথুম অহাও খরগা, বিভুতি পেকেৎ অমমমগা পিবিখি। নুংশিবগী খুদোল্ ফংজরিবশিং অদুনা মখোয়গী বিভুতি পেকেৎ মনুংদা এনামেলনা নত্রগা য়োৎনা শাবা শ্রাইসকি মুর্ত্তি, ফাঁসি তৌখিবগী কালোক্, কৃষ্ণগী মুর্ত্তি অমসুং সাইবাবা মশামক্কি মুর্ত্তি য়াওরম্বদুদা ঙকপনা খম্ থেংখি। মহাদেশ অদুদা বাবানা পুম্নমক্ অমতা ওইবগী ব্রাখল অমসুং সেবাগী ব্রাখল অমা পুবকখ্রে হাযদুনা "Uganda-Argus" হায়বা চেফোং অদুনা আর্তিকল অমা ফোংখি। বাবাগী পাওজেলশিং অমসুং পাঙ্থোকখ্রিবা থৌবমশিং পুম্নমক্ তেলেভিজন্দা উৎখি অমসুং পাও ওইনা পাথোকখি, মদু মীয়াম পুম্নমক্ ঈশ্বরগী পাওতাক্ অদুদগী পুক্লিংদা হৈনিং-হবাওবা পোকমিন্ননবনি।

জুলায়গী তাং ১০ গী নুংথিলদা ভজন মফমশিংদা অমদি মীযামগী মিটিং মফমশিংদা ভোলুনতিযাব ওইখিবা নহাবোল্ নুপামচা অমসুং নুপিমচা ২০০ বোমদা ব্রা ঙাঙখি। মথৌ তাখিবা পুলিস কনস্তেবনশিং অমসুং পাইলোত কাব অদুগী দ্রাইভরদু থৌজালগী খুদোল পিবিখি। সেবা তৌবিবাশিংগী পুকচেল, কমপালাগী নহাবোলগী লৌশিং অদুবু বাবানা য়াম্না যাবিখি, পেনবিখি। মখোযগী মবমদা বাবানা হল্লক্লগা বোম্বেদা থাগত্তুনা হাযবিখি। "অসিগুম্বা মী যাম্না তিনবা মফমশিংদা মীযামবু *কন্ট্রোল* তৌবা অমসুং লুচিংবগী থবকসি মখোয় হান্ননা হকথেংনবা লৌশিং ঙ্গান্ লৈখিদ্রিবনি, অদুবু মখোয় য়াম্না ফিদমনিংঙাই ওইবা মওংদা মথৌ পাঙ্থোকখি অমসুং মিকুপ নাহুম্ শিংনা লৈখি। মখোয় চোকথবা লৈতনা, অব্রাবা খঙ্দনা মতম চুপ্লদা, অপুনবা ওইনা হায়বদি অমতা ওইনা থবক্ শুখি", মহাক্না হায়খি।

তাং ১১ দদি, ভজনগি থৌবমশিং অদুদা নত্তনা, অনকপা অমসুং অবাপ্পা মফম্ কয়াদগী মীয়াম্না সহর অদুদা পাইশিন্নবকখি; বাবানা কাংবু-কাংবু ওইনা সাধকশিং, থব্রাই য়াওবশিং, সংস্থান কয়াগী মীওইশিং, কেন্যা, তানজানিয়া, উগান্দনচিংবা য়াম্না লাপ্পা মফমশিংদগী লাকখিবা মীওই কয়াগা উনখি। মতুংদা বাবানা দাক্তর পতেলগী ক্লিনিক্ য়েংখি অমসুং থব্রাই য়াওবা ভক্ত খবগী মযুমদসু চৎখি। মহাক্না হেক চৎখিবা মফম পুম্নমক্তা মীয়াম্না হেক্তা পুময়োম্ যোমশিল্লমই, চেনশিল্লমই অদুগা থোঙ্গালদা নত্রগা লম্বিদা পুং কয়া লেপখি, মদু লাংতক্লরিবা থম্মোয় অদুনা বাবাগী মঙাল অদুবু অমতংগা হেন্না উজহৌনবনি।

তাং ১২ দা বাবানা Murchison Falls National Park তা চৎখিরমই; মফম অসি নোংপোক্ আফ্রিকাগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ফজরবশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা অমদি লমলক্কি শা খ্বাইদগী হেন্না লৈবশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা মফমনি। চীংশাংশিং অদুগী মথক্তা চুমদ্রিং চুম্না চৎলিবা লম্বি অদুনা ড্রাইভর খুদিংদা মমাংদা থৌরিবা কার খুদিংদগী হেনগৎনবা ব্রাখল অমা পোকহল্লি, হায়বদি গারি য়াম্না য়াঙনা য়াঙনা থৌই। ঐখোয় অসুক্কি মতিক য়াঙ্না চৎলমই মদুদি কোনা অমা খংথেক থেকপদা গারি অদু মশিং খঙদবমখৈ মথক-মখা ওল্লমই, মতুংদা চাকা অদু য়াদবদগী তুমিন্না অব্রাবা ব্রাখলগা লোয়নননা লেপতুনা লৈখি।

বাবাগী কারদি মাইল ৩০ মুক লাপ্না লৈবা Masindi গী ব্রাংমদা য়ৌখ্রে। মাগী কার মনুংদা তোংলিবা ময়ামদুদা হায়খি, "অনিশুবা কারদু বেরা তৌরে। মখোয় তেকসি অমদা লাক্লগনি"।

ঐখোয় মরিদি গারিগী বোদিদা অমুক, মখাদা অমুক্ থোমজিল্লবনি। ইশাদা ফুজিনবা, শুজিনবা, লেনথৎপা, খোগাইবা কয়া তৌরবা জাৎনি, অদুবু ঐখোয় কদায় কদায়দা শোক্লবগে হায়বা খঙখিদে। ড্রাইভর অদু মখাদা তাখি, মাগী ওইদা ফম্বদুনা লৈবাক্তা য়ৈশনখ্রবা থোঙ্ অদু শোক্তবা মখুৎ ওই অদুনা হাংদোক্লবা হোৎনখি। মনিংগী ফমফমদা থাবা মোনপাক অদুনা ঐগী কোকথক্তা লৈরমই, বোদি শেগাইবা অদুগা ঐগী কোক্লা অনিগী মরক্তা শিংচেপ্কি মওংদা লৈরমই। ঐনা-চৎমিন্নবা অমগী মথবাক্তা তোংদুনা লৈরমই, লাইবক্তগী ঈনা মাগী ফুরিৎ মথক্তা তপ্-তপ্ তারমই, মদু ঐগী মায়দু কদায়দা থেংখিবনো হায়বদি খঙদ্রে, মায় থেংজিনবদা আনোক্ কায়খিদুনা, মদুনা লাইবক্তা খোৎপদগী তারকখিবা ঈ অদুনি।

অহুমশুবা কারদু য়ৌশিল্লকখি, ফিভমদু উবদা পুমঙক ঙকখি অমসুং মরুপশিং অদুনা ঐখোয়বু কার মনুংদগী চিংথোকখি। হান্নগী প্রোগ্রামদা য়াওদবা "কস্তুরি তাবা" হায়বা আইতেম অমা উৎখ্রিবা মফম অদুমক্তদা হোসপিতাল্ অমা লৈরমই! ঐ ইশানা মদুদা চঙ্লমই, লাইবক্তা ঈ থোক্লা থোক্লা, মিৎ মুশিন মুনা, ওইথংবা খোঙ্দা অশোকপা য়াওনা, য়েৎথংবা খোঙ্দনা য়াম্না চাউনা পোমদুনা। খ্বাইদগী হেন্না শাথিনা শোকখিবদু ঐহাকনি। মদুগীদমক্ বাবাবু থাগৎচরি! হোসপিতালগী

মপানগী অনাবা যেংবগী ফোরম্ অদু তাং ১২। ৭। ১৯৬৮ থাবনি। (মদু হোসপিতালগী ওইগদবনি হায়না ময়েক শেংনা ইরবসু, ঐঙোন্দা হৌজিকসু লৈরি)। মমিং কস্তুরি, O.P. No. 11112/68। লাইওং: লুদবা অশোকপা। (মসি বাবাগী থৌজালদগীনি)। লায়েং: খর ফোৎচিন-ফাজিনবা। ইনজেকসন: Anti- Toxoid 1500"।

পাইদুনা থৌরবা কার অমগী মনুংদা, উপাই লৈতবমখে মথোং খঙদনা গারি মনুংদা থোমদোক-থোমজিন তৌববা মতুংদা ঐগা তাইনবদুগী মথবাক্তা ফমদুনা লৈরম্বদুদা ঐহাক নোকখি, নোক্তবা ঙমখিদে। থোমজিন্দ্রিঙৈদুদা, তাদ্রিঙৈদুদা য়াঙ্‌বদি য়াঙ্‌ঙে! বাবানা মতম পুম্নমক্তা পাওতাক পি "ঙন্না যাত্রা তৌ; তপ্না থৌ; তেক-কায়দনা যৌ"!

হোসপিতালগী মমাংদা লৈবিবা মদুগী য়াম্না খুদোংথিববা লৈশিনফমদো ঐগী নিংশিংবগী শক্তি অসি হেক্ লৈরিবমখে নিংশিংখিগনি। মফম অদুগী মমিং অসি য়াম্না ফজবা মমিং অমা ওইখবে। মমিং অদু হন্না হেক শোনবদা তুংগী পুন্সিদা ঐগীদমক্তন্দি গাডিগী খুদোংথিবসি মমিং অদুনা হেক-হেক ঙাকথোকপিরগনি। Nakkasongola !। মদু মফম অদুগী ব্রাহৈনি। খোম্থোক মঙাশুবা ব্রাহৈনি। "মফম অসিদা মী মরিনা সাইরাম্ শোনখি। মখোযবু কনবিখি" হায়না হক্লবা নুঙ্ অমতং নোংমা মতম অমদা মফম অদুদা য়ুংনিংই।

ঐখোয় অহুমশুবা কাবদুদা চন্নবা কৃক্-কৃক্ ইন্ননা তোংশিল্লমই অমসুং মসিন্দি য়ৌখি। মফম অদুদগী তেকসি অমা ব্রাইবগা বাবাগী মনাক য়ৌখি। ঐখোয়না পার্ক অদু য়ৌবা মতমদা ঐখোয়বু ওকপগী ফিরাল্ অমা উখি: "শামুশিংগী মনিং তম্না চৎচনবগী অধিকার লৈ"! মদুনা তাক্লিবদি অয়ুক-নুংথিলগী মতমদা শামুশিংনা মনিংতম্না মফম অদুদা থোরক্কনি, মদু ঐখোয়না উবা ফংগনি।

ঐখোয়না ষণ মানবা য়াম্না চাউবা, মতুচোম্বা শা অনিখক্লা শরক্কি নাকন্দা শাজিক চানা-চানা মমিত্তু য়াম্না তমথিবা মওংদা ঐখোয়রোমদা য়েংলকপদু থেংনখি। ঐখোয়গী কারশিংদু পাকখ্রবা, শংত্রিক শংবা নাইল তুরেল মথক্তা হিদা হাপকত্তুনা লানথোকখি অদুগা Pra Safari Lodge দা চেনশিনখিরমই।

বাবানা চেনথোবক্কুনা ঐখোযবু ওকপিবমই অমসুং পিজ-পিথক্ তৌনবা শেম শাবমই লোযননা মহাক্লা হান্ননা খওপ্পবা ঘতনা অদুগী ব্রাবিদুসু অদুম তাবিবমই।

ও! গাবি মনুংদা থেংনখিবা অব্রা-অনা অমদি মফম-মবাং খঙ্দনা খোঙনা নেৎন-কাউনখিবা মযামদো! যাই, থোকপদা মতিক চায। পোকপা-শীবা নাযবা কনাগুম্বা মমা অমতনা অপোকপা মচা অমদা মদু যৌনা মীনুংশি পিবা ঙমলমলোই। পুম্নমক ফহনবা ঙম্বা বিভুতি থৌবাং তৌদুনা লৈবমই। মশামক্লা অশোকপা মফমশিংদা তৈবিবমই। মশামক্কি কমাল অদুনা মিৎকি অশোকপদুদা বেন্দেজ ওইনা শিজিন্নখি। খুদক্তা মোলম্ অমসুং তেবলেৎ পুথোকপিখি। অশোকপা মফমশিংদা তপ্লা-তপ্লা নম্বিখি অমসুং নোযবিখি। যাম্না মিনুংশিগা লোয়নবা ব্রাঙাংনা মনাক্তা চিংশিনবিখি। থোকখ্রিবা থৌদোক্ অদু কাউথোক্লবা থৌনা পিবিখি। ঐহাক্লা নক্কাসোঙ্গোলা অমসুং কাব অদুবু থৌবা দ্রাইভব অদুবু থাগৎখি; মদু মসিগুম্বা তোপ্ তোপ্লা অখন্নববা ঈশ্বরগী ওইবা মিনুংশিগী থৌজাল্ অমা ফংহনবিখিবা অদুগীদমক্তনি।

মিনিট খবগী মনুংদা ঐখোয মোতোবনা থৌবা হি তোংদুনা নাইল তুবেলগী মথকলোমদা মুবকিসন-ঈশিংচাইবী বোমদা মাইল ১৫ থৌগৎলমই। মোতোববোৎ অদু ঈশিং শামু মযামদুগী মবক্তা ফাওদুনা চৎলমই। মখোয মযামদু যাম্না কুঙ্না নক্লনা কুন্দুনা মমিত্তু ঐখোযদা যেংদুনা, মনাদু ঈশিং মথক্তা খব-খব থিনগৎতুনা, অদুগা মবক-মবক্তা মনাতোন্দুসু ঈশিং মথক্তা হেনগৎক্কুনা লৈ! মখোযগী মবক্তা খব অমনা কংফাল্ মথক্তা লৈ, ঙাংশঙ্ ঙাংবা মচাশিংনা মতুংদা তৌ-শিংনাঙ্ মবক্কুদা চেপথদুনা ঐখোযবোমদা যেংলি। গুমভিব মযাম অমসু মযা কাখত্তুনা লৈবমই, অদুবু মখোযগী যাম্না তমথিববা মমৈ অমসুং হিংচাবগী মতৌগুম্ তমথিববা খাযাৎশিং অদুনা মনাক্তা লৈবিবা মহি হোম-হোম্ লাউববা ঈশিং শামুশিং অদুদা খক্ কিহনবদি লৈতে।

ঐখোযনা ঈশিংদা গুমভিব উখি; তোর্বান মথক্তা মচা কযা অমসু উখি, নত্তে, লিশিং কযা ওইবম্বা যাই, মবমদি তোর্বান অদু মতায অমদগী মতায় অমা ফাওবদা মথব্রাই পানবদৌনা পুমলেঙ্ লেঙ্লমই। ব্রিনস্তন্ চবচিলনা নহা ওইবিঙৈদা হাযবিবা জঙ্গল অসিগী মবক্তা ফাওদুনা চৎখি অদুগা তুমদুনা লৈবিবা গুমভিব

অমদা মানা নোংমৈ মরু অমা কাপখি। "নোংমৈ মখোল্ অদু তাবদা", চরচিলনা ইখি, "তুরেলগী তোর্বান পুম্নমক্তো, হান্ননা লৈখোম-লৈনাংনা পুমব্রাও-ব্রাওরবা, মফম মবাং খংদবমখৈ নাইল তুরেলদা চেনথখি। য়ামদ্রবদা মখোল অমখক্তুনা গুমভির লিশিং অমদি মিকপ থোকহনখি অমসুং ওকহনখি। মচিন য়াম্না শাংবা উচেকশিংনা গুমভিরশিং অসিগী মথক্তা লেঙদনা পাইবদু উখি অদুগা খবা অমনা অকিবগী মশক ওইববা কাথোকলিবা মযা মনুংদা মচিন থিংজিনবদু উখি! মহাক্না হায়খি, "যেংউ উচেকশিং অমসুং শাশিং অসিনা মখোয় মশেন মতেং পাংনবিবসি।" হোয়, উচেকশিংগী মনুংদা মচিন শাংবি কাংবু অসিখক্তনি গুমভিবশিংনা কবি অমত্তা তৌবিদ্রিবসি! মদুগী ব্রাদসু নত্তে, মখোযবুদি যাম্না হবাও তযাম্না ফাওবা ওক্লিবনি; মখোযগী মকু মবক্তা লৈবা তিল কাঙ অমদি তমথিববা মবা মবক্তা লৈবা অপুম্বাশিংদু হাযবিবা উচেক চিনশাংবি অসিনা মচিনজাক ওইবনিনা শত্তোক্তুনা চাথোকপিবদুননি!

প্রা গাফাবিদা নাইল তুবেল অমুক হন্না লানথোক্তুনা হল্লক্লগা ঐখে যগী কাবদু শামুগী লমদম অদু ফাওদুনা ঈশিংচাইবী অদুগী মথক্তা নাইল তুবেললোমদা চৎলমই। তমপাক্তা হামেং মপৈনা শজিক চাদুনা লৈবগুম অবাপ্পদগী শামু ৩০ / ৪০ না ঐখোয়দা যেংলকখি, অদুবু মনাক নকশিল্লক্লবা মতমদদি ইশাদা কি তুজুংবা অমসুং অঙকপা ব্রাখলনা পিক থনখি। য়াম্না চাউবা ষনলাবা অমনা বাবানা তোংলিবা কার অদুদগী গজ খরতমক লাপ্না লেপখি অমসুং মহাক্না ফজনা উজনবা বাবানা খোংনেৎফম অদুদা লেপখৎখি। মহাক্না বাবাদা তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা ঙাইহাক্তং লেপতুনা য়েংখি,অদুদগী মমায় লৈথোক্লগা থুনমক ময়াম মরক্তা অমুক য়াওখি।

লম্বী অদুগী কোনা লৈবকপা খুদিংমক্তা অতৎ অখম লৈতনা ঙঙলিবা ঈশিং চাইবিগী মখোল অদু তাবা ফংখি। অসুম নকসিল্লক্লিবমখৈ, খাকপা, লাউবগী মখোলদু হেনগৎলকখি; অসুম্না খঙহৌদনা ঈশিংচাইবি অদুদা য়ৌরকখি। আফ্রিকামচা কাংবু খরদি তুরেল মপালদুদা য়াম্না হরাও মখোই কানা জগোই শাবমই। আফ্রিকামচাশিংদো অমত্তা তুমিন্না লৈরমদে। য়াম্না শুমহৎনিঙাই ওইববা ঈশৈগী শুর, তান, মেন অমদা চৎপগী মওংদা মখোয়না মদুদা চৎলি।

মরকিসন্ (Murchison) ঈশিংচাইবিদো য়াম্না তমথিপ্পবা মওংনি অদুগা য়েংবদদি য়াম্না পুক্লিং শুমহৎনিঙাই ওই। নাইল তুরেলনা কোঙ্গোম্না পিক থন্না

য়াম্না য়াওনা চেন্থরকই , পাক চাওখ্রবা তুরেলগী ঈশিং পুম্নমক্তু চীংগী লোকচপ্ অমদা থাক থাক চেন্থরক্লগা অরোইবা মখাদদি চাউরাক্লা গজ তরুকমুক পাকপা মখুল অমদা তেনজৈদৌনা ফুট১৬০ রোম লুনা কাপথখিবদু হায়নিঙাই লৈতনা অকিবগী মশক্তি অদুগা ফজবগী শরুকসু লোয়নরি। অদুগুম্বা য়াম্না নিংথিরবা দৃশ অদু ঐখোয়না উজবা ফংবদুদা বাবানা য়াম্না নুংঙাইখি। ঈশিংশিং অসিগী মমাংদা বাবানা লৈরিঙৈগী ফজরবা ফোটো পরেং অমা বোব-রেমরনা **(Bob- Raymer)** লৌখি। নোং য়াম্না চুখিবনা লৈখোম থোক্লবা লম্বি অমদা ফাওরগা মসিন্দিদা হল্লকখি,গারি অদু নাকন্দা নান্থখিদনবা য়াম্না তপনা থৌরকখি। শামু ময়াম অমনা লম্বি অদুদা ফাওদুনা চৎপদুনসু ঐখোয়গী থেংথনবগী মরম অমসুনি ।

মসিন্দিদগী মাইল ৮০ লাপ্না লৈবা কিকোন্দোদা ভক্ত অমনা আফ্রিকাগী স্তাইলদা শাবা ভজন মন্দির অমা শঙ্গাবা চৎখি। মফম অদু য়াম্না চাউখ্রবা নৌনা য়ুম-কৈ শেমগৎখিবা মফম অমনি। ফৌ, চু অমসুং লফু য়াম্না মরাং কায়না হৌবা মফম্নি। বাবা অসিবু নোংপোক্লোমগী লাইনি হায়না লৌখ্রবা, মশাদা হুমাংনা পুমলুপ্ লুপ্লা আফ্রিকাগী কুলি ময়াম্না মন্দির অদু পিক থল্লমই। মাগীদমক্তা অখন্ননা থারিবা ফম্ফম অদুদা বাবানা ফমখি অদুবু থুনমক্ লৌমিশিং অদুগী মরক্তা ফমদুনা অথুম অহাও অমসুং বিভুতি পুথোকখি লোয়নননা ময়ামদা পিবিখি।

তিল্লিবা আফ্রিকা মচা অমসুং ভারত মচাশিংদুদা বাবানা হায়খি মদুদি *শাশিংগী মনুংদা মী খক্তমক্ মাগী তৌফম থোকপা মথৌদগী থৈদোকই;* অতৈ পুম্নমক্তি ফনা য়াম্না খুদোংচাদবা লৈরবসু মশাগী ধর্মদা অদুম্ ঙাক্লা চৎলি। কৈনা কৈদৌঙৈদসু নাপি চাবগী থাক্তা কুমথদে; শামুনা কৈদৌঙৈদসু ঙা নত্রগা শদুম্ য়াওবা চিঙ্গাক চাও হায়বা য়াদে। অদুবু, ঈশ্বরগী খুৎশেমগী মপুংদা মকোক ওইরিবা মীদি হন্থবা থাক্তি থবকশিংদা ইকায়বা খঙদ্রি, হেন্নদুম চাউথোক্লি।

নুংথিলগী পুং অমদা কম্পালা য়ৌখি। থেঙখ্রিবা মতম অদুনা ভজন্ ঈশৈ শক্তুনা ঙাইরিবা মী লিশিং কয়া অদুগী থম্মোয়দা বাবা উনিংবগী খৌরাংবা অদুতা হেন্না কনশিনহনখি। মখোয়না য়াম্না মিতারিবা খুদোল অদু বাবানা মখোয়গী মরক্তা চত্তুনা অমদি লৈতেংলবা দাইস মথক্তা কুইনা লেপ্তুনা পিনবিখি।

জুলায়গী তাং ১৩দুদি মখোয় খুদিংমক্লা বাবাবু উজবগী, মশা-শোকচবগী অমদি বাবানা ঙাঙ্বা তাজবগী খুদোংচাবা ফংজখ্রবসু হেন্না-হেন্না অৱাবগী

মায়থোং লাংশিল্লকপগী নুমিৎ ওইখি। ম্বাজা (Mwaza), দাবেসলম্ (Daressalam), মোম্বাসা অমসুং ইলদোরেৎ (Eldoret),তগী মীয়াম্না মখোয় মখোয়গী মফমদা বাবা লাকপিনবা হায়জবা লাকখি। কম্পালাগী মেয়র অদুনা বাবাসি মতম খজিক্তংগা চোম্থনা লৈবিনবা থেমজখি। বাবাদি মতম পুম্নমক্তা মফম খুদিংদা লৈ। মহাকপু কৌজরিবা পুম্নমক্কি মফমদা মহাক লৈ হায়বসি খঙ্হল্লি নত্রগা ঈশ্বরনা মখোয়গীদমক্তা মখোয়গী মরক্তা লৈ হাযবা খঙ্দবশিং অদুগী মরক্তসু লৈ। মরম অদুনা বাবাগীদমক্তদি চৎখিবা, লাকপা, থুংলবা নত্রগা চৎখিবা হায়বসি অমতা লৈতে। অদুম ওইনমক্, মশা লৈবা হায়বসিনা মুত্থৎপা ঙম্নরোইদবা থাজবা, য়ানিংবা হায়বদু পোকহল্লি অদুগা বাবা হেক লৈতবদা মমা-মপা লৈজদ্রবগুম্ হেক ফাওহল্লি।

তাং ১৪দদি নোংঙানগদবা পুং কয়া ব্রাৎলিঙৈদগী হৌনা কম্পালা তঙ্খাই অমদি ডাক্তর পতেলগী য়ুমদা য়ৌরকখি। কার পরেং-পরেংনা অমসুং এরোপ্লেন্না মীওই কয়ামরুম্ জিনজা, বালে, ককিরা, কবলে, ইকায়ে, অমসুং কপিলাদগী পুরকখি; হায়রিবা মফমশিং অসি সত্য-সাই সেবা সমিটিশিং অমসুং ভজন মন্দলিশিংনা য়াম্না থব্রাই য়াওবা মফমশিংনি। "মশানা য়ানিংদবা মীবু ঐনা নমদুনা য়াহনবা, মথব্রাই ব্রাহনবা নত্রগা ঙকহনবা অসি ঐহাক পামদে; মীওইবগী থম্মোয়দা অচুম্বা অমসুং নুংশিবা অদুবু থাজবা ফাওহন্নবা লাক্লিবনি", বাবানা লাউথোকপিখি। মরম অদুনা, মী লিশিং কয়ানা বাবাবু মতম খরদং শাংথনা লৈবিখিনবা হায়জখি, নত্রগা মদু য়াবিদ্রবসু য়াম্না থুনা অমুক্ লাকপিনবা হায়জখি।

বাবানা কারদা তোংখৎশ্রবা মতমদা আফ্রিকাগী মীয়াম্না য়োমশিল্লক্লিবা অদুবু থিংলিবা মশা-মউ ব্রাং-চাউরবা পুলিস কনস্তেবল অদু ফাওবা মমিত্তগী ওরো-রো শিন্থরক্লিবা পিরাং অদু তৈথোকখি। বাবানা মনঙ্গলদা নুংশিনা পোপ্-পোপ্ থাবিখি, অদুবু মদুনা কায়নবগী মৈচাক অদুতবু হেঞ্জিনহনখি। ইনতেব্বে চৎকদবা লম্বী অদু কার ময়াম্না, ত্রক্না, স্কুতরনা অমসুং সাইকলনা পিক থনখি। East African Airways হায়রিবা, বাবাবু নাইরোবি ফাওবা পুগদৌরিবা প্লেন অদু বেরা মচা অমা তৌরকপদগী মফম অদুদা বাবাদু পূং অনী পন্থবা তাখি; মরম অদুনা কম্পালাগী মীয়াম অদু বাবা উজনবগী মতমদু পুং অনি হেন্না অমুক্ বোনস্ ওইনা

হায়বদি অহেনবা খুদোংচাবা ওইনা ফংজখি। উগান্দা সহরগী মীয়ামগী অপান্বা ব্রাখলসি - "ঈশ্বরগীদমক্ অমসুং ইরৈবাক্কিদমক্" হায়বসিনি। মদুগী ব্রাখল চেনবা মীয়ামশিং অদুবু বাবানা আশীর্ব্বাদ পিবিখি।

নুংথিল পুং ২.৩০ দা নাইরোবি য়ৌখি অদুগা প্লেন অদুবু ঙাইজরিবা মী লিশিং কয়া অদুবু বাবানা য়াম্না থুনা দর্শন অমা পিবিখি মরমদি য়াম্না থেংথনা থুংলবদুনা এয়ারপোর্টকি ওফিসারশিংনা বোইং অদু পন্থদনা পাইহনখিবা পান্বননি। ঐখোয়না ইথিওপিয়া অমসুং সোমালিলেন মথক্তা পায়খি অমসুং মাইল ২$^1/_2$ ব্রাংনা Red Sea মথক্তা লান্থোক্লুনা এদেন্দা নুংথিল্ পুং ৫.১৫ দা থুংখি। বোম্বে য়ৌগদবা মাইল ১৯১০ ব্রাংলি, মদু পুং অনিগা মিনিট নিফুগী পাইগদবা মতম্নি।

বাবানা প্লেন্দগী কুমথদ্রবসু অমসুং প্লেন পাইগদবা মতম্ অদু কম্পালাদা লৈরিঙৈদা য়েথোকখ্রবসু, ভক্ত ময়াম অমনা পরেং লেংদুনা প্লেন মনুং ফাওবা চঙলকখি অমসুং সনাগী থম্বাল্ মাল্লবা খোঙ্ অদু শোকখি। বাবানা মখোয়দা য়াম্না নুংশিনা ব্রা ঙাঙ্বিখি; মখোয়গীদমক্তা শেংলবা উৎ অদু হিদাক ওইনা শিজিন্নবা খুদক্তা শেম্বিখি।

অহিং নোংয়াই মতুং মিনিট ৪৫ হেক তাবা মতমদা, ঙসিগী যুগ অসিদা খ্বাইদগী হেন্না মমল য়াম্লবা পোৎ অমা পুবা ফংজবগী অখন্নরবা লাইবক ফরবা তঞ্জা ফংজখ্রবা প্লেন অদু সান্তা ক্রুজদা পাইথরকখি অমসুং মিহুল তিং-তিং চোংলবা থম্মোয় লিশিং তরা হেনবনা অপুনবা খোঞ্জেলনা জয়-জয় লাউদুনা বাবাবু ওকখি।

তাং ১৫দা ধর্মক্ষেত্রদা ডাক্তর কে: এস: মুন্সিনা সভাপটি ওইদুনা পাঙথোকখিবা মিটিং অদুদা বাবানা ব্রা ঙাঙ্খি। ডাক্তর মুন্সিনা নুংঙাইবগী পিরাং শিন্থরকপদু খাম্বা ঙমখিদে, মহাক্না হায়রকখি, "ঐগী অকোয়বদা লৈরিবা পুম্নমকসিদা ঈশ্বরদা থাজবসি থুনা মরায় চাইথরকপা অমদি ধর্মদা থৌ-ব্রা শানরক্তবসি উবদা ঐহাক্ থব্রাই য়াম্না নুংঙাইরুদ্রবনি অমসুং য়াম্না কুইরবা থায়নগী অরিবা লৈবাক অসিগী ফিভম্ করি ওইরক্কদৌরিবগে খল্লুবদা ঐহাক নিঙবা কায়নিং কায়নিং তৌরুরবনি। অদুবু ঐনা ভগবান শ্রী সত্য-সাই বাবাদা য়েংজরকপা মতমদা অমদি মীওই লাক্ষ কয়াগী থম্মোয়দা অহোংবা পুরকহনবসি উজবদা ঐহাক থম্মোয়দা থাজবা অমসুং নুংঙাইবা পোকচরে''। বাবানা লাউথোকপিখি মদুদি

জাতি তোঙান-তোঙানবশিংগী মরক্তা খৎনরিবা অমসুং য়েক্লরিবসি, মীওইবা পূম্নমকসি ইচিন-ইনাও ঙাক্তনিকো হায়বা ব্রাফম অসি খঙদবদগী তৌবনি।

পান্দব্ মচিন-মনাওগী খ্বাইদগী অহল ওইরিবা কর্নগী থম্মোয় কায়নিংঙাই ওইরবা ব্রারি অদু লিবিরমই। মহাক্কি মমানা অহানবা পোকপা মচা অদুবু গঙ্গাদা লংথখি; মহাক ঈচেলদা অদুম তাওথখি অমসুং দোলায়খৌবা নুপা অমনা কনবিদুনা মাগী মচা ওইনা য়োকচখি। মহাক্না মাবু কৌরবকি মচিন-মনাও, মপা-মচাশিংগী দরবারদা পুখি; মখোয়না পুন্সি চুপ্পগী ওইনা পান্দব্কি মথক্তা লমন খুমগনি হায়না ব্রাশকখ্রবনি। কর্নসি কৌরব্ কাংবুগী য়েথ্থংবা পাম্বোম্ ওইনা চাউবকখি। পান্দবশিংনসু মাবু য়াম্না তুক্কচরমই, মাগা খৎনবমই, চঙনিংবা মতম-পাঙ্গল - শেল্ চঙ্লবসু মহাক্পু মাঙহনগে হায়না চপ্চানা মপুক্লিং লেপখি। মমৈথংদা মখোয় মায় পাকখি। মতম অদুখক্তদনি মখোয়না কর্নসি মমা অমতগী চপমান্নবা গর্ভদগী পোকমিন্নবা খ্বাইগী অহল ময়াম্বনি হায়না খঙ্খিবসি! ও! মখোয়না কয়াদা তেংথাখ্রবা, অনুতাপ্ তৌখ্রবা অমসুং মশাবু নিন্দা তৌজখ্রবা!

মী পুম্নমক ইচিন-ইনাও ঙাক্তনি; মখোয় পুম্নমক্ অমগা অমগা নুংশিনগদবনি, সেবা তৌনগদবনি অমসুং ব্যবহার তৌনগদবনি; অদুবু মসিগী অশেংবা ব্রাফম অসি মখোয়না খঙদে, অদুনা মখোয়-মসেন্ নুংশিনদে, খৎনৈ, হাৎনৈ; লমন-শিংনদুনা মশাবু তমথিবা, ফত্তবা মী ওইহল্লি। "অমগী মথক্তা মায় পাকপা হায়বসি ইশা-ইথক্তবু খোঙগোইনজবগী অতোপ্পা মমিং অমনি", বাবানা হায়বিখি।

"মসিগী অচুম্বসিমক্কি, মসিগী লেঙ্দ্রবা ব্রাফম - মীয়াম্নদি মদ কাবগী মিৎয়েংদা য়েংলকপা মতমদা তোঙানবা ওইনা লৌগনবা ব্রাফম অসিনি ঐনা নোংপোক্ আফ্রিকাদা শন্দোক্লম্লিবসি", বাবানা লাউথোকখিবনি। "মফম অদুদা ঐনা উনখিবা মীয়ামদুনা, ঐগী পাওজেল তাখিবা ময়ামদুনা অমসুং ঐনা ঙাঙবা তাখিবা ময়ামদুনা নুংঙাইবা অমসুং অৱাবগী, অতোংবা অমসুং অমাঙবগী, মায়থিবা অমসুং মায়পাকপগী ঈথক-ঈপোমশিং অসিনা অমুক কা - অমুক্ কুম তৌরিবা অসিগী মরু ওইরিবা মরমশিং অদুগী চাউরাকপা ব্রাফম্ অমদি খঙখ্রবনি।

"মখোয় অয়াম্বনা ঐঙোন্দা হায়খি মদুদি ভারতকি ঋষিশিং অসিগী মিৎয়েং অসিতনা মখোয়বু কনবা ঙমগনি অমসুং মখোয়গী থম্মোয় অদু শান্তিনা থলহনবা ঙমগনি। ভারতকি অশেংবা কলচরগী মতিক-মঙাল অদুনা মতৌ অসুম্না মহাদেশ

অমদগী মহাদেশ অমদা, লৈবাক অমদগী লৈবাক্ অমদা, কাংলুপ অমদগী কাংলুপ্ অমদা লেপ্পা লৈতনা লাক্কদবা তুংগী নুমিৎশিংদা শন্দোকপা ঙমগনি। মদুনি ঐগী থবক। মদুনি ঐগী অনিংবা আশা” মহাক্না হায়খি।

থা কয়া হৌখ্রবা মতুংদা মুগান্দাগী ওজা অমনা আফ্রিকাদগী ইবকখি ঃ “বাবা! ঐবু পাপ্ পুম্নমক্তগী কোকপিয়ু, ঐবু অৱাবদগী কনবিয়ু! ঐগী খ্বাইদগী হেন্না চান্নজববা মরুপ অমদি নহাক্কি ফিজি-ফিনা শোকপা ফংজবগী লাইবক ফবা তাঞ্জা অদু ফংজখ্রে, মদু নহাক্না মাগী মনাক্তা চৎপিখিবা তাঞ্জাদনি। মহাক্না ঐবু নহাকপু খুরুম্নবা যাথং পিবকখি অদুগা ইশাবু অৱাবা ৱাখলদগী কঞ্জনবা হায়বকখি।’ মুকোনোদকি ভক্ত অমনা ইবকখি, “হে জগৎকি মপু ! ঐবু মাঙ-তাক্লবা তৌখিবা মীওইশিং অদুবু ঙাকপিনবা পাঙ্গল - থৌনা পিনবিয়ু; মখোয়না শোকহনখিবা অৱা-অনাশিং অদুবু কাউথোকপা ঙমহনবিয়ু” Sierra Leone দগী বোমান কেথোলিক্ অমনা ইবকখি, “নহাক্না হায়বম্বা ৱাফম কয়ামকম ঐগী পিক্লবা নোটবুক্ মচা অমদা ইশিন্দুনা থমখ্রে অদুগা ঐনা মীঙোন্দা থেমজিনবিবা অমসুং লমজিংবগী মতাং হেক লাকপদা মদুদা হাংদোক্লুনা য়েংই। মসিনা ইবুংঙো মাগী অনিংবা ওইববদি, নোংমদি ঐহাক প্রশান্তি নিলয়মদা লাকপগী লাইবক ফববা খুদোংচাবা তাঞ্জাদু ফংলবা যাই। নত্রগা ঐহাক খুদোংচাবদু শুকফং ফংদবসু যাই, অদুবু ঐনা ঙমজবা মওং অমদা মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরগী ৱাখল অসি নোংম-নোংমগী খুমাংচাউশিন্না খন্ননবা হোৎনজবগনি”।

অসিগুম্বা ৱাফমশিং অসি পুক্লিংগী ৱাখল্লোন্দা অঙকপা ফংনা অহোংবা লাকখিবগী, অনেম্বা থাক্কি অপাম্বশিং মাঙহনখিবগী, ঈশ্বরবোমদা মায় ওনশিল্লকপগী, মাগী ফিজি-ফিনা শোক্লবগী, মাগী মখোঙ শোক্লবগী, মানা ইবা লাইবিক অমা মতা চাকদুনা হেক পাকবদগী নত্রগা মাগী মবমদা ইবা লাইবিক অমা হেক্ পাকবদগী, মানা ঙাঙ্বা ৱাহৈ অমা-অনি হেক্ তাকবদগী, নত্রগা যাম্না তৌবিমল খঙ্বগী মিৎয়েং অমা মঙোন্দগী হেক্ ফংজখিবা পুম্নমক অদুনা মী অমদা ওইহল্লকখিবা অহোংবা অদুগী পাওজেল ঙাক্তনি।

মহাক্কি নুংশিবা প্রেমগী মঙাল অদুনা ঐখোয়গী থম্মোয়শিং অসিবুসু ঙালহনবিবসনু অমসুং পৃথিবী পুম্নমক্ অদুগুম্বা লেঙ্দনা লৈবগদবা মঙাল অদুনা ঙানবা ওইবসনু।

# ফিদম অমসুং নিয়মঃ
## (Example and Precept)

বাবানা নোংপোক আফ্রিকাদগী বোম্বেদা যাম্না থুনা  লাকখি অমসুং বোম্বেদগী বঙ্গলোব ফাওরগা আনন্তপুরদা মহাক্না ধর্ম যোকখৎনবগীদমক্তা লাক্লিবা পান্দম অসিগী থবক জুনগী তাং ২২, শোক ১৯৬৮ দা হৌননবা চৎখি। বাবানা আনন্তপুরদা নুপীশিংগীদমক্তা কলেজ অমা লিংখৎখি।

ঔবোবিন্দোনা হায়খ্রে, "অনৌবা ৱাখল্লোন অমগী মফম অমা হাযবদি শিক্ষাগী অনৌবা মফম অমা হায়বনি"। মসিগী অবতাব অসিগী মখুত্তা মাঙহন-তাকহনবা যাবা রামগী কোদন্দ লিকুংগুম্বা নত্রগা কৃষ্ণগী চক্রগুম্বা খুৎলাই অমতা লৈতে। মহাক্না হাত্তোক্লগা ময়েং তাহনবগী মহুত্তা শিক্ষা পিবদনা হেন্না থাজে; মাঙ-তাকহনবগী মহুত্তা ফহন্নবা পাওতাক পিবোমদনা হেন্না থাজে। ফরবা কাংবুশিংদু হেন্না ফগৎহন্নবা পুক্লিং থৌগৎপি, হেন্ন ফববশিংদু খ্বাইদগী হেন্না ফরবা কাংলুপকি থাক্তা কাখৎহন্নবা পুক্লিং থৌগৎপি। ফত্রবশিং অদুবুনা পাঙ্দবা ৱাখল-মদুনা মখোয়দা অকিবা ৱাখল অমা পোকহল্লিবা অমসুং মদুমক্না মশা ঙাকথোকচনবগী ৱাখল ফাওবদা অকিবা অমা পোকহল্লিবা অদুগুম্বা পাঙদবা ৱাখল অদু থাদোক্নবা হায়রম্ই।

মরম অদুনা বাবাসি যুগ অসিগী খ্বাইদগী মকোক থোংবা লুচিংবা, শিক্ষা পিরিবা মীশক্লি। মহাক্কি ৱাঙাং খুদিংমকসি মন্ত্র অমনি; মহাক্না ঙাঙলকপা পরিংশিংসি উপনিশদনি, মহাক্না পুক্লিং চঙনা ঙাঙ্লকপা ৱাফমশিংসি গিতানি, মহাক্না শক্লকপা ঈশৈ খুদিংমকসি মীওইবগী খ্বাইদগী হেন্না শেংলবা থম্মোয়নুংগী অশেংবা খোঙচৎ অমনি, মশাগী ওইরিবা মবায়বক অদুদা নুংঙাইজবনি অমসুং ঈশ্বরগী মতিক

মগুণ ফোংদোকপনি। চুমথোকপা য়াদ্রবা মীশিংদুদা বাবানা পাওতাক পিবি, শাজৎ-নিতি হোংঙু য়াদ্রবশিংদা, ধর্মবু য়াদ্রবশিংদা অমসুং আধ্যাত্মিক্কি সাধনাদা য়াম্না অঙাং ওইরিবশিংদা পাওতাক পিবি। পুম্নমক্ মাগী মিৎয়েং মখাদা লৌশিল্লি। মাগী মমাঙ্দা মী অমতনা "মপুক লাল্লবা য়াও অদু মমিৎ য়েংখৎলকই অদুগা পিদি পিজদে" হায়না হায়বা ঙমদে। মখোয় য়াও ওইবা য়াই নত্রগা হামেং ওইবা য়াই; মখোয় শুকযেং য়েংখৎলক্তবা যাই; মখোয় মপুক্ লামই হায়বসি খঙ্দবা য়াই; মখোয়না অফবা চিঞ্জাক্লা কবিনো, ফত্তবনা কবিনো খঙ্দবা য়াই; মখোয়না চিঞ্জাক অদু কদাযদা মবাং-কায়না ফংই হাযবা খঙদবা যাই। অদুবু বাবানা মখোয়বু লুনা তৌবি অমসুং শোযদনা মশা ফবগদবা, অমদি হাযনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজবগদবা, মতমগী তমথিরবা ঈচেলনা মাঙহনবা ঙম্লবোইদবা, অমসুং চিংনবগী ব্রাখলনা শম্লা অমা ফাওবা শোকহল্লবোইদবা চিঞ্জাক অদু পিজৈ।

বাবানা চুমথোকপিনিংবা নত্রগা থেমজিনবিনিংবা নত্রগা লাইবক ফরবা ভাব-তারবা কাংলুপ অদুগী মনুংদা যাওহন্নিংবা কাংবু অদুদা বাবানা তোয়না চিঠি ইবি। মহাক্লা মবাং কাযনা নুংশিবি, যাম্না নুংশিনা লোয়নবিদুনা লমজিংবি, য়াম্না অকনবা চেকশিন্ ব্রা হাযবি অমসুং সাধকশিংবু মখুৎ পায়দুনা লমজিংবি। মহাক্লা ইখিবা লাইবিকশিং - প্রেম-বাহিনি, জ্ঞান-বাহিনি, প্রশান্তি-বাহিনি, ধ্যান-বাহিনি, ধর্ম-বাহিনি, সনদেহ-বাহিনি, গিতা-বাহিনি অমসুং ভাগবত-বাহিনি অসি আধ্যাত্মিক্কি নিযমশিংগী যাম্না লুরবা, চনৈনবা সমস্যা কয়াবু লায়থোকহল্লিবা, মঙাল পিবিরিবা মমল্ য়াল্লবা লন্ ঙাক্তনি। চৈশাং শিংনা মতমগী চেম্বুরকপা ঈচেলদা ভাবনা শাজিনগনবা মীওই কযাগী শেমদোক-শেমজিন তৌশিনখিবা কয়ানা মশাগী অশেংবা মতিক-মঙালশিং অদু মাঙহনখিবা অমসুং মদুনা ঈশ্বরগী ওইবা অমৃত অদু থিজরকপা কাংবুদা হঙ্গোয়বা পোকহল্লে। বাবানা ভাগবত অমসুং রমায়নবু ইথোকপিখ্রে, মদুনা অবান খুভমগীদমক থিজরক্লিবা কাংবুগীদমক্তদি মমল নায়দ্রবা লমজিং লাইরিক ওইরে। য়াম্না তরক-তরকপা খুঙ্গংশিং ফাওবদা মীওই লিশিং-লিশিংনা তিল্লিবা বাবাগী পাউজেলশিং অসিনা মদুবু তারীবা মীওইশিং অদুনা বাবানা ঙাঙলিবা লোন্ অদু খঙদ্রবা ফাওবদা, মখোয়গী থম্মোয়দা অনৌবা যুগ অমগী ব্রাখল্ পোকহল্লি; থম্মোয় অমগা অতোপ্পা থম্মোয় অমগা নুংশিননা পাও ফাওনবা মতমদা লোন হায়বসি

ফোংদোক্লবগী খুৎলায় ওইনা শিজিন্নবগী মহুত্তা মদুনা অপনবদুম ওইহল্লি, বাবানা তাকপিখিবনি (নুংশিবা হায়বদুনা লোন ওইনা শিজিন্নখ্রবদি মদু ফোংদোক্লবা অতোপ্পা লোন অমগী দরকার অমুক্ ওইদ্রে হায়বনি)।

বাবানা তম্বিবা মীশক অমা ওইনা, মহাক্না তম্বিগে নিংখ্রবা মীশিং অদুনা তুমজরিবা মতম অদু ফাওবদা লেম্না খক থাদে। তিরুবন্নমলায়দা লৈবা শ্রীরামানা আশ্রমদা তুমদুনা লৈরিবা শ্বামি অভেদানন্দগী মকোক্তা বাবানা ফুবা মতমদা, অহল ওইরবা শ্বামি অদু হৌগৎখি অমসুং কনানো, করিনো অমসুং করিগীদমক্ ফুরিবনো হায়বসিদা ঙকখি! বাবানা মঙোন্দা নোঙ্গাখ্রবা রামানা মহর্ষি অমসুং মশামক্কি দর্শন তোঙান-তোঙান্না পিবিখি অমসুং কাখৎলকপা মঙাল অমদা অনি অদু তিনশিনখিবগী দর্শন অদুসু পিবিখি। মসি মাগী গুরুগা বাবাগা অমতনি হায়বদু মঙোন্দা খঙহন্নবনি। অদুদগী, মহাক্না তেলেগু মরোন্দা মাগী পুক্লিংদা ফাওবিবা চিংনবা ব্রাফমশিংদু কোক্লবা, করম্না মেদিতেসন তৌবদা শোয়বিবদু চুমথোক্নদগে হায়বগী মরমদা তাকপিখি। বাবানা কনাগুম্বা সাধকশিংগী মমঙ্দা উহনবি অদুগা মতমচানা পাওতাক পিবি : খুদম ওইনা "*বিসুদ্দি চক্র*" - *দা* হেন্না পুক্লিং যুংশিল্লু হায়বনচিংবা। মসিগী পাওতাক অসি ফংখিবা সাধক অদুনা ঐঙোন্দা মসিগী চক্র অসি করিনো অমসুং কদায়দা লৈবগে হায়না হংখি। মসিগী চক্র অসি হকচাং পূম্নমক অসিবু য়োকপি-থাকপিরিবা ময়ায় অদুদা লৈ - হায়বসি খঙখি, অদুবু মতম অদুদদি সাধক্ অদু ব্রাফম অসিগী মতাংদা য়াম্না অরুবা সমস্যা অমা ওইরিঙৈদনি। নত্রগা "মহন্যাস"সু পাও, হায়না মহাক্না দেবি-ভগবতম্-বু য়াম্না শেংনা, আজা-পুজাগা লোয়নন্না পারিবা সন্যাসি অমদা পাওতাক পিখি। কনাগুম্বা অমনা ধ্যান তৌরিঙৈদসু বাবানা তম্বি-তাকপি; মদুমক্ কালিফোরনিয়াদা লৈবা মি: পেনন-সিমক্ মহাক্না আধ্যাত্মিক্কি অরুবা ব্রাফম অমা পুথোক্লবা হোৎনরিঙৈদা বাবানা তম্বিবগী থবকসি চখখ্রবনি। মতাং অসিদা বাবানা সাধক অমগী মমঙ্দা তাকপিরম্বা অদুগা মানা তুম্বা হেক্ হৌগৎপগা নোটবুক্ অমদা ইশিনহৌবা ব্রাফম অনিখক্ পিগনি।

"নহাক অকিবদগী নিংতম্না লৈগদবনি হায়বদি কিরোইদবনি, অদুতসু নত্তনা করিগুম্বা অফবা খর ফংনিংবগী নত্রগা ওইরক্নি হায়বগী আশাদগী নিংতম্না

লৈগদবনি। ঐগী লৌশিং জ্ঞান অসিদা থাজৌ : ঐহাক অবানবা অমতা তৌদে, হায়বদি ঐগী থবক্তা অবানবা হায়বসি অমত্তা যাওদে। ঐগী তন্বা ঙমদবা থৌওংশিংবু পামউ, নুংশিউ' মবমদি মদু অবানবা অমা নত্তে। মদু ঐগী অনিংবনি, অপাম্বনি, আশানি। নিংশিংউ, ঐগী অনিংবা অপাম্বা যাওদনা কবি অমতা থোক্তবনি। যাম্না ইংথৌ। খঙবা পামগনু; খঙ্ননবা হংগনু। খঙ্বা, - ভাব-তাবা হায়বসি থাদোকউ। ভাব তানবা হোৎনবগী যাম্না শাথিনা তঙাইফদ্রবনি, মকুওইবনি হায়বসি থাদোকউ।

"মিৎ পাঙদুনা লৈবিঙে মতমদা লৈবা ব্রাখলগা তুল্লবা মতমদা লৈবা ব্রাখলগা অনি অসিগী মবমদা তুমিন্না খল্লু; অদুগা অনি অসি কযাম্ নক্লবগে, মান্নবগে, কযাম লুশিন্না লৈমিন্নবা যাবগে হায়বসি খঙ্উ। তশেংনমক্কি থাদোক্লবগী ব্রাখল অমা লৈ; হকচাং অসি অচেৎপা, লেঙ্দবা হায়বদু ওইদে হায়বদি অকায অতোয নাযবা, লৈতবা, মাঙখিবা যাবা পোৎনি। মতৌ অসুম্না খঙ্বা হায়বসিসু অবেপ্পা, অচেৎপা ওইদে। মী অমনা তুম্লিংবনা লাকশিল্লক্কুনা খঙ্হৌদনা তুমখিবগুম্ ঈশ্বর নুংশিবা প্রেম্না নহাকপু লাকশিল্লকপা ওইসনু"।

পুত্তপার্তিদা দশবা কুম্মেগী মতমদা ঈশৈগী ওজাশিংনা মমাংদা ফম্লগা ঈশৈ শক্লবা পাওতাক পিবগুম্, বাবানা ভক্তশিংগী মমঙ্দা উহল্লগা মখোযগী মমাংদা ফমদুনা ভজন ঈশৈ-শকপা তম্বিখি। মতুংদা মখোযনা পুত্তপার্তিদা লাকপা মতমদা বাবানা মখোযদা ঈশৈ অদু শক্লবা হায়খি। খোঙ্ফম অমদা ভক্ত অমা কোর্টা খৎন-চৈনবগী কেশ তৌনবদা শেল্ যাম্না তিংনবদগী শেল পাযদ্রবা মীশক অমা ওইনা লৈবমই। মানা তুম্লিঙৈদা বাবানা মমঙদা হায়বমই ঃ "ঐগী নুংশিববা ইবুংঙো, লন্-থুম হায়বসিদি অশেংবা মবী নত্তে"। বাবাসি শিক্ষা পিবা মীশক অমা ওইনা অমসুং মীবু শিক্ষা পিগে হায়না অবতাব তৌবকপা অমা ওইনা, অসিগুম্বা থবক অসিদা মতম পূম্নমক্তা পৃথিবী শিন-থুংনা তৌদুনতা লৈ।

মহাক্লা পাওজেল পিবা খুদিংগী অহানবা ব্রাহৌদোক অসি "ঈশ্বরগী মশক ওইববা আত্মাগী শক্লোন ওইবিবশা।" হায়বসিনি। মহাক্লা তম্বিবিবা পূম্নমক্কি ব্রা-মচংদি মসিনি। মীওইবা অমনা মহাক মশাসি আত্মানি হায়বসি খঙ্বা তাবনি; কনানা জয তৌবা ঙমদ্রবা, মাঙ্-তাকহনবা ঙমদ্রবা, চাংজৌনাযদ্রবা নুংঙাইবগী

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

ঈপাক্তা মতম পুম্নমক্তা লৈখ্রবা, সত-চিৎ-আনন্দগী মশক ওইখ্রবা, সমুদ্রগী মশক ওইরবা ঈশ্বর অদুগী ঈথক্-ঈপোম্ ওইরিবা আত্মাদুনি হায়বসি খঙ্বা তাবনি। মসিগী অচুম্বা অশেংবা অসিবু খঙলকপা অদুবুনি ভক্তি হায়রিবসি।

মীপুম্ খুদিংমক্না মসিগী অচুম্বা ৱাফম অসি হায়বদি মশামকসি আত্মানি হায়বসি হায়ননবা কন্না তকশিল্লি, মীপুম খুদিংমক্ মশাগী চাউরাকপা শক্তম অমা মিংশেলদা উহল্লি, মদুনা পাঙ্গল কন্না, থাজনা, থৌনা লৈনা অমসুং শান্তি লৈনা হিংজবা য়ানবনি। মহাক্না হায় মদুদি *আশ্বত্তা হায়রিবা পুন্সিগী পাম্বি অদুগী মরুদি আত্মাদা লৈ।* মসিগী থাজবা অসি লৈত্রবদি ঐখোয় অকংবা ওইবে, মিকুপ খরতগী ওইবা অৱা-নুংঙাইগী ঈপাক্তা তাওদুনা, কোইচিং-চিংদুনা লৈরে! পুন্সি হায়বা পাম্বী অসিগী মঙ, মশাশিং, মনাশিং অমসুং অনৌ-অনৌবা মতোনশিং অসি মপান্থোংগী মিৎনা উরিবা সংসার অসিদা ঐখোয়না শোক্ল-শম্নরিবা, পিথোক-পিশিন, হায়দোক হায়জিন তৌনরিবা, ঐ, মা, ঐগী, মাগী, লৌশিনবা, পিথোকপা... নচিংবা পুম্নমক্ অসিগী ফলননি। পাম্বী অসিদগী শাত্তোরকপা লৈশিংদি - ঐখোয়গী ৱাহৈশিং, ৱাখলশিং অমসুং নুংশিনা তৌবকপা থবকশিং অসিনি, মসিদগী ফংলকপা চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবা অদুনা পাম্বী অসিগী মহৈনি। অদুবু, বাবানা হায় মদুদি উহৈ/মহৈ অদুদা য়াওবিবা অথুম্বা অদুনা ধর্ম, গুণ, ফরবা ঈশ্বরগী ওইবা শাজৎনিতি অদুনি। উহৈ অদুবু মশক তাক্লিবা, ফোংদোক্লিবা, নুংগী গুণ অদু য়াওদনা অমসুং পাম্বী অদুবু হিংহল্লিবা আত্মাগী মরু অদু য়াওদ্রবদি পুন্সি হায়বসি কান্নদবদা লৈঙোই মথক্তা খোইবগুম্বনি, হকচাং অসিনা মৈ-থানবা শীঙগুম্বনি, মহিক-মনায় লৈফম শজিক-চরু ৱাইরুগুম্বনি।

অসিগুম্বা আত্মাগী য়াম্না মরু ওইখ্রবা, শেংলবা ৱাফম অসি মীওইবগী ৱাখলদা হক্কুনা লৈহন্নবা, মমি-তাহন্নবা মবী লৈনবা সংস্থান ময়াম অমা মাগী পাওতাকশিংদা মপুংফানা লুপ্লবা ভক্ত ময়াম অমনা য়েংশিন্দুনা অমসুং শিন-লাঙ্দুনা অমসুং বাবা মশানা লমজিংদুনা লৈখ্রে। মখোঙ্ খর খর থাংবা হৈরক্লবা কাংবুশিংবু নুংশিহৈরবা খুজেং কয়ানা চিংশিনবিদুনা বালবিকাসকি ক্লাস্তা য়াওহল্লি; মখোয় অদুবু বাল-বিহার কৌই, অদুগা মমিং অদু থওইনা কৌরিবনি, অর্থ-লৈহল্লিবনি। মখোয়বু ভজন-ঈশৈ তম্বী, মখোয়না লীলা কয়া শাম্নরি, মদু

উপনিশদতগী, পুরান্দগী, অরিবা লাইরিক্তগী, মুণি-ঋষি কয়াগী পুন্সি ৱারীদগী অমসুং বাবা মশানা ইবিবা কয়াদগী লৌথোক্লগা শানবা লীলানি।

মখোয় অদু মমা-মপা অমসুং অহল লমনশিংবু ব্যবহার তৌনবা, লন্থী চৎপগী নিয়ম ঙাক্লবা, ফিদমনিংঙাই ওইবা দৃশ্য কয়াবু মীয়াম্না মতৌ তম্নবা য়েকথোকপা, শেমহনবা অমদি অৱাংবা থাক্কি পুন্সি খুৎলেন্দা চিংখৎকদবা মন্দিরশিং য়েকপনচিংবা কয়াদা তম্বীরমই। মখোয় খুদিংমক্ তৌফম থোকপা অমা ওইনা অমগা অমগা উনবা মতমদা "ওঁম্" হায়না য়াম্না ব্যবহাব লৈনা কৌনৈ, ওক্লে। শম্না হায়রবদি, বাল-বিকাসকী অঙাংশিং অসিনা 'এ' - না এপ্পল হাযবসি থাদোক্লগা আর্জুনগী থাক্তা লৌরে। বা-বা-ব্লেক সীপ্ .... নত্রগা বোবিন-বেদব্রেন্ত.. হায়বগী মহুত্তা - বঘুপতি রাঘব বাজারাম্ ... নত্রগা সুব্রহ্মন্যম্-সুব্রহ্মন্যম্, শনমুখনাথ্ সুব্রহ্মন্যম্ হায়না শোল্লে। অদুদগী নুপামচাশিং অমসুং নুপীমিচাশিং অসি জুনিয়র সেবাদলগী থাক্তা য়ৌবে, অদুগা ভগবাদ গীতাদগী অখন্নবা পরা তম্বা হৌরে, অমসুং ঋষিশিংনা ঈশ্বরবু থাগত্তুনা শকখিবা ঈশৈশিং শকপা হৌবে। মখোয়না অহানবদা তেংবাংপিবগী পরা তম্লে, ধ্যান তৌবা তম্লে, লীলাশিং শান্নহন্দুনা হৈ-শিংবা গুণশিং য়োকখৎপিরে, য়েকপা তম্বীরে, লৈ-না লৈতেংবা তম্বীরে, মীয়াম তিনবা মতমদা বাবাগী মবমদা অমসুং বাবাগী পাওতাক্কি মরমদা ৱা ঙাঙবা তম্বীরে, বাবা মশানা ঙাঙখিবা ৱাঙাংশিং মতৌ তমদুনা, প্রমাণ-পাষ্টেশিং শিজিন্নদুনা অমদি চাংদম্নবা ৱারী কয়া পুশন্দুনা তম্বীবে।

মখোয়না চহি ১৮ শুরকপা মতমদা মপুংফারবা সেবাদল্ মেম্বর ওইহল্লে অমসুং সেবা তৌরকপা মতমদা তশেংনা থেংনরগদবা অৱাবা খুদোংথিবশিংদু নিংথিনা খাঙবা ঙম্নবা মপুংফাবা আধ্যাত্মিক্কি নিয়মশিং তম্বীরে। মখোয়না জেল্ মনুংদা, বিচার তৌদ্রিবা মরালদি লৈরবা ময়ামগী লৈফমশিংদা, লেপ্রোসিগী অনা-লায়েংশঙ্শিংদা, হোস্পিটালদা, পাথি-কোমথিদা লৈবশিংগী মবক্তা, স্কুলদা অমসুং হোষ্টোলশিংদা ভজন ঈশৈ শক্লবা শিনখি। মখোয় মশাগী সহব নত্রগা খুঙ্গংশিং তরু-তনালনা থম্নবা হোৎনবদা তেংবাঙই, ঈ থস্ফমদা ঈ দান তৌই, অরিবা লাইরিকশিং নৈনৈ, তমই অদুগা শাজৎ-নিতি ফগৎহনগদবা লীলা শান্নে। লৌশিং হেনগৎনবগী মায়কৈদা কান্নবা য়াবা খুদোংচাবা তাঞ্জা খুদিংমক্ অমত্তা

মাঙহন্দনা শিজিন্নে অদুগা অন্না-অনা তারবশিং অমসুং খুদোং চাদ্রবশিংগী সেবাগীদমক্ মতম পুম্নমক্তা থৌরাং তৌদুনা লৈ।

অহলওইরবা মীওইশিংগীনা সেবা সমিতিশিং লৈ, মদুনা ভজন মন্দলিশিং, নগরসঙ্কির্তনশিং, স্তদি-সারকল্শিং, অমসুং মুণি-ঋষিশিংগী মতিক-মগুণশিং নিংশিংনবগী থৌরমশিং শেংলবা নুমিৎশিংদা পাঙথোক্লবা শেম-শাবনি। অসিগুম্বা সমিতিশিং অসিগী নুপীগী শরুকশিং অদুনা নুপী মরক্তা সেবা তৌই অমসুং বাল-বিকাসকি ক্লাসশিং তম্বীদুনা অঙাংশিংবু অচুমবা লম্বীদা লমজিংবি। অসুম্না, বাবাগী অরেপ্পা লৈতনা তত্তনা থৌগৎপিবা অমসুং লমজিংবিবগী মখাদা হেন্না ৱাংবা থাক্কি মহৈ তম্নিংবগী অকনবা ঈহৌ অমসুং আধ্যাত্মিক্কি শেংলবা ঈচেল্লোমদা হোংলকপগী, ওল্লকপগী ঈচেল অমনা পৃথিবী শিন্নুংনা চেন্থরি।

বাবানা লাউথোকপিখ্রে মদুদি মহাক্না লাকখিবসে অচুম্বা লিংখৎপা, য়োকখৎপা, চুমদবা, ওইদবা মরু ফুক্তৎপা অমসুং মীওইবগী থৌরমশিংদা শাজৎ-নিতিশিং ফগৎহন্দুনা ফিদম্নিনিংঙাই ওইহনবনি। ঙসিগী যুগ অসিদা, ভগবান, শ্রীসত্য সাই সেবা ওর্গনাইজেসনশিং অসি সাইগী ৱাখল্লোন তম্নবগী অনৌবা মফমশিং ওইবে। বাবানা হায়, “মসিগী ওর্গনাইজেসন অসি সেবাগী থৌরমশিং পাকথোক চাউথোকহন্নবনি। মসি ভক্তিখক্তা তম্বীনবা শেমখিবা নত্তে, নত্রগা ভক্ত খোমজিন্নবতা নত্রগা মচিন অনি লোঙ্বশিং অদুবু খোমজিন্নবতগী ওইনা শেমখিবা নত্তে। মসিদি মীওইবনা মশা মশক খঙ্নবা হোৎনজবদা হেন্না খুমাঙ্ চাউশিন্নবা মায়কৈদা তেংবাংনবা অমসুং মশা মশক্ খঙ্জবগা মদুদা লুপশিনজনবা হোৎনবদা তেংবাংনবগী কখোল্লবনি।”

বিদ্যা দদাতি বিনয়ম্ - মহৈ-মশিংনা মীবু নোল্লুকহল্লি। অশিংবশিংনা মখোয়দি করিসু খঙ্জবা নত্তে হায়না য়াম্না নোল্লুকই। নোল্লুকপা অমসুং ব্যবহার হায়বসি মহৈ-হৈবগী তশেংলবা মহৈ ঙাক্তনি। মদুগী মহুত্তা, *ঙসিগী স্কুলশিং অমসুং কলেজশিংদা খ্বাইদগী অহানবদা মাঙ্খিবা পোৎশকসি ব্যবহার হায়বসিনি।* বাবানা গীতাদা হায়বা ৱাফম অমা অমুক হন্না হায়রি ঃ পন্দিতাহ সমদরসিনাহ - হৈ-শিংলবশিংনা অমতা ওইনা উই। মখোয়না নাক্ তানবা থবক্তা পুক্নিং থৌগত্তে, মখোয়না তুক্কচবা ৱাখল পোক্লবদা পুক্নিং থৌগত্তে। মখোয়না অমখক্তুবু থি; মদুবু

খঙ্‌লবদি, অতে পুন্নমক্তি অদুম খঙলে! মখোয়না নুংশিনবা থি অদুগা খৎন-চৈনববু থিদে। অদুবু, হৌজিক্কি মতম অসিদদি হৈ-শিংলবশিং অসিসু কল্লকপা, মিহৌবা, মলোম অমসুং মুক্কবা হায়বসি শিনফমগী অৱাবা ওইবে। বাবানা উবে, ফংলে মদুদি ধর্ম য়োকখৎপগী, শাজৎ-নিতি অমুকহন্না ফহন্নবগী থবকশিংশি মহৈ-মশিংগী সংস্থানশিং অসিদসু পাযখৎকদবনি মবমদি চহি খুদিংগী মখোযদগী জাতিগী পুক্সি অসিদা ব্যবহাব যাওদবা, থকশি-খাশি লৈতবা, মতিক চাদবা অমসুং মক য়াওদবা কলচবগী মীওই কযা-কযা থাজিল্লক্লি।

উপনিসদকি ছাত্রদি গুক অদুনা পবা খুদিংমক্কি মমাংদা পাওতাক অমমম্ পিখি মদুদি শিক্ষা হাযবসিদি ওজা অমসুং ছাত্র অনিগী ফংমিন্নবা লৌশিংনি অদুনা ওজা অমসুং ছাত্র অনিগী মবক্তা হায়ফেত্তং শাওনবা অমসুং ভাব তানদবা লৈখিবদা পিবিবা খুদোল অদু মোৎশিলহল্লি, পীবিবা মীসু ফংলিবা মীসু পুন্না অহুম্মক্ মাঙহল্লি। ঙসিগী ছাত্রদি ওজাশিংবু কিহল্লি; ওজাশিংসু মখোযগী শেলগী মনা অদুতা হোৎলি অদুগা তৌফম্ থোকপা মথৌ অদুদি নাথৈদুনা থমই। মখোযনা ফংফম থোকপা ব্যবহাব অদু ফংলিব্রা হাযবসি মশানা য়েংজদে। উপনিসদকী ছাত্রশিংদি মাগী তমগদবা শকক্তু লোয়বগা গুকনা মযুমদা "অচুম্বা ঙাওউ, অফবা অচুম্বা লম্বীদা চৎলু, নমাবু ঈশ্বব ওইনা ব্যবহাব তৌ, ওজাবু ঈশ্বব ওইনা ব্যবহাব তৌ" হাযবগা থাবিখি। অদুবু, ঙসিদি মমা-মপাশিং অসি মখোযগী লম্বীদা অপনবনি, খুবৌনি হায়না লৌবে, মচাশিংদা অৱা-অনা পিবা, ভাব তাদ্রবা কাংবুনি হাযনা লৌবে। মমা অদুনা মতমগা চুনদ্রবা, থাইনগী অন্ধ-বিশ্বাস্তা থাজবা, ওজা অদুনা শেল পিবগা হেক্তা য়াবা, নত্রগা কিহল্লগা সার্তিফিকেৎ অমসুং নম্বব পিহন্দুনা পবিক্ষা পাস তৌহনবা যাবা অমসুং দিগ্রি ফংবা যাববা ওইনা লৌনবে।

মবম অদুনা বাবানা খঙপ্রে মদুদি নহাবোলশিংসি যাম্না থুনা মখোযনা মাঙ্‌হনখ্রবা লম্বী অদুদা অমুক হন্না পুশিনগদবনি। মখোযবু ঙাইদুনা লৈবিবা খুদোংথিবশিং অদুগী মবমদা মখোযবু চেকশিন-ৱাহৈ পিহৌগদবনি অমসুং মখোয়দা নত্তনা লৈবাক অসি মাঙলক্কদৌবিবা, ভাবত্তদা নত্তনা পৃথিবী পুম্নমক্ মাঙলক্কদৌবিবা অদুগীদমক ৱানিং পিহৌগদবনি। পৃথিবী শিন-থুংখ্রবা ছাত্রগী ঈহৌ অসি থম্মোয নুংগী চুশিন্নবা ঙমদ্রবা ৱাখল কযা অদুগী মপাম্হোংদা

ফোঙদোরকপা শক্তম অমনি। মখোয়না চাউরক্লিবা অকোয়বগী ফিভম, মদুদা মখোয়না লৌগদবা থৌদাংশিং - মমা-মপানা, অহল-লমন্না লৈবাক্কি মপুশিংনা শেম-শারিবা মখোয়না লৌগদবা থৌদাংশিং অদু চিরোল অমসুং তৌশিন্নবা, করিশু-লৈতবা, নমথি-হঙ্গোয়রবা কয়া অসিনা পিক্ থল্লি।

হায়নবা লৈ ঃ ফজবা নিতি নিয়ম কয়া তাকপবুদি থবক্লা খুদম ওইনা উৎপনা হেন্না ফৈ অদুবু অহল ওইরবশিং অসিনা নহারোলশিং অসিগী মমাংদা থবক্লা উৎলিবশিং অসিদি ফত্রে হায়বিবা নিতি নিয়ম তন্নীবা অদুদগী হেন্না তমথিনা ফংখিদ্রে! বাবানা মসিগী মরাল্ চপচানা মমা-মপাশিং, ওজাশিং অমসুং সমাজদা তাইনরে, মরমদি মখোয়না মচাশিং অসিবু কান্নদ্রবা স্কুল, ঈশ্বরগী মরমদা অমতা নৈনদ্রবা, মতাম্মদা থমখ্রবা, ফিদম অমতা য়াওদ্রবা স্কুলশিংদা মচাশিংবু তমহল্লকপননি। অবতার অমদা মসি তৌবা যাই, মসিনা তৌবা য়াদে হায়না য়াথং তৌবা ঙস্বা মপু অমতা লৈতে হায়না বাবানা লৌই। কৃষ্ণনা দোলায় অমা থৌগে হায়না থৌরাং তৌখি, মবমদি মদুনা মানা পাঙথোক্লিংলিবা থবক অদুগী খ্বাইদগী ফরবা অমসুং খ্বাইদগী থুরবা পান্বেনি। রাম্মা শা-তানবা চৎলমই, লৌনম্বা থৌরাং অমনি খঙ্‌লবসু মহাক্লা সনাগী শজি তান্নবা চৎখি, মরমদি রাবন্না সিতাবু ফাবা য়ানবা থৌরাং অমগীদমক্ মহাক্ চখোকপা হায়বসি দরকাররনি, য়াম্না তমথিরবা মরাল, মদুগীদমক্ শিবা হায়বসি শোয়দনা মনা ওইনা ফংলগদবা মরাল! মরম অদুনা বাবানা হংখি, "ঐনা কলেজশিং লিঙখৎপদা কবিনা অথিংবা ওইগদৌরিবা? লৈ অমনা মাগী নুংশিরবা মনম অদু নুংশিত্তা য়েন্থোকপদা কনা অমতনা থিংবা ঙমদে! মীবু শিক্ষা পিবা হায়বসি ঐগী হৌনশানি, মীওইবদা য়াওরিবা ঈশ্বর অদুগী মঙাল ফংহনবা হায়বসি ঐগী হৌনশানি। থৌরম অদু মপূং ফাহন্নবগীদমক ঐনা পান্বে পুন্নমক্ শিজিন্নে। নখোয়না নিজদুনতা লাক্লি - "অমম্বদগী ঐখোয়বু মঙাল লোমদা লমজিংবিয়ু"! মসি পাউখুম্ ময়ামদুগী মরক্তা অমনি।

অহানবমক্তা বাবানা নুপীগী শিক্ষাগী মওং অসি চুমথোক্লবা খনখি, মরমদি, বাবানা মাগী ধর্ম-বাহিনিদা ইখ্রবদুনি, "জাতি অমতনা মাগী নুপীশিংগী আধ্যাত্মিক্কি কলচরদা যুস্ফম ওইদ্রবদি, য়াম্না কন্না, মরাচেৎনা শাগৎপা ঙল্লোই। ঙসিগী মীরোল অসিদি চুমদবা, ওইদবা, মীগী ফত্তনবতা খনবা অমসুং মিহৌবা, ওইদবা ঙাঙ্‌বা,

**তমথিবা অসিতনা পিক থনখ্রে, মবমদি মখোয়বু য়োকপিখিবা মমাশিং অদু য়াম্না হৈ-শিংখিদবা নত্রগা মমিং-মনা শিংখিদবননি নত্রগা মখোয়বু নুপাশিং অসিনা মচা-মশুশিং ব্রাবক-ব্রাতেম্বদা অমসুং য়োকপি থাকপিবদা চপচানা থাজবা থমখিদবননি।** *হৌগ্রবদুদি হৌগ্রে। মথংগী মীবোল অমা কন্নবগীদমক্তা যামদ্রবদা নুপীশিং অসি নিংথিনা থৌরাং তৌববা মওং অমদা, মখোযগী মথক্তা লৈবিবা চাউববা দাযিত্ব অদু থেংনবা ঙম্নবা লৌশিং, খাঙবাকনবা, অমসুং থাজবা অদু ফংবা ঙম্নবা মখলগী শিক্ষা ফংহনগদবনি।"*

শোক ১৯৬৬কি জুন থাদা বাবাসি ডিষ্ট্রিক্ট অসিগী খ্বাইদগী চাউবা সহব ওইবিবা আনন্তপুবদা লৈবমই, মদু প্রশান্তি নিলযমদগী মাইল ৫০ লাপ্না লৈবা সবকাবগী ওইবা কোনুংনি, নুপীগী হাযস্কুল অমগী বার্তন তৌবকপদগী চৎখিবনি। অরাংবা থাক্কি মহৈ তম্নবগীদমক নুপীমচাশিং অদুনা চৎকদৌবিবা ফিভম্ মখোযনা মতমচঙ্না অমদি শেল খবচ তৌবগা ফংগদৌবিবা শিক্ষাগী মওং অদু উরুবদা মঙোন্দা নুংঙাইতবা ফাওখি। মহাক্না মাগী ধর্ম যোকখৎপগী থবক অসিদা অতোপ্পা খোঙ্জং অমসু পাযখৎনবা লেপখি; *মবমদি চহি লিশিং কযাগী মমাংদগী ধর্ম হাযবা অসিগী মপুদি নুপীশিংনা ওইবকই; নুপা অমগী মচা-মশুশিংগী অহানবা স্কুলদি নাওশুমনি।* মহাক্না লাউথোকখি মদুদি যাম্না থুনা আনন্তপুবদা নুপীগী কলেজ অমা লৈবগনি। শিক্ষাগী অওনবা অমা পুবক্নুনা সনাতন ধর্ম হিঙ্গৎহনবা, মদুনা মীওইবা হাযবা জাতি অসিগী তুংকোইনা কান্নবা ফংজহৌনবা খোঙ্জং অদু হেন্না মপুং ফাহন্নবনি। আনন্তপুবদা মযায ওইবা মিৎযেংফম অদু ওইহল্লগে হাযনা মপূক্লিংদা লেপখ্রে।

শোক ১৯৬৮ গী জুলাই তাং২২দা নুপীগী কলেজ অদু শঙ্গাখি। অসিগুম্বা অখন্ননা যাইফববা মওংদা শঙ্গাখিবা কলেজসি ইযাও যাওখিদে নত্রগা কলেজগী থাক্তা শোযদনা মায পাক্লা তম্বা কলেজ অমা ওইহল্লগনি হাযবা ব্রাশক্কা লোযননা শঙ্গাখিবা কলেজ মশিং যামদে। অহৌবা নুমিৎমক্তদা লৈখিবা মতিক চাববা খুৎশু-খুৎলাযশিং, ফবনিচব মযাম্, লাইব্রিকশিং অমসুং পুন্নমক্ অসিগী মথক্তা ওহ্লোক্না মহৈ-মশিংদা মতিক চাববা অমদি থব্রাই যাওববা ওজা মযাম্ অমা লৈখিবা অদুগুম্না হৌখিবা কলেজ ইযাও যাওখিদে।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

মীয়ামগী মিটিং অদুদা সভাপতি ওইখিবা অন্ধ্র প্রদেশ সরকারগী শিক্ষামন্ত্রি অদুনা হায়খি মদুদি নুমিৎ অদুদা শঙ্গাখিবা কলেজ অদু কলেজ ময়ামগী মবক্তা কলেজ অমা ওইনা শঙ্গাখিবা নত্তে, নুপীগী শিক্ষাগী মরমদা অনৌবা তাংকক অমা হৌবগীনি হায়খি। মহাক্না খঙ্খি মদুদি কলেজ পুম্নমক্কি ফিদম্নফম্ ওইরগদৌরিবনি, মরমদি বাবানা লাউথোকখি মদুদি ভারতকি ষ্টেট খুদিংমক্তা কজেল অমা নত্রগা অনিদি লিঙ্খৎকনি, পুম্নমক্ ইউনিভরসিতি অমগী মখাদা অমতা ওইনা পুনশিনগনি, মদু মাগী থবক অদু পাঙথোক্নবগী খুৎলাই অমা ওইনবনি।

বাবানা হায়খি, "কলেজ অসি লিঙখৎনবা খনখিবা ব্রাখল অসি মিংচৎ ফংনবগী নত্তে নত্রগা অনৌবা অখন্নবা লাইনিং মওং অমা হৌদোক্নবা নত্তে, নত্রগা শেন্দোং ফংনবা নত্তে। মিংচৎ হায়বসি অরেপ্পা লৈতবা থবক্নি। মিংচৎ হায়বসি থুনা অদুম মাঙ্থরকই। শেন্দোং অসিসু শেল্ ওইনা পারবদি অশেংবা লম্বীদু মাঙহল্লকই। ঐনা কলেজ অসি হৌগৎপদা, চাউখৎপদা য়ারে, মরমদি মসিনা ছাত্রশিংগী পুক্নিংদা সত্য, ধর্ম, শান্তি অমসুং প্রেমগী ফিদমশিং অদু শোয়দনা পোকহল্লগনি, ফিদমশিং - বেদশিংদা নিংথিনা ইদুনা লৈরবা, শাস্ত্রশিংদা শন্দোক্না তাক্লবা, অরিবা লাইরিকশিংদা নৈনদুনা তাক্লবা, মশিং লাকওমদ্রবা মীরোল কয়ানা থবক ওইনা পাঙথোকখ্রবা অমসুং হকথেংনবনা চুমই হায়বা খঙখ্রবা, লনায় মীওইগী অমদি সমাজগী খুমাং চাউশিন্নবগী খ্বাইদগী ফরবা ফিদমশিং অদুবুনি। ভারত্তা পোক্লিবা অঙাং খুদিংমক্ মসি খঙনবগী অধিকার অমসুং মমল য়াম্লবা মমাংঙৈদগী থম্বিরম্লবা সোতো অসিদগী কান্নবা ফংনবগী অধিকার লৈ।

"লৌউবা হায়বসি পুন্সি হিংনবগীনি; আত্মাগী মরমদা নৈনবা, খঙ্বা হায়বসিনা পুন্সিদা মায় পাক্লবগীনি। অঙাংশিংবু ঈশ্বরদগী লাপথোকহনবা শিক্ষাগী মওং, ঈশ্বর হায়বদি অমতা ঙায়রবা পুম্নমক্কি চঙজফম ওইরিবা, অমতা ঙায়রবা মরীমতা, অমতা ঙায়রবা লমজিংবিরিবা, অমসুং অমতা ঙায়রবা পুম্নমকপু ঙাক-শেনবিরিবা ঈশ্বর অদুদগী লাপথোকহল্লিবা মওং অদুদি মঙালতবু উজনিংলিবা কাংবু অদুদা মিৎতাংবশিংনা মিৎ উহন্দনবা তৌবা মওং অমা ওইরে।

আধ্যাত্মিক্কি কলচর অসিগীদমক্তদি নুপীশিংনা খ্বাইদগী অকনবা ফক্লাংনি। অদুবু, ঙসিগী মহৈ-হৈববা নুপীশিংগী মিৎয়েং-নাযেং অমসুং শাজৎ-নিতিদগী খঙলে মদুদি

মখোয় য়াম্না থুনা, কান্নদ্রবা কোঙ্গোনগুম্বা, অহোঙবা, করিশু কান্নদ্রবা লাইরিক লাইশু অমসুং ইন্দ্রি মথুম-মরাং হৌহনবা ফিলমশিংদা হেক্তা তাশিল্লে, লুপশিল্লে।

"অঙাং খুদিংমক্কী মমা মঙা লৈ, অমসুং মঙা অসিদা মাগী তৌবিমল উৎফম থোকই; মখোয় অসিনা মাগী পুন্সিবু অর্থ লৈহল্লি, মপুং ফাহল্লি। হকচাংগী মমা (হকচাং অদুবু পোকপিরিবা মমা), ষণবি ওইরিবা মমা (শঙ্গোম পিবিবা মমা অমসুং মাগী লোয়নরিবা ষণলাবা, মপুন্সি চুপ্পা মচিঞ্জাক হৌহন্নবা হোৎনরিবা), ভু-মাতা (মরু-মবাং খরদুগী চাথোক য়াম্না পিরিবা লম্) শেদ-মাতা (সমাজ অদুনা খুন্দারিবা লমদম্) অমসুং বেদ-মাতা (আধ্যাত্মিক্কি লন্ অদুবু সোতো ওইনা ফংহনবিরিবা) অসিনি। অহানবগী মমা অদুগা মচা অদুদা অকোনবগী মমা মবি অদুগী মতিক-মগুণ পুম্নমক্তু খঙহনগদবনি, মরম অদুনা মাগী থাক অসি যাম্নামক্ মরুওই, মহাক্কি দাযিত্বসি য়াম্নমক্ মরুওই। মবম অদুমক্তননি ঐনা অহানবমক্তদা নুপীগী কলেজ অমা লিঙনবা লেপখিবসি, মদুনা ধর্মবু তেক-কায়দনা থম্নবা, ধর্মবু চাউখৎহন্নবা, জগৎ পুম্নমক্কি ওইবা সনাতন ধর্ম অদুবু মথৌ হাপকৎনবা অমসুং মায পাক্ত্রিফাওবা লমজিংগে হাযনা লাক্লিবা অদুগুম্বা ধর্ম অদুবু য়োকখৎনবগীদমক নুপীগী কলেজ অসি অহানবা ওইনা লিঙখৎনবা লেপখিবনি।

"আত্মা-বিদ্যা অসিখক্তনা পুক্লিং অসি ধর্মদা লুপশিনবা ঙমগনি," বাবানা লাওথোকপিখিবনি। প্রশান্তিনিলয়মদা লৈরিবা সত্য সাই বেদসাস্ত্র পাঠশালা অসিনা অঙাং কয়ামরুম্বু থাইনগী ভারতকি লময়ানবা, মথৌনা লৈরবা কয়ানা পুথোকলম্বা, আত্মা অসিনা কোল্লিবা লমদমশিং অদুগা শকখঙনহন্নবা শেম শারি। মখোয়না প্রশান্তি নিলয়ম্না পিবিবা পাওজেল হায়বদি তুমিন্না লৈবগী সাধনা অদু মখোয়সু চংখ্রে; মদু মনিংতম্বদগী, অশেংবদগী, অমসুং বাবাসি মফম পুম্নমক্তা শিন-থুংনা লৈ হায়বা খঙলকপদগী মশাদা ফাওবকখিবা অফবা মখলগী তুমিন্না লৈবদুনি।

ভাবত পুম্নমক্কি ওইবা প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভা অমসু লৈ, মদু বেদ হৈরবা পন্দিত কয়া অমসুং সংস্কৃত হৈরবা পন্দিত কযানা লৈতেংলবা সভানি; মখোয় অদু বাবানা খনখিবনি, মখোয়গী হৈরিবা পুম্নমক অমসুং মখোযগী যৈখাই-থিনগাইবা লৈত্রবা পুক্নিংগী মপুং ফাববা শান্তিগী মরল অদু, মদুগীদমক্ লাইমিং লৌদ্রিবা অমসুং ফংনবা হোৎনজরিবা ময়াম অদুগা শরুক য়ামিন্নরগা ঈশ্বরগী

মতিক-মগুণদু খজিক্তং খঙজরগা মমাংলোমদা চংশিঞ্জনবনি। অদুবু, বাবানা হায়, আত্মাবিদ্যা ওইররোই, মসি মীওইবা খুদিংমক্কি অধিকার ওইরগনি - অচুম-চুমদ মীওই খুদিংমক্কি অধিকার ওইবগনি, মদু মখোয়না খঙবা নত্রগা খঙ্‌দবা য়াই, মদু লৌশিনবা অদুগা নুংঙাইবা অমসুং শান্তি ফংবা হায়বসি মখোয়গী অধিকারনি।

ঈশিং হায়বসি শঙ্গোমদগী হেন্না হোঙই। হিংবা হায়বা পথাব্ অসিদা ঈশিং হায়বসি চঙদবা য়াদবনি। শঙ্গোম হায়বসি হকচাং ফনবা অমসুং পাঙ্গল কন্নবগীদমক তঙাইফদনা চঙই, লাযনা কয়ানা লান্দাবকপা ঙাকথোক্লবা চঙই। ঙসিদি, লৌশিং অমসুং ঈ-পাও ফংহল্লিবা শিক্ষাগী মওং অদু স্কুলশিংদা অমসুং কলেজশিংদা পিরি। *আত্মাবিদ্যা (শঙ্গোম্) অদুদি পাঠশালা অমসুং আশ্রমশিংদা তুংশিন্দুনা থল্লি।* ঈশিং অসি মমল্ তাঙলে অমসুং শঙ্গোমগা যানশিন্নববা মতুংদা মমল যাম্না পিবে। অদুদগীদি মসিসু হকচাংদা কান্নহল্লে। মবম অদুনা, *কলেজদা হৈশিংবা অমসুং ঈ-পাও ফংহনবগা লোযননা আত্মাবিদ্যা অসিসু তাকপিগদবনি, মদুনা পূন্সিদা তৌফম খঙদনা লৈবিবদু থৌনা ফনা থেংনবা ঙম্মবনি।*

বাবানা হায়, “ঐখোযনা চহি ৭কি লানগী মরমদা তাবে, চহি ৩০গী লানগী মবমদা তারে, চহি ১০০ গী লানগী মরমদা তারে। *মী অমসুং মাগী পুক্নিংগা শোক্নরিবা লান অসিদি, থরাইগা মায়াগা শোক্নরিবা লান্ অসিদি, মীওই অমগা সংসার অসিগা শোক্নরিবা লান অসিদি, মতম্না হেক লৈরিমখৈ শোক্নগদবা, মতম্না হেক লোযবা কান্দা লোয়গদবা লাল্লি।* খ্বাইদগী অঙনবা মীওইশিংদো মসিদা শোক্নখিবনি, খ্বাইগী মমৈদা লাক্কদৌরিবা মী অদুসু মসি শোক্নবা তাবনি। “আর্জুনগী মতৌগুম্না নঙ্‌না ঈশ্বরবু নঙ্‌গী দোলায় থৌবা, হায়বদি লমজিংবা ওইনা খন্দ্রবা, নঙ্‌গী ইন্দ্রি পুম্নমক্, পুক্নিং, লৌশিং, অপাম্বা, পাম্বৈ অমসুং পম্বুং পুম্নমক্ মঙোন্দা কখোক্ত্রবদি লানফম অদু নঙ্‌না জয় তৌরগা লোয়রোই। মদুনি আত্মাবিদ্যানা তমবিরিবা পাওতাকসি; মদুনি মীগী মচা ওইরিবশিং অসিনা ফংফম থোক্লিবা অধিকাব অদু।

কলেজগী তম্ফম থোকপশিংদা অমসুং মখোয়গী দরকাব তাল্লকপশিংদা মিৎয়েং চংবতা নত্তনা, কলেজনা ছাত্রশিংদা লাইশোলগী থবকশিংদা অমসুং মেদিতেসনগী ক্লাসশিংদা য়াওগদবনি হায়রমই। চহি অদুগী মনুংদা ভাবতকি কুইরবা

মতমদগী লৈরকপা কলচরগী মরমদা লেকচর পরেং অমা পিরমই। মশা ফনবগীদমক্তা যোগা সাধন্ তৌবা অমসুং পুক্লিং চনিংতানা লৈবা হায়বসিদা অকনবা শাফু পীরমই অমসুং থবক্লা উৎপা ক্লাস কয়াসু শিল্লমই। ফিলম্না অমদি অকি-তুজুংলবা ফাগিগী কুম্মৈশিংনা ছাত্রশিংবু মোৎশিনহন্দনবা ত্রেনিং পিরমই। মখোয়দা ফিজেৎ চম্না শেংনবা পুক্লিং থৌগৎলমই অমসুং মশামক্লা কাহেন্না শেমদোক-শেমজিন তৌদুনা মীগী মিৎয়েং চিংশিন্নবা তৌদনবা হায়রমই। অরিবা লাইরিকশিংদা, উপনিসদতা অমসুং ইতিহাসতা মমিং য়াম্না চৎলবী থাইনগী অচৌবা নুপীশিং অদুগী মতৌ তম্নবা পাওতাক পিরমই।

বাবাগী আশীর্ব্বাদ ফংজরবা কলেজ অদুগী ফিভম অদু অফবা গুণ কয়া চাউখৎলক্লবগীদমক্তদি য়াম্না ফববা ফিভম অমদা লৈরে। বাবানা কলেজদা য়াম্না তোয়না যেংবা চৎলি অদুগা মশামক্লা পাওতাক পিবি। মবক মবক্তা মহাক্লা শিক্ষাগী মরমদা তোমখিন শক্লাযরবা অমসুং সাই নিতিদা মপুং ফানা লুপ্লবা মীওইশিং ছাত্রশিংদা ব্রা ঙাঙহন্নবা পুই। পুন্নমকসিগী মথক্তা, বাবানা ওজা খুদিংমক্ অমসুং ছাত্র খুদিংমকপু খঙই। মখোয খুদিংমক্কি মপুক্লিংদা কবি থোক্লবগে হায়বসি মহাক্লা খুদক্তা খঙবা ঙমই, মরম অদুনা মখোয় খুদিংমক্লা মানা-মানা চৎকদবা শাজৎ-নিতি অদু কায়দনবসি মশানা খঙজে। ডাক্তব গোকক্লা হায়খ্রে মদুদি অতোপ্পা ময়াম অমনা সত্য, ধর্ম, শান্তি অমসুং প্রেমগী ফিদমশিং অসিদা শাফু পিনখ্রে। অদুবু, বাবা খক্তনা হিবম অসিদা তশেং-তশেংনা থবক ওইনা করি অমতা শেমদোক-শেমজিন যাররোইদবা মওংদা উৎপিখিবনি। "নখোয়না শান্তিগী মবমদা তম্বা তাববদি বাবাদগী তমউ। নখোয়না প্রেম ফংনিংলবদি, বাবাদা চংজৌ অমসুং মঙোন্দগী পুক্লিং থৌগৎচৌ। অদুবু, পুন্নমক অসিদগী পুমথোই থোইবা গুণ অমা লৈরি, মদু পুমতোপ্ তোপ্পা, অখন্নবনি, মদু বাবাগী শক্তিসিনি। ফিভম অমা ওন্থোকপগী শক্তি মঙোন্দা লৈ, থোক্লগদবা থৌদোক অমা মানা ওইহন্নিংবা মওংদা ওইহনবা ঙমই, মতেং পিহল্লকপা ঙমই, মওং নত্রগা মগুণ হোংদোকপা ঙমই অমসুং দবকারগী মতুংইন্না লোইশিনবসু ঙমই। মবম অদুনা, মহাক্লা কলেজ অমা হৌবা মতমদা অমসুং মদু পান্দম অমগীদমক কখোকপা মতমদা, মদু মহাক্লা নিঙখ্রিবা পান্দম অদুগী মায়কৈদা চৎপা তাবনি। মহাক্কি মদুগী শক্তি অদু লৈ। মদুগী ছাত্রশিং অদু পান্দম অদুগী খুৎলায ওইনা

শিজিন্নবগী মরাইবক ফবা কাংবু অদু ওইরে, মদু পৃথিবী অসি শ্বর্গ অমা ওন্থোক্নে হায়না তৌখিবা থৌরাং অদুননি।"

বাবানা ঐখোয়দা হায় ঃ "ঐহাক অসে নখোয়গী দোলায় থৌবা ওইহল্লু"। "অখন্নবা খুদোংচাবা তাঞ্জা অসি লৌ। নখোয়বু অরানখুভম ফংহনগদবা সাধনা অদু ঐঙোন্দা হঙউ। মরমদি, মতুংদদি নখোয় ঐগী নাক্তা চংবদা অরুবা ওইরগনি। মায়গৈ পুম্নমক্তগী মীয়াম অমা হুপচিন্নরক্লে। মসিগী ঈশ্বরগী থৌদোক অসি বিশ্ব-বৃক্ষ - হায়বদি পৃথিবী পুম্বগী ওইবা পাম্বি অমা ওইনা হৌরগদবনি। (মীওইবা জাতি পুম্নমক্তা উরুমঅমসুং চংজফম পিবা ঙম্বা উজাও ওইরগনি)। মদুগীদমক্তা মওং অসিদা লাক্লবনি। মসিদা চিংনবা লৈতে, পম্থগদবসু লৈতে। ঐগী ইম্নিং অসি সত্য হায়বনি; ঐনা তম্বীরিবসু সত্যনি, অচুম্বনি; ঐগী লম্বীসু সত্যনি; ঐহাক সত্যনি - অচুম্বনি।"

বাবাসি লাইবক ফবদগী কলেজ অদুগী হিমায় চুন্নিবদুনি, দোলায় থৌবিবদুনি; মরম অদুনা ছাত্রশিংদু চুমদ্রিং চুম্না, মথৌনা ফনা, পুকচেল শেংনা, চৎপা যাত্রিক্ ওইগনি। মখোয় অফবা মচানিঙোল ঙাক্তা ওইনা চাউরগনি, অফবা নাগরিক্ ওইরগনি, হায়বা ইনবী নুপী, মিনুংশি চাউবী মমা অমসুং হৈ-শিংলবী ওজা ওইরগনি। মমানা মচা য়োকই; মহাক্লসু মপাবু ব্যবহার তৌনবা তম্বি। মহাক্লা অদুম হায়না তৌবা তাবনি মরমদি ঈশ্বরনা শেন্নকপা লীলাদা মমাগা মচাগা নকশিন্নবা অদুক মপাগা নকশিন্নদে।

"বাবানা তম্বিবা লাক্লে", চালর্স পেন্না হায়। "ঐখোয় পুম্নমক্না মাবু ফংনবা হোৎনরসি। খঙউ, ঐখোয় পুম্নমক মঙোন্দা তম্নবা চিংশিল্লিবনি। ঐখোয়না মিকুপ খরদং মাগী মনাক্তা লৈবসিদা নুংঙাইবা অদুখক্তদা পেনগদবা নত্তে, ঐখোয়গী নুংদা ফাওরিবা শান্তি, অপেনবা অসি য়ুমদা পুখিনবসু তমগদবনি। ঐখোয়না য়ুম য়ৌরবা মতমদা, ঐখোয়না কাওরোইদবদি অরাপ্পা অসিনা বাবাগী পরাশিং অদু ঐখোয়দা চেনশিল্লকপদা থিংবা ঙম্নবা শক্তি লৈতে। ঐখোয় খুদিংমক্তা লৈরিবা অরুবশিংসি কোকহনবিনবা মঙোন্দা হংগদবনি হায়বসি নিংশিংগদবনি অমসুং অদুদগী লাক্কদবা মিকুপ খুদিংমক্তা মাগী লমজিং পাওখুমগী থৌরাং তৌদুনা লৈগদবনি। পাওখুম অদু য়াম্না ময়েক্ শেংগনি অমসুং চুমগনি, মদুগী অর্থ লৌবদা

লাযগনি, ঐখোযনা শুপ্পতগী নিজববদি”। বাবাগী কলেজ অসিগী ছাত্র খুদিংমক্ অসিগুম্বা ওজা ঙাক্তা ফংজবগী খুদোংচাবদু লৈ' মসি, তশেংনমক্ চাউখ্রবা অফবা লাইবক ফবা অমনি।

শিক্ষাগী মওং নৌনা অমুক্ শেমদোকপগী থবকসিদা তপ্থবা যাদ্রে হাযবা ৱাখলসি বাবাদা লৈ, মবমদি নুপামচাশিং অমসুং নুপীমচাশিং অসিনা পুন্সিগী লানফমগীদমক্তা শেমশাবকপা মতমসিদা আত্মাশিং অসিনা চবা হেলহনবা হাযবসিগী ফলসি যাম্না অকৰা ৱাফম্নি। মবম অদুনা, আনন্তপুব কলেজ অদু অৱাইবা কাশিংদা হৌখি অমসুং যাম্না তহা-তহানা শেদ কযা শাখি, মদু মশাগী বিলদিং শাবিঙৈদা থবক পন্থদনবনি, বিলদিংশিং অদু বাবাগী প্লান মতুং ইন্না শাবনি। মতৌ অসুম্না, মহাক্না বঙ্গলোবদা নুপামচাগী কলেজ খব বৃন্দাবনগী ইংখোল অদু যৌশিনহনখি; মদুসু খুদক্কি ওইবা শঙ্ খব শাবগা কলেজ অদু খুদক্তা হৌহনবা যানবনি। “কলেজশিং হাযবগা চেক্ অমসুং বিলামাতি খক্তনা শাবা নত্তে; নত্রগা ক্লাস মযাম চত্থবিবা বিলদিং অদুগী ফজবিবা মওং অদু খক্তনা ওইদে। মখোযগী মগুন্দি, মদুদা তন্নিবা ছাত্রশিং অদুগী লমচৎ অমসুং মখোযগী কান্নবা অদুনা লেপকদবনি, কাংজৈবুংদা মখোযনা উখোবকপা লমচৎ-শাজৎ, মখোযনা মমা-মপাদা যেংলকপা মিৎযেং-নায়েং, অহলশিংদা, ওজাশিংদা, অমসুং মখোয়গী তুংগী পুন্সিদা মখোযনা চৎলকপা ফিদম অদুনা লেপকদবনি,” বাবানা হায।

থাক খুদিংমক্তা, বিলদিংগী, লেবোবেটবিগী লাইব্রেবিগী অমসুং ক্লাসকি বাবা মশামক্না যেংশিল্লি। দবকাব লৈবা খুদিংমক্তা মহাক্না লমজিংখি, অসুম্ তৌদুনা কলেজ শঙ্গাবা নুমিত্তদি কলেজ অদু যাম্না তরু-তনালবা, হিবম খুদিংদা মপুং ফাববা, যাম্না অতাঙ্বা খুদম ওইববা, অহানবা ছাত্র মিংচনবা হেক হৌবা নুমিত্তা পুবানা মপুং ফাববা, অৱাংপা লৈত্রবা কলেজ অমা ওইখি।

শোক ১৯৬৯ গী জুন তাং ৯দা মাইসোবগী চিফ মিনিষ্টব, শ্রী বীবেন্দ্র পতিলনা কলেজ অদু শঙ্গাখি। মহাক্না হাযখি, “বাবানা ধর্মসি অমুক হন্না হিংগৎহনবা, থৱাই হাপ্পা লাক্লে, মদু মীওইবা জাতিগী যাইফনবগীদমক্ তঙাই ফদ্রবা যুম্ফম অদুনি। ধর্ম হাযবসিদি শাজৎ-নিতিগী অমসুং আধ্যাত্মিক্কি মগুণনা হেন্না লৈগদবনি অদুনা বাবানা য়োকখৎপা কলেজ অমদদি হাযবিবা গুণশিং অসি মশানা

নহারোলশিংদা চেন্‌বা তাবনি"। বঙ্গলোর ইউনির্ভসিটিগী ভাইস-চান্সেলর ওইরিবা ডাক্তর ভি: কে: গোকক্না অদুগুম্বা মাগী ইউনির্ভসিটিদা এফিলিয়েট তৌরিবা কলেজ অদুবু "বঙ্গলোর ইউনির্ভসিটিগী সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবনি" হায়না তরাম্না ওকখি। "মদুনা কলেজগী থাক্তা পিরিবা শিক্ষাগী নিয়মদা, নমুনাদা ফিদম অমা পিবদা নত্তনা শাজৎ-নিতি অমসুং আধ্যাত্মিক্কি হিরমদসু ফিদম অমা পিরগনি। মসিগী কলেজ অসি বাবাগী নুংশিবা, থৌজাল্ অমসুং লৌশিংনা পুথোক্লগা মপুংফানা শাখিবা অমনি। চেক খুদিংমক্তা, উপাক খুদিংমক্তা, হায়বদি হিরম খুদিংমক্তা বাবা মশামক্না কুপ্না মিৎয়েং চঙ্খিবনি। য়াম্না থবাই হকচাং য়াওনা, নুংশিনা মীয়ামগী সেবা তৌগে খনবশিংগীদি বাবানা তৌখিবা মওং অসি তমজনিংঙাই ওইবা পরা অমনি। তোঙান-তোঙানবা বিষয়শিং তম্নকপদগী লৌশিং-জ্ঞান ফংলকপা অদুগী মথক্তা, মফম অসিদদি ওজাশিং অমসুং ছাত্রশিং অনিমক্না করম্না নুংশিননা লৈমিন্নদুনা শান্তি ফংগদবগে হায়বা বিদ্যা অদু তম্নবগী তোপ-তোপ্পা খুদোংচাবদু ফংজরে।"

লবাইদগী লাকখিবা ময়াম অদুগী পুক্নিং বাবানা চিংশিনখি; মখোয় অদু মখোয়গী লমদা কলেজ অমা লিঙ্খৎপিগ্রে তাবদা য়াম্না হৈনিং-হরাওজখিবা কাংবুনি। মহাক্না হায়খি মদুদি খুঙ্গংগী মীশিংদি হৌজিক ফাওবদা মখোয়-মশেল তেংবাংনবা, মচিন-মনাওদৌনা নুংশিনবা, ঈশ্বরদা থাজবা অমসুং মথকথোংবশিংদা ব্যবহার তৌবগী নিতিদু অদুম চত্থবি। মহাক্না অদুগুম্বা ফিদমশিং অদু অদুম্ ঙাক্তুনা চৎননবা কন্না হায়খি, মদুনা মখোয়গী মচা-মগুশিংদু সহরগী ফত্তবা নিতিশিং অদুনা চিংথোহন্দনা য়াম্না নুংঙাইরবা নাগরিক্ ওইনা চাউজবা ঙম্নবনি।

"মসিগী কলেজ অসিনা মসিদা তল্লিবা শকনায়রবশিং অসিদা য়াম্না মপুং ফারবা শিক্ষা হায়বদি কর্ম-মার্গ, ধর্ম-মার্গ, অমসুং ব্রহমা-মার্গ অহুম্মক্ - অচুম্বা থবক তৌনবগী নিতি-নিয়ম, সমাজদা চৎকদবা অচুম্বা শাজৎ-নিতি অমসুং আধ্যাত্মিক্কি হিরমদা খুমাং চার্উশিনহন্নবা নিয়ম-শিংদা মিৎয়েং চঙগনি," বাবানা হায়খি।

অঙাংশিং অদুদা বাবানা হায়খি, "নখোয়না কলেজ অসিদা অদুম্ তম্বা য়াই নত্রগা থাদোক্লগা অ:তোপ্পা অমদা তমখিবা যাই, অদুবু নখোয়না লৈনিংবা মফম

অমদা লৈববসু, নখোযনা তম্বা লোযবগা নযুমদা হল্লকপা মতমদা ঐখোযনা মফম অসিদা পিখ্রিবা অখন্নবা মিৎযেং অদু ফংলকপা অমা ওইনা নখোযনা পুন্সিদা মায পাক্লকপা হাযবসি ঐনা পামই। বাজনিতিগী চনৈনবা মবক্তা যাওশিনগনু। বাজনিতি হাযবসি ঙসিদি, মবম পুম্বগীসু ওইবা যাই, যাম্না অমোৎপা মশান্ন অমনি, মসিদদি অপাম্বা, মিহৌবগী ব্রাখলসি যাম্না ব্রাঙই, অফংবা পাম্বৈনা শক্তি থিবকই, খজিক্তং যানিংদবদা তুক্কচবা ওনখি। নখোয মসি নত্তবা অনৌবা লুচিংবা অমা ওইগদবনি। সেবাগী নিতি-নিযম পুন্নমক্ নিংথিনা, মমুৎতানা খঙ্লগা, হৌখ্রবা পুন্সিদা থেংনখ্রবা মঙালশিং অদুগা লোযননা, চৈশোংশিংনা ব্যবহাব, সনমান্ তৌনবক্লবা জ্ঞান অদুবু যাবা মীশক্ অমা ওইনা তুংগী পুন্সিগী লানফম থেংননবা চঙশিল্লু।"

কলেজগী চেফোং অমদা নম্নবা থাখিবা পাওজেল অমদা বাবানা হাযখি, "মসি ঈশ্ববগী ওইবা অমসুং আশীর্ব্বাদ ফংলবা লম্ অমনি। লমদম অসিগী চৎনবকপসি আধ্যাত্মিক্কি ব্রাখল্লোন্নি, অদুবু মী ১০০গী মনুংদা ৯৯দি খঙজদবা নত্রগা আধ্যাত্মিক্কি ব্রাফম হেক পল্লুবদা যানিংদবা, তুক্কচবা কাংবুনি। মীযামশিং অসিনা মশাগী মনাৎপু মমল লৈহঞ্জদবে। নশাগী দোষ হান্না চুমতোকখো অদুগা অতোপ্পগী দোষ থিগনু। নঙ্গী মবী-মতাশিংদা অমসুং অতৈ মীওইশিংদা ব্যবহাব ফজৌ, নুংশিউ, নবৈবাকপু সেবা তৌ অমসুং পৃথিবী পুন্নমক্কী যাইফনবা ঈশ্ববদা খুকমজৌ, নিজৌ।"

থবক ওইনা ওন্থোকখ্রবা কলেজগী পান্দমশিং অদু কলেজ অদুগী মানা খনখিবা এমব্লেম অদুনা মযেক শেংনা ফোংদোক্লি। সার্কল অমগী মনুংদা লৈকা মঙা পানবা থম্বাল অর্মনি। লৈকাশিং অদু পৃথিবীদা চৎনবিবা মপুংওইবা অচৌবা ধর্ম মঙাগী মহুৎ শিল্লিবনি। 'ওঁম্' - না সনাতন ধর্মবু উৎলিবনি, ক্রোস অদুনা খ্রিসতিযানিতি, চক্র অদুনা বুদধিজম্, থা-মচেৎ অদুনা ইসলাম্ অমসুং মৈবি অদুনা জোবোস্ত্রিযানিজম্বু উৎলির্বনি। থম্বাল অদুনা থাইনগী আর্য্যশিংগী খুদম্নি, পোক্লকফম লৈখোম অদুনা শোকহনবা ঙমদ্রবা, মসিনা ফাওগৎলক্লিবা অমোৎপা ঈশিং অদুনা মোৎহনবা ঙমদ্রবা অমসুং মথক্তা তাওবিবা অমোৎপা ঈশিং অদুনা মোৎহনবা ঙমদ্রবা থম্বাল্। *থম্বাল অদুগী মনুংদা মঙালগী মৈবি অমা লৈবি মদুবু যাওদ্রবদি লৌশিং হাযবসি অরাবা পোৎলুম্নি অমসুং পুন্সি হাযবসি ইন্দ্রিগী অপাম্বা খবদং ফংলগা লেল্লবা*

*কান্নদ্রবা লৈকংলাগুম্বনি।* অকোয়বা এমরেম অদুগী মথক্তা থা-মচেৎ শানা লৈই তঙ্খাই অমনা কোয়শিল্লি, মদুগী মপান অকোয়বদুদা কলেজনা পামজরিবা ফিদম - বেদগী য়াম্না মচং ওইবা পাওতাক অদু ইরি; মদুনা হায়রি, "ধর্মনা ধর্মবু ঙাক্লা চৎলিবা কাংবু অদু ঙাকশেনবি, অমসুং অচুম্বা হায়বসিদগী হেন্না ৱাংবা ধর্ম লৈত্রে। ধর্মনা কনাগুম্বা অমবু হৈনিং হৱাওহনদ্রবা অমসুং মী অদুবু হোঙ্দোকহন্দ্রবদি পৃথিবী অসি অৱাবা অমসুং অকিবনা শোয়দনমক্কি শোকহল্লগদবনি।"

চেফোঙ অদুদা য়াওরিবা ছাত্রগীদমক্তা পিরিবা রুলশিং অদুগী মরক্তা মখাগী ৱাহৈ পবেং অসি থেংনৈ ঃ "হৌজিক্তি নখোয় ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী হকথেংনবা লমজিং মখাদা অমসুং য়োকপি-থাকপিবগী মখাদা ছাত্র ওইজবগী খুদোংচাবা অদু ফংজরবনিনা, মতিকচাবা ছাত্র ওইরগে হায়না পুক্লিং লেপ্লো, বাবানা তাকপিরিবা ৱাফম - *"লমচৎ য়াওদবা শিক্ষা অসিদি য়াম্না খুদোংথিবগী মশক্নি"* কাওদনা। রুল নম্বর ১০-এ দা অসুম্না হায়রি ঃ "ছাত্রশিংদা অখন্ননা নোল্লুক্লবা, (পাওতক পিরি) তেংবাং পিনিংবগী ৱাখল পোকহন্নবা; অমসুং পুম্নমক্না য়ানবা চৎনবা হোৎনগদবনি হায়না লমচৎ-শাজৎকি মরমদা বাবানা পিরিবা পাওজেল মখল মঙা সত্য, ধর্ম, শান্তি, প্রেম অমসুং অহিংশা অসিনা কলেজদা তম্লিবা অমসুং থবক তৌরিবা খুদিংমক্তা হৈনিং-হৱাওহনবা ৱাখল পোকহনগদবনি"। নম্বর ১১না হায়রি ঃ "কলেজ অসিনা লাইরিক তম্বিবদা য়াম্না অকনবা মিৎয়েং পিরি।" চয়োলগী অমসুং থাগী চাংয়েং, থা অহুম খুদিংগী পরিক্ষা তৌবনচিংবা নিয়মশিং ইরি অমসুং মরক-মরমক্তা অঙাংশিংগী রিপোর্ট মমা-মপাদা থারি।

মসিদসু ভজন্, মেদিতেসন্ অমসুং লাইশোল্ নোংমগী থবক্ হৌরমদাইদা পাঙথোক্কদবনি, মদুনা ওজাশিং অমসুং ছাত্রশিং লোয়না য়াওগদবনি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা, কলেজ অদুদা ছাত্র ফন য়ামদুনসু বাবানা মপা অমা ওইবগী নুংশিবদু ছাত্র খুদিংদা ফংহনবি। মহাক্না ছাত্রশিং অদুবু অসুক্কি মতিক নুংশি মদুদি মহাক্না হায়বা খুদিংমক্ মখোয় খুদিংমক্না মশানা তৌদবা য়াদবা হায়বা ৱাখলগা লোয়ননা পাঙথোকই। মখোয়না লমচৎ চুমদ্রবদি নত্রগা কলেজগী নিয়মশিং খজিক্তং থুগাইরুরবদি বাবানা মিকুপ অমতা ওইরবসু মখোয়বু থৌশাবিখিরোইদ্রা হায়বসিগী য়াম্না কিজরমই অদুনা মখোয় থকসি-খাসিগী মরমদা য়াম্না মিকুপ-নাহুম্ শিংনা লৈরমই।

বাবানা মতম পুম্নমক্তা হিবম মঙাদা ঙাওশিন্নদনবা পাওতাক্ পিখি ঃ মিং অসিনা ইন্দ্রি মথুম-মবাং হৌহনবা দৃশ্যদা যেংলোইদবনি, নত্রগা শাজং-নিতিদা কাযহনগদবা ব্রাখল পোকহনবা দৃশ্যদা য়েংলোইদবনি, নত্রগা ইমা-ইপাদা, ইথক থোংবশিংদা অমসুং লৈবাক অসিগী ঃনাৎতা কাযগদবা দৃশ্য যেংলোইদবনি। চিনবান্দগী ঙাঙ্থোকখিবা ব্রাহৈনা মীগী মশাগী ঈজৎ শোকহল্লোইদবনি, নত্রগা নুংঙাইবনি হাযদুনা ইচম-চম্বা ওইববসু ওইদবা ঙাঙলোইদবনি; মখোয়না হুবানচিন্থিগী নত্রগা থুনাম নাঙৈগী মবমদা ঙাঙ্থোকলোইদবনি। খূৎ অদু কনাগুম্বা অমগী মাযোক্তা অশাওবনা থাঙ্গৎলোইদবনি নত্রগা লমন্ খুম্নবা শিজিন্নবোইদবনি; নত্রগা অতোপ্পগী পোৎ হুবদা শিজিন্নবোইদবনি; নাকোং অসিনা ঈশিংথোঙ্গা মবী লৈনবা ব্রাবী, হুবানচিন্থিগী ব্রাবী নত্রগা ফত্তবা, অমাং-অতা ওইগদবা ব্রাবিদা তাবোযদবনি। ফত্তবা লমচৎশিংদা পামশিন্দুনা পুক্লিং অসি মোৎহল্লোয়দবনি, ফত্তবা হৈনিংবশিং অমসুং ইন্দ্রিশিং অসিনা অমগা অমগা লৌতুনবকপদা য়াওবোইদবনি। অসিগুম্বা ফত্রবা মঙা অসি বাবাগী মোত্তা যানিংদে, অমসুং ছাত্র খুদিংমক্ মঙোন্দগী তোযনা চেকশিন ব্রা হায়দুনা নিংশিংহল্লি।

কলেজ অসিদা বাবানা হৈনিং-হবাওদবা নত্রগা থব্রাই যাওশিন্দবা থৌদোক অমতা লৈতে, মবমদি মহাক্লা খঙই মদুদি শিক্ষা পিবিবা ফিভম্, হব্রা-নুংশিৎ, ঈবাং অদু শিক্ষাগীদমক্তা যাম্না হেন্না মকওই হাযবসি মহাক্লা খঙই। কলেজ অদুসু ছাত্রগী লৈফমসু মফম অদুদা পুন্না লৈববনিনা লাইশোল্গী মতমদা বাবানা চঙ্শিল্লি, পাওতাক্ পিবগী থৌবমশিংদা মহাক্লা সভাপতি ওইশিল্লি অদুগা ওজাশিংনা পিবিবা পাওতাক অদুদা মশামক্লা চিথ-নাম্থহৌবদু হাপচিনবি। কলেজগী ড্রামাগী সোসাইটি অদুগীদমক্ মশামক্লা ড্রামা ইবি অদুগা তাকপি। অফবা ছাত্র অমদদি মনঙ্গলদা তোয়না পোপ্ লাউনা থাবি, পুং তাপ্রবা মতুংদা য়াম্না তহাদনা থবেক্লনা চঙ্বা ওজা অমা হেক্ চিংখৎকনি, মমিৎ মমায শিংহনগনি, অতনবা ছাত্র অমদা থাগী চাংযেংদা নম্বব কয়া ফংখি হাযনা হংবি, যাম্না হোৎনবা কনবা, লমচৎ-শাজৎ ফজবা অঙাং অমগী কলম অমা নত্রগা ঘবি অমা খুদক্তা শেম্বিগনি, মদুদি

প্রিন্সি পালগী বিপোর্টকা মাগী মোতকা হেক্ চান্নকবা অঙাংগীদমক্তনি, লাইবিক তোঙান-তোঙান খাইদোকপগী মবমদা লাইব্রেবিযান্দা পাউতাক হেক পী, জুলোজিগী খাযদোক খায়জিন তৌফমদা হাযফেৎ য়েংশিনগনি, অমসুং সাধাবন্ ওইনা সংস্থান অসিগী মপু ওইবিবা লাই অমগুম্ কোযনা চত্তুনা শেন্নবিগনি।

মসিগী ফল ওইনা, বাবানা লিংখৎপিবা কলেজ অসিগী ছাত্রশিংনা অফবগী মগুণ কযা ফোংদোবকই, মিনুংশি চাউবগী পুকচেল্, মমুৎতানা মহে-হৈবগী গুণ, অমসুং যাম্না নিংথিনা ভক্তি লৈবগী মগুণশিং উৎলি, মদু অতৈনদি কযা কন্না থাজবা ঙম্লোয। 📖


সির্দি সাই বাবা


সত্য সাই বাবা


প্রেম সাই বাবা

# শাক্কিনা অমসুং সহি ঃ
## (Sign and Signature)

বাবানা "ফমুং কোনশিল্লো অদুগা ঐগী তুং ইল্লকও" হায়না কৌরকপা মতমদা কৌরিবদো নগরসংকির্তনগীদমক্লি হায়বসি মীওই খরতমক খঙখি! পৃথিবীগী ওইবা মীফম অদুদা বাবানা মাগী ভক্তশিংদু অয়ুক্কি পুং মরি নত্রগা মরি মখাইদা (ময়াম্না ব্রহ্ম মুহূরতা হায়না খঙনবা মতম) অদুদা হৌগৎনবা পাওতাক পিখি, ঈশ্বরগী মতিক-মগুণ শক্তুনা লম্বী-শরক্তা চৎনবা অমসুং মদুনা ঈশ্বরগী ব্রাখলদা মী পুম্নমকপু হৌগৎহন্নবা পাওতাক পিখি। মমাংঙৈদদি খুঙ্গংগী পুন্সিদা অসুম্না সংকির্তন শকপসি চৎনরমই, অদুবু, থৌশানরক্তবা অমসুং করেম্নরকপদগী মসিগী শাজৎ অসি য়াম্না থুনা মাঙ্খিরমই। বাবাগী য়াথং অসিগী মতুংদদি, নুমিৎ থোরকপা অমুক্তা উজদ্রিবা কাংবুদো, মরমদি মখোয়দি নুমিৎ ব্রাংনা কাখৎলক্লবা মতুংদা য়াহৌবা কাংবু ওইবননি, অহিংবা হকচাং তেকখৎহনবা নুংশিৎ মরক্তুদা থোরক্তুনা মচিন-মনাও, মচে-মচলশিং মরক্তা য়াওশিন্দুনা মশাগী য়াম্না নুংঙাইজবা থৌদোক ওইবতা নত্তনা অতোপ্পদসু নুংঙাইহল্লে। বাবানা "ঐগী তুং ইল্লু" হায়রকপা মতমদা, মহাক্লা হায়রিবদু মহাক্পুনি হায়বসি তশেং-তশেংখি, ঈশ্বরনা মশিং লাকঙমদ্রবা মওং কয়াগী মনুংদগী শক্লোন অমা লৌবা মতমদা মহাক ওইনা লৌরক্লিবা, ঈশ্বরবু নিংশিংবা য়ানবা লৈরিবা মশিং লাকঙদ্রবা মমিং ময়ামগী মনুংদা অমা লৌরগা লাক্লিবা মহাকপুনি হায়বসি তশেংখি। তশেংনা হায়বা তারবদি, বাবানা লাউথোকপিস্ত্রে মদুদি তোঙান-তোঙানবা মওংশিং অমসুং মমিংশিং অসিগী মরমদা থাগৎ ঈশৈ কয়া শক্কদবনি অদুগা ভজন শক্লিবা কাংবু অদুনা চৎপা মতমদা মাগী নত্রগা অতোপ্পা মওং অমগী ঈশ্বরগী মুর্ত্তি পুরোইদবনি হায়বিখি। "ঈশ্বরগী তুং ইল্লু" হায়বসিনি মানা কৌরিবসি।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

পুন্সি হায়বা পোৎশক্ অসিগী মনুংদা লৈরিবা য়াম্না চনৈনরিবা অরুবশিং অসিদি সাধারন মী অমনা খঙ্বা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈ; মদুদা য়াম্না লুথনা খনবা ঙম্বা মীওইশিং ফাওবনা চুম্নগী খর য়েৎন-খোৎনবা নত্রগা ৱাহং পাওখুম তৌনদুনা মরৈ-তৌনবগী অদুক্ তৌবনি; মদুগী মরুমদা লৈরিবা নিয়মশিং অদুগী শম্না অমা ফাওবা থবক্ ওইনা পাঙ্থোক্কে হায়বগী অনিংবদি লৈতে। মদুগী চৎনবি নিয়মগী ভাব-তাবা ঙমদ্রবা ৱাফম কয়া অমসুং তৌবা য়াই, য়াদে হায়না লৈরিবা ময়াম অদুনা মঙোল্দা অকিবা ৱাখলতমক্ পোকহল্লি। জ্ঞান খর লৈবনা নঙ্না ফনা নিংথিনা কুপথনা ফাওবা য়েৎনবা ঙমগনি। অদুবু মদু থবক্তা ওহ্নোক্নুনা হিংবা তারবদি হায়বদি নঙনা জ্ঞান্না য়েৎপদা ঙম্লিবা অদুনা নশানা থবক ওইনা পাঙথোক্লবদি, নহাক জ্ঞানি অমা ওইরে। সাধনা নত্রগা হোৎনবা অদুনা নঙ্বু পুন্সিগী পান্দম ফংহনবদা মতেং পাংলে। বাবানা মমিংদা থাজবদু হঞ্জিনহনবিরে অমসুং মমিংগী কান্নবদু হঞ্জিনহনবিরে। *"নঙ্না ৱারবা মতমদা ঐবু কৌরকউ; ঐগী থৌজাল নিজবা হায়বসে নঙগী ফংফম থোকপা অধিকারনি"।*

তাঞ্জানিয়াগী অরুশাদা লৈবা H.H. Agha Khan Dispensary গী ডাক্তর D.J. Gadhia না ইরকই ঃ "শোক ১৯৭১ গী মে থাদা মি: জমনাদাস M. Patel সি য়াম্না কন্না নাখিরমই। মহাকপু লায়েংনবা পাঙ্দ্রবা ঐবু কৌররবদা, মহাক্তি নুংশাপ্পর হোল্লমদ্রে; থম্মোয়গী মখোল্ পুরা লেপখিরমই। মিহুল্ থিবা ফংখিদরে। য়াম্না থম্মোয় শোক্না নিজরগা মথবাক্তু বিভুতিনা নোয়রমই। য়াম্না অঙকপা মওংদা মহাক ফগৎলকখি। মি: জমনাদাসনা পুত্তপার্তিদা চৎপা মতমদা বাবানা হায়খি, "ঐনা নঙ্গী অনৌবা পুন্সি পিখি, মদু নঙ্গী ডাক্তরনা মতমচানা ঐবু কৌরকপননি"। বাবাগী ভক্তশিংনা বাবাগী থৌজাল চিংথোরকপা ঙম্বা শোয়নিংঙাই লৈত্রবা মিংগী শক্তি অদু খঙই। মদুগীদমক সংকির্তন্ হায়বসি খ্বাইদগী শম্বা অমসুং খ্বাইদগী থুন্নবা, ফরবা বাবাগী থৌজাল ফংজনবা পাম্বেনি হায়বসিদা মখোয়দা য়াম্না শন্দোক্না নৈনরুবগী দরকার লৈতে।

অদুবু, মখোয়গী কিজবা খর লৈবা মীওই খরসু লৈরমই। মীশিংদু অসুক ঙন্না হৌগৎকদ্রনে? লমদম অদুগী অঙম্বা ওইরিবা ইনাকখুনবশিং অমসুং ওফিসারশিং অদুনা কমদৌবা? পুলিসশিংদু তুমিন্না লৈগদ্রা? হুইশিং অদুনা

কমদৌবা, মখোয়না খোংলক্লোইদ্রা নত্রগা চিক্লক্লোইদ্রা? অযাম্বনা মখোয়না লম্বীদা ঈশৈ শকপদু মীনা উহননিংখিদে, অদুবু, বাবাগী য়াথং ইন্নিংবা কাংবু অদুদি লম্বী অদু হাওলিঙৈদা অমসুং পুম্নমক নুংঙাইনা তুম্লিঙৈদা অয়ুক পুং ৩দা হৌগৎলকখি অদুগা মখোয়বু মীনা মশক খঙদ্রিঙৈদা থুনা ময়ুমদা হল্লকখি! অদুবু, ফিভম অদু য়াম্না থুনা হোংদোকখ্রে। মফম অদুগী মতাম অমদগী মতায় অমা ফাওবদা হৈনিং-হরাওবা ময়ামগী ঈথক অমনা শিম্থুংখ্রে। লৈকায়গী মীওইশিংনা নুংশিববা খোঞ্জেল অদুবু য়াম্না যৌবাংনখ্রে! নুংঙাইবা অদু শরুক য়ানবা পুলিসশিংসু যাওশিনখ্রে। হুইশিং অদুসু কবি অমতা অপনবা ওইখিদ্রে। চযোল অমদা অমুক্তং চৎলম্বা কির্তন্ অদু অনি-অহুমলক্তা হেনগৎখ্রে, মতম খবদদি নুমিৎ খুদিংগী পাঙথোকখ্রে। লাপ্পা চৎপসু হেনগৎখ্রে, কাংলুপ খুদিংদা মী য়াম্বসু হেনগৎখ্রে। থুনমক্ সহব অদুগী মচি-মযা খুদিংদা নগর সংকির্তনগী কাংবু কাংবু লৈনখ্রে। মখোয়না মহৌশানা মন্দিব অমদা উনবমই অদুগা মদুদগী হৌরগা অতোপ্পা মন্দির অমদা লোয়শিল্লি।

সত্যবদাদদি অঙকপা মীওই খরনা তুম্লিবা মীওই কয়াবু থোঙ্-থিন্দুনা হৌদোক্লগা নগরসংকির্তন য়াওররো হায়না হায়রম্বা থৌদোক কয়া থোকখি। বোম্বেদা লৈবা চেম্বুরগী জগাদদি য়াম্না অকনবা নোং-চিং চুবা নোংজুথাগী মতম ফাওবদা নোংমতা নগরসংকির্তন চৎখিদবা, নোং-থিৎলি-থিৎলি তাবদুনা য়েখাইবা পিখিবা নুমিৎ য়াওখিদে। আসামগী গৌহাটিদা শ্রীদত্তগুপ্তনা মানা হান্নদগী চৎলিবা লম্বী অদুদা মচিন্দা ঈশ্বরগী মমিং শোন-শোন্দুনা ময়াম্না মতুং ইল্লগা চৎলি। অকনবা নোং-নুংশিৎ অমনা খোংবগা খাকপগা তৌদুনা কন্না হৌবকখি লোযননা মায়-মিৎ পাঙ্বা ওমদবমখৈ নোং হৈথখি; লম্বীদা, ষ্টেট ট্রেজরিগী চপ্লাসি অমসুং চৌকিদারদুনা ঙাইহাক্তং মচি অমদা থুপ্তুনা লৈনবা চেকশিন ব্রা হায়খি, অদুবু মখোয়না মহৌশাগুম্ ঈশৈ শক্ল-শক্লা তপ্না চৎখি, মহৌশা মখোয়না কায়নফম অদু য়ৌনবা চৎখি অদুগা কায়নদ্রিঙৈদা আর্তি কৎখি। লম্বী অদুদা নোং তাখিদে, খর খর খিক্লি-খিক্লি তাবদুনা মফি ফাওবা চোৎখিদে, নুংশিৎ অদুনা মশম ফাওবা হুমদোকখিদে।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

চৈশু য়াওদ্রবদি চৎপা ঙমদ্রবা কাংবু-ফাওবদা মতম খর অসুম্না অয়ুক অঙনবগী ভজন অসি যাওরবা মতুংদগীদি চৈশুদু লংথোকখ্রে অদুগা য়াম্না লেম্না চৎখি। মতৌ অসুম্না থৌজাল ফংখ্রবা শোয়নায়রবা মী অমা মাইশোরগী চন্নরয়পতনাদা লৈবদু ঐহাক্ খঙই। বাবানা হায়বিখ্রে মদুদি নগবসংকির্তন অসি থবক ওইনা পাঙথোক্লবা ভাগবতনি। অহিং তুম্নবগী ইন্দ্রি পুম্নমকসি যাম্না ঈংনা লৈরিঙৈসিদা, নোংমগী থবক থৌরম ময়াম অসিদা শিজিন্নদ্রিঙৈদা, চীক্লবা, অইংবা নুংশিৎ মরক্তুদা চৎকদবনি, নোংঙাল্লমদাইগী অচিকপদুদা নশাদু যাম্না নুংঙাইজনা, নাকোংখুদিংদা ঈশ্বরগী মিং তাহন্দুনা থোঙজাও, থোঙনাও খুদিংদা ঈশ্বরগী মমিং অদু ফাওজিনহন্দুনা চৎকদবনি। মসিনি নশাবু মতেং পাঙজবা হাযবদু অমসুং *খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কি সমাজ সেবা হাযবদুসুনি।* মসি হকচাংগীদমক্তা কান্নরবা হিদাক অমনি অমসুং পূক্নিং যাকাইহন্নবনি। ঈশে খুদিংমক্লা অতনবগী কিসি পূম্নমক্ ককথৎপিখ্রে। নহাক্লা নঙগী যুমথংনবদা ঈশ্বরগী মফমদা থাগৎহন্দুনা অতোপ্পা নুমিৎ অমমুক পুন্সি নিজনবগী নিংশিংহল্লে; মসি নুংশিবগী থৌরম্ অমনি। মসি শেংদোক্লবগী পুজা অমনি, মবমদি মসিনা অশাওবা, অৱা-অনা অমসুং নাপলগী খোল্লাওনা মমাংদা মোৎহল্লল্লবা নুংশিৎ অদুদা য়াওবিবা ফত্তবশিং অদু শেংদোক্লবনি। মদুনা মীগী পূক্নিংদা অমসুং মপান্দা লৈরম্বা অমোৎপা পূম্নমক্ লৌথোকপদা মতেং পাঙই।

হায়দরবাদকি তোঙান-তোঙানবা মফমদা অসুম্না চখবা কাংলুপ্ ময়াম অমা নোংমদি ভগবানগী খুয়া থম্বালদা পুল্লপ্ পুনখি। ভজন কাংবু অদু উবদা অমসুং ঈশে অদু তাবদা মিৎ অমসুং নাকোংগীদমক্তদি অচৌবা উৎসব অমনি। বাবানা য়াওবিবা ময়াম অদুবু আশীর্ব্বাদ পিবিখি অমসুং মখা তানা সাধনা অদু চংশিন্নবগী হৈনিংবদু পিবিখি।

বঙ্গলোরগী ভজন মন্দলি কাংবুদুনা গ্লাসনা শাবা কাবখানা অদুগী য়াম্না ফাওরবা লাল-বোগ্ কৌবা ইশ্বোল অদুদা অখন্দ ভজন অমা জুলাইগী তাং ২৫দা শিনখি। মদুগী চঙ্ফমদা ইবিবা "লৈগী ইশ্বোল অসি ঈশ্বরগী মন্দিরনি, লাইশঙ্নি" হায়বসি ভগবান বাবানা মনুংদা লেঙ্শিল্লগা ভজন ঈশে শকপদুদদি অসুক্কি মতিক চানবা ৱাহৈশিং ওইখি। ভজন হৌবগী খুদম খঙ্ননবা বাবানা থাংমৈ অদু চুখৎখি

অমসুং অবোইবা মতমদসু অদুম্না তৌখি। শেঙ্লবা ঈশৈ মযামদুনা শেংদোকখ্রবা ঈশিং অদুনা য়াওবিবা মী লিশিং কযা অদুগী মকোক্তা মহাক্না চাইশিনবিখি। নুমিদাংৱাইদা মহাক্না পাওজেল পিবা লাকপা মতমদদি নোং তাবমই। বাবানা কনা অমতা নুংশাদা নত্রগা নোংমবক্তা খুদোংথিবা নঙ্বদু পামখিদে। মহাক্কি থম্মোযদা নমথবা ঙম্লবোইদবা মিনুংশি অদুম ফাওহনখি, দাইস মথক্তা টেবলগী মকমদা লৈবিবা যোংকি চৌকি অমা মশানা থাঙ্গৎচখি অদুগা পুম্নমক্না উবা যাবা মফম অমদা থাখি অমসুং অদুগী মতুংদগী পাওজেল পিবা হৌখি।

শোক ১৯৬৮ গী কৃষ্ণ জযন্তি অদু প্রশান্তি নিলযমদা নুমিৎ হুম্নি পাঙথোকখি। সমিতি অযাম্বনদি মদুবু সাই কৃষ্ণ জযন্তি কৌখি ঃ মখোয়না মদু অঙাংশিংগী কুম্মৈ ওম্হোকখি, মদুদা অঙাংশিংদা ফি অহনবা পিখি, দ্রামা মচা-মচা শান্নবা তম্বীখি অমসুং ভজন ঈশৈ শকপা তম্বীখি। প্রশান্তি নিলযমদা ভগবান্না কৃষ্ণগী মবমদা অমসুং মাগী লীলাগী কান্নবা মবমদা পাওজেল অদুম পিবিখি। মমিং অদুনা মমল কযাম লৈবিবা অমসুং কদাযফাওবা চৎনবা যাবিবা হায়বসিগী মবমদা নৈনবদুনা মহাক্না হাযখি মদুদি *কৃষ্ণ হাযবা মিং অসিগী মকদি চিংশিনবগী শক্তি, শুষ্কাৎনবগী শক্তি হাযবনি। কৃষ্ণ হাযবসি ঈশ্বব হাযবদুগী মী ওইনা থোকলকপা শক্তম্নি*, মদু হকচাংগী খোযদৌ লৈবিবা মফম অসিনা পোকপনি (মথুবাদা পোকখিবনি), মদু অমুক চিনবান তম্না পুবকপনি (গোকুলদা পুবকখিবনি) অমসুং মফম অদুদা লৈনা যোকখিবনি, (যশোদানা যোকখিবনি), মদুগী মহাও, নুংশিবা প্রেম অদুদি মহাক খক্তনা খঙবনি। "নঙ্গী নবৈদা কৃষ্ণ যোকউ", মহাক্না পাওতাক পিখি। *"কৃষ্ণনা কলিঙ্গ লিনগী মথক্তা জগোই শাবা মতমদা মকোক্তগী হু মযাম্ কামথোকখিবগুম্, নহাক্না কৃষ্ণগী মমিং শোল্লবদি নশাদগী ফত্তবা ৱাখল্ পুম্নমক্ মনিল ওইনা পাযথোকখিগনি, "*মহাক্না হাযখি।

মহাক্না কৃষ্ণ অবতাবগী অর্থসি যোগ মাগগী মপুং ফাবা অদুনি হাযখিবসিনা তাক্লি মদুদি মসিগী অবতাব অসিনা লাক্লিবসিনা ঈশ্ববগী মনাক যৌনবা চৎলিবা খেন্নবগুম উবিবা লম্বী মযাম অসি শমজিন্নহন্নবা, তেংবাংননবা অমদি চেকশিন্না চাংদম্লনবনি। পুন্সি হাযবসি কবিনো হাযবসিগী মতাংদা লৈবিবা ৱাখল্লোন অহুম - হাযবদি অনি-লোঙ্বগী ৱাফম, মসি মাধৱাচার্য্যগী মোতনি, হেন্না মপুং ফাববা

# সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

অনী শুদে হায়বগী ব্রাফম, মসিনা রামানুজাচার্য্যগী মোতনি, অদুগা অনী-শুদে হায়বা ব্রাফম,মসিনা সংকরাচার্য্যগী মোতনি; - অহমসিমক্ বাবানদি থিরক্লিবা অমসুং তারিবা মীওইশিং অদুগী দরকারগী মতুংইন্না অমসুং ঙম্বা শক্তিগী মতুংইন্না চুননবা হোৎনখ্রবা ঙাক্তনি হায়না কন্না হায়বিরি।

মতম মতমগী মতুংইন্না, ধর্মনা লৈখা তারক্লবা মতমদা মদুবু অমুক হন্না অচুম্বা মওংদা চৎহন্নবা অবতার লাকই। চিত্ত-সুধিনা জ্ঞান-সিধি ওইরকই, হায়বদি অফবনা ঈশ্বরগী থাক য়ৌরকই। অদুগুম্বা অশেংবা ধর্ম লৈবা মীওই পুম্নমকপু অবতারনা ঙাকশেনগনি অমসুং লমজিংগনি অমসুং ঈশ্বরগী ওইবা চাংজৌনায়দ্রবা নুংঙাইবনা পিক থলহলগনি । মসিগী ব্রাফম অসি অনি লোঙবগী ব্রাফমদা থাজবা অমদা হায়বিখিবনি। মপুং ফারবা অনি শুদে হাযবা মিৎয়েংদগী হায়রবদি 'জিব' অমসুং 'ঈশ্বর' হায়বসি বেল তালি মখোঙ অনিনি, মদুগী মথক্তা 'পুক্লিং' হায়রিবা ইঞ্জিন অসিনা দবা অদুবু চিংদুনা পুরিবনি, যৌরিবনি। দবা খুদিংদা বুধি অমসুং ইন্দ্রিনচিংবা পোৎয়োম কয়া য়াওরিবনি। আত্মানা ইঞ্জিন অদুগী দ্রাইভরনি; ইঞ্জিন অদু নিংথিনা চেৎনা ফাজিন্দ্রবদি দবাশিংদু তালি মথক্তা নাম্থোকহৌগনি। ভক্তি অমসুং থাজবনা ফাজিন্নবা মচাক্তনি, মখোয় নিংথিনা চেৎনা ফাজিনগদবনি। মিৎনা উরিবা সংসার অসি খায়দোকপা ঙমদ্রবা, মশক উদ্রবা ব্রাহমন্, ঈশ্বর অদুগী মথক্তা থাঙ্গৎলগা হাপচিল্লবদি, ননশিল্লবদি মদুবু মপুংফারবা, অনিশুদ্রবা ব্রাখল্লোন হাযবদু ওইরে। লৈচিন মরক্তা লৈবা সহর অমবু ঙাকশেন্নবা লৈরিবা কোয়না লৈদুনা শিজিন্নবা য়াবা নোংমৈগুম মসিসু তশেংবনি। কনাগুম্বা অমনা অহাঙবা নুংশিৎ মথক অসিদা বিলদিং অমা শারগা লৈবা ঙমগদ্রা? লৈচিন মরক্তা লৈবা সহর ঙাকথোক্লবা খুৎলায়শিং অদু ভাবনা শাবা ঙাক্তনি, ঙাইহাক্কি ব্রানি, অর্থ লৈতবনি। মতৌ অদুগুম্না পরব্রহমা - হায়বদি ঈশ্বরগী মথক্তা জগৎ অসিনা অমুক্ ননশিল্লি; মদু অর্থ লৈতবনি, ওইদবনি। খুদিংমক্ অসে অনী শুদ্রবা, মাগা মান্নবা অমা লৈত্রবা, মতম পুম্নমক্তা চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবা অদুতনা থুমহত্তুনা লৈরিবা **পরব্রহম** অদুনি। ভগবান সত্য সাই বাবাগী মোত মতুংইন্না অতোপ্পনা নহাকপু খল্লিবা অদু অনী লৈবগী মোতনি; নঙ্ নশানা সিনি হায়না খল্লিবা অদুবু মপুংফারবা অনীশুদ্রবা মোতনি; তশেংনা নঙনা ওইরিবা অদুবুনা অনিশুদ্রবা অচুম্বদুনি!

শোক ১৯৬৮গী দশবা অদু মবম অমদগী হেন্না মযামদগী তোপই, অথোইবনি। বাবানা মহাক সনাতন সার্থিনি, পার্ত্তসার্থিনি হায়বসি মহাক্লা ভোলুনটিযাব মযামদা ব্রা ঙাঙ্বা মতমদা তশেংনা তাকপিখ্রে। "ঐগীসু মপুং ফাহনগদবা ব্রাশক খব লৈ, মখোয অদু ভাগবত গীতাদা হাযপ্রবনি, পনখ্রবনি। ধর্মনা পুম্নমক্তগী অথোইবনি হাযবসি ঐহাক্লা পুখৎপা তাবনি; ঐনা ঐখক্তগী ব্রাখলদা লুপ্লবা মযাম অদুগী যোগক্ষেমা (লন্থুম ফংবা অমসুং যোক-থাকপা) পুবা তাবনি। ঐবু পেলহন্নবগী খ্বাইদগী ফববা লম্বীদি, পার্শ্বেদি ঐবু জিব পুম্নমক্তা উবা, অমসুং নখোযনা ঐবু সেবা তৌনিংবা অদুগুম্না মখোযবু সেবা তৌবনি।"

মশাগী মবমদা গীতাদা হাযখিবা ব্রাফম অমা শন্দোক্লা তাক্লদুনা বাবানা হাযখি, "ঐহাকপু থবক সিমা তৌদবা যাদে হাযগদবা মী অমতা লৈতে নত্রগা থবক তৌবগা ঐগী কান্নবা অমতা লৈতে। অদু ওইববা ফাওবদা, ঐহাক্লা পোথাবা লৈতনা থবক তৌই, লমজিংবিনবা, তশ্বীনবা অমসুং অবানবশিংদু চুমহন্নবা। ঐনা তুমিন্না লৈথোক্লবদি, পৃথিবীগী চক্র অসিদি কবম্না লৈদুনা চৎপা ঙমগনি? ঐগীদি মেনেজব, সেক্রেটবি, তেংবাংবোই নত্রগা মতেং তৌবিনবা কনা অমতা লৈতে। অসিদসু অমসুং মফম পুম্নমক্তসু খ্বাইদগী পিকপা মকুপ-মচাগী থবক ফাওবদা ঐনা য়েংশিল্লি। পূম্নমক্ ঐ ইশানা তৌজে। জিবশিংগী নুংঙাইবা অদু নত্তনা ঐগী অতোপ্লা চিঞ্জাক অমা দবকাব লৈতে। ঐহাক্তি আনন্দশ্বরুপনি, ঐগী হৌনশাদি আনন্দনি, নুংঙাইবনি; নুংঙাইবা হাযবসি ঐগী শাক্সিনানি, সহিনি।"

অতোপ্লা নুমিৎ অমদনা মহাক্লা লাউথোকখি; "ঐনা কবস্বা মতমদা চপচানা পোথাবগে অমসুং পেনবগে হাযবসি নখোযদা হাযযুবা? নখোযনা অপান্বা থাদোকপদগী অমসুং সেবাগী, আধ্যাত্মিক্কি নিযমশিং অদুনা নখোয নুংঙাইবে খঙ্বা মতম অদুদনি। নখোযগী কান্নবগীদমক্তা ঐহাক থবক অমা নত্রগা অমদি তৌদুনা লৈ। ঐনা থবক তৌদবা মতমদা কবিগীনো হাযনা হংগদবা, হংবা ঙম্বা কনা অমতা লৈতে; ঐনা থবক তৌদ্রবা মাঙ্গদবা অমত্তা লৈতে; নত্রগা কান্নগদবসু লৈতে। ঐহাক এক্টিপ ওইনিংবগী অনিংবা লৈত্রবসু, নখোযনা এক্টিপ ওইদুনতা লৈবা থেংনৈ। মদুগী মবমদি অসিনি, ঐহাক মতম্ পুম্নমক্তা কবিগুম্বা খব তৌদুনতা লৈগনি মদুনা নখোয়দা হৈনিংবা পোক্লবা অমসুং পাওতাক খব

ওইনবা, নত্রগা নখোয়গীদমক্ ফিদম অমা ওইনবনি। ঐহাক করিগুম্বা খরদা হোৎনদুনতা লৈরিবসি নখোয়না মিনিট খুদিংমক্পু নশাবু ঈশ্বরগী থাক্তা থাঙ্গৎচনবগী সনাগুম্লবা খুদোংচাবা তাঞ্জা অদু লৌজনবা, তমজনবনি”।

গীতাদা হায়খিবা ব্রাফম অমমুক্ শেংদোক্লদুনা বাবানা মাগী পাওজেল্ অমদা হায়খি, “গীতানা ধর্ম পুম্নমক থাদোকউ হায়বদুনা নখোয়দা কর্ম পুম্নমকপুদি থাদোকউ হায়দে, মরমদি নখোয়না কর্মদগী নান্থোকপদি ঙমদে। অদুবু, নখোয়না ঈশ্বরগীদমক্তা, ঈশ্বরগী মতেংনা অমসুং তৌরিবদুসু নঙ্ নত্তে মহাক্নি হায়না তৌরবদি কর্ম খুদিংমক্ ধর্ম ওইরকই মদুনা ঈশ্বরগী থৌজাল্ ফংহল্লি। অদু ওইরবদি কর্ম অমতা পাপ্না নত্রগা অরানবনা মোৎশিনহনবা ঙমদে। মরম অদুনা গীতানা হায়রিবদো থবক তৌদনবা, তন্থনবা হায়বা নত্তে, মসিনা হায়রিবদি নঙ্গী মদ কারিবা পুম্নমক্তু ঈশ্বরদা চঙ্জবা, কখোকপা অমসুং ওইরিবা, তৌরিবা পুম্নমক্তু ঈশ্বরদা কখোউ হায়বনি।”

“ধর্ম হায়বদি নুংগী ওইবা লেপলিবা কনাগুম্বা অমগী অমসুং কাংলুপ অমগী ঈশ্বরগী খোঞ্জেল অদুবুনি। মসিদি ইতিহাসকি খোঞ্জেলনি। তিল্লাইখোম্বী/কব্রংতিল-না মশা পাল্লগা মনিংতম্না নুংঙাইবগী ঈপাক্তা পাযখোক্ত্রিঙৈদা কুয়োম - মহুম অমনা মশা শোক্তনবা ঙাকথোকপগুম্ ধর্ম হায়বসি অচুম-চুমদা লেপলিবা ব্রাখল অদুনা ওইরকপা কুয়োম-মহুম অমগুম্বনি। নুমিৎ ৭নি চঙনা কৎখিবা যঞ্জ অদুগী অরোইবা নুমিত্তা মুগা, সনা, চা-চন্দন্ অমসুং মহাক্না খুদক্তা শেম্বা, পুথোকপা মমল য়াম্লবা মণি-মুক্তাশিং অদু আজা-পুজাগা লোয়ননা কৎপা মতমদা মহাক্না হাযখি, “নখোয়না প্রকৃতি অসি ঈশ্বরদগী তোঙান্বনি হায়না উরিবা নশাগী অকক্লবা মিংয়েংদু চাকথেক্তুনা মাঙহল্লগে হায়না কাখৎলক্লিবা মৈরি অদুদা হৈজিন্বা তাবনি। ঈশ্বরনা পূম্নমকসি, ঈশ্বরগী মতেংনা, অমসুং ঈশ্বরগী ওইবা পোৎশক্না শেমখ্রবনি।”

পূম্নমক অসি ব্রাহমন্ ঙাক্তনি। কৎলিবদুসু ব্রাহমন্নি, মৈদুসু ব্রাহমন্নি, কৎলিবা মীদুসু ব্রাহমন্নি, পন্থুংফম অদুসু ব্রাহমন্নি। করিশু নত্তবা অমবুসু ঈশ্বর ওইহল্লু; সংসার অসিদা লৈরিবা খুদিংমকসি ঈশ্বর ঙাক্তনি, অকক্লবা মিৎয়েং লৈবশিংদা উরিবা পুম্নমক, শাংনা উবা ঙমদবা, অপঙবগী মিৎয়েংদদি তোঙান্না উবিবা পূম্নমক অসি ঈশ্বর ঙাক্তনি। লুপানা শাবা মুর্ত্তি অমদা, মকোক্তুসু লুপানি,

মফিসু লুপানি, খোঙফম অদুসু লুপানি, মশাসু লুপানি, মমায়সু লুপানি, মমিংসু লুপানি। লুপা অদু মশক খঙউ অদুগা লাউথোকউ ঃ" পুম্নমক ব্রাহ্মন ঙাক্তনি"।

অতোপ্পা পাওজেল অমদনা বাবানা কর্ম, ভক্তি অমসুং জ্ঞানগী লম্বী অহুমসি যাম্না লায়না ভাব্ তাহনবা ঙম্বা মওংদা পুনশিনখি, মদুনা পৃথিবী পুম্নমক্না যাম্না ফজনা ভাব তানা ইনজবা ঙম্নবনি। "কনাগুম্বা অমনা নঙ্গী নমিং হংবা মতমদা, নঙ্না নশাগী অশেংবা মমিং পিদে; হন্দক্তি মপোক অসিদা নঙ্গী নশা অসিবু অতোপ্পদগী তোঙাল্লি হাযনা খঙহল্লিবা মমিং অদু হাযদুনা লান্না হেক্তা হাযজিনখি। পুন্সি কযা লোযনবক্লবা নমিং অদু নঙ্না পিখিদে, কযাবক হন্না শিবদা, কযাবক্ পিখিদে। মমিং অদু নঙনা থৌশাখিদে মবমদি মদু মাযখুম্ অহুম্না মবোল-মবোল ননশিনখিবননি, মদুদি মলা, বিক্ষেপা অমসুং অববনা অসিনি। মলা হাযবদি পাপ্ তৌক্লবগী, ফত্তবগী অমসুং শাজৎ মোৎপগী ফত্তবা অমোৎপশিং অদুবুনি। মসি কর্ম-মার্গ হাযবদি কর্মগী লম্বীনা কোকহনবা ঙমই। ইশাগী ওইজবা থিদবা, অব্রাংবা পান্দম অমগী মখাদা, নাপল নত্রগা চাউথোকপা যাওদনা, ফল অদু ফংনিংবগী, মহৈ-চানিংবগী ৱাখল যাওদনা তৌবা থবক অদুবুনি। অনিশুবা বিক্ষেপা হাযবসিনা অচুম্ববু লোৎশিন্দুনা থম্লিবা খঙদবা, অপঙ্বা, লৌশিং-জ্ঞানবু মমহল্লিবা, অচুম-চুমদ পুথোকপদা চমম্নহল্লিবা, মিত্তা শেল-থুম্ নত্রগা অবং-অবাক খব উবগা ওইদববু অওইবা শানা উহল্লিবা অদুবুনি। মসি ভক্তি মার্গনা কোকহনবা ঙমই; যাম্না তহ্যদনা, পুম্নমক্তি হৌবকফম্ অমসুং হিংজনফম ওইবিবা ঈশ্বর, অচুম্বা ওইবিবা, অফবা ওইবিবা, ফজবা ওইবিবা, নুংশিবগী শক্লোন ওইবিবা, শান্তি অমসুং নুংঙাইবা ওইবিবা, পুম্নমক্তা, পুম্নমক ওইনা, পুম্নমক্তিদমক্ পুম্নমক্তি মতেংনা, ওইবিবা ঈশ্বর অদুবু লাৎচবগা কোকহনবা ঙমই।"

অহুমশুবা মাযখুম অদুনা অববনা (Avarana) হাযবসিনি, মসিনা শুক্লেং লেঙ্দ্রবা শিবা লৈত্রবা অদুগী মথক্তা ঙাইহাক্তি ওইবনা কুপশিনবা, খুমজিনবা, থৌবি অদুনা লিন্ মালহনবা, অযুক্তি নুমিৎ যুংবা মতমদা মরুভূমিদা তনিক-তনিকপা পাৎ ওইনা উহনবা, মণি-মুক্তাবু লুপা ওইনা উহনবা, ব্রাহ্মন ঙাক্তা ওইবিবা জগৎ অসিবু তোঙান-তোঙানবা মওং ওইনা, মচু ওইনা, চমম্নহনবা ওইনা, হোংদোক-হোংজিন তৌদুনতা লৈবা পৃথিবী ওইনা উহনবা অদুবুনি। মসিগী মায়খুম

অসিদি জ্ঞান-মার্গনা কোকহনবা ঙমই, মসিনা আত্মাবু মশক্ তাকই, পূম্নমক শিন্থুংনা লৈবা ওইনা, পূম্নমক্ যাওরবা ওইনা, পূম্নমক য়োকপিবা ওইনা। জ্ঞানগী ঙাম্হোরকপা অদু ফংবা মতমদা, তশেংবা (ঈশ্বর) হায়বদো থেংনরে অমসুং মী অদু মনিং তম্লে। মহাক যুগ কয়াগী মমাংদা কায়নবকখিবা, শাংলবা অমসুং অৱাবনা থল্লবা লম্বী অদুনা মরোমদোম ৱানা চৎলুরবা মতুংদা হৌরকফম অচুম্বদুদা (ঈশ্বরদা) অমুক্ তিঞ্জখ্রে।”

দশবা হায়বসি মায-পাকপগী, শক্তিগী কুম্মৈনি, মওং অহুমদা ইবাৎনৈ অমসুং পুজা তৌনৈ, মদু নুমিৎ হুম্নি-হুম্নি পাঙথোকই - *মহাকালি* (হায়বদি শক্তি অসি অশাওবা, লমন খুম্বা, থৌনা ফবা ওইনা, মসি তম-গুণগী মতৌনি); মহালক্ষ্মি (হায়বদি শক্তি অসি লন্থুম ওইনা, মপু ওইনা, মকোক থোংবা ওইনা, চাওখৎপা ওইনা,- মসি রজ-গুণগী মতৌনি ) অমসুং মহাসরশ্বতি (হাযবদি শক্তি অসি মশানা লাকশিঞ্জবা ওইনা, মিৎযেং, মমল, লৌশিং, হৈনিংবা অপাম্বা, থকসি-খাসি, অচুম্বা, ইবাৎচবা,-মসি সত-গুণগী মতৌনি)। প্রশান্তি নিলযমদা পাঙথোকপা দশরা অসিদি মীপুম খুদিংমক্কি ওইনা লাইমিং লৌবা, পাওতাক ফংজবা অমসুং অনৌবা ৱাখল পোকহনবগী কুম্মৈনি। ৱাখল্লোন মান্নবমখৈ পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তগী লাকই, মরম অদুনা মীপুম খুদিংমক্না থম্মোয়দা মমল য়াম্না নুংশিনা ইরাৎচরিবা সাই অদুগী মঙালদা পুম্নমক্ ঈরুমিন্নৈ হায়বদি নুংঙাইমিন্নৈ। মীপুম খুদিংমক্না মশা মশানা থেংনজখিবা বাবাগী থৌজালগী, কৃপাগী ৱারী কয়া তৌবিমল খঙবগী পিরাংগা লোয়ননা ইশিঞ্জখ্রবা লাইরিক অমমম লৈজে। পুন্সিগী য়াম্না অথুপ্পা, অরুবা ৱাফমশিং অদুদা মমুত্তানা নৈননবা বাবানা য়াথং পিখ্রবা হৈ-শিংলবশিং অদুনা, মনুংগী অরুবা তত্বগী ৱাফমদু খঙ্না সিমানা লৈতবমখৈ পূম্নমক খঙলবা অঙকপগী মশক ওইরিবা বাবাগী মমাংদা ৱা ঙাঙলি অমসুং মতুংদা বাবানা ৱাফম অদু পূম্নমক্না খঙ্বা ঙমগদবা মওংদা মহাক্কি নিংথিরবা, চল্লবা ৱাফম্না অমুক্ শেংদোকই। যুগ অসিগী খ্বাইগী মকোক শিক্ষা কার অমা ওইনা মহাক্না ঐখোয়বু ঈশৈদা, ড্রামাদা, পাওজেলদা, মিৎয়েংদা, ইঙ্গিত্তা, নত্রগা খুদোল পোত্তা, ৱাহৈনা, লৌশিংনা, চৈ-থাংবনা-নুংশিবগী লম্বী অদুদা লমজিংবিরি, মদুনা অমুক্ জ্ঞানগী লম্বী, মঙাল্ য়ৌহনবি।

নুমিৎ মাপন্নিগী মনুংদা নুমিৎ তরেৎনি চুপ্না পাঙথোকপা যজ্ঞ অদু আধ্যাত্মিক্কি বিঞ্জানদা অনৌবা পরা অমনি, মরমদি মদু য়েংবা মতমদা হৌবদগী লোয়বা ফাওবদা চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবা অমা ঐখোয় ইশাদা ফাওরি। উপনিসদতা শন্দোক্না তাক্লিবা মওংলৈতবা, মগুণচেন্দবা, ঈশ্বরদুগী মরমদা খল্লুবদা ফাওরকখিবা চাংজৌ-নায়দ্রবা নুংঙাইবা; মঙালগী হৌরকফম অমসুং পুন্সিগী হৌরকফম ওইরিবা নুমিৎকি ফজরবা, নিংথিনা লৈতেংলবা মঙালগী অকোয়বগী মওংসি খন্থকবা মতমদা ফাওবক্লিবা থিংঙমদ্রবা নুংঙাইবগী ঈথক্-ঈপোম্শিং; অসিগুম্বা অঙকপগী মশক ওইরিবা শেম্বিবা, য়োকপিবা, মাংহনবিরিবা, মওং লৈতবদগী থোরক্লগা মওং লৈহল্লিবা নত্রগা মওং লৈবম্বদগী মওং লৈতবদা তিনখ্রিবা, মদুবু যজ্ঞগী শরুক অমা ওইনা পুজাসু তৌনরিবা পুম্নমক অসিগী মপু ওইবিবা ইবুংঙো অদুবু থম্মোয়দা চেৎনা কোঞ্জবগী ফাওরিবা নুংঙাইবা; শক্তি অদুবু মুর্ত্তি অমদা লৈবিয়ু হায়দুনা পুজানা, শেংদোক্নুনা, থাগত্নুনা অমসুং থব্রাই হাপ্নুনা হোৎনবা মতমদা থম্মোয়দা ফাওরিবা নুংঙাইবগী ঈথক-ঈপোম্; বেদ-দা য়াওবিবা ঈশ্বরবু থাগৎপগী নুংশিববা ঈশৈশিং নিংশিংলুবদা অমসুং অরিবা মতমগী শাংলবা কবিতাগী নুংঙাইরবা ঈচেলশিং - থৌরম খুদিংমক অসি বাবানা ঐখোয়গী ইন্দ্রিশিংগী অমসুং পুক্লিংগী অপাম্বা, চরাংনবা পুম্নমক অদু ইশাবু লাকশিঞ্জবনা ফাথগদবনি হায়বা পাওজেল্ অসি ঐখোয়দা পিননবদা শিজিন্নবি।

দশরা খুদিংমক্তা মহাক্না দ্রামা অমা ই, মদুদা মহাক্না মসিগীদমক্ তম্বিরিবা বেদসাস্ত্র পাঠসালাগী অঙাংশিংনা আধ্যাত্মিক্কি অচুম্বশিংদু ফোঙদোকই। কুমসিগী দশরা অসিগীদি দ্রামা অদু ধ্রুবগী মবমদনি, চহি মঙাদা ঙাইরিবা নিংথৌমচা অদুনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংননবা লাইনিং-লাইশোল্ তৌনবা জঙ্গলদা চৎখি, মদু মপানা মঙোন্দা অমুক হন্না নুংশিবিনবনি। অদুবু, মহাক্কি অকনবা লাইনিং অদুনা মপুক্লিং শেংদোকখিবদগী অমসুং মাগী হৌনশাদু হোঙদোকহনখিবদগী মাগী অশোকপা নাপল্ অদু ফহনখ্রে, অমসুং মহাক ঈশ্বরদা তিঞ্জরগে হায়বা বরদু ওইনা নিজখ্রে। "মী পুম্নমক্না মশাগী অরিবা অনাবদু কোকহনবিনবা ঐঙোন্দা লাকই, অদুবু, মখোয়না ঐবু খর হেন্না খঙলক্লবা মতমদদি মখোয়না মদুদগী হেন্না অর্থ লৈবা, মগুণ লৈবা বরশিং পান্নকই, মদু ঐনা পিগে হায়না থৌরাং

তৌদুনা লৈ," লীলা অদুদা নরায়ন্-না হায়রিবনি, ব্রাফম অদুমক্ বাবাগী মনাক্তা লৈবিবা যাত্রিক পুন্নমক্কি থম্মোয়দা ফাওখিবা মশানা থেংনজখিবা খোস্থাংনি।

দশবাগী কুম্মে লোযববা মতুংদা কায়নবগী মৈচাক্লা ব্রাববা থম্মোয় লিশিং কুন্না প্রশান্তি নিলয়ম থাদোকখি, বাবাগী ব্রাহৈশিং অসিনা মনাকোংদা ঙংনা ঙংনা অমদি থম্মোয়গী অহোবা কাচিন্দা ঙং-ঙংদুনা ঃ"ঐনা নখোযবু নুংশিমনবদগী পীখিবা হেন্না ফগৎনবা অমসুং চুমথোক্লবা পাউতাকশিংদু খল্লু; অবানবা তৌপ্রবশিং অমসুং তৌগে খল্লম্বশিং পূন্নমক্তু অনুতাপ্না নপূক্লিংদু শেংদোক্লবা হোৎনৌ; নপুন্সিদু ইনৌ-নৌনা অমুক্ শেমদোক্লগে হাযনা চপ্ চানা চেৎনা পূক্লিং লেপ্পু; ব্রা ঙাঙবদা ব্রাখলদা, থবক্তা ফত্তবা ঙাঙনিংবা তৌনিংবা অমা যাম্না মরা তানা লৈবিবদু থাদোক্লবা হোৎনৌ অমসুং মদু ঈশ্বরনা শিল্লকপা থৌরম অমগা লোয়ননা চত্থনবা হোৎনৌ, অদু ওইরবদি নখোয় খুদিংমক্ মপূং ফাববা ঈশ্বর অমমম্ ওইনা শাৎলগনি।" 📖

# সাই রাম

"শ্রী ভগবান বাবানা দর্শণ লেংথোরকপদা ঐবু ইন্টবভিউগী কৌসিনবিদুনা মিনিট কুনমুক কৃপা দযা কয়া পিনবিরকই। অঙক অঙকপা কয়া, মপোক কয়া উহনবিরকখি, শ্রীরাম, শ্রীকৃষ্ণ, ভগবান শিবগী দর্শণ পীনবিরকই। তমথোকপা ঙমদ্রবা নুংশি নুংশিববা কয়া তাকপিরকই। মমল নাইদ্রবা পোৎ খরসু পীবিরকই।

নুংশিথ্রবা মযাম অদুগী মনুংদা অমদি যুমদা লৈহৌবা থৌবালগী পাবুং দেবেন ভগবান বাবাগী মনাক্তা লৈরমই। শ্রী বাবানা ঐঙোন্দা পাবুং দেবেন, তাচৌ মনিহাব অমদি ধর্ম্ম লৈবা মীওইশিংসিগা লোইনৌ থাদোকপা য়াবা নত্তে তাকপিরকই ...।"

*শ্রী কে নীলচন্দ্রা সিংহ*
*খা পোৎসংবম*
*বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট*

# মঙালগী কুম্মৈ
## (The Festival of Lights)

বাবানা ওক্তোবর তাং ২০দা আনন্তপুবদগী ধবরাব বোমদা চৎখিবা মতমদা, মফম অদুদগী অমুক্ চযোল অমা চুপ্পা অরাং মাইশোবগী ডিষ্ট্রিক্টশিং যেংবা চৎকদৌবিবা খোঙচৎ অদুদা কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা হংখি, “ হন্দক্কিসি শোযদনমক্কি যাম্না নিংশিংনিংঙাই ওইবা খোঙচৎ অমা ওইগদৌবি”। বাবানা খুদক্তা খুমখি, “চাংজৌ নাযদনা নুংঙাইববা শ্বগগী খোঙ্চৎনি”। হোই, মহাক্না অদুম হাযনা ওইহন্নবা লেপখ্রে; মদু তানবসু মহাক্না শিল্লিবনি; মফম খুদিংমক্তা মহাক্না যুম্নুনি, অতিথিনি; মহাক্না পন্থুংফম্নি, লমজিংবসুনি। মসি অঙকপগী রাফম নত্তে, মসিনা মী লাক্ষ কযাগী থম্মোযদা চাংজৌ-নাযদ্রবা নুংঙাইবা পিখি। মহাক্কি কাব অমসুং অতৈ তুংইনবশিং অদুনা মাইশোবগীদি অহানবা সহব ওইবিবা বেল্লবি ফাওবা মতমদা, ফববা পাও অদুনা অকোযবা লম্ পুম্নমক্তা শন্দোকখিবা মতমদা তাবিবা মীপুম খুদিং যাম্না হবাওনখি অমসুং মখোযনা অমুক্ মথং-মথং মাগী মবী-মতাশিংদা পাও পিনখি। পাও অদুনা মাযকৈ খুদিংদা নোংথাঙগী মতৌগুম্ যাম্না থুনা শন্দোকখি। মৈগী কুম্মৈ ওইবিবা দীপাবলিগী হেক মাঙওইনবদনি, অমসুং পাও অদুনা থম্মোয খুদিংদা থাংমৈ অমমম্ থানগৎখি; মঙাল অদু খোঙজিল অমদগী খোঙজিল অমদা শন্দোকখিবনা লমদম পুম্নমক্তু থুংখি।

গদগ্-তা মাগী থৌজালগী খুদম ফংজববা মীওই কযামকম লৈবমই অমসুং মাগী মমিং অমসুং মওংবু যাম্না তৌবিমল খঙবগা লোযননা লাৎচবমই। মখোযনা অতৈ অতোপ্পা কযাদসু পুক্লিং থৌগৎপিবমই, অসুম তৌদুনা মীওই ফনা যাম্বনা মখুত্তা লৈ পাযদুনা সহবগী চঙ্ফম মচিন্দা পুন্দুনা লৈবমই, মদু দর্শন তৌজবগী

খুদোংচাবদু নাম্বোকখিদনবনি। হুলকোতি অমসুং অননগেরি ফাওরমই, মফম অদুদা ভক্তশিংনা শরক্কি নাকল অনিমক্তা ঈশৈ শক্ল-শক্ল লেপখিরমই, মদু বাবানা গারি খাল্লগা মিকুপ অমতং কুমথবিগনি খনবদগীনি। মথৌ চিল্লবা হুল্লি সহরগী মতায় য়ৌখি, মফম অদুদা কোবপোবেসনগী মেয়র অমসুং মীওই লিশিং অহুমলোম বাবানা থুংলবদু ঙাইজরমই। মেয়র অদুনা হুল্লি সহর অসি "নুংঙাইনবা মশা ফনবা অমসুং চাউখৎনবা বাবাদা আশীর্ব্বাদ নিজখি"।

ধবরার য়ৌগদবা মাইল ১২দা ঙায়রমই। সহর অদু চঙলকপদা প্রিন্সিপাল ধরব্বাদ্কর অমসুং বিদ্যাগিরিগী লাইবিক হৈরবা মীয়াম, কলেজ ময়াম অমগী লৈফম, ট্রেনিংগী ইনষ্টিটুৎ কয়া অমনা চঙফমদা বাবাবু হবাও তয়াম্না ওক্লমই। বাবানা ইউনিভরসিটিগী জগা অমসুং ভাইস-চান্সেল্লবনা লৈবিবা য়ুমদুদা নুমিদাং পুং ৯.৩০ দা থুংখি।

ডাক্তর অপ্পা সাহেব অদকে, বিঃইঃ, Ph. D. না ভাইস-চান্সেল্লবনি, অমসুং খোঙচৎ অদু মানা শিনখির্বনি, মহাক্তি অষ্ট্রেলিয়াদা ইউনিভরসিটিগী থবক চৎলুবদগী নাদুনা লৈরমই। "মহাক্কি চৎপগী প্রোগ্রাম শেম্বদু ইচম-চম্বনি হায়না ঐনা খনখি! অদুবু, লমদম অদুগী মায়কৈ খুদিংদগী থম্মোয় শেংনা হায়জবা অকনবা শাফু কয়া লাকখিবদগী ঐহাক তৌফম্ খঙখিদে। অব্বাবসি খঙবিরদুনা বাবানা ঐবু কনবিখি; মহাক্না হায়খি মদুদি মশামক্না ধরব্বারদা পুম্নমক্ শিন্দোক্কনি", ডাক্তর অদকেনা ঐঙোন্দা হায়খি। "বাবানা ধরব্বারদা লাকপা মতমদদি ঐহাক্তি য়াম্না কন্না নারমই, অদুবু মানা থুংলবসিনা ঐঙোন্দা থৌনা হাপ্পিখ্রে; মিকুপ অদুদগী হান্নদগী হেন্না ইশা অসি ফরে, খিঙলে", মহাক্না লাউথোকখি। মহাক নুংঙাইবনা মথুম-মরাং হৌখ্রে। কনা অমতনা মহাকপু খামজিনবা ঙমখিদে অমসুং মশাগী হকচাংগী মরমদা চেকশিন্নবা নিংশিংবা ঙমখিদ্রে।

অরাপ্পা অমসুং অনকপদগী লাকখিবা মীওই লিশিং কয়াদু বঙ্গলো অদুগী মমাংদা লৈরিবা পাকথ্রবা লম্মাং অদুদা অহিংদুগা মথংগী অয়ুক্কদা দর্শন পিবিখি। সেবা সমিতিগী থবক তৌরিবা ময়াম অদুগা নুংথিল পুং ৪ দা উনখি অমসুং খোঙচৎ অদুদা য়ৌগদবা মফমশিং অমসুং তারিখ অদু খুদক্তা লেপথোকখি। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংব্বাইদু বাবাগী পাওজেল তানবা মীওই লিশিং কুনলোম তিনখি।

ডাক্তব অদকেনা বাবাবু কবনাতকাদা লাকপিবগীদমক তবাম্না ওকখি। মহাক্না হায়খি, "মসিগী ইউনিভবসিতি অসি ঙসিগী মমল যাল্লবা খুদোল অসিনা হেন্না মতিক-মগুণ লৈহনখ্রে। ঐখোযনা মফমসিদা নৈনবিবসিদি পোৎ-চৈ শিংনি, হোংদোক-হোংজিন তৌবা, থোবকপা, মুৎখিবা; ঐখোযনা খোমজিনবা, নৈনবা, মমিংথোম্বা, অদুগা ফল অমা পুথোকপা; অদুবু অৱাবদি পূম্নমক অসিনা ঐখোযনা জ্ঞান্ হাযবদুদি ফংবা নত্রগা পীবা ঙমদে! ঐখোযগী থম্মোযসি হেন্নদুম্ ৱাহল্লি; ঐখোযগী মাথাসি লাইবিক্লুম্ ওইবে। অহিল্যানা কবিসু লৈতবা, ঙাইহাক্কি ওইবা খব পাম্মুবদগী ওইখিবা নুঙ অদু শ্রীবাম্না হৌগৎহনখি; মহাক্কি মখোঙ্না নুঙ্ অদুদা শোকপা মতমদা, মহাক্ অমুক মথৱাই পানবা, ফজবা অমসুং অফবা হাযবদু ওইখবে। ঐখোযসু অদুগুম্বা ঈশ্বরগী ওইবা শোকপিবা অদু ফংফম থোকই। ঐখোযবু হৌগৎহনবিযু বাবা, ঐখোযবু অচুম্বতগী ওইবা পুন্সি, ফজবা অমসুং অফবতগী ওইবা পুন্সি, সত্যম্-সিভম্-সুন্দবম্গী পুন্সিদা হঞ্জিনহনবিযু"।

ধবৱাব সহবগা অমসুং কবনাতকা ইউনিভবসিটিগা যাম্না নকশিন্না মতম শাংনা লোযনবক্লবা ডাক্তব গোকক্না মাগী মকপ-মপাং পুম্নমক্তা মখল-মথেলগী লাঙতক্লবা পুম্নমক্, অৱাবা অমসুং অশোনবশিং, অশোযবা ফিভম কাযববা কযানা ঐখোযগী থম্মোযদা যাম্না ৱাহল্লিবা মযাম অসি বাবাদা কখোক্লবা অদুগা মদুগী মহুত্তা অৱাবা নুংঙাইতবা পুম্নমক অদু খুদক্তা কোকহনবিদুনা, মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইহনবিনবা অমসুং মাগী থৌজাল অদু ফংহনবিনবা হাযজবসি হায়খি।

বাবানা মাগী পাওজেলদু কন্নাদা মবোলদা পিবা হৌবকখি! মদু আশা তৌবম্বগী ৱাংমদা লাকখিবা মিনুংশিগী পোৎ অমনি; মদুনা নুপা, নুপী, অঙাং পুম্নমক্তগী থাগৎ ৱাহে লাকহনখি মবমদি বাবাগী হাযনিংঙাই লৈত্রবা প্রেম অদুনা মখোযনা ফজনা খঙজবা লোন অদুদা অহাম্বা ওইনা ঙাঙহনবিখিবনি; অকোযবদা লৈবিবা চীংশিং অদুদগী খোম্থাং হন্না হন্না লাকখি। কন্তুবি যাওবক্তো! অদুনা অর্থ হম্থোক্লদবা মী যাওদনা ঐনা নখোযদা ঙাঙবা তাবনি। ঐনা কন্নাদা মবোলদা ৱা ঙাঙ্বসি মসিনা অহানবনি। নখোযনা নশাগী লোনবু থাগৎচৈ, কসতুবিদৌনা মনম নুংশিবনি হাযনা ৱাংনা থাগৎচৈ। মদুগী মিংচৎ অদু ফাওবদি শোকহল্লোই হাযনা ঐনা আশা তৌই", বাবানা হাযখি।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

মহাক্লা ঐখোয়বু নুংশিবিবা অসি অসুক্কি মতিক্ থুম্মৎগ্রে মদুদি মহাক্লা ব্রাহৈশিংদু ঐখোয়গী য়ানুংদগী লৌথোক্লগা হায়বদি ঐখোয়না ঙাঙনরিবা মওং অসিদা চপচানা ঙাঙবিদুনা মহাক্লা ঐখোয়দা পিনিংলিবা পাওজেল অদু চপচানা হৈনিং-হরাওনা লৌবা ঙমহল্লি। মহাক্লা কন্নাদা মরোলদা চংশিনখ্রিবা খোঙজং অদু পুং অমা মখাই রোমগীনি, মদুদা শিজিন্নখ্রিবা ব্রাহে-ব্রাতা, ব্রাঙাং-শঙাং অদু মাগী মহৌশাগী গারি-(লোল) তেলেগু মরোলদা ঙাঙবদা নুংশিবা, নানবা অদুগা চপ মান্নখি। ধর্ব্বারগী মীয়াম পুম্নমক্তু মপুং ফানা নুংঙাইজবনা মথুম-মরাং হৌখি। "ও! মহাক্লা পিবিখিবা হরাও-নুংঙাইবদো!", "ও! মহাক্লা জ্ঞান তাহনবিখিবদো"! "মহাক্কি গঙ্গা অদো কয়াদা য়াংনা চেম্থখ্রবা!" হায়রিবা ব্রাহৈশিং অসিনা ইউনির্ভসিটিগী কেম্পস মনুংদু পুমনিন নিনখি।

পাওজেল অদুগী মতুংদা বাবানা ভজন ঈশৈ খর শকখি, মদু অমুক্ তিল্লিবা ময়াম অদুনা পুন্না শকমিন্নখি। ঈশৈশিংদু ঈশ্বরবু থাইনগী ঋষিশিংনা লৌনরম্বা, তোঙান্-তোঙানবা মমিংদা, মওংদা, থাগত্তুনা শকপনি; শিব, রাম, শক্তি, কৃষ্ণ, সুব্রমান্য, বিষ্ণু। বাবানা মাগী বাঁসিদৌনা নাল্লবা খোঞ্জেল অদুনা শেংলবা ঈশৈশিংদু শকপদা, মীপুম খুদিংমক্ হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইহনখি মদুদি মফম অদুদা অশেংবা পাওখুম লৈখি, হায়বদি পুম্নমক্লা থম্মোয় শোক্লা শক্লখি।

তিল্লিবশিং অদুগী মনুংদা ময়াম অমদি মমিং অমখক্তদা, মওং অমা খক্তদা য়াম্লা কন্না থাজবশিং য়াওরিবনি; অদুনা মখোয়না ফোংনা য়ানিংবা, ব্যবহার তৌবা হায়বসি মখোয়গী নিতি অদুবু মাঙথোকপগুম্বনি, মখোয়না লাৎলিবা মমিং অমসুং মওংদু নত্তবা অতোপ্পা মমিং অমসুং মওংদা শক-শোনবা হায়বসি মাগী হান্নগীদুদা ইকায়বা পিবগুম্বনি। মখোয়না চৎনরিবা লাইবিক অদুনা হায়রবসু অমতা ওইরিবা ঈশ্বর অদুগী মমিং য়াম্লা লৈ", মখোয়না মমিং নত্রগা মওং অমখক্তদা থাজবা সমাজ অমগী মরক্তা চাউরক্লবনিনা, মখোয়গী থাজবদু খাইদোকখিদনবা অমদি হম্থখিদনবা মমিং অমখক্তদা লাৎচবনি। মরম অদুনা, বাবাগী ভজন অদু তগৎ-তগৎ তেকখৎহনবা লিরি শিৎপা নুংশিৎকুম লাকখি, নারুল অমতদা অঙাওবগুম্ লৈরম্না ব্রাখলদু শেংদোকপিখি অমসুং অকিবগী মহুম অমা লৈরম্বদু হুমদোকপিখি! মখোয়না হরাওনা লাউখি, "বাবা খক্তনা চহি কয়াদগী লৈরক্লবা

শাজত্তু খুদুম চনশিনবা ঙমখি অদুগা ঐখোয়গী থম্মোয়দা পাকথোক-চাউথোক্লা নুংঙাইজবগী ৱাখল অসি ফাওহনবিখি।" ধর্মগী ৱাখল পোকহন্নবা ঈফুৎ অদুমক্তদা বাবানা হাযফেত্তং হোগাইবনি, থিনগাইবনি, মদুনা কনাগুম্বা নুপা নত্রগা নুপী, অঙাং নত্রগা অহল, হিন্দু, বুদ্ধ, পার্সি, খৃষ্টিয়ান্, জৈন্, নত্রগা মুসলিম্ নত্রগা ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদবা কাংবু, পুম্নমকসিবু অমতা যাদবা কাংবু নত্রগা কাং-খোং চাইহন্নিংবা কাংবু ওইববসু।

নুমিৎ অদুদগী হৌনা খোঙচৎ অদুগী থৌবমশিং অদু চপচানা পাঙথোকখি। বাবানা বিধ্যাগিবিদা, আর্তস কলেজগী কম্পাউন্দ মনুংদা যাম্না চাউবা মিতিন অমদা ৱা ঙাঙখি। তুংদা লাক্কদবা ছাত্রশিংনা নিংশিংদুনা লৈনবা মহাক্না উপাম্বি অমা থাখি; মহাক্না সাফাইযবগী খুদোপ অমা শেমখি অদুগা প্রিনসিপাল ধর্ব্বাদকবদা পিখি। অদুদগী মহাক্না থকসি খাসি ফগৎনবগী অমসুং লমচৎ-নিতি ফগৎনবগী হিবমদা ৱা ঙাঙ্খি। 'ঐগী পাওজেলদি মসিনিঃ নুংশিবগী শক্লোন ওইযু; কনা অমতবু তুক্কচগনু নত্রগা কিগনু। পুম্নমক্তা নুংশিযু; অতোপ্পগী অৱাবা, অমসুং নুংঙাইবদা খঙউ; অতোপ্পনা নুংঙাইবগা নঙসু নুংঙাইযু; মীনা অৱাবদা তাবগা নঙ্না নুংঙাইগনু।" "তমউ, নঙ্না তম্লিঁঙে মনুংসিদা অফবা মিৎযেং অমসুং হৈনবি শাজৎ, তুমিন্না লৈবগী হৈনবী, অমসুং ৱাখল খনবা-খুদম ওইনা হাযববদা হাযবিবশিং অসিনা পুক্সি হিংবা হাযবা স্কুল অদুদা যাম্না কান্নগনি, মতেং পাংগনি। সনাতন ধর্মদগী ফংবা খ্বাইদগী মমল্ যাম্লবা পাওতাক্তি মসিনি, ঐনা নখোয়দা থাজবা পিবিবসিনি, হাযবিবা ধর্ম অসি চপচাবা মতিক মগুণগা লোয়ননা পৃথিবি পুম্নমক্তা অমুক হন্না লিঙ্খৎখিগনি, মদুনা পৃথিবী অসি শান্তি লৈনবনি, চাউখৎনবনি। মসিগী পান্দম অসিগীদমক্তনি ঐনা লাকপ্রিবসি।"

বিদ্যাগিবিদগী বাবানা গাবি তোংদুনা হুব্লিদা চৎখি, মফম অদুদা মীযাম অমনা কর্নাতকা মেডিকেল কলেজগী বিলদিং মমাংদা বাবাবু উনিংবদগী অমসুং মাগী পাওজেল তানীংবদগী ঙাইদুনা লৈবমই। বাবানা কন্নাদা মবোলদা ৱা ঙাঙই হাযবা অফবা পাও অদু হুব্লি অমসুং মসিগী ৱাংমদা শন্দোকখিবমই, অদুনা নাকোং পুম্নমক্লা ৱা ঙাংবদু তাননবা অমসুং থম্মোযদা থমজনবা থৌবাং তৌদুনা লৈবমই। "ঙসি অসি দীপাবলিগী নুমিৎনি, নুমিৎ অসিদা নখোযনা অথুম-অহাও

চাই, অদুবু মথেল খুদিংবু থুমহল্লিবা শরুক্তু চিনিননি। মতৌ অসুম্না, হিংবা, লৌশিং/খঙবা অমসুং নুংঙাইবা হায়রিবা পোৎশক্ খুদিংদা, অমসুং মথৱাই পানবা খুদিংদা লোয়নবিবসি *আত্মা হায়বদুনি, মসিবু মমিং অমসুং মওং লৈরবা মতমদা ঈশ্বর হায়রিবসিনি"।*

মহাক্না ছাত্রশিংদা ফ্রং হেক শাওদনবা পাওতাক পিখি, মদুগী মহুক্তা মীওইবদা তোঙান্না পিবা গুণ - 'অচুম-চুমদা খন্থবা' হাযবসি শিজিন্নদুনা কোক্লবা পাম্বৈশিং থিনবা খন্থৌ! মন্ত্র হায়বা ৱাহৈসি স্লোগান্দসু শিজিন্নবা য়াই; মন্ত্র অদু য়াম্না মুন্না খন্থগদবনি। মতৌ অসুম্না, খোল্লাও খুদিংদা মরম চাৱা নত্রগা চাদৱা হায়বসি য়েংগদবনি। মাগী মমাংদা মেদিকেল কলেজগী ছাত্র ময়াম লৈরবনিনা, বাবানা হংখি, "মযেক মরিনা শাবা দিগ্রি অমগীদমক্, নখোয়গী খ্বাইদগী ফরবা মতম অদু লেল্লি; দিগ্রি পুম্নমক্কি মথক্তা/মকোক্তা লৈবা 'থৌজাল' হাযবা দিগ্রি অদুগীদমক্তদি নখোয় নোংমদা মিনিট মঙাদং লেনবা ঙম্লোইদ্রা? ঈশ্বরগী অঙকপা অমসুং চিংলেম্বগী মবমদা খন্থদুনা, শেমগৎলকপদা, থবক চৎথবকপসিদা অমসুং থুগাইবকপদা, এতোম খুদিংদা, কাখন খুদিংদা য়াওরিবা ঈশ্বরগী অঙকপা অমসুং চিঙলেম্বগী মরমদা খন্থদুনা নখোয নোংমদা মিনিট মঙাদং লেনবা ঙম্লোইদ্রা?"

তাং ২৩দা বাবানা নোংচুপথংবা সমুদ্র তোৰ্ব্বান্দা সিবসি লম্বীদা চৎখি। অয়ুক পুং ৯দা ধৰ্বার থাদোক্লগা মিনিট ৪৫গী মতুংদা মুন্দগোদ খুঙ্গং য়ৌখি। লম্বী অদু খুঙ্গং খরতমক ফাওদুনা চৎলি, মরমদি মায়কৈ অসোমদদি য়ুমশিং অদু শরক্কি নাকন্দা লৈতে, য়ুম অনী নত্রগা অহুম ওইনা জঙ্গলগী মরক-মরক্তা নত্রগা অথাবা উরক্তা লৈ, মরম অদুনা যুগ অসিগী অবতারগী দর্শন ফংনবগীদমক্তা মীশিং অদুনা মাইল ২০দগী ২৫ ফাওবা খোঙনা মুন্দগোদ য়ৌনবা লাক্লখি।

মফম অদুদা চম্লবা লৌমি অমসুং কুলি লিশিং মরি হেন্না তিল্লমই। বাবানা মখোয়গী মরক্তা চৎপা মতমদা মখোয়গী মমিত্তা নুংঙাইজবগী মমি অমা তারমই অমসুং নিঙবা কায়রবা মীওই অহুমদা কান্নরবা বিভূতি অদু খুদক্তা পুথোক্লগা পিবিখি, মখোয় অদু বাবানা উরকখিবনি। বাবানা মখোয়দা মিংখৈরোন শোনবা অমসুং ভজন শকপগী মরমদা ৱা খর হায়বিখি। মহাক্না ভজন অহুম শকখি, মদু ভজন্না মখোয়দা পিরিবা নুংঙাইবা অদু ফাওহন্নবনি। অদুদা তিল্লিবা ময়ামদুনা মখোয়না হেক ঙমজবমখৈ বাবাগী শুক্নৎলবা খোঞ্জেল অদুগা চান্নবা হোৎনখি।

# মঙালগী কুম্মৈ

অদুগী মথংদগীদি লম্বী অদু ভজন ঈশৈনা অমসুং জগোইনা গজ চা খব খুদিংগী শেংদোকখ্রে। মলগী, এক্কাম্বী, ইসালুব, অমসুং গৌদাল্লি হাযবিবা মফমশিং অসিদা খুঙ্গংগী মীওইশিং অদুনা থব্রাই যাওবদু উবদা বাবানা যাম্না পেনবিখি মদুদি মহাক্লা কাবদগী কুমথদুনা মখোযগী মমাংদা ঙাইহাক লেপখি, মদু মাগী মমিং অদু মখোযগী মবৈদা মমি তাবগুম মাগী শক্তম অদু হাংদোক্লগা মখোযগী থম্মোয়দা মমি তানবনি। ডাক্তব অদকেনা ইবকই, "মহাক্লা শবক্কি নাকন্দা মী পুনবা হেক উবা খুদিংগী বাবানা কাবগী খোঙ নেৎফমদা, খোঙ্ অদু হাঙদোক্লগা লেপখৎখি। মীযাম অদুনা খোঙ্ মনাক্তা যোমশিন্নবকখি, মদু বাবাগী মনাক্তা যাবিবমখৈ নকশিন্নবা অমসুং মখোঙ শোক্লবনি। অদুবু, অঙকপগী মথক্তা অমুক্ক অঙকপনি, খোঙ অদু ইঞ্চি অমা ফাওবা লেঙখিদে! মী চামা হেনবনা হাংদোক্তুনা লৈববা খোঙ্ অদোমদা ইনশিন্নবকখি, অদুবু খোঙ্ অদু লেঙ্দনা অদুম লৈখি, শম্না অমা ফাওবা লেঙখিদে।"

পুং ১১ হেক তাবদা সিবসিদা লৈবা গোপাল কৃষ্ণ মন্দিবদা, সত্য সাই সেবা সমিতিগী জগাদা চঙলমই। মহাক্লা তাং ২১দা ইচম-চম্না হাযখি মদুদি মহাক সিবসিদা অযুক্কি পুং ১১দা যৌগনি। মী পুম্নমক্লা ওক্লখি মদুদি ঘবি অদুনা কযাদা চুম্না মহাক্লা হাযবা ইনখিবা! সহব অদুগী মপান্দা, মহাকপু ওক্লবা মী লিশিং কযা তিনলমই। ডাক্তব অদকেনা ইবকই, "মীযাম্না অশাবা নুংশা মবক্তা ঙাইবগী অব্রাবা খাঙ্বদু মহাক্লা খাঙ্বা ওন্লমদে। মহাক্লা তিল্লিবা মযামদুদা হাযখি মর্দুদি মখোযনা ভজন শক্লবদি মখোযগী কোকথক্তা *নোংদুম চংশিল্লক্কনি অদুগা উকম লাংহল্লগনি*"। নোংদুমশিংদু মথৌ তৌখি। বসব্রন্না অমসুং অতৈ বীবসাইব কবিশিং অমসুং আধ্যাত্মিকি জ্ঞান লৈববা মীওইশিংগী ব্রাফমশিং মবাংকায়না পুথোক্তুনা ঙাঙ্খি অমসুং মদুনা তিল্লিবা মীযাম অদুগী থম্মোয শুন্ধৎখি। "*নুংশিবা হাযবসি ঈশ্ববনি, নুংশি হৈনা লৈয়ু; নোংমগী থৌবম্ হৌবকপসি নুংশিবনা হৌ; নুমিৎ অদু নুংশিবনা থলহল্লু; নুমিৎ অদু নুংশিবনা লোযশিল্লু।* নখোয ঐঙোন্দা য়াম্না নুংশিবনা নকশিন্নববনি। ঐহাক জিব পুম্নমক্তা লৈ। অদুনা, অদুগুম্বা নুংশিবা অদু পুম্নমক্কিসু লৈয়ু", মহাক্লা মখোযদা নিংশিংখিবনি। বাবানা হাযখি, "যেংউ মমিংশিংদু ঈশৈ ওইনা শকপদগী লাক্কিবা ফলদু। মিনিট খবদং মিংখৈবোল শকপনা অসুক যাম্বা

থৌজাল অসি পিবিরবনিনা, নহাক্না তত্তনা তোয়না মিংখৈরোল শোল্লবদি ঈশ্বরগী থৌজাল অসি কয়া য়াম্না হেন্না ফংলমগনি! নখোয়না নপুক্লিংদা ঐবু উনিংবগী অপাম্বা লৈবদুনা ঙসিদি মদুগী ফল ফংলে। ঐগী নুংশিবদু শরুক য়ামিন্নবদুদা ঐহাক্ নুংঙাইবে। অসুম্না পিথোক-পিশিন তৌনবসি তত্তনা চথবা খোঙ্থাং অমা ওইরসনু"। বাবানা মাগী ফম্ফম্ দাইসতগী কুমথরকপা মতমদা মাগী মমাংদা লৈরিবা মী লিশিং নিফু অদুগী মিৎ ময়ামদু অকংবা অমতা য়াওখিদে; নুংঙাইবদগী অমদি তৌবিমল খঙবা উৎপগী পিরাং শিন্থখিবা তশেংনা উবা ফংখি। বাবানা গোপালকৃষ্ণ মন্দিরদা হনখি অমসুং মাগী থবকশিং পাঙ্থোকপগী উৎলিবা ফোটোশিংদু য়েংখি। মফম অদুদগী করি অমতা পোথাবা (ময়াম্না কন্না হায়জরবসু) তৌদনা মথংগী খোঙ্চত্তা আরব-সমুদ্রগী মপান্দা লৈবা করৱার তান্না চৎখি।

লম্বী অদু নাকল অনিমক্তা যাত্রিক ময়াম্না য়াম্না কুংনা ফল্লাং খাবমই, মদু য়াম্না লাঙ্তক্লনা, খৌরাংনা আশা তৌনা লেপ্লদগীনি। মখোয-মখোয়না লাকখিবা খুঙ্গংগী মমিং অদু বোর্দ-তগী পাবা ঙমখি - নিলেকানি, হনুমন্তি, মরুগবা, অম্মি নহল্লি, জনমানে, কসেজ, কতলগা, হিরেগুত্তি। মফম কয়ামরুমদা, মখোল থোক্তনা হায়জবদু য়াবিবদুনা, বাবানা মিনিট অমা অনি কারদগী কুমথখি, মদু মীয়ামদুবু মোমোন মিনোক অমনা আশীর্ব্বাদ পিবিনবনি, মদু অমুক্ মায়থোং খুদিংমক্তা মমি তারকখি। এনকোলাদদি হায়জবা অদু খজিক্তং মওং তাখিদে, অদুনা বাবানা মখুত্তমক্ হাইরম্লগা কুমদনা চৎখি, মদুমক্ মখোয়দদি য়াম্না পেঞ্জবা মওংগী আশীর্ব্বাদ অমনি।

অবর্সা হায়রিবা খুঙ্গং মচা অদুদি য়াম্না তক-তনালবা হৱাও-কুম্মৈগুম্ উখি, মদুগী সরক অদু ফৈনা-ফৈনা ফেসতুন, ফিরাল, লৈতেংগী উশা অমদি অকোনবা কালোগ কয়ানা লৈতেংলমই। মী লিশিং মঙারোম তিল্লম্বদু য়াম্না থকশি-খাশি নায়বা, ফিদমনিংঙাই ওইবা ভক্তি লৈবা কাংবুনি। বাবানা নুপা মরক্তা, নুপী মরক্তা চত্তুনা অনাবা অমসুং অৱাবা তারবা কাংবুশিং খন্দোক্নুনা মতম কুইনা মখোযগী মবক্তা লৈখি। মহাক্কি মিনুংশি লৈবগী মওং অদুনা পুম্নমক্কি নুংশিনা য়ানিংবদু ফংলদুনা বাবানা মাগী ৱা ঙাঙ্ফমদা কাখৎখি অদুগা মাগী অশেংবা ওইরিবা ফিভমগী মবমদা ৱা ঙাঙখি অমসুং মখল-মথেল ওইদবা কয়ানা

মঙোন্দা হায়জিল্লিবা অদুগী মবমদা ৱা ঙাঙখি। "অচুম্বখক্তনা নখোযবু কিদবা মী ওইহনগদৌবিবনি, মবমদি অমখক্তা লৈববা মতমদা অকিবা হাযবসি কমদৌনা লাক্কদৌবিবনো?" মহাক্না হংখি। *অদুগুম্বা অমা অদুগী মমিংসি ঈশ্বর হাযনা কৌনৈ; নহাক্না ফমুংদগী হৌগৎলকপা মতমদা অমা অদুবু নিংশিংউ; নোংমা অদুগী থবক-ইনখাং তৌবিঙৈদা অমা অদুবু নিংশিংউ; নহাক্না তুম্বা চঙবা মতমদাঅমা অদুবু নঙগী থম্মোযদা চেৎনা কোল্লু, মদুনা নঙগী ইন্দ্রিশিং, নবৌশিং অমসুং ৱাখল খন্থবকপগী শক্তিশিং অদুনা মথৌ হন্থবক্লবা মতমদা অমা অদুনা নহাকপু পিক থন্নবা অমসুং মহাকপু ভাব তাবকপদুগী ফংলকপা চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবা অদু পিবিনবা"*, মহাক্না অসুম্না পাওতাক পীবিখি। অবর্সনশিংদু নিঙবা কাযহনখিদে; মখোযনা বাবানা ভজন ঈশৈ শক্লবোইদ্রা হাযনা ৱাবম্বনি, মবমদি মখোযনা খোঙচৎ অদুদা খব তহাবগী খুদম খব উখি। মাইল কযা লাপলিবা কাববাবনা নুমিৎ যুংলমদাই অদুবাইদগী অবাপ্পদা ঙাইর্বি। অদুবু, বাবানা ঈশৈ শকপিখি অমসুং নুংঙাইবগী কপ্ অদু মঙক্শম যৌনা পিক্ থলহর্নবিখি।

"নাকল অমবোমদনা চাংজৌ নাযদ্রবা ঈশংগী ঈপাক্, নাকল্ অমবোমদনা চাংজৌ নাযদ্রবা মীযাম্, অনি অসিগী মবক্তনা চাংজৌ নাযদ্রবা থৌজালগী ঈপাক্ অসুম্ননি নুমিৎ অদুদা বাবানা সমুদ্রগী মপান অদুদা উখিবা দৃশ্য অদুবু শন্দোক্না হার্যখিবা। "মদুনা গঙ্গানি; মসিনা যমুনানি; (মীয়াম অদুবুনি); অমসুং নখোযগী থম্মোয় খুদিংদা তুমিন্না ঐগী থৌজান্না তবং-তবং চেন্থবিবা অদুনা সবশ্বতিনি" বাবানা অসুম্না লাউথোকপিখিবসিনা মদুদা তিল্লিবা ভক্ত লিশিং কুনমঙাদু চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবগী তবেৎশুবা শ্বর্গদা কাখৎহনখি! মসিগী মিটিং অসি পুং কযাগী মমাংদা হৌবম্বা যাবনি; অদুবু সর্বাক্ক নাকলদা পবেং-পবেং লেপ্লিবা মযাম অদুগা মতম খব শকক্ যামিন্নখিবা অদুননি; নখোযগী মাযকৈদগী ঐনা মখোযদা মদুগী মতম অদু পিবিখ্রবনি; মবমদি, মখোযসু আত্মাগী শক্তম ঙাক্তনি, নখোয-ঐখোযদা লৈবিবা অসুম্না চপ মান্নবা আত্মা অদুনা ঙালহন্দুনা, হৈনিংহন্দুনা, তাকপিদুনা মখোযবু অথোযবা আত্মা ঈশ্বর অদুগী মাযকৈদা চিংশিনবিবিবনি। "মখোযগী তৌবিমল অদু নখোযগী অতোংবনি", বাবানা লাউথোকপিখি।

কাবৱাবশিং অদুগীদমক বাবানা ভজন শকপিবা মতমদা মখোযনা মথৱাই নুংঙাইনা খোঞ্জেল লাউনা খুমজবদুদা ঈথকশিং অসিনা সমুদ্রগী থবোইশিং অদুগী মনাকোংদা মখোয কযাদা নুংঙাইবিবনো হাযনা লোন্না চিবোল্ তৌখি।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

অহিং অদু কল্লেক্তরগী বঙ্গলোদা লেনখি, মফম অদুদগী থব্রাম্মিচাক্লা পুন্নং লংহল্লবা সমুদ্রগী ঈপাক্তা ঈথক-ঈপোম হৌবদু উবা ঙমখি। মথংগী অয়ুক্তা, বাবানা সিতারামেশ্বর মন্দিবদা চৎখি, মদু থম্মোয়না মীওইবগী হকচাংদা মরুওইবগুম্ কারব্রারশিংগীদমক্তদি অথোইবনি অমসুং মফম অদুদগী বাবানা সহরগা তাইনবা কোদিবাগ য়ৌনবা চৎখি; মফম অদুদা য়াম্না মখুৎ-মশা হৈবা, মথুনয়াংবা-মশা খিঙ্বা ভক্তশিংনা মাগী মমাংগী হকচাংগী মন্দির অমা শাখি অমসুং মদুদা থম্নবা মুর্ত্তি অমা হক্তুনা শেমখি। মদুদা লৈরিবা মীয়ামদুগী নুংঙাইজবদু সিমানা লৈখিদ্রে; মাদু তশেংনমক্ ঈশ্বরনি হায়না শক তাকপগী থৌরম অমনি, বাবানা মুর্ত্তি অদু লাৎপা হৌহ্নখিবা, অমসুং মখোয় ময়ামদগী সাইদা ভক্তি-ব্যবহার পিবা, মখোয়গী মমাংদা তশেংনা লৈরিবা ময়ামদুগী মমাংদা। কোদিবাগতগী বাবানা সমুদ্র তোর্ব্বানগী পরিংদা চৎখিরমই, মদুনা চৎলিবা ময়ামগী কার পুম্নমক মোতোর বোত অমদা সমুদ্রগী মচেৎ অমা লাম্হোক্তুনা থোঙনা শম্লদ্রিবা মফম অমদা য়ৌনবনি।

হায়রিবা মফম অসিদা কালি তুরেলনা সমুদ্রদা তিল্লরি, মরম অদুনা ঈশিং অদু থুমহি চেন্দে হায়না লৈনা হায়রি। বাবানা ডাক্তর অদকে, মচানুপা মনোহর অমসুং অতৈ লোয়নরিবা ময়াম অদুদা ফরলোং অমরোম লাপ্লা মফমদা উরিবা শংবান্নবা মণি-মুক্তা গুন্নবা সমুদ্রগী শরুক অমদা ময়ামগী পৃক্লিং চিংশিনখি! বাবানা হায়খি, "সংসারগী সমুদ্র অসি লানবা মতমদা, মায় পাকনি হায়বসি থাজৌ, মরমদি মপু অদু নখোয়গা লোয়নরে"। "করিগী কিরিবনো ঐনা ননাক্তা লৈববসিদা!"

মোতোর বোত অদুদগী কারদু লৌথরগা মখা অমুক য়াম্না য়াঙ্না চৎলমই, মখোয়না গোব্রা য়ৌবা মতমদদি পুং ১০ বোম তাখ্রে। পুংখায় অমগী মতুংদা মর্গাদা থুংখি, মফম অদুদসু মী লিশিং কয়ানা মাগী থৌজালগীদমক্ ঙাইজরমই। মখোয়না বাবাগী মখোঙ্ অমুক্তং শোকচনিংবগী ব্রাখল অদু থিংবদা য়াম্না অব্রাবগী মশক্ ওইখি, অদুনা বাবানা প্লেত-ফোরম্ মথক্তা থুনা কাখৎপা ঙমখিদে। কনাগুম্বা অতোপ্লা মী অমদা ওইরম্নবদি শোয়দনা শাওরমগদবদু মাগী পুম্নমক নুংশিবা প্রেম্ অদুনা অশাওবা ব্রাখল অদুবু জয় তৌখি; মথুম-মরাং হৌরবা মীয়াম অদুগী মরক্তা মহাক্লা য়াম্না ইংনা চৎখি; মহাক্লা অনাবা নুপা অমা মশক খঙখি অমসুং

খৃষ্টকি মুর্তি অমা শেমখি -পুথোকখি মবমদি অতোপ্পনা খঙদ্রবসু মহাক্কদি নুপা অদু খৃষ্টিয়ান ধর্ম চৎলি হায়বসি খঙখি। মহাক্কা বিভুতি পুথোকখি অমসুং মদু অতোপ্পা অমগী মখুত্তা থমখি; মহাক অদু মখোযনা হিন্দু অমনি হাযনা খনখি, অদুম্ ওইনমক্ কান্নববা বিভুতি অদুদি ধর্ম খুদিংমক্কি মীওইশিংদা চপ মান্ননা পিবা যাবা পোৎনি। বাবানা মিনিট ২০ লোম্ গুণ অহুমদুগী মবমদা ঙাঙ্খি, - ঈশ্বরগী মবমদা কবি অমতা হৈনিং হবাওদবা; যাম্না ইথক-ইবাং, অকে-অমৌদা তাওবা অমসুং পুক্নিং ইং-তপ্পা অমদি কবম্না মীওইবনা তম-গুণগী হৈনিং হবাওনিংদবা অসিদগী নাম্থোক্লগা বজ-গুন্দা যৌগদগে অমসুং অবোইবদা যামনা ঈংতপ্পা, সত্ব-গুণগী থাক্তা যৌগদগে হাযবগী মবমদা ঙাঙ্খি।

অদুদগী বাবানা গোব্রাগী কোনুং পানাজি যৌনবা চৎখি। পনাজিগী সমিটি অদুনা সেক্রেটবিযেৎ বিলদিংগী বিবেকানন্দ-হোলগী মথক্তা মীযামগী মিটিং অমা শিনখি, মদু বাবানা ব্রা ঙাঙ্নবনি' কবিগুম্বা সহব অমদা বাবাগী মনাক্তা লাকখিবা মীযাম পুম্নমক্তুবু যাম্না নুংঙাইনা তিনবা যাবা হোলসি হাযবির্বসি নত্তনা পৃথিবীদা অতৈ অমা লৈতে' মহাক্না যাম্না তোযনা হাযখ্রে মদুদি মহাক্না ব্রা ঙাঙবা মফমশিংসি অতিযানা যুমথক ওইবা মফমশিংদা ওইগনি' মবম অদুনা থোক্তবা যাদ্রবা যৌদোক্ অদু থোকখি। মীওই কাংলুপ অচৌবা অমা বাবা উবা ফংখিদ্রে। বাবানা মতম খব ব্রা ঙাঙখি অদুদগী ভজন ঈশৈ শকখি, মদুনা হোল মনুংদা লৈবশিং অদুবুদি নুংঙাইহনখি। পাওজেল অমসুং ঈশৈ অদুবু মপান্দগী তাখিবা কাংবুনা হাযখি, "মথংদা অমুক্ হেন্না লাইবক ফব্রা হাযবদু যেংবা হাযবদুনি।" "খবদং তাবা ফংজখ্রিবসিগীদমক থাগৎচবি", হোল মনুংদা চঙ্বা ঙমখিদ্রবা মীওই লিশিং কযাদুগী মশা থেমজিনজখিবা ব্রাঙাংনি।

ডাক্তব অদকেনা ইবকই, "ঐখোযনা গোব্রা যৌবমদাইদা ফিযাত কাব অদুগী স্প্রিং অদু যাখিদ্রে। অদুবু ঐনা অতোপ্পা কাব অমদা চৎনবা হৌদোক্লবদা বাবানা ঐঙোন্দা হাযখি, "ঐখোযনা মসিগী কাব অসিখক্তদা থৌগনি।' গোব্রাদগী বেলগোম ফাওবা চৎলিবা লম্বী অদু অশোঙ্বা জঙ্গল অমসুং ঘাত্ যাম্না ফাওদুনা চৎলি অমসুং নোংনসু যাম্না কাযহনখি। গোব্রাদগী নুমিদাংব্রাই অথেংবদা ঐখোযনা যাত্রা তৌখি অমসুং পুং ৯ তাবদা বেলগোম্দা থুংখি। ঐখোযনা লমখাংদা গাবি

তেকথরক্তনা মতৌ করম্না পম্বুংফম য়ৌখিবনো হায়বসি অওকপা ৱাফম্নি, মসিদি বাবাখক্তনা খঙ্ৱা মরম্নি। ঐখোয়না খঙ্‌খি মদুদি বাবাখক্কি থৌজালনা কাংবু অদু তেক্ত-কায়দনা থুংখিবনি”।

বেলগোমদা বাবানা চুমদ্রিং হেক্তা মী লিশিং ৭০ রোম্না দর্শনগীদমক ঙাইহিরিবা মফম অদুদা চৎখি। বেলগোমসি অচৌবা সহর অমনি অদুগা বাবানা পুমথোই-থোইবা কনবিবা ঈশ্বরদুনি। সত্য সাই সেবা সমিটি অদুনা মীয়াম্ অদু খোঙনেৎনদনবা যাম্না পাক-চাউবা থৌরাং লৌখৎলমই; মখোয়না ৱানা অকনবা শম্বল খারমই, মদু মীয়ামদু পরেং-পরেং খায়দোক্তুনা মরক্তা বাবানা চৎনবা লম্বী শেম্বা লোয়ননা য়াম্না অনকপা মফমদগী পুম্নমক্তা দর্শন পিবা য়ানবনি। বাবা লাকখ্রে হায়বা পাও ফংবগা মখোয়না য়াম্না তহানা বাবানা লৈরম্বা য়াই খনবা মফমদা চেনশিন্নখি। মদু উবদা হোম গার্দশিং, ভোলুনতিয়ারশিং, (নুপী, নুপা অনিমক) নুপামচাগী স্কাউতকি কাংবুশিং অমসুং সমিটিগী মেম্বরশিং পুম্নমক্না খুদক্তা মথৌ নিংথিনা পাঙথোক্তুনা মখোয়না হেক ঙম্বমখৈ খোয়রাংলবা মীয়াম অদু নিংথিনা ইংথহনখি।

তাঞ্জা অসিদা, বাবাদু দাইস্তা থুংলখ্রে; মহাক্কি নিংথিরবা খোঞ্জেল অদুনা হেন্না সুম-সুম পাকথোক্লক্কিবা মীয়ামগী মথক্ অদুদা তাওদুনা লৈখি। মীপুম খুদিংমক্ মানা-মানা লৈরিবা মফম অদুদা লেপ্পখি অদুগা শ্বর্গগী অমৃত অদু থকখি। মীপুম খুদিংমক খোঞ্জেল অদুনা লাকখিবা মায়কৈ অদোমদা লৈশিনখি। কাংবু অদুদা য়াওরকখিবা ইঞ্জিনিয়ার শ্রীনারকেনা হায়, “ভগবান্না মাগী মখুৎ থাঙ্গৎখি! মীপুম খুদিংমক মানা - মানা লেপখিবা মফম অদুদা উযুংগুম লেঙ্‌দনা লৈখি! ভগবানগী খুত্তু মখাদা থাদখি; মখোয় পুম্নমক্ মাগী-মাগী মফমদা তুমিন্না ফমথখি।”

“ঐহাক মতমচানা গোৱা থাদোকপা ওমখিদে। খুঙ্গং খুদিংদা খৌরাংলবা ভক্ত কাংবু-কাংবু লৈরমই, ঐখোযনা জঙ্গল ফাওরবসু নত্রগা অকোকপা লম্বাং ফাওরবসু। মখোয়গী হায়নিংঙাই লৈতনা খৌরাংবা অদু ঐনা করম্না থৌশাদবা ঙমগনি?”, বাবানা হায়খি। “নখোয়দগী ঐনা মতম খজিক্তং পূরগা মদু মখোয়দা পিখিবনি”, মহাক্না মশানা য়াবিখি। তিল্লিবা মীয়ামদু য়াম্না লেমই অমসুং চিকই। “মঙাল্ ফংজরগে হায়দুনা থিরকপা মীওই লিশিং কয়াগী খুমাং চাউশিলহন্নবা

তিল্লিবা মীফম অসিদা যাউকব্বগা, নশা অদু শেংদোকনিংলদুনা অমসুং লাইবক্ ফববা মপোক অদু ফংজবা য়ানবা হোৎনকব্ববনিনা, নশাগী দায়িত্ব অমা লৈবি ঃ *"নহাক তশেংনমক্তি ঈশ্বরনি হায়বসি খঙনবা হোৎনৌ; মসিগী থাজবা ব্রাখল অসি নশাদা পোকহন্নবা নুমিৎ খুদিংগী মিনিট খর ধ্যান তৌ"*, মহাক্না অসুম্না পাওতাক পিখি। "চীংদা লৈবা নুংদুম অদু মন্দিরগী মুর্ত্তি ওল্লি। নুংথঙ্ অমসুং পাইজনা নুঙ অদুবু ফজববা পোৎশক অমা ওইহল্লি, মদু মতম কুইনগী নুংঙাইনবগী মশক্তি, পুন্সি অসি নিংথিহন্নবা অমসুং শেংহন্নবগী ব্রাখলগী অতৎ-অখম লৈতনা হৌবকফম ওইহল্লি। নখোয নশাসু থর্কসি-খাসিগী নুংথঙ্না অমসুং অব্রা নুংঙাইবগী পাউদুনা যৈহল্লু, মদুনা নঙসু নুং অদুদগী ফজববা, চপচাববা, তশেংলবা ঈশ্বরগী মুর্ত্তি অমা ওইনা থোবক্লবা।" মহাক্না চেকশিন্না হাযখিবনি।

"ঐহাক নুমিৎ মঙানিগী মমাংদগী কবনাতকা কোযবক্লিবনি; ঐহাক্না হৌজিক বাফম অমা খর কন্না হাযনিংই। অসিগুম্বা মিটিং অসি মী লিশিং কযানা তাবি; লিশিং কযা অমা হেন্না লশ্বীগী পবিংদা ঙাইবি। মখোয খুদিংমক্তি থম্মোযদা, ঐনা খঙই, ঈশ্বরবোমদা থব্রাই যাওনা নিংবগী ব্রাখল অমা ফাওবক্লি। অদুবু নিংজবা হাযবসে থকশি-খাশিনা পুনগদবনি। মদু পংতৌ-তৌবা যাবোই অমসুং খু-শেং দবা যাবোই। নখোযনা মাঙলোমদা ঐগী খোঙ্ শোক্লবা চেনশিল্লকই নত্রগা ঐগী মাঙদা তিংথোক্লনা খুকম্লবা চেনশিল্লকই, মদুদা নুপী, অঙাং, অহল অমসুং অনা-অযেক্ কযাবু কবিশু থৌশাদনা হাযবদি শোক্কনি শোকওই যেংদনা। নখোয়না মাঙলোমদা ঐঙোন্দা কন্না তকশিল্লকপা মতমদা মখোযগী মথক্তা, তাবি। নখোয়না নখোযগী ভক্তি অদু উৎনবা মসিগী সাই অসিগী মনাক্তা চেনশিল্লকপা মতমদা, মখোয় অদুদা যাওবিবা সাই অদুদা শোকহনগনু, মসিগী সাই অসি উনবা অমদি মানা ঙাঙ্বা তানবা হোৎনখিবদা নঙ্না ফঙগদবা অফবশিং অমসুং অব্রা-অনা খাঙখিবশিং পুম্নমক্তু মখোযদা লৈবিবা সাই অদুদা অব্রা-অনা থোকহল্লবদি পুম্নমক লোযনা মাঙ্হল্লে", মহাক্না হাযখি। ব্রাফম অসি তাবদা মীওই কযামকম্না ইকাযবদগী অমসুং অনুতাপ্তগী মমায লুকথখি। "অশোন-অনাদা শোযনাইববশিংদা, অব্রাবা তাববশিংদা নুংশিবা, অমদি লাইথুং থুংলবশিংদা যেংশিনবিবা অমসুং ব্যবহাব তৌবা তমউ। মখোযদা নঙ্গী মিনুংশি থমউ। ঈশ্বরগী ওইবা মবী লৈনৈ হাযবা খন্দুনা মখোযবু সেবা তৌ।", বাবানা হুকুম তৌখি।

বাবানা মথংগী অয়ুক্তা খোঙ্চৎ অদু অমুক্ বিজাপুররোমদা মখা চত্থরমই, মদু অৱাংথংবা কর্নাতকাগী অতোপ্পা ডিষ্ট্রিক্ট অমগী হেড-কার্টরনি। মাইল খরগী মনুংদা লৈবা বলি-হোঙ্গলদা কারদগী কুমথখি, মদু য়াম্না ভক্তি লৈরবা থম্মোয় কয়ানা খুরুমজবিবা খুদোল অহুম হায়বদি মশক্ উবা, মশা নত্ৰগা ফিজি-ফিনা শোকপা অমসুং ৱা ঙাঙবা তাবা অসি পিবিনবনি। মহাক্না অহানবা অমসুং অহুমশুবা অদুতমক পিবিখি, মরমদি, অদুক য়াম্না ঙনবা অয়ুক্ অদু ফাওবদা মী লিশিং কয়া তিনখিবননি। বাবানা মখোয়দা নুংগী ৱাখল শেংদোক্নবগী মরমদা ৱা ঙাঙখি অমসুং মদু শোয়দনা ঙম্নবগীদমক্ ঈশ্বর লৈ হায়বসি তত্তনা নিংশিংদুনতা লৈননবসু হায়খি।

নুমিৎ চুপ্পদুমা, মাইল কয়া কয়া ফাওবদা, বিজাপুরগী লম্বী পুম্নমক্তু ভজন অমসুং কীর্তন ঙাক্তা চত্থনখি। খুঙ্গংগী মীশিং অদুনা ঙাইজরমই, কার ময়ামদুনা ফাওদুনা চৎখিবদু পুং কয়া লেপ্তুনা য়েংজখি, ভজন্ শক্ল-শক্লা মখোযনা স্ফুতর অমসুং এক অরাকপা খুদিংমক্ খামদুনা বাবা লাকহৌরবরা, লম্বীদা লৈহৌব্রা হায়না হংজখি। খুঙ্গং খরদদি থাইনগী অরিবা মওংদা পুং থিন্দুনা অমসুং জগোই শাদুনা ওক্লবা থৌরাং তৌরমই, খরনা পিথ্রাইনা শাবা অশাংবা হোরন্ পুথোক্তুনা মখোল হৌনা, শাংনা খোংখি, মদুনা খুঙ্গংগী ময়ামদা বাবা লাক্লে হায়বা খঙ্হন্নবনি। খরনা মন্দিরগী অচৌবা ছাটিন পুথোক্তুনা চৎখি অদুগা মন্দিরগী পুরোহিত অদু শরক্তা লেপ্তুনা লৈনবা থেমখি, মখুত্তা অশেংবা পুজাগী ঈশিং পায়দুনা অমসুং মচিন্দা বেদগী মন্ত্র শোল্ল-শোল্লদুনা! চৎলিবা কাংবু অদুগী মনিং অমসুং মমাংদা পুলিসকি কারসু চৎলমই; ওফিসারশিংদুনা খুঙ্গংগী মীশিং অদুবু নিতি-নিয়ম নায়নবা হোৎনখি অদুগা মখোয় মশাদি হেক্ য়ারিবমখৈ বাবাগী মখোঙ্ শোক্লনবা হোৎনখিদবা নত্তে।

নুমিৎয়ুংবগী মতমদা গোকক্তা বাবানা পুং অমরোম লেপখি, লোয়ননা মখাতানা বিজাপুর য়ৌনবা চৎখি, লম্বীদা মাইল খর-খরগী মনুংদা শরক্কি নাকল অমদনা খৌরাংবশিংনা অদুগা নাকল অমদনা মিনুংশি ফংনিংবশিংনা তোয়না লেপহনখি। বাবাগা কার অমতদা তোংমিন্নরবা কাংবুগীদমক্তদি চাংজৌ লৈত্ৰবা নুংঙাইবগী মশক্কি। বাবানা ঈশৈ কয়া শকখি, অদুগা অতৈদসু ভজন শক্লবা হায়খি,

খুদক্তা কবিতা অমা-অনিসু শেম্লনবা হায়খি, মদু মখোযগী মমাংদা খঙহনখিবা অবিবা ৱাবী লাইবিক শিংদগীনি; অসুম্লা, শাংলবা লম্বী অদু চৎপদা অৱাবা অমসুং মতম হৌখিবা খঙহৌদে।

বিজাপুবদা তিল্লমলিবা মীযাম অদু মাইল ফনা শাংনা ক্রক্-ক্রক্ ইন্নখি, ডাক্তব অদকেনা হিবি। "ঐনা বাবাদা অকি-অখঙ্ লৈতনা ৱাফম্ অমা হৌদোকচখি, "মসিগী মিটিং অসি ককথৎপা তাবনি। মসুম্ হায়না লমদা চৎপসি ওইথোক্লবোই! ঐখোয মফম অমদা চৎলসি"। বাবানা হায়খি, "যাবোই"। যামদ্রবদা মী লিশিং ৭৫বোম্লা যাম্লা ঙাইঙমদনা লম্বীদা, অহাঙ্বা মফমশিংদা তিনখৎনবক্লি। ডাক্তব অদকেনা হিবি, "বাবানা অদুগুম্বা মফম মবাং খঙ্দ্রবা মীযাম অদুগী মবক্তা চুমদ্রিং চঙশির্নখি। ফিভম্ অদু উবদা মীপুম খুদিংমক্ তৌফম খঙখিদে। অদুবু যাম্লা থুনা বাবাসি দাইস মথক্তা যৌখ্রে, মৈঙাল অদুগী মখাদা মাইক্রোফোন মমাংদা লেপখ্রে। বাবানা মহৌশা শকপা শৈবেং অদু হেক হৌবকপগা নুপা, নুপী অমসুং অঙাং খুদিংমক্ শুক্মৎখি; হৌবম্লা ঈথক-ঈপোমশিংদু তপথখ্রে, শান্তি লৈখ্রে অমসুং ঐখোয অৱাবা কোকখ্রে"।

"কবি মবমগীদমক নহাক পোক্লম্লিবনো? মীয়াম অসিগী মবক্তা মী ওইনা লেনখ্রবা চহিশিং অসিদা নহাক্লি মাযপাক্লা পাঙথোকখ্রবশিং অদু কবি কবিনো? নহাক্লা শিববা মতমদা কবি থনমগে হায়না খল্লিবগে?" তিল্লিবা মীযামদুদা বাবানা হংখি।

কাংবু অদুগী মবক্তা যাওখিবা বিনীতা বামচন্দ্র বাওনা হিবি, "ঐখোযনা তাখ্রে মদুদি কৃষ্ণনা মাগী বাঁসি খোঙলকপা মতমদা কোক/মতোক লিশিং পানবা লিন্ অদু ফাওবা মক লুকথখি; বাবানা অদুগুম্বা শুক্মৎনিংঙাই ওইববা খোঞ্জেল অদুদা ৱা ঙাঙবা হৌবকপা মতমদা, মহাক্লি অহানবা ৱাহে অদুনা মখোযগী থৌ-ৱা শাদবা অদুদা যাম্লা কন্না হায়ববসু, মতোক লিশিং ৭৫ পানবা লিন অদু মক লুকথখি, মশা মথন্তা খন্থজখি। বাবানা খুদিংমক্তা নুংশিবা হায়বসি পোকহনগদবনি হায়না পাওতাক পিখি, মবমদি *"জগৎ পুম্নমক অসি নুংশিবনা পোকহনবানি, নুংশিবা হায়বসি ঈশ্বরনি অমসুং নুংশিবখক্তনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজবা ঙমই অমসুং মীনা ঈশ্বরদা তিঞ্জবা ঙমই"*। বাবানা ভজন ঈশৈনা কান্নবগী মবমদা ৱা

ঙাঙবা মতমদা অমসুং ঈশৈ খব শকপা মতমদা, তিল্লিবা মীয়ামদু অখাকপা লৈতনা মাগী ঈচেল্ অদুদা তাখি। অব্রাংবা ব্রাখল্লোন পুম্নমক্ মযোন্ চোংখি, মনা পাল্লক্খি, অপোম্বা লৈ থোবকখি অমসুং মপুং ফানা থম্মোযদা শাংকাযখি; মীপুম খুদিংমক্ থম্মোয মথুম-মবাং হৌখি, ঈশ্বরগী ব্রাখল অমনা থম্মোয়দা মবাং হৌখি।

অহিং অদু সাবকুইত-হাওসতা লেল্লগা বাবানা অযুক ঙন্না হৌগৎখি অমসুং নোংমদুগী মানা পাঙথোক্লবা শিনখিবা থৌবমশিং অদু পাযখৎপা হৌনবা থৌবাং তৌখি। মখোয়না মাঙলোমদা থৌখিবদা মিনিট খবদি হৌখ্রে; অদুবু, লম্বী অদুদা শঙ মচা অমা খনগৎলগা, উবি ব্রাবি, ফিবাল, লৈ মযাম্না লৈতেংলগা লৈমাযদনা মী ১০০ বোম্না প্রশান্তি -নিলযম্গী ভজন শক্লুনা লৈবমই!

কবি থোকখিবগে হায়বসিদা ডাক্তব অদকেনা শন্দোক্লা তাক্লিবসিদা অমুক্তা তাসি। "মাইল অনিখক্তং চঙ্শিল্লগা লৈবা মখোযগী খুঙ্গংদা চঙবিনবা মখোযনা বাবাদা হাযজবমই, মখোযনা হাযবমই, মদুদি লম্বী অদুসু নৌনা শেমজিল্লে, কাব চৎপা যাবগনি; মখোয যাম্না তুমিন্না লৈগনি অমসুং থকশি-খাশি ঙাক্কনি, মখোযনা লাওথোকখি মদুদি খুঙ্গংগী মীশিং অদুনা বাবাবু যাম্না উনিংলে। নোংমদুগী থৌবম পাঙথোক্কদবশিংদু হান্ননা যাম্না চিন্না লৈখ্রবদুদা মদু কবম্না চম্না, কাযহন্দনা পাঙথোক্কদগে হাযবসিদা ঐহাক্ লাঙ্তক্লখি। অদুবু বাবানা হাযখি, "ফবে, ঐখোয চৎলগনি, মখোযগা মিনিট মঙাদং লৈমিন্নগনি।

কাবশিংদু মমায লৈথোকখ্রে, ঈশিং নিংথিনা চাযববা, উফুল্ মবিক্ অমতা হৌদ্রবা খুঙ্গং অদু যৌবা লম্বী অদুদা চৎখিবমই। কাবশিং অদুনা ফাওদুনা সুম চৎপা মতমদা, থাংমৈ কযানা হাইদুনা ওকখি, নুপীশিং অদুনা বাবানা তোংলিবা কাব মথক্তুদা লৈ চাযশিনখি। নুপা মযাম্ অমনা হোবন্ খোঙলমই অমসুং পুংজাও থিল্লমই। মচীদা অঙাংবা তৈববা ষনশিং অদুনা সবক্কি নাকলদা লেপ্পা মতমদা মঙক্তা কংশি মখোল্ খিঙলমই। খুঙ্গংগী মীওইশিং অদুনা মথব্রাই যাম্না নুংঙাইজবগী মওং অমা মখোযগী মমিত্তা ফোংদোকপদু উবদা বাবাদু যাম্না নুংঙাইবমই। মহাক্না ভজন খব শক্লমই অমসুং তিল্লিবা মযামদুদা মাগী মতুংদা চিংনবা লৈতনা অমসুং অকিবা যাওদনা শক্লনবা ইঙ্গিৎ পিবমই। বাবানা মফম অদুদা মিনিট নিফুবোম্ লৈববা মতুংদা অমুকহন্না মপুং ওইবা লম্বী অদুদা থৌদোবকখি।

মদু ভক্তিগী অতৎপা লৈতনা চেম্প্রকপা ঈচেল অমগুম্বনি, মদুনা লমদম পুম্নমক অদুবু লৈহাও চেলহল্লে, ঈচেল অদু য়ুম খুদিং, থম্মোয় খুদিং য়ৌহল্লে, মদুনা নুপা, নুপী অমসুং অঙাং পুম্নমকপু হৌগৎহল্লে; মীয়াম পুম্নমক অদুনা নুংশা মরক্তা লেপ্লা নত্রগা ফম্বদু উবদা বাবানা খাঙ্বা ঙম্লমদে। নত্রগা মখোয়না মাযথোং মকশিন্না অমদি হরাও-তয়ামদনা লৈবদু বাবানা পাল্লমদে। মহাক্লা বিজাপুরদগী বগলকোত্ চৎপা মতমদা কন্নাদা মরোলদা ঈশৈ মযাম অমা শকখি, মদুনা ভাইস-চানসেল্লর, মাগী মচানুপা, অমসুং অতৈ কয়াবু নুংঙাইজনবনি। ময়ায় ওইবা যুগকি য়াম্না ফাওববা লাইনিংবশিং - পুবান্দর দাস অমসুং কনক দাসনা ইবিবম্বা ঈশৈ কয়া মহাক্লা শকখি; উদিপিদা থোকখিবা কনক্ দাসকি ৱারী অদু মহাক্লা শন্দোক্লা তাকখি, মফম অদুদা মাধৱাচার্যনা লিঙখৎলম্বা কৃষ্ণগী মুর্তি অদু য়াওশেম্বা লাইনিংবা কনকদাসতা দর্শন পিনবগীদমক্ লৈথোরকখি। মবমদি মন্দির অদুদা অতোনবা জাতিনি হায়দুনা কনক্ দাসপু চঙ্হনখিদবদগীনি! মফম অদুদা খুদক্তা মশানা ইখিবা ঈশৈ খরসু বাবানা কন্নাদা মরোলদা শকখি। কন্নাদা মরোলবু নুংশিজবা অমদি ঈশ্বরবু খিজরিবা কাংবুগীদমক্তদি তাঞ্জা অদু ওন্থোক্লা মগুণ লৈবা, মায় পাক্লবা মতাংনি।

ভক্তশিংনা মমিৎ পেন্না য়েংজখিবা কেকর-নচিংবা মফমশিং ফাওরগা বাবানা নারগুন্দ য়ৌখি অমসুং মফম অদুদা য়াম্না লাপ্লবা খুঙ্গং কয়াদগী অমদি পুং কয়া থৌরগা য়ৌগদবা মফমশিং - হুব্লি অমসুং ধর্ৱাবদগী ফাওবা লাক্লুনা মী লিশিং ১২ রোম্না তিন্দুনা লৈবম্বদু উখি। মহাক্লা মখোয় ময়ামদুদা জগৎ অসিদা ঈশ্বরনা শিন-থুংনা লৈবগী মরমদা হায়বিখি অমসুং ৱাফম অসিদি মপুং ফারবা, য়াম্না শেংলবা জ্ঞানগী মতেংদনা খঙ্বা ঙমগনি হায়না তাকপিখি; মদু হকচাংগী কযাৎ ময়ামসিগী মনুংদা লৈ- খক্তনা ঈশিংদা থুম য়াল্লে খঙ্বা ঙম্বা অদুগা পাঙখক্লি তাকপিখি।

নাপি অমসুং মহৈ-মরোং পাম্বী কয়াদা লিরি হুম্বা মালংবনা ঙাওশিন্নবদগী ঈথক-ঈপোম হৌরবা লবুক কয়া ফাওবগা বাবানা নুমিদাংৱাইদা নবিলগুন্দ য়ৌখি। য়াম্না থকসি-খাসি নায়গ্রবা য়ামখ্রবা মীয়াম্ অমনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরমখি অমসুং বাবানা মখোয়দা ৱা ঙাঙখি লোয়ননা মরাং কায়রবা নুংশিবা প্রেমগা লোয়নরবা ঈশৈ কয়া শকখি। "মাঙদা উরিবা পোৎশক্কি ওইবা সংসার অসিদি মতম পুম্নমক্তা

হোঙ্দুনতা লৈবি, অবেপ্পা মওং লৈতে, অমসুং যাম্না থুনা চৎখ্রি, অদুবু, আত্মাদি লেঙ্দবনি, মতম, মফম্ অমসুং থৌদোকশিংনা শোকহনবা ঙমদে, লেঙ্দনা অদুম্ লৈ' অমখক্তা ওইবা, অনীশুদবা অদুবুনি ব্রহমা হাযবিবসি। অনী শুদ্রবা, অমখক্তনি হাযবিবা ব্রহমা অদু খঙনবগীদমক্ নহাক্না নিযম মঙাগী শাজেল চৎকদবনি হাযবদি সাধনা তৌগদবনি, মদুদি মন্ত্র, নামস্মবন, যোগ, ধ্যান অমসুং সমাধি- অসিনি। ঈশৈ অমসুং শক্তিবা কালাকাব অদু অহাঙ্বা নুংশিৎ অসিদা ঈথক ওইনা তাওদুনা লৈবিবদু কবিগুম্বা থৌবাং খবনা মদুবু ফাবগা ব্রোদকান্তিং স্তেসনশিংদা থাদোকবকপদু বিসিভবনা মদুবু মীযামদা অমুক্ মীশক ফোঙ্দোকপা ঙম্বগুম্, মিৎনা নত্রগা পুক্লিংনা উবা ঙমদবা ঈশ্ববদু হাযবিবা পাম্বৈশিং অসিনা খঙ্বা ঙমহল্লি হাযনা বাবানা শন্দোক্লা হাযখি।

নোংমদুমদি মহৌশাগা মান্নদনা নুমিৎনা খব তপ্পা চৎলম্বা যাই, মবমদি বাবানা লমখাঙদা অন্নিজেবিদা ঙাইহাক্তং পল্লগা, লৈ মযাম লৌখি অমসুং শবক্কি নাকন্দা তিল্লম্বা মীযাম অচৌবা অমদা আশীর্ব্বাদ পীবিবম্নগা নুমিদাং পুং ৬ তা হুলকোতিদা থুংবা ঙমখি, মদু কুলকোতিদদি থৌবাংলবা ভক্তশিং ওখাক্লা যাম্না তিল্লমখি অমসুং বাবানা মখোযদা দর্শন পিবিখি লোযন লোযননা মাগী থৌজালসু মখাতানা পিখিগনি হাযবগী থাজবসু পির্বাখি।

অদুগী মতুংদগী মহাক্লা গদগ্কিদমক্ থাদোকখি। হাযবিবা সহব অসি চহি চা কযাগী মমাংদগী বীব নবাযন মন্দিবগীদমক্তা ফাওববা অমসুং কন্নাদাগী কবিতাশিংদা অমব পদবি ফংলবি অদুগা হৌজিক-হৌজিক্লা ললোন ইতিক্কি অমসুং কল-কাবখানাগীদমক্ যাম্না ফাওববা সহব অমনি। বাবাবু খুকমজনবগীদমক্ তিল্লম্লিবা মীযাম অদু উবদা গদগ্ সহবগী মীপুম খুদিংমক্ ঙক্লখি। মীওই লাক্ষ কযাগী মথক্তা তিনখিবমই!

বাবাবু ওকখিবা শ্রী কে: ঐচ: পতিলনা হাযখি, "ঙসি হাযবা নুমিৎ অসিদা গদগ্কি মমাঙ্দা শ্বর্গগী থোঙ হাংদোকখি' অসিগুম্লবা থাইনগী সহব অসিদা অমুক্ হন্না আত্মাগী মঙাল অদু মবাং কাযনা ঙাল্লে।" বেদগী লাইশোলগী মবমদা বাবানা ব্রা ঙাঙখি, মদুনা মীওইবগী অনিংবা, অপাম্বশিংদু শমলপ্পা পৃথিবীদা মাগী ইতিহাস হেক হৌবকপদগী পিখি: ওইদবদগী অওইবদা লুচিংবিযু' অমম্বদগী

অঙানবদা লুচিংবিযু .... অশিবদগী ওমব ওইবদা হাযবদি শিবা নাযদবদা লুচিংবিযু ; মহাক্লা হাযখি মদুদি খেন্নবা হায়বসি ওইদবনি, মদকাবা হাযবসি অমম্বনি, অপাম্বা হাযবসি অশিবনি' অদুনা, অমখক্তং হাযবদো, মশামকশু মদুগী মবিক অমা ওইবিবা, মদু খঙগদবনি, পুম্নমক অসিবু ওইবিবা অমদো, পুম্নমক অসিবু থন্না লৈবিবা, পুম্নমক্কি অনিংবা থুংহল্লিবা অমদো'"

বাবানা শকখিবা ভজন অদুনা অমসুং মদুবু অমুক হন্না শকখিবা খোঞ্জেল অদুনা অতিযা অসিদা তাওদুনা লৈবম্বা অমোৎপা মখল মখা মযাম্ অদু লোযনা শেংদোকখি অমসুং অমখক্তনি হাযবা খোঞ্জেল অদুনা পিক থনখি। বামা, কৃষ্ণ, সক্তি, সিব, বিষ্ণু নচিংবা পুম্নমক্ অসি মীয়াম অদুনা শকখিবা ঈশৈগী নুংশিববা খোঞ্জেল অদুদা অমত্তা ওইনা পুনশিনখি, সাইগী চবন্দা কৎখি অমসুং মহাক্কি অদুগুম্বা ঈশ্বরগী ওইবা খোঞ্জেল অদুগা চাননা মাগী চবন্দা কৎখি।

ধর্বাব যৌবা মতমদদি যুম অযাম্বদা মৈ মুথৎনখ্রে অমসুং ষনবি অযাম্বনা নোংমদুগী তহা-তহা চাশিনখিবা শজিকশিং অদু শগুপ শাযদুনা শবক্কি মথক্তা উইদুনা লেপ্লবমই।

মথংগী অযুক্তা নুমিৎনা নোংপোকথংবা অতিযাদা থোবকপা মতমদা কালেন্দব অদুনা ওক্তোববগী তাং ২৭নি হাযনা উৎলি। অদুগা বাবাদু নুমিৎনা তবং-তবং হুন্দোবকপা মতৌগুম্ মশাদু তগৎ-তগৎ তেক্লমই, চোকথবগী মতৌ শম্মা অমা ফাওবা উৎখিদে, লম্বী অদু ফনা শাংনা চৎলক্লবসু, ফনা হৈনিংদনা লাক্লবসু, তোঙান তোঙানবা লোন কযাদা, তোঙান-তোঙানবা মীওই কবোব কযানা মপুং ফাবা সন্মান্ ব্যবহাব পিবকখ্রবসু, তোঙান-তোঙানবা লম কযাদা ফনা নিংথিনা, হবাওনা ওকখ্রবসু, মহাক মতম খুদিংমক্তা মহাক্লা পাঙথোক্কদবা থৌদাং খঙ্না লৈ অমসুং থৌদানবা লৈতনা, যাম্মা নোল্লুক্লা নুমিৎকি মতৌগুম মথৌ পাঙথোকখি'

অদুবু, কাংবু অদুগী অতৈশিংদুদি ইচম-চম্বা মী হাযবদু ডাক্তা ওইবনিনা, মহাক্কি মিনুংশি পোকহনখি। মহাক্লা ডাক্তব অদকে, মচা নুপা অমসুং অতৈ মযামদু মখোয়না যাদ্রবসু পোথানবা থেমখি। মহাক্কি ওইনদি নুমিৎ অদু হুল্লি অমসুং ধর্বাবদা ভক্তশিংগী যুমদা চত্তুনা মতম লেনখি, মবমদি, বাবানা যাম্মা তোযনা হাযবিখ্রে,

"নখোয়গী নুংঙাইবা অদুনা ঐবু হিংহনবনি"। বাবানা য়ুম অমা য়েংবা মতমদা, ফনা য়াম্না তেনবা মতম ওইসনু, মহাক্না মদু শান্তিগী অমসুং নুংশিবগী শ্বর্গ ওইনা থাদোরকই। য়াম্না তোয়না মহাক্না ভক্তশিংগী য়ুমদা মথন্তা হেক চঙশিনখি, মদু লোয়নরিবা ময়াম অদুগী সেবাদা য়ুম্বুদুদা অৱাবা পিদনবনি। মহাক্না ভক্ত অদুদা য়াম্না ধুম-ধাম তৌদুনা ওক্তনবা অমসুং অখন্ননা লৈতেং শেমদনবা, থোইদোকপা লৈ পরেং শিজিন্নদনবা, শেল চঙগদবা উৎশব তৌদনবা, মরী-মতা অমসুং মরুপ-মপাংশিংদা পাও থুনা পিদনবা থেল্লমই। মহাক্তি ঐখোয়গী খ্বাইদগী নক্লবা মরী-মতা ওইনা, কুইনা লাক্লবা মতুংদা লাকপগুম্ আশীর্বাদ পিনবা, অনাবা ফহন্নবা, হেন্না ইনাক খুলহন্নবা, অৱাংবা আশা পোকহন্নবা, অৱাবা কোকহন্নবা, থেমজিন্নবা, চুমথোক্লবা, থৌনা হাপকৎনবা, য়ানিংহন্নবা, আধ্যাত্মিক্কি অপাম্বশিংদা য়ারে হায়বা চপচানা থাজবা লৌনবা লাকপনি। মহাক্না অঙাংশিংবু লুন-চান্না তৌবি, মখোয়না হায়ফেত্তং ব্যবহার তৌবগী মওং উৎপদু খঙবি, ইমুং অদুগী মী খুদিংমক্কি মমিং নিংশিংই, মখোয়নদি খঙ্দবা নত্রগা কাওখ্রবা থৌদোক্ কয়াগী ৱারী লিবি, অৱা-অনা কোকহন্নবগী থাজবা পিবি, অমসুং মীপুম্ খুদিংমকপু তৌবিমল খঙ্বা উৎপা ওইনা থল্লমই। য়াম্না শাথিবা নিঙ্বা কায়রবশিংদা মহাক্না নুংঙাইহনবি, অনা অয়েক্কি লৈচিন্না কুপ্লবা মফমশিংদা মশা ফবা, পুক্রিং মকা লাম্বগী নুংশিরবা মনমশিংদু পুশিল্লকই। মহাক্না য়ুম অমদা চঙ্বা হায়বসিনা য়ুম অদুগী অনাবা, নিংবা কায়বা, অৱাবা অমসুং চিংনবা লৈরম্বা পুম্নমক্তু লোয়শিনখ্রে অমসুং অনৌবা নুংঙাইবা, হরাওবা, শান্তি, অফবা ৱাখল, থৌনা অমসুং য়াম্না নুংশিনবগী তাংকক্ অমা হাংদোক্লে।

নিংথৌকাবা তাং ২৮! মহাক নুমদাংৱাইদা বৃন্দাবন য়ৌবা তাখি, অদুনা হুল্লি-দভাংগিরি লম্বীদা থৌরমই, লম্বী অদুগা তায়নবদা লৈরিবা খুঙ্গংশিং অদুগী মীশিংগী মমায় অদু হরাওহল্লমই, অমসুং থম্মোয়দা অনৌবা মঙাল্ অমা পিবিবমই। সত্য সাই সেবা সমিতিনা শিল্লগা মীয়ামগী অচৌবা মিতিন্ অমা অহানবা ওইনা শিনখিবসি কুন্দগোলদনি। কয়াদা য়ামখ্রবা মীয়াম্মো! পাকখ্রবা ফুটবলগী শান্নপুং অমা মীনা ক্রক্-ক্রক্ ইন্নখি। য়ামদ্রবদা মী লিশিং ২৫ রোম্লি। বাবানা ভারতকি কলচরগী মরমদা ৱা ঙাঙখি, "ভারত" - হায়বা ৱাহৈ অসিগী মরমদা

ব্রা ঙাঙখি, 'ভা' - হায়বা ব্রাহে অসিগী মবমদা ঙাঙখি অমসুং মসিগী অর্থসি মঙাল্‌ হায়বদি আধ্যাত্মিক্কি মঙাল ফাওবকপা হায়বদি পুম্নমক অসি অমতনি, ঈশ্বরনি হায়বগী ফাওবকপা মঙাল। মহাক্না হায়খি প্রেম অমনা মহাকপু ঙাইদুনা লৈবল্লিবদো উবদা মহাক্কি থম্মোয় অদু নুংঙাইবনা পিক থনখি। "মসিগী নুংশিবা -প্রেম্‌ অসি পুম্নমক্তা শন্দোকউ, মবমদি ঐদি পুম্নমক্তা লৈ", মহাক্না অসুম্না হৌদোকখি। "ঐঙোন্দা ভক্তি লৈবসি সেবাদা, নুংশিবদা অমসুং তেংবাংবদা থবক ওইনা ফোংদোকপা তাবনি অদুগা মীব্রা ঙাঙনবা, মবাল পিশিনবা অমসুং তুক্কচবা মিৎযেং থাদোক্কদবনি", ব্রাফম অসি মহাক্না যাম্না কন্না শাফু পিনা ঙাঙখিবনি। লোযবমদাইদা মহাক্না ভজন খব শক্লকপা মতমদা পুমচিক চিকখি, থম্মোয় মনুং অমসুং মপান্দা ব্রাখল চোইবম্বাশিংদু পুন্লেপ্‌ লেপখি।

কাবজিগি হায়বসি মথংদা মীয়াম্বু আশীর্বাদ পিখিবা মফম্নি। অদুগী মতুংদগী বাবানা অগাদি হায়বা যাম্না শেংলবা খুঙ্গং অমসুং লৈখিদ্রবা লাইনিংবা সেশচলা শ্বামিগী লাইনিংফম আশ্রম ওইবম্বগীদমক্‌ মমিং চৎলিবা মফম অদু যেংখি। লাইনিংবশিং অমসুং মুনিশিং অসি মীয়াম চৎনবা লম্বী শেল্লিবা সিপাইশিংনি, লম্বী শেম্বা কাংবুনি, লম্বী ওন্দুনা যেংলিবা কাংবুনি, থোঙ শাবা কাংবুনি, অবতাবগীদমক্তা লময়ানবা থবক শুবশিংনি। মন্দিব অদুগী চঙ্ফমদা নুপীশিংনা বর্ত্তি-মৈ হায়বদুনা ওক্লমই অমসুং বেদগী পন্দিতশিং অদুনা লাইশোল অমসুং হায়জবা খুরুমজবগী শৈবেংশিং থীবমই। ভজন শক্লিবা যামখ্রবা মীয়াম অদুগী মবক্তা মহাক্না কোইচৎ চৎলমই, অমসুং মমৈথংদা মিংগী কান্নবা অমসুং তম্ভনা মিং অদু শোন্নবগী দবকাব ওইবিবা নিয়মশিংগী মবমদা ব্রা ঙাঙখি।

পাপ্‌ পুম্নমক্তগী অমদি অব্রা অনাদগী কোকহনবিবিবা কাব মযামদু হাবেবিদা ঙাইহাক্তং পন্থহল্লমই। বাবানা গ্রামা সেবা মানতপ্তা হায়বদি খুঙ্গং শেমগৎনবা লৈবিবা যুম অদুদা চঙখি অমসুং মদুদা তিল্লিবা লৌউবা, তিল্লিবা ছাত্রশিং, অমসুং অতৈ কলেজগী ছাত্রশিং যাওববা মীয়াম অদুদা ব্রা ঙাঙখি। মহৌশাগী খুৎশেমগী লৈবিবা ফজবা অদুদা মখোযগী মিৎযেং চিংশিনখি অমসুং মদু পুম্নমক্না শরুক যামিন্নবা যাই, যামিন্নবা যাবা সোতো অমনি হায়খি। "নখোযগী অতোপ্পা সোতো অমসু লৈবি, মদুসু ঈশ্বরগী থৌজালনি," মহাক্না হায়খি।

মহাক্লা মখোয়দু কলেজদা নিংথিনা তম্নবা পাওতাক পিখি অমসুং মশা-মশাসু শান্তি লৈনবা অদুগা অতোপ্পসু শান্তি লৈননবা লৌশিং অদুসু তম্নবা পাওতাক পিখি, মদু নামস্মরন অমসুং ভজনগী পাম্বৈনা হোৎনগদবনি হায়বিখি। বাবানা ভজন শকপা মতমদা মানতপ্ অদুদা লৈরম্বী মশা নানবী ষনবি ১২ রোমদি মমিত্তা ইরং লংখৎপগুম্ অমসুং মনাকোং তিং-তিং পানবগুম তৌনা ঈশৈ অদু তারমই। কাংলুপ অদুগী মনুংদা মচা চেল্লবী ষনবি অমা য়াওরমই; ষন্নাও মচা অদুনা য়াম্না লাংতক্লনা বৃন্দাবনগী খোঞ্জেল অদু তানবগীদমক্ মপান্দা চেম্থোকখি। রানে বেল্লুরদা আর্তস অমসুং সাইন্স কলেজ অমগী যাত্রা হুল্লমই অদুগা কোত্তোন-মারকেত য়ৌনবা চৎখি, মফম অদুদা ভক্ত লিশিং ২৫ রোম্না দর্শনগীদমক্তা ঙাইদুনা লৈরমখি। "নখোয়না ঙাঙথোরক্লিবা ৱাঙাংশিংদু অচুম্বতা ওইরসনু; নখোয়না পাঙথোক্লিবা থবকশিংদুনা য়াম্না হৈনিংনা থৱাই য়াওনা পাঙথোকপা ওইসনু - অচুম্বদা ঙাঙউ, অফবা শাজত্তা চৎলু; মদু পান্দমদু য়ৌনবা অমসুং ফংনবা পাম্বৈনি", বাবানা অসুম্না পাওতাক পিবিখি। নুমিৎ অদুদা তিল্লিবা মীয়ামদু বাবাগী ৱাঙাং অমসুং ঈশৈনা পুং অমরোমদি চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবদু ফংজখি।

রানে বেল্লুরদগী বাবানা তিল্লিবা মীয়াম অদু ফাওদুনা মোতোর তোংদুনা হরিহার য়ৌনবা চৎখি। মফম অদুদা মহাক্লা কারদগী ঙাইহাক কুমথরগা ময়ামদা দর্শন ঙাইহাক পিবিখি। অদুগা মথং মথং দভাঙ্গিরি, চিতালদুর্গ, সিরা অমসুং তুমকুর ফাওদুনা মীয়াম্ পুম্নমক্লা পিরকপা নুংশিবা অমসুং পুন্নুপ্ লুপশিল্লবা ভক্তি অদু পুরগা বৃন্দাবন য়ৌখি। (মহাক্কি থৌজালনা শুক্ষৎপদগী ফংলকপা ভক্তি-প্রেম ঙাক্তনি।)

ডাক্তর অদকেনা ইরি "ঐহাক বাবাগা লোয়নজবগী লাইবক ফবদু ফংজখ্রে অমসুং মফম খুদিংমক্তা মীয়াম পুম্নমক্কি তৌবিমল খঙ্বগী নুংঙাইজবা অদুগা মখোয়না চমজবা থৱাই য়াওজবদু উরগা বাবানা নুংঙাইবদুসু উজখ্রে। ঐহাক্, বঙ্গলোরগী মনাক্তা লৈবা হৱাইত-ফিল্দ ফাওবা চৎপা ঙমজখি, মফম অদুদা বৃন্দাবন লৈ, অমসুং মফম অদুদগী বাবাদগী বিদায় লৌজরকখি। ঐনা বাবা থাদোক্লগা লাকপা মতমদা বাবানা হায়খি, "নঙ্ নথন্তা হন্না চৎলি খনগনু। ঐহাক নহাক্কা লোয়নরি! ঐখোয় অনি পুন্না চৎমিন্নসি!" মদুনি মহাক্কি নুংশিবগী চাং অসি,

মদুনি মহাক্কি মফম শিনবা থুংনা লৈবগী শক্তি, মদুনি মাগী পুন্নমক্ খঙ্বা ঙম্বগী শক্তি, মদুনি মহাক ঈশ্বরনি হায়বগী প্রমাণ।"

বাবাদা মীপুম খুদিংনা পিবিবা ব্যবহার অমসুং মফম্ খুদিংদা - খুঙ্গংদা, কলেজ মযাম লৈবা সহরদা, কোল-কারখানা যাম্না লৈবা সহরদা নত্রগা ইতিহাসকি যাম্না ফাওববা মফম অমদা, নত্রগা তীর্থস্থান অমদা মীযাম অদুনা কযাম পুক্নিং চঙনা মাগী আশাগী ব্রাঙাং নত্রগা ব্রাশকপু তাজবা অদুনা তুংগী পুন্সি খুৎলেন অমগীদমক্তা আত্মানা কৌবকপদু যাম্না মরাং কাযনা পাওখুম্ ফংই অদুগা ঙাইহাক্কি ওইবা নুংঙাইবা ফংনবা লৈবিবা খূৎশেমগী পান্বেশিং অমসুং থৌবাংশিং অসিনা বাবাগী অদুগুম্নবা ঈশ্বরগী ওইবা যাথংশিং অদুগী মমাঙদা খাঙ্বা ঙমদে, লেপ্পা ঙমদে।

বাবানা মাগী খোঙচৎ অদু ভাবত পুন্নমক্তা মৈগী কুম্মৈ পাঙথোক্লবা দিপাবলি নুমিত্তা হৌখি। শ্রী ঔবোবিন্দোনা মাগী যোগগী মমুত্তানা নৈনবা মতাংদা হৈবি, "গুরু অদুনা ঈশ্বরগী ওইবা মঙাল অদু হৌগৎহনগদবনি, অমসুং ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি অদু মথৌ হৌহনগদবনি"। বাবানা ঈশ্বরগী মঙাল অদু হৌগৎহনখি; থম্মোয় খুদিংদা, মহাক্না থাংমৈ চুখৎখি, মহাক, ঈশ্বর ওইবিবা মহাক্না, ঈশ্বরগী শক্তি অদু হৌগৎহনখি। 🕮

*******************************************

*ঐখোয়না চাবিবা চীঙ্গাকশিং অহাওবা, হিংনবগী মচি ওইবা অমদি চাবদা পুক্নিংদা নুংঙাইবা পোকহনবা ওইহনগদবনি। যাম্না শাবা, থুম যাকপা ওইহল্লোযদবনি।*

\- বাবা

*******************************************

# অঙৌবা মীগী পোৎলুম
## (White Man's Burden)

২০ শুবা চহি্চা অসিদা থোবকখিবা ইতিহাস হৈরবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না শিংলবনি হায়নরিবা অর্নোল তোয়ন্বীনা হায়রি, "মীওইবগী ইতিহাস্তা খ্বাইদগী শাথিনা খুদোংথিববা তাঞ্জা অসিদা মীওইবনা অরানখুভম্ ফংনবগী অমত্তা ওায়রবা পান্বেদি ভাবতকি মওং অসিনি"। মসিদি নিঙবা কায়বগী মতম্লি, অকিবগী, তৌফম খঙ্দবগী, অমসুং ভাবনা পংখন-খনবগী মতম্লি। সমাজদা নাবিবা অনাবশিং - হাৎন-শুনবা, থকশি-খাসি লৈতবা, নুপা-নুপী তোযনা খাইনবা, মশা মথন্তা শিজবা, জ্বাব শান্নবা অমসুং দ্রগতা লায়চুবকপা নচিংবা থবকশিং অসিনা মফম খুদিংদা সুম-সুম হেনগৎলক্লি। রাজনিতিগী লাযথুংশিং-দল হোংদোক্-হোংজিন্ তোযনা তৌবা, চীবোনতৌবগী, নাকপাক তানবা-খৎনবা, অমোৎপা-শেঞ্জা-থুমজা তৌবা, য়াম্না গীবী-গীরী তকপা মওংগী মরৈবাক মনুংশি (Jingoism) নচিংবা অসিনা জাতি অমদগী জাতি অমদা শন্দোবক্লি। শেল্-থুমগী লায়নাশিং—লায়ববা অমসুং য়াম্না অকে অমৌ, নৈহৎপিবা অমসুং শাথিনা হেনমন্না মরাংকায়বা-নচিংবসু পৃথিবীগী মফম শিন্থুংনা শন্দোরক্লি। অসিগুম্বা কোকহনবা ঙমদ্রবা অমোৎপা অসিগী মরুদি, বাবাগী মত্ মতুংইন্না, মীনা মশাবু থাজবা ব্রাৎপদগীনি। "মীনা মশাদা লৈজবম্বা থাজবা অদু মাঙখ্রে, মশাদা অশোনবা অমসুং পুক্লিং লেপ্তবা, চিংনবা অমসুং পেন্দবগী মায়খুমফি অমা শেৎখ্রে অমসুং মদুনা মাগী মশাদা তুমিন্না ইংথদুনা, ফমজিন্দুনা লৈবিবা মপান্ নায়দ্রবা ফরকপা য়াবগী, ফজবগী, পাঙ্গল কন্নবগী অমসুং পেন্নবগী ওইথোকপা য়াবা লম্বী পুম্নমক্কু লোৎশিনখ্রে, উহনখিদ্রে।"

অয়ন্ রান্দনা হায়রি, "মীওইবনা হিংনবগীদমক্ মহাক থবক শুগদবনি; মহাক থবক শুনবগীদমক্তা হিবম অদু খন্দোক্কদবনি; খন্দোক্লবগীদমক্তা করম্বা থবক্লা তৌবা য়াবনো নত্রগা য়াদবনো হায়বদি মমলগী মওং অমা লেপথোক্কদবনি; মমলগী নিয়ম অমা লেপথোক্লবগীদমক্ মহাক কনানো অমসুং কদায়দা লৈ হায়বদি মাগী থাক করিনো হায়বসি মশানা খঙ্গদবনি হায়বদি মহাক্লা জিবশিংসি কমদৌনা, কদায়দগী হৌবকপনো, জ্ঞান হায়বসিনা কদায়দগী লাকপনো, কদায়ফাওবা মশিনা চংশিনবা য়ারি, করম্না চংশিনগনি হায়বনচিংবসি খঙগদবনি; হায়বদি ফিলোসোফি খঙগদবনি। অদুগা, তোইনবীনা হায, "ভারতকি ফিলোসোফি"। মরমদি, ভারত্তদি ফিলোসোফি হায়বসি খক্ মোংফমদা ফাজিন্দুনা থমখিদে; মরমদি মসিদি নোংম-নোংমগী লেল্লিবা পুন্সিসিদা অদুম্ শিজিন্নদুনতা লাক্লি, ইনুং অমগী তঙাইফদ্রবা নিতিনি, সমাজগীনি, কাংলুপকিনি অমসুং জাতিগীনি। মসি সত্য দর্শন হায়না ফাওবা কৌনরিবনি, হায়বদি জ্ঞানগা হকথেংনবা হায়নরিবনি। অমবোমদা হাযবগা মসি পুন্সিগী মিৎয়েং অমা ওইবগী মহুত্তা পুন্সি খুৎলেন অমা ওইবিবনি। মসিনা ধর্মবু শাফু পিনবা হোৎনৈ, অশেংবা শাজৎনিতি পিনবা হোৎনৈ, মসি হোংবা লৈত্রবা অচুম্বা, সত্যদা য়ুম্ফম ওইবগনি।

অদু ওইববদি, মসি অঙকপা ব্রাফম নত্তে, মদুদি বাবাসি শান্তিবু অমসুং নুংঙাইববু থিজবিবা কনা লৈজদ্রবা মীযাম অদুগী নুংঙাইজনফম, অব্রাবা কোক্ল ফম্ পাঙ্গল ফংফম্ ওইরে। সমুদ্র ব্রাংমদা লৈখ্রবা মফমশিং—আমেরিকা, বৃটেন, অমসুং অতোপ্পা লৈবাকশিং, অরং-অরাক্লা পিক থল্লবা মফমশিং অসিদা নুংঙাইবা ফংদ্রদনা, অব্রাবগী মৈশা লাংবদগী বাবাগী মনাক্তা থুংলবদা শান্তি অমসুং নুংঙাইবা ফংফম, অব্রাবা কোক্লফম্ ওইবে হায়বসিদা অঙকপা নত্রে। বাবানা মপান্দগী লাকপা কাংবু অমদা হায়খি, "নখোয় ঐনা কৌরমদ্রবদি লাক্লম্লোই; নখোয খুদিংমক্কি হৌখ্রবা অমসুং লাক্কদবা পুন্সিগী মরমদা ঐনা খঙই, নখোয়না হৌজিক করি পাল্লি, অদুগা মদু করম্না অমসুং করম্বা মতমদা ফংগনি হাযবদুসু ঐহাক খঙই।"

জোন হিসলোপ্পা ইরি, "ঐখোয় অয়াম্বনা সাই বাবাগী মরমদা অতোপ্পা অমদগী তাবা ফঙই। বাবা কনানো হায়বসি কনাগুম্বা অমনা হেক হায়বদগী তম্বা

হৌই। কালিফোর্নিয়া অসিদদি অহানবা পাও অসি বোব্-রেমর অমসুং মাগী মরুপ্তুগী লাকখি। অনিশুবা ঈথক্ অদুনা ইন্দ্রদেবী অমসুং মাগা লোয়নবীশিংদগী লাকখি। ইন্দ্রদেবীনা মদ্রাস্তা মি: মুর্কেত্তগী তারকখিবনি। মি: মুর্কেৎনা অহানবা ওইনা বোর-রেমরদগী তাখিবনি। বোব্না মদু মাগী মরুপ অমদগী তাখিবনি, মতুংদা মহাক অদু মাগী লোয়নবী ওইখি। মহাক্না অমুক্ বাবাগী মরমসি মাগী মরুপ অমদগী তাখিবনি। অদুবু, হায়রিবা মরী অসিদা, ইহান-হানবা হৌবকফম মরী অদু বাবা মশামক্কি!"

এলসি কোব্রান্না করম্না বাবাগা অহানবা থেংনখিবগে হায়বদু তারো: "ঐ অমসুং ঐগী ইপুরোইবা অনিনা ঐখোয় অনি লুহোংলবা পুন্সিগী মনুংদা চহি কয়াদি অচুম্ববু হায়বদি ঈশ্বরবু থিজরকই। ঐখোয়না থাজবা - ধর্ম অমগী মতুংদা অমা মথং-মথং ইল্লকখি; খোঙথাং খুদিংদা জ্ঞান খরদি পিবিখি, অদুবু মদুনা শোয়দ্রে হায়বা থাজবদুদি ফংখিদে, করম্না পান্দম অদু য়ৌগদগে হায়বদু চপ্ চানা খঙখিদে। অচুম্বা থিরকপা ছাত্র খুদিংমক্কুম্ ঐখোয়দসু খ্রাইস হায়বসি ঈশাদা অদুম য়াওই হায়রকখি, ...। মমৈথংদা ঐখোযবু লমজিংবিবা ঙস্বা গুরু অমা তারক্কুনা ঐখোয় মাগী মতুং ইনখি অমসুং মাগী পাওতাক ইনখি। মহাক্না তস্বীবিবা অচুম্বদুদি অচৌ-অচৌবা লুচিংবশিং অদুনা তম্বিরম্বগা চপ্ মান্নে। ঐখোয়না মেদিতেসন অমসুং তুমিন্না লৈবা তমখি। অদুবু আধ্যাত্মিকি ইশা মনুংদা হৌরিবা লান্ অদুদি অদুম লৈরমই হায়বদি মপুং ফাহনবা ঙমখিদে, পুক্লিং অদুম্ ইংথখিদে।

ঐখোয়না ঈশ্বর মশক্ খঙবা ঙমদ্রিবা করিগীনো? ঐখোয়না ইশা মশক খঙজরবা মতমদা ঐখোয়না করিগী ঈশ্বর খঙলোইদৌবিবনো? ঐখোয়না হংজখি। মহাক্ মদুগী পাওখুম্ লৈখিদে। মদুদা ঐখোয় নিংহন্নখি। মদুদা ঐখোয় হন্না হন্না ঙাঙনখি অমসুং য়াম্না মরুওইবা ব্রারেপ অমা লৌখি :"খ্রাইদগী অথোইবা অহিংবা মপু অদুনা লাকপিদুনা ঐখোয়বু পন্থুংফম ফাওবা পুবিনবা মখোল হৌনা অমসুং থব্রাই য়াওনা হায়জবা।

অদুনা, খ্রাইদগী ব্রাংবা অহিংবা মপু অদুনা ঐখোয়গী ফিভম্ খঙখি অমসুং ঐখোয়না লাওজবদু পাওখুম পিরকখি, মরমদি মহাক্না ঐখোয়গুম্না লাকপিরে। অনীশুবা নুমিত্তা মরুপ অমনা ঐখোয়গী য়ুমদা লাকখি অমসুং লাইরিক অমা

পীবমখি। মদু শ্রী সত্য সাই বাবাগী পুন্সিগী মবমদা ইবা লাইবিক অমা ওইবমই। ঐখোযনা লমায খুদিং পাখি; যাম্না মপুং ফাববা অপেনবা অমনা হকচাং অসি পিক থনখি। ঐখোযনা খঙখি মদুদি ঐখোযনা নিজখিবদু পাওখুম পিবিবকখ্রে।

বাবাগী মখা চত্থবকপা "লানবীনবা খোঙজং" অসিদা ঐখোয য়াম্না যাঙ্না চঙ্শিনখি। লাইবিক অদু পুবিবকখিবা মকুপ অদু থিজখি অমসুং বাবাগী মবমদা ইবা অতে লাইবিকশিং ফংজখি; ঐখোযনা পাখি অমসুং মহাক্কি যাম্না চম্বা মওংদা হাযবিবা অচুম্বশিং অদুদা লুপশিনখি। মথংগী নোংমাইজিংদুদা ঐখোয মন্দিরদা চৎখি অমসুং খুকমজখি। মতম কুইনা উনখিদ্রবা মকুপ অমসু লাক্কুনা ইনাক্তা ফন্নখি। মহাক্না মাগী শেঙ্গাওদগী চে অথুপ্পা মচা অমা পুথোবকখি; মহাক্না মদু হাংদোকপদু ঐখোযনা যেংখি; মদুদা উৎ খব যাওবম্বা উবদা ঐখোয ঙকখি। মহাক্না হাযখি, মখোয অদু মকুপ অমনা সাই বাবাদগী পুবকখিবনি অমসুং মহাক্না মখা তাখি মদুদি মখোয অদু তশেংনা মখোযদা পিনিংদুনা পুবকখিবনি অমসুং মদুগীদমক্ মহাক্না মখোযবু থিবকখিবনি। মহাক্না হাযখি, (বাবানা তাকপিবকপনি) ঐখোযনা নুমিদাং খুদিংগী তুন্নমদাইদা লৈ মথক্তা খব খব থমগদবনি। ঐখোযগী পুন্সিদা থোকখিবা আশীর্ব্বাদ অমসুং মিবাকল হাযবসি মসিনা অহানবা হৌবকপা ওইবে; ঐখোযনা মহাকপু মিৎনা উবা ফংদ্রবসু, মহাক্না ঐখোযবু হিবম্ কযামকমদা খঙহনবিবে। অদুদগীদি, নোংমদি, ঐখোযনা মাবু খঙহৌদনা উনিংবা ব্রাখল অমা ফাওবকখি অমসুং ঐখোয প্রশান্তি নিলযমদা চৎখি।

জোন্ হিসলোপকি লোযনবী মাগদালেনা অসি মহাক্কি পুন্সিদা ঙন্তানা সাই বাবাদা ওনশিনখি। বাবানা কিউবাগী কোনুং হাবনাদা, চহি কযাগী মমাংদা, মহাক্না চহি অমখক্তা শুবকপা মতমদা মাগী যাম্না নৌবিবা, মপুংফাদ্রিবা মপুক্লিং অদুদা হক্কুনা লৈখিনবা বাবানা তশেং-তশেংনা মাগী মমাংদা মাগী অবংবা মতিক্-মগুণদু উহনবা তাখি। মহাক মখোঙ্ থাংদুনা চৎপা তম্বা হৌবতা ঙাইবিবা মতম্নি। হিসলোপ্না হায, মতম অদুদা মহাক্না সিবদিগী সাই বাবা উখি, (বাবানা আশীর্ব্বাদ অমসুং থৌজাল পিনবা শক্তম অদুসু লৌই) ইংখোলগী মতায অমদা লেপ্লগা লৈবদনি। মহাক্না বাবাবোমদা মখোঙ্ থাংজিনবা হৌখি অমসুং হাযখি, 'দাদা! দাদা!' অদুদগীদি মহাক চমম্লখি, মহাক তোকখি। মবমদি মাগী অশেংবা

মপাদি য়ুম অদুগী চঙ্‌ফমদা লেপলমই। "অঙকপগী মথক্তা অঙকপনি", হিসলোপ্পা ইরি, "হৌখিবা চহিদা ঐখোয়না ভারত্তা লৈরিঙৈদা, বাবানা মগদালেনাদা মানা থেংনখিবদু অশেংবমক্তি হায়না থাজবা পিখি; মতম অদুদা মহাক্না শেংখিবা ফিজোল অদু শন্দোক্না মঙোন্দা তাকখি, অমসুং মানা চহি ৩৫গী মমাংদা ইংখোল অদুগী মতায় অমদা কবম্না লেপখিবনো হায়বদু তাকখি।"

ইন্দ্রদেবী হায়বী, আমেরিকাদগী যোগ তম্বীবগী অহানবা ওজা ওইখিবী নুপী অদু রসিয়াদা পোকখিবী, আমেরিকা মচানি, মমিংনা ভারতকি মমিং কৌবিনি, মাগী যোগগি শঙ্‌ অদু আমেবিকা অমসুং মেকসিকো অনিগী তাইনফমদা লৈবনি। মহাক্না মাইসোরদা যোগ তমখি অদুগা শাংহায়, লণ্ডন অমসুং মোসকোদা তম্বীখি। মহাক বোম্বেদা লৈরমই, মফম অদু খালিওব পেলেসকী হেক্ মনাক মক্তদনি, মফম অদুদা শোক ১৯৬৬তা বাবাদা চয়োল্ অমা হেন্না ভক্ত লিশিং কয়ানা থৌজাল নিজনবগীদমক্ কোইশিন্দুনা লৈবা মতম্নি। মহাক্না মতম অদুদা বাবা উবা ঙমখিদে, অদুবু লম্বী চৎপদা বাবাগী ভজন অমসুং পাওজেলনা পুরকপা ময়াম্না থোকহনবা লম্বী থিংবা অদুবুদি মনাক অনকপদা থেংনখি, মদু মানা সহব অদুদা মাগী মথৌগীদমক্ তহা-তহা চৎপা মতমদনি। মতুংদা মানা সাইগোন্ চৎপা মতমদা মরুপ অমা উননবগীদমক্ মদ্রাস্তা লৈবা থিওসোফিকেল সোসাইটিগী হেড-ক্বার্টবদা হায়ফেৎ চেপথদুনা য়েংশিনখি, অমসুং মুর্কেতখোযগী মনাক্তা চেনশিনখি। মতম অদুদদি মুর্কেত অমসুং মাগী নুপীদি বাবাগী নুংশিবা প্রেম, মাগী শক্তি অমসুং মাগী জ্ঞান পুম্নমক অসিগী নুংঙাইববা পাওদা মশা পুম্নমক্ মথুম-মরাং হৌদুনা লৈবমই। মহাক সাইগোন্দগী হল্লক্লমই, মবমদি বাবানা কৌরিবদু য়াম্না ময়েক শেংনা ভাব তানা কৌবননি। অবতাব অসি থোবকখিবদগী অমব ওইখ্রবা পিকখ্রবা খুঙ্গং মচা অদুদা চৎপা মতমদা লম্বীদা মতম অদুগী ভারত সরকারগী মন্ত্রি ওইরম্বা ডাক্তর ত্রিগুনা সেন্না শেংলবা মফম অদুদগী বাবাগী য়াম্না হৈনিং-হবাওবা ৱাবী কয়া শানরগা হল্লকখিবা মতমদা থেংনখি। সেন্না চেকশিনৱা হায়খি মদুদি ইন্দ্রদেবীদু প্রশান্তি নিলয়মদা মতম শাংনা লৈববা য়াই, মদু মাগী পুন্সিগী পন্থুংফম য়ৌরে খনবদগীনি। মদুমক্ তশেংনা চপ্চানা থোকখি, মরমদি মাগী থম্মোয় পুম্নমক্ বাবাগী মফমদা 'লাইফ-দিপোজিৎ' ওইনা পুল্লপ্ কখোকখি, মরমদি মাগী শ্বর

হোনবা পুম্নমক সাই ওইনা হোনখ্রে, সাই ওইনা ব্রা ঙাঙখ্রে, সাই ওইনা মঙ্ মঙ্খ্রে, অমসুং সাই ওইনা পোথাবে, মহাক্না চৎনিংবা মফম অমদা চৎপা মতমদা।

হিলদা চাবলতোন হাযবী আমেবিকাগী নুপীমচা অসি সিলোন্দা চহি কযা লৈখি, অমসুং মতুংদা মহাক দিল্লিদা লাকখি, মফম্ অসিদা মহাক্ ইমা পুজা তৌনবগীদমক অমসুং ইমাগী মবমদা মেদিতেসন্ তৌনবগীদমক্ লাইমিং লৌখি। পুত্তপার্তিদগী মাইল্ ৫০০ লাপ্পা লৈবা সিবদিদা বাবা লৈবি, হিংলি তাবদগী তাঞ্জা অমদা মহাক মফম অদু যৌখি।

মাগী হান্নগী হকচাংগী লৈফম ওইখিবা সিবদিদগী মনাক নক্লা চিংশিনখিবা অবাপ্পদগী লাকখিবা মীশক অমদি অল্ফ তাইদিমান্ জোহানেসান্ হাযবা নোবব্বেগী কোনুং ওসলোদগী লাকখিবা ভদ্রলোক্ অসিনি। যাম্না মওং তানা চাউখৎলবা কোমপানি অমগী মকোক্ ওইনা বোম্বেগী হিথাংফমদা শিপ্পিং এজেন্ত ওইনা থবক তৌর্বনি, মহাক্কি যেক্লবশিংনা ফত্তবা পাম্বে কযা শিজিন্নদুনা অমদি ফত্রবা মন্ত্র ফাওবা শিজিন্নদুনা, মাগী মিংচৎ অমসুং আই পুম্নমক মাংহন্নবা হোৎনখি। মহাক্কি মকুপ খবনা অমসুং পাবসিগী পুবোহিত অমনা খুদোংথিবশিং অদুদগী ঙাকথোক্লবা থৌজাল ফংজনবগীদমক্ সিবদিগী লাইশঙ্ তান্না পুবিবমই।

শোক ১৯৬৬ কি ফেব্রুযাবিদা চৎখিবা অসিগুম্বা খোঙচৎ অমদা, অলফনা হান্নগী হকচাং অদুগী মোংফম মমাংদা মথব্রাই যাম্না নুংঙাইতনা ফম্লিঙৈদা, ঙসিগী হকচাং অসিনা, মাগী কনানা মতৌ তম্বা ঙম্লবোইদবা মওংদা, অল্ফকী অব্রাবা সমস্যা পুম্নমক্কু লৌশিনবিখি। মথিক নেম্বা, অতিযামচুগী ফুবিৎ লিৎপা নুপা অমনা মাগী মনঙ্গলদা পোপ্-পোপ্ থাবমই অমসুং হংলকখি, "নহাক কবিগুম্বদা সত্য সাই বাবাগা উনখ্রব্রা?" অল্ফতি মমিং অদু হান্না তাখিদ্রি। অনেম্বা নুপা অদুনা মাগী মনাকোংদা চিবোন-চিবোন হাযখি, "কবিগুম্বা ঈশ্বরনা পৃথিবীদা লাক্লম্বা তাববদি, মদু মহাক অসিনি", অমসুং মাগী মখুত্তা লিক্ মচা অমা পিবমই, মদুদা কোইবপ্ তৌবা এনামেল অমা, ফিজোল চোন্না শেৎপা, মশম ফাবা নুপা অমগী ফোটো যাওবা লিকনি। মসিনি সত্য সাই বাবা হাযবদু", অনেম্বা নুপা অদুনা হাযখি, "নহাক্লা মাবু বোম্বেদা মার্চকি তাং ১৪দা উবা ঙমগনি", অমসুং অদুদগী মহাক্ চৎখি।

অল্ফনা মহাক্না হেক খঙ্ববা মী পুম্নমক্তা অসিগুম্বা *'পৃথিবীদা লৈবা ঈশ্বর'* অসিগী মরমদা হংবা য়াবা পুম্নমক্ হংলমই, অদুবু মখোয় কনা অমতনা মাগী মবমদা তানরমদে নত্রগা মার্চকি তাং ১৪দা মহাকপু কদায়দা ফংগদগে হায়বসি কনা অমতনা খঙলমদে। থাঙ্গৈশেংনমক্, মদু মানা মতুংদা খঙ্লকখিবনি, অনেম্বা মী, সোবারেন মচুগী ফুরিৎ লিংপা নুপা অদুনা সিরদিদা হায়খিবা মতুং চয়োল অমা লৈরগা বোম্বেগী সত্য সাই সমিটিনা বাবা লাক্কনি, সহর অদুগী চংথোক-চংশিন খুদোংচাগদবা মফম অমসুং ভক্ত ময়াম্ তিনফম অচৌবা লম্নাং লৈবা খুদোংচাগদবা মফম অমা থৌবাং তৌবম্নবা পাও ফংখিবনি।

অসুম্না হায়রসি মদুদি মার্চকি তাং ১৩গী নোংঙাল্লমদাইদা বাবানা বোম্বে য়ৌখি অদুগা তাং ১৪দা বাবানা মাবু খঙই হাযবগী মিনোক অমা অল্ফতা পিখি, মদু গ্বালিওর পেলেস্তা অযুক ভজন ঈশৈ শক্লিঙৈ মনুংদনি! অল্ফনা ফংখিবা অহানবা উনবা অদুমক্তদা, মদুসু ঈশ্বরনা শিনখিবা থৌবম অমগী মতুংইন্না উনখ্রবা মতুংদা, বাবানা হায়খি, "নহাক্ অদুগুম্বা অমুবা মেজিকৱালাদু নিংশিংলিব্রা'? মতম অদুদা ঐনা নঙবু মতেং পাংখিবনি।" মাগী মায পাকখিবা কয়া অমদি অৱাবা কয়াদুগী মবমদা লীরদুনা, মদু শিনফমগী অমদি মবন্নাই ধর্মগী খোঙজংগী মায পাকপা অমসুং নিংহন্নবা কযাগী মরম যাওনা, বাবানা মঙোন্দা হাযখি, "হৌজিক্তগী হৌনা, ঐনা নঙ্গী থবক থৌবম পুম্নমক্তা লমজিংবা ওইরগনি।"

হোলীরুদ অমসুং নিউ য়োর্ক সহরগী মীযাম্না য়াম্না পাম্নবা, য়াজবা, সিনেমা, দ্রামাগী অফাওবা, মমিং চৎপা অইবা অরনোলদ স্কুলমান্না বাবাগা অমুকখক্তং হৱাইত-ফিলদা উনরগা আমেরিকাদা হনখি। মহাক্না হায়, "নোংমগী নুমিত্তা", "করিননো ঐহাক মরম পুথোকপা শুকঙম্ ঙমদে, ঐহাক্ ইশাগী ওইনা করিগুম্বা অমা, মদু খন্দবসু ঙমদ্রবা, নমশিনবসু ঙমদ্রবা, লংথোকখিবসু ঙমদ্রবা, জয তৌবসু ঙমদ্রবা নত্রগা ময়ামগী ওইনা পুথোকপসু ঙমদ্রবা, করিগুম্বা অমা ঐঙোন্দা ফাওব্রে; ঐহাক বাবাগী মরমদা লাইরিক অমা ইবা পামখি!" মতুংদা, মহাক্না ভারত্তা লাকখিবা মতমদা, বাবানা মহাকপু মাগী কা মনুং কৌশিনখি, বাবানা মঙোন্দা হায়বিখি, "মতম অদু য়ৌরক্লবা মতমদা, ঐবু দরকার লৈবা পুম্নমক্তু ঐগী ইনাক্তা কৌই। নঙোন্দা লাইরিক অদু ইনবা হায়খিবদু ঐহাক্লনি, মরমদি ঐনা নঙ্বু পামখি। ভাব তারবরা? ঐনা নঙ্বু পামখি, লাইরিক অদুবু নত্তে।"

অসুম্না মখোয লাকই, মাযকৈ পুম্নমক্তগী৷ হিসলোপকুম্বা মীওই কয়ানা মখোয়গী পুন্সিদা মতম শাংনা সাধনা কযা হৈববশিংনা লমজিংদুনা মশাগী লৈবাক্তা, জাপান্দা, ববমাদা, নেপালদা, সিলোন্দা অমসুং ভাবত্তা চত্থবকখি। মখোযগী মনুংদা অযাম্বনা মখোযগী আধ্যাত্মিক্তি খুমাং চাউশিন্নবগী থৌবাংবা অদু বামাকৃষ্ণ মিসন, সেলফ-বিযেলাইজেসন্ ফেল্লোশিপ্, হবে-কৃষ্ণ মুবমেন্ত, ক্রিযা-যোগ কনফবেনস নচিংবা কযাগা থেংনজবদগী মশা মতোমতা পবিক্ষা তৌজবদগী, মশাগী মপু ওইজবদগী অমসুং মশা-মতোমতা খঙজবকপদগী খবদি কোকচবা ঙমখ্রে। মঙালগী থৌবাংবা অতৈশিংদি বাবাগী মনাক্তা লাকই, মখোযশিং অদু তৌশিন্নবা কাংবুশিংনা শেল যাম্না পীবগা যাম্না থুনা নিংলিবা ফল অদু ফংহনগনি হাযনা নৈহৎপিববা, নিঙবা কাযহল্লবা কাংবু অদুনি। অতোপ্পা কাংবু খব অমনা তৌফম খঙ্দবদগী অমসুং নাপল অমসুং শেল্গী মিহৌবিবশিং অদু উবদগী তন্থবক্তুনা মদুদগী থোববকফম্ লম্বী থিবা ওইনা অমসুং শান্তি থিবকপা ওইনা লাকখিবনি। বাবাগী মনাক্তা যাম্না থুংলবে, মখোযগী নাপল অমসুং লমচৎ নাযদবদুবু কুপশিন্নবতা ওইবিবা ঙাঙবা হৈবা মওং অদুনা মকোক্ অদু ঙাউবদুনা, তৌফম খঙ্দনা; হৌজিক্তি, মমৈথংদা, অশেংবা অদুতং চুমদ্রিংনা, যাম্না চম্বা বাঙাংদা তানবা লাক্লে, লৈতেং যাওদনা মথন্নতা ফজজববা অচুম্বদু উজনবা, অমসুং পুম্নমকপু খঙলিবা মহাক মশামক্তগী খঙ্নবা মখোয লাক্লে।

"উপাল অমগী মথক্তা পোল্লিবা লৈ পুম্নমক লোযনা শাৎকাইদে," বাবানা হায, "নত্রগা শাৎলিবা পুম্নমক লোযনা মহৈ যান্দে, নত্রগা যাল্লবসু লোযনমক্ থুমহন্দুনা পৃথিবী অসিবু অথুম্বা ঙাক্তা ওইহন্দুনা মবাং কায়হন্দে।" অথেনবা উতাংবীগুম্বা, খঙবা শাবশিং অমসুং নাপল কাজনিংবশিং পুম্নমক্তু লোযনা লমখাংদা কেনখি। বাবানা পিবিবিবা থৌজালগী খুদোল অদু লৌনবা লাক্লিবা মযাম্ অদু ফংবা যাবগী থাক অদু তোঙান-তোঙানবা থাক্তা লৈবমই। অদুবু, মখোযগী ওইনিংবা থাক অমদা লৈজববসু, কনা অমতনা, হেক থেংনবদা থম্মোযদা ফাওবিবা শেংদোক্লবগী ইথিল অদুদগী নান্দোকপদি ঙমদে।

লোস এনজেলেসতা লৈবা East West Cultural Centreগী Dr Judith M Tyberg না ইবি, " ঐহাক্লা পুত্তপার্তিদা লৈবকপসি হৌজিক্তি

চাউরক্লা চহি ২৩শুজিল্লক্লে অদুগা শ্রী সত্য সাই বাবাগী ঈশ্বরগী ওইবা আশীর্ব্বাদ অদুসু ফংজখ্রে। ঙসি হিংলিবা পুন্সি অসিগী থাক পুন্নমক্তসু মাগী মতেং অসি সুম লৈরি অমসুং ঐহাক মঙোন্দা য়াম্না তৌবিমল খঙ্বা উচ্চরি। Jack Hakimzadeh হায়বা তেহেরানগী ভদ্রলোক্ অসিনা ইরি, "ঐগী থম্মোয় অসি অব্রাবা ব্রাখলনা পুবা ঙল্লক্ত্রদুনা ব্রাখল অকা-অকুম্ লৈহন্দনবা হোৎনবদা ওইথোক্লক্ত্রবা মতমদা, ঐনা থওইনা বাবাবু উখি। মদুগী ফলনা, ঐগী পুন্সি অসি হান্নগীদু ওইদ্রে"। থা ১০গী মমাংদগী প্রশান্তি নিলয়মদা লৈবক্লবা Jnani Greene না ইবি, "বাবানা ঐঙোন্দা পাওতাক পিবিখ্রে, 'অমুক্ হন্না ডাক্তর যেংলগনু, অমুকহন্না হিদাক চারগনু; অনাবদু অদুম্ চৎখ্রসনু; লোইনা থাদোক্লো; ঐহাক নঙগী ডাক্তব ওইবগে!" অদুগী মতুংদগীদি বাবাগী কয়া য়াম্না মতেং নিংথিনা পাংলকপগে হায়বসি খোঙ্ফম কয়ামরুমদা প্রমাণ তৌখ্রে। নোংমদি অমম্বদা কোম মচা অমদা তুশিনবদগী ঐগী খোঙ্ অসি তেক্লমই। ঐহাক্ যাম্না কন্না নানা ঐগী কাদা পুরমই। পুং অনী হৌখ্রে অমসুং খঙহৌদনা পুবা পঙ্থখ্রে; ঐনা হব্রাইত-ফিলদা লম্বী ফাওনফমদা ফমদুনা ভজন যাওখি! অদুদগীদি ঐনা সুম খঙহৌদনা ঐগী খোঙ্ অদু শাগৎলম্বদু থেংনখি; ঐনা মদু লৈবাক মথক্তা থল্লমই; মদু পুবা পুরি নৌনা শেম্বিখরে! মদুদগী ঐঙোন্দা লাকখিবা ফল অদু অঙকপগী মশক্লি। মবর্মদি, মদুনা ঐঙোন্দা সুম-সুম অনাবা মখল খুদিংমক্কি, পুক্লিংগী অমসুং পাঙ্গলগী ঐহাক্লা ঙমদবা পুন্নমক্কি ব্রাখল অসি মঙোনলোমদা ওনশিলনিংবগী মিকপ্ অমা থোকহনখি; মহাক্কি য়াথং নত্রগা হুকুমশিং অসিনা হিরম খুদিংদা চপ্মান্ননা থবক পাঙ্থোকপা ঙম্লে হায়বসি ঐহাক খঙ্লকখি। ঐহাক য়াম্না হৈথোই শিংথোইদবা মীশক্লি অমসুং হৌজিক ফাওবদা ঐহাক হংগদবা কাওরি। অদুবু মাগী চাংজৌ নায়দ্রবা মিনুংশিগী মনুংদা মহাক্লা ঐবু নিংশিংহন্দুনতা থম্বিরি"।

ঈশ্বরগী লম্বী থিরকপা কয়ানা অপেনবা, থৌনা, মতেং অমসুং লমজিং কয়া মানা ইবা লাইরিকশিংদগী, মানা পিবা পাওজেলদগী, মানা শকপা ভজন্ ঈশৈশিংদগী অমসুং মখোয়না পুজাগী নত্রগা ধ্যানগী শিজিন্নরিবা ফোটো শিংদগী ফংনখ্রে। আমেরিকাগী প্রশান্ত মহাসাগরগী তোর্ব্বান্দা লৈবা সান্তা বারবরাদগী জোন ইভরসোলনা ঐঙোন্দা ইরকখি, "ঐগী ব্রাখল মিৎয়েং অসি মঙোন্দা

চিংশিনবিবগীদমক্তা থাগৎচবি, মদুনা মাগী পিকচব মযামসিনা ঐগী যুমগী ফক্লাংশিংদা লৈতেংজনবনি, মদুনা মাগী বিভূতিগী মহাও অদু লেঙ্‌দনা ঐগী ইশাদা থুমদুনতা লৈনবনি; মদুনা ঐগী ইমুং মনুংনা মখোযগী মখোঙ্ অদু অচুম্বগী লম্বীদা হাযবদি মঙোনলোমদা থাংজিন্নবনি; পৃথিবীগী অতোপ্পা নাকল অমদা লৈজবিবা ঐগী মিত্তগী তাবকপা নুংঙাইবগী পিবাং অসিনা, মাগী মখোঙ্ থম্বালদু চামথোকচনবনি।"

বাবাগী মনাক্তা থা খবদং লৈমিন্নজগে লাকখিবা মাগী ছাত্র অমদা হিলদা চাবলতোন্না ইবকখি। "বাবানা ঐখোয পুম্নমক লোযনা নুংশিনবা পামই, মবমদি, কনাগুম্বা অমবু ঐখোযগী নুংশিবগী ব্রাংমদা লৈবা হাযবসি বাবাগী নুংশিবগী ব্রাংমদা লৈবা হাযবনি। সংসাব অসিদা লৈবিবা মাগী তোঙান-তোঙানবা মওংশিং অসিদা নুংশিবা ঙমদ্রবদি, মাবু নুংশিকুবনা কবিদি কান্নকগনি? কনাগুম্বা অমগা নঙ্‌না নিংথিনা তিন্নবা যাবক্ত্রবা মতমদা নঙোন্দা ফাওবকপা ফত্তবা ব্রাখলশিং অদুবু লাকশিন্নবগী খ্বাইদগী ফববা চাংযেংদি থৌদোক অদুনা বাবানা নঙ্‌বু চাং যেংলির্বনি হাযনা খনবদুনা ওইগনি। নঙ্‌না চৎলিবা খোঙ্‌চৎ অদুদা বাবাগীদমক যাম্না কপচবা, লাওজবা অদুগা বাবানা হাযবা অমসুং তৌহন্নিংবা থবক্তি অমতা তৌদবা মযাম অমা থেংনগনি। বাবানা মীগী থম্মোয মনুংগী অনিংবা ব্রাখল পুম্নমক্ লোযনা খঙই। হোই, বাবাসি ঈশ্বরনি, পৃথিবীদা লাকপা অবতারনি।"

হিলদানা ঐঙোন্দা অমুক্তং চিঠি ইবকখি, "ঐখোযনা মেদিতেসন্‌গী ক্লাস চৎখিবিঙৈদা বাবা লৈবি হাযবসি মতম পুম্নমক্তা ফাওখি, খঙখি। অনৌবা অঙাং অমনা কা অদু বাবানা পিক থনখিবদু উখি; ছাত্র অমনা বাবাসি সিমানা লৈতবা ওইনা হকথেংনখি। মখোয খব অমদি মশাগী নুংঙাইবা অদু ফাজিনবা ঙমখিদে, মেদিতেসন তৌবিঙৈদা হাযনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবদুদা মখোয নোক্লকখি। বাবানা মখোযগী মমঙ্‌দা অমদি মিৎযেংদা লাকখি, মখোযগী অনাবা কযামকম ফহনবিখি। নৌবিবা অঙাংশিংনা দ্রগ কাপ্পদগী লাপথোক্লবকখি অদুগা অফবা অমসুং মশাফবা মাযকৈবোমদ চঙশিল্লকখি।" অতোপ্পা চিঠী অমদনা মহাক্লা ইবকখি, ঐনা প্রশান্তি নিলযমদা মহাক্কা হকথেংননা লৈজবিঙৈ মতমগী যাইফববা নুমিৎশিংদু লাইবক ফববা নুমিৎশিংনি হাযনা হঙ্গৎনা যেংজৈ। অদুমওইনমক্ ঐনা নোংচুপলোমদা হল্লবা মতুংদগী নোংম-নোংমগী সুম-সুম ভাব্ তাবক্লে মদুদি মহাক অসি মফম

খুদিংদা শিন্তুংনা লৈ। ঐনা মসিগী মরমদা হন্না-হন্না পিবা ঙমগদবা লেঙদ্রবা প্রমাণ লৈরে। ঐনা প্রশান্তি নিলয়ম থাদোক্লুনা লাকপা মতমদা বাবানা ঐঙোন্দা হায়খি, "মমিংগী ব্রাংমদা! মওংগী ব্রাংমদা!"

ফ্রান্সকি দিয়ানে মারকুইয়রনা কনাগুম্বা অমগী কাদা বাবাগী ফোটো অমা উখি। ফোটো অদুগী মখাদা ব্রাহে খর ইরি ঃ"ঐ লৈরগা নখোয়না করিগী কিগদৌরিবনো?" মদু উবদা মঙোন্দা ফাওরকখিবা ব্রাখলদু "উ! করি? মহাক করি ওইদনা?" মহাক্লা লাউখি। অদুবু মহাক্লা বাবাগী মরমদা হেন্না-হেন্না তারক্লগা মঙোন্দা লাংতক্লবা ব্রাখল অমা ফাওরকখি, মদুনা থিজিনহন্নিংবা, করি লৈবগে খঙনিংবা অমসুং ভক্তিগী ব্রাখল অমা পোকহনখি। মহাক্লা ইবি, "নোংমা ঐনা ইপুরোইবদা দোল্লব চহুম খক্তা পিবিনবা হায়খি, অমসুং মহাক্লা মদু ঙমদ্রে হায়বক্লবদা ঐনা বাবাদা থাজবা থমজবগা হায়খি, "নঙনা ঐঙোন্দা ৩০০দু পিরবদি, বাবানা নঙোন্দা শরুক ১০ হেন্না পিগনি!" ঐহাক ৩০০দু ফংখি। মদুগী নুমিদাংব্রাই অদুমক্তদা, চহি অমগী মতুংদা অহানবা ওইনা, ঐখোয়না লৈরিবা রেস্তোবান্ত অদুদা মহাক্লা দোল্লর ৩০০০ ফংখি, ঐ নত্তনা অতৈ পুন্নমক্তি পুমঙক্ ঙকখি"।

সান্তা বাবববাগী মুবিযেল জে: ইংগলনা ইরকই, "ঐহাক অমুক্তা ঈশ্বরগা অসুক নক্লনা লেপখিবা লৈত্রি। মসিগী নুপা অসি খ্রাইসনি হায়না ঐনা হায়বদা নখোয থাজগদ্রা? মহাক্লা হায়ফেৎ য়েংবদা ঐখোয় কনানো হায়বসি খঙই অমসুং ঐখোয়দগী ব্রা অমতা হায়দনা ঐখোয়না মহাকপু থিরিবসি করিগীনো হায়বসি মহাক খঙই; অদুবু মানা য়াম্না যৌজাল হৈবদগী মানা ঐখোয়গী মবমদা খঙলিবা, উরিবা পুন্নমক্তু হায়দোক্লগা ঐখোয়দা য়াম্না নুংঙাইজবোইদবদু উবদগী খাঙ্দুনা লৈবনি!"

হোব্রার্ড মুর্ফেৎনা ঈশ্বরগী মরমদা য়াম্না থব্রাই হকচাং য়াওনা থিজরীবী জর্মনগী নুপী অমনা হাযখিবা ব্রাফমদু পল্লি, "বাবা হায়বসি অশেংবা অমসুং নুংশিবগী অবতারনি।" নুপী অদুনা মঙোন্দা ইখি, "ঐগী থম্মোয় মনুংদা হেন্না-হেন্না থাজবা অমা ফাওবে মদুদি জিসস্না অমুক হন্না খ্রাইস ওইনা মপুংফানা, সত্য সাই বাবা ওইনা লাক্লে।"

জুনে স্কুব্রাইলরনা ইবি, "নিঙ্বা কায়বনা অচৌবা শরুক ওইদুনা চহি ৪১ লেল্লক্লবা নুপা অমনা ঈশ্বরবু মীওইবগী শক্তমদা ফংজরবদা কয়াম নুংঙাইজবগে

হায়বসি কমদৌনা শন্দোক্লা তাকপা ঙমগদৌরিবনো? হায়নিংঙাই লৈতনা ফরবা, মপুং পুরা ফারবা নুংশিবা মশামক ওইনা? ঐগী পুন্সিদা নুংশিবা হায়বসি কমদৌবা জাৎনো হায়বদু য়াম্না নিংথিনা মরাং-কায়না সধারন মী অমা ওইনা লৈনরিবা মরী-মমা-মপা ওইনা, অঙাং ওইনা, লুহোংবদগী লৈনরকপা ওইনা ইশানা হৃকথেংনখ্রে। অসিগুম্বশিং অসিগী করি অমতনা বাবানা ঐখোয়দা পিরিবা নুংশিবা অসিগা অমসুং ফাওহল্লিবা নুংশিবগী ৱাখল অসিগা চাংদম্নবা ঙমদে। মসিদি অশেংবা নুংশিবনি!”

বাবা উনদ্রিঙৈ মমাংগী চহি ১৭ অদু পুন্সিগী সমস্যাশিং অসি অসুক্কি মতিক মরুহৃকখ্রে মদুদি ঐগী থম্মোয় অসি পুমকং কংবা, মরেক-মহাও য়াওদবা ওইখি। বাবাগী মনাক্তা লৈজরবা মতমদা, মনুংগী পুমকং-কংলবা মরুভুমি অদু পুন্সিবু য়োক্লিবা ঈশিংনা পিক থনখ্রে। মহাক্কি মনাক্তদি, অদুগুম্বা ঈশিং পুমকং কংখিবনা য়াম্না ৱানা পেরি-পেরি লৈরম্বদো, লৈহাওচেনবা মফম ওইরে।”

শোক ১৯৭০ গী ডিসেম্বরগী তাং ৯দা, অন্নালিসা রাজাগোপাল্, ইন্দ্রদেবী অমসুং ঐ ইশামক্ বাবাগী য়াথং মতুংইন্না ভারতকি গোৱাদা লৈবা সেন্ত ফ্রান্সিজ জাবিরগী ফুন্ফম ওইরিবা য়াম্না নিংথিরবা পোম জিসস্কি কাথোলিক্ কাথেড্রালদা চৎলমই। মহৌশাগুম্না, জিসস্পু পুজা তৌরিবা মফম অমদা মহাক্লা ঐবু মাগী নুংশিবা প্রেম্না শোকখি। ঐনা মাগী মুর্ত্তি মমাংদা অৱা-অনা ৱাখলগা লোয়ননা খুরুখুদক কুনখি। মফম অসিদদি ঐহাক য়াম্না থৱাই য়াওবা, জিসস খ্রাইসনা লমজিংবিবা ভক্ত অমা ওইরম্বনি, হৌজিক্তি, ঐগী থম্মোয় অসি সত্য সাই বাবানা হায়নিংঙাই লৈতনা শুন্দ্ধৎখ্রবা মীশক অমনি।”

“জিসস্! মসিবু করিনো?” - ঐনা খঙহৌদনা হংখি। “ঐবু মপু অনি পেলহন্নবা হোৎনরিব্রা? নহাক্লা ঐখোয়দা মসি তৌবা য়ারোই হায়খি। বাবাসু মদু চপ্ মান্নবা হায়রি। নঙ্না খঙলিবদুনি ঐনা নঙ্বু নুংশি; অদুম ওইনমক্ ঐগী থম্মোয় অসিদি বাবানা পিক্ থনখ্রে। ঐহাক তশেংনমক্ মাগী লমজিং অসি য়ারগে অমসুং ইল্লগে হায়না পুক্লিং লেপখ্রে। চানবিয়ু, চানবিদুনা ঐবু মতেং পাংবিয়ু।”

মিকুপ অমগী মনুংদা বাবানা মপানলমদগী লাকখিবা ঈশ্বরবু থিরক্পা কাংবু অমদা ৱা ঙাঙখিবা নুমিৎ অদু ঐনা নিংশিংলকখি। মহাক্লা য়াম্না তোয়না মশামক্লা

নিংথিজরবা ইংলিস্তা হকথেংননা ঙাঙলবসু নুমিৎ অদুমদি মহাক্না অর্থ হন্দোকপা মী অমা শিজিন্নখি। বাবানা মাগী পারা লৌথবা মতমদা জিসস্কি মতাং পল্লকপা মতমদা, অর্থ হনবা অদুনা অসুম্না হৌরকই, "নখোয়গী জিসস্... " "নত্তে", বাবানা মঙোন্দা লাউথরকখি অমসুং নুংশিনা মখা তারকখি, "ঐখোয়গী জিসস্", মতাং অসিদা "ঐখোয়গী" হায়বা ৱাহৈ অসি য়াম্না অকনবা শাফু পিরগা হায়বনি। ঐবু বাবাদা চংনবা লমজিংবিরিবা অসি জিসস্ননি হায়বা ৱাখল অদুনা ঐগী থম্মোয় মনুংদা চেনশিনখি। ঐহাক মিৎ পুমতাং তাঙবনা করি অমতা উদ্রবসু ঐনা ইশাদা ফাওখি মদুদি বাবাগা জিসস্কা অনিসি মপু অনি নত্তে, অমখক্তনি। বাবানা ঐখোয়দা অদুগুম্বা নুংশিবা, নোল্লুকপা, ভক্তি লৈবা, দান তৌনবগী ৱাখল, থৱাইগী নুংঙাইবা হায়বা ধর্ম, থাজবা পুম্নমক্তগী ফাওরকপা ৱাখল অদু তম্বিরি। ঐহাক লৌশিংনা ফংবা ঙমখ্রে; মদুদা ফংলকপা জ্ঞান অদো তপ্না-তপ্না ঐগী থম্মোয়দা মপান-মরা তাবা হৌখ্রে।

"ঐনা বাবাগা ঙল্লিঙৈ মতমদা হকথেংনখিবা থৌদোক খরগী মতমদা, ঐগী পুক্লিং অসিনা মবক-মরক্তা চিংনবগী অকনবা ঈথিল্ কয়া হৌগৎনবা হোৎনরকখি; অদুবু, অসুম্না পুক্লিংদা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ লাকখিবা খুদিংদা, মথন্নতা য়াম্না মপুং ফারবা পুক্লিংগী শান্তি লাকচখি। মতম কয়াগী মমাংদগী মসিগুম্বা মরোমদোম্ চেনশিল্লকখিবা শান্তি অসি খঙ্নবা অমসুং থাজনবা তমখ্রবনি, হোৎনখ্রবনি। মনুংদা লৈবিবা ঈশ্বর অদুননি অসুম্না হাযখিবসি - "পুম্নমক অফবা ঙাক্তনি"।

"নুমিৎ অদুমা জিসস্কি মুর্তি মমাংদা খুরু খুদক্ কুল্লদুনা, পুম্নমক অফবা ঙাক্তনি হায়বসি ঐহাক ভাব তাখি, খঙখি। ঐহাক্পু অসুক্কি মতিক্ মপুং ফানা আশীর্ব্বাদ পিবিখ্রে। লাইনিংশঙ্ অদুনা ঐবু নুংশিবিরে অমসুং ঐনসু নুংশিরে হায়বা ৱাখলগা লোয়ননা ঐহাক্না কাথেড্রাল অদু থাদোরকখি।"

হোর্ৱাদ মুর্ফেৎসু অসুম্না মশাদা ভাব তাহনলকখিবা থৌদোক্ অমগী মরমদা হায়। মাগী লাইরিক - "সাই বাবা - মেন ওফ মিরাকলস্" হায়বদু ইবা মতমদা মহাক্না হায়, "সাই বাবাগা খৃষ্টকা মান্নবা কয়ামরুম লৈ, মিরাকল পাঙথোকপদা মান্নবতা নত্তে, মাগী পাওজেল পিবগী নমুনা অদুদসুনি। বাবাদি মীগী থাক্তগী

যাম্না হেন্না ৱাংমদনি। মহাক্না প্রকৃতিবু খুদুমচনবা ঙম্বা উৎপা মিবাকলশিং অদুগী মথক্তা, মাগী মফম পুন্নমক্তা লৈবা ঙম্বা শক্তি অমসুং মাগী ভক্তশিংনা কবি খল্লি অমসুং তৌবি হায়বা খঙ্বা, পুন্নমক্তা কনবিবা অমসুং মতেংপিবা ঙম্বগী শক্তি অসিদা নত্তনা মাগী মদ যাওদ্রবা তশেং-তশেংবা নুংশিবা অসি মঙোন্দা লৈ। মসিনা পুন্নমক অসিগী মথক্তা খৃষ্টকুম্না ঈশ্বরনি হাযনা লেপ্লিবনি।

মীবৈবাক্তগী লাকখিবা মীওই তবেৎনা যাম্না চেকশিন্না "Revelation of St John the Divine" অসি পাদুনা লেনমিন্নখিবা নুমিদাংৱাই খব ঐহাক নিংশিংই। মখোয অদুগী মবক্তা খবনা বাবানা থোবকখিবা অসিগা কদায ফাওবা চানবা হাযবদু খঙ্বা ঙম্নবা হোৎননিংবগী ৱাখল লৈখি; মখোযনা Edgar Cayce গী যাম্না নিংথিনা বাইবলগী সংসাবদা চংশিনখিবা মতাং অদু নৈনবকখিবা অদুনা খোঙজং অসিদা হেন্না কনশিনহনখি। মদুদা শন্দোক্না ইবন্লিবা মযামদু মখোযনা পাখি, অনৌবা জেরুসলেম্মু মন্দিব অমতা লৈতবা মফম ওইনা নৈনখি, মবমদি ঈশ্বর মশামক্না মফম অদুদা লৈবা মন্দিব ওইবননি। অমসুং মখোযনা জাতি পুন্নমক্কি মতিক মগুণ অমসুং সনমান মফম অদুদা পুশিনলক্কনি। পৃথিবী অসিবু মোৎশিনহনবা যাবা অমতা মখোযনা মফম অদুদা চংহল্লোই, নত্রগা ভুক্কচবা, নুংশিনদবা ৱাখল অমতা পুশিল্লক্লোই। থৌবাংলবা মহাক অদো, ওইনিংবা অমা ওইসনু, পুন্সিগী ঈশিং অদু মনিং থুংনা থকচসনু।" মখোযনা মসি পাখি অমসুং কযাদা মান্নথ্রবনো, চুনথ্রবনো হাযবসিদা মখোয ঙকখি। অদুদগী মখোযনা জগৎকি মপু (কলকি) অদুনা অঙৌবা শগোল তোংদুনা, মমিৎনা মৈগুম্না ঙাংশঙ্ ঙাওনা ঈদা লুপ্পববা ফিগুম্ অঙাংবা ফিজোল অচোনবা শেক্তুনা ফিজোল অদুগী মথক্তা "নিংথৌ পুন্নমক্কি মথক্তা নিংথৌ হাযনা মিংথোনবা, মপু পুন্নমক্কি মথক্তা মপু ওইবা " হাযবদুসু পাখি। (বাবানা অঙাংবা মুগাগী ফি অচোনবা, মথক্তা সাই বাবা হাযনা থাবা, হাযবদি জগৎকি মপু-মপা, হাযনা থাবা ফিজোল শেৎলি)। মাগী মমিংদি সত্যনি, অচুম্বনি, মদু উবদা মখোয অঙকপগা লোযননা খঙজিনখি, মখোযনা পবা অদু সুম্ পাথবকপদা, মবমদি সত্য হাযবদি অচুম্বা হাযবনি! খৃষ্টিযান ধর্ম চত্তুনা ঈশ্বরবু থিবকপা কযানা বাবাগী মনাক্তা লাকপদা অসিগুম্বা ঈশ্বরনি হাযবগী মান্নবা শাক্কিনা অমসুং খুদম কযা ফংখি অমসুং মখোয যাম্না তৌবিমল খঙখি, নুংঙাইজখি।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

নোংমদি বাবানা মাগা লৈমিন্নবা আমেরিকা মচাশিং অদুদা হায়খি, "নখোয় অয়াম্বনা ঐগী ইনাক্তা লাক্লিবসি নখোয়না মমা অমগী নুংশিবা প্রেম অদু খঙদ্রিবননি"। মখোয় ময়ামদুগী মরক্তগী অমনা ঈশৈ অমা ইরকখি, মদু মতম অদুদা বাবাগী মখুত্তা লৈরমই। "ঐখোয়বু হৌদোকপিয়ু / মিকপ্ থোকহনবিয়ু, নহাক্কা অমতা ওইহনবিয়ু! নুংশিরবা ইমা! ঐখোয়বু য়ুম য়ৌনবা লমজিংবিয়ু, নঙোন্দা!" অওইবমক্লি, পুন্সিগী অর্থ করিনো হায়দুনা মাদুনা থিরিবশিং, নিতি-নিয়মশিং, ফিদমশিং, মমলশিং, মশাবু খঙজনবা, মশাবু ফোঙদোকচনবা, খঙনবা হোৎনরিবশিং পুম্নমক অঙাং ঙাক্তনি, অমসুং মখোয়শিং অসিবু নুংশিনা থাঙ্গৎপিরিবশিং, অমসুং তুরোই-ঙারোই লমজিংবিরিবশিং, মরোল-থোকপোই-থোক্তবোই ঙাঙদুনা, ঙকচানবা মিৎয়েংগা লোয়ননা, পুক্লিং তয়াং-তশোয়না হৌদোকপিরিবশিং পুম্নমক্ তশেংনমক্ মমা অদুনি। অন্ধ্রগী অচৌবা কবি, চহি ৭০ হেল্লবা, লাইনিংবা, আধ্যাত্মিক্কি লম্বী থিরিবা বেলুবি সিবরমা সাস্ত্রি হায়রিবা বাবাগা মতম কুইনা লৈমিন্নখ্রবা সাধক অসিনা ইরকখি; 'ফালা অমদা পৃথিবীগী মমা পুম্নমক্কা নুংশিবা প্রেম অদু হাপ্লগা ফালা অমদনা বাবানা কিথি-কিরুন্নবশিংদা, কনা লৈজদ্রবশিংদা, শোল্লবা জিবশিংদা পিবিরিবা নুংশিবা প্রেম অদু হাপ্লগা খল্ অদু ওন্দুনা য়েংউ; বাবাগী নুংশিবা প্রেম হাপলিবা নাকল অদুনা লুমথগনি!" খৃষ্টনা হায়খি, "অঙাংশিং অদু ঐগী ইনাক্তা লাকহল্লু।" বাবানা চহি পুম্নমক্কি অঙাংশিংগী মরক্তা চৎলি, মরমদি, মহাকখক্তনা খুদিংমক্তা পাল্লিবা নুংশিবা অদু পিবা ঙমই।

খৃষ্টকি নুংশিবা প্রেম অদু অসুক্কি মতিক কনখ্রে মদুদি মহাক্না অতোপ্পগী পাপ্ পুম্নমক্কু মশাদা লৌশিল্লি। বাবাসু, মাগী থৌজালগী মনুংদা অতোপ্পগী অনাবদু মশাদা লৌশিল্লি। শোক ১৯৭০ গী খৃষ্টমাস নুমিত্তা উপাই লৈজদ্রবা ভক্ত অমগী এপেনদিক্স পোমখৎপগী অৱাবা মৈচাক্ অদু কোকহন্নবা মহাক্না অৱাবদুবু য়াম্না হৱাওনা মশাদা লৌশিনখিবগী ৱাফম পল্লদুনা বোম্বেদা তিনখিবা চাউরবা মিতিন অমদা বাবানা হায়খি, "ঐঙোন্দা চঙ্জরবা মীওইশিংগী অৱা-অনা ইশাদা লৌশিনবা হায়বসি ঐগী ইথৌনি। ঐগীদি অৱা-অনা লৈতে অদুগা ঐনা ঐগী ইথৌ অসি পাঙথোকপা মতমদা নখোয়সু ৱানিংঙাইগী মরম লৈতে। পিথোক্-

পিশিন হাযনা তৌবিবা পুন্নমক্ অসিদি নুংশিবগী লীলা ঙাক্তনি। মদু ঐনা নুংশিবদগী লৌশিনবনি; অদুনা ঐনা মদুদা কবম্না অৱাবা নঙ্গদৌবিবনো? খৃষ্টনা মঙোন্দা থাজবা থম্লবা পুন্নমক্ অদুগীদমক্তা মথৱাই কখোকখি। মহাক্না সেবা হাযবসি ঈশ্বরনি, কখোকপা হাযবসি ঈশ্বর্বনি হাযবা অচুম্বসি শন্দোকখি"।

পাপ্‌চেল্লবশিং অদুগা কবিগী চামিন্নবিবনো হাযনা কনাগুম্বা অমনা হংবদা খৃষ্টনা হাযখি, "ঐনা লাক্লিবসি পাপ্ চেল্লবশিংদুগীনি, ডাক্তর দবকাব ওইবিবসি মশাফবশিং অদুগী নত্তে।" লাল্লবা অঙাংশিংগীনি বাবানা লাক্লিবসি, লম্বী লান্না চৎখ্রবা যাত্রিকশিং অদুগীনি। মহাক্না হায, "ঐগী থৌজাল ফংনবা নখোয শেংবা তাবনি হাযবসিমক্ নখোয ডাক্তবগী লাযেং ফংনবা নশা ফগদবনি হাযবমুক্ পঙ্বগুম্বনি। অশেংবশিং অদুগীদি মপু দবকাব লৈতে। মশা-মউ ফবিবা অদুগীদমক্তী ডাক্তর দবকাব লৈতে", খৃষ্টনা মাগী সেবকশিংদা হাযখি, "ঐনা নখোযবু লম্লক্কি শা মযার্মসিগী মবক্তা যাওগুম্না থাবিবনি, অদুবু ঈশ্বরগী শেংলবা মমিং অদুনা নখোযগী ঙাক্লৌ ওইগনি অমসুং অকোযবগী নুংশিৎ পুন্নমক্তু ঈশৈনা থনখ্রে অমসুং মথৱাই পানবা জিবা খুদিংমক্ ঈশ্বরবু থাগৎলু হাযবগুম তৌখ্রে"। বাবানা মাগী ভক্তশিংদা অসুম্না তৌ হাযখি; "মফম অসিদা মখোযনা হকথেংনখিবশিংদু মীপুম খুদিংদা হাযযু। অদুগুম্বা নুংঙাইনবগী হৌবকফম্ ঈফুৎ অদু ফংলে হাযনা মখোযদা হাযযু। *মখোয কনা অমতা খন্দোক্লগোই, লোযনমক্ কনবিগনি হাযযু।"*

কানাদাগী প্রধান মন্ত্রিগী মনাও মি: ক্রদিউনা মাগী নুপীগা লোযননা পুত্তপার্তিদা ভাবত্তা লৈবা কানাদাগী হায কম্মিস্নাবসু যাওনা লাকখিবা মতমদা, বাবানা মঙোন্দা খৃষ্টকি মুর্ত্তি যাওবা ক্রোস অমা পিখি, মদু খুদক্তা পুথোকখিবনি। তাঞ্জানিযাগী ঙোবোঙ্গোবোদা মহাক্না তোংলিবা এবোপ্লেন অদুবু থৌবিবা বৃটিস মচা অদুগীদমক যামনা ফজববা ক্রোস মচা অমা শেম্বীখি, অদুবু মহাক্না মদু কযা পামফাত্তবদু উবদা বাবানা মঙোন্দা হংখি, "কবিগী পামদ্রিবনো? নঙ ঐগী ফোটো পাম্ববা?" অদুগা মখুৎ অমুক্তং ওত্তুনা ফোটো অদু পুথোকখি অমসুং মঙোন্দা পীখি। বাবানা কনাগুম্বা অমনা হান্না থাজজদুনা লাকপা ধর্ম অমতবু হোংদোকহনবা নত্রগা পামহন্দনবা থবক অমতা তৌদে। মহাক্কি হৌজিক্কি মমিং অসিতবু ব্যবহাব

তৌগদবনি হায়দে, নত্রগা মাগী হৌজিক্কি মওং অসিদবু লাৎকদবনি হায়দে, হায়দে! অচুম্বা ওইয়ু, চুম্না ঙাঙউ, থবক তৌ, চুম্না খঙউ, অশেংবা ওইয়ু, নিংথিনা নুংশিহৈয়ু, মদু য়ারবা ধর্মনি, মহাক্না হায়।

নিউ য়োর্কতগী জোন মোফিত্না (চহি ২০ হেন্না রামাকৃষ্ণগী লাইনিংশঙ্গী মেম্বর ওইরক্লবা) বাবাবু প্রশান্তি নিলয়মদা থিরকখি। বাবাগা উনরবা মতুংদা মহাক্না বঙ্গলোরদগী ঐঙোন্দা ইরকখি, "মদুগী ৱারী অদু ঐহাক খক্ কাউবা ঙম্লরোই, - হায়নিংঙাই লৈতনা মগুণ লৈখ্রবা, হায়নিংঙাই লৈতনা লায়হনখ্রবা, হায়নিংঙাই লৈতনা চমখ্রবা। ৱারী অদুনা নিংশিংহনখি মদুদি ঐনা রামাকৃষ্ণগী মখোঙ্দা ফম্লম্লবদি করি করম তৌরম্বা য়াই ... মহাক্কি নুংশিরবা, থুম্লবা, চম্লবা মশা অদু ঐনা থকচখি। ঐনা মফম অদুদা অমুকহন্না লাকচবা ঙম্নবা আশীর্বাদ নিজবা মতমদা, মহাক্না য়াম্না থৱাই য়াওনা হায়বিখি, "করিগী অসিদা? মদুগী দরকার লৈতে। ঐহাক মতম পুম্নমক্তা নঙ্গা লোয়ননা লৈ। ঐহাক নঙগী থম্মোয়দা লৈগনি"। করিগুম্বা খৃষ্টনা খৃষ্টিয়ানিতিগী ৱাংমদা থবক তৌরি হায়বা তারবদি মদু বাবাজিনি, তশেংলে; ঐগী চিংনরম্বা পুম্নমক্ মাঙ্খ্রে; ঐহাক মাগী অনিংবদুতা তৌবা পাম্লে।

মঙোন্দা লাক্লিবা, ঈশ্বরবু থিজবিবা খুদিংমক্না কযা য়াম্না থরাই য়াওনা মানা নিংজরিবদুবু সেবা তৌবগে, খুরুমজবগে, কন্না হোৎনজবগে হাযবসি বাবানা খঙই। মী অদুনা করি ফংখ্রবগে, করম্বা মতমদা অমসুং করম্বা লাম্বীদা চৎলগা অসিগুম্বা করিশুদি লৈতবা অদুগা য়াম্নদি চঙনিংলিবা মায়া অসিদগী নাম্থোকপা ঙমগদগে হায়বসি খঙই। আমেরিকাগী অঙাং অমা, মঙোন্দা য়াম্না থাজরবা, নিংজরবনি হায়না নাপলগা লোয়ননা উৎনিংবা অঙাং অমদা বাবানা নোংমা হায়খি, "নঙগী গুরুদি বঙ্গলোরদা লৈ চৎলো"। য়াম্না থৱাই য়াওবা শাবম্বা অঙাংদু হায়নিংঙাই লৈতনা ঙকখি। মহাক্না য়েৎখি, "নত্তে, মহাক মসিমক্তদা লৈ!" অদুবু বাবানা হাযরিবদুনা অচুম্বনি হায়না অদুম হায়খি, অমসুং অদুদগীদি অঙাং অদুগী মকোক্তা জ্ঞানগী মঙাল অদু লাকখি। মহাক্তি য়াম্না মমিং লৈরবা মহেষ-যোগিদা অৱাংবা থাক্তা ভাবনা মেদিতেসন-ধ্যান্ তৌবা তম্নবগী লাইমিং লৌখ্রবনি অমসুং মতম অদুদা মহাক বঙ্গলোরদা লাক্লে হায়না বাবানা হায়খিবনি। বাবানা খঙখি মদুদি অরিবা মরুশিংদু অদুম শংলি অদুনা থোয়না হেন্না হোৎনরুন্দনা অদুম্ ময়োন চোংহনবা য়াগনি।

"সাই বাবা, সাই বাবা; অসুক্কি মতিক থৌজালহৈ, থৌজাল হৈ' নহাক্লা ইপানি, ইমানি, ইচেনি - ইচলনি, ইবুংনি-ইপ্বানি, পুন্নমক নহাক্কি" - হায়বসি মপাল-লমদগী লাকখিবা ভক্ত কাংবু অমনা বাবাগী মবমদা ইখিবা, মযাম পুন্না প্রশান্তি-নিলযমদা অমসুং অতৈ মফমশিংদা ঈশৈ ওইনা শকখ্রবা ৱাবেংনি। বাবাদি শক্লোন কযাগী অবতারনি - রামা, কৃষ্ণ, খৃষ্ট, বুধ, সংকরা, গৌরাঙ্গ, রামাকৃষ্ণ, জরাতুসত্রা - পুন্নমক্কি অপুনবা অমতা ওইবা অবতারনি।

পুত্তপার্তিদা লাকপা হাযবসিমক্তবু মশাগী সমস্যা অদুম লৈববনি, মকওইনা নুংঙাইবা অমসুং খুদোংচাবশিংদবু হৈনবক্লবা কাংবুগীনি; অদুম ওইনমক্, হন্না-নুংশিৎকি খুদোংচাদবশিংদু অদুম্ থৌনা ফনা থেংনৈ, চিঞ্জাক্কি হৈনদবশিং, মখোযনা লৈনবা তোঙানবা কা লৈতবগী অৱাবা, অমগা-অমগা লোন ফাওদোক্লবগী খুদোংচাদবশিং অমসুং অতৈ-অতৈ খুদোংচাদবা কযা অদু অদুম্ মায়োক্লে, মহাকপু উনবগী, মানা ঙাঙ্বা তানবগী, উননবগী, হেক ঙম্বমখৈ কুইনা লৈমিন্ননবগী মখোযনা অদুম্ খাঙই, মবমদি মহাক্কা লৈমিন্নবা হাযবসে অসুক্কি মতিক্ শুন্নাৎনিংঙাইনি, নকই, নকশিন্নে, মদুদি খুদোংচাদবা, নুংঙাইতবশিংদু কবি অমতা থোইনা খনখিদে।

শ্রীমতি মাইকেল স্কতজনা হায, "কবন্না কর্মগী অফবা ফলননো নহাক্লা ঐখোয পুন্নমকপু অসুক্ নুংশিনা, অসুক থুন্না কৌবিবসিবো?" Eddie Fleur না ইবি, "ঐহাক্লা নিজখ্রে, খুকুমজখ্রে, অমসুং নুমিৎ খুদিংগী মতম শাংনা-শাংনা মহাকপু তশেংনা নুংশিজনবা খুকুমজে, অমসুং মঙোন্দা অখাকপা লৈতনা কখোকচনবা। অদুগা মাগতা লৈমিন্নজনবা, হনুমান্না রামগা লৈমিন্নবগুম।" "গাব্রিল্লা স্তেযবনা ইবি, "মহাকপু নুংশিকবা প্রেম অদুনা মফম অদুগী অকায-অতোই, নুংঙাইতবশিং, প্রকৃতিগী নুংঙাইত্রবা, হৈনদ্রবা থৌদোক খুদিংমক্তো পুক্লিংদগী লোযনমক লৌথোকখি"। "ঐহাক্তি কোঙ্গোল অমনি; ঐহাকপু সমুদ্র অদু ওইহল্লু", হাযবসি জিওবজিযানাগী লাইশোলনি। মাইকেল মেলভিননা হায "মফম অসিদা conciousness অমা লৈবে, হায়বদি মীগী পুক্লিংদা লৈবা পুন্নমক খঙ্বা ঙম্বা অমা লৈবে, মসিদদি নুংশিবা হায়বসি সিমানা লৈতে। মদুদা অখুবা ৱাখল্, মিৎয়েং নিতি... লৈতবা লন্দ্মাং অমা লৈবে। মায়া অসিগী ৱাংমদা

ইশাবু খঙ্জবা অচুম্বা অমা মদুদা লৈরে। ঐনা ঈশ্বরগী মশক ওইরিবা ইমা, বাবাদা খুরুমজরি, ঐহাক য়ুমদা লাকচবা য়াগদ্রা হায়বদি ঈশ্বরগী মনাক্তা লাকচবা য়াগদ্রা ?" মরমদি, অসিগুম্বা থৱাই য়াওনা থিজরিবা কাংবুশিংগী মনুংদা অমগী মোত্ মতুং ইন্না বাবানা মাগী মচাশিংবু ময়ুমদা পুনবগীদমক লাক্লিবনি!

অতোপ্পা বামন্ কৌবা সাধক অমা, মাগী হৌখ্রবা পুন্সিগী ফত্তবা থৌদোক পুন্নমকপু তৈথোকখ্রবা, চামথোকখ্রবা অমনা ইরি, "ঐখোয় অয়াম্বনা ইশা-ফগৎহন্নবগীদমক্ অকক্লবা খোঙথাং খরদং পাঙথোক্লবা, আধ্যাত্মিক্কি লম্বীদা বাবাগী মতেং লৌদুনা খোঙকাপ্ খরদং লৌখৎনবা লাকখিবনি। বাবানা ঐখোয়বু চাংয়েং কয়ানা সাধনাগী লম্বীদা চাউখৎহন্নবা মতেং পিরি, মদু ঐখোয় ইশাতনা খঙজে। অদুগুম্বা পাম্বে ময়ামদুগী মনুংদা ঐখোয়বু পুরা থৌশাদবা হায়বসিসু অমনি! হোয়। চয়োল কয়া থৌশাবিদবনি। মহাক্না ঐখোয় লৈ হায়বসি শুকখং খঙ্দবা মওংদা থবক তৌগনি। মহাক্না ঐখোয়গী ওইদা লৈবা মী অমা মোমোন্ নোকশিনগনি, অদুগা ঐখোয়গী য়েত্তা লৈবা অমগী মকোক্তা পোপ্ লাওনা থাবিগনি! মহাক্না হায়ফেৎ য়েংলকপদু নঙ্গী নথক্তা চৎখিগনি, অমসুং নহাক অমা শুক্লৈ লৈতবগুম্ মহাক্কি শাজত্তা উৎকনি। মদুগী ফল ওইনা, নঙগী মদ অদু হৱাই মঙ্গল মরু মুক্তা পিকশিনখিগনি! নহাক্কি চাউফম্ থোকপা অচুম্বা চাংদু হেক য়ৌরমদাইদা, ইখঙ্ হেক খঙহৌদনা মাগী মিৎয়েং অমা নঙোন্দা পিরক্কনি অমসুং হরাওবা মিনোক অমা নোক্লক্কনি, অদুদগীদি অমুক হন্না লোয়নমক ফরে, হেন্নদুম ফরে।"

"নঙোন্দা নুংশিবগী মিৎয়েং অমা কাপশিনবিরম্বা অদুনা চয়োল্ কয়ামরুমদি নঙ্গী ৱাখল অদু নুংঙাইহনগনি। মহাক্কি অদুগুম্বা মোমোন মিনোক্কা লোয়নবা মিৎয়েং অদু অমতং নঙোন্দা পিবিবা মতমদা, তৎনররোইদবা মরী অমা লৈখ্রে হায়না নঙনা ফাওজে; শিস্থরকপা পিরাংনা নমিৎ অদু পিক্ থল্লি; নহাকপু য়াম্না ৱাংনা লৈচিন মথক্তা থম্বীখি। নহাক্না মিকুপ অমগী মনুংদা খঙই মদুদি বাবানা মহাকপু হান্নদগী মতম পুন্নমক্তা খঙবিরমই, নহাক্না নিঙ্বা কায়বদগী নথন্নতা শোঞ্জখিবা ৱাহৈশিংদু মহাক্না খঙ্লকই হায়বসি নঙনা খঙ্লকখি, নঙনা খনখিবা ৱাখল পুন্নমক্, নঙ্না তৌখিবা থবক খুদিংমক অমদি লোয়দনা থাদোকখিবা পুন্নমক্ অমসুং পুন্নমক্ অসিগী মথক্তা নঙ্গী অশোনবশিং পুন্নমক খঙবিরমই অমসুং

পুন্নমক্ অদু হান্ননা ঙাকপিবল্লে হাযবসি মিকুপ অমগী মনুংদা খঙ্ৱা ঙমখি। বামন্না মখা হাযবি, "ঐনা অপাম্বা লৈতবা হাযবা থাক অদু কবিগুম্বা যৌববদি, ঐনা তশেংনা খঙলে মদুদি বাবাজিগী মিৎযেং অমসুং মিনোক্ অমত্তং ফংজববদি হায়না লৈবম্বা ব্রাখল অদুসু পুমলোই লোইবা ওইনা অদুম মাঙখ্রগনি, লৈববোই।

নোংচুপলোমগী মীওইশিংগা বাবাগা নকশিন্ননবা অহানবা খুদোংচাবা তাঞ্জাদি, জোন হিসলোপ্পা হায, বাবানা মখোয মযাম্ পুন্না প্রশান্তি নিলযমদবা নত্রগা হৱাইত ফিলদবা কৌশিল্লকপা অদুদনি। মহাক্না ঐখোযগা লোযননা লৈবাক মথক্তা ফমগনি অদুগা ঐখোযগী আধ্যাত্মিক্কি মবমদা লৈবিবা চিংনবশিং অদু হাযহনগনি। অদুদগীদি ঐখোযগী মাঙ্গদা ভাবতমচা অমা (বাবানা অর্নোল্ স্কুলমানদা হাযখি: "ঐহাক্ নুপা অমা নত্তে, ঐহাক নুপী অমা নত্তে, ঐহাক অহল নত্তে, ঐহাক অঙাং নত্তে; ঐহাক পুন্নমক অদুনি"), কুচু মুবা (বামা অমসুং কৃষ্ণসি অবিবা লাইবিকশিংদা কুচু মুবৈনৈ হাযনা ইবি), পংচাও চাউদবা, ব্রাউথাংনবা, মশম চবুন অমা হৌবা, মাযথোং অদুনা সনাগী কুচুগুম লংবা, অমা উগনি। ঐখোয মহৌশানা অসিগুম্বা পুমথোই থোইবা জিবা অমগা উনবা মতমদা হেক যাবিবমখৈ যাম্না কুপ্না যেঙই; ঐখোযগী ইন্দ্রি পুন্নমকসি মদুগীদমক্ থৌবাং তৌদুনা লৈ। ঐখোযগী পুক্নিং অমসুং লৌশিং পুন্নমক্ মমিৎ লাওনা পাঙদুনা লৈ। ঐখোযনা খঙই মদুদি মাগী মওং মতৌসি যাম্না খঙগনবা জাৎনি, অদুনা ব্রাখলদা খজিক্তং অহোংবা লৈবদা খুদক্তা হেক্তা ফোংদোবকই। মাগী যাম্না থুম্বা অমসুং নুংশিবা মিনোক অমা লৈ, মদু যাম্না চন্নিবা নুংশিববা অঙাং অমগী মতৌগুমই। মাগী মমিৎশিং অদু মুবং তৌই, থোৎলি, অমসুং জ্ঞান অমদি ফাগিনা তবং-তবংই। মাগী খোঞ্জেলদি থুমই অমসুং থোৎলি, মদু মমা অমগী খোঞ্জেলগুম্বনি, কবিগুম্বা মতমদা মরুপ-মপাং মবক্তা ফাগী জুগাই তৌনদুনা নুংঙাইনবগুম্ নোক-খেবসু তৌই, অতোপ্পা মতম অমদনা মপা অমগী খোঞ্জেলগুম্ কন্থানবগুমসু তৌই। মহাক্না ফম্বদা, হৌগৎপদা, চৎপদা মশা-লেংখোৎপসি যাম্না চিংলেমই, তাওবগুম তৌই, শাথিনা যাঙই। মাগী মখুৎশিং অসি যাম্না খঙহনবা ঙমই। মহাক্না লৈবা মফমশিংদা য়াম্না মেঙলবা মনম অমা লৈ, মদুবু Magdalen না মল্লিকা মনম্নি হায' মার্চ থাদা ঐখোযনা ভাবত্তগী যুমদা হনবা মতমদা হোনোলুলুদা হাযবিবা মনম অদুমক্তা ঐহাক হৌগৎখি, মদু সেকেন্দ ১০দগী ১২ বোম্ নমখি। অতোপ্পা মতম অমদনা বোম্বেদা, ধর্মক্ষেত্রদা বাবানা ব্রাফম অমা

নৈনবদা, ব্বারি অমা লিরিঙৈদা মাগী মকোক্তা পুমকোয়-কোয়না মণ্ডাল অমনা কোয়শিনবা উবদা ঐহাক ঙকখি। ঐগী ঙক্লবা মিৎশিং অদু বাবানা খংখি অমসুং শক্লে দাক্লা হায়খি মদুদি শক্তম অদু উখিবদু তশেংনমক্ ঐহাক লাইবক ফরবনি!"

বাবাবু থিজরকপা মীওইশিং অদুদা মহাক্লা করম্না উহনবগে হায়বগী মতাংদা হিসলোপ্না খর কুপ্না শন্দোক্লা তাকপদু খরগা অমুক্ তাখিসি : "ঐখোয়না মহাক্কি মনাক্তা য়াম্না নক্লা ফম্লবা মতমদা, ঐখোয়না য়াম্না থুনা খঙবা ঙমই মদুদি মহাক অসি য়াম্না লেম্বা অমসুং শুদ্ধাংনিংঙাই ওইবা ভারত মচা অমগী মথক্তা য়াম্না ব্বাংবা থাক্তা লৈপ্রবা মী অমনি! ঐখোয়না খঙলিবসি ইন্দ্রিশিং অসিগী ব্বাংমদনি; ঐখোয়, য়াম্না থোৎ-মেঙ্বা অদুগা মপুংদি ফারবা ফজবা অমনা য়াম্না চিক্লা-তুমিন্না কা অদু পিক থনখি হায়বসি খঙলকখি, ইশাদা ফাওবকখি। অদুগুম্বা ঐখোয়বু হৌদোকখ্রবা থোৎলবা থাক অদুদা ঐখোয়না মিনুংশিগী, নুংশিবগী অমসুং জ্ঞানগী মণ্ডালগী ঈচেল অমা ফাওই অমসুং ঐখোয়না খঙই মদুদি মদুগী হৌরকফম অদু বাবানি।

খঙহৌদনা ঐখোয়গী পুক্লিং অসি শান্তি লৈরে অমসুং ঐখোয়গী থম্মোয়দা নুংঙাইবগী ঈচেল অমনা থুদ্ধংলে হায়বসি ইশাদা ফাওজরে। সংসারগী ওইবা ব্বাখল পুম্নমক্ মাঙ্খ্রে; ঐখোয়গী মাঙ্দা লৈরিবা সংসার অসি উনা-উনা অদুম মাঙখ্রে।"

মঙোন্দা লাকখিবা/ফাওখিবা ব্বাখল অদু অর্নোল স্কুলমান্না অসুম্না শন্দোক্লিঃ "মিনিট অমা ফাদ্রিঙৈদা ঐহাক্ মফম-মরাং খঙদ্রবা মীশক্ অমা ওইরে।" মহাক্কা লৈমিন্নবদা ফাওখিবা চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইজবা অদুখক্তং অশেংবনি"। মসিগী হকথেংনখিবা, শাথেংনখিবা অসি অসুক্কি মতিক্ অশেংবা, কোনসেং ওইখ্রে মদুদি পিরাংতনা মিৎ অনীমক্ পিক থনখি অমসুং খর অমদি মশাদু কপথোরকখি।

বাবাগী মনাক্তা লৈরগা ফাওখিবা নুংঙাইবা অসি অমুক্কা মহাক্লা পাওখুম পীবা মতমদা অমসুং আধ্যাত্মিক্কি মরমদা ব্বা ঙাঙবা মতমদা হেনখি। নুংঙাইজবা অমসুং মহাক্লা কয়ায়াম্না নিংথিনা মমুৎ তানা খঙবগে, শিংবগে হায়বগী ব্বাঙাংশিং অদুনা থোকহল্লিবা অসিগুম্বা মথুম্ মরাং হৌবগী ব্বাখল অদুনা থম্মোয় অসি পিক থনখ্রে মদুদি মদুগী নুংঙাইবা অদু খাঙ্বা ঙমজদে।

বাবানা অবাপ্পা অমসুং অনকপদগী মীওইশিং খোমজিল্লি অদুগা মখোয়দা ৱা ঙাঙই, ৱাবী ওইনা, প্রমাণ ওইনা, অপাম্বা অমসুং অৱা-অনাগী লৈনাশিং অসি কবম্মা কোকহনগদগে হায়বা মমাংঙৈদা শিজিন্নবম্বা পাম্বৈশিংগী মবমদা ঙাঙ্দুনা, মদুগীদমক্ মহাক্না অমুকহন্না মীওইবা জাতিদা থাজহন্নবা লাক্লবনি হায়দুনা ৱা ঙাঙ্খি। হিসলোপ্না ইবি ঃ " অসিগুম্বা ইচিন-ইনাওশিং, ইচে-ইচলশিং অসিগী নিংশিংবগী পুক্কেদা থম্লিবা ফৌবোমশিং খবদং খোমজিনজগে : হৌখ্রবদা তেংথাদুনা মতম মাঙহনগনু, কান্নদ্রবা, অৱাবা, অমোৎপা শাথেংনখিবশিং অদুদা নৈনদুনা মতম মাঙ্হনগনু। হৌখ্রিবা মিকুপ্ খুদিংমক্ থৱাইগীদমক্তদি শাংলবা পুন্সি অমা ওইবা যাই। কান্নদবশিং থাদোকউ। থৱাম্নিচাক্লম লেঙ্দনা লৈযু। নঙ্গী নুংশিবা প্রেম অদু পুম্নমক্তা কমদৌনা অনৌবা পাম্বৈনা ফোংদোক্লদগে হায়বসি খন্দুনতা লৈযু। যাম্না হেনমন্না ৱা ঙাঙগনু, মী খুদিংদা ঙাঙগনু, নঙগী অশেংবা মরুপ অমসুং লোযনবদি ঈশ্বরনি। নঙ্না চুমই খঙ্বদু তৌ; নঙ্না ইনাকখুনবগা লাযববগা, মশা ফবগা অনাবগা, খেন্নবা অদু খঙলবা মতমদা মদু খঙ্না থবক তৌ; লাইববা অমসুং অনাবদু মতেং পাঙউ। পুক্লিংগী অমোৎপা, মাযা, মদকাবা, পাপ্, ইন্দ্রিগী ৱাখলশিং, কর্মগী ফলশিং লৌথোকপা হায়বসি তশেংনবুদি 'পুক্লিং শিবা' হায়বসিগা অমতনি; অদুবু, নঙনা মদু হেন্না তৌবিবমখৈ, লেমহৌবিবা শরুক্ অদু হেন্না লংবা অমসুং শেংবা হেনগৎলি; মদু দাইমন্দগুম্বনি; নহাক্না মচেৎ মচেৎ ককথক্তুনা মদু হেন্না মমল্ লৈহল্লু। "বাবা" হায়বদি পুমথোই-থোইবা থৱাই, লৈবিবা - জ্ঞান চাংজৌ লৈতনা নুংঙাইবা, সত্ -চিত্-আনন্দ হায়বনি। বি হায়বদি ওইবা, লৈবা, সত; এ - হায়বদি খঙ্বা, চিত্; বি-হায়বদি নুংঙাইবা, চাংজৌনাযদনা নুংঙাইবা অমসুং অবোইবগী এ অদুনা আত্মা হায়বনি - অশেংবা পোৎশক্ অমগী নুংগী মরু, থৱাই অদুবুনী। নখোযসু ঐগুম্না ওইবকপা ঙমগনি, মদু মাযা অমসুং অপাম্বা থাদোক্লবা মতমদনি।"

বাবানা লাউথোকই মদুদি মাগী পুন্সিনা মাগী পাওজেলনি। অদুনা, মাগী মনাক্তা লৈবনা, মাগী মিনুংশি অদু যেংবনা, মাগী চমজবা, মাগী হৈনিংবা, মাগী মনুং থিৎনা উবা ঙম্বা, মাগী প্রেম, পুম্নমক অসি ঈশ্বর থিজবক্লিবা মীশক অমনদি মশা মপুঙফাহন্নবা অমসুং মনিং তমহন্নবগী মমল যাম্লবা তাঞ্জা ঙাক্তনি। মহাক্না ঙাঙলিবা ৱাহৈ খুদিংমক্ মী অদুগীদমক্তদি অর্থ লৈবা, মমললৈবা ঙাক্তনি।

অদুগা, মহাক্না মীপুম খুদিংমক্ অসি তোঙানবা, অখন্নবা সমস্যা ওইনা লৌই। মীওইবদা লৈরিবা মশিং লাকঙমদ্রবা অৱাংপশিং অসিগীদমক্ ফনবা অহোঙ্বা হিদাকশিং হায়দে; পন্থুংফম অদু নঙোন্দা লৈবনি; লায়েংনবা উপায় অদু নখুত্তা লৈবনি; অনাবা লৈরিবা মফম অদুদা কোক্লবা উপায়সু লৈরবনি। পন্থুংফম্ য়ৌবা হায়বদি মিৎ পাঙ্থোকপা হায়বনি; হৌগৎকদবনি, থাংমৈ অমা থানগৎকদবনি, ভাবনা শাবা থাদোক্কদবনি। পুম্নমক অসি য়াম্না চন্না জাৎনি; অচুম্বা উবা হায়বদি অচুম্বা ঙাওবমুক্ লায়বনি, মহাক্না হায়। লম্বী অদু করিগী শাংহনলিবনো অদুগা অমুক্ অশম্বা পাম্বে তাকপিদুনা তৌবিমল্ খঙ্বা তানগদৌরিবনো? "চহি চা কয়া মমলকপদু থাংমৈ অমা থানগৎলগা মাঙখিগনি; মদু কাপথোকখিনবা নোংমৈ দরকার লৈতে; মদু চক্রি য়েৎননবা লাইরিক দরকাব লৈতে; মদু চামথোকখিনবা পি দবকার লৈতে; মদু ইম্থোকখিনবা কিন্ থিন্নবগী অকনবা শক্তি অদু দরকার ওইদে", মহাক্না হায়।

খুদিংমক্কি খ্বাইদগী চান-চানবা কোক্লবা উপাই বাবাগী লৈ, মদু য়াম্না লায়বা মওংদনি, অমসুং মদু মানা য়াম্না নুংশিবা অমসুং মিনুংশিগা লোয়ননা তাকপিখি। "বাবানা খুদিংমকপু মশানা ভাব্ তাহঞ্জে", হিসলোপ্না হায় "মদুদি মহাক অসি বাবাগী অশেংবা শক্তমগী মমিনি, থক্তোকপনি। বাবাগী হৌনশা অসি ঐখোযনা ফোংদোকপা, মমি তাহনবা হায়বসি ঐখোযগী ধর্মনি, ঐখোযগী ইথৌনি, মবমদি অচুম্বা অমসুং নুংশিবনা মাগী হৌনশা ওইবগুম্না, ঐখোয়গীসু মসিনা অশেংবা হৌনশানি। অদুগা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎনা ঈশিং মবিক কয়া নুংশিত্তা কোইপু-পুকুববসু মমৈথংদা সমুদ্রদা তাশিন্দুনা অমুক্ অমতা ওইখিবগুম্, তোঙানখিদ্রবগুম্, ঐখোয় অসি ঈশ্বরদা তিঞ্জনবগীদমক ঈশ্বরদগী তোঙাল্লি হায়বা মায়াগী ৱাখল অসি খলহন্দবা হায়বসি ঐখোয়গী অহানবা ইথৌনি।"

হিলদা চার্লতোন্না মাগী ছাত্রশিংদা ইবকপা চিঠি অমদা মেদিতেসন্ তৌবদা চত্থগদবা মওংশিংদু য়াম্না শুগাইনা অসুম্না তাক্লি; "থম্মোয়গী ময়ায় থংবা শরুক্তা য়াম্না মরা তপ্পবা ঈশিংগী পাৎ অমা লৈ হায়না লৌ। পাৎ অদুদগী থম্বাল অমা হৌগৎলক্লি হায়না খল্লু। থম্বাল অদুদা মৈরি অমা ঙাল্লি হায়না খল্লু। মৈরি মরক্তুদা সাই বাবা লৈ হায়না খল্লু, য়েংউ। সাই বাবাদু থম্মোয়দা লেঙ্দনা থমউ। শ্বর

হোনবা, খুদিংদা, থম্মোযগী মযায ফাওদুনা বাবাগী নুংশিবা প্রেম অদুনা হোল্লিবনি হায়না খল্লু। মসিগী নুংশিবা প্রেম অসিনা নশা পুম্নমক্কু শিন্থুংনা শন্দোকহল্লু অমসুং অকোযবদা লৈবিবা জিব পুম্নমক্তা পাথোকহল্লু”। অতোপ্পা চিঠি অমদনা মহাক্না পাওতাক পিবি; “নখোযনা হঙউ, ঐনা কবম্না বাবাদা তিনজবা ঙমগনি? ফবে, মাবু অদুম নুংশিদুনা লৈযু। মহাক অসি পৃথিবী পুম্নমক্কি, জগৎ পুম্নমক্কি হাযনা খল্লু। মহাক্কি মশম্না অতিযানি, মশানা পৃথিবীনি অমসুং ঐখোয পুম্নমক্না মদুদা লৈবিবা অপিকপা এতোমশিং অদুনি হাযনা খল্লু। বাবাদি ঈশ্বরনি, অদুগা ঈশ্বরদি পোৎশক খুদিংদা, মীপুম খুদিংদা লৈ; ঐখোয ইশাগী থম্মোয়দা পুম্নমক্কা অমতনি হাযনা খনগদবনি, অদু ওইহবর্দি ঐখোয বাবাগা অমতা ওইবে।” অদুগা ছাত্র অমনা থা খবগী মতুংদা পাওখুম পিবকখি, “ঐহাক উদা, উনাদা অমদি লৈঙোইদা বাবী শাবগুম ফাওই, মবমদি মহাক্তি পুম্নমক অসিদা লৈ।” বাবানা কবিগুম্বা মতমদা ঈশ্বরগী শক্তি অসি মানা মতিক চায খনবা ভক্ত অমদা মশা হেক্ শোক্লগা থাঙদোকই নত্রগা মাগী অনিংবনা ঙমহল্লি। নহা ওইবিবা সাধক অমনা ঐঙোন্দা ইবকখি, “ ... অদুদগীদি, ঐনা খঙলক্ত্রিঙৈদা, মপু অদু যৌথ্রে অদুগা ঐবু খুঁবি অমসুং খুদোনবিনা চপ্তুনা মিৎ অনিগী মযায চপচানা, অহুম শুবা মিৎকি পানফমদ’ থন্বিবে, অমসুং অদুদগীদি ঐহাকসি চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা লৈববগুম তৌখি, মদু পুং মঙাবোমনি।”

অতোপ্পা সাধকশিংদনা মখোযগী মমঙদা লমজিংবি, মদু মখোযদদি মায মায ওনশিন্নদুনা তম্বিবগা চপ মান্নে। থিবিনগী অনাবদগী ফমুংদা লৈববা সাধক অমা ঐঙোন্দা লাক্তুনা “বিসুদধি” হাযবসি কবি হাযবিবনো হাযনা হংলখি! বাবানা মঙোন্দা মমঙদা মাগী ব্রাখল পুক্লিংদু মফম অদুদা লুপশিন্নবা হাযবম্বা মাল্লি! ঐহাক্না মঙোন্দা চক্রগী মবমদা যাম্না শাংলবা পবা অমা চথবা তাখি। ঐনা বিসুদধিচক্রনা অনাবা ফহনবদা যাম্না কান্নহল্লি হাযবসি খঙখি।

মঙদা হাযবম্বশিং ইশিন্দুনা থমখিবা খবদু ঐনা হাযফেৎ যেংখি অমসুং মসিদা পিবকখিবা ব্রাফমশিংদু বাবানা অতোপ্পা মীযামদা অযুক্-নুংথিলগী মতমদা পিবিবিবা অসিগা কবি অমতা খেৎনদে, চপ্মান্নে হাযবসি ফংখি। মসিদা যেংউ, খুদম ওইনা মনিংতম্বা, নত্রগা অবানখুভম ফংবা হাযবসি ইশা অসিখক্তং মপুং ফাহল্লগা ফংবা ঙমদে, অদুবু মপুং ফাহনবা অমসুং ফাহন্দবা অনিমকসি যৌশাদ্রগা ফংবা ঙমই।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

'ঐ' - হায়বা অকক্লবা শক্তম্ অদুবু থাদোকনিংদ্রবদি নঙগী শক্তি পুম্নমক্ অদু মপূংফাহনবদা নিংথিনা শিজিন্নরো; অদুম্না তৌরবদি মতম হায়বসি খ্বাইদগী ফরবা মওংদা শিজিন্নরগনি। অদুবু মদুমক্লা অরোইবা পান্দমদুদি নত্তে। ঈশ্বরদদি, মপূংফাবা নত্রগা ফাদবা হায়বা ব্রাফমসি লৈতে। ভক্তি লৈতবা (বিভক্তি) হায়বসি তোঙান-তোঙানবা গুণশিং থেংজিন্নবদুনি, মদু ভক্তি নত্তে। অমুক হন্না, ব্রাফম অমগা তাশিঃ "খঙবা পামগনু। খঙনবা হংগনু। খঙনিংবগী ব্রাখললোন্দু থাদোকউ। তুমিন্না লৈবা হায়বসি ব্রারেপ্লা পুরকপা নত্তে! মসিদি মতম পুম্নমক্তা অদুম লৈজরবনি। তুমিন্না লৈবা হায়বসিদি অশেংবা ঈশ্বরদুনা লোইবা নাইদনা নঙোন্দা অমসুং সংসার অসিদা চেনশিল্লিবা ঈচেল অদুনি।

মিত্তা য়াম্না তশেং-তশেংবা, নাকোংদা তাবা য়াম্না নুংঙাইবা অসিগুম্বা মখলগী পাওতাকশিং অসি মীওই কয়ামরুমদা পৃথিবী শিন্থুংনা পিবি। মরমদি, বাবানা মতম পুম্নমক্তা চিংনবা কোকহনবা পামই অমসুং থিরক্লিবা মী অদুগী থম্মোয়দা থাজবগী মরু থাবা পামই। মাগী পাওতাক ফংনবগীদমক্তা, সমুদ্র ব্রাংমদা ওইরবসু, পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা, নহাক করিগুম্বা মখলগী অখন্নবা মীশক্ ওইরুবগী দরকার লৈতে নত্রগা য়াম্না মগুণ লৈবা লাইরিক অমদগী লৌথোকপা ময়ামগা মান্নদবা সাধনা অমদা থোইদোক হেন্দোক্লা হৈথোই-শিংথোইরুবগী দরকার ওইদে। চিংনবা খরদুদা তশেংনা নিংউ। কন্না থব্রাই য়াওনা খুরুমজৌ, নিজৌ। থম্মোয়দগী অথোইবা গুরু অদুবু কৌজৌ; মদুনা অদুম য়ারে। বাবানা অমুক্তং চার্লসপেনদা হংখি, "চার্লস নহাক কযাবক কৌখ্রে! অদুগা খুদিংমক্তা ঐনা পাওখুম্ পিখিদ্রা"?

নোংমদি, চার্লস পেন্না ধ্যান তৌরিঙৈদা য়াম্না চিক্লা বাবাগী ঈচেলদা লুপখি অদুগা বাবাদা হংখি, "নোংপোক্লা নোংপোক্লি অমসুং নোংচুপ্লা নোংচুপ্লি, অদুগা অনি অদু খক উনররোই! করিগীনো অসি হায়রিবসে বাবা? ব্রাফম অসিনা অচুম্বা ওইবা তারবদি, ঐনা করিগীদমক্তা নোংপোক্তা লৈবা নঙ্বু পামলুবনো, থিরুবনো? নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনিগী মরক্তা লৈরিবা ফক্লাং অসিনা কমদৌবা মসিবু কাখৎপা ঙম্লরোইদবা জাংলা?"

বাবানা পাওখুম পিখি, "অঙাং ওইবিঙৈগী অঙনবা শকক্তগী, পুক্লিং অসি তঙ্খায় অমা চুম্বা ৱাফমশিংনা পিক থন্দুনা লৈ, ৱাখলদদি যাম্না ফজবা মানবা, অদুগা থওইনা শেমজিনবা ৱাফম কযানা থন্দুনা লৈ। অঙাংশিংসি কবিগুম্বা মতমদা অহলশিংদগী তোঙান্না থমই, মদু অহলশিংদা পক্লিবা লৌনগনবা লায়নাশিং অদুদগী ঙাকথোক্লবনি; ঐনা আশা তৌই মদুদি মখোয অহলশিংদগী তোঙান্না থম্বীবদু ঐগী ইশুংলাংগীদমক্তনি, মখোয়না ঐবু হেন্না নিংথিনা খঙ্জবা ঙম্লনবনি! নুমিৎনা নোংপোক নত্রগা নোংচুপ্ মশক খঙ্দে। মীওৎ-মীনৈ পাম্বশিংনা মীগী পুক্লিংদা লৈবা অচাকপা মৈ অদু খক ইংথহন্নিংদে; মখোযনা মদু হুমাই লুমদুনা হেন্না-হেন্না শাহনবা পামই অমসুং নোংপোক, নোংচুপ্ খাযদোক্তুনা অমগা অমগা খৎনহন্দুনা নাপল অমসুং শেন্দোং ফংবা পামই। মীপুম খুদিংনা অসিগুম্বা অচুম্বা যাওদ্রবা থববশিং অসিগী মাযোক্তা অচুম্বগী পাম্বৈনা লাম্থেংনগদবনি, লান্নখনবশিং অসি অচুম্বা ৱাফম্না, তুক্কচববু নুংশিবনা, অশাওববু ভাবতাবনা। মীনা মশাদসু অসিগুম্বা পোৎশিং অসিনা লাম্থেংনগদবনি। শাওগৎলক্লবা মতমদা ইংথৌ; অকিবা অমসুং চিংনবা লৈববা মতমদা, ঐঙোন্দা হাযজৌ, খুকমজৌ। ঐগী অচৌবা শক্তি অসিগা চানহল্লু, মদু ঐনা শ্বর্গদা থল্লিবা নুমিৎকি শক্তিগা চাংদম্লবদা অঙাংমচা অমগী শ্ববগা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎকা চাংদম্লবগুম্বনি। চানহল্লু, চার্লস, মসিগী যাম্না নুংঙাইহল্লিবা, মেংলবা নামিবা নুংশিৎ নঙনা হৌজিক্ ফংজবিবা।"

বাবাগী মনাক্তা লমজিং অমসুং থৌজালগীদমক লাক্লিবা ঈশ্বববু থিজবক্লিবা মযাম অসিগী থম্মোযদা ফাওবক্লিবা অপাম্বা অসি যাম্না অৱাবগী মশক্ ওইববা খৌবাংবা অদুনি, মদু মশাদা পান্দম অমগা লোযননা লম্চাং অসিদা চৎলকপদগী ফাওবকখিবা খৌবাংবা অদুনি, অযাম্বা মীযাম্না পান্দম যাওদনা পংচৎ-চৎনবিবা অসিদগী ফাওবকপা খৌবাংবা নত্তে। নোবমান মাইলবনা ইবি ঃ "মখোযগী মথবাক অমসুং মশা পুম্নমক্তা খঙনিংবগী মৈচাক্লা চাকথেকপগুম তৌই, মসি অযাম্বা মতম পুম্নমক্তনি, মদুদি মখোযনা মশা মনুং অদু পুমহাঙ্ হাঙলবোই খল্লি; থৱাইগী/আত্মাগী মফম অসি অশোকপা অমনা হোগাইখিদুনা অদুম হাঙহন্দুনা লৈখ্রবগুম ফাওই, মশা অসি পুমহো হোবে, লৈতাবা ঙমদ্রে, থম্মোয অসিদা ৱাখল অমতা লৈতাবা ঙমদ্রে হাযনা ৱাজববা কাংবুদুনি।"

নোংচুপকি মী অমনা মখোয়গা লাকমিন্নবশিং খরগী মরমদা ঐঙোন্দা অসুম্না শন্দোক্লা হায় ঃ "Kerry অসি কানাদগী জঙ্গলদা চহি অমা লৌইথাবগুম্ লেনগ্রে অদুগা অতোপ্পা অমনা Aegean Sea দা লৈবা ঈথৎ মচা অমদা লৈরুরে। Janet অদু মীওইবগী ইন্দ্রিশিং অসিনা ওন্বা শক্তিগী ৱাংমদা উবা ওন্বা শক্তি চেনবা, ফনা-নিংথিবা থাক্তা পুক্লিংনা চুমদ্রিং পাও ফাওনবা ওন্বা অদুবু হেক য়ারিবমখৈ মদু মী খঙহন্দনা লোৎশিন্দুনা থল্লকপা, মদু তশেংনা অঙকপগী মশক্ ওইবা পোৎশক্লি ! মখোয়না বাবা উবা মতমদা Janet না লাউরকই, "মহাক্ ঈশ্বরনি; ঐ মদু খঙ্লে।" মাগী মচে অদু নোংচুপকি সভ্যতা অসিদা নারে, হৈনিংদ্রে, অদুনা মহাক অসোমদা লাক্লে। Martin Stamp হায়রিবা চহি ২০ শুদ্রিবা অঙাং অসি Oxford অমসুং Cambridge গী মীওইশিংনা মখোয়গীদা লাইরিক তম্লনবা হায়জবদা য়াখিদ্রে, মরমদি অঙাং অসি মখাগী থাক্তা তন্নিঙৈদগী হৌনা মশাগী চহিগী ৱাংমদা য়াম্না খুমাং চাউশিন্না অঙ্কগী জ্ঞান উৎখ্রবা অঙাংনি; অসিগুম্বা অঙাং অসি ঈশ্বরবু তান্নরি, মদু মশামকসি ঈশ্বরদা তিঞ্জনবগীদমক্তনি। রামন্ হায়বসি যোগগি ওজা অমা ওইবমই, মহাক্না নোংপোক্কি পাও অসি আমেরিকাগী জেলশিংদা পুখি। মহাক্না জেলদা লৈরিবা মাগী ছাত্রশিংদগী চিঠি কয়া ফংখি।"

ইন্দ্রদেবিনা মাগী যোগগী ক্লাস পুম্নমকসি বাবাগী পাওতাক অমসুং মতিক-মগুণগী মরমদা মরুওইনা চথবগুম্না, রামন্সু অসিগুম্বা মতম খরগী ওইনা জুত চাদ্রবা মীওইশিং অসিদা মাগী যোগগি পারাশিং অদুগা লোয়ননা বাবাগী মরমদা তম্বিখি। মখোয়গী মরক্তা Steve Vin কৌবা অমনা তৌবিমল খঙ্বা উৎপা ওইনা Lomfoc তগী ইরকখি, "মফম অসিগী ঈচেল, ৱাখল্লোন্ অসি য়াম্না ফত্তবগুম তৌই। ঐহাক অমসুং মসিদা লৈরিবা ময়াম অসিবুদি য়াম্না অকনবা, ঐখোয়বু ফহন্নিংবা লুচিংবা অমগী মতেং য়াওদ্রবদি ঐখোয় ঈচেল্ অদুদা য়ৌবা ঙম্ফাৎলবোই অদুনা ঐখোয় মদুগীদমক্ নিজরি, খুরুমজরি। ঐনা থোরক্লবা মতমদা, য়াম্না কন্না হোৎনদুনা ইশা অসি থকশি-খাশি নায়হন্নবা হোৎনজরগনি অমসুং ইশা মশক খঙনবা মায়কৈদা থবক তৌজরগনি। ঐখোয়না মসিদা ফহল্লগে খন্না হিংলিবা মওং অসিদা সাই বাবানা ঐখোয়বু নোক্লরম্বা য়াই হায়না ঐনা খল্লি অমসুং মহাক্না ঐখোয়বু লমজিংবিনবা খৌরাংনা ঙাইরি হায়না খল্লি। ঐহাক

তশেংনা আশা তৌজবি অমসুং নিজবি মদুদি, যাম্না থুনা সাই বাবা উনবা ঙমজবগনি অমসুং পুন্সি হায়বসি কবিনো হায়বদু মাগী আশীর্ব্বাদ ফংলবা খুযা থম্বাল মখাদা তমজবা ঙম্লগনি! ঐ ইশানা ভাব তাজবে মদুদি সংসাবগী ওইবা মশেন-মবাংবা ব্রাখল মযাম অসিদগী তশেং-তশেংলবা সমাধিগী অমসুং ঈশ্বরগী মঙাল অদোমদা মহাক্না ঐবু পুবিগনি। ঐনা পুং কযা সাই বাবাগী ফোটো অসি যেংলগা লেঞ্জবি, মদু তশেংনা ঐবু ফাজিন্দুনা বন্দি ওইনা থম্লিবা সংসাবগী ব্রাখল, অপাম্বা অমসুং ইন্দ্রিশিংগী অপাম্বশিং অসিদগী থাদোকপিনবনি।

বাবানা মহাক লাক্লে হায়বসি খুদম অমসুং অঙকপা কযানা পৃথিবী শিন্দুংনা লাউথোক্লি। পেন্না ব্রাংলবা অতিযা মথক্তা মাগী পেট্রোল তেঙকিদা খঙবা ঙমদ্রবা সমস্যা অমা থেংনববা মতমদা, বাবানা মাগী ড্রাইভবগী মনাক্তা থোবকখি অমসুং অশোযবা লৈবিবা মফম অদু শেম্নবা পাওতাক্তা লোযননা তাকখি! মেকসিকোগী Tecate হাযবিবা মফম অদুদা লৈবা চুনচুমাগী চাউববা ষনজাবুং অদুদা অকিবগী মশক ওইববা মৈ অমা চাক্লকখি; মযম অদুদা ইন্দ্রদেবীগী 'সাই-নিলযম' কৌবা যোগ তম্বিনবা ইনস্তিত্যুট অমা লৈ, মানা মাগী শঙ্ অদু মৈনা চাক্কদৌববদা বাবাদা কনবিনবা হাযজবকখি। মানা হাযজবকপদু বাবানা যাবিখি অমসুং অকনবা মৈ অদু মানা লাকখিবা মাযকৈদা খুদক্তা, মিকুপ্তা হনখি অমসুং মী অমসুং লনথুম পুম্নমক কনবিখি। কোব্রান মপু মনাযদু নিঙ্বা কাযখি, মবমদি, মখোযনা ভাবত্তা লৈবিঙৈদা বাবাগী অমনবা ফোটো অমা ফংবা ঙমখিদবগীনি। মদুগী মথক্তা ধর্মক্ষেত্রদা লৈবিবা ঘবি অদুগী নমুনা অমা যাওবি, পান্বোমর্শিং অদু আধ্যাত্মিক্কি নিযম অমদগী নিযম অমদা "১২" যৌদ্রিফাওবা চৎলি, মদুসু বাবাগী চবন্দা "পুবা চঙজবা" অদু উৎলগনি। ফোটো নম্বা নুপা অমনা চুম্না হেক নমখিবদা বাবাগী ফোটো অদু ঘবি অসিগা লোযননা ফংখবনি, মদু বাবানা বেদজ থেৎপগুম মানখিবনি। মদুগী মওং অদুগী অর্থ কবিনো হংবা মতমদা বাবানা হাযখি, মদুনা হাযবিবদি "ঘবি অসিদা উৎলিবা থাকশিং অসিবু নিংথিনা পাঙথোকপা ঙম্লবা সাধক্ অদু ঐনা ঐগী থম্মোযদা যাম্না নুংশিনা থমগনি!" মখোযনা তশেং-তশেংনা নিঙ্বা কাযববদুদা নুংশিবিবদুনা, বাবানা মখোযগী কালিফোর্নিযাদা লৈবা Santa Ana গী যুম অদুগী কা মনুংদা লৈবা ঘবি অদুগী মখাদা ফোটো অমা থম্বিখি। কোব্রান মপু মনাযনা মদু খঙদ্রবদা,

মখোযগী কাদা লৈবিবা ঘবি অদুনা ফক্লাংদা বাং হাযনা যৈবক্তুনা খুদোল অদুদা মখোযগী মপুক্লিং চিংশিনখি, মদু কুইনা লৌবিদনা ঘবি অদুগী মখাদা লৈবক্লবনি; মখোযগী লাইখুকম্ফমদা লৈবিবা বাবাগী পিকচব অদুদা বিভূতি থোবক্লবা নিজখি; মদুগী মহুত্তা পিকচব অদুগী মথক্তা মঙাল্ নিপাল্ কাপথোকপা star saphire অমা, মথন্নতা শেল্লকখি; মদু যেংবদা বাবাদু সনাগী লিক্লাং অমা মণি অদুনা খনাও ময়ায়দা য়াম্ভুনা লৈবগা শিবা মাল্লি' ইন্দ্রদেবীদনা, মণি-মুক্তাগী লিক্লাং অমা শেম্বিখি, মদু তঙাই ফদ্রবা মতমদা, খুকমজবগা অনাবা লাযেংবা যাগনি হাযবগী থাজবসু পিখি। বাবানা মঙোন্দা বিভূতিগী লিক্লি অচৌবা অমসু পিবিখি, মদু অনাবা ফহন্নবা হিদাক ওইনা শিজিন্নবনি অমসুং বাবানা লিক্লি অদু লোযবা নাযবনু হাযনা আশীর্ব্বাদসু পিবিখি। অসুম্না, অনাবা ফহল্লিবশিংসিনা, থম্মোয শেংদোকলিবসিনা, লমচৎ শেমদোক্লিবসিনা, সাজৎ ফগৎহনবসিনা, দ্রগতা লাযচুববদগী কনবিবসিনা, জপ অমসুং ধ্যানগী নিযম্না পুক্লিংগী শান্তি ফংলকপসিনা অমসুং ঈশ্ববগী থৌজালগী অতৈ থবকশিং চথবকই মিনিট খুদিংগী, খ্বাইদগী পিকপদগী খ্বাইদগী যাম্বা মওংদা চথবক্লি; মবমদি সাধক পুম্নমক্ খ্বাইদগী অথোইবা নুংঙাইবা অদুদা থাঙ্গৎপিবগে হাযনা বাবানা পুক্লিং লেপখ্রে।

বাবাগী থৌজাল ফংখ্রবশিংগী মনুংদা অমা ওইবিবা Jerry না বাবাগী পাওতাক অমসুং লমজিংবু ইঙ্গখিবদগী ফংলকখিবা অহানবা মহৈ অদুগা লোযননা মসিগী থম্মোয়দগী হৈথবকপা ভক্তিগী ঈচেল অসি লোযশিল্লগে।

"ঐহাক হৌজিক সাই বাবাগা লৈমিন্নবকপসি চহি অমা ফাবে। হাযবিবা মতম অসিগী মনুংদা, মহাকপু থাজদবা কযানা লাযনা লাইথুং থুংবা অমসুং নুংঙাইতবা কযা মঙোন্দা লাকখিবসি উবে। মখোযনা মঙোন্দগী চৎখিবা মতমদা, হেন্না থাজনা, নুংঙাইনা, হবাওনা অমসুং পুক্লিং শান্তি লৈনা চৎখি। ঐগীদমক্তদি, বাবানা মাগী মিবাকলশিংদু তৌবিখ্রে। ঐনা কুইথনা লৈবিবমখৈ, মিংশেল অমদা মাযোক্লবগুম্ ঐগী অব্বাবশিংদু (Samskar) মাযোক্লে। অবেম্বনি, কান্নদ্রবনি, ওইদবনি হাযনা মখোয়না ঐঙোন্দা যৈবৈ। পুক্লিংদা লৈবম্বা মমিশিং অদু কবি অমতা ঙমজদ্রবা ওইনা সুম-সুম খুইথখি, ময়েং তাখি, অহানবদনা খ্বাইদগী নৌবশিংদু, অদুদগী মথং-মথং সুম চৎখিবনা যাম্না অঙাং ওইবিঙৈ মতম

ফাওবদুগী। অদুদগী মখোয়না লোয়রমদাইদা, য়াম্না শাংনা হৌজিক হায়বসিগী মনুংদা লৈবা লেঙদ্রবা নুংঙাইবা অমদা হিংনবা চঙ্বগী তাংকক্ অমা লৈ। মশিং লাকঙমদ্রবা ফত্রবা থবক কয়া তৌনিংবগী শক্তিশিং অদুগা লোয়ননা বাবানা মদ্ অদু চাকথেকহল্লি। বাবাগী মনাক্তা লৈজবসিনা, লৈরিবা হৌজিক হায়বসিমক্ নুংশিবগী চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবা অদুদা লৈবগুম্ ফাওহল্লি, মতম-অসিদা পুক্লিং অসি মপুং ফানা পোথারে, হৌখ্রবা অমসুং লাক্কদবা মতমগী ব্রাখল অমতা লৈত্রে। পুক্লিংগী ফিজং অসিদা লাক্লিবা মমি হায়ববু ঈশ্বর খক্তগীনি নত্রগা পুম্নমক্কি মফমদা চায়থোরকপা নুংশিবা প্রেম অমসুং শান্তি অদুতনি। ঐখোয়না খজিক্তং হোৎনরবদি, ঐখোয়না পুক্লিং অসি ইংথহনবা ঙমই অমসুং ঐখোয়গী কপ্ অদু হাঙ্হনবা ঙমই, মদু বাবানা মাগী থৌজালগী অমৃত অদু হৈজিনবিনবনি!”📖



ভগবান বাবাগী ফোটো নত্রগা ইসু খ্রাইসকী চহি ২৮/২৯গী শক্তম ওইনা তারমই।

# শির্দিগী খোঙ্‌শিং
## (The Shirdi Feet)

ঈশ্বরগী অহিং হায়বদি মহাসিবরাত্রিগী অহিংদা ভজন অদু লেপ্পা লৈতনা চত্থরমই। মথংগী অয়ুক্তা বাবানা চরা হেন্দুনা অহিং মিংশেল খাঙখিবা অমসুং ভজনগী মমল অমসুং কান্নবগী মবমদা ৱা ঙাঙখি। অদুদগীদি মহাক মশামক্তা শেংদোক্লবা চানবা চিঞ্জাক অদু চরা ৱান্নবা য়েঙ্থোকপিখি। অয়ুক ওইরকপদুনা কুম্মৈ অদু লোয়শিনবগী খুদম্নি। অদুবু, মী লিশিং কুনমঙাগী মীয়াম অদু থুনা হেক্‌ কায়নদে, মদু মখোয়না থম্বাল মানবা খোঙ্‌ অদু শোক্লবগী খুদোংচাবা তাঞ্জা ঙাইবননি অমসুং অদুগুম্বা শেংলবা নুমিৎ অদুদা য়াম্না ঙকপা মওংদা অভিষেক্কিদমক্‌ শেমখ্রবা শেংলবা উৎ-বিভুতি অদু শরুক খরদং ফংনিংবদগীনি।

মবম অদুনা, বাবানা খোইরপ তৌনা ফল্লিবা নুপা, নুপী মযামদুগী মবক্তা য়াম্না তপ্পা, মোমোন মিনোক্কা লোয়ননা চৎলি, লোয়ননা খুঁদিংমক্তা বিভুতি পেকেৎ অমা-অনি পির্বিখি। মরক-মবক্তা মাগী পিকচবদা ৱাহৈ অমা অনি ইবি, মদু থৱাই য়াওবা সাধকশিংনা থৌজাল অদু ফংজনবা লেপখৎলক্লবা মতমদনি। ভক্তশিংনা ময়ুমদা পুনিংবা বিভুতি ময়োম অচৌবদা মখুৎনা শোকপি, মদু খুৎনা শোকখিবদুনা অনাবা ফহন্নবগী শক্তি হাপ্পিখ্রবনি; মহাক্না তরাম্না ওকপগী ৱাহৈ 'পেল্লে', 'ফরে', নত্রগা "য়াম্না নুংঙাইরে" হায়বনচিংবা হায়বিখি, মদু মশা উজবগী, মশা শোকচবা ফংবগী, মানা ঙাওবা তাজবা ফংবগী পেল্লদুনা মখোয় চৎচখিবা য়ানবনি।

অয়াম্বনা যাম্না শাংনা চেল্লকপা, মখোয়না লোন খঙদবা ষ্টেট অমদা চেনশিনখিবা মী য়ামনা চিন্না তোংবা ত্রেন্দা হনখি অমসুং খরচসু য়াম্না তিংনখি অদুগা মশাসু য়াম্না অৱাবা নঙ্‌খি। অদুবু পুম্নমক অসিগী মথক্তা, অকনবা নুংশাগী

মৈশা, অইংবগী চৈনা, অহাংবা লল্মাংদা লৈবগী অমদি উগী উকমদা লৈবগী পুত্তপার্তিদা খাঙখিবা মযামদো বাবানা মখোযদা হেক্ যেংবিবকপা মতমদা নত্রগা নোক্লকপা মতমদা নত্রগা পোপ্ লাওনা থাবিবা মতমদা নত্রগা চানবা মমল যাম্লবা মতুম অমতং পীবিবদা নত্রগা যাম্না মিতাবিবা বিভূতি খজিক্তং পীবিবা মতমদা, হেক্তা কাওথোকখি নত্রগা হেন্নদুম্ নুংঙাইখি।

বাবানা মখোযবু লন্নায ব্রাবীগীদমক্ কৌশিনবিবক্কনি খন্দুনা খব অমনা লৈথহৌবি। কবিগুম্বা খুদোংচাবা তাঞ্জা অমদা বাবানা নাইতোম উননবা কৌশিল্লকপা তাঞ্জা ঙাইবা ওইনা নিলযমদুগী মমাংদা পবেং-ওইনা মমায ওনশিন্নদুনা, ফমদুনা নুমিৎচুপ্পা মতম লেপ্লি।

বাবাসি মীগীদমক্তা যাম্না খনবা মীশক্লি। মহাক্লা মতেং পাংনবা থবক্তা অতৈ থবক্তগী হেন্না মতম শিজিন্নৈ। অহানবদা মহাক্লা খব শাথিনা নাববশিং খল্লি মখোঙ মখুৎ শিথববশিং, পোলিওনা নাববশিং, হকচাংগী তাংদা নাববর্শিং, চৌকিদা ফল্লিবশিং, চাকা পানবা গাডিদা ফল্লিবশিং, চৈনা শৌবগা চৎপাশিং, মখোঙ্-মখুৎ অশাবা শিজিন্নবশিং, প্লাস্তব অমসুং বেন্দেজ যেৎপশিং অমসুং অবিবা অনাবশিং; মহাক্লা অহল ওইববশিং, মমিৎ উদবশিং, শোযনাযববশিং, পুক্লিং শোযনাইববা কাংবুশিংবুসু খল্লি। অসুম্না তৌবসিদা নুমিৎ নিনি নত্রগা হুম্নিদি চঙই, মবম অদুনা, নোংমা নুমিদাংব্রাইবম অমদা বাবানা লাওথোকখি মদুদি মাগী মাগী মফমশিংদা - ওফিস্তা নত্রগা ফেক্তবিদা নএগা ললোন-ইতিক্কি মফমদা নত্রগা লবুক্তা অথুবা থবক লৈববদি মাগী অমুক যাথং ঙাইকবগী দবকাব লৈত্রে, লাউথোক্লিবা অসিমক্লা আশীর্ব্বাদকা লোযনববা চৎখিনবা যাথংনি হাযনা লৌবা যাবে। মহাক্লা মখোয খুদিংমক্কা মযুমদা হনবদা যাওবা মবম্না অমসুং লৈহৌবিবা খুদিংমক্কা লৈমিন্নহৌবা মবম্না অমদি ফাবম নত্রগা ফেক্তবিদা থবক্ শুবিবা খুদিংমক্কা শুমিন্নবা মবম্না, মখোয চৎলে হায়না খনবগী মথৌ তাদে নত্রগা বাবানা মখোযগী মনাক্তা লৈত্রে হাযনা খনবগী দবকাব লৈত্রে।

লাউথোকখ্রিবা অসিনা মযাম অমবু হলহনখি; অদুগা মযাম অমদি ঙাইহৌবি। "মখোয পুম্নমক ঐগী মী ঙাক্তনি; ঐগী মবী মতানি, ঐগীদমক লাক্লিবনি", বাবানা হাযবিবিবনি। অযুক ঙস্তাদগীনা অহিং যাম্না থেংলবা ফাওবদা নুমিৎ ১০/১২

নিদি মখোয় লায়েংদুনা, থেমজিনবিদুনা, পাওতাক্ পিবিদুনা, লনাই্ ওইনা, ইমুংগী ওইনা, কাংলুপ ওইনা, খুঙ্গং খুদিংগী, সহর খুদিংগী, ষ্টেট খুদিংগী হোৎনবিখি; মদু মীয়াম অদু খর-খর ব্রাখল নুংঙাইনা, আশা চাউনা, থৌনা লৈনা, নুংঙাইনা, থাজনা অমসুং হেন্না পুক্লিং চেৎশিন্না হন্নখিনবনি।

অসুম্না লাকখিবশিংদু চয়োল অমরোমগী মতুংদদি মশিং হন্থখ্রে, অদুনা বাবানা মখোয় পুন্নমক্তা আশীর্ব্বাদ পিরম্লগা বৃন্দাবন্দা লেঙ্খি, হব্রাইত-ফিলদা লৈবনি, বঙ্গলোরদগী মাইল ১২ লাপই্।

মার্চ অমসুং এপ্রিলগী কালেন্ থা অসি বাবানা মফম অদুদা লৈ, মদু ভক্তশিংনা পুত্তপার্তিগী চাকথেক্লবা মৈশা অদু নঙদনবগীনি। বৃন্দাবন্ অসিদি অইংবা, নুংঙাইরবা লৈকোন অমনি, মতায় অমরোমদা য়াম্না চীংলেম্লবা, মনুংদা চংফম থোং পানবা বঙ্গলো অম লৈ। মফম অদুদসু ভক্তশিং পুল্লি অদুগা চাউনা উরুম লাংবা মফমদা ভজন ঈশৈ শকই্। বাবানা বঙ্গলোদগী থোবকই্ - মদু তশেংনমক য়াম্না শুদ্ধাৎনিংঙাইগী মশক্লি, ভক্তশিংনা মপান্দা য়াম্না কুইনা ঙাইরে হায়না মানা খঙ্লবা মতমদা থোরক্লিবনি অদুগা পরেং-পরেং লৈরিবা, মাবু নিংজরিবা, মাগীদমক লাংতক্লজরিবা, য়াম্না থৌজালগীদমক্ খৌরাংজরিবা ময়াম অদুগী মরক্তা য়াম্না তপ্না চৎলি। মহাক্না পুন্নমক্তা মঙ্গল অমসুং নুংঙাইবা পিনবি। মফম অসিদসু, নোংঙানবদগীনা য়াচংবা ফাওবা মাগী মতম অমসুং শক্তি অসি মশাফনবগীদমক, নুংঙাইনবগীদমক অমসুং মপুং ফানা আধ্যাত্মিক্কি লমজিংবিনবগীদমক লাক্লিবা ময়াম অদুদা পিবি।

শোক ১৯৬৮ গী মেগী তাং ১২দা বোম্বেদা ধর্ম ক্ষেত্র লিংখৎখি। মসি সনাতন্ ধর্মগী অমদি মাগী মচা-মশুশিং - বুদধ-ধর্ম, জৈন্-ধর্ম, ইসলাম্, - ধর্ম, জোরোস্তর ধর্ম অমসুং খৃষ্টিয়ান ধর্মবু ব্যবহার তৌবা মরুওইবা মফম্নি, অদুগা হায়রিবা ধর্মশিং অসিগী তুংইনবশিংনা য়াম্না নুংশিননা, মরুপ্-মপাং ওইনা লৈবা মফম্নি। মসিনা বোম্বেদা লৈবা ভক্তশিংগী নুংঙাইজনবগী মফম অমসু ওইরে, মরমদি বাবানা চহি খুদিংগী মে থাগী অনিশুবা চয়োলদা মফম অসিদা চৎপননি, মতম অসিদা সহর অসিনা য়াম্না ইতিহাসিক ওইবা পালন্ অমা পাঙ্থোকই্, মদুদা আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিন্নবা আশীর্ব্বাদকা লোয়নরবা পাওতাক পীবি।

বাবানা বোম্বেদা মেগী তাং ৩দা থুংখি অমসুং তাং ১২ ফাওবদি মহাক্ অসি পুন্নমক্কি মিতাফম্লি, পুন্নমক্কি পুক্নিং লুপশিনফম্লি, যুম লিশিং কযাদা ৱাবী শানফম্লি। অযুক অমসুং নুংথিল অনিমক্তা চৎথবিবা ভজন ঈশৈ অদু মীওই লিশিং-লিশিংগী পুক্নিং থুক্-থুক্ লাওনিংঙাইনি। বাবানা ওজা কযা, প্রিন্সিপাল কযাগা নোংমা নুমিদাংৱাই অমদা উনৈ অদুগা অতোপ্পা নুমিদাংৱাই অমদনা বোতবি অমসুং লাইওন্ ক্লবকি মেম্বরশিং উনৈ অদুগা অতোপ্পা অমদনা সাধক মযামগা উনৈ।

সাধকশিংদদি বোজাবি হাযবদি লিক অদু কবম্না পাযগনি, কবম্না মরু-মরুদু ইনগনি; মশিং ১০৮ অদুগী কান্নবা, অর্থ কবিনো, সোহম্ কবম্না শোনগনি অমসুং মখল-মথেল উবিবা সংসাব অসিদা নুংদা লোযনবিবা অশেংবা অদুগী মবমদা ৱা ঙাঙখি। বোতাবিযানশিংদদি আমেবিকাগী কলচব মতৌ তম্বসি যাম্না নোকনিংবগী মশক্কি হাযনা ঙাঙখি, অবাবা অসিগী ফত্তবা ফলদু ভাবত্তা যাম্না যাঙনা শন্দোবক্লি, মমল যাওদ্রবা চৎনবিদুদা যাম্না মমল লৈনা, শন্দোবক্লি। মহাক্না হাযখি, "মীওই খবদি আমেবিকাগী নাকোংনা তাবে, আমেবিকাগী মিৎনা যেংলে, আমেবিকাগী মাথানা খল্লে, মদু মখোয মশানা মশাদা পুশিঞ্জবনি"। ইতিহাস, হৱা নুংশিৎ, মনা মশিং, লোন, যুমলোন্নবগী নাৎ, মীতোপকি শাফু অমসুং যেক্লবশিং পুন্নমক্ পঙনিং নিংবনা অমদি মতৌ তম্বনা লনাযগী অমদি সমাজগী শান্তি মাঙলকই হাযনা মহাক্না চেকশিন ৱা হাযখি। ওজাশিংদনা, মুণি-ঋষিশিংনা শান্তি, চাউখৎপা অমসুং অপেনবা পিননবা শাবিবম্বা চাউববা, মবাংকাযবা ধর্ম হাযবা যুম অদুগী মবমদা ৱা ঙাঙখি। মহাক্না মখোযদা ধর্মগী তঙাইফদবা নিযমশিং অদু নৈনবগা মশা-মশাদা, মশাগী পুক্নিংদা শিজিন্নবা হাযবিখি। "ওজা অমা হাযবসিদি সংসাবগী মিহৌবসি থাদোক্লগা, ঈশ্ববদা হেন্না থাজবগী ৱাখলনা মপুং ওইবগা নুংঙাইনা অমসুং হবাওনা লৈবগী খুদম ওইগদবনি। মদুখক্তনা মহাক অদু শিনফম অদুগী মতিক চাববা মী অমনি", মহাক্না হাযখি।

ধর্মক্ষেত্র অসি চেক অমসুং বিলামাতিনা শাবা জ্ঞানগী-ঈচেলনি, জ্ঞানবাহিনিনি। সত্যদ্বীপ অমসুং লাইখুকন্ফম হোল অদুগী চঙ্‌ফম্ খোঙ্‌দু যাম্না লংলবা পিথ্রাইনা ধর্ম খুদিংগী শেংলবা সিমবোলনা হক্লি ঃ প্রানবা, ক্রোস, থা

মচেৎ অমসুং থৱান্মিচাক্, মোইবুং, চক্র, মৈবি, লাইগী ওইবা মযেক শ্রী অমসুং ঈশিং থক্লবা অচৌবা কপ্ অমা। মদুনা তাক্লি, "ধর্ম খুদিংমকসি অচুম্বগী লম্বীবু ঙাক্লহনবা থাংমৈনি; ধর্ম খুদিংমক্লা অচুম্বগী, অফবগী লমবীদা চৎলি," মদুগী পাওজেল অদুনা মীওইববু মফম অসিদা তবাম্লা ওক্লি। নঙনা হেক চঙবমক্তদা, নঙগা মাযোক্লনা থাংমৈ অমা ঙাল্লি, মদু মীনা তত্তনা শোঞ্জবিবা "অমম্বদগী অঙানবদা লমজিংবিয়ু" হায়বদুগী পাওখুম্নি। থাংমৈ অদুগী নাকল অনিমক্তা ফক্লাংদা যেক্তুনা ভক্তিগী খুৎনা ৱাংনা থাঙ্গৎলিবা, মচাক মঙাগী খুদম, জগৎ অসিবু শেমখ্রিবা মচাকশিং, ব্রাহমনবু শেম শাখ্রিবা খ্বাইদগী অহানবা মচাকশিং। ইন্দ্রি মঙাসিনা খঙবা ঙম্লিবা, মনম্, মহাও, মওং, শোকপা অমসুং খোঞ্জেলগা লোযনবিবা পৃথিবী, ঈশিং, ইন্দ্রি মবিনা খঙ্বা ঙম্লিবা, মনমদি লৈতবা; মৈ-ইন্দ্রি অহুম্না খঙবা ঙম্লিবা, মহাও যাওদবা, নুংশিৎ, ইন্দ্রি অনিনা খঙ্বা ঙম্লিবা, মওং লৈতবা; অহাংবা নত্রগা অতিযা, ইন্দ্রি অমখক্তনা খঙবা ঙম্লিবা- খোঞ্জেল খক্তা লৈবা। নাকল্ অমবোমদনা, সত্য, ধর্ম, শান্তি, প্রেম অমসুং অহিংশা, জ্ঞানমুদ্র, থাওমৈ, থম্বাল্, থা লাই খুকুম্বগী লোম্নবা খুবাক্শিংগী সিম্বোলশিং লৈবি। লাই খুকুম্ফম হোলদনা, অঙম্বা কাখৎফম লম্বী তংখাযদা, বাবানা আত্মা বামাযন অমসুং আত্মা-মহাভাবত যেকহল্লি, মদু ইশা মশক খঙজনবগী সাধনাদা তঙাইফদনা চংলিবা খোঙথাংশিং অদু অবিবা লাইবিকশিং অসিদগী নৌনা অর্থ হন্দোক্লগা উৎলিবনি।

মবম অদুনা, মাগী শঙ্গাখিবা চহি অমা ফাবকপগী পাওজেলদু বিলদিং অদুনা মীয়ামদা খঙহল্লিবা ৱাফমদা ওইখি: "মীওইবগী হকচাং অসিনা ক্ষেত্রনি-লৌফম্নি; মসি ধর্মক্ষেত্র ওইনা ওন্থোকহনগদবনি। হকচাং অদুগী মপুনা অপাম্বা, পুক্নিংগী অকনবা ঈহুল্ ফত্তবদা ইনসিনবা, মাঙ-তাক্লবদা থৌজিনবা, ইনসিনবা ৱাখলশিং অসি থাদোক্লবদি হকচাং অদু ধর্মক্ষেত্র ওইবে।"

তাং ১৫দা বাবানা, গুজবাৎকি খ্বাইদগী চাউবা সহর ওইবিবা অহমেদবাদ-তা পাইখি; গুজবাৎ ষ্টেটকি হায কোর্টকি চিফ-জস্তিসনা বাবাবু ওকপগী থৌরম অমা শিনখি, মদুদা গোভর্নর, চিফ-মিনিস্তর অমসুং অতৈ মিনিস্তিরশিং লাকখি; মখোযনা বাবাগী জগৎ শিন্থুংনা যেংলিবা মিৎযেং অদুগী মবমদা খঙনবা তাঞ্জা ফংখি অমসুং ধর্ম পুম্নমকসি অমতনি হাযবা ৱাফমদা অকনবা শাফু পিখিবদু খঙ্নবা

তাঞ্জা ফংখি। নুমিদাংব্রাইদা চাউরবা মিতিন অমদা বাবানা পুং অমা হেন্না ব্রা ঙাঙখি। "যোগ অমসুং থাদোকপা হায়বসি আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিন্নবগীদমক্ য়াম্না মরু ওইবা খুৎলায় অনীনি। থাদোকপনা, পোৎশক্কি ওইবা সংসার অসিদা থুবগী অব্রাবা খুদোংথিবা অদুদগী নাম্থোকপা ঙম্লে; যোগনা হায়বদি নশা খুদুম চনবনা জগৎ অসিদা য়াওদুনা লৈজরবা ঈশ্বরগী নিতিদা পামশিনবা, অচুম্বদা, ফজবদা অমসুং অফবদা পামশিনবদু ঙমজার", মহাক্না হায়খি। "নখোয়না চথরিবা সাধনা অদুদা মায় পাক্লবা ঐনা নখোয়দা আশীর্ব্বাদ পিরি, নখোয়না হৌজিক করি অমতা শাজেন তৌদ্রিবা ওইরগনা, ঐনা পাওতাক পিরিবসিনি, য়াম্না চম্বা, অহানবা থাক্কি ওইবা মিংখৈরোল শোনবগী থবকসি পায়খৎলু, মমিং অদু শোল্লদুনা নত্রগা ঈশৈ ওইনা শকতুনা অদুগা নমা-নপাদা, ওজাদা, নথকথোংবদা ব্যবহার তৌ; লায়রবদা, অনাবদা, কনা লৈজদ্রবদা, অব্রাবা তারবদা, অমসুং শোয়নায়রবদা সেবা তৌ। ঈশ্বরনা, অদুম্না শক ওন্থোক্লগা লাক্লবনি; মদু নঙনা মহাক্কি খুয়াদা কৎলিবা প্রেম অদু লৌবা লাক্লবনি হায়না খন্দুনা খুদিংমক্তুদা য়াওরিবা ঈশ্বরবু য়েংউ", বাবানা লাউথোকখি। হান্ননা খুঙ্গং খুদিংদা, সহর খুদিংদা সাই ভজনগী অথুম্বা অমসুং অশেংবদু খোন্থাং য়ৈদুনা লৈরবা গুজরাত্তু বাবাগী খোঙ্‌চৎ অদুনা অমুক্কা হেন্না চাউনা খুমাং চাউশিনখি।

জুনগী তাং ১৪দা, লৌউবগী মন্ত্রি শ্রী পি: কে: সরন্তকী য়ুমদা, মহারাস্ত্র শাখাগী প্রশান্তি বিদ্বান মহাসভাগী মেম্বরশিংনা সাধনাগী অমসুং নৈনরকপগী হিরমদা লৈরিবা চিংনবা ময়ামদু বাবাদগী কোক্লবা ফম্বা মীফম অমদা গুজরাতিদা ফোংবা চেফোং 'নব-কাল'-গী ইদিটরসু য়াওখি। মতম অদুদা মাগী চেফোংদা বাবাগী মিরাকল ময়াম অদু পরেং অমা ফোঙখি অমসুং মহাক্না বাবাদা মদুগী মরমদা হংবা পামখি অমসুং পাওখুম অদু ফোঙবা পামখি। বাবানা য়াম্না থৌজাল হৈবগা লোয়ননা য়াবিখি অমসুং বাবাগী পাওখুম্না হেন্না পুক্নিং থৌগৎপিখি; "নহাক্কি ব্রাহংশিং অদু করিনা হংহনবনো হায়বসি ঐহাক খঙই," মহাক্না নোক্না-নোক্না হায়খি, মদুনা মহাক মখা তাদনা তুমিন্না লৈখি।

ঐখোয়না ইদিটরদা, শ্রী পি: কে: সবন্ত-তা, অদক্ষ শ্রী তি: এস: ভরদে-দা অমসুং মিটিং অদুদা য়াওখিবা অতৈশিংদা থাগৎফম থোকই, মরমদি মখোয়না

য়াম্না মরমচাবা ব্রাহং হংদুনা বাবাদগী চপচাবা অশেংবা পাওখুম ফংদুনা মিরাকল হায়রিবসি করিনো হায়বদু নৈনবা ঙম্নবনি। মপুংফাদ্রিবা সাধকশিং অমসুং তৌশিন্নবা লম্বোইবশিংনা হায় মদুদি মিরাকল হায়বসি ঈশ্বরবু মাঙ্‌থোকপনি অদুনা মসিনা ঈশ্বরবু শাওহল্লি অমসুং মদুগী দণ্ডি পিরকই। অসিগুম্বা মীতা অমনা, অখন্ননা বাবাগী মিরাকলগী মরমদা হংলুবা মতমদা, অইবা ওইনা পাওখুম পিবকখি, "ঐদি কৃষ্ণ ওইবা য়াই, খৃষ্ট ওইবা য়াই নত্রগা সাই বাবা ওইবা যাই, মিবাকল পাঙথোকপা হায়বসি য়াদে, তুক্কচৈ"। "মসিগী মোত অসি ভাব খজিক্তং তাবা মী পুম্নমক্না য়াই", মসিনা তাক্লিবদি ব্রাফম অসিদা য়াদবা মী, খুদম ওইনা সুক-মুণি, অসি 'অচৌবা' ঋষি নত্তে। মহাক্না মাগী খঙজদনা ঙাঙবা ব্রাফম অদু মখাতারকখি, "য়াম্না মপুংফারবা মী অমনা ঈশ্বরগী থৌদোকশিংগী মথক্তা শক্তি য়াম্না লৈ, অদুবু ঈশ্বরগী আইনদা খুৎথিংজিনবদি পাপ্ অমনি।"

Dr. Suri Bhagavantham, D.Sc., F.N.I., ভাবত সবকাবগী ঙাকশেল মন্ত্রালয়গী Advisor ওইরম্বনা শোক ১৯৬৭ কি এপ্রিলদা মদ্রাসতা ফমখিবা মিটিং অমদা "ঈশ্বরগী আইনদা খুৎ থিংজিনবা" হাযবসিদা ব্রা ঙাঙখি। মহাক্না হায়খি, "প্রোফেসর গোকক্না নখোয়গী মমাংদা ঙবাংগী মীফমদা কবিতা অমা পাথোকখি, "অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎকুম লাকই", মহাক্না "নোংচুবগুম মিনুংশি হৈথবি", । মদু পুম্নমক য়াম্না ফজে; ঐহাক য়ানিংখি, পামখি। অদুবু লোয়রমদাইদা, মানা ঐগী থবক্তা খোঙ্ থাংজিল্লকখি। মানা হায়খি, "বাবানা ফিজিক্স অমসুং কেমিস্ত্রিগী লো পুম্নমক য়াদে, শীঙনৈ"।

ঐনা নহা ওইরিঙৈদা ফিজিক্স অমসুং কেমিস্ত্রিবু চহি কয়া চংনা তম্লুবগা অমসুং মতুংদা চহি কয়ামুক ফিজিক্স অমসুং কেমিস্ত্রিবু থবক্তা শিজিন্নরুরগা, অমদি চহি ৩০/৪০ তম্বিরিঙৈদা অমুক তম্লরুগা, নঙগুম্বা, ঐগুম্বা কনাগুম্বা মী অমতনা নত্রগা গ্রাহ অসিদা লৈরিবা খ্বাইদগী ফরবা মী অমনা ফাওবনা ফিজিক্স অমসুং কেমিস্ত্রিগী লো-শিংবু শীঙনৈ, য়াদে হায়বসি ঐহাক্ ভাব তাবা ঙমদে অমসুং মদুদা মখোয়না ঙমদুনা চৎখি হায়বসি ঐহাক্ ভাব তাবা ঙমদে!"

ব্রাখল অসোমদগী ওইবা য়াই মহাক্কি মিরাকল য়াখিদবা নুপা অদুনা মখা অমুক ইরকখি, "ইতিহাসকি ওইবা তাঞ্জাশিং লৈ, মতম অদুদদি ঐখোয়না ঈশ্বরগী

আইনর্শিং অসিবু খুৎথিংজিনবা তাই, অদুগা মদুগীদমকসু, ঈশ্বরনা শেম্বা আইনর্গী মতুংইন্না, নুপা অদু অৱা-অনা নঙই।" "নখোয়না ঙমখিবা যাবোই", ডাক্তৰ ভগবন্তম্না হায়খি।

মিবাকল যাদ্রিবা নুপা অদু কৃষ্ণগী পাওতাক, পাওজেলবু যাম্না কন্না যাজবা মীনি। অদুবু, মদুমক্না মখাগী ৱাফমসি হায়হন্দবদি ঙমখিদে, "কৃষ্ণদো তেন অমনা পানবদগী শিখি অদুগা খৃষ্টনা পাং মথক্তা যাম্না ৱানা শিখি।" অদুনদি, ইবিবা নুপা অসিনা হায়নিংলিবসি মসি ওইবা তাই, "সত্য সাই বাবা! চেকশিল্লু!"

ডাক্তৰ ভগবন্তম্না কবি অমুক্ হায়খিগদৌবিবগে ঐখোয় তাশি। মহাক্না বাবাদা 'খুৎথিংজিনবগী' চৈৱা অমসুং শোয়দনা চৈবাক ফংলগনি হায়না চেকশিন বা হায়ৱা, গোবর্ধনচীংগী মিবাকল অদুগীদমক্ লমন্ শিংবা ওইনা তেঞ্জে অমনা কৃষ্ণ হাৎখিবগুম, তল্ মচেৎ অমনা মীয়াম থুংনা পিজখিবা নত্রগা অনাবা ফহনখিবা নত্রগা শক্তম উহনখিবা অদুগীদমক পাং তিংদুনা হাৎখিবগুম? নত্তে। মহাক্তি লম্বোইবশিং অদুদগী হেন্না শিংবা মীনি।

ডাক্তৰ ভগবন্তম্না হায, "বাবানা আইন মথং মথং থুগাইখি! ঐনা অসি গুম্বা থোকখ্রবা থৌদোক অমা অনিগী বাফম লিনবা অযাবা হান্না লৌখ্রে; মরমদি মখোয় অদু ঐনা হায়বিবা বাফম অসি অচুম্বনি হায়নবগীদমক দৰকাৰ ওইবি। মহাক্না থাং থাদুনা অনাবা অমা লেনখিবা অদু ঐনা চপচানা উখি। মদু লোয়ৰবা মতুংদা ঐগী ইনাক্তা লৈবা ইচানুপাদা ওর্নশির্নখি অমসং হায়খি, "নখোয়গী যেৎশিন্নবা ফি মতেক খবগা লৈগদ্রা।" মদু ওপৰেসনগীদমক দৰকাৰ ওইবা থাঙ অমসুং যেত্নুম্বদি অহাংবদগী পুথোকপা ঙন্নগা বেন্দেজ মতেক অমবুদি পুথোকপা ঙমদবগী ৱা ওইননি। ঐগী ইচানা খুমখি, "হোয়, লৈগনি! ইপানা Science Institute অসিগী মকোক্তি; মসিদা দিসপেন্সরি অমা লৈ; ঐনা ডাক্তৰদা তেলেফোন তৌবগা মিনিট অনিদা বেন্দেজদু যৌবক্কনি।" ভগবান্না খুমখি, "ও! মিনিট অনি হায়বদি যাম্না শাংমনখ্রে! ৱাক্তবনু"। অদুদগী, মাগী মখুৎ ওৎখি, অমসুং বেন্দেজ অদু পুথোকখি।

ইংলিস লোন শিজিন্নবদা প্রোফেসৰ গোকক্না হৈবিবদুবু মতিকচানা ব্যবহাৰ থমজবগা, ঐহাক্না পামজবম্বদি মহাক্না শিজিন্নখিবা ৱাহৈ "ফিজিক্স অমসুং

কেমিস্ট্রিগী লোবু শীঙনৈ" হায়বগী মহুত্তা ঐহাক্না হেন্না পামজখিবদি "মহাক্না ফিজিক্স অমসুং কেমিস্ট্রিগী লোদগী হেন্না ৱাংখি, মথক্তা লৈখি, লাম্হোকখি।" হৌজিক, মখা সুম য়েৎনবোইনা, ঐনা লেবোরেতরিদা কুইনা ত্রেনিং তৌরকপা অমসুং লোজিক্তা নৈনরকপনা মহাক অসি নঙগুম্বা, ঐগুম্বনি হায়বসিদি য়াবা ঙম্লোই, অদুম ওইনমক্ মহাক্তি ফিজিক্স অমসুং কেমিস্ট্রিগী লো-গী ৱাংমদা লৈখ্রে। মদু নত্তে। মদু কমদৌনা ওইদৌরিবা? অশেংবা ৱাফমদি মসিনি, *"মহাক অসি থৌদোক অমনি, ... মহাক্তি পুমথোই থোইদোকপনি,... মহাক্তি ঈশ্বরনি।"*

"মসি বিজ্ঞনগী য়াম্না নিংথিনা খঙলবা মওং অমনি। বিজ্ঞান হায়বসি থাক-থাক নায়না চাউখৎপনি। লঙথোকখ্রবা, য়াখিদ্রবা থিওরিগী শরুকশিং অদুনা অমুক্ বিজ্ঞান্না খুমাং চাউশিল্লিবা লম্বী অদু য়াৎলিবনি। খঙলবা থৌদোক অমবু মশক তাক্লবা লো অমা শেমলিবনি; অখঙবা লোশিং অসিনা পুথোকপা ঙমদবা, খঙবা ঙমদবা অমা থেংনরকপা মতমদা বিজ্ঞানিক অদুনা মদুদা হকথেংনরিবা অদুসু খঙজিল্লিবনি; অমসুং মদুনা অতোপ্পা লো অমমুক্ ওইরিবনি। ঐনা বাবাগী মরমদা উখ্রবশিং, উরিবশিং, চিংনবা লৈতনা, উগদৌরিবশিং অসি বিজ্ঞান্না শক খঙ্লবা লো-শিংগী মনুংদা লাক্তবা মরম্না, ঐনা ইচম্ চম্না লো অমা হায়রি, "ভগবানদি বিজ্ঞানগী লোশিং অসিগী ৱাংমদা, মথক্তা লৈ" অমসুং মসিনা বিজ্ঞানগী অতোপ্পা লো অমমুক্ ওইরে।"

বাবা মশামক্না অসিগুম্বা বিজ্ঞানগী লো থুগাইরবদি পাপ্ পুগনি হায়জিল্লিবা অসিগী মতাংদা মাগী পাওজেলশিংদা মশানা খর পনবিখ্রে। ভারত পুম্নমক্কি ওইবা শ্রীসত্য সাই সেবা ওরগেনাইজেসনগী মীফমদা ৱা ঙাঙবদা বাবানা হায়খি, "অহল্ খরনা নখোয়বু ৱাখল্ চমম্নহন্নবা হোৎনরে। কৃষ্ণনা অঙকপা কয়া উৎখি; মদুদা প্রকৃতিগী আইন কয়াবু অঙকপগী মশক ফংনা থৌশাখিদে, মরম অদুনা, মখোয়গী মোত্ মতুংইন্না, মহাক সাদানবা অমগী তেন্না পান্দুনা শিবা তাখি। জিষুসু, মখোয়না হায়, ফাঁসি তৌখি, মরমদি মহাকসু মিরাকল য়াম্না পাঙথোকখি। মখোয়না য়েৎলিবা মরমদি অসিনি, মদুদি, ঐহাকসু প্রকৃতিগী লোশিং শীঙনবনিনা, মখোয়দৌনা অৱাবা নঙগনি। মখোয়না মিপাইবা অমসুং নুংশাথিবা শন্দোকনিংই। অদুবু, হায়রিবশিং অসিদি অশোনবগী, অপঙ্বগী পংঙাং ঙাঙবনি, খঙদবগী

অমসুং কল্লকপগীনি। মখোযনা মসিগী মতিক-মগুণসি ভাব তাবা ঙমদে, নত্রগা খাঙদুনসু লৈনিংদে।"

শোক ১৯৭০ গী খৃষ্টমাস নুমিত্তা বোম্বেদা বাবানা লাউথোকখি, "ঐঙোন্দগী থোবক্লিবা অবংবা মঙাল, মগুণশিং অসিদা খাঙবা ঙমজদবা মীওই কযামকম্ লৈবে, ঐগী থবক থৌবম খুদিংমক্তা ফোঙদোবক্লিবা ঈশ্বরগী গুণ অসিদা খাঙবা ঙমজদবা মযাম লৈবে। অসিগুম্বা মীতাশিং অসিনা মগুণশিং অসিবু মিত্রংনা শুদ্ধাংলিবনি, মিত্রংনি হাযবি। মখোয খঙজদদুনা তৌবনি। মখোযনা হকথেংনবসি খজিক্কনি। মখোযনা আশা তৌজে মদুদি ৱাহৈশিং অসিনা মীঙোন্দা চিংনহনগনি। মসিমদি ঐ নখোযদা হাযগে, "ঐগীসিদি শুদ্ধাংহনবা নত্তে, মিবাকল নত্তে,, মেজিক নত্তে। ঐগীসিদি তশেং-তশেংলবা ঈশ্বরগী শক্তিনি। পুক্নিং মচানা, অকক্লনা শিংবা মীওইনা হাযবিবশিংসি খঙবা ঙমদে। মসিগী মতিক-মগুণ অমসুং চীংলেম্বসি মখোযনা লৌশিন্নবগী থৌনা লৈতে। ঈশ্বরদি তৌনিংবতা তৌবা ঙমই। মহাক্কিদি মাগী মখুত্তা শক্তি পুম্নমক লৈ। ঐগী হকচাংসি, অতৈ হকচাংগুম, মতম খবগী লৈফম্নি, অদুবু, ঐগী শক্তিদি লেঙদ্রবনি, পুম্নমক্কি মথক্তনি, ৱাংমদনি, মতম পুম্বদা মকোক থোংবনি, অথোইবনি।"

নব-কালগী ইডিটব অদুনা মিবাকলগী ৱাফম অসিদা বাবাগা উনদুনা ৱাৰী শাবিঙৈদা যাওখিবা শ্রীভবদেনা হাযবিবা চেফোং অসিদা চযোল খবগী মমাংদা অসুম্না ইখি, "শ্রী সত্য সাই বাবানা তৌবগুম্না, যাম্না মওং তানা, মহৌশাগী খুৎশেম ওইনা, মথন্নতা অদুম মিবাকল পাঙথোকখিবা অসিগুম কনাগুম্বা অমতনা তৌখিবা ঐহাক ঙসি ফাওবদা উখিদ্রি। পনধবপুবগী ফাওববা মন্দিবদা লৈবিবা ককমিনিগী মুর্তি মমাংদা মহাক্না লেপখি অমসুং অসুম্না হাযবগা মখুৎ অদু ওৎখি: "মুর্তি অদুদা খ্বাইদগী মকুওইবিবা মণি-মুক্তাদু লৈত্রে।" মহাক্না অসুম্না হেক হায়বগা সনাগী লিক্লাং অমা, মঙ্গোলগী মশক ওইববা মণি-মুক্তাদু পোৎশক ওইনা থোবকখি। মদুগী মণি-মুক্তাদু মহাক্না মুর্তি অদুগী ঙকশমদা হুকচিনখিবদু হৌজিক ফাওবা লৈবি।

শ্রীভবদেনা বাবাদা নুমিৎ অদুদা হংখি, "নহাক্কি পোৎচৈ-শেম্বগী শক্তি অসি লোযবা খম্বা নায়দববা?" বাবানা খুমবিখি, "মসি ঙমখৈ লৈতে। মসি কংবা

নাইদবা সমুদ্রগুম্বনি। মীপুম খুদিংনা, মহাক্লা লৈনিংবা অমদা লৈবদা, ওইনিংবা অমা ওইবদা, মদুদগী মথম্মোযদা হেক পেন্দ্রিফাওবা লৌবা যাই।" পাওখুম্ অদুনা মাননিয পি: কে: সবন্ততা ব্রাহং হংনবগী থৌনা অমা পিখি। "মদু লোযবা খন্বা লৈত্রবদি অমসুং ঙমখে লৈত্রবদি, মদু কবিগীদমক্তা মীওইবগী লাযববা অমসুং অব্রাবা কোক্লবদা শিজিন্নদ্রিবা কবিগীনো?"

মদু তাবদা, বাবানা খংনোক্ নোকথোবকখি, 'নব-কালনা' ইর্শিল্লি : "কবিগুম্বা পোৎ খব লৈতবদুবু নহাক্লা লায়ববা অমসুং অব্রাবগা মান্নহল্লি। নিংথৌবেলশিংনা নুংঙাইহনবা পোৎ পুন্নমক্ মখোযনা পাম্বা মতমদা ফঙই; অদুবু, মখোয মদুনা পেল্লব্রা? মখোয পুক্লিংগী শান্তি লৈবব্রা? ঐগী থবক্তি পুক্লিং অকা-অকুম লৈহন্দবনি। ঐনা মী অমদা ইনাকখুনবা হেনগৎনবা পোৎ পিদে; মখোযদা ভক্তি অমসুং থাজবা যোকখৎনবা ঐনা পি।"

হোই' যাম্না ইনাকখুনবা কাববাব ব্রালা অমনা, বাবানা মাগীদমক শেম্বিবা দাইমন্দগী খুদোপ্, মখুত্তা শিবিবদা চপ্চাখিবা, অমা উৎলদুনা ঐঙোন্দা হাযখি, "মি: কসতুবি, ঐগী মিৎ অসিনা খুদোপ অসিদা হেক তাবা মতমদা, অচৌবা দাইমন্দ অসি হেক উবা মতমদা, বাবানা মসি ঐগী খুত্তা শিবিবা মতমদা হার্যাখিবা লুম-লুম্ লাওবা ব্রাহৈশিংদু নিংশিঙই। "মসি দাইমন্দ নত্তে; মসি পাওতাক অর্মানি, নঙনা তত্তনা চেকশিনগদবা বাবনিংনিঃ দাই-মাইন্দ' পুক্লিং শিবা' অপাম্বা অমসুং পামদবা পুন্নমক্তা লোযননা পুক্লিং অদু নঙবু শান্তিদা থম্বিবল্লগা মাঙখ্রসনু, শিখ্রসনু।"

বাবানা সব্রন্ত-তা হাযখি, "অনাবা মী অমা ঐঙোন্দা লাকই। ঐনা মঙোন্দা ঐনা শেম্বা বিভুতি নত্রগা অতোপ্পা পোৎ অমা পী। মহাক ঈশ্বরগী শক্তি অদু ভাব তাবকই। মঙোন্দা পুক্লিংগী শান্তি লাকই, মদুনা অনাবা ফহল্লি, নুংঙাইহল্লি মদুনা মাগী অনিংবদু মপুং ফাহল্লি। ঐঙোন্দা ভক্তি লৈবশিংদতা পোৎশিং অসি পীবগী ব্রা নত্তে; ব্রাববা মী অদুনা ঈশ্বরদা ওনশিলহন্নবগীদমক্তা দবকাব লৈবা মতম খুদিংদা ঐনা পী।"

ইডিটব অদুনা হংখি, "মিবাকলশিং অসিবু থোকহল্লিবদু কবি শক্তিননো?" বাবানা খুমখি, "মখোয অসিবু মিবাকল কৌবিবসি লাল্লি। নত্রগা মিবাকলশিং অসি নমসকাব তৌহন্নবা তৌবিবনি হাযবসি লাল্লি। মসিদি শাক্তিনা খক্তনি,

উৎননবা নত্তে। মসিদি ইচম চম্বা শান্নপোৎকুম্বনি, ঐগী ইশাগী ওইবা হৌনশানি, শাজৎনি। মসিদি মশামক্কি থব্রাই, আত্মাদু খণ্ডজনবগী, থিজনবগী, ভক্তি লৈনবগী, থাজনবগী মাযকৈদা মতেং পাংবা খুদম, শাক্কিনা অমনি। পুক্লিংদা অপাম্বা নত্রগা অনিংবদু হেক লাকপগা পোৎ অদু অদুম শেম্লেঃ ঐনা হেক পাম্বা মতমদা অদুম হেক্তা লৈবে। নিঙখিবা মিকুপ অদুদা পোৎ অদু খুত্তা লাক্লে নত্রগা ঐনা থোকহন্নিংবা মফম অদুদা লৈবে।"

ইডিটবনা হংখি, "অসুম্না হাযনৈ মদুদি হান্না অতোপ্পা মফম অমদা লৈববা পোৎ অমা মিবাকলনা পুবকই। মখোয অদু পুবকপবা নত্রগা শেম্ববা ?"

মসি মযাম্না মতম কুইনদগী হংনিংদুনা লাকখিবা বাহং অমনি। ভাবতিয বিদ্যাভবন্‌বু হৌদোকখিবা, অফাওবা উকিল্, ব্রাযেল পথাব্ হৈববা, অইবসু ওইবা ডাক্তব কে: এম: মুনশিনা হাযখি, "ঐগী যেথংবা খুৎ অসি হাযফেত্তং নিকই হাযবসি বাবানা খণ্ডদোকখ্রে, মসি মতম চুপ্পদা পাবকিনসোন্ হাযবা অনাবদুগী হৌনশানি। মহাক্না মাগী ফম্ফমদগী হৌগৎখি, ঐগী খুৎশাশিংসি পাযখি, মাগী খুৎশাশিংনা কুপশিনখি, অমসুং অশেংবা উৎনা নোযশিনখি, মদু মাগী মখুওগী থোবকখিবনি। অদুদগী মাগী মখুৎ অদু যাম্না থুনা ওৎখি অমসুং খুদোপ অমা পুথোকখি, মদু মান। ঐগী যেৎকি খুনা ওবিদা শিজিনবিখি। ঐনা খুদক্তা ফাওখি মদুদি ঐগী খুত্তা অতিংবা, কোনথোক-কোনশিন যাদবা অমা লৈবম্বদু ফনা নিংথিনা হন্থখ্রে, অসুম্না যেৎথংবা পাম্বোম অমসুং খোঙদা খব-কব নিক্লম্বদুসু যাম্না হন্থখ্রে। ঐখোযনা মাগা কাযনবা মতমদসু, মানা অমুকহন্না অশেংবা উৎ অদু পুথোক্নুনা ঐগী যেৎথংবা খুত্তা নোযশিনবিখি। মফম অমদগী খুদোপ্ অমা পুবকপনা ঐবু কবিশু ঙকহন্দে; অদুম ওইনমক্ শেংলবা উৎ, নোংমদা শিজিন্নবিবা অমসুং পুথোক্লিবদু পাউন্দ অমদি লুল্লমগনি অমসুং মদু কবিগুম্বা মফম অমদা পৈদুনা থম্লম্লোই। অদু ওইববদি, মদু মফম অমদগী পুবকপা নত্তে, মদুদগী খব হেনবা থৌওংনি।"

থবক যাম্না চিনবা নুমিত্তা, থৌজালগী ঈচেল অদুনা মবাং কাযনা চেন্থবা মতমদা নোংমদা পুথোকখিবা বিভুতি অদু পাউন্দ অমা হেনখি হাযবসি ডাক্তব মুনশিনা খণ্ডখিদে; থোৎ-মেঙবগী থাকসু তোঙাল-তোঙাল্লি, মচুসু যামই,

অঙৌবদগীনা ব্রাওথাংনবা মচু ফাওবনি, মহাওসু তোঙাল্লি, গুলাব্কি মনমদগীনা কবপুব মনম অমসুং আইওদিন ফাওবনি। অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা মখলশিং অসি অসুক যাম্বা চাংদা, মফম অমদা পৈদুনা থম্বা ঙল্লোই, অদুনা নিঙবা মতমদা পুথোকখিবা ঙাক্তনি।

অদুগা, apport হাযবিবসিবু চপচানা কবি হাযবিবনো? মসি অঙকপা হাযবদু ফোংদোকপা ব্রাহে অমনি। মসি শিজিন্নবগা কনাগুম্বা অমনা মহাক্ মিবাকল হাযবদু মশক খঙলে হাযনা পেঞ্জবা ঙমই! হোব্রার্দ মুর্ফেৎনা মাগী "Sai Baba, the Man of Miracles" হাযবা লাইবিক অদুদা ইবি, " ব্রাহে অসিনা তাক্লিবদি কবিগুম্বা মফম অমদা হান্না লৈববা পোৎ অমা মকুপ তানা থুগাইদুনা মাঙহল্লগা মদুগী ফিভমদা অদুম্ আত্মাগী নত্রগা পুক্লিং শক্তিনা পুবক্লগা অমুক্ পোৎশক অদু ওইহনবা অদুবুনি।" তশেংনমক্ যাম্না মতৌ মালহল্লি। ব্যাখা অসিমক্লা যাম্না শেংলবগুম, অমসুং ভাব তাহল্লবগুম, যাম্না মালহল্লি।

পোৎশক অমা অমুক্ থুগাইদুনা মাঙহল্লগা, য়াম্না থাপ্না অমুক্ আত্মাগী শক্তিনা পুবকতুনা, নৌনা অমুক পোৎশক অদু শেমজিনবদগীদি মশাগী মওং অদুদা খুদক্তা অদুম শেম্বনা, হেন্না লায হাযবসি ঐনা থাজে ! পুম্নমক মিকুপ অমগী মনুংদা, মঙালগী খোঙচত্তগী হেন্না থুনা!

মবম অদুনা, ইডিটবগী ব্রাহং অদু বাবানা অসুম্না খুমখি, "মখোয পুম্নমক নৌনা শেম্বনি। থাবকপা হাযবদি, মখোয অতোপ্পা মফম অমদগী লাকপা হাযবনি, নত্রনে? মদুদি নমথাক্লি। পোৎশিংসিদি ঐনা হেক নিঙ্বা মিকুপ্তা শেমই। কবিগুম্বা মফমদা ফংদবা পোৎশু ঐনা পি। মসিগী শক্তি অসিদি নখোযনা খঙবদা ওইথোক্তে।

থৌদোক কযাদা বাবানা অসিগুম্বা অনৌবা পোৎ কযা শেমখি হাযবসি ঐহাক খঙই, খুদম ওইনা, শ্রীবামা কৃষ্ণগী পিকচব অমা, মদুগী মতায মবিদা বাবা মশাগী পিকচব যাওবা অদুগা মযায়দসু যাওবা; ডাক্তর গোককি লাই খুকম্ফম কাদা বাবানা মাগী ফোটো হেক উবগা, ডাক্তব গোককি মপা অমসুং মপুবোক্লি গুরুগী পিকচব অমা শেমখি, মহাক অব্রাং কবনাতক্লি পান্ত ওইরমই।

ইডিটর অদুনা মখাগী ব্রাহংশিংসু হংখি। "করম্বা মতমদগী অসিগুম্বা ঈশ্বরগী শক্তি অসি পিবা হৌখিবগে? পাওখুম অদু, "অঙাং ওইবিঙৈদগী"। "স্কুলদা ঐনা

চোকোলেৎ, মার্বল অমসুং অতৈ পোৎশিং", মদু ঐগী ইনাক্তা লৈবা অঙাংশিংগীনি। খব হেন্না অমুক শেংদোক্লবগীদমক্ ইডিটব অদুনা মখা অমুক হংনবা থৌনা লৌখি, "চহি কযাদা অসিগুম্বা ঈশ্বরগী শক্তি অসি ফংখিবগে?" বাবানা হায়খি, "ঐনা হেক পোকপদগী", অদুগা ঙাইহাক্তং লেপকক্ তৌবগা, মহাক্লা শাফু কন্না মখা তাবকখি, "মদুগী মমাংদগী", মবমদি, সাই বাবা ওইনা লৈবম্বা নত্রা? অদুগা, অদুগী আ-মমাংদা মহাক কৃষ্ণ ওইবম্বা নত্রা?

ইডিটব অদু পুম ওক ঙকখ্রে হায়বসি মশানা তাবে। মহাক্লা ফোঙদোবক্‌খি, "মদুনা তাকপদি...?" অমসুং বাবানা মখা চৎখি : "হায়বগী অর্থদি, ঐ পোক্কে হায়না হান্না নিঙখি। কনানা ঐগী ইমা ওইগদগে হায়বসি ঐনা হান্না লেপথোকখি। সাধারন মী অমনা ঙল্লিবসি কনানা লোয়নবী নত্রগা মপুবোইবা ওইগদগে হায়বা খনবা অসিদনি: রাম অবতারদসু মমা অদু মচানা খনখিবনি অদুগা কৃষ্ণ অবতারদসুনি। অদুদগীনি; পোক্কে হায়না খনখ্রিবা অদুগী থবক্তি পুম্নমক্কি মথক্তা প্রেম পিরবনি, অমসুং প্রেম অদুগী মতেংনা অচুম্বা পুন্সি খুৎলেন অমা যোকখৎপনি।

"ঐগী থবকশিংসি ঈশ্বরগী শক্তি, খুদম অমসুং ঈশ্বরনি হায়বগী শাক্ষিনা ঙাক্তনি। ঐনা পোৎশিংসি নুংশিবদগী পিবিবনি। ঐগী প্রেমদি খক হন্থবোই, মযেং তাবোই। ঐগী কবিগুম্বা মখল অমগী অপাম্বা লৈতে। ঐনা নুংশিবগী মবমদা ঙাঙই, ঐনা নখোয়বু নুংশিবগী লম্বীদা লমজিংই, ঐ নুংশিবনি"।

বঙ্গলোর অমসুং বৃন্দাবন্দা হল্লক্লবা মতুংদা বাবাসি বঙ্গলোর ইউনির্ভসিটিদা এফিলিয়েৎ তৌবা Arts and Science কলেজগী থবক্তা যাম্না চিল্লমই। কলেজ অসি শোক ১৯৬৯ গী জুনগী তাং ৯ দা শঙ্গাখিবনি। তাং ১৮দা মাইশোরগী জগা পুম্নমক্তগী লাকপা কবি ময়ামগী মিফম অমা বৃন্দাবন্দা ফমখি; তিল্লিবা মীওইশিং অদু কন্নাদা লোন ঙাঙবা লমদম অদুগী মনুংদা সমাজদা মিংচৎ লৈববা, লাইবিক-লাইশু মতিক চানা হৈববা শকনায়ববা ঙাক্তনি। ডাক্তর দি: আর: বেন্দ্র (Bendre) হায়বা আত্মাগা ঈশ্বরগা লৈনবিবা মবী অসিদা কন্না থিবিবা, ময়াদা মৈ হৌববা, মৈশাবুদি মঙালনা হেন্না থাদোকপা ঙল্লবা, মানা শৈবেং অমতং থিবকপা মতমদা চেন্থবকপা পিবাং অমসুং অৱাবা ৱাখল অদুনা মীগী থম্মোয় শৌদোকহন্না, পেৎহনবা ঙম্বা মীশক অদুসু যাওবমই। মহাক্লা White-field অসিবু

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

পান্দুবঙ্গ হায়না অর্থ হনখি, পান্দু হায়বদি White, অঙৌবা, বঙ্গ হায়বদি Field মফম, লবুক্। ৱাহৈ পবেং অদুমখক্তনা তিল্লিবা মীওই লিশিং কয়া অদুগী থম্মোয়দা থুক্ লাওবা ৱাখল অমা পোকহনখি। কন্নাদাগী কবিশিংগী মনুংদা অহানবা থাক্তা লৈবিবা ডাক্তর ডি: কে: গোকক অসি ইংবাজিগী কবিতাদদি অচৌবা মমিং লৈবা মীশক্নি; মঙোন্দসু মাগী কবিতাশিং পাথোকপিনবা হায়জখি। মদুদা যাওবিবা, ডাক্তর আব: এম: মুগালি অসি ক্লাসিকেলগী মবমদা অমদি নুংশি-নুংওনগী কবিতাশিংদদি থাক ৱাংলবা লুচিংবশিংনি; প্রোফে: জি: পি: বাজবতনম অসি বুদধিজম অমসুং জৈনিজম্‌দা যাম্না থৱাই যাওবা ছাত্রনি অমসুং সাধাবন মীওই অমগী পুক্নিংগী ৱাখলবু মচাতানা ফোংদোক্নুনা ইবা ঙম্বা মযাম্না যানবা কবিনি; প্রোফে: আব: জি: কুলকার্বনি অসি ঔবোবিন্দোগী ইন্তিগ্রেল যোগদা মপুং ফাববা মীশক্নি; ডাক্তব জি: এম: সিববরুদ্রপ্পা অসি আত্মাগা ঈশ্বরগা লৈনবিবা মবীদা থিবিবা সাধকনি, মহাক মযায ওইবা মতমগী কর্নাতক্কি লম্বোইবশিংগী তুং ইনবা লোয়ননা তেগোব অমসুং গান্ধিগী থবকপুসু যেংজবা মীনি; অমসুং শ্রী কে: এম: সিবপ্পা অসি মনিং তম্না, থৌনাফনা, নুংশিনা শৈশকপা অকনবা মীশক অমনি। মখোয পুম্নমক্না মাগী মাগী কবিতাশিং পাবা লোয়ববা মতুংদা বাবানা মশানা ইজবা 'শিবগী তান্দবা-জগোই' গী মবমদা নুংশিববা কবিতা অমা ঈশৈ ওইনা শর্কখি। মদুদা ছন্দা, তাল্, শক্তি অমসুং ঈশ্বরগী ওইবা তোপ-তোপ্পা চিংলেম্বা, মীওইবগী ৱাহৈনা শৈথাবিবমখৈ যাববা, কুম্মি কালেন্ নাযদনা লেঙদনা শান্নবিবা ইবুংঙোগী লীলা অদুনা সংসাব অসিবু অহাংবা অতিযাদা তাওহন্দুনা থল্লিবা, অদুগুম্বা গুণ পুম্নমক অদু ঈশৈ অদুদা যাওবমই।

জুনগী অবোইবা চযোলদা বাবানা মদ্রাসতা লেঙখি। বাবানা হেক্ চৎখিবা মফম খুদিংমক্তা ভক্তশিংনা লিশিং-লিশিংনা খুজিং ওইদুনা তিল্লমই অমসুং অমৃতগী মশক ওইববা পাওজেলদু তাজখি। বাবানা চহি কুন শুদ্রিঙৈগী মতমদা যাম্না অঙকপা মওংদা কনাগুম্বা লোগনাথ মুদালিয়াব কৌবা অমগী ফমুং নাকন্দা মশক্ উৎখি, থোবকখি অমসুং কনাগুম্বনা তৌশিনবিবা ফত্রবা খুৎশেমগী মন্ত্রনা থোকহনবা কোক্নি অনাবা অদু ফহনবিখি। "নহাক ঈশ্বরনি," বাবাগী মখোঙ পাযবগা মহাক্না হায়খি। মদ্রাস সহবগী মতায ওইনা লৈবা গিন্দিদা লৈবা মাগী ইংখোলদা

বাবাগী মন্দিব অমা শাগে হায়না মহাক্না মপুক্লিং লেপখি, অদুবু মাগী মঙ্ অমা মঙ্‌খি, মদুদা বাবাগী হান্নগী হকচাং ওইখিবা শিবদি সাই বাবাগী মুর্ত্তি ওইনা থমউ হায়না পাওতাক পিবমই। বাবানসু মঙোন্দা চিঠি ইদুনা মঙ্ অদু কনফাবম তৌখি। মবম অদুনা, মন্দিব অদু শাখিবমই অমসুং শোক্ ১৯৪৮দা বাবা মশামক্না মুর্ত্তি অদু থমখি। শোক ১৯৬৮দা মুত্তি অদুবু উখিবা হোৱার্দ মুর্ফেংনা ইবি, "বোম্ সহবগী চর্চ মচা অমদা লৈবা Michelangelo না মার্বলনা শাবা মোসেসকি মুর্ত্তিগুম্, মদুনা ঐঙোন্দা হেক যেংবদা অহিংবা মুর্ত্তিগুম্ উহল্লি।"

মুর্ত্তি অদু থাংজিনবা, শঙ্গাবা নুমিত্তা মুদালিযার্বশিংগী অখন্নববা খুদোংচাবা তাঞ্জা অমা ফংজখি, মদু বাবাগী মখোঙ চামথোকচবা অমসুং মদুদা লৈ কচ্চখিবা অদুনি। মখোযনা পুজবকখিবা মুগাগী ফি মথক্ অদুদা বাবাগী খোঙ্‌ফম অমতং নেৎপিদুনা পিবিনবা হাযজবমই। বাবানা যাবিখি, অদুনা মখোযনা চা-চন্দন অতকপগা যাইঙং মকুপকা তোৎশিন্নবগা শেন্বা অনঙ্‌বা মহি অদুনা বাবাগী খোঙপাক্তা তৈশিঞ্জখি অমসুং মুগাগী ফি অদুগী মথক্তা নেৎপিনবা হাযজখি। বাবানা হাযখি, "কবিগী ঐগী খোঙ্? ঙসি হাযবা নুমিৎসিদা ঐনা থল্লিবসি, লেঙশিল্লিবসি হনুবা বাবাদু নত্রা? ঐনা হনুবা বাবা মশার্মক্কি খোঙ্‌ফম অদু পিগনি"... অদুদগীদি মহাক্না মুগাগী ফি অদুগী মথক্তা লেপখি। মহাক্না নাকন্দা কুমথখ্রবা মতমদা, মদুদা লৈহৌবা খোঙ্‌ফম অদুদি অঙাং ওইবিবা, তনৌ-তনৌবিবা, বাবাগী খোঙ্‌ফম ওইবমদ্রে, মদুগী মহুত্তা, চহি ৩২গী মমাংদা শিবদিগী লৈবক-খুল্লক্তা চৎখিবা, অশাংবা, অপাকপা খোঙজাও অমগী মমি তাবমই।

বাবানা মন্দিব অদু যেংখি অমসুং মফম অদুদা যাল্লবা মীযাম অমদা ৱা ঙাঙখি। "মসি মন্দিব অমনি", মহাক্না হাযখি, "মসিদা ঐনা চহি ২১গী মমাংদা ঐগী শিবদিগী শকওং অদু থমখিবনি। বিষ্ণু হাযবা ৱাহে অসি ঈশ্বরগী মহুৎ ওইনা শিজিন্নৈ, মবমদি, মসিনা হাযবিবা অর্থদি মফম পুম্নমক্তা শিন-থুংনা লৈবা হাযবননি'। ঐখোযনা মীঙোন্দা বিষ্ণু ওইবিবা ঈশ্বরগী মুর্ত্তিগী মবমদা ৱা খব হায়বা মতমদা মখোযনা ঐখোযবু নোক্লৈ অমসুং ঐখোয়বু অপঙ্‌বা অন্ধ-বিশ্বাসনি হাযনা নিন্দা তৌই। অদুবু ঐখোযনা ঈশ্বরগী মশক ওইবিবা অমৃত অদু থকপা

মতমদা চামচ অমা নত্রগা কপ্ অমা নত্রগা গ্লাস অমদি দবকাব লৈবা নত্রা? মুর্ত্তি অদু চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবা অদু ফংনবা উপাই অমনি। কপ্ অদুদি ওইনিংবা মওং, মতৌ, চাও-শাংবা অমা ওইজবা য়াই, মদুদি মহাও, নুংঙাইবা অদুতং হাপ্পবা পাত্র অমনি - "বসো ভাই সাহ" - ঈশ্বব হাযবদি অমৃতনি, মহাক্তি থুম্বনি, পুন্সিবু হিংহনবিবনি, পাঙ্গল পিনবিবনি। নতবাজ ওইনা, নত্রগা দুর্গা ওইনা, নত্রগা কৃষ্ণ ওইনা, নত্রগা গনেসা ওইনা নত্রগা লিঙ্গ ওইনা নত্রগা খ্রাইস ওইনা, নত্রগা সাই বাবা ওইনা শাখ্রবা কপ্ অমগী মতেংনা নহাক্লা মাবু থকচবা যাই। নখোয অযাম্বনা সাই বাবা ওইনা শাখ্রবা কপকি মওং মানবা অসিগুম্বা মুর্ত্তি অমা পামলি; অদুনা, ঐনা মসিগী মুর্ত্তি অসি মফম অসিদা নখোযদা থমহল্লিবনি। মসি শিবদিদা লৈবা দ্বাবকা মাযি মন্দিবদা ফমখিবা অমসুং তম্বিখিবা সাইগী শক্তম, মওং অদুনি।

জুলাইগী তাং ২৯দা পাঙ্থোকখিবা গুরু-পুর্ণিমাদা বাবানা ভাবত পুম্নমক্তা লৈবা সাই সমিতিশিংদা অমদি মীবৈবাক্তা লৈবা ভক্তশিংদা পাওজেল অমা থাখি, মদুদা প্রহলাদনা শোনখিবা লাইশোল্ অমা পুম্নমক্লা পাঙথোক্লনবা হাযখি। *"পিনবিযু হে ঈশ্বব। নহাক্কি চবন থম্বাল অদুবু সেবা তৌজবা, নহাক্কি চবন থম্বালবু লাংচবশিংবু মকপ ওইহনবিযু, সংসাব পুম্নমক্তা লৈবিবা জিব পুম্নমক্তা চাংজৌ নাযদনা, মবাং কাযনা থম্মোয যৌনা নুংশিনবগী ব্রাখল্ অদুবু পিনবিযু।"* "নুমিৎ অদো নুংশিবনা হৌবো, নুমিৎ অদো নুংশিবগা লোযননা লৈযু, নুমিৎ অদো নুংশিবনা থলহল্লু, নুমিৎ অদো নুংশিবগা লোযননা লেল্লো, নুমিৎ অদু নুংশিবনা লোইশিল্লু, মদু ঈশ্বব ফংনবা লম্বীনি", মহাক্লা ইবমই। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংব্রাইদা প্রশান্তি নিলযমদা পিখিবা পাওজেলদা, মহাক্লা ধর্মবু অকক্লবা সংস্থানশিংদা অমদি কাংলুপ নাযবা মওংদা চংখিদনবা চেকশিন ব্রা হাযখি। *"চর্চ অমদা পোকপদি ফৈ, অদুবু মদুগী মনুংদা শিবদি ফত্তে"*, মহাক্লা লাওথোকখি। "পুক্লিং অমসুং ব্রাখলনা থল্লিবা অকক্লবা সিমানা অদুগী ব্রাংমদা চংকদবনি অমসুং পুম্নমকপু শুপ্লিবা মহাক্কি চাংজৌ নাযদ্রবা অমসুং লেঙদ্রবা আত্মাগী ঈপাক অদু যৌনবা চংকদবনি", মহাক্লা অসুম্না পাওতাক পিখি।

প্রশান্তি নিলয়মদা, শ্রীকৃষ্ণগী মপোক কুমওন্দু "সাই কৃষ্ণগী" মমাংদা পাওখোকখি। ধর্মবু অমুক নৌহৌনা যোকখৎনবা, বাবানা অবতাব তৌবিববে, অমসুং মসি তোঙান-তোঙানবা পাম্বৈ কযাগী মতেংনা পাওখোক্লি। অওইবমক্তি, বাবাগী মিকুপ্ খুদিংমক্ মীওইববু অবানবা লম্বীদা খোঙ্ থাংহল্লিবা লান্না লৌবা ব্রাখল্লোন খব চুমখোকপদা শিজিন্নবি নত্রগা মীওইববু অচুম্বদগী লাপথোকহল্লিবা অশোযবা মিৎযেং অদু চুমখোক্লবদা শিজিন্নবি।

ঈশ্বরগী অবতারশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী লান্না, ভাব তাবা ঙম্মদনা লৌনবিবসি কৃষ্ণ অবতারসিনি, মসি মপুং ওইনা নুপীদা ওক্তবা, ঙাওশিন্নবা পাম্বা সাধাবন মীওইশিং অমসুং নুংশি-নুংওনগী মবমদা হৈনিংবা কবিশিংনা অচুম্বা ব্রাফমদু থৈদোক্লগা মখোযনা মিহৌবিবা অপাম্বা, ফংবদি ঙমদ্রবা অদোমদা থৈদোক-থৈজিন্ তৌদুনা ইবককখিবা ময়াম অদুগী মবম্মনি। অদুনা বাবানা খুদোং চাবা তাঞ্জা খুদিংমক্তা পন্দিতশিংদা, কবিশিংদা অমসুং সাধকশিংদা অশেংবা জ্ঞান তাহন্নবা হোৎনবি, মদু হৌজিক মতমগী মীওইশিং অসিগী পুক্লিংদু গোকুলগী চম্লবা ষণজেন্নহাশিং অদুগী থম্মোযগুম্ পুকচেল চম্লবা, শেংনবা অমসুং ঈশ্বরগী ব্রাখলদা লুপ্পবা হোৎনবিবনি। *"কৃষ্ণদি নঙোন্দা লৈবে"*, মহাক্না হাযখি, *"মহাক্তি জিব পুম্নমক্কি থম্মোযনুংদা লৈবিবা আত্মা অদুনি। মহাক্না নঙোন্দা লৈত্রবদি নহাক্না কবম্মা জিব অমা ওইনা লৈবা ঙমগদৌবিবনো'"* বাবানা হংখি। "মহাক্না নঙোন্দা শক্তি ওইনা, পাঙ্গল ওইনা, নুংশিবা ওইনা, নুংঙাইবা ওইনা, হৈনিং-হবাওবা ওইনা, অপাম্বা ওইনা অমসুং মিনুংশি ওইনা লৈবি। পাওবৌ-পান্থৈ খুদিংগী নুংগী অথুপ্পা অর্থদু খঙনবা হোৎনৌ। *বৃন্দাবন হাযবদি পুন্সিগী জঙ্গলনি; মী খুদিংমক অসি ইবুংঙো মহাক্না শেন্নবিবা শা অদুনি, গোকুল-হাযবদি থব্রাই মযামগী পুনফম হাযবনি, কৃষ্ণ হাযবদি জিব খুদিংমক্কি থম্মোযদা ঙাল্লিবা ঈশ্বরদুনি,* মহাক্না খৌবাংলিবসি শুংদোক্লবা অফবা ব্রাখল অশেংবদুনি। মহাক্না লমজিংবিবি অমসুং হোইদুনা পুবি, আশীর্ব্বাদ অমসুং যাইফখোন পিবিবি।" বেদশিং অসিনা ঈশ্বরবু মুবৈনববা, থাববা লৈচিল্ নোং মবক্তা ফাওদুনা চৎখিবা মঙালগুম্বনি হাযবি। তেলেগু মবোন্দদি অদুগুম্বা মঙালগী পবিং অদুবু "গীতা" হাযনা কৌই; মসিনা,

মথৌ তৌহল্লি, ঙালহল্লি অমসুং মতিক-মগুণ অমসুং জ্ঞানবু শন্দোকই। বাবানা মহাক অসি পুম্নমক্কি থম্মোযনুংদা লৈবদুনি হাযনা যাম্না তোযনা লাউথোকপিখ্রবনিনা, তাবিবা ময়াম্ অদুনা কৃষ্ণ হাযবা নিতি অদুমক সাইগী মওংদা উবে, সাই হাযনসু মিংগৌনবে। মদু ওষ্মোক্লা নুংঙাইখ্রবা ভাব তাবকপা হাযবদু ওইখি।

নিউযোর্ককি হিলদা চাবলতোন্না মদুবু অসুম্না ফোংদোকই ঃ

"নহাক্কি চিনবান্দগী অকনবা নুংশিৎ শিত্তোবকই

মদুনা উ-শিং অসিবু ছন্দ-নাযনা হাই-হুমহল্লি;

অদুগা নহাক নশামক্লা উ-শিং অদুমক্লি

মাগী হাই-হুল্লিবা মশাশিং অদুনা

থাইনগী ওঁম হাযবা খোঞ্জেলবু শোল্লি।

নহাক্তি পুম্নমক্কি অহৌবনি অমসুং অবোইবনি।

অদুগা, অহৌবগী মমাংদসু, নহাক্তি লৈবল্লবনি

লোইশিন্দুনতা লৈবিবা, হৌদুনতা লৈবিবা পুক্নিদুসু নঙনি;

নহাক্তি মঙাল অদুনি, নুংশিবদুনি;

অদুগা, ঐদি নঙগী নশাদুনি, নশামক্লি।" 🕮

# নুংঙাইবগী তুংনফম্—মপৈঃ
## (Delta of Delight)

নুংশিবা অমসুং লৌশিংগী মঙালবু থিবক্লিবা কাংবুগী মনুংদা সৎচিদানন্দগী মপুং ফাববা শকলোন ওইবিবা বাবাবু উজবগী খুদোং চাবা ফংলিবা কাংবু অদু মবাইবক ফববনি; মহাক্কি ঈশ্বরগী শক্তিবু উজবিবা, মহাক্কি বিশ্বপ্রেমগী পাওজেলবু তাজবিবা অমসুং মপুং ফাববা অচুম্বা হাযবদি ঈশ্বরবু থিবক্লিবা কাংবু অদু মবাইবক ফববনি। মখোয অসিগী মবক্তা মহাক্কি পাওতাকশিংবু থবক ওইনা ইল্লিবা কাংবু অদুনা হেন্না অমুক্কা মবাইবক ফববা কাংবুনি অমসুং উৎলিবা শক্লোন পুম্নমক অসিদা ঈশ্বরনা শিন্দুংনা লৈ হাযনা খঙলিবা কাংবু অদুসু হেন্না মবাইবক ফববা কাংবুনি। বাবানা অবতাব ওইনা থোবক্লিবা অসি মখোযনা শ্বর্গদা চৎনবা হোৎনবিবা খোঙজং অদুগীদমক্তদি যাম্না ফববা তাঞ্জা অমনি হাযনা মখোয়না লৌই। মখোযনা বাবগী মপোক কুমওন পালন অদুবু মশাগী ওইনা পাঙ্থোকই। চাবলস পেন্না লাওথোকখি, "ঐখোযগী ইবুংঙোগী মপোক কুমওন শোক ১৯৬৫ সিদি ঐনা পোকখিবা চহিনি, মবমদি চহি অসিদা ঐনা বাবাবু মশক খঙ্খি। হৌজিক্তি ঐহাক চহি অহুমখক্তা ঙাইবি," মহাক্না মসি শোক ১৯৬৮ দা ইবকখিবনি।

৪৩ শুবা মপোক কুমওন অদুদি ভক্ত পুম্নমক্না মফম পুম্নমক্তা হবাও তয়াম্না থাগৎপগা লোযননা, বাবানা যাববা থৌবমশিংগা লোযননা পাঙথোকখি। ককিনদাদদি যাইফববা নুমিৎ অদুগী মমাং নুমিৎ ৪২ নিদগী হৌনা ভজন ঈশৈ চথবকখি। অতৈ মফমশিংদনা পালন্ অদু হোসপিতালদা, জেলদা, শোয়নাযবশিংগী লৈফম যুমদা, ভজন-ঈশৈ শকপা, মীযামগী সভাযাত্রা, গীতা-থিবগী চাংদম্নবা অমসুং অতৈ আধ্যাত্মিক খোঙজংগা মবী লৈনবা আইতেমশিং পাঙ্থোকপা অসিনচিংবনি। নুমিৎ

অসিদা বেদ তম্ফমশঙ্, সংস্কৃত তম্ফম, তেলেগু তম্ফম্, লাইব্রেরি, সেবাগী যুমশিং, মিৎকি লাযেংফম্ কেমপশিং, সেবাদল অমসুং স্তদি সাকলশিং হাংদোকখি। বাবানা হায়বিবা মফমশিংসিদা মখোযবু আশীর্ব্বাদ পিখি, মদু মহাক লৈ হায়বগী মখল-মথেলগী খুদম শক্কিনা পিবগনি অমসুং কবিগুম্বা মতমদা মখোযগী লৈফমশিংদা মহাক মশামকসি মীয়াম পুম্নমক্তা মশা উহনখিবসু যাওই।

প্রশান্তি নিলয়মদনা, নবেম্বর তাং ২১ অমসুং ২২দা অন্ধ্র-প্রদেশকি সত্য সাই ওবগেনাইজেসনগী থৌপুবশিংগী মীফম ফমখি, অদুনা মদুদা লৈবিবা ব্রাখল্লোন অদু অশেংবা থাজবা ঙাক্তা ওইখি। দিলিগেতশিং অদুদা মহাক্না হাযখি, "মীপুম খুদিংমক" শক্তিগী হৌবকফম অহুম-অহুম লৈঃ লন্নায মীওই অমা ওইনা; ঈশ্বরনা লেঙশিল্লিবা মন্দির অমা ওইনা, অমসুং ঈশ্বর মশামক্ ওইবিবা আত্মা ওইনা। হনুমান্না খোঙ্ফম অমদা মাগী মবুংঙো বামদা হাযখি, "ঐনা হকচাং অসি ঐনি হাযনা খনবা মতমদা, নহাক্না ঐগী মপুনি; ঈশ্বরগী থৌজালনা, জিব মযামসিগী মবক্তা ঐহাকসু অমনি হাযনা খনবা মতমদা, ঐহাক্না থক্তোবকপা মমিদুনি, নহাক্না অশেংবদুনি; ঐনা ঐহাকসি আত্মানি হাযনা খনবা মতমদা, ঐনা নঙনি অদুগা নঙ্না ঐনি। ঈশ্বরনা অচুম্বগী লম্বীদা চৎলি; মহাক্কি মমি ওইবিবা মীনা ইবুংঙো মাগী মখোঙদা পাযববদি, যান্নববদি তেক্ত কাযদনা মৈ-ঈশিং মবক্তা, অমোৎপা মবক্তা, খোঙবান্দা অমসুং চীংদা চৎপা ঙমগনি অমসুং ঈশ্বরদুগী মনাক্তা য়ৌগনি।" মহাক্না মখোযদা হাযখি মদুদি ওবগেনাইজেনগী পান্দমসি পুক্লিং শেংদোক্লবনা কযাম কান্নবগে হাযবদু খঙননবনি। "মহাক্না পুক্লিং থৌগৎলিবসি মেদিতেসন্ তৌনবা ওইবা যাই, ভজন ঈশৈ শক্লবগী ওইবা যাই, পাওজেল পিনবগী ওইবা যাই নত্রগা ফিবোল যেন্নবগী ওইবা যাই, নত্রগা নঙনা পাঙথোক্লিবা পুজা অদুগী ওইবা যাই; মদুগী ফংফম থোকপা পান্দমদি মদ কাবনা, মিহৌবনা, তুক্কচবনা, মলোম্না, অপাম্বনা অমসুং কল্লকপনা মোৎশিলহল্লবা পুক্লিং অদুবু শেংদোকপদুনা ওইগদবনি। পুম্নমক অসিগী মহুত্তা নপুক্লিং অদু নুংশিবনা থলহল্লু। মদু সাই ভক্ত অমগী খুদম্নি।"

বাবাগী মপোক নুমিৎকি ফিবাল চিংখত্রিঙৈদা মহাক্না পিখিবা পাওজেলদা ভক্ত খবনা বাবাবু লাৎচবদা নত্রগা মাগী মবমদা ঙাঙ্জবা মতমদা যাম্না হেজিন্না

চঙ্শিনবগী মওং উবদা বাবনা হায়খি, "ঐগী অতোপ্পা মমিংশিং অমসুং মওংশিংদা পুজা তৌজরিবা কাংবুশিংবু ঐঙোন্দা চিংশিনগে হায়বগী অপাম্বা লৈতে। নখোয়না মিরাকল হায়রিবা অদুদগী নখোয়না ভাবনা শারি মদুদি ঐনা নখোয়বু ঐ অমসুং ঐঙোন্দদা চিংশিন্নবা হোৎনরি। মিরাকলশিং অদু মীয়ামদা উৎননবা নত্রগা শন্দোক্লবা নত্তে; মখোয় অদু মশাগী হৌনশা ওইনা অমসুং ঈশ্বরনি হায়বদুগী শাক্তিনা ওইনা লৈজবনি, ঈশ্বরদি পৃথিবীনা অতিয়া অমসুং অতিয়ানা পৃথিবী ওম্বোকপা ঙমই। নখোয়না পল্লবসু নত্রগা পামদ্রবসু ঐদি নখোয়গিনি; নখোয়না ঐবু তুক্কচববসু অমসুং ঐঙোন্দগী লাপথোক্লবসু নখোয় ঐহাক্কিনি। মরম অদুনা, নখোয়দা অমুক্ য়াহন্নবগী, চিংশিন্নবগী, ঐগী মিনুংশি নত্রগা নুংশিবা প্রেম উত্তুনা নখোয়বু পুজা তৌহন্নবা, নিংহন্নবা হোৎনবগী করি দরকার অমুক্ লৈখিগনি? ঐদি নখোয়দা লৈরে। নখোয়না ঐঙোন্দা লৈবে। মরকসিদা অরাপ্পা নত্রগা খেন্নবা লৈত্রে"। মহাক্না লাওথোকখি, "নখোয়না নশাগী য়ুমদা লাক্লে। মসি নখোযগী নযুম্নি, ঐগী নত্তে। ঐগী য়ুমদি নঙগী থম্মোয়দনি!"

মপোক নুমিৎকি থৌরমদি অওইবমক্তি তাং ২১ দা হৌখিবা কন্ফরেন্স অদুদগী হৌখ্রবনি, মদু তাং ২৭ ফাওবা চত্থখি; মদুদা ডাক্তর ভি: কে: গোকক্না হায়খি, "ঐখোযনা ময়েক অচৌবা T না হৌবা truth হাযবদি অচুম্বদু খঙনিংলবদি, উনিংলবদি, মদু মঙোন্দা নত্তনা কদায়দা উগনি, কদায়দা ফংগনি? ঐখোযনা ময়েক অচৌবা B না হৌবা beauty হায়বদি ফজবা অদু হকথেংনবা, খঙনিংবা লৈরবদি, মঙোন্দা নত্তনা অমদি মাগী মতেং নত্তনা কদায়দা ফংগনি? মহাক্তি অফবা হায়বদুগী অবতাবনি; মীওইবদা অৱা-অনা কোকহনবিরিবা, তেংবাংবিরিবনি। মহাক্তি নুংশিবা হায়বদুনা অবতার ওইনা লাকপনি, মহাকপু ঈশ্বরনি, শক্তিনি হায়বা খঙদবা মীওই ফাওবদা য়োকপিরিবা, ঙাকপিরিবা অদুগুম্বা নুংশিবা অদুনি। ঙসিগী সমাজদা কাং-খোং চাইবিবা পুম্নমক্ অসিবু অনৌবা নিয়ম নায়বা সংসার অমদা ওনশিন্নবা মহাক্ লাক্লিবনি। ঐখোয়বু লমজিংবিনবা অমদি য়াইফবা মঙ্গোল্ পিবিনবা মহাক্না মীওইবগী ফিজোল শেৎপুনি হায়বদি শক্তম লৌবতনি। মহাক্কি চাউরবা লেংজুম অসিদা মীওইবা জাতি পুম্নমক্কি অরুম্বা পোৎলুম অসি পুরিবনি।"

চাউরবা ওদিতোরিয়ম অদুদা, তাং ২৩গী অযুক্কি থৌরমদা, মীওই লিশিং কুন্না খঙ্খিবা অঙকপা মওংগী তেংবাং অমসুং অৱাবা কোকহনখিবা থৌদোক অমা থোকখি। (মদু শোক ১৯৬৮ গী মপোক নুমিত্তনি)।

বাবাসি নিলয়মদগী ওদিতোবিয়ম ফাওবা ভক্তশিংনা সভাযাত্রাগা লোযননা পুবমই; বেদ-স্কুলগী অঙাংশিংনা য়াকাইবোলগী শৈবেং কযা থিবমই; ভজন-ঈশৈ শকপা কাংবুসু য়াওবমই; য়াম্না নিংথিনা লৈতেংলবি শামু-সাই গিতাসু যাওবমই, মহাক যাম্না শিংবি, ভাবতাবি অদুগা তঙাইফদ্রবদি 'ভক্ত' হাযনসু কৌবা যাববীনি। পুন্নমকসিগী মথক্তা, যাম্না ব্যবহাব সন্মান্ তৌনবিবী বাবাগী মমা, ঈশ্ববস্মাসু বাবাগী নাকন্দা যাওবমই, মবমদি, নুমিৎ অদু মহাক্না অবতাব তৌখিবগী নিংশিং পালন তৌনবা নুমিৎ ওইখিবননি।

ওদিতোবিযমদা, দাইস মথক্তা বাবানা সিলভবগী চৌকি অমদা ফমখি, মদুদা মীযাম পুন্নমক্না যাম্না হবাও তযাম্নখি। অদুদগী, বাবানা যাম্না থৌজাল হৈবগা লোয়ননা ভক্ত খববু শেংলবা থাও অদু মাগী মকোক্তা দ্রোপ খব খব হাপহল্লমই; মখোযনা মাগী মখোঙ্ শোকখি অমসুং মদুদা লৈ কৎখি। চহি কযাগী মমাংদগী পৃথিবীগী ব্যবহাব ফংজববী মমা অদুনা থাও অদু ইহান্ হান্না হাপখি। অদুদগী, অতৈ খবসু হাপ্লখি। বেগম তাহিবা সযীদ হাযবী পবসিযাদগী লাকখিবি, উবদুগী কবি; বাবানা মমাংগী হকচাংদা শিবদিদা লৈবিঙৈদগী হৌনা সেবা তৌজবক্লবা; যাম্না ব্যবহাব তৌনববা অহল ওইববা ভক্ত M S Dixit, জাম নগবগী বাজমাতা; সিবোহিগী বাজমাতা, ডাক্তব গোকক্ অমসুং ইন্দ্র দেবী।

ঐনা পাযবিবা কপ্ অদুদা লৈ অমনা লুপ্লগা দ্রোপ খব বাবাগী মশম মথক্তা ইন্দ্র দেবীনা হাপ্লিঙৈদা, বাবানা আমেবিকাদগী লাকখিবী শ্রীমতি এন্দবসন হাযবী কনাগুম্বী অমবু উখি। মহাক্তি অবিবা অনাবা লৈবী, মখোঙ্ থাংবা নত্রগা শিজিন্নবা ঙমদ্রবি, মপুবোইবনা চাকা পানবা গাডিদা ইল্লগা চৎপি অমা ওইবমই। মহাক্না প্রশান্তিদা হেক লাকপগা অহৈবশিংনা নিংথিনা লাযেংনবা, শেবা তৌনবা হোস্পিটালদা মিং চনখি। বাবানা মঙোন্দা অমসুং সমুদ্র ৱাংমদগী লাকপা অতৈ নুপীশিংদা তাং ২২দা শাবি পিবিখি, মদু মখোযনা মাগী মপোক নুমিত্তা শেৎননবনি; বাবানা মহাকপু শাবি শেৎপদা মতেং পাংনবা নুপী খব থাবিখি। তাং ২৩দা চীংথক্কি হোস্পিটাল অদুদগী মহাকপু পুথবকখি অমসুং দাইসকী মতায অমদগী থৌবম অদুবু যেংহল্লমই, মফম অদুদা মাগী থাদোক্লবা যাদ্রবা চাকা পানবা চৌকি অদুদা ফল্লমই, চৌকি অদু মাগীদমক্তদি হকচাংগী শকক অমাগুম ওইববনি।

বাবানা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকখি অমসুং হাযবকখি, "আদা চাকা পানবা গাড়িদা ফমলিবী নুপী অসে নঙ্না কপ্ অদু মনাক্তা পুশিনবিদুনা লৈ অমা মানা থাওদা লুপহল্লগা পুবল্লগা ঐগী কোক্তা হাপ্লবদি মহাক যাম্না হবাওগনি।" মহাক্কি মিনুংশি অদুদা ঐহাক নুংঙাইবনা মথুম-মবাং হৌখি, অদুবু, মখা অতৈ খব চত্থবকখি।

ঐনা ওইদা লৈথোক্লুনা মাগী মনাক্তা চৎত্রিঙৈদা (বাবাগী সিলভব চৌকিদগী মাগী চৌকি ফাওবদা লাপ্লবিবদু ফুট ৪০গী মথক্কি) বাবানা ঐবু খামখি অমসুং হাযবকখি, "ঙাইখো! ঐ ইশামক মাগী মনাক্তা চৎলগে!" বাবানা চৌকিদগী কুমথবগা ইনভালিদ ওইববী নুপী অদুগী মনাক্তা, ঐনা থাও যাওবা কপ অদু পাযবগা, চৎপদুদা মীযাম পুম্নমক্কু পুমঙক ঙক্লখি। বাবানা মাগী মকোক অদু মঙোন্দা নোন্থবমই, মদু মহাক্না বাবাগী অবংবা মঙালনা যোমশিল্লবা শম মথক্তুদা থাও দ্রোপ খব হাপহন্নবনি। তিল্লিবা মীযাম্ পুম্নমক্কু তৌবিমল খঙবগী নুংঙাইবা অদুনা হবাও মথোই-কাখি, মদু মখোযনা ঈশ্বরগী ওইবা থৌজাল অদু মথন্নতা চেন্থবকপা অমসুং মীবৈবাক্তুগী লাকপি, চৎপা ঙমজদ্রবি মাযথোং লাংশিল্লবী, নুপী অমগী মাযথোংদা চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইজবগী মঙাল অমা উবকপা অদুদগীনি। মহাক্না লৈ অদু অহল্লক হাপখি। অহুমলক্ শুবর্দদি বাবানা মাগী মখুৎ পাযখি অমসুং হায়খি, "লেপখৎলু" অমসুং মহাক লেপখৎখি।

তিল্লিবা মীযাম অদু হবাও-নুংঙাইবনা পুমঙক ঙকখি। "ঐগী তুং ইল্লকউ!" বাবানা হাযখি। মহাক্না ফুট ৪০ দু বাবাগা খোঙথাং মান্ননা সিলভব চৌকি মনাক্তা চৎখি। ঐহাক নুংঙাইবনা অসুক্কি মতিক থুমহৎখ্রে মদুদি ঐনা মাইক্লোমদা চেনশিনখি অমসুং নুংঙাইবনা শুক্কৎলবা মীযাম অদুদা লাওথোকখি মদুদি শ্রীমতি এন্দবসন হাযবী চহি কযাদগী মখোঙ্না চৎপা ঙমলক্তবী অসি মাগী অনাবদু ফহনবিখ্রে, অমসুং বাবাগী যাথং মতুং ইন্না মানা মাগী চাকা পানবা চৌকিদগী হৌগৎখি অদুগা মাগী মখোঙ্ অনীদু চপ চানা অমুক হন্না ফংজখ্রে। অসিগুম্বা অনাবা ফহনখিবা মিবাকল্ অসিদা মিপুম খুদিংমক হবাওবনা থুমহৎখি। "মশাগী হান্নগী খোঙ্শিং" মদু বাবাগী মপোক নুমিত্তা মানা বাবাদগী ফংজখিবা খুদোলনি।

মহাক্কি মপোক নুমিত্তা বাবানা ব্রা ঙাঙবদা হাযখি, মদুদি অঙাংশিং অসি ইচম-চন্বা মীনা খঙ্দবা মবম মঙাদগী পোকপনি। মখোয অদুদি (১) ন্যাস পুত্রশিং, মমাংগী মপোক্তা মখোযনা নঙঙোন্দা তুংশিনখিবা, নঙনদি মদু মাঙহনখ্রবা নত্রগা

লান্না শিজিন্নখ্রবা, অদু লৌখৎনবা, (২) কন পুত্রশিং; হৌজিক মপা ওইদুনা লাক্লবশিং অদুনা নহানমুক্কি মপোক্তা শিংদোকলমদবা শেন্দোনশিং লৌখৎনবা (৩) সুপুত্রশিং, ঈশ্বরগী আশীর্ব্বাদতগী পোকখ্রবশিং, (৪) উপেখা পুত্রশিং, মখোয় অসি অবতারশিং অসিনি, মখোয় অসিদি মমা-মপাদা, মবী-মতাদা, থোইদোক্লা খন্দ্রবা, পুম্নমক্তা নুংশিবা প্রেম অমসুং মিনুংশিগী ব্রাখল চেল্লবা কাংবুনি। মসি বাবানা মাগী মমা মপাশিংদা যেংলিবা মিৎযেং অদু খঙহনবগী ব্রাফম্নি, মসিনা কযামকমগী থম্মোযদা চমন্নবা পোকহনখি, মদু বামা অমসুং কৃষ্ণনা মমা-মপাগী মফমদা লৈখিবা মিংযেংদগী যাম্না খেৎনৈ।

দিসেম্বরগী তাং ৪দা বঙ্গলোরগীদমক বাবানা প্রশান্তি নিলযম্ থাদোকখি, মফম অদুদা আমেরিকা অমসুং অতৈ মফমশিংদগী লাকপা ভক্তশিংগা মখোয অদুগী আধ্যাত্মিক্কি খোঙ্জংশিংদা মতেং পাঙদুনা থা অমবোম লৈমিন্নখি। মহাক্লা লৈরিবা বৃন্দাবনগী মফম অদুদা নুপামচাগী কলেজ অমা লিঙ্খৎনবা হোৎনবদা মশামক হকথেংননা যাওখি।

খৃষ্টমাসকি নুমিত্তা খৃষ্টিযান ভক্তশিং অদুবু মহাক্লা আশীর্ব্বাদকা লোযননা খুদোল পোৎ পিখি অমসুং নুমিৎ মঙানিগী মতুংদা লাকখিবা বাইকুন্ত একাদসি নুমিত্তা মহাক্লা অমৃত পুথোকখি অমসুং মদু ভজনগীদমক্ তিন্দুনা লৈরিবা মী লিশিং মরিবোমদুদা মশামক্লা যেনবিখি। চহি হৌবা নুমিত্তা, মহাক্লা লাক্কদৌরিবা চহি অদুগীদমক্তা কনাগুম্বা অমনা আধ্যাত্মিক্কি মবমদা লৌফম থোকপা ব্রাবেপশিং অদুগী মবমদা ব্রা ঙাঙখি অমসুং অরিবা চহি অদুবু তাম্হোকখিবদা যেংগদবা মিৎযেং অমসুং হোৎনগদবা খোঙজং অদুগী মবমদা ঙাঙখি। জনুযারি তাং ১৩দা প্রশান্তি নিলযমদা অমুক হল্লকখি, মদু মকবা সনক্রান্তিগীনি, Tropic of Capricorn গী নুমিৎনি, নুমিৎ অসিদগী ঈশ্বরগী ওইবা অফবা চহি তঙ্খাই হৌবা নুমিৎনি, নুমিৎনা অব্রাংথংবা পৃথিবীগী তঙ্খাযদা অব্রাং পাংনা চৎলে। অদুবু, *"নঙগী পোকপদগী শিবা ফাওবা চৎলিবা অদুদগী শিবদগী পোকপা ফাওবা চৎলিবা খোঙচৎ অদুদনা হেন্না পুক্নিং চঙউ, মদু নঙগী অফবা শাজৎ-নিতিনা দন্দি অদু কোকথোক্তুনা নশা অদু ননিং তমদ্রিফাওবা পুক্নিং চঙগদবনি।"*

শোক ১৯৬৯ গী জনুয়ারি তাং ১৬তা বাবাসি গোদাবরি তোর্ব্বান্দা লৈবা রাজামুন্দ্রি সহবদা লৈরমই, তুরেল্ অসি শিরদিগী মতমদগী হৌনা বাবানা য়াম্না নুংশিজবা তুরেলনি, খোঙচৎ অদু অন্ধ্রপ্রদেশকি সমুদ্র তোর্ব্বানগী মফমশিংদা চৎপগী অহানবা খোঙ্থাংনি। গোদাবরি তুবেল্ অসি শির্দিগী মনাক্তা চেল্লি; মসিদি বাবাগী হান্নগী হকচাং অদুগী মতিক-মগুণশিংগী মরমদা মপুংফানা খঙ্লবা অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা শিরদি হায়বা মিং অসিবু নুংশিখ্রবা তুবেল অমনি। বাবাগী হান্নগী হকচাং অদুগী লৈফম ওইখিবা দ্বারকামায়িদা বাবাগী আশীর্ব্বাদকিদমক চৎখিবা খুদিংমক্লা অহানবমক্তদা গোদাবরিদা ইরুথোক্লমই। হৌজিকসু, ঈশ্বরগী করিগুম্বা নোংদমখোন অমদগী গোদাবরিগী নোংপোক অমসুং নোংচুপ্ থংবা ডিষ্ট্রিক্টশিং অসি অনৌবা সাই যুগ অসিগী ভক্তি অমসুং কথোকপগী পাওজেল শন্দোক্লিবা ভজন মন্দলি অমসুং সেবা সমিতিনা চগুংননা লৈখ্রে। নোংপোক থংবা গোদাববি ডিষ্ট্রিক্টগী কনাগুম্বা অমনা বাবাদা ইবকখি, "মফম অসিদা লাই খুরুম্ফমদা নঙ্গী ফোটো থমদবা যুম অমতা লৈতে, মফম অসিদা নঙ্গী নতিক নগুণ শক-শোনবগী খোন্থাং থোবকক্তবা যুম অমতা লৈতে!" অদুগা বাবানা মঙোন্দা খুমখি; "নঙগী নুংঙাইবদু খর হেন্না লেম্বা থাক অমগীদমক্তা খাকউ! থুনমক্ মফম খুদিংমক্তা ঐগী মিং অমসুং মওংসি উবা ফংলগনি। মখোয অদুনা পৃথিবীগী মচি-মযা খুদিংমক্তা শন্দোক্লগনি।"

তাং ১৭ অমসুং ১৮দা যামখ্রবা মীযাম অমা বাবাগী পাওজেল্ তানবগীদমক বাজামুন্দ্রিদা পুনখি, মদুদা শ্রী ভি: কে: বাও:, আই: সি: এস: অমসুং গৌতমি জীবককন্যা সঙ্গম্গী শ্বামি করুন্যানন্দ অনিনা ঙসিগী মীবোল অসিনা বাবাগা মতম অমতদা হৌমিন্নবা ওইবা ফংজবা অসি যাম্না চাউখ্রবা লাইবকফবা খুদোংচাবা অমনি হাযবগী মবমদা ব্রা ঙাঙ্খি। অহোংবা নাযরিবা সংসাব অসিদগী মনিং তমগে হায়ববদি পুক্লিংবু জয় তৌবা হায়বসি তঙাইফদনা দরকাবনি হাযবসিগী মরমদা ব্রা ঙাঙ্খি। অমা অদুবু খঙউ; অমা অদুদা পুক্লিং চঙউ। অমুক য়াবা অমসুং য়াদবা, অমুক্ অচুম্বা অমসুং অবানবা হায়দুনা লৈরিবা হোংদোক-হোংজিন্ তৌরিবশিং অসি অমা অদুগী শকওং ঙাক্তনি। করি অমতনা নপুক্লিং অদু লাঙ্হনগনু; লেঙ্দনা লৈয়ু। পামশিনগনু, শাক্ষি ওইনা অদুম লৈয়ু। সংসার অসি

মহাক্লা পুথোকপা অমসুং মায়গৈ তাকপা লীলা অমনি। "*নঙগী নুংশিবা অমসুং অপাম্বদু, অপাম্বা অমসুং থিরিবদু ঈশ্বররোমদা ওনশিল্লু।*" মহাক্লা মখোয়দা মীনা ফংহেক শাওগৎপা য়াবা ৱাফমশিং, মলোম থম্বা য়াবা ৱাঙাং অমসুং অশাওবা ৱাতাশিং থাদোক্লবা হায়খি। "ইংলিসকি ময়েক ২৬সিনা লৈরিবা লাইরিক পুম্নমক্ অসি ইরিবনি। ময়েকশিং অসিগী তোঙানবা গুণ লৈজদে, মখোয় অফবসু নত্তে, ফত্তবসু নত্তে, অদুবু মখোয়গী তোঙান-তোঙানবা তাইনবনা কান্নদ্রবা লাইরিক ওইহনবসু য়াই, নত্রগা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্তা ঈশ্বরগী মতিক-মগুণ খঙহনবা লাইরিক্ ওইবসু য়াই। মতৌ অসুম্না, *পুক্লিং অসিনা মী অমগী পুন্সিবু সংসার অসিদা নত্রগা মথংগী মপোক্তা মাঙহনবা য়াই নত্রগা ফহনবা য়াই।*"

তাং ১৮দা বাবানা অন্ধ্রপেপর মিল য়েংখি অমসুং মদুদা থবক্ তৌরিবা ওফিসারশিং অমসুং মখাগী কর্মিশিংদা মখোয় মশেলগী মরক্তা থবক থৌবম খুদিংমক্তা য়াম্না নুংশিননা, ব্যবহার লৈননা অমসুং পুন্না পাঙ্থোকমিন্নবগী ৱাখল্লোন্দা থবক তৌমিন্নগদবনি হায়না শাফু পিদুনা ৱা ঙাঙখি। মদুগী নুংথিলদা বাবাগী মমিংদা থোনবা স্কুল অমা শঙ্গাখি, মদু মাগী পাওজেল অমসুং পাওতাক্কি মতুংইন্না চৎথবা স্কুলনি। অঙাংশিং অদুগা মায়োক্লদুনা ফম্বা মতমদা বাবাদা য়াম্না চাউবা মিনুংশিগী ৱাখল অমা ফাওখি, মসি য়াম্না তাঙনা কবিগুম্বদা ঈশ্বরনা ফাওবগুম্বনি। মহাক্লা হাযখি, "সনাতন ধর্ম হায়বা য়াম্না পাক- চাউখ্রবা যুম অদু, হৌখ্রবা মুনিশিংনা য়াম্না অৱা-অনা থেংনরগা তুংদা লাক্কদবা চারোন-শুবোন্না য়াম্না শান্তি লৈনা অমসুং নুংঙাই-য়াইফনা লৈবা য়ানবা শাবিরম্বনি; অদুবু অৱাবগী মশক্লি, ঙসিদি মল্লবা, নিঙখাইববা, মী লৈবা য়াদ্রবা থাদোক্লগদবা যুম ওইরে হায়না নিন্দা তৌবিরে। অদুগুম্বা মুনিশিং অদুনা লৈহন্নিংলম্বা শান্তি অদু অঙাংশিং অসিগী মমায়দা উবা ফংই, মখোয়গী থম্মোয়দা কল্লকপা, মিহৌবা অমসুং তুক্কচবা হায়বদু অমতা লৈতে। মখোয়না চাউরক্লবা মতমদা নুংঙাইবা অদুনা অৱাবদা ওম্থোকখি অমসুং শান্তি অদুনা পুক্লিং লাংতক্লবদা অমসুং অকিবদা ওম্থখি। অহল ওইবশিংনা মদু অমুক হঞ্জিন্নবা, মাঙহন্দনবা নত্রগা শান্তি অমসুং নুংঙাইবা পিনবা হোৎনবগী লৌশিং অদু মাঙখ্রে।

অঙাংশিং অসি অমগা অমগা য়াম্না ব্যবহার তৌনবা, ভক্তি লৈবা, সেবা তৌনবা অমসুং তেংবাংনবা ঈচেল মরক্তা চাউহনগদবনি। হৌজিক্তি মখোয়না তল্লিবসি চুম্নগী মতৌ মান্নবা শিন্দোকপা অদুতা ঙাইরে, মখোয়না খঙলিবা অদু থবক্তা পাঙথোক্লবগী অনিংবদু য়াওদ্রে। মমা-মপানা য়ু থক্লে, জ্বার শান্নরে, অতোপ্পবু ফত্তনা হায়রে অমসুং নৌরিবা মচাশিংগী মমাংদা কন্না ওইদবা, মিনম্বা ব্রা ঙাওলে। অসিগুম্বা তনৌ-তনৌ শাৎকায়রক্লিবা শেংলিবা পুক্লিংশিং অসিদা কনাগুম্বা জাতি অমবু, ধর্ম অমবু, নত্রগা চৎনবি অমবু তুক্কচবগী, হঙ্গোয়বগী, ব্রাখল, মমি তাহনগনু। অহানবদা মমা-মপানা, মথংদা ওজানা, মতুংদা শান্নমিন্নবা অমসুং লোয়নবশিংনা অমসুং অবোইবদা কাংলুপ অদুগী নত্রগা লমদম অদুগী মচিন-মব্রা চৎলিবা লুচিংবশিং অদুনা মখোয মশা-মশাসি অঙাংশিংনা ফিদম লৌনিংঙাই ওইবিব্রা হাযবসি তত্তনা পবিক্ষা তৌদুনা নিতি অদুনা লমদম অসিদা লৈবিবা অতৈ স্কুলশিংদা ফিদম্নফম ওইগদবনি, অমসুং লমদম অসিগী নুংশিৎ-নুংশা অসি ঈশ্বব নিংবগী নুংশিবা মনম অদুনা পিক থলহনগদবনি।" ব্রাহৈশিং অসি অনৌবা অচুম্বা, ধর্ম লৈবা, শান্তি অমসুং নুংশিবা লৈবা যুগ অমা লাক্লে হাযবগি পাওজেলনি।

তাং ২০ দগী নুমিৎ ৫নিগী ওইবা নুংশিবা প্রেমগী খোঙচৎ অমা দেলতাগী লম মনুং অমসুং মপান্দা চৎখি, মদুদা মীওই লাক্ষ কয়ানা খৌবাংনা ঙাইজবকপা থৌজাল অদু ফংজখি; খুঙ্গং চামাগী মথক্তা অমদি সহর কয়াগী মথক্তা চৎখিবা খোঙ্চৎ অদুনা মহাক্কা হেক উনবা খুদিংদা মিনুংশিগী মিনোক অমা, নত্রগা হায়ফেৎ য়েংবিবম্বা, পোপ লাওনা থাবিরম্বা, নত্রগা ব্রাহৈ অমা হায়বিরম্বা, নত্রগা শেংলবা উৎ খজিক্তং হেক পিবিরম্বা, নত্রগা মমল য়াম্লবা মোমেন্তো অমা হেক পিরম্বনা পুম্নমক্কি থম্মোযদা অওনবা, অহোংবা অমা পুরকখি। Dhowaliswaram Anicut তগী লৌখোং ময়াম অমনা গোদাবরি তুবেলদগী ঈশিং পুথরক্নুনা লবুক লিশিং কয়াদা পাম্বী অমসুং মহৈ-মরোংশিংদা পুন্সি অমসুং মবেক-মহাও পিবগুম্, বাবানা লৌখোংশিং অসিগী তোর্ব্বান্দা, চাংজৌ নায়দ্রবা, হেন্না মগুণ লৈরবা শ্বগগী ঈশিং ময়াম অমা পুদুনা চৎলি, মদুনা মীপুম খুদিংদা অমৃত অমসুং সিমানা লৈতনা নুংঙাইবা পিনবিনবনি।

# সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

থৌজালগী গোদাববিগী মশক ওইববা কাব ২০গী মথক্তা নুমিৎ খুদিংগী অযুক অঙনবদা বাজামুন্দ্রিদগী থৌদোকখি; মদুনা দেলতাগী লম্ পুন্নমক্তা হবাও - নুংঙাইহবগী পাও শন্দোকখি; মবমদি, বাবাবু অমুক্তং উজবা, মীগী থম্মোযবু শুদ্ধংপা মাগী পাওজেল অমুক্তং তাজবা অমসুং কবিগুম্বা খুদোংচাবগা মাগী মখোঙ্ শোকচবগী যাম্না তাঙ্লবা তাঞ্জা অমতং হেক ফংজহৌবা হাযবসি মহাক্কি থৌজালনি, কৃপানি; মসিমক্ খ্বাইদগী অবাপ্পা খুঙ্গং মনুংদা লৈবা মীওইশিংনা ফাওবা থৌবাংজবিবা ব্রার্ফম্নি। সবক্কি নাকল অনিমক্তা খুবক হাঙ্দনা নুপা, নুপী অমসুং অঙাংশিংনা মশা-মশাগী নিংথিজবা ফিজোল্ শেত্তুনা পবেং-পবেং লেপখি; লম্বীশিং অদু তক-তনালনা শিত্তোকখি; খুঙ্গং যৌবক্কদবা মাইল কয়া ব্রাৎলিঙৈদগী নুপী ভক্তশিংনা চেংগী যাম্না লম্বীদা যেকখি; খুঙ্গং মনুংদা লৈতেংলবা শঙ্ কযা শেমনখি, মদু বাবানা দাইস্তা কাখত্তুনা তিল্লিবা মীয়ামদুদা দর্শন অমসুং পাওজেল পিবিবম্নবনি, পুং কযা ভজন-ঈশৈ শক্লবনি, মদু অদুগুম্বা সনাগী মিকুপ্ (বাবানা থুংলগদবা মিকুপ্) অদু ঙাইজবগীদমক্তনি, মীয়াম্না চৎনবিবা লম্বী অসিদা ফৈনা থত্তনা ফেসতুন্শিং, ফিবালশিং, উনা অশংবা পবেংশিং যাল্লমই; নুমিৎ অদুমদি ঈশ্বর শোযদনা উজৎগনি খনবদা মিহুল অদু হান্নদগী খব হেন্না যাঙ্না থিল্লমই। কবিগুম্বদা, যাম্না মওং তানা, শেল চঙ্না অকোনবা ওক্লবা লৈতেং কযা লম্বীদা শেল্লমই, সহবগা মীওইশিংনা পুং কযা চঙনা য়েংবদা পুক্লিং থুক লাওনা ফাওহনবা যানবা মওংদা নিংথিনা শেল্লমই।

বাবাগী কাবনা লমজিংলমই। কেসভবমদা বাবানা অতৈ কাবশিংদু লম্বীদা অদুম লৈবম্নবা হাযখি, অদুগা মানা খুঙ্গং অদুদা থৌজিনখি, মবমদি, মহাক্না হাযখি, মফম অদুদা গাডি মযামদুগী খাম্ফম মতিক চানা লৈখিদে। দেলতাগী লমদম অসিদদি ফুট অমগী মফম ফাওবদা ইঙ্খোল-কোযনবা শিজিন্নৈ অদুনা অহাঙবা মফম ফংবা ব্রাই। খুঙ্গংগী মী পুন্নমক্লা বাবাবু মখোযগী মহৌশাগী ওইবা যন্ত্রশিং খোংদুনা তবাম্না ওকখি, অশাংবা পিথ্রাইগী হোবন্ খোংদুনা, পুং কন্না-কন্না থিন্দুনা খুঙ্গংগী নুংঙাইবা মওং উত্তুনা! নুপী, নুপা পবেং লৈরিবদুগী মবক্তা তপ্পা চত্তুনা বাবানা দাইস মথক্তা কাখৎখি অদুগা ব্রাহে খব-নাম সম্মরনগী মবমদা, ভজন শাকপগী কান্নবগী মবমদা, অমসুং মদু য়াম্না থব্রাই য়াওনা, হেন্না থাজনা

শকপা দরকার লৈগনি হায়বগী মরমদা - ব্রা ঙাঙখি। অদুদগীদি কার পুম্নমক্তু Palathodn হায়বা খর হেন্না চাউবা মফম অমা য়ৌনবা চংখি, মদুদদি গাড়ি পুম্নমক্ খাম্নবা মফম লৈরম্মই। মফম অসিদসু বাবানা য়াম্না তেন্তক্লা, *ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধা হায়বা, জ্ঞান হায়বিবা উচেক্ অদুগী মশা অনী ওইরিবা অমসুং অশেংবা হায়বসি ঈশ্বর হায়বদু খঙনবগীদমক্ মায়কৈ অদোমদা পাইশিল্লিবা, অনিসি তঙাই ফদবনি হায়না পনখি।*

তাং ২১দা কার ময়ামদু অতোপ্পা লম্বী অমদা চংখি অমসুং লম্বী অদুনা হেক চংপা য়াবা মফম খুদিংদা লৈবিবা মী পুম্নমক হায়নিংঙাই লৈতনা হরাওনরম্মই, মরমদি, নুমিত্তুমদি মহাক্না মীয়াম পুম্নমক্তু আশীর্ব্বাদ পিরগে হায়না লেপখিরম্মই। খুঙ্গংশিং অদুগী মীয়াম পরেং অদু বাবাদা Guard of Honour পিবদৌনা লোয়বা নায়দনা লেপলম্মই; মখোয়না কার হেক উবগা জয় হায়না লাউখি; বাবানা মাগী কারদু তপথহল্লম্মই, মদু মখোয়না নিংথিনা দর্শন তৌবা যানবনি। মহাক্কি মখুৎ হায়বদু উখি, মতম অদুদদি বাবাদি মখোযনা লেপ্লিবা মফম অদু হান্ননা লাম্হোকখ্রবা মতমদনি। মবক মবক্তা গাড়ি লেপখি অদুগা বাবানা থোঙ্ হাংদোকপদু য়াবিখি অমসুং খোঙনেৎফম অদুদা লেপখৎখি, মরমদি মদু যামখৎলক্লিবা মীয়াম অদুনা নিংথিনা মপুং ফানা উনবনি, মদুম তৌববদতা মখোযনা মাগী শক্তম অদু মশাগী থম্মোয়দা মমি নিংথিনা তাহন্দুনা থম্মোযগী চীক্লবা মফমদুদা ইংনা লাৎচবা য়ানবনি।

দেলতা অসি অন্ধ্র প্রদেশকি পুক্কৈনি হাযনা লৌনৈ। মফম অসি মী য়াম্না লৈবা খুঙ্গংশিংনা পিকথল্লি, মাইল অমা/অনী ফাওবা লাপ্নদে। মসিগী খুঙ্গং অয়াম্বদা বাবানা কারদগী কুমথখি, খজিক্তং হেন্না লাপ্নবা মফমশিংদসু কুমথখি - গুম্মিলেরু, পিনাপাল্লে, গঙ্গভরম্, পমরু... অসিনচিংবা, অবোইবদা সমপবা হায়বিবা হিদাকমনাগী মকোন্ ওইরিবা মফমসিদা খামখি। মফম অসিদদি খুঙ্গং পুম্নমক অদু শ্রীকৃষ্ণবু মাগী খুঙ্গং, গোকুলদা অমুক্ হন্না হল্লকপদা ওকখিবগী মতৌগুম্ তৌরম্মই। তশেংনা হাযরবদি খুঙ্গং অসি মতম শাংনা ভাগবতগী ৱারীদা লৈরম্মই, মরমদি মফম অসিদা থাইনগী ভক্তিগী লাইরিক অরিবা অদুদা য়াম্না খঙ-হৈবা শ্রী কাদিয়ল্লা সীতারমা শাস্ত্রিনা খুঞ্জাশিং পুম্নমক্ ভগবতগী পাওজেল অমসুং পাওতাক পুম্নমক্তুবু মাগী থম্মোয় শোক্লা, শুদ্ধাংনা নৈনরকপা, ৱাফম্না

নিংশিংদুনতা লৈহল্লমই। বাবানা মফম অদুদা পুং খব লৈখি অমসুং ঈশ্বরশি লেঙদনা লৈ হাযবগী মবমদা পাওজেল পিখি। মহাক্না ভজন ঈশৈ খব শকখি, মদু মখোযগী থম্মোযদা ঈশ্বরগী মতিক মগুণসি শক-শোলহলনিংবগী ব্রাখল্ পোকহন্নবনি। অদুদগীদি কাংবু অদু বাজামুন্দ্রিদা হল্লকখি।

তাং ২২ দা লম্বী অদু তামবদা অমসুং পেদ্দপুবম লোমদা চৎলমই। পেদ্দপুবমদা বাবানা চল্লা অপ্পা বাও হাযবা চহি কযাগী মমাংদগী ভক্ত ওইববকপা অমগী য়ুমদা চৎলমই অমসুং মফম অদুদা মাগী মশা ফহনখিবা মিবাকল অমা থোকখি। মহাক চহি ৩গী মমাংদগী ফমজেন্নদুনা লৈবক্লবনি; মাগী ফিভমদু থা ৮গী মমাংদগী অমুক্কা হেঞ্জিনখিবনি, "অদুবু", ডাক্তব জি: কেসভ বাওনা হায়খি, "মহাক্ বাবা খক্তদা থাজবগা লৈবকখি অমসুং হিদাক অমতা চাও হাযবা য়াখিদে। মহাক্ মশাদু ঈ থাংখিদ্রে, মদু ঈ-থোকপা নুংশংনা নাবদগীনি। মাগী মশাদুসু পোমখৎখি, হেমোগ্লোবিন যাওবগী চাংদুসু ১০০দা ৩০দা হন্থখ্রে; ঈশিং চৎপা-বেবা তৌবমই। ডাক্তব অতৈনে অমসুং ঐহাক্নে মঙোন্দা ঈ কাপ্পবা হাযখি অদুগা কবিগুম্বা মদু তৌদ্রবদি মহাক হিংবগী আশা অসি লৈত্রবনি হাযনা মঙোন্দা ব্রার্নিং তৌখি। লাংতক্লববা মকপ খবনা ভগবান্দা মঙোন্দা হিদাক চাও হাযবম্লবা হায়জখি, মদুদা ভগবান্না খুদক্তা খুমলকখি, "কবিগী? হিদাক চাবিবা মখোযদি শিদববা?"

বাবানা পেদ্দপুবম চৎপা মতমদা নুপা অদুগী মযুমদা চংখি অমসুং মাগী ফমুং মনাক্তা ফমখি। মদুদা ফল্লিঙৈদা বাবানা লিঙ্গ অমা শেমখি, পুথোকখি। মহাক্না মদু মবী লৈনবা মন্ত্রগা লোযননা শেংনা ঈশিংনা চামথোক্লবা হাযখি। অদুগুম্বা অশেংবা ঈশিং অদু নুমিৎ খুদিংগী থক্লবা হাযখি। "অঙকপগী মথক্তা অঙকপনি," ডাক্তব জি: কে: বাওনা হাযখি, "অনাবদু মথংগী মিকুপ্তগী মশা ফগৎখি। মশা পোমখৎলম্বা অদুসু লোযনমক্ মাঙ্খিবমই। মখোঙ্হাম্বা অমসুং মপাম্থোকপসু মহৌশাগী ফিভমদা হঞ্জিনখি। ঈ তাবম্বদুসু অঙকপা মওং অমদা তোকখ্রে। মশা য়াম্না চোকথবম্বদুসু ফখিবমই। থা অমগী মনুংদা মহাক মশাদু যাম্না তেকখৎখ্রে, নহাগী মতৌগুম কুচু-কুমেন্দু ইবং লংখ্রে"। অপ্পা বাওনা আশীর্বাদ অদুবু অসুম্না শন্দোক্না হাযবি, "বাবা লাকত্রিঙৈগী মমাংদা ঐগী হকচাং অদু অশিবগুম তৌকবে; বাবা লাকপিখ্রবা মতুংদা, ঐহাক্ অশিববু জয় তৌবা মী ওইখি।"

মীয়ামগী মিতিং অমদা ৱা ঙাঙলবা মতুংদা, বাবানা সত্য সাই সেবা সমিটি অমগী যাত্রা অমা খুঙ্গং অদুদা হুনখি। অদুদগী মহাক্না কোতাপাদু অমসুং মেদপাদুদা চৎখি, মফম অদুদা মহাক্না সত্য সাই মন্দিব অমা শঙ্গাখি, অমসুং কোতপেতাদা চৎখি, মফম অদুদা পুং কযাগী মমাংদগী মীযামগী ভজন অমা শক্লুনা বাবাবু ঙাইজবকখিবনি। কলেজগী জগা অদু মীনা পিক থনখি, মদু খোঙনা, নত্রগা ষনগাডিনা নত্রগা সাইকলনা, নত্রগা বসমচানা, নত্রগা হিনা লাক্লিখিবা ঙাক্তনি। মীযামগী লম্বী অদুদগী বাবানা মাইল ১.৩০ নাকন্দা হাযদোকখি, মদু পালিভেলাদা ভক্ত মযাম্বু আশীর্ব্বাদ পিবিনবনি। মথংদা মহাক্না অম্বাজিপেতা য়ৌখি, মফম অদুদসু মহাক্না দর্শন হেক পিবগা অমসুং পাওতাক্না লোযনবা ৱাহে খব হাযবিবা মতমদা মমায মাযথোং অদু লংখৎখি।

মীযাম চৎনবা লম্বীদা অমুক হন্না থোবক্লগা, ঈশ্বৰগী মিনুংশিগী খোঙচৎ অদু বন্দবালনকা হাযবিবা ফিশা-লোনশাগী যাম্না ফাওবা মফম অদুদা চৎখি। মফম অসিদা, ফি-শাবা কাংবু অদুনা যাম্না হৈনিং-হবাওনা, বাবা লাক্লে হায়বা পাও অসি শন্দোকখি, খঙহনখি। মখোযনা সবক্কি হেক মনাক্তা বাবাবু ওক্লবা অকোনবা কালোক্, উনা পবেং অমসুং লৈ-তনা নিংথিনা লৈতেংলবা যাম্না চিংলেম্বা চংফম অমা শেমখি। মখোযবু আশীর্ব্বাদ পিনবা বাবানা কাবদগী কুমথখি অমসুং ৱাহে খব হাযবিখি মদুনা মখোয়দা শান্তি ফংজনবা অমসুং পুন্সিগী পান্দম্ মশক খঙজনবনি।

অদুদগী বাবানা মোতোবনা অমলাপুবম যৌনবা চৎখি, মফম্ অদুদা চাউবাক্না মী লিশিং যাঙ্খেমুক্না মহাক্না ঙাঙবা তানবা অমসুং মাগী মাযথোং যেংনবা পুল্লমই। ওকপগী ৱাঙাং তৌখিবা নুপা অদুবু বাবানা চৈখি। তশেংনমক্ অসিগুম্বা মীযামগী মিটিং মফমদা চৎনবক্লিবা ওকপগী থৌবম অসি কবিশু কান্নদবনি, মবমদি, মতম পুম্নমক্তা, মফম পুম্নমক্তা, শিন্থুংনা লৈবা বাবাবু কবম্না অমুক্ ওক্কদৌবিবা নত্রগা কাযনগদৌবিবা? অমসুং ওকখিবগী লোন অদু ইংলিস্তা ঙাঙখি। অমলাপুবম্না মযায ওইনা কোল্লিবা লমদম অদু ভুগোলগী মতুংইন্না কোনাসিমা (দেলতা) হাযনা খঙনৈ, অদুবু, ভাবতকি নাটপু নুংশিবা কাংবুনা বেদসিমা হায়না কৌনৈ, মবমদি মফম অসি বেদ হৈববশিংগী পোক্লফম্নি, নৈনফম্নি অমসুং

মিবোল্ কয়াগী মমাংদগী যাম্না হৈনিংনা বেদগী মবমদা থিজিনবা মফম্নি। "অসিগুম্বা চন্নবা মীয়াম অসিগী নাকোংদা, অমসুং থাইনগী আবিবা লোন্দা হৈথোইববা পন্দিতশিং অসিদা, মখোয়না খণ্ডববা লোন অমদা মনাকোংদা ফুথগদৌবিবা?" মহাক্না হংখি।

তাং ২৪গী যাম্না অঙনবদা বাবানা মনেপল্লিগীদমক অমলাপুবম্ থাদোকখি। ততিপকাদা অহল ওইববা অনাবা ভক্ত অমা যেংলন্নগা বাজোলিদা চৎখি, মফম অদুদদি মীয়ামগী মিটিং অমগীদমক যাম্না মবাং কাযনা শেম-শাবমই অমসুং মীসু ফনা নিংথিনা তিল্লমই। মখোযগী খৌবাংবদু কোকহল্লন্নগা বাবানা মীযাম চৎনবা লম্বীদা মথং মখা চৎখি। যাম্না যাংনা থৌবা মতমদা, লম্বী অদুদা ফৈনা থৎলগা, কবিশু থৌশাদবা যাবা মওংগী লাৎচবা মতৌ অমা, মেপ্তসু মমিং যাওদবা খুঙ্গং, পোতুমতলা হাযবা অদুগী মনাক্তা উখি। মদু হৈনৌ মনা ১২না লেংবা ফেসতুন্, যুবি পাম্বি অমদগী অতোপ্পা যুবি পাম্বী অমদা কিবা, মযাযদা "ওকচবি" হাযনা ইবগা চে মচেৎ অমা পিন্না ফাজিল্লগা নুংশিত্তা ফেবি-ফেবি হাইদুনা লৈবনি, মদু হৈবোই-হৈতবোই তৌবা অমনা ইবনি। বাবানা খামনিংবা মতমদা কাবদু গজ ৫০ মুক্ মমাংদা থৌগৎখ্রে অমসুং "ওকচবি" হাযনা কৌবিবা মফম অদুদা অমুক্ মমায় লৈদুনা লাকখি। কুক তাববা মখুত্তুদা লৈ পবেং পাযবগা হনুবী অনীখক লেপ্লমই। বাবানা থোঙ্ হাংদোকখি, মদু মখোযনা মখোঙ শোকচনবনি, মশাদু মমাংলোমদা নোম্থখি, মদু লৈ অদু মাগী মঙক্তা হুকচবা যানবনি। মহাক্না মখোয়দা অকিবা লৈতনা অসুম্না তৌগদবনি হাযবিখি। "মসিদা লৈবে নখোযগী শ্বামিদো! ননাক্ যাম্না নক্না! লাকও, ঐঙোন্দা লৈ অদো হুক্লবো!" মদু মখোয়গী পুক্নিগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা মিকুপ্তুনি অদুগা বাবাসু চপ্ মান্ননা মখোযদৌনা হবাওখিবগুম তৌই। নুপী অমনা মখুৎ তিংথোকখি অমসুং হায়জববখি, "প্রশাদম, শ্বামি?" মহাক্না কবিগুম্বা খব ঈশ্বরগী খুত্তগী ফংজনিংখি। বাবানা মখোযনা হুকখিবা লৈ পবেং অদুদগী লৈকা খব থৎলগা মখোয অনীগী খুত্তা হাপ্লিখি অমসুং মখা চথখি।

মখাসুম অমুক থৌদবকপদা বাবানা যাম্না অহল ওইববী নুপী অনীনা নিক্লবা মখুত্তা চৈশু পাযদুনা চৎপদু উখি। মাগী ঈশ্বরগী ওইবা মিনুংশি অদু মখোযবোমদা চেনশিনখি। মহাক্না কাব অদু মখোযগী মনাক্তা খাম্লবা হাযখি। কাব অদু মনাক্তা

লেপ্লবা মতমদা মখোয় কদায়দা চৎলিবনো হংখি। মখোয়না মখোল অদু নিক্লদুনা "সাই বাবা য়েংবা চৎলিবনি" হায়না খুন্নকখি। বাবানা নোকখি অমসুং হায়খি, "ঐহাক্ সাই বাবানি, নখোয় খঙদবরা?" কনাগুম্বা খরনা মখোয়বু করেম্মরিবনি খনখি অদুনা মখোয় মাঙলোমদা চৎখি। কারদা তোংলিবা অতৈদুনা কুমথদুনা মখোয়বু অমুক্ হল্লক্লবা অমসুং ফজনা য়েংনবা হায়খি। বাবানা মখোয়গীদমক বিভূতি পুথোকখি, মখুত্তা উহৈ পিবিখি অমসুং ময়ুমদা হন্নবা হায়খি।

য়াম্না থুনা *লক্ক ভরম* য়ৌখি অদুগা মাইল অমা-অনী চৎলগা লৈঙোই ওইনা তৌবা কযা ফত্তবা লম্বী অমদা লৈশিনখি, লম্বী অদু মপু পান্দবা লম্মাংদা ফাওদুনা চৎপা লম্বীনি; মযামদু বাবানা মখোয়বু পুরিবদু কদায়দনো হায়বসিদা ঙক্লমই, অদুবু য়াম্না নুংশা থিনা হংলক্লিবা কাংবু অদুদা বাবানা হায়খি মদুদি কাথি মন্দা হায়বিবা, মাঙদা মাইল অমরোম চৎলগা লৈবা খুঙ্গং অদুদা ভক্ত অমা লৈ। মহাক্কি নুপী শিখ্রে অমসুং মহাক্ অমুক হন্না লুহোংখি। মাগী মচা ময়াম অমা পোক্লগা নৌরিঙৈদা লোয়না শিখি, মদুগী অৱাবদু খুল্লক্কি অন্ধ-বিশ্বাস্তা থাজবা কাংবুনা মাগী নুপী অদুগী ভুত অদুনা তৌবিবনি হায়না থাজনৈ। বাবানা মাগী মথংগী অঙাংদু থা ৭তা সত্য সাই হোস্পিটালদা, পুত্তপার্তিদা পোকহনখি, মদু মাগী মকোক্তা লৈবিবা অকিবা ৱাখল অদু কোকহন্নবনি, হৌজিক্তি মচানুপাদু চহি অহুম শুববা মশা-মউ ফববা অঙাং অমা ওইরে। বাবানা মফম অদুদা অঙাং অদুবু অমসুং মমা-মপাবু আশীর্ব্বাদ পিবা চৎলিবনি।

মীয়াম চৎনবা লম্বীদা অমুক হল্লক্লগা বাবানা কদলি হায়রিবা য়ুবি পাম্বী ঙাক্তা ঙাযবা খুঙ্গং মচা অমদা চৎলমই। মখোয়না দাইস অমা শেম্লমই অমসুং য়াম্না থৱাই য়াওনা হৈজবিদা লৈতেংলমই। য়ামখ্রবা লৌমী ময়াম অদুদা বাবানা ৱা ঙাঙখি। প্রশান্তি নিলয়মদা লৈবা বেদ-শাস্ত্র পাঠসালাগী প্রিন্সিপাল ওইরিবা অদুগী ময়ুমদা চঙ্খি; মহাক অসি বেদগী শৈরেং থিবদা লম্বা লৈতবা, বেদগী অরুবা উচ্চারনশিং অসি ঙসিগী চৎনবিবা মওং অসিদা হন্দোকপা, প্রশান্তি নিলয়মদা পাঙথোকখিবা যজ্ঞ অমদা য়েংশিন্নবা লাকখিবা, অহানবা নুমিৎমক্তদা বাবাসি ঈশ্বরনি হায়বা মশক খঙখিবা, অদুগুম্বা থোইদোক হেন্দোকপা পান্দিত অমনি।

# সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

বাবানা মাগী মতুংদা ইন্নবিবা কাব পুন্নমক্ থাদোকখি অমসুং কানাল বেঙ্ক মনাক্তা ঙাইবম্নবা হাযখি, অদুগা মাইল খজিত্তুং হাযদোক্লগা লৈবা সখিনেত্তিপল্লিদা চৎখি, মদু অন্ধ্রপ্রদেশ সবকাবগী Religious Endowment কি মন্ত্রি ওইবিবা শ্রী বামালিঙ্গবাজুগী যুমদনি। কাবশিংদু পুং ৪ পুবা ঙাইখি, মাগী মনাক্তগী লোইথাবগুম মশা উনদনা, মনাকোং অদু থাঙ্গত্তুনা লৈখি, মদু বাবা লাকপগী হোর্ন মখোল্ তানবগীদমক্কি, মদুনা মখোযগী থস্মোযদা অমুক হন্না নুংঙাইজনবগীদমক্কি। অহিং নোংযাইদা লৈখি, মদু বাবাগী কাবদু মখোয়বোমদা লাকপদু উখি। অদুদগীদি কাব মযামদু বাজামুন্দ্রি হাযবা গোদাববি তোর্ব্বান্দা লৈবা সহব অদুদা হল্লকখি।

জনুযাবিগী তাং ২৫দু বাজামুন্দ্রিগী ভক্তশিংগীদমক্তদি যাম্না নুংঙাইজবা নুমিৎ অমা ওইখি। নুমিদাংব্রাইদা, মখোয ৩০০ লোম্ মোতোব বোত তোংদুনা বাবাগা লোযননা গোদাববি তুবেল্ মথক্তা চৎখি, মদু নোংজু থাগী ঈচাও মতুংদা ঈশিং হন্থুখ্রবা মতমদা গোদববি তুবেলনা শেমখিবা লৈঙোইগী ঈথৎ মচা অমদনি। বাবানা ভক্তশিংনা কোইশিল্লগা লৈঙোই মথক্তা ফমখি। ভজন শকপা হৌখি; মথক্তগী থব্রান্নিচাকশিংনা থব্রাই যাওনা ঈশৈদু তাবমই। (পাঠক! ফজদ্রা? অহিং অদু নোং-চিং থাংলমদে হাযবনি।) অদুদগী সাধক খবনা হংবা সাধনাগী ব্রাহং কযাগী পাওখুম বাবানা পীখি অদুগা ভাগবত্তা হাযবিবা ব্রাফমশিংদু শন্দোক্লা তাক্লিঙৈদুদা মমাংদা লৈবা লৈঙোই মপৈ অদুগী মনুংদগী সনানা শাবা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তি অমা চিংথোবকখি, মদু মখুত্তা মাখন্ মতুম অমা পাযবা, ষণ-শাবিবা অঙাং অমগী মুর্ত্তিনি।

মতম অদুদা বাবানা মাখন্গী নুংগী ওইবা অর্থ অদুগী মবমদা ব্রা ঙাঙলমই; সাধনানা তত্তনা চপ্খাইববা মতুংদা ব্রাখলদা শেংদোবকপা অমোৎপা লৈবক্তবা, অসিগুম্বা শেংলবা মাখন্ অদুবু কৃষ্ণনা হুবগী মবমদা ব্রা ঙাঙলমই।

মতুংদা ব্রাহংশিং অদু শিবা অমসুং লিঙ্গগী খুদমগী মবমদা ওনশিনখি, লিঙ্গ মখলশিং অসিগী যাম্না ভাব তাবদা ব্রাবিবা হিবমদা, Earth Principle linga, Water Principle Linga, Fire Principle Linga, Wind Principle Linga অমসুং Sky Principle Linga অসিগী মবমদা ব্রাবী শানখি।

অদুদগীদি মহাক্না লিঙ্গশিং অসি ইবাৎ-পুজা তৌখিবদগী শেংদোকখ্রবা মফমশিং অদুগী মবমদা ব্রা ঙাঙখি অমসুং মন্দিব অমদা লৈবিবা Akasa Linga অমগী মবম পল্লদুনা মহাক্না শন্দোক্না হাযখি মদুদি মফম অদুদা লৈবিবা লিঙ্গ অদু কবি অমতগী মতেং যাওদনা মথন্তা অহাঙবা নুংশিত্তা তাওদুনা লৈ। মদু তাবদা, ভক্তশিং অদুনা ঙক্লদুনা মমিৎ শংত্রিক্না বাবাদা যেংলমই, মবমদি মদু মতৌ কবম্না ওইথোক্কদগে অমসুং ওইথোক্কদৌবিবা হাযবসিদা মখোয ভাব তাবা ঙমখিদে। বাবানা শন্দোক্না হাযখি মদুদি লিঙ্গ অদু যোৎকি মচাক্না শাবনি, অদুনা যোৎচাবি অনীনা, অমনা যুমথক মনুংদা অদুগা অমনা লৈমাযদা লেঙদনা চবচানা লাপ্পা মান্ননা থল্লগা লিঙ্গম অদুনা অহাঙ্বদা তাওদুনা লৈবনি হাযনা তাকখি। অদুদগী মহাক্না হংখি, "ও! নখোয মদু যেংনিংববা? মন্দিব অদুদগী লৌথোক্লগা মফম অসিদাঐ৲া পুবকপা ঙমই!" অসুম্না হাযবগা মহাক্না মখুৎ ওৎখি অদুগা যেংউ। যেকম্ মওং মানবা যোৎকি বোল অদু মাগী মখুত্তা লৈবে। মদু খুৎ অমদগী খুৎ অমদা মথং-মথং লোযনমক্ শোক্লনা যেংনখি অমসুং মদুগী নুংঙাইজবা অদু ফাওনখি। অদুদগী বাবানা কমালনা যোমশিল্লগা নহা অমদা থর্মজিন্নবা পিখি। মী চহুম অদু লোযনমক্ নুমিদাংগী চাক্লেনগীদমক্ লৈঙোই মথক্তা ফমখি, বাবানা মযামদুগী মযাইদা ফমদুনা পুম্নমক্তুবু ফাগী-জুগাহ তৌদুনা মথবাই যাম্না নুংঙাইহন্না থর্মখি। মযাম অদু বাজা মুন্দ্রিদা হল্লকখিবদু অহিংগী পুং ১১ বোম তাবর্দানি। নহা অদু যোৎকি লিঙ্গম্ লৈবমদবদুদা মথবাই যাম্না নুংঙাইখিদে।

তাং ২৬তা বাবানা Lions Club তা ব্রা ঙাঙ্খি, "নখোয অচৌবা মমিং অমা ওইবিবা Lion হাযবা ক্লব অমগী মেম্বর্বশিংনি। কবিতাশিংদা ইনবকখিবা মতুংইন্না নোংশা হাযবসিগা-শামুগা অর্নীসি মহৌশাগী যেক্লবনি। মসিগী ব্রাফম অসিদা যাম্না মকম থুপ্না মকওইবা পাওতাক অমা যাওবি। শামু অদুনা যাম্না মনিংতম্না অমদি শাথিনা শোঙ্লবা জঙ্গল মনুংদা চৎলি; মদু খৌবাংবা অমসুং ঙাইহাক্কি অনিংবনা চিংদুনা পুবিবা পুক্লিংগা পাংখক্লি। অদুবু, মসিনা মঙোন্দগী হেন্না লৌশিংশিংবা অমসুং মপাঙ্গল কনবা নোংশাগী মমাংদদি চংজবি। নোংশা হাযবদি লৌশিং-জ্ঞান অদুবুনি; শামু হাযবদি পুক্লিং অদুবুনি; লৌশিং অদুনা অওইবা অমসুং ওইদবা অদুগা ঙাইহাক্কি ওইবা অমসুং লেঙ্দ্রবা হাযবদু

খায়দোকপা, খন্দোকপা ওমই। মসিগী অফ-ফত্ত খন্দোকপা অসিবু তৌদ্রবদি মী অমনা মায়া অমদগী মায়া অমদা চৎলি। লৌশিং, জ্ঞান অদুবু মচিন তুমহল্লবদি শান্তি অমসুং নুংশিনবা অদুনা অমতা ওাইরবা লেঙদ্রবা ঈশ্বর অদুবু ওাইহাক্কি ওইবা চমন্নরিবা অমদি ওন্ন-তৈনরিবা ময়াম অসিগী মরক্তা মশক খঙহল্লক্কনি। অদুনা চম্না খর নুংশিবনা অমসুং থবক তৌনিংবগী অপান্বা খর লৈবদুনা য়াদ্রি; মখোয় অদু হেন্নদুম খুদোং থীরকপা য়াই, করিগুম্বা নখোয়না অব্রাবা অদু করি মরমদগীনো অমসুং মদু কোকহন্নবা খ্বাইদগী শোয়ররোইদবা পান্বৈনা করিনো হায়বদু থিজিলহৌদ্রবদি", বাবানা পাওতাক পিখি। "মসি মুন্না খঙগদবনি মদুদি অব্রা-অনাগী মরু ওইবা হৌরকফমসি লৌশিং ব্রাৎপদগীনি, হায়রিবা লৌশিং অসিনা মপাঙ্হোংগী মিৎয়েংদা খেন্নবা উরবসু মনুংদদি অমতনি হায়বা খঙহনবা ওন্বা লৌশিং, অমসুং খ্বাইদগী শোয়দ্রবা অব্রাবা অসিবু কোকহনবা ওন্বা উপায়দি অপঙবা লৌথোকপনা ওইগনি, মদু লৌথোক্লবদি অশেংবা (ঈশ্বর) হায়বদু খঙবা ওন্নগনি।"

বাবানা অদুদগীদি গোদাবরি থাদোকলম্লে অমসুং হল্লকপগী খোঙ্চৎ হৌখ্রে, লমখাংদা ইলুরুদা মতম খজিত্তং পনখি, মফম অদুদা সত্য সাই সেবা ওরগেনাইজেনগী তোঙান-তোঙানবা কাংলুপকি থৌপুবশিংনা বাবাগা উনখি অমসুং মহাক্কি লমজিং অমসুং আশীর্ব্বাদ ফংজখি। ইলুরু থাদোক্লগা, মহাক গুদিবদা য়ৌখি অমসুং মদুদা মিটিন অমদা ব্রা ওাঙখি। খোঙ্চৎ মখা চত্থরকপনা, মহাক বিজয়াব্রাদা য়ৌখি, হায়রিবা সহর অসিদা মী লিশিং কয়ামরুম, ত্রেন্না, বসনা, কারনা, স্কুতরনা, সাইকলনা পুশিল্লকখি। তাং ২৭তা বাবানা অতেনবা খোঙ্চৎ অমা বিজয়াব্রাদাগী মনাক্তা লৈবা ঔকিরিপল্লিদা চৎখি অমসুং মফম অদুদগী মদ্রাসকিদমক খোঙ্শনখি।

Australia গী সাধক অমসুং অইবা Howard Murphet না ঈচেল অসিদা অসুম্না নুংওাইজরি : "ঐখোয় অসি কয়াদা হায়নিংওাই লৈতনা লায়বক ফগ্রবনো - ঐখোয় খরসে - খৃষ্টনা চহি কয়াগী মমাংদা হায়খিবা - 'ঐনা লম্বীদুনি' হায়বা ব্রাফমদুমক্ হায়বা ওন্বা মশা অদুমক মফম অসিদা ফংবা ওল্লিবা। ব্রাফম অসিমক্ য়াম্না থুনা, মসিবু য়াবা ওন্নবা কাংবুদদি, মশানা অদুম চুমজরবা অচুম্বা হায়বদু ওইরকখ্রে। ঈশ্বর হায়রগা মদুদা চেনফম থোকপা গুণ খর মতম পুম্নমক্তা ঐখোয়দা

ফাওবশিংদু মঙোন্দা উবা ফংই, ঙমই। নুংশিবা অমসুং মিনুংশি হায়নবা, নহালমখৈ মঙ্গী ব্রাফম ওইনা লৈবন্দু তশেংনা মাগী থম্মোয়দগী চেষ্টবকই। মহাক্কা লোযনবা মতমদা, ঐখোয অসি সনাগী সংসাব অমদা থাঙ্গৎপি, মফম অদুদদি নুংঙাইবগী, হবাওবগী ঈচেলতমক চেল্লি, শেবান্নবা ব্রাখল পুম্নমক লোযনা কাওখি, নত্রগা যামদ্রবদা মাগী-মাগী মফমদা অবেম্বনিকো, কান্নদবনিকো হাযদুনা হন্থজখি।”

“ভাবত খক্তমক্ হৌখ্রবা চহি কযা অসিদা অবতাবশিংনা পোকপদা খুদোংচাগদবা মফম পিবা ঙল্লক্লি, খুদম ওইনা, বামা, কৃষ্ণ অমসুং সত্য সাই বাবা। বুদধনা অবান খুভম ফংনবা পোকপা যাবা মফমসি ভাবত-তর্দনি। ভাবতকি আধ্যাত্মিক্কি থম্মোয অসি পৃথিবীগী থম্মোযনি। আমেবিকামচা অমা ওইনা মসি ঐগী আধ্যাত্মিক্কি থম্মোযনি, মবমদি মসিনা মফম অসিদা ওইবমদ্রবদি, তশেংনমক্কি পুক্সি অসি হিংনা-হিংনা অশিবা, উৎকি ওইবা অমসুং নিঙ্বা কাযবগী ওইবমগনি,” John Hislop না ইবি।

ব্রাফম অমদি যাম্না নুংঙাইববা মতাংনি, অদুনা মতাং অসিদা পনবা যাই, মবর্মদি মসিনা মীওই কযামকুমদা যাম্না কান্নববা ব্রাখল পবিং অমা পোকহনখি। 'Kalki' - R Ganapathi হার্যবিবা নুপা অমনা ইবকখিবা চিঠি অদুমক্ ঐনা মতাং অসিদা অমুক হেন্না পিৰ্জবিঃ “মাগী যাম্না মপুংফাববা যোগগি শক্তিনা (Integral Yoga) ঈশ্ববগী পুক্লিংদা (Cosmic Mind) যাম্না কুপথনা, লুথনা থিজিল্লুববা শ্রী ঔবোবিন্দোদু ইখঙ খঙহৌদনা পৃথিবীদা কুমথবকখিবা পুক্লিংগী পুমথোই থোইববা মঙাল অমদা যাম্না অকনবা চৈথেংগা লোযননা লুপশিনখি। “Sri Aurobindro on Himself and the Mother” হাযবা লাইবিক অদুগী লমায ২০৮দা অসুম্না ইবি, “শোক ১৯২৬ কি নবেম্বব তাং ২৪ অসি শ্রীকৃষ্ণনা মালেমদা মী ওইনা কুমথবকখিবা নুমিৎনি”। “লানবা লৈববোইদবা শক্তি অমনা ব্রাখলবু লমজিংলগনি, পৃথিবীগী মীপুম খুদিংগী থম্মোযদা শীবা নাযববোইদবগী মৈ অদু চুখৎলগনি, থানগৎলগনি, শ্বগগী লাইযাম পুম্নমক ফাওবা মাগী খোঞ্জেল অদু তাগনি।” ঔবোবিন্দোনা কুমথবকখিবা হায়বা ব্রাফমদু মমাংগী নুমিৎ তাং ২৩, ১৯২৬ তা শ্রীসত্য সাই বাবানা অবতাব তৌখিবা অদুবুনি হাযবসি শুংসোই শোয়দ্রবা ব্রাফম্নি।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

শিববাত্রি নুমিত্তা প্রশান্তিগী ফিবাল চিংখৎত্রিঙৈদা জোন হিল্লোপ্পা হাযখি, "কযাদা ঙকখ্রবা থৌদোক অমা থোক্কদৌববনো৷ মসিগী মশা তবা-তবাবা হকচাং অসিনা ঐখোযগী মবক্তা কযাদা চিংলেম্না চৎলিবা, যাম্না শুদ্ধৎনিংঙাই ওইববা শকফমদা ঈশ্বরগী ওইবা গুণ পুম্নমক্ উৎলদুনা, মফম পুম্নমক শিঙ্খুংনা লৈদুনা, পুম্নমক খঙ্না, অমসুং পুম্নমক ঙম্না, ঙমখৈ লৈতনা শেম্বা, পুথোকপগী শক্তিগা লোযননা, যোকপিবগী শক্তিগা লোযননা অমসুং মাঙহনবগী শক্তিগা লোযননা" হিল্লোপকি ৱাহৈশিং অসি মানা নিংলম্বদগী হেন্না অর্থ লৈবমই। মবমদি, মদুগী নুমিদাংৱাইদা থোকখিবা লিঙ্গ পুথোকপগী থৌদোক অদু হেন্না তোপ্পা অখন্নবা কান্নবা ওইখি; মদু ৱাহৈনা শন্দোকপা ঙম্বা শক্তিগী ৱাংমদা লৈখি।

শিববাত্রি হাযবদি, বাবানা নুমিত্তুগী অযুক্তা তাকপিখিবা মতুংইন্না, মী অমনা সাধনা তৌদুনা 'অহিং' অদু 'সিভম্' ওন্থোক্কদবনি, অকিবা অমসুং অমম্বগী অহিং, চিংনবা অমসুং মাযাগী অহিং অদু লৌশিংগী, থৌনা লৈবগী, শোযদনা থাজবগী অমসুং ভাব তাবগী নুমিৎ ওইনা ওন্থোক্কদবনি। বাত্রি হাযবদি অহিং; সিভম হাযবদি যাইফবা, মাযপাকপা, জয ওইবা, কুম্মৈ অসিগীদমক্ অহিং তুমদবা অমসুং চবা হেনবা হাযবদি মিৎ অমসুং চাকখাওগী ৱাফম নত্তে, মসিনা হাযবির্বাদ ইন্দ্রিশিং অসিবু চবা হেলহনবা অমসুং লৌশিং জ্ঞান অসিবু মমিৎ মনা শিংহন্দুনা ঙাইহাক্কি ওইবা অপাম্বশিংদা যাহন্দনবা শেন্নহনবদুনি।

প্রশান্তি নিলযমগী মনুংগী ঈচেল অসি ফিবাল হেক্ চিংখৎপদা হেন্না যাংশিল্লকই, থুজিল্লকই; ফিবাল অদুনা থাক ৱাংনা কাখৎলক্লিবা সাধক অমগী খুদম ওইবি, সাধক অদুদি অপাম-নুংশি, অশাওবা অমসুং তুক্কচববু জয তৌববা, মহাক্কি নুংশিবা—প্রেম অদু পাকথোকহন্দুনা পুম্নমক্তা চাইথোক্লবা, যোগ দা নিংথিনা মপুংফাববা অমসুং মদুনা সাধনাগী তোঙান-তোঙানবা থাকশিং অদুবু কাখৎখিদুনা মাগী থম্মোযগী থম্বাল অদুবু শাত্তোকহল্লবা অমসুং মদুনা হেন্না ৱাংবা থাক্কি মঙাল ফংলবা, অথোইবা অইংবা—প্রশান্তি ফংলবা, অথোইবা মঙাল, হাযবদি অৱাংবা থাক্কি জ্ঞান ফংলবা, মানা মাগী মশানি হাযজবিবা হকচাং অদুনা জগৎকি মশাদা হাযবদি ঈশ্বরদা তিনহলবা ঙমখ্রবা; তুম্লিংবা অমসুং অতনবা জয তৌববা (তম্-গুণবু), ইন্দ্রিগী অপাম্বশিং, (বজ-গুণবু) জয় তৌখ্রবা, অমসুং

অকা-অকুম লৈতনা অশিংবশিংনা লৈবিবা, কনানা থুগাইবা ঙমদ্রবা থাক, (সত্ব-গুণ) অদু ফংজন্রবা অদুগুম্বা কাখৎলক্লিবা সাধক অমগী খুদম্ ওইব্বিবা ফিবাল।

বেদগী থীবিবা মন্ত্রশিং, মন্দিবদগী ওদিতোবিযম ফাওবা চৎলিবা সভাযাত্রা, অহাঙবা পাত্র অমদগী অঙকপা ফংনা হৈথবকপা বিভূতিনা সিলভবনা শাবা শির্দি বাবাগী মুর্ত্তিবু শেংদোকপা লোযননা মফম অদুগী হব্রা-নুংশিৎ অদু নুংশিববা, মেঙলবা মনম অমনা থলহনবা অমসুং মদুদগী পুম্নমক্কি থম্মোযদা ফাওবিবা নুংঙাইবগী ব্রাখল, বাবানা দাইস মথক্তা লেঙ্শিল্লিবা সান্তি-ভেদিকা অদুগা মায-ওনশিন্নবিবা নুমিদাংবাই তিল্লিবা মী লিশিং কুনমঙা, লোযননা কখোক্লবা থম্মোয় কযানা শক্লিবা ভজন ঈশৈনচিংবা মীনা থাজবদা ব্রাববা থৌদোকশিং অসিনা হাযনিংঙাই লৈতনা শেংলবা নুংশিৎ অদুদা অমুক্কা হেন্না মথৌ শংজিল্লি।

বাবাগী চাকখাওদা নুমিৎ খবনিগী মমাঙদগী হৌগৎলক্লিবা লিঙ্গম অদু মিনিট খবগী মতুংদা থোবকপা তাখি। 'লিঙ্গম' হাযবদি পোৎ পুম্নমক্লা তিল্লবিবা মফম্ অমসুং মদুদগী পোৎ পুম্নমক থোবকফম, হৌবকফম হাযবনি। পুমশুপ্ শুপ্পা, মপূংফাববা, মঙোন্দগী হেনবা অশেংবা লৈত্রবা, ব্রাহমন নত্রগা ঈশ্বর হাযবদুগী মগুর্ণসি অর্নাশুদে, অচুম-চুমদ লৈতে, অদুনা মহাক অসি অঙ্কগী খ্বাইদগী মপুং ফাববা অকোইবা হাযবা খুদম অসিনা মহুৎশিল্লি। 'ঐদি ইতোমতনি, অমতনি, ঐ যামথোক্লগে' হাযবা অপাম্বা অদুনা অকা-অকুম লৈতবা, অমতা ওইবদুদা চৈথেং পিরুববা মতমদা 'অকোইবা' অদু চপ্ মান্নবা তঙ্খায অনি থোক্লা খাযদোকই, মদুনা ঐখোযনা যেকম্ মওং মানবদু ফংই। লিঙ্গম্ অদু যেকম মওং মাল্লি। অমতা ওইবম্বা ব্রাহমন্ অদুনা শিব-শক্তি ওইখবে, চিংশিন্নবা শক্তি, তিন্নবা শক্তি, নুপা অমসুং নুপী হাযবদি পোজিতিব্ অমসুং নেগেতিব্ ওইখবে।

পাও অসিনা বঙ্গলোবদগী, মদ্রাস্তগী, বোম্বেদগী হাযদববাদ্তগী অমসুং অতৈ মফম কযাদগী কাব মযাম অমসুং বস মযাম্না প্রশান্তি নিলয়মদা মতমচানা ব্রাহমন্দগী লিঙ্গম্ থোবকপা যেংনবা লাক্লখি। অমসুং বাবানা মখোয় খুদিংমক্কা উনখি, ঙাওনখি, মবমদি মখোয় পুম্নমক্লা অদুগুম্বা শেংলবা তাঞ্জা অদুদা মফম অদুদা যৌবকপা হাযবসি মাগী কৃপাননি। "শিববাত্রিগী কুম্মে অদু ঐখোযনা যেংনিংলকপসি কুইববনি", ব্রাফম অসি মদ্রাসক্ যাম্না মমিংচৎপা মিৎকি ডাক্তর

অমসুং সবজিওন্ ওইবিবা ডাক্তব এ: বঙ্গবাওনা হাযখিবনি; য়াম্না তত্তনা বেবাতৌবা কাব অমদা মহাক লাকখি। মাইল তবা খুদিংগী ইঞ্জিন অদু যাম্না থিনা শাগৎলমই! ফিবাল চিংখৎপগী থৌবম পাঙথোকপা মতমদা মহাক্তি মাইল ২৫০ লাপ্লা বানীপেত্তা লৈবি; বিভুতি অভিষেক তৌবা মতমদদি মহাক্তি মাইল ১৮০ লাপ্লা মাইসোবগা তাইনফমদা লৈবি। পুত্তপার্তি য়ৌগদবা মাইল ৬০ ব্রাৎলিঙৈদা গাডি অদু পুম্লেপ্ লেপখিবমই। ড্রাইভব অদুনা গাডি অদু শেমগে হাযদুনা হাংদোক্লুবা মতমদা, ডাক্তব বঙ্গবাওনা হায "ঐখোয ভাব তাখিদে, পেট্রোল অদু মৈ হৌখি, মৈবি অচৌবা কাপথোবকখি। অঙাং অদু মতমচানা চোংথোক্লুনা মশা কঞ্জখি। মফি-মবোল মৈ চাকখি; উপাই অমনা মৈ অদু মুথৎনবা হোৎনখি। লম্বীদগী ঐনা লৈঙোই খুজোক খব চার্যশিনখি, মদুদা সাই বাম-সাই বাম কৌখি। অদুগা অঙকপা মিবাকলদু থোকখি। মৈ মুৎখি, কাবদু কলহৌখি। মতম অদুদা থাও তেঙকিদু শকক মবিগী অহুমদি পেট্রোল যাওবি। ঐনা অমুক হন্না বস তোংদুনা মাইল ১২ লাপ্লা চিকবল্লাপুব তান্না চৎখি অমসুং সহব অদুদগী মেকানিক অমা পুবকখি। নুংথিল পুং ৩.৩০ ফাওবা অঙকপা মৈ হৌফমদুদা লৌবি। বঙ্গলোবদগী লাকখিবা কাবনা খামখি অমসুং চৎমিন্নবা হাযবকখি অদুবু, ঐনা হাযখি, "যাবে, ঐখোয মদুদা লিঙ্গ থোবকপা যেংবা লাককনি, নখোয চৎলম্লো; বাবানা ঐখোযবু মার্গী মনাক্তা পুবক্কনি"। নুমিদাংগী পুং ৫.৩০ দদি মদুগী কাবদুদা ঐখোয মাইল ৫০ লাপ্লা লৈবি। ঐনা গাডি থৌবমই, মেকানিক অদুনা পম্প্ অদু বেবা হেক তৌবকপদা নিক্লুবা মমাংগী মার্গা মথক্তা ফল্লমই। ঐখোয কন্না থৌবমই। ঐখোযনা প্রশান্তি নিলযমগী মমাংদা থন্বাল লৈবিবা অদুগী মনাক্তা শ্বব থবেৎ-থবেৎ তৌদুনা লেপ্লা মতমদা, বাবাসি তপ্না নিলযমদগী শান্তি বেদিকাবোমদা চৎলমই।

ফাওদুনা চৎখিবা মতমদা বাবানা মোমোন নোক্লমই অমসুং হাযখি, "ও! নখোয লাক্লে। নুংঙাইবে, য়াম্না নুংঙাইবে"। ঐগী মিত্তগী তৌবিমল খঙবগী পিবাং চদুম্-চদুম্ শিন্থবদুনা ঐ ইতোমদা হাযজখি, "ইবুংঙো! মী লিশিং কযানা নহাকপু অসিদা খুকম্লবিঙৈসিদা, ঐখোযনা কৌজখিবদো নহাক্লা তাবিখি। নহাক্লা মৈদু মুথৎপিখি অমসুং কাব অদু তেক্ত-কাযদনা থৌবিবক্তুনা মফম অসিদা নঙগী নতিক-নগুণ উজনবা পুবিবক্লে। ঐগী থৱাই মসিদা লৈবে; ঐগী পুন্সি, ঐগী আশা, ঐগী পুম্নমক্ নহাক্কি নখোঙদা।"

ডাক্তৰ সুবি ভগৰন্তম অমসুং ডাক্তৰ কে: জসকবন্ নায়ৰ, অনীমক্ বিজ্ঞানগী মৰমদা ডাক্তৰ দিগ্রি ফংলবা, অমনা ফিজিক্সতা অদুগা অমনা জুলোজিদা, অমনা ইউনিভর্সিটি অনীগী ভাইস-চান্সেল্লৰ, অদুগা অমনা কলেজগী থাক্কি শিক্ষা বিভাগকি দাইৰেক্তৰ, মদুসু কলেজনা পিক থনখ্রবা ষ্টেট অমগী(কেবলা), অনীনা যুগ অসিগী অৱতাৰগী মৰমদা ৱা ঙাঙখি। ডাক্তৰ ভগৰন্তম্না বাবানা "ঐগী পুন্সিনা ঐগী পাওজেলনি" হায়বসিগী মনুংদা লৈৰিবা হিৰম অদোমদা ৱা ঙাঙখি। "মহাক্কি অপাম্বা অমতা লৈত্রবসু নত্রগা, কবিগুম্বদা দৰকাৰগী ৱাফম অমতা লাকত্রবসু, মহাক্না মতম পুম্নমক্তা ভক্তশিংগা মৰী লৈনবা হিৰম কযামকমদা প্রশান্তি নিলযমদা নত্রগা অতোপ্পা মফম অমদা মথৌ চিম্দুনতা লৈবা উবসিদা ঐঙোন্দা ওন্থোক্না ঙকহনখি। মহাক্না ফল্ যেংদনা, খল্লুদনা থবক তৌগদবনি হায়না শন্দোকপদা নত্তনা, মহাক্ মশানা খুদম ওইনা উত্তুনা থবক ওইনা পাঙথোক্লি। ডাক্তৰ ভাসকবন নাযবনা মশানা যাৰ্জখি মদুদি, "ঐগী পুন্সি অসি ঐনা বাবাগী মখোঙ্দা চঙ্জবগী ফল্ ওইনা মগুণ অমসুং মহাও হেনগৎপা ঙমজখ্রে। ঐহাক হৌজিকসু অদুম বিজ্ঞানগী ছাত্র অমা ওইৰি। বিজ্ঞান অসিনা কৰম্বা মতাংদা ৱানা চৎকদগে অদুগা কৰম্বা মতাংদনা থাজনা, নুংঙাইনা চৎকদগে হাযৰসি ঐহাক খঙই। লমদম অসিগী কলচৰ হাযৰদি ঈশ্বৰগী মফমদা চঙজবা, খুকমজবা হাযবসিদা ঐসু যাম্না পামজৈ অমসুং মথৌনা লৈবা, অকনবশিংদগীদি মুণি ঋষিশিং অমসুং লম্বোইবশিং অসিদনা হেন্না ব্যবহাৰ তৌনবসিদা ঐসু অদুম্ পামজে। সিবাজিনা মাগী মবল্ পুম্নমক মাগী গুরু ৰামদাসকি মখোঙ্দা কথোকখি; কেবলাগী নিংথৌ মাৰতান্দা ৰবমানা মাগী লৈবাক পুম্নমক্ ত্রিভান্দ্রমদা লাৎখিবা ঈশ্বৰ অদুদা লোযনা কথোকখি, (তিক-আনন্তপুৰম্)। আশোক্না লান থাদোকখি, মদু লান অদুদা ইহিং-নাহিং তাখিবা, মীশি-মীনা লৈখিবা মযাম, ওইদবা মযাম, অৱাবা মযাম অমা লান অদুনা থোকহনখিবদু উকৰদগী মাগী ৱাখল বিচাৰদা অহোংবা অমা লাকহনখিবননি। অদুগা মহাক্না চহি কুন হেন্না যাম্না চাউখৎপা, শান্তি লৈবা লৈবাক অমদা লান তৌনদনা সাসন তৌখি, মদুসু মহাক্না লান তৌবৰোই হাযনা লাউথোক্কবা যুম্বীদা, চীংমাযদা, নুংজাওদা ইদুনা লৈবাক্কি মফম পুম্নমক্তা, হিমালযাদগী কাবেৰি ফাওবা, কান্দাহাৰদগী কামৰূপ্ ফাওবা ইদুনা খঙহল্লবা, থম্লবা মতুংদনি। ঙসি, মমল হাযবসি হম্ন্তবক্কবা মতমসিদা, অমসুং কান্নদবা

অরেম্বদা মথুম-মরাং হৌরবা অমদি দ্রগনা নহারোলদা শোকচিল্লক্লবা মতমসিদা, সনাতন ধর্মগী মহৌশাগী মমল অদু থৌনাফনা খণ্ডহনগদবনি মরমদি মখোয়গীদি কংবা নায়দ্রবা মশাগী মমল লৈজে। ভগবান থোরক্লিবসি তশেংনমক্ পৃথিবীগী ইতিহাস্তা অতোংবা অফবা ফল লৈ।”

বাবানা পুক্লিং অমসুং পুক্লিংনা চমন্নহল্লিবা অমসুং মীওইবনা করি পাম্বেনা মসিবু খুদুম চনশিন্দুনা জ্ঞানগী মখা পোলহনগদগে, অমসুং মদুনা আত্মাগী অশেংবা মওং অদু করম্না খঙবা ঙমগদবগে হাযবা হিরম অসিদা মিনিট নিফুরোম্ ৱা ঙাঙখি। খঙহৌদনা য়াম্না থুনা শ্বর হোন্দবমখৈ ঙাঙলম্বা অমসুং নিংথিরবা লমজিং পাওতাক পিবিবম্বদু শ্বব থবেৎ-থবেৎ হোল্লকপা অমসুং মশাদু হাই-হুন্নকপগী মতৌনা মরক থৎলমই - মদু লিঙ্গ থোবক্লমদাইগী শাক্কিনানি, মদু ঙাইহাক্কি ওইনা নমথনবা বাবানা হোৎনরমই; অদুদগী মানা ভজন ঈশৈ হৌনবা ঈঙ্গিৎ পিখি অদুগা মানা টেবল অদুগী মতুংদা লৈবা চৌকিদা ফমখি। ভজন অদু খুন্ফম থোকপগী খুমলবসু কনা অমতনা পুক্লিং চঙনা তাবমদে। মরমদি, য়াম্না চীরবা তাঞ্জা অদু য়ৌশিল্লকখি অদুনা কনা অমতনা মদু নাম্থোকহন্নিংদে। ইন্দ্রি পুন্নমকসি মাগী মাগী লৈজবী শক্তি পুন্নমক মিত্তা লোযনমক্ পিখি, মদু ঈশ্বরগী থৌদোক অদু নাম্থোকহন্নিংদবদগীনি।

বাবাদু মৈঙালদুগী মখাদা মশাদু হাইদুনা, থেক্কুনা, লৈথোক-লৈশিন্ তৌদুনা, মাঙদা লুকথদুনা, তুংদা ঙাথদুনা, ঈশিং চখোম অমা থক্লদুনা, অমসুং মশাদু চোকথবগী মওং উৎলদুনা, পুন্নমক অদু তিল্লিবা মীওই লিশিং কযা অদুদা শান্নগদৌরিবা ঈশ্বরগী লীলা অদুগী শরুক অমা ওইনা উহল্লমই, মদু মখোয় খুদিংমক্কি পুন্সিদা মখোয়সু অবতার অদুগী মতমগী মীওইনিকো হায়বদু মশানা শাক্কি ওইজহৌনবনি! অদুগুম্বা য়াম্না চিংলেন্নবা চিনবান অদুদা মিৎ লিশিং য়াঙ্খেনা মুন্না য়েংখি, মদু য়াম্না শাংখ্রবা, য়াম্না ৱানা লেনখ্রবা মিনিট তবামঙাগী মতম্নি ! আহ্! মদু অমুক্তদা ফৎ লাওনা থোরকখ্রে ! শংবান্নবা মচুগুম্ মদুরা? নত্তে! মদু য়েরুম মওং মানবা শংবান্নবা লিঙ্গমনি, শংবান্নবা মণি-নি, মদু সাস্ত্রদা য়াম্না ফাওরিবা, মচু অমসুং চাও শাংবা অদুনা মরম ওইদুনা য়াম্না ফাওরিবা, অখন্ননা শেংলবা লিঙ্গমদুনি।” মদু মাগী ময়াদগী খুজোক য়ারিবা বাবাগী খুবাক অদুদা তাখিরমই।

অদুগুম্বা অঙকপগী পোংথোক অদু বাবানা মখুৎনা মৈঙালদুদা ব্রাংনা থাঙ্গৎলমই, মদু নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওরিবা মীয়ামদুনা হেন্না ফজনা শেংনা উজনবনি।

বাবানা চৌকিদা অদুম ফমথখিরমই। মহৌশাদি, মানা শান্তি বেদিকাদা লৈরিবা দাইসতগী কুমথরগা নিলয়মদা চংশিনবনি, অদুবু, মহাক্না চৌকিদা অদুম ফমখি অমসুং লেঙদনা লৈখি। ঐখোয়না খনখি মদুদি ঙাইহাক লৈরগা অতোপ্পা লিঙ্গম অমা থোরকপা য়াই। অদুবু, নত্তে! মহাক মশাশি হেন্না চপ তিংখ্রে অমসুং লেঙখিদ্রে। য়েৎথংবা খুৎ অদুনা টেবল মথক্তা চম্না অদুম লৈবমই। ওইথংবা খুৎ অদুনা খুনিংনা টেবলদা ঙারমই, অদুম চুম্না লৈরমই, খুদোনবিশিং অদুনা মমিৎ মনাক্তা, মকোক অদুনা ওইরোমদা হায়ফেত্তং ঙাথরমই, খুবি অদুনা তোঙান্না ফন্দোক্লমই, খুনিংথৌগা খুনাওবিগনা থেকচিল্লমই, অতোপ্পা অনি অদুনা চুমদ্রিংনা মথক্তা থিন্দোক্লমই, শ্বর হোনবদু তপথরমই; হেন্না তপ্থরমই।

কনানা মাগী মশা শোক্লুবা ঙমগনি? মহাক্না য়েংখ্রিবা মিৎয়েং অদুদগী নত্রগা মানা চৎখ্রিবা খোঙ্চৎ অদুদগী মথৌনা লৈবা কনানা মাগী মিৎয়েং চিংথোক্লুগনি? ঐনা চৌকি অদুগী ওইরোমদা ফল্লমই অদুগা ডাক্তব ভগবন্তম অমসুং ডাক্তব ভাসকবন নায়রনা য়েৎলোমদা ফমখি। মিনিট মঙা হৌখ্রে, মহাক্না চৎখ্রিবা মফম অদুদগী মহাক হল্লকপা য়ারে হায়না ঐনা আশা তৌখি। মবমদি, মসি অখন্নববা থৌদোক অমনি, মফম অসিদা লাঙতক্লরিবা থম্মোয় ময়ামদু হেন্না নুংশা থিখিরমই। মসিগী মমাঙ্দা কবিগুম্বা মতমদা মীয়াম অসুক য়াম্বনা যেংনরিঙৈদা অসুম্না মশা থাদোক্লুনা চৎখিবসি অমুক্তা য়াওখিদ্রি।

অদুবু, মাগী মিনুংশি অসিদি কুম্মে তৌরিবরা নত্রগা মীয়াম তিল্লিব্রা হায়বসিগী কবিগুম্বা অকক্লবা সিমানা, নত্রগা অথিংবা লৈতে। ভক্ত অদুনা অব্রাবা মৈচাক্লা কৌরক্লবা মতমদা, মহাক্না মাগী মনাক্তা হেক্তা চেনশিল্লি, মতম অদুদা মহাক্না কনাগা লোয়নরিবা নত্রগা করি থবক তৌদুনা লৈরিবা হায়বসি মঙোন্দা থোইদোক্তে। অতোপ্পা খোঙফমদদি মহাক লৈমায়থক্তা তাখি, অদুবু হন্দক্কি মহৌশাগা মান্নদবা মওং অসিদা মযাম পুম্নমক্ ঙক্লখি; খুদিংমক্কি মায়থোংদা লাঙতক্লবা ভক্তিগী মমি তাখ্রে।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

মিনিট ২০গী মতুংদদি ঐহাক ইশা অসি ইতোমদা ফাথজবা ঙমখিদ্রে। ঐনা খুক খুদক কুল্লগা মঙোনলোমদা নোম্বুবমই অমসুং য়াম্না তপ্পবা খোঞ্জেলনা 'শ্বামি', 'শ্বামি', হায়না কৌজবমই, মদু কনাগুম্বা অব্বাবা তাববা অমনা থম্মোয় শোক্লা কৌবক্কুনা চৎখিবা মফম অদুদগী ঐখোয়না কৌজবা মতমদা হনবিবক্কনি খন্দুনা কৌবনি। মাগী ভক্ত কনবগী খোঙজং অসিদি ক্লাস, কাংলুপ নত্রগা জাতিগী ঙমখে লৈবা জাৎ নত্তে। কৌনিংবা মমিং অমনা কৌবদা মহাক্না হেক্তা আশীর্ব্বাদ পিবি।

মিনিট ৩০ হৌখ্রে, .... মিৎ পুম্নমকসি মশা অদু শম্না অমতংগা লেঙব্রা হায়দুনা মমাযদা যেংনখি, মমাংদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মওংদা মখোয পুম্নমক খুরুমজখি, ....; ভক্তশিংগী যাম্না খাঙবা কনবগী ব্রাখলদু তৌফম খঙদববোমদা ওন্থোকখ্রে ...; মখুৎ চপ্ তিংখ্রে, মথক্লোমদা, খুদোনবিশিংদু চুমদ্রিংনা, তোঙান তোঙান্না ... কোক্কি ঙাথবিবা ফিভমদু হৌখ্রবা মিনিট ৫০ দুদা অহোংবা অমতা লৈখিদে।

ভজন শক্লিবা মবক্তগী অমা- অনিসু দাইস মথক্তা কাখৎলক্তুনা মচি-মচিদা কপ্পবকখি, ... খাঙবা কনবগী থৌনাদু কবি থোক্লগদগে হাযবা ব্রাখলগী মমাংদা তুকথবকখি।

মিনিট ৫৫ হৌখবে, . অহ! ... খুদোনবিশিংদু খজিক-খজিক্ লেঙলকখি . . ওইথংবা খুৎকি! মখুত্তু মখাদা পুথবকখি ... ঐহাক কপখি, পি শিন্থুখি .. মাগী মমিৎ পাঙথোক্লকখি . . মহাক্না উখি। মহাক্না মোমোন নোকখি।

তিল্লিবা মীযামদুদা ফাওর্নখিবা অকিবা অমসুং চিংনবগী ব্রাখল্ পুম্নমক্তু মবোমদোম ইকাযজবক্তুনা মাঙখিবমই। বাবা হৌগৎখি ... কবি থোক্লগদগে খন্নবম্বা ব্রাববা মিকুপশিংদো লোযসিনখ্রে।

বাবানা নিলযম মনুংদা চঙখি, অমসুং ডাক্তব ভগবন্তম যাওনা ঐখোয খবনা মতুং ইন্নখি, মহাক্না হাযখি মদুদি পৃথিবী শিন্থুংনা পুক্লিংগী খোঙচৎ অমা চৎলুবনি।

মিকুপ্ পুংজা অদুদা শিববাত্রি পুজা তৌবা যুম নত্রগা হোল পুম্নমক্তা ঈশ্বরদু মদুদা লৈবে হাযবা খুদম-শাক্কিনা পিবা চৎখিবমই অমসুং মাগী থৌজাল অসি দবকাব লৈবা অমসুং মদুগীদমক থম্মোয় শেংনা নিজবিবা খুদিংমক্লা মবাং কাযনা

ফংজবা যাই হায়বদু খুদম পিক্নবা চৎলুবনি। মহাক্না মিনুংশি হৈথবি; অমসুং মখোয় অদুদগীদি হেন্না নোল্লুকপা, শিংলকপা অমসুং মায়পাকপা ওইবকই।

অহিং অদুদা ঐখোয়দা উননবা পিনবিখ্রিবা খুদোংচাবসি বাবানা যাম্না পাক-শন্না শান্তি পিবিনবা, তঙ্খায় অমা উবা ঙমদ্রবা; শোয়ববা, লাল্লবা কাংবু অদুবু যোকখৎপিদুনা অচুম্বা, শান্তি লৈবা, নুংশিহৈবা অমসুং অফবা ব্রাখলতমক খল্লগদবা মীওইদা ওনশিলহন্নবা চৎলুবিবা খোঙচৎ অদুগী দৃশ্য অদুনি। মীওইবগী ব্রাখলগী পবিংদা 'বজ' অমসুং 'তম' গুণনা মমহলখ্রবা অহিং অদু নুংশবা অমসুং নুংঙাইবগী মঙাল-শিভম্দা ওন্থোকহল্লি। ঐখোয়না থৌদোক অনীমক্ উখ্রে মদুদি লিঙ্গ পুথোকখিবগী থৌদোক অমসুং পৃথিবী শিন্থুংনা কোয়কব্বগী থৌদোক।

মসিবু অচুম্বা ওইবিদ্রা থাজগন্দবা মীদুনা হংবা যাই। বাবানা অসুম্না হংখিবা, যাম্না থাজগন্দবদা ফাওববা নুপা অমনা হংখিবা, পুম্নমক্নসু মঙোন্দগী হেনবা থাজগন্দবা অমামুক্ লৈবল্লবোই হায়না থাজনখ্রবা অমনা হংবদা খুমখিবা অদুমক ঐনা খুম্বা ঙমই। বাবানা মঙোন্দা হায়খি, "নঙনা ঐবু কবম্না খঙবা ঙমগদৌবিবনো? ঙা অমনা অতিয়া খঙ্বা ঙম্না?" নোংথাং কুপ্পগী মঙাল অদুনা ঈশিংদা থক্তোবকপগী মঙালদি উবা যাই, বজ্র খাক্তুনা তাখিবগী মখোলদি থক্তোবক্লগা তাবস্ যাই; অদুবু অতোপ্পা সংসাব অমগী অঙকপশিংসি মসিনা কমদৌনা খঙগদৌবিবনো, পোৎশক্ অমদা লুপ্তুনা লৈখ্রবা, মদুদগী নাম্থোবক্তুনা হিংজবা ঙমদ্রবা মহাক্না কমদৌনা অতোপ্পা সংসাব অমগী অঙকপশিংদু খঙবা ঙমগনি। ঐখোয়দি মাযানা ফাজিন্দুনা লৈবে; মাযাবু খুদুমদা থম্লিবা, মহাক্ অমখক্তো - মদুগী মতিক মগুণদো কবম্না ঐখোয়না ওনবা ঙমগনি?

# পুম্নমক্তো, পুম্নমক্লাঃ
## (The All, In All)

**Objectivist** হায়বা চেফোং অদুগী ইদিটর, **Ayn Rand** না ইরি ঃ “চৎনবীগী শাজৎ-নিতিনা অঙাং অমদা কবম্বা মখলগী নুপা অমা ওইরক্কদগে হায়বসি তম্বিদে নত্রগা উত্তে অমসুং কবিগীনো। মসিনা মবী লৈনবিবসি ইথোক্লবা নিয়ম পরিং অমগদনি - মবম চাই নত্রগা চাদে হায়না খল্লগা পুথোকপা নত্তবা, হেক্তা অপাম-পামদদা হায়বা, যাম্না শাথিনা চমম্নহনবা, মথন্তা ককথোক-ককশিন তৌবা, অযাম্বদা ভাব তাবা ঙমদবা অদুগুম্বা পবিং অমা। অদুনা অঙাং অদুনা শাজৎ- নিতিগী মবমদা কান্নফম অমতা খঙদনা, শাওনিংবা অমসুং অকিবা ব্লাখলতগা লোযননা চাউখৎলকই। শাজৎ-নিতি হাযবসিদি ফিভম চাদবা অশাবা মুর্ত্তি অমদা অমনবা ফি খব শেৎপিবগা দণ্ডিগুম তনখ্রবা মথৌ অমা তৌহনবগুম অঙাং অদুনা উই। (চক-চনাযনা মী শাবগা ফি শেগাই তুখায় খর শেৎপিবগা মহৈ-মবোং মবত্তা যুংলগা উচেক-ব্লাযা কিহনবগুম্বনি)। মথকথোংবা অহলশিংনা মখোযগী মমাংদা উহল্লিবা খুদম অদুনা অঙাংশিংদা শাজৎ-নিতিগী অকক্লবা মমি অমা তাহনবা ঙমদে।” মসি অঙকপা ব্লাফম নত্তে মদুদি মাগী নুংশিবা প্রেম্নু থিজবিবা অঙাংশিং অদুদা মাগী অশেংবা নুংশিবদু পিনবিবিবা বাবাবোমদা অঙাংশিংসি চিংশিল্লি হায়বদি চৎনিংই হায়বসি অঙকপা ব্লাফম নত্তে। “আমেবিকা মচাশিংসে ঐগী নাক্তা লাকই, মরমদি মখোয়দি মমা অমগী নুংশিবা প্রেমদু মশক খঙ্বা ঙমদে, বাবানা নোংমা হায়খি।

“বাবাদি শিব অমসুং শক্তিনি, ইপা অমসুং ইমানি”। ভেলুরি শিবরমা সাস্ত্রিনা অসুম্না হায়ঃ “কনা অমতনা মহাকপু খঙবা ঙমদে, অদুবু মীপুম্ খুদিংমক্লা

মঙোন্দগী কান্নবা ফঙবা ঙমই। বিজ্ঞান্না তাকপা ঙমদে। কমদৌনা অমসুং কবি ফল হায়না নৈনবিবা লোজিক্লা ভাব তাহন্বা ঙমদে। মসিগী তশেং-তশেংলিবা মতিক-মগুণশিং অসি পুমতোপ্ তোপ্লি। কোইচেল্ চেল্লিবা মমি অদুগী মথক্তা মসিনা ননশিল্লি। অশিংবা অমসুং থম্মোয় শেংলবশিং অদুখক্তনা খঙবা ঙমই। পোৎ হায়দুনা লৈবিবশিংসি পোৎ ওইবক্তবগুম তৌই, পুক্লিং হায়বসিসু পুক্লিং ওইবক্তবগুম্, আত্মাখক্তা লৈবকই। ঐখোয় খুদিংমক্লা মশিং লাকঙমদ্রবা শক্তম অদুগী অমমম্ ওইনা উনবকই। যাবে, ঐখোয়না খজিক্তংবু খঙলবদি, অদুবু ঐখোয়না যাবে হায়বদু শুক্লে লৈতে। মসি ঐখোয়দা অসুক্কি মতিক নক খ্রে অদুবু ঐখোয়দগী ওম্থোক্লা লাপখ্রে। জগৎ অসিদা লৈবিবা মমা পুন্নমক্কি নুংশিবা প্রেম অদু পুনশিল্লগা যেংবদা বাবাগী নুংশিবা প্রেম অদুগী মমাংদদি কনিশু ওইদে, কবিশু নত্তে, চাংদম্নবা যাদে।” সিববমা সাস্ত্রি অসি ইচম চম্বা মীশক নত্তে, মশাগী চহি ১৬শুবকপা মতমদা অঙকপা লৌশিং লৈবা অঙাং অমা ওইনা, অঙকপগী মগুণ চেনবা কবি অমা ওইনা মমিং চৎখ্রবনি। মপুং ফানা শাৎকাযখ্রবা তোমথিন জ্ঞান লৌশিং লৈবা অঙাংশিংগী মনুংদা তাঙলবা অঙাং অমনি। থোইদোক হেন্দোক্লবা হৈশিংবা অমনি, অচুম-চুমদ পিবা ঙম্বা অমনি, ওজা অমনি অমসুং যোগ, তন্ত্র অমসুং বেদান্তগী লুববা হিবমশিংদা নিংথিনা মমুৎ তানা হৈববা মীশক্নি। মহাক্লা থৌনা ফনা অমদি ফজনা সংকবাচার্য্যগী অধ্যাসকি ব্রাখল্লোন্ অমসুং ঔবোবিন্দোগী মপুংওইবা যোগগী (Integral Yoga) মবমদা ইখি। সংস্কৃতকি Board of Studies শেম্বদা মাগী মমিং যাওহন্নবা হোৎনবদা ইউনিভর্বসিটিশিংসি অমগা অমগা কন্না হিদান্নবমই। মহাক্লা চহি ৭৫ হেক শুবা মতমদা বাবাগী মনাক্তা লাকখি, যাম্না নকশিন্না লেনমিন্নবগী পুন্সিদু চহি ৬ ফংজখি, মদু অমুনবা উহৈ অমনা কেনবগুম, মহাক্লা পুন্সি হায়বা পাম্বী অদুদগী কেন্দ্রিঙৈগী মমাংদনি। সাস্ত্রি অসি অইবা অমা ওইনা মমিং চৎখি, মহাক্লা ইথোবকপা ব্রাহৈ-ব্রাঙাং খুদিংমক্ অদু খ্বাইদগী হেন্না চুম্না খল্লবা, চানববা, চুম্লবা ঙাক্তনি। অদুনা, মহাক্লা হায়খিবা, বাবানা মমা অমা ওইনা নুংশিবা প্রেমনা মমা পুন্নমক্কি নুংশিবগী প্রেমদগী হেল্লি হায়বসি, তশেংনা শেংলবা থম্মোয়গী ব্রাহৈ ওইবমগনি।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

মবম অদুনা, ইমাগী কুম্মৈ নত্রগা দশবা হাযবসি বাবামক্কি হেক্ মমাংদা পাঙথোক্লবদি, মদু থোইদোক হেন্দোক্লা অশেংবা, মগুণ লৈবা ওইববনি। অসিগুম্বা নুমিৎ ৯নিগী ইমাগী কুম্মৈগী মনুংসিদা, অহানবা নুমিৎ হুম্নিদুনা ইমাসি মমা-মপা অমা ওইনা পুজা তৌবদা শিজিন্নৈ, মথংগী নুমিৎ হুম্নিদুনা ইমাসি পুম্নমক পিনবিবা মপু ওইনা পুজা তৌজে অমসুং অকোনবগী নুমিৎ হুম্নি অদুনা ইমা অসি ওজা ওইনা পুজা তৌজে। ভিক্তোবিয়া মিল্সনা বাবাবু যাম্না অর্থ লৈনা কৌজখিঃ "মসি নঙগী মঙনি, ইমা' হিগোক মচুগী লৈতনা থল্লবা মঙ, অমসুং শংবান্নবা অতিযাগী মঙ, নুংঙাইবগী মঙ, অব্রাবগী মঙ, হৌখ্রিবা পুংজা খুদিংদা হকচাংশিংনা চৎলিবা মঙ, অপাম্ববু পুক্লিংনা নৈখাইবিবা মঙ, - নহাক্কি নুংশিবা প্রেমদা, ঐখোয লৈখিসি অমুক হন্না।"

দসবা হাযবসি ইমাবু বাবা ওইনা, নত্রগা বাবাবু ইমা ওইনা ঐখোযদা আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিলহন্নবগী হৈনিংবা, অপাম্বা কযা পীবিবা তাঞ্জা অমনি। লম্বী অদুদা লৈবিবা যেক্লবা পুম্নমক অদুবু জয তৌনবগী দবকাব লৈবিবা খুৎলায পুম্নমকসি সনাতন ধর্মদা লৈ। নোংমনা হোস্পিটাল অদুগী চহিগী নুমিৎ হাযদুনা কুম্মৈ পাঙথোকই, মদু থব্রাইগী গাডি অদু নিংথিনা মওং তানা থম্নবনি, মদু গুণ অনী লৈবা সমুদ্র (হাযবদি পোকপা-শিবা, অবাবা নুংঙাইবা;) অসি লাম্থোক্লবনি অদুগা অমতা ওইবিবা ঈশ্বব অদুদা তিঞ্জনবনি। অতোপ্পা নুমিৎ অমদনা অব্রা-অনা তাববশিং অমসুং মবাইবক থিববশিংদা ফি-বোল পিবি অমসুং উৎসব্ তৌদুনা পিজে। ঐখোয খুদিংমক্তা বাবানা তৌগদবা ইথৌ অমমম্ পিবি, মদু মানা শেম্বনি অমসুং লমজিংবনি, পুঙ্গি হাযবিবা ফমপাক অসিদা। অতোপ্পা নুমিৎ খবদনা, ভাবতকি অচৌ-অচৌবা ঈশৈগী কাল্লাকাবশিংনা ঈশৈ শকহল্লি, মদুনা তাবিবশিংদা মক্লিংঙাই লৈত্রবা নুংঙাইবা অমা পিনবিনবনি। অতোপ্পা নুমিৎশিংদনা, চহি কযাগী মমাংদগী লীনবক্লবা লাইশিং অমসুং লাইবেম্বীশিংগী ৱাবীদা যুম্ফম ওইবগা নুংঙাই-নুংঙাইববা থৌদোক কযানা থল্লবা লীলা কযা অঙাংমচাশিং অদুনা শান্নবদু যেংনবগী খুদোংচাবা তাঞ্জা ফঙই, অদুনা যাম্লা চল্লিবা, দোষ লৈত্রিবা অঙাংশিং অসিগী মচিন্দগী থোবকপা চন্নবা ৱাহৈ-ৱাতা কযা তাজনবগী তাঞ্জা ফঙই। লীলাশিং অসি বাবা মশামক্লা ইবিবনি, অদুনা ঐখোয়না

পুক্লিংগী অনাবশিং কোক্লবা মহাক্লা ঐখোযগীদমক্ শীবা পাওতাকশিং অদু লীলাশিং অদুনা ফোঙদোকই। ঐখোয়গী যাম্না চমন্নববা পুন্সি অসিদা খুদোংচাদবা, খুবৌ থাংবা কযা লৈববসু শাজৎ-নিতিগী পান্দম অদুতংদি কাযহন্নিংদবগী ব্রাখল অদু পোকহল্লি। নিলযম নত্তবদা উৎলিবা লীলাশিং অদুদদি ঐখোযনা হাৎন-শুনবা, তৌবোইদবা কযা অপান্ননা তৌবা, মাংথোকপা, মোৎশিনহনবা অসিদং উই, অমবোমদনা, শান্তিগী লৈফমদদি খুদিংমকসি বাখল ব্রাংখৎহন্নবা, ফত্তবা থাদোকখিনবা, ঈশা অমসুং সমাজ কন্নবা ঙাক্তা উবা ফঙই। ঈশৈগী খুদোল লান্থোকপা মযাম অমা, পুন্সিগী অকুবা পাওবৌ কযা অমসুং অঙকপা ব্রাবী কযাসু পাঙথোকই। বেদ অমসুং বেদান্তগী মবমদা পন্দিতশিংনা পাওজেল কযা পি; মখোয অদু বাবা উনদ্রিঙৈদদি লুখ্রবা খঙ্বা ঙমদ্রিবা কযাদু খঙ্লবনি হাযনা খঙ্জবন্বা, থাজবন্বা পন্দিত ঙাক্তনি।

মান্তপ্ নত্রগা ওদিতোবিযমগী মতায অমদা পুজাগীদমক্তা খাজিল্লিবা অদুদা, বেদদা যাম্না ব্রাংনা শক্ল-শোন্নবিবা লাই, বেদ-পুরুষ পুজা অদু মবক তত্তনা নুমিৎ ৭নি চুপ্পা চখিখি। মৈ অদু অশেংবনি হাযনা লাৎনৈ, মবমদি মদুনা চাকহল্লি অমসুং মঙাল পি; মদুনা মাঙহল্লি অমসুং শেংদোকই; মানা চাকই অমসুং মগুণ লৈহল্লি, লংখৎহল্লি; মদুনা শন্দোকখি অমসুং ঙালহল্লি। মসিনা দশা তাবিবা অমদগী মথং-মথং যাম্না থুনা চৎখি। মবম অদুনা, মহাকপু থাগৎনৈ অমসুং থাগৎপগী শৈবেং কযা পিজৈ, থিনৈ। নুমিৎ হাযবসিনা পুন্সি অমসুং শক্তি পিবিবনি; ঐখোযগী পুন্সিগী অশাংবা শরুক্তগী মানা অমুক্তং তাবদা নোংম-নোংম ককথৈ, মবম অদুনা অতৎপা লৈতনা শাংনা তিংথোক্লুনা থাগৎপগী শৈবেং থিদুনা হন্না-হন্না মঙোন্দা খুরুমজৈ। অতোপ্পা কাংবু অমনা যাম্না পাক চাউনা মশা-মবেং ফন্দোক্লিবা সনা খোংনাং পাম্বী ওইনা ঈশ্ববু লাকশিঞ্জৈ, কবন্বা মতমদগী হৌবকপনো খংদ্রবা, মশা খুদিংদগী থাদবকপা মরুনা মথন্নতা হিংজবিবা, উচেক ব্রাযা অমসুং শা-শিংদা উকম অমসুং চঙজফম পিবিদুনা, লমদম অদুদা ফজবগী শক্তম অমসুং মগুণ পিবদুনা হৌবিবা সনাখোংনাং পাম্বীদুদা ঈশ্ববগী শক্তম লাকশিঞ্জবা ঙমই। উমং লাইবেম্বীদসু থাগৎ-শৈবেং পিবি।

# সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

ঐখোযগী মবক্তা খবনদি ঈশ্বরগী খুদম ওইনা লিঙ্গনা মৈদগী নত্রগা নুমিত্তগী নত্রগা মথৱাই পাল্লিবা যাম্না থবক শুবা নোম্বা কল্লিবা ইয়াম্বা সনাখোংনাং পাম্বীদগী হেন্না পামজে। দসবাগী মতমদা ওদিতোবিযমগী পুজা মমাংদা পান্দিত অমনা নুমিৎ খুদিংগী লিঙ্গ ১,০০০ অমা মওং শেম্বদু উগনি অমসুং অবোইবা ভক্তি উত্তুনা পুজা তৌজববা মতুংদা অমুকহন্না অমুবা অথোংপা লৈবাক্না মতুম তানা কোনশিল্লগা মথং নুমিৎকি শিজিন্ননবা থমখিবদু উগনি। মতম পুম্নমক্কি ওইনা লেঙদ্রবা অশেংবা ইবুংঙোদি সিব-নি। মঙোন্দগী কাপথোবক্লিবসি শক্তিনি। যোগিশুদধানন্দ ভাবতিনা হায, ভগবান বামানা মহর্ষিনা মীঙোন্দা চিঠি থাবা মতমদা মযেক্কি অহৌবদা কোনশিনবা ০ অমা ই। মহর্ষিনা মদু লিঙ্গমগী খুদম্নি হাযনা শন্দোক্না হাযখি, মদু পোলোইদা ওইগদবা নিতি-নিযম্-নি, মদু পুন্সি, সংসাব অমসুং ঈশ্বব হাযবা অহুমসিগী ৱাংমদা লৈ।

অতোপ্পশিং অদুনা ঈশ্বরগী মপাঙ্গল অমসুং চীংলেম্বগী মবমদা খব মপুংফানা শন্দোক্না নৈনবকপা মতমদা মশাদু হবাও-নুংঙাইবনা থুমহৎখিবা যাই। মবমদি মখোযগীদমক বাবানা দুর্গাগি, লক্ষ্মিগী অমসুং সবশ্বতিগী পুজাগীদমক লৈ, মনম নুংশিবা ধুপ্, কবপুব, চা-চন্দন অতকপা, মুগা অমসুং সনা থৌবাং তৌবি। খব অমদি ওঁম্গী তোঙান-তোঙানবা খোম্থোক্না লোযনবা খোঞ্জেল অদু শোল্লকপা মতমদা হেন্না হবাওজবম্বা যাই। মসিগী নুংঙাইবা অদুনা ঐখোয খুদিংমক্তা আধ্যাত্মিক্ সাধনাগী অহানবা খোঙথাং অদু থাংজিলহন্নিঙই, মদুনা ঐখোয়না পান্দম অদু যৌনবা চঙশিল্লিবা খোঙ্থাং অদুদা হেন্না খুদোং চাহল্লি।

দসবাগী অহানবা নুমিত্তা বাবা মশামক্না লাউথোকপিখি, "প্রশান্তি নিলযমদা দসবা কুম্মে পাঙথোকপা অসিমক্ তশেংনা যাম্না তাঙ্লবা তাঞ্জা, অঙকপা অমসুং নুংঙাইবনা থল্লবা, থম্মোযনুংগী যেক্লবা তকক্ অদুবু মুথত্তুনা শোযদনা শান্তি লৈহল্লবা অদুগুম্বা কুম্মেনি।" মহাক্কি মথৌদি মীওইববু অমুক হন্না শান্তি অমসুং নুংঙাইবগী লম্বীদা থম্বনি। অদুনা, অন্ধ্র প্রদেশকি ইকায খুম্নজবিবা Transport Minister না প্রশান্তি নিলযমগী লম্বী অসি ফগৎহল্লগনি অমসুং কোযলাস থাবগনি হাযনা লাওথোকপিবা মতমদা বাবানা হাযখি "হকচাং অসিনা কোয়লাস থাববা লম্বী অমদা যাম্না মোন্ন-নান্ন থৌনবা যেংলি-আশা তৌবি, অদুবু

অচিকপা অমসুং নোল্লুকপগী লম্বীনা হেন্না পাল্লি, মদুনা ঈশ্বর হায়বা পম্বুংফম অদু য়ৌনবা অমসুং মাগী মতিক-মগুণগী সমুদ্র অদুদা তিঞ্জনবনি। ঐদি লম্বী অদুদনা হেন্না পামজে। ঐদি লম্বী কোয়লাস থাবদা থোইনা হৈনিংবা লৈতে, মরমদি, মদুনা মসিদা লাক্লিবা মীওইশিংদা খর তপ্না অমসুং চেকশিন্না থৌবা" হায়বা নিয়ম মচা অদুগী ওন্ন-তৈনবা ওইবসু য়াই! *পুন্সি হায়বসি মতম পুন্নমক্তা খুবৌ থাংদনা চৎপা খোঙচৎ নত্তে। মসি অকা-অকুন্না পিক থল্লি,* খঙথেক্ থেকচিনবা, খঙহায হাইদোকপনা পিক থল্লি। ভারতনা মতম পুন্নমক্তা তেক্ত কায়দনা চৎনবগী অহানবা পবা মফম অসিদা অমসুং মতুংদসু তম্বিখ্রে: "ঙন্না যাত্রা তৌ; তপ্না থৌ; তেক্ত-কাযদনা থুঙউ"।

ভক্ত লিশিং কয়ানা মখোযগী মপোৎ মচৈশিংদু মশাগী ফমুং মনাক্তা পৈশিল্লগা লম্ফাংদা তুম্বা তাখিবনা অহিং অহুমদা হৈথখিবা নোং অদুনা য়াম্না নুংঙাইতবা অমসুং কাং- খোং চায়বা থোকহনখি। মসিগী মতাং পল্লদুনা বাবানা হায়খি, "মী খবনা ঐঙোন্দা চেল্লকখি অমসুং হাযবখি, "শ্বামি,! নোং খাম্বিয়ু!" ফবে, মতমচানা নোং চুবনা কান্নবা পিবিবা অদুগা চাংদম্নবা মতমদা খজিক্তং চোৎপদুদি কবিশু লৈতবা নুংঙাইতবা মচা অর্মনি। বেদ পুরুশ যজ্ঞ কৎলিবদু ঈশ্বরদা নোং তাহনবিনবা থেমজর্বনি, মদু বেদনা হাযবগী মতুং ইন্না, মশাগী তৌফম্ থোকপনি। মন্ত্রনচিংবা নিয়ম চত্থবিঙৈদা, নোংশিং লাকখ্রে; মদুনা উৎলিবদি পন্দিতশিং অদুনা যজ্ঞ অদু চেকশিন্না বেদগী নিযম মতুং ইন্না পাঙথোকই হায়বনি। খুঙ্গংদদি নোংশিং অদুনা অফবা চাথোক অমসুং চাউখৎপা শোয়দনা পিবিবগনি।"

শোক ১৯৬৯গী ওক্তোবর তাং ২০দা যজ্ঞ অদুগী অবোইবা থৌবম্ পাঙথোকখি। থৌরম অদুগী পুরোহিত মকোক অদুগীদমক্ বাবানা মণি ৯না লৈতেংবা ঙক্কি লিক পরেং অমা অহাঙ্বদগী পুথোকখি; মহাক অদু বেদান্ত অমসুং বেদগী গ্রাম্মাবদা থোইদোক-হেন্দোক্লা হৈ-শিংলবা মীশক্লি। মমাংগী অবতাব, সিরদি সাই বাবাগী অভিষেক তৌবা মতমদা বাবানা য়াম্না তনিক্-তনিক লাওবা থব্রান্মিচাক ৮ থোকপা সনাগী মণি অমসু শেমখি, অমসুং সিলভরগী মুর্ত্তি অদুগী মরায়বক্তা থমখি; মদু নপশিনখি! মদু উবদা, ভাবক মরক্তা য়াওরম্বা ডাক্তর সুরি ভগবন্তম অমসুং মিঃ তাইদে মান জোহানেসেন অনীদু ঙকখি: করম্না, নপ্পনবা

যাওদনা সনানা লুপাদা নপকদৌবিবনো? বাবানা মখোযগী ব্রাখলদু খঙখি। বাবাদা কনা অমতনা হংলুদনা নত্রগা হাযকদনা পুং খবগী মতুংদা বাবানা মখোয়দা হাযখি, "ঐনা মণি শেম্বদি ঙল্লগা, ঐনা মদু নপহনবদি ঙল্লোইদ্রা? নখোযনা থৌদোক্ অমতং চিংনবদা, নখোযদা থৌদোক পুন্নমক চিংনবা হৌবকই। ঐবু যাও, ঐনা ওইবিবা অসিগীদমক। অদু ওইববদি, চিংনবা অমতনা নখোয়গী থাজবা অদুদা খুৎথিংজিনবা ঙল্লবোই।"

"নখোযনা ঈশ্বরসি থম্মোয কল্লি হাযনা আপতি তৌই; নখোযনা হাযজবদা মানা থৌশাবিদে, নত্রগা মাগী মুর্ত্তিদগী শাক্কিনা পিবিদে, নত্রগা পুক্লিং ফাদনবা নত্রগা থাজহন্নবা ব্রা ঙাঙলক্তে; অদুবু, ঐনা হাযবিবসিনি, ঈশ্বরদি নুংশিবনি, নুংশিবদি ঈশ্বরনি। *পাওখুম অমতা লাক্রবদি নঙগী থম্মোযদগী হাযজবিবদু থৌদ্রি, শেংবা ব্রাৎলি হাযজফম থোকপগী অদুক হাযজবনি হাযবসি নঙনা খঙগদবনি।* মদু মওং অমদা চত্থখ্রে, নঙনা খঙদবা মীতোপ্ অমদা হাযজবগুম্ অথাপ্পদা লৈবা নঙনদি তৌবা ঙম্বনি হাযনা খনবা অমদা হাযজবগুম্ তৌখ্রে হাযবসি নঙনা খঙগদবনি। *খঙউ, ঈশ্বর হাযবসি নঙগী খ্বাইদগী নক্লবা অমসুং নুংশিথোইববা মবী মতানি।"*

তাং ২১দা বাবানা লৈগী ঝুলাদা (হাইদুনা শান্ননবা ফম্ফম) ফম্বা মতমদা, বাবানা মখোযগী থম্মোযদা মমি তাহনখ্রবা কবিতা মযাম অমা কৰি কযানা শৈশকখি - দীপালা পিচায্য সাস্ত্রি, বেগম্ তাহিবাসযীদ, বিদ্বান বামা শর্ম, বিদবান সেশমা বাজু অমসুং অতৈ খবনি। কবিতাশিংদু লোন কযামকমদনি - ইংলিস্, উবদু, কন্নাদা, সংস্কৃত। বাবানা মখোযদা পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী চাউবা কবি ওইবিবা ঈশ্বরগী খুৎশেম্‌শিং ঈফুল মবিক খুদিংদা যাওবিবা, তনিক্লিবা মঙাল খুদিংদা যাওবিবা, নোংগী মবিক খুদিংদা যাওবিবা, নুংশিৎকি শউম খুদিংদা যাওবিবা ঈশ্বরগী খুৎশেমশিং অদু যেংনবা পাওতাকপিখি।

"অচৌবা কবিতাশিংদি মীনা ঈশ্বরবু মতম পুম্বদা থৌবাংজবা অদুগী মবমদা নৈনৈ; থৌবাংবা অদুবু কোকহল্লিবা অমৃত অদু মবাং কাযনা যাওই। মখোযনা পেলহল্লি অমসুং পুঙ্গিদা থেংনবিবা অফ-ফত্তগী লাইবক অসিদা নোকথোকহন্নবা পাঙ্গল, থৌনা শাগৎলি। আধ্যাত্মিক্কি সাধনা যাওদনা, ব্রাখল অদু পাকথোক চাউথোকহন্দ্রবদি, মীনুংশি অসি পাকথোকহন্দ্রবদি, মিৎযেং অসি থৌহন্দ্রবদি,

ঈশাগী মনুংদা অমদি অতোপ্পদা লৈবিবা জ্ঞানগী ঈফুৎ অদুগা নিংথিনা লুথনা মবী লৈনহন্দ্রবদি কবিতা হায়বসি কবিশু কান্নদবা, মবেক-মহাও যাওদ্রবা, ঈ-থাংদ্রবা, শান্নপোৎ কুম্বনি।"

নবেম্বরগী তাং ৭সি আনন্তপুরদা লৈবিবা নুপীগী কলেজ অদুগী ইতিহাস্তা অখন্নববা নুমিৎ অমা ওইনা নিংশিংনবগনি, মরমদি, নুমিৎ অদুদা অখন্নববা থৌজাল অমসুং মতিক-মগুণগী মবক্তা ভাবতকি উপ-বাস্ত্রপতিনা যাম্না ফজববা বিলদিং অদুগী যাত্রা হুনবিখি। ডাক্তব সুবি ভগবন্তম্না উপ-বাস্ত্রপতি শ্রী জি: এস: পাথক অমসুং অন্ধ্র-প্রদেশকী বাযজপাল শ্রী খন্দুভাই দিসাইবু তবাম্না ওকখি, শ্রী দিসাইনা কলেজ হোস্তেলগী যাত্রা হুনবিখি; অমসুং ভগবন্তম্না হাযখি, "ঐহাক ভাবতকি মফম পুন্নমক্তা কলেজ কযা লিঙখৎপগী নিংথিজনা হুকথেংনবগী লৌশিং লৈবে; কলেজ অসিনা চহি অমা মখাযগী মনুংদা ছাত্র ৫০০গা লোযননা যাম্না মাংজিন থানা, মপুং ফাববা লাইব্রেবি অমগা যাওনা চঙশিল্লম্বা অসিদা ঐহাক পুমঙক ঙকখ্রে।" বাবানা হাযখি মদুদি মাগী থম্মোযনা লেপখ্রবা থবক অমতা ফেল ওইবা যাবোই। মাগী অনিংবনা পুমথোই থোইবনি।

ডাক্তব ভি: কে: গোকক্লা হাযখি, "নিযম-নিতি ইন্দবা, কাং-খোং চাইবনা নোংমগী থৌবম ওইববা মতমসিদা, মসিগী কলেজ অসিনা মপুগী লমজিং মখাদা, থকশি-খাসি নাযবগী পবা অদু পিগনি।" ভেনকাতেশ্বব ইউনিভর্সিটিগী ভাইস-চান্সেল্লবনা হাযখি, "কলেজ অসিবু শিল্লিবা সত্য সাই ব্রস অসিগী সিম্বোল্ অসিনা ভাবতকি নাটকি, নুংগি ঈচেল, ফিলোজোফিগী তোঙান-তোঙানবা মবী অমসুং নক্লবা, ধর্মগী, পান্দমশিং- মীওইবগী নিংঙকপা আশানা শেমখিবা পান্দমশিং অদুবু মযেক শেংনা খঙহল্লি।" শ্রী খান্দুভাই দিসাইনা সিম্বোল অদু অশেংবা ধর্মগী নিংতম্বা লৈবগী খুদম্নি হাযনা যাখি, "সেকুলাবিজম হাযবদি ধর্ম লৈতবা, চত্তবা হাযবা নত্তে; মসিনা হাযবিবদি অশেংবা ধর্মবুনি। অদুগা অশেংবা ধর্ম হাযবদি থাজবগী লম্বী পুন্নমকসি অচুম্বা হাযবদি ঈশ্বব অদুগী তোঙানবা শক্লোন ঙাক্তনি" হাযবসিনি।

উপ-বাস্ত্রপতিনা হাযখি মদুদি নুমিৎ অদু মাগীদমক্তদি ভক্তি পোকচনবগী অমসুং নুংঙাইজনবগী নুমিৎনি। "ব্রস্ত অদুনা জাতি অসিগী দবকাব লৈবা ব্রাফম অমা খঙলম্বসিদা ঐহাক যাম্না নুংঙাই। মথংগী মীবোল অসি চুমদ্রিংনা অমদি

মপাঙ্গল কন্না শেম্বিবা তাবনি, মদুনা পাক্ চাউববা লৈবাক অসিগী অকন্নদা নিংথিনা পুবা ওন্নবনি। ঐখোযনা যাম্না থকশি-খাশি নায়বা, জ্ঞান তাববা মীওইশিংনা জাতিগী অমদি অন্তব জাতিগী দাযিত্য লৌবদু পামই।" বাবানা ভাবতকি ষ্টেট খুদিংমক্তা মাগী কলেজ লিংনবগী অনিংবা লৈখিবদুগী মবমদা ব্রা ঙাঙখি। "ঐগী থবক থৌবমদি নহাবোলদা শিক্ষা পিবনি, মদুনা, লৌশিং তানশিল্লিঙৈদা মখোযগী ব্রাখলদা থোবকপা অনিংবা, অপান্নশিংদু শেংদোক্কনি অমসুং মদুনা হকচাংগী অমসুং পুক্লিংগী থৌনা পিগনি, থৌনা অদুনা মখোযগী থম্মোযদা লৈবিবা অচিকপা অমসুং নুংঙাইবগী ঈফুৎ অদুবু তুম্লন্নদগী হৌদোক্কনি, হৌগৎহনগনি। মখোযগী হেন্না ফনিংবগী হৌনশা অদু যোকখৎকনি অমসুং মপুং ফানা শাৎকাযনবা থৌগৎপিগনি; মদু তম্বগী, খুকমজবগী, সাধনাগী, মুণিশিংগা শম্নবদগী, লমদম অসিগী আধ্যাত্মিক্কি অফাওবা অমসুং অফাওবগী মযামশিগা শম্নবদগী ওইগদবনি; মখোযবু মশাবু থাজজবগী লম্বীদা, মশা পেঞ্জবগী লম্বীদা, মশা কখোকপগী লম্বীদা অমসুং মশা জ্ঞান তাবক্লবগী লম্বীদা লমজিংবিগদবনি। বাবানা কলেজ অদুবু ব্রাহৈশিং অসিগা লোযননা আশীর্ব্বাদ পিখি, "কলেজ অসিনা পুকচেল চাউববী মমা কযাদা মীবোল কযা শিক্ষা পিবসনু, মখোয অদুনা ধর্ম লৈবা পুন্সিদা হিংলসনু, মদুনা ঈশ্ববদা কখোকপা অমসুং অচুম্বদা ভক্তি লৈবা মথৌনা লৈববা কযা পুথোবক্লসনু।

নবেম্বব ২৩সি বাবাগী মপোক নুমিৎনি। অদুবু, বাবানা মাগী সমুদ্র কযা লাম্থোক্লগা পেন্দা পিখিবা পাওতাক কযাগী মনুংদা অমা ওইবিবা, "নখোযনা পাঙথোক্লিবদু ঐগী ইপোক নুমিৎ নত্তে। মসি নখোয নশাগীনি।" অদুগা অমুকসু, "ঐগী পান্দমদি নখোযগী ব্রাখলগী থাক অদু কবিগুম্না পোৎশক অমদা হবাওদ্রবা অমসুং তেংথাদ্রবা চাং অমদা পুখৎপদুনি। অদুগুম্না অথোইবা থাক অদুদদি মহাক অদু মিকুপ খুদিংমক্তা অমুক পোকপা, অমুক্ শিবাগী মওংদা লৈ, মবমদি থবকশিং অসি চপমান্নে, অমতনি, মওং লৈতবা অদুদগী থোবক্লগা মওং লৈবা অমদা, মওং লৈবা অদুদগী মওং লৈতবদা অমুক্ পুনখিবা। অদু ওইববদি মাযপাকপা নত্রগা অব্রাবা লৈববোই নত্রগা নুংঙাইবা, অব্রাবা লৈববোই। *ভক্ত অদুনা মসিগী অমতা ওইবসি ফংথ্রবা মতমদা, মাগী ঐঙোন্দা লাক্লিবা খোঙচৎ অদু লোযবে মবমদি মহাক্তি ঐগা অবোইবা লৈতনা লৈবগনি।"*

শোক ১৯৬৯গী মপোক কুমওন পালন অদু অতোপ্পা থৌদোক অমনসু তোঙান্না নিংশিংহল্লি, খুদম ওইনা, মদু ভারত পুন্নমক্কি ওইবা শ্রীসত্য সাই সেবা ওরগেনাইজেসন ময়াম অসিগী তোঙান-তোঙানবা শাখাশিং অসিগী থৌ পুবশিংগী ৩শুবা মীফম অদুনি। দিলিগেৎশিংদু য়াম্না হরাওখি, মরমদি মীফম অদু খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কি শান্তিগী তুংনফম ওইরিবা নিলয়মদা ফম্বা তাখিবদুননি অমসুং মদুগী য়ুম্বু অদু ভগবান মশামক্তগী তাদবা মী অমনা ওইবা তাখিবদুননি। মদ্রাসতদি অহানবা মীফমগী মনুংদা মাগী মতম অয়াম্বা দিলিগেৎশিংগা শরুক য়ামিন্নহনখি। বোম্বেদা, পৃথিবীগী মীফমদা, বাবানা দিলিগেৎ ময়াম লৈরিবা হোস্তেলগী অকোয়বদা কোয়না চৎখি অমসুং অয়াম্বা মতমদা চাক্লেন মনুংদা চাক চাফম হোলদা লৈখি। মসিদসু নত্তনা বাবানা মখোয়বু ধর্মক্ষেত্রদা বার্ত্তন তৌখি অমসুং কাংবু কাংবু ওইনা বিলদিংগী অকোয়বদা পুখি লোয়ননা থাক মশিং, য়ুম্বি মশিং, নুংশিৎকী মায়খলশিং অদুগী মবমদা শন্দোক্লা তাকপিখি। মশিং অদু ৯ ওইরমই, মাপলগী শরুক খর ওইরমই, তিনশিন্নরগা ৯ অদুম ওইরকই, মদু বিলদিং অমগী দবকার ওইবনি, মদুনা সত্যগী অচুম্বগী, নত্রগা ব্রাহমন-অরোইবা অচুম্বা, মদুগী অঙ্কগী মশিংদি ৯ ওইরিবা অদুগী খুদম্নি। হৌজিক্তি, অহুমশুবা মীফম অদু প্রশান্তি নিলয়মগী মতমবাক্তা, বাবাগী নুংশিরবা প্রেম অমসুং মিৎয়েংগী মখাদা ফমগ্রে।

কনফরেনস অদু নবেম্বর ২০দা হৌখি, মদুদা দিলিগেৎ ২০০০ হেন্না তিনখি, মখোয ভারতকি ষ্টেট খুদিংদগী লাকখি অদুগা সিলোন্, অস্ট্রেলিয়া, ফিজি, আমেরিকা, ইউরোপ্ অমসুং আফ্রিকাদগী মীহুৎশিংসু য়াওখি। ষ্টেট খুদিংগী প্রেসিদেন্তশিংনা মাগী মাগী মরমগী ওরগেনাইজেসনগী মরমদা শন্নপ্পা রিপোর্ট অমমম্ পিনখি। মদু থম্মোয়দা য়াম্না ফাওহনবা অমদি তাবদা য়াম্না কান্নবা ৱাফম ওইখি, মরমদি ষ্টেট খুদিংমক্লা সেবাগী অমসুং সাধনাগী মরমদা য়াম্না কান্নরবা ৱাখল্লোন অতোপ্পা ষ্টেটশিংদা পিবা ঙমখি।

বাবানা শন্দোক্লা হায়খি মদুদি সাইগী ওরগেনাইজেসনশিং অসি হিরম্ অমদগী হেনবদা তোপ্-তোপ্পা মখল অমনি। মসিনা দোনেসন অমসুং পেত্রোন্ থিদে। মসিনা মতম পুন্নমক্তা, মফম পুন্নমক্তা শিন্দুংনা লৈবা মপু অমগী মখাদা

থবক তৌই, মবম অদুনা ওবগেনাইজেসন অদু মী খবনা শাবা মিংতগী ওইনা লৈবা, পুজা তৌবগী মওংদা সেবা তৌবা, মাগী থৌজাল্ ফংনবা হোৎনবা কাংবু অমনি। অদুনা মফম অসিদা অমনা অমগী মথক্তা মলোম থম্লবা নত্রগা লন্নায যেক্লনবা নত্রগা নাপলগী নত্রগা কল্লকপগী তাঞ্জা, লৈনদে। বাবানা হাযখি, "মখোযশিং অসি ঈশ্বববু পামর্জবিবশিংগী অপুনবনি। নঙগী নঙগী নথৌদা অমসুং দাযিত্বদা পুক্রিং চঙউ; শাগৈ-জাৎ অফ-ফত্তগী ৱাফম্না মযামদা শোকহল্লক্কনু নত্রগা নবন্নাই যানিংবা অমসুং যানিংদবনা নত্রগা বাজনিতিগী অপান্বা নত্রগা পামদবনা শোকহল্লক্কনু। নখোযনা লৈনিংবা মফম্ অমদা লৈবদা ঐনা শিৎ-নান্না উবা, খঙ্বা ঙমই। নমায হাযগৎকনু অমসুং মীঙোন্দা কবেম্নগনু। নক লুকথৌ, মদুনা নঙগী নবেংজুমদা পোৎলুম পুবা যানবনি; সেবা তৌ, মদুনা খুদম ওইবা যানবা অমসুং মীঙোন্দা হৈনিংবা ৱাখল্ পোকহন্নবা, তুংইল্লু, মদুনা ঈশ্বববু থিবক্লিবা মযাম্লু থম্মোযদা লমজিংবা যানবা, পুন্নমক্কি মফমদা নোল্লুকউ, পুন্নমক্তা নুংশিনৌ। *ভক্তি হাযবসিদি মীঙোন্দা শন্দোক্লবা নত্তে। ফুবিত্তা লৈতেংনবা বেদজ অমা ফংলগা লোযবা নত্তে।* মসিদি লোন্না ফংজবা অতোংবনি, মমল যামখ্রবা ববনি।"

কনফবেনস অদুনা সব-কমিটি মবি - হাযবদি ওবগেনাইজেসনগী, আধ্যাত্মিক্কি থবকশিং, সাইগা মবী লৈনবা লাইবিক-লাইশু যোংবগী, মহিলা বিভাগকি অসিনা পিখৎলকপা তৌহন্নিংবা থবকশিং খন্নবিঙেদা, অমসুং সেবাগী থৌবমশিং খন্নবিঙেদা, বাবানা হাযখি মর্দুদি ভক্তশিংনা সমিটিনা হাযবকপা থবকশিংদা যাওদনবা হোৎনবোইদবনি, অদুগা মদুগী মহুত্তা *সাই ওবগেনাইজেসনশিংনা মীযাম তিন্ননবা পিবকপা তাঞ্জা খুদিংমক যাওনবা হোৎনগদবনি।* মদুদা ৱাবেপ্নখি মর্দুদি মেম্ববশিংনা যামদ্রবদা মীফম ১০০গী মনুংদা ৬০ দি যাওগদবনি। মসিসু লেপ্নখি মর্দুদি থৌপুবা খনবদা মোত অমতা ওইগদবনি। থৌপুবশিং অদুনা লমযানবা ওইনা লমচৎ চৎকদবনি, মখোযগী শাজৎ নিতিদা মাগী জ্ঞান লৈবগী মর্মি তাহনগদবনি। "সাই ওবগেনাইজেসনশিং অসিনা আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিন্নবা হোৎনবদা খুবৌ থাংবশিং পুন্নমক হস্থনবা অমসুং কোক্লবা হোৎনগদবনি, মেম্ববশিংদু অতোপ্পগী মোত্তা খাঙবা, তাবা ঙম্বগী থবক্লা হেন্না মগুণ লৈহনগদবনি, অচুম্বা ঙাঙবা অমসুং মিনুংশি চাউবনা অমসুং

পুন্নমকপু নুংশিবা প্রেম্না থুন্মৎপা গুণনা হেন্না মগুণ লৈহনগদবনি। মমা-মপাবু থৌশাদদুনা লাযবহনবা নত্রগা অৱাবদা তাহনবা অমতনা মেম্বব ওইবদা মতিক চাদে। সেবা তৌবগী সাধনা মশা-ভাব তাহঞ্জগদবনি হাযবা পাওজেল অসি মেম্ববশিংনা পুগদবনি, নুপী মবক্তা, নহাবোল মবক্তা অমসুং অঙাং মবক্তা। নুপীমবক্তা হেন্না থৌনা ফবা কাংলুপ শেমগৎপদা পুক্লিং থৌগৎলু, অঙাং লাইবিক তম্বীবগী থবক পাযখৎকদবা অমসুং সেবাদল চাউখৎহনগদবা।”

নবেম্বব তাং ২২দা লোযশিনবগী থৌবমদা বাবানা হাযখি, “ঐনা বাফম্ অসি হাযবগা লোযবগে; নশাগী নবাইবক্তা চিংনগন্ . মদু খ্বাইদগীৱাংবা জ্ঞান, শক্তি অমসুং নুংশিবদা তিনগদবনি। বাখল হোংদোক-হোংজিন নত্রগা লৈথোক লৈশিন তৌগনু। খোঙ্থাং খুদিংদা হঙউ, অচুম-অবান বিচাব তৌ, অচুম্বা থিউ। নশাবু থাজাজৌ, থৌনা ফৌ, অমসুং নানিংতৌ। নহাক্ ঈশ্ববগী থৌবম অমদা ঈশ্ববগী খুৎলাযনি হাযবসি খঙউ, অদুনা মসিদা শোর্ন্ধানিংঙাইগী মবম কবি অমতা লৈতে। ভক্তি অমসুং নোল্লুকপদা মীনা তমজনিংঙাই ওইযু। নশানা চাংযেং তৌদনা মীঙোন্দা পাওতাক চাইথোক্কনু। নুংশিউ, মতেং-পাংনৌ, সেবা তৌ। নখোয ঐগী চেকশিন-থৌবাং অমদি লমজিং মখাদা লৌবি হাযবসি নিংশিংনবা আধ্যাত্মিক্কি থবক্কিদমক নঙ্গী ওফিস অসিনা কৌবিবান, নিংশিংলিবনি”।

মীফম অদু মদুদা যাওবিবা মযাম অদুগী থাজবা মপুং ফাহন্নবা, থাজবদা লাইমিং লৌনবা, হেন্না থাজনবা ওইখি: মদুনা ঈশ্ববগী ওইবা নুংশিবা প্রেম অদু মখোযদা মশক খঙহনখি, মদু বাবানা নুংশিবা প্রেমগী শক্তম ওইবননি। মদু মিংযেং পুন্নমক্কি পোথাফম্, নাকোং পুন্নমক্কি তানফম্, পুক্লিং পুন্নমক্কি তুংনফম অমসুং থম্মোয পুন্নমক্কি ইবাৎচফম অদু মহাক্লা ওইখিবননি। খন্ন-নৈনবিঙেদা, মহাক্লা মেম্ববশিংগী মবক্তা ফমখি অমসুং যাম্না আশা চাউনা পুখৎলকখিবা ৱাফমশিংদা, যাম্না কন্না যেৎনখিবা ৱাফমশিংদা, মহাক্লা মঙাল অমসুং নুংঙাইবা পিবিখি। মহাক্লা দিলিগেৎশিংগী মবক্তা চৎখি অমসুং থৌজাল যেম্লোকপিখি; মীহুৎশিং অদু ষ্টেট খুদিংগী তোঙান-তোঙান্না মতম শাংনা উনখি, অদুগা ফাগী ওইনা যাম্না নুংঙাইবা মওংদা নাক তানবশিংদু তাযশিন্নখি, তোখায তানবম্না পুন্নমক নমশিনখি, হকচিনবা কাংবুসু হন্দোকহনখি, অমসুং খঙনবম্বশিংদু মাগী মওং

তাবা ফাগি-জুগাই কয়ানা নুংশিনহনখি। করি-করম্না পিজরিবা, পাওথোক্কদবনা করি, ফমফম্না কমদৌনা শিনবা, খন্ন-নৈনবনা কমদৌবা হায়বনচিংবদা মতম পুন্নমক্তা মকোক অদু ৱাই চিল্লবসু মহাকসি মতম পুন্নমক্তা তগৎ-তগৎ তেক্তুনা, মশাদু য়াম্না য়াংনা লৈরমই। *মহাকপু উবা হায়বদি, ইশাগী কান্নবা য়েংদনা থবক তৌগদবনি হায়বগী পাওতাক্ তম্বনি; মহাক্না ঙাঙবা তাবা হায়বদি মাগী থৌজালবু পামজবা হায়বনি, অমসুং মানা পাওথোক্কদবা থবক্ অদুদা শরুক য়ামিন্নবা হায়বনিঃ মাগী মখোঙ্ শোকপা হায়বদি সংসার অমসুং মসিদা লৈরিবা শীঙনবা ময়াম অসি থেংনবা ঙম্নবা পাঙ্গল অমসুং থৌনা হাপকৎপা হায়বনি।*

তাং ২৩ অমসুং ২৪গী মপোক নুমিৎকিদমক্ দিলিগেৎশিংদু অদুম্ লৈথৈ, চৎখিদে। "ঐহাক অসে নঙোন্দা নুংশিবা *ওইনা পোকপা, ফাওরকপা* নুমিৎ অদো নঙ্গীদমক্তা ঐগী ইপোক নুমিৎনি," বাবানা তাং ২৩ দা লাউথোকপিখি। নিলয়মগী মমাংদা ফিরাল চিংখৎপা য়েংবা ফল্লিবা মী ১৫,০০০ দুদা বাবানা নিংশিংখি মদুদি, *"মীওইবা জাতিবু মঙোনলোমদা লমজিংবিনবা মীগী শকওংদা পোক্লবা সিব-শক্তি অদু অসিদা লৈরে।"* মীপুম খুদিংমক অসি ঈশ্বরগী লৈকোন্দা শাৎলিবা লৈ অমমল্লি, মসিনা পৃথিবীদগী পাঙ্গল ফংলি, লৌরি অদুগা নুমিত্তগীনা ফজবা লৌরি হায়না বাবানা লাউথোকপা অদুনা বাবাগী মমাংগী হকচাং অদুগী পুন্সি অমসুং পাওজেলবু কন্না শন্দোকখিবা শ্রীদাস গানু মহারাজনা শকখিবা কবিতা অমা নিংশিংহল্লি : "বোকুল, থম্বাল, আদোরগুলাব্, মোগ্রা, মালতি, জায়ী, জুইসি, চমেলী, দৱান, মারৱা, পনচ, কেতকি... নচিংবা লৈ পুন্নমক অসি পুন্না লৈকোল অমদা শাৎলি অমসুং লৈকোল অদুবু য়াম্না চীংলেমহল্লি। লৈ পুন্নমক পৃথিবীদগী থোরকই অমসুং মখোয়না থোরকখিবা পৃথিবী অদুদা অমুক হল্লি; অদুগা মখোয়না অমুক হন্না লৈবাক মনুংদা চঙশ্রবা মতুংদদি মখোয়গী মরক্তা খেৎনবা লৈত্রে।"

বাবানা হায়খি, "ধর্ম হায়বসি কনাগুম্বা অমনা অরেপ্পা লৈতনা ঈশ্বর অদুগা থেংনরিবা অমসুং য়াননবগীদমক্ তত্তনা তক্লিবা, বার্ত্তন তৌরিবা থৌদোক অমনি।" বাবাদগী লাক্লিবা বার্ত্তন অদুগী অথুম্বা মহাও খঙলবা মী মহাক অদুদি বাবাসি ঈশ্বরনি হায়বসি খঙলে, ঈশ্বরদুনা মহাক ওইনা মপোক নুমিৎকি পাওজেলগী মমাংদা ঈশৈ শকখি, "নুমিৎপু ঙালহন্নবা য়াথং পী, থৱাল্মিচাকশিংবু

অতিয়াদা লংহন্নবা, নুংশিং শিংনবা অমসুং পুক্সিবু যোকখৎনবা, তুবেলশিংবু মুকম-মুকম শোন্দুনা থেক্ল-খোয়না চেন্নবা, মৈবুনা, অমুক হন্না মাঙ্হনবা ঙমদ্রবা উৎ ওইহন্নবা, অমসুং মথৱাই পানবা জিব লাক্ষ কয়াসিনা পৃথিবী অমসুং সমুদ্রবু মীশিং হেনগৎহন্নবা, ঈশ্বরগী মথৌনা অমসুং চীংলেম্ববু লাওথোকহন্নবা।"
ঐখোযনা কনাগুম্বা অমগী মপোক নুমিত্তা খুদোলপোৎ পিবগী ৱাফম তাখবে, অদুবু, ঐখোযগী মবক্তা লৈবিবা ঈশ্বর অসিদদি ঐখোযনা কবি খুদোল পিবা ঙমগনি? মবম অদুনা নবেম্বব তাং ২৩দা বাবানা ঐখোযদা খুদোল পোৎ পিবিবি। ঐখোযনা প্রশান্তি নিলযমগী মফম পুম্নমক্তা শাংনা-শাংনা পবেং - পবেং ফন্নি অমসুং মহাক্লা ঐখোয খুদিংমক্তা অথুম-অহাও পেকেট কযা, যাম্না নুংশিবিবা ৱাহৈ অমগা নত্রগা শুক্ষৎনিংঙাই ওইবা মীনোক অমগা লোযননা পিবিবি, মদু মতম কুইনগী থম্মোযদা কাওদনা লৈনবনি।

কুম্মৈশিং অসিগী মনুংদা, পাওজেল খুদিংগী মতুংদা বাবানা ঈশৈ খব শকপি, মদুনা ভক্তশিংগী থম্মোযদা ভক্তি অমসুং থাজবগী ইনোত্ হাপকৎপি। মহাক্কি ঈশৈশিং অসিদি অশেংবা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁসিদগী থোক্লকখিবনি হাযবদি যমুনা তুবেলগী তোর্ব্বান্দা শ্রীকৃষ্ণনা খোঙখিবা বাঁসিগী অঙকপগী মশক ওইখিবা ঈশৈ অদুমক্নি। খোঞ্জেল্ অদু তাবদা যমুনা তুবেলনা ঈচেল চেন্থখিগনি হাযবা ফাওবা কাওখিদুনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওদুনা লৈখি, মদু বাঁসি অদুনা ইবুংঙোগী শ্বব অদু মখোযদা তাহনবা মতমদনি। মদু ঈশিংগী ঈচেল্ চেন্থবকপগুম্বনি। অদুনা চিত্রাবতি তুবেলনা প্রশান্তি নিলযমগী মপা যৌবগা ঈশিংগা কাযনখি, মদু বাবাগী খোঞ্জেল্ তানবগীনি, মদু থোইনা অদুম চেন্থবা অমসুং লেপথোকপগী ৱাখল খল্লুদনবগীনি।

ভক্ত অমনা ইবিঃ "মহাক্লা ঈশ্বরগী মতিক মগুণ শৈথাদুনা শক্লকপা যাম্না নুংশিববা খোঞ্জেল অদুনা শুক্ষৎখিবদগী চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওখিবনা সংসাবগী হিংলিবা পুন্সি অমদা লৈবিবা অৱা-অনা, লৈত-লাযবগী ৱাখল পুম্নমক অসি লোযনা কাউথোকই; মতম অমসুং মফম্না ফাজিন্দুনা থম্লম্বদগী নাম্থোবকখি।"

শোক ১৯৬৯গী ডিসেম্বব তাং ৩১দা মাইসোবগী সত্য সাই সেবা ওবগেনাইজেন্ পুম্নমক্কি মীহুৎশিংগী মবক্তা বাবাসু ফম্লমই অমসুং মখোয

পুন্নমক অদুবু যাম্না নুংশিনা, মাগী ধর্ম্ম যোকখৎপগী পান্দম্ অদুগী খুৎলাযশিংনি হায়না মহাক্না হাযখি। ডিষ্টিক্ট খুদিংগী প্রেসিডেন্তশিংনা মাগী-মাগী রিপোর্ট পিনরিঙৈদা বাবাদি দাইস মথক্তা মাগীদমক থাবিবা চৌকি অদুদা ফমদনা সামিয়ানা অদুগী অবাপ্পা মতায অমদা লেপখিবনি। মহাক্না ব্রাফম অদু শন্দোক্না হাযখি, "ঐগী মফমদি নখোযগী মবক্তা লৈ, নখোয়গা লোয়ননা লৈ, থবক্না দবকাব লৈবা মফম অদুদা মহাক লৈ৷ ঐহাক অখন্নবা ফম্ফম অমদা, তোঙান্না, লাপ্না লৈ হায়না খনগনু। ঐহাক্তি নখোযগী শকক অর্মনি, লোযনবনি, লৌবিবা মীদুনি, হৈনিংবা পোকহল্লিবা মীদুনি, পাওতাক পিবিবা মীদুনি, নখোযনা ঐঙোন্দা হায়ববা মতমদা নত্রগা পাওতাক অমসুং পুক্লিং থৌগৎপা দবকাব লৈববা মতমদা"। "নাপল তৌগনু", মহাক্না কর্মিশিং অদুদা পাওতাক পিখি। "আধ্যাত্মিক্কি নাপল্ অসিনা নাপল্ পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না হুচেনবা নাপলনি; মসি খ্বাইদগী হেন্না ব্রাংলবা তাৎনি, চিবোর্লনি। কিবা হাযবসিসু আধ্যাত্মিক্কি হুনি, মবর্মদি, নঙ্গী থম্মোযদা লৈবিবা মী অদুনা নঙ্ কিফম থোক্তে হাযদুনা লাউবগা নঙনা কবিগী কিগদৌবিবা? নঙনা কিববদি, নঙ্গী চিনবান্না নঙ্গী থম্মোযবু নমথাক তৌবি। অফ-ফত্ত নত্রগা অচুম-চুমদগী বাফমদা কোক্তা ফল তাদ্রবদি মদু যাম্না অবাবগী মশক্নি।"

"থম্মোযদা অফবা, অচুম্বা খক্তা লৈববদি, লমচত্তা ফজবা লৈগনি," বাবানা হাযখি, "লমচত্তা ফজবা লৈববদি, যুমদা নুংশিনবা লৈগনি; যুমদা নুংশিনবা লৈববা মতমদা, জাতি অদুদা নিয়ম নাযবা লৈগনি; জাতি অদুদা নিযম নাযববদি, পৃথিবীদা শান্তি লৈগনি, ... অদুনা, ব্রাঙাংদা, ব্রাখলদা, অমসুং থবক্তা অচুম্বদা ঙাঙউ। সাগৈ জাত্তা, কুচুদা, থাক্তা, লাইবিক হৈবদা নত্রগা ইনাক খুনবদা, মবম চাদনা নুংশিদবা, যেংনিংদবা তৌগনু।" দিলিগেৎ পুন্নমক্না মাগী মাগী মথৌ তৌফমদা পুনখিবা যাথং হাযববু মদুনি।

নুমিৎ খবনিগী মনুংদা মহিলাগী মীফম অমা বাবানা হাংদোকখি, মদু ওবগেনাইজেসন অদুগী থৌবাং মখাদনি অমসুং মদুদা মানা নুপী কর্মিশিং অদুদা পিখিবা পাওতাকশিং অদু মদুগী যাম্না কান্নববা তুংতাবা ফল লৈখি। বাবানা ধর্মবু শেংদোকপা লাক্লে, শাজৎ-নিতিগী ঙম্বখৈ কাযাৎ পিনবা লাক্লে, লমচৎকী নিয়ম

অমসুং অকক্লবশিং পিবিনবা লাক্নে, মদু পুক্লিংনা কান্নদবা ৱাখল ময়ামদু খুদুম চন্নবা অমসুং মাঙহনখিনবনি। মহাক্না হায়খি, "সতসঙ্গ অসি নহাক্কি নয়ুমদগী হৌরো! নয়ুমদু নুংঙাইহল্লো, নুংশিনহল্লো, নিংঙাই চক্রি তান্নবা, খৎনবা নত্রগা কান্নদবদা অরেম্বদা পঙলাং-লাঙবা, নত্রগা হেঞ্জিনবা অমতা লৈহল্লনু। ইমুং অদুদা লৈরিবা তোঙান-তোঙানবা থাক্কি মীরোল অমসুং লৌশিং অদু মাগী মাগী চুনবা থাক্তা চাউখৎলসনু, তাল্লসনু, হৈনিংবদা হৈজরসনু, য়ানিংবা-য়ানিংদবা লৈজরসনু, পুন্নমক্ত তেংবাংননা লৈমিন্ননবা তল্লসনু, যানিংবা, য়ানিংদবা খর খাঙনবসনু অমসুং নুংশিনা থৌজাল হৈনা লৈমিন্নরসনু। নখোয় খুদিংমক্না নশাগী নয়ুম খুদিংদা সাই নিতিগী ৱাখল্লোন্না মপুং ফানা থুমহৎহন্দুনা নুংশিনা লৈমিন্নবগী ঈচেল শোয়দনা চেলহন্নবা কন্না থৌদাং লৌগদবনি। মোত খেন্নবা কযা খাঙননবা, তোঙানবা ৱাখল্লোন লৈবদু খাঙবা তমউ। অতোপ্পনা হাযরিবা, খল্লিবসি কবিনো হায়বা খঙনবা অপাম্বা লৈয়ু, অতোপ্পনা ৱাবা উরগা মখোয়গীদমক মিনুংশি লৈয়ু। নশামক্ অতোপ্পগী সেবাদা য়াওশিল্লু, অমোৎপা মফমদা চৎলু, হোস্পিটালদা, জেলদা, অসিগুম্বা ৱাখল মপুং ফাদ্রিবা, ঙাওশিন্নবা অঙাং লৈফমশিং অসিদা চৎলু। *ধ্যান্ তৌদুনা সাধনা তৌবদগীদি সেবানা হেন্না ফৈ।* নথম্মোয়দা রাম নিঙউ, খুত্তা থবক শু', 'নথম্মোযদা ঈশ্বব কন্না নিঙলগা নথৌ তৌ"। শোক ১৯৭০গী মহাশিবরাত্রিনি! প্রশান্তি নিলয়মদা ঈশিং ঈচাওগুম ভক্ত ময়াম অমা চেনশিন্নরকখি। অঙকপগী মশক ফংনা চেনশিন্নরকখি, অদুবু পুমচিক-চিকখি। সত্য সাই সমিটিনা ভাবতকি ষ্টেট খুদিংদগী খনখিবা সেবাদলগী নহাবোল অমসুং নুপীশিংদা বাবানা হায়খি, "নখোয়না ঐগী মিংদা সেবা খর তৌবা পামই, নত্রনে? ফরে, ঐগী কোক্, মিৎ, লিশিং অমা লৈ। বেদনা লাউরি মদুদি ঈশ্বর হায়বসিদি সহস্রা সীবশা পুরুশাহ্ - মাগী মকোক লিশিং অমা লৈ! মসিদা লাক্লিবা লিশিং ময়ামসে, - অহলশিং, অঙাংশিং, লায়থুং পাল্লবশিং, অৱাবা তারবশিং - মখোয় পুন্নমক অসে ঐহাক্লি। মখোয়বু সেবা তৌরবদি, নখোয়না ঐবু সেবা তৌরবনি!" বাবানা নিলয়মদা ফিরাল চিংখৎখি অমসুং হায়খি মদুদি মমাগী মতম্বাক্তা অহানবা পরা তম্বা হৌরবসু, অৱাংবা থাক্তা থাজবা থম্বা হায়বসি অঙাং ওইরিঙৈদগী শাগৎকদবনি। শিবরাত্রিগী শরুক্ অমনি হায়বা খঙলবা মীওইশিং ফাওবদা অয়ুক্কি

নুমিৎ যুংবা মতমদা য়ামখ্রবা বিভুতি শেমখিবা, পুথোকখিবা অদুদা পুমগুক গুক্লখি। নুংথিলদা শ্রীনকুল্ সেন্, আই: সি: এস:, গোৱাগী Lt. Governor, ডাক্তর গোকক্ অমসুং ওসমানিয়া ইউনিভর্সিটিগী তেলেগুগী প্রোফেসর ডাক্তর দি: ভেনকতরথনলুনা মীয়ামদা ৱা ঙাঙখি।

বাবাগী মিনুংশি অদুনা মাগী পাওজেল অদু সনস্কৃতকি শৈরেং অমনা হৌইনখি; মদুগী অর্থদি "ঐহাক মীসু নত্তে অদুগা লাইসু নত্তে নত্রগা অথোইবা মীসু নত্তে। ঐহাক ব্রামহিনসু নত্তে, নত্রগা ক্ষত্রিয়সু নত্তে, বাইস্যসু নত্তে, সুদ্রসু নত্তে! অদু ওইরবদি ঐহাক কনানো হায়না নখোযনা হঙবা যাই। ফবে, ঐহাক অচুম্ববু তম্বিবিবা ওজাদুনি; ঐহাক অচুম্বনি, অফবদুনি অমসুং ফজবদুনি। পাওজেল অদুগী মনুংদা, বাবাগী চাকখাওদা চযোল অমবোমগী মমাংদগী চাওবা হৌখ্রবা লিঙ্গ অদু থোবক্কদবগী তৈযাবিদা লৈবমই, অদুনা বাবানা চৌকি মথক্তা ফমখি। তিল্লিবা যামখ্রবা মীয়ামদুনা চাকখাও মনুংদা ঈশ্বরগী ওইবা পোৎশক্কুনা পিবক্লিবা ঈঙ্গিৎ অদু খঙখি অদুনা হেন্না থৱাই যাওশিন্না সিববু থাগৎপগী ঈশৈ শক্লমই, লিঙ্গ অদুনা মহুৎ শিন্নিবসি সিববুনি, মদুগীদমক্তা সিববাত্রি অদু মঙোন্দা কৎলিবনি।

মিনিট ১৫গী মতুংদা, যাম্না লুম্বা যেকম্ মওং মানবা, মচু তোযনা হোংগনবা লিঙ্গ অমা থোবকখি; মদু উবদা তিল্লিবা মীয়ামদুনা থিংবা ঙমহৌদ্রবা নুংঙাইবগী ঈচেল অমদা জয় হাযনা লাওখি, মদু পুম্নমক্না উবা যানবা বাবানা মখুৎনা পাযবা মতমদনি। অহিংচুপ্পা ভজন অদু চৎথখি; ঈশ্বরগী মচা অদু পুম্নমক্না উবা যাগদবা মওংদা থমখি; মদু মখোযনা চাদ-থক্তুনা অহিং মিংশেল খাঙবদুদা হেন্না হৈনিং-হবাওনবনি।

মথংগী নুমিত্তা ভজন লোযববা মতমদা, বাবা মশামক্না শেংদোক্লবা চিঙ্গাক ভক্তশিংদা পিবিখি। মহাক্না গিতাগী মরমদা অমসুং মসিনা পিবিবা পাওজেলগী মরমদা ৱা ঙাঙখি। অদুগুম্বা ঈশ্বরগী ওইবা ঈশৈ (গিতা) অদুনা তৌহনিংলিবসি অহানবদা কর্মনি; অদুদগী মথংদা থবকশিং অদু ফলগীদমক্তা খন্দ্রবা ওইগবনি হাযবিবনি। অদুগী মতুংদা, মসিনা হায়বিবসি অফবা ওইগদবনি, ধর্ম লৈগদবনি হাযবসিনি; পন্দুপ থবগী মতুংদা অমুক্ মসিনা পিবিবা পাওতাকসি কর্ম

থাদোক্কদবনি হায়রিবনি, মদু অরান খুভম্ ফংনবগীদমক্তনি। অরোইবদা, অরানখুভম্ ফংনিংবগী অপাম্বদুসু থাদোক্কদবনি হায়রিবনি, মরমদি মদুসু সর্ত থম্বগী মওং লৈ। "অপঙ্বদগী হৌগৎলো; নঙনা খঙলে মদুদি নঙবু ফারিবসি ওইদবননি; মদু মঙ্ অমগুম্বনি, নঙনা হৌগৎলবা মতমদা করিশু ওইদবা। নহাক মতম পুন্নমক্তা ননিং তমই। নহাক মতম পুন্নমক্তা হোংবা নত্রগা অৱা-অনা লৈত্রবা আত্মা অদুনি।"

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা বাবানা বৃন্দাবনগীদমক্তা চৎখি, মদু মানা থৌরাং তৌখিবা কলেজ অদু মফম অদুদা লৈরগা শাগৎপগী থবক্তা থুনা লোযশিনহন্নবনি।



ভগবান বাবাগী ফোটো নন্নগা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম ওইনা তারমই।

# মঙাল অদু ফোঙদোরকপা
## (Unearthing the Light)

শোক ১৯৭০গী মেগী তাং ৯গী নুমিৎযুংবা মতুংদা বাবানা বোম্বেগীদমক বৃন্দাবন্ থাদোকখি। খোঙচৎ অদু কাব অহুমগী ওইখি, মদুগী মনুংদা অমদি সেবা সমিটিগী মেম্বব অনীনা বাবা অমসুং মাগী কাংবুদু থিন্দোক্লবা পুবকখিবনি, যাম্না মল্লবা কাবনি, শেমজিল্লগা পুবকখিবনি। ঐহাক মদুগী কাব অদুদা তোংখি অমসুং নিংথিনা শেম্লক্লবা কাব অদুগী মবম্না দষা তাবা মীদু ঐহাক ওইখি। বাবানা সমিটিগী মেম্বব অনীদুদা যাম্না কুপ্না শেমখিবগী মবমদু হংখি অমসুং অনি অদুনা কবিশু তৌবোই, নিংথিনা শেমখ্রবনি হায়না থাজবা পিখি।

মাইল ৩০ বোম চৎলবা মতুংদা কবিগুন্বা অমা কাব অদুদগী মখোল অমগা লোযননা তাখি; যাম্না মমিৎ মনা শিংলবা ড্রাইভব অদুনা গাড়ি খামখি, তাহৌববা পার্ট অদু খুনগৎলগা তুমিন্না মখোঙ্ মনাক্তা থমখি, মদু অদুম পান্দ্রবসু যার্গনি, অহেনবনি হায়না খনবদগীনি। মাইল ৫০ চৎলবা মতুংদা চি চি লাওবা মখোল অমা তাখি; মহাক্লা গাড়ি খামখি অমসুং বোন্নেত হাযগত্তুনা অশোযবা যেংখি অমসুং কবিশু তৌবোই হাযবগী মশাদা থাজবা ফাওখি ।মাইল খব অমুক চৎলবা মতুংদা মহাক অমুক লেপখি অমসুং হাযফেৎ যেংখি। মহাক্লা কাবদগী কুমথবগা গাড়িগী অকোয়বদা চৎখি, কবিশু তৌবোইদা হাযবা থৌনাগা লোযননা অমুক্ কাখত্তুনা থৌখি। ঐগা ফম্মিন্নবিবা বোম্বেদগী লাকখিবা মরুপশিং অদুদি মদুদা থোইনা পুক্লিং চঙখিদে। অদুবু, বেবা লাকপা খুদিংমক্তা ঐঙোন্দদি তৌফম্ খঙ্দবা ব্রাখল অমদি হেনগৎখি।

মাইল ৭৪ শুবগী হেক মনাক্তা মহাক্লা অমুক খামখি। হাযফেৎ যেংনবা বোম্নেৎ অদু হাযগৎখি অমসুং নুপা অদুনা কবিগুম্বা অমা নাম্বোক্লে অমসুং মানা মদু তুমিন্না মাগী মখোঙ্ মনাক্ত থমখিবদুনি হাযবসি খঙশ্রে হাযবসি ঐহাক ভাব তাখি। ঐগী অকিবদু হেনগৎলকখি। খব খজিক্তং চখোক্লগা, মদু ঐগী লাইবক ফবদগী, লম্বী অদুগী নাকন্দা খব অচিকপা মফম অমদা বাবাগী কাবদু খাম্লম্বদু থেংনখি, মদু ঐখোযবু ঙাইবম্বনি। ঐনা মাঙলোমদা চেনখি অমসুং ঐবু অতোপ্পা কাব অমদা হোংদোকপিনবা হাযজখি, মবমদি ঐবু পুবিবা কাব অদু কাযবকপগুম তৌবমই। বাবানা যাম্না নুংঙাইবা ফাগি ওইনা খুম্লকখি। মহাক্লা সাবকস অমদা ফাগি হৈবা নুপা অমনা কাব তোংদুনা কোযনা সুম থৌবগা গাডিগী পার্টশিংদু অমমম্ সুম তাহৌবদুনা মমৈথংদা মথন্ত নুংঙাইনা লৈবাক মথক্তা ফমহৌবগী থৌদোক্কু শন্দোক্লা হাযবকখি।

মহাক্লা ঐবু নুংশিবিবক্লবা হাযদুনা ঐনা যাম্না পিদোন্না মঙোন্দা যেংজখি; অদুবু, মদু কোক্লবা মানা থৌদোবকখিবা ব্রাফম অমখক্তংদি "বাগনু! কবিগুম্বা নঙ তাববদি ঐখোযগী মবক্তা অমনা নঙ্বু শোযদনা খুনগৎলগা গাডি মনুংদা অমুক হাপকৎর্কনি।" ঐখোয ধববাব যৌবে, মাইল ২৫০ থৌবক্লে, অহিংগী নোংযাই মতুং পুং ১ তাবে। মদু ফাওবদা কাবদু মওং চুম্না চৎখি। ঐখোয যাম্না নুংঙাইনা নুংথিল, নুমিদাংব্রাই অমসুং অহিংদা উবক কযা ফাওদুনা থৌবমই, মদু অহিং নোংযাই ফাওবদা অদুম্না চৎলমই, মতম অদুদদি উ ব্রা পুম্নমক লোযনা পোথানখিদুনা পুম্নমক্ পুমচিক চিকখিবমই।

ভাইস চান্সেল্লব অদকেগী বঙ্গলোদা বাবানা ঐঙোন্দা হংখি, "নঙ্না ঐঙোন্দা রিপোর্ট পিববা মতুংদা গাডি অদু বেবা তৌখিববা?" ঐনা খুমখি, "কমদৌনা থোক্কদৌবিবনো? শ্বামি!" অদুগী মতুংদা কাব অদুমক্তদা ঐখোযনা পুনা যৌখি, মদুদগী বোম্বে অমুক যৌখি, মদু কবিগুম্বা মেক-মোক অমতা লাওদননি। বোম্বেদা মদু সাবভিশিংগীদমক্তা কাবখানাদা থাবা মতমদা, মেকানিক অদুনা ড্রাইভব অদুদা হংখি, "কাব অদুদা লাকখিবা মযাম অদু কমদৌনা হিংনা বোম্বে যৌবকখিবনো? মমাংগী চাকাগী স্প্রিং প্লেতশিংদু লোযনা কাযবে!" ব্রাফম অসি বাবাদা লিকবা মতমদা, জবা হাযবা মপু অদুনা হাযবকখি, "ড্রাইভবদু ভক্ত

অমনি” অমসুং ঐনা মখা তারমই, “তোংলিবা ময়ামদুসু ভক্ত ওাক্তনি, শ্বামি!” অদুবু বাবানা হায়খি, “নখোয়দা নত্তে; কার অদুসু ভক্তনি, য়াম্না চাউবা ভক্ত অমনি!”

কার অদুগী তোপ্-তোপ্না মগুণ অমা লৈরমই অমসুং মসিনা বাবাগী থৌজাল নিজখি অমসুং ফংজখি! অওইবমক্কি, *পোৎশক খুদিংমকসি মীওইবগী মতৌগুম্ থম্মোয় অমমম্ লৈ* - বাবানা অসুম্না লাউথোকপিখি। জগদিশ চন্দ্র বোসনা পুথোকখিবা ব্রাফম - ‘মেছিনশিং অসিসু চোকথরকই’ হায়বা ব্রাফম অসি অচুম্বনি হায়বিখি। মসিদগী মহাক্না খর হেন্না অমুক্তা চঙ্শিল্লি অমসুং হায়রি মদুদি চীংশাংশিং অসি কপই। অমসুং ‘শাবিশিং’ অসিসু কপই। মতুংদা মহাক্না বোম্বেদা শারি খর খন্দোক-খঞ্জিন তৌনবা অমসুং লৈননবা পুরকউ হাযখি, মদু আনন্তপুরদা লৈবা সত্য সাই কলেজ অদু শাবা মতমদা মতেং পাওখিবী নুপীশিংদা খুদোল পিননবনি। মহাক্না ৯৬ অমা লৌবে অদুগা মরি অমদি খন্দোক্লে। মরি অদু অমুক হনখিনবা তোঙান্না থমখ্রে!

পুং অমগী মতুংদা মদু থম্লম্বা টেবল অদুগী মনাক্তা বাবানা লাকপা মতমদা, মহাক্না কপ্পগী খুদম ফংখি। মদুদা ঐখোয়বু কৌশিন্দুনা য়েংহল্লগা মহাক্না হায়খি, “য়েংউনে পোৎশিংসে! ঐনা মখোযবু তোঙান্না খন্দোক্তুনা থম্বদুদা নুংঙাইতমান্নেসে! ফবে। মখোয়শিং অসিসু ঐনা আনন্তপুবদা পুরগনি”। থা কয়াগী মতুংদা , থৌদোক অসি মহাক্না পুরানগী ব্রারী ওইরিবা গোবর্ধন চীংগী মতাংদা শন্দোক্না তাকপিখিবা মতমদনি। বাম্না সমুদ্রগী মথক্তা লঙ্কা ফাওবা থোং অমা শানবা লেপ্খিবা মতমদা, মহাক্কি লান্মিদা যাওরিবা ঈশ্বরগী শায়োন ওইরিবা য়োং ময়ামদুনা চাউর-চাউববা চীংদুম কযা ফুক্তুনা পুরক্লগা শযেংগ-শয়েংগ খুৎশিন্নদুনা সমুদ্রদা থাদখি। অসুম্না শাবা লোয়রবা মতুংদদি চীংশিংদু মখা অমুক দরকার লৈখিদ্রে। মতাং অদুদা য়োং পুম্নমক্না মানা-মানা পুনরকপা চীংদুম অদু লংথরম্লগা থোংগী মাযকৈবোমদা লাক্লখি, মতম অদুদা চীংদুম অমদি ফুক্তুনা পুরক্লগা থাপ্লবা লমখাংদা থাদদুনা থম্বিরম্বদা কপখিবমই।

মহাক্না তেংথাবদু রাম্না তাখি অমসুং থেমজিনবিখি অমসুং অসুম্না হায়বিখি, “লৈরমখো! ঐনা মথং অবতার তৌরকপা মতমদা নহাকপু শিজিন্নগনি অমসুং নহাকপু ছাতিন ওইনা পায়দুনা লাই ইন্দ্রগী অশাওবদগী যাদবশিংবু কনবদা শিজিন্নগনি”, বাবানা লাউথোকপিখি।

ধববাবদা, মথংগী নোংঙাল্লমদাই ফাওবা মহাক্কি দর্শনগীদমক ঙাইদুনা মীয়াম্না অন্নাবা খাঙবদুগী নুংঙাইতবা ফোঙ্দোকখি। মহাক্না মখোয অদুগী মবক্তা চংখি অমসুং মখোয়গী খৌবাংবদু নুংশিবা মিংয়েং অমনা, নুংশিনা পোপ্ থাবিবনা, তোয়না তাখিদ্রিবা ব্রাঙাং অমনা, খঙবিবগী মিংযেং অমনা, ব্রাহং হংবগী ঈঙ্গিং উত্তুনা পিশুম শুগংপনা, অমসুং কবিগুম্বা মতাংদনা, নাববা মী অমগী বিভুতি খজিক্তং শেম্বিবনা, নত্রগা খুকমজবকপদু ওকপিবনা, নত্রগা চিঠি অদু লৌবিবনা, লৈ অদু লৌবিবনা নত্রগা নিজবকপদু যাবিবনা কোকহনবিখি।

অহিং অদু মহাক্কি মখোঙ্না নেৎপিদুনা শেংদোকখ্রবা লৈমাযথক্তা মীয়াম পুম্নমক্তু তুম্নখি। নোংঙাল্লকপা মতমদা মখোয পুম্নমক ভজন শক্তুনা লৈবমই নত্রগা মালা চত্তুনা লৈবমই। সেবা সমিটিগী থৌপুবশিং অদুদা বাবানা নগব সনকির্তনগী অঙকপা ফংনা কান্নবগী মবমদা ব্রা ঙাঙখি। অসুম্না নিংথিনা শিল্লগা পুন্না ঈশৈ শকপসিনা সমুদ্র তম্ন চংখিবা দন্দি খোঙচং অদুদগী হেন্না কান্নৈ হাযনা ঐনা ফাওখি, মবমদি মীওইববু শুপনমদা থল্লিবা অপাম্বা ৬ অসিনা থুমগী সত্যগ্রহনা মাঙহন্নবা থমম্রিবা পান্দম অদুদগী হেন্না খুদোংথিবনি। খোঙ্জং অসিদা অফবা মীওইশিংনা মচিন্দা ঈশ্বরগী মিংখৈবোল শোন্দুনা, তুক্কচবা অমসুং কল্লকপনা থল্লবা খুঙ্গংগী মচি-মযাদা, অশাওবা অমসুং শেলগী অপাম্বনা থুমহৎলবা লৈবক খুদিংদা চৎপদুনা মীওইবা জাতিগী মবক্তা মবায চাযথবক্কবা ধর্মগী ব্রাখল্লোন অদুবু থিংননবগী মচিন তুম্লবা শিংচেপ্ অদুনি।

নুমিৎ যুংবগী ভজন মতমদা, সামিযানা মনুংদা, দাইস মথক্তা বাবাদু মতম খবদং লৈবিবমই, অমসুং অযুক্কি চাক্লেন্ চাবগা পম্ন্দনা পুনাগীদমক চংখি। বেলগোম্ অমসুং সতবা ফাওখি, মফম অদুদা ভক্তশিংনা দর্শন ফংজখি, মীপুম খুদিংমকপু বাবানা হবাও-তযাম্না মশা তেক্লা থম্বিবগা লোযননা কাবশিংদু কন্না থৌখি। পুনা সহবগী মতাযদা লৈবা জাম্নগব যুমদা লৈখি, অদুবু সাইগী মমিংগী মহাও খঙজববা কাংবুশিং অদুদা মদুনা থোযনা নিংহন্নবা লৈহনখিদে। যুম অদুগী মমাংগী লম্পাক অদু মথংগী অযুক অঙনবদা ভক্তশিংনা পুন্না পুন্না তুমিন্না ফমদুনা ধ্যান তৌনখি অমসুং অযুক্কি পুং ৭ লোম তাবকপা মতমদদি মফম অদু লম্ন্দাং, লম্পাক ওইখিদ্রে। মখল-মথেল্ কয়াগী মচুগী লৈ-তনা লৈতেংলবা ফমুংগুম্

পুন্নং লংলবা মিৎ মযাম অদুনা, যুম অদুগী অহানবা লৈমাযদা বাবানা লৈবিবা কা অদোমদা, যাম্না তোন্না, থম্মোয শোক্লা হাযজবগী মওংদা যেংখৎপা মযাম অদুনা পিক থনখ্রে। বাবানা মখোয়গী মবক্তা কুমথবকখি অমসুং মখোযনা পুক্লিং হকচিনবা অদুগী মনা পিবিখি।

ডাক্তব অদকে অমসুং ভদ্রবতিদা ইনজিনিযাব ওইবা মাগী মচানুপা মনোহবনা বাবাগা পুনাদা চৎমিন্নখি। বাবানা মাগী মচানুপা অদুদা থৌজালগী খুদম পিবিবিবনি, মদু ভদ্রবতিগী মযুমমক্তদা মানা লাৎচবিবা বাবাগী মুর্ত্তি অদুদগী বিভুতি হৈথবিবিবনি। মপা-মচানা বাবাদগী বিদায লৌবা মতমদা, কবনাতকাগী কাউণ্ডমদ্রবা খোঙচৎ অমা লোযশিনখিবা মতমদা থা কযাগী মমাংদা বাবানা মাগীদমক্ পিবিখিবা খুদোপ অদু বাবাগী মমাংদা পাযবমই। মদুগী হঙ্গাম মপান মচুগী মণি অদু মচী অমদা মচেৎ অমা কেনখিবগুম তৌবে। "নঙনা পাল্লিবা সিবু মদু ঐনা শেমজিনবদুবা? ও, মদুগী মথক্তা ঐগী মুর্ত্তি পাম্বা, নত্রদো?" মদু মাগী মখুত্তা লৌবগা মহাক্লা হাযখি। "নত্তে৷ নহাক্তি ইঞ্জিনিযাব অর্মানি। নহাক্কি নখুৎ অদুদি খুৎশু খুৎলায ঙাইহাক লৈতনা পাযবদুনা নথৌ যাম্না চিল্লি নত্রগা চিনফমসু থোকই। মদুগী মথক্তা ঐগী মওং পিববদি মদু খোৎতৎখিনি। অদুদগীদি নহাক্ নথব্রাই নুংঙাইববোই। নঙনা মীবৈবাক্তা লাইবিক তম্বা চৎপা মতমদা নঙগী খুদোপ মথক্তা ঐগী শক্তম পিগনি।" ব্রাহে অসিগা লোযননা খুদোপ্ অদু খুদোনবিগা খুৎনিংথৌগা অনিনা চপশিনখি, পুম্নমক্লা উনবা ব্রাংনা থাঙ্গৎখি অমসুং মদুদা অমুক্তং কন্না কামখি। "নহাক নবাযবক ফবে," বাবানা হাযখি।

হোয, তশেংনমক্ মহাক মবাযবক ফবে। খুদোপ্ অদু মাঙখ্রে, মদুগী মহুত্তা পুমশেং শেংলবা সনাগী খুদোপ্ মণি যাওদবা, মথক্তা M হাযনা হকপা, যাম্না হৈখ্রবা মী অমনা যাম্না নিংথিনা শুক্ষ্মৎনা হকখ্রবা সনাখুদোপ্ অমা ওম্বোকখ্রে। "হৌজিক্তি নহাক সনা হেন্না ফংলে", হাযবগা বাবানা মাগী মখুত্তা শিবিখি, "অদুগা মসি মোবার্জিগী সনাদু নত্তেকো।" হায়বদি মাবার্জি দেসাইনা ভাবত সবকাবগী শেল থুমগী মন্ত্রি ওইবিঙৈদা সনাগী লৈতেং পুম্নমক্ কেবেৎ ১৪গী মগুণ লৈগদবনি হাযখিবা সনাদু নত্তে! মসিদি কেবেৎ ২২গী সনা অশেংবদুনি! বাবানা অযুক পুং ১০.৩০ বোম তাবা মতমদা পুনা থাদোকখি।

ধর্মক্ষেত্রদা তেলেফোন তৌখি অমসুং বাবদি নুংথিলগী পুং ১গী অদুব্রাইতদা থুংলবগনি হায়না পাও পিখি অমসুং মীয়াম পুম্নমক্তু অয়ুক পুং ১০দগী ঙাইনবনিনা হনখিনবা পাওতাক পিখি। মহাক পুনাদা লৈথখ্রে অমসুং লোয়নবিবা ময়ামদু মবুক লামহনবা পামখিদে। অদুবু, কনা অমত্তা মফম লেঙ্ঙনখিদে। নুংশানা চাকথেক্লবা মৈশা মবক্তুদা খান্নিবা কাবশিংদু অমতা থৌদোক্লদে। পাবসিগী ভদ্রলোক অমা, অয়ুক পুং ৮ দগী লাক্তুনা দাইস মনাক্তা মমাংথংবা পবেংদা ফম্বা অমদা মাগী নুপীনা চৎনিংলব্রা হায়না হংখি, মবমদি বাবাগী দর্শনগীদমক্ মপুবোইবদু য়াম্না কন্না থেমজবগা, হায়জবগা মফম অদুদা লাকখিবনি। পৃথিবীদা অসুক যাম্বা মীযাম্না মীহৌনবিবা থৌদোক্ অসি নাম্থোকহনবদু মহাক্না পামখিদে। অদুনা, মহাক্না মাগী মকোক্ মথক্তু নুমিৎকি মৈশানা চাকথেক্লবসু অমসুং ফন্নিবা লৈমায অদুসু যাম্না শাববসু অদুম লৈথবা হায়না মপুক্লিং লেপখি। মবাইবক ফবদগী মহাক মোজা উপ্তুনা লাকখিবনি, মবমদি মীওই খবনা মমাংদা চঙফম মনাক্তা খোঙউপ্ লৌথোক্কদবনি হায়না হান্ননা পাও পিখ্রবনি।

নুংথিলগী পুং ১গা মিনিট ১০ তাবদা বাবা লাকখি। মহাক্কি কাবদু চঙফমদা খামখি, অমসুং শাবনা চাকথেক্লবা লম্বী অদুদা যাম্না তপ্না চৎখি। পাবসিগী ভদ্রলোক অদুনা বাবাদা মাগী অহানবা ওইনা, মিৎযেং অমা যেংখি, অমসুং মপি হাথবক্তুনা মথং যেংবা ঙমখিদে, মপিনা খুমখির্বানি। বাবাদি মখোঙ্ অদু কবি অমতা তোংদে। হোয! বাবাগী মখোঙ্দু, তনৌ-তনৌবা, থোৎপা, নুংশিবা, তনালবা অমসুং পিক্তক তৌবা, খোঙ্ অদুনা শাথ্রবা লৈঙোই মথক অদুদা নুংশা মবক্তা ফন্নিবা লিশিং কযাদুগী মবক্তা চৎলমই!

ধর্মক্ষেত্রদা লৈবা সত্যদীপকি অহানবা মথোল অদু যৌনবা কাব অদু চুমদ্রিং থৌবা যাবম্বনি। অদুবু, মহাক্না অচুম্বা ব্রাফম অমা উৎপিখি মদুদি মহাক্কি মতুং ইল্লনবা কৌবিবা ময়াম অদুগী অব্রাবা অদুদা লুচিংগদৌবিবা মহাকশু শরুক যাগদবনি হায়বা অচুম্বা ব্রাফমসি থবক ওইনা উৎখি। পার্সিগী ভদ্রলোক অদু মযুমদা হনখি অমসুং থুনমক্ নুংথিলগী ভজন যাওনবা হল্লকখি, মদুগী মতুংদা বাবানা পাওজেল্ পিগনি হায়না মানা আশা তৌখি।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

বোম্বেগী সত্য সাই বাল বিহারগী ওজাশিংনা অঙাংশিংগী য়েক-খোৎপগী মেলা অমা শিল্লমই অমসুং মদু পাঙ্থোক্লিবা হোল অদুগী মনুংদা বাবানা চঙখিবমই। উৎলিবা অদুনা অনৌবা চহি অসিগী শিক্ষাগী মওং অদু উৎলমই, মদু ভাবতকি মফম পুন্নমক্তা পান্নখি, মদুদা অঙাংশিং অসিগী মিৎয়েং অসি ঈশ্বরবোমদা থমদুনা পুক্নিগী অঙকপা কয়া লৈবিবা অসোমদা থিবক্লবনি, পুথোবক্লবনি। মুণি-ঋষিশিং অসিনা পুথোক্লম্বা পাওখুমশিং অদু ঙসিদি কনা অমতনা খঙনদ্রে মবমদি অদুগুম্বা ব্রাহংশিং অদু ঙসিদি কনা অমতনা হংনদ্রে। হৌজিক বাবানা অদুগুম্বা থাইনগী শাংনা উবম্বশিং অদুনা পুথোক্লম্বা পাওখুমশিং অদু মপুংফানা থবক্ ওইনা পিবি।

অঙাংশিং অদুনা খঙখি মদুদি উপালশিং অসিনা লৈশাৎ তন্নিবসি কৃষ্ণনা মশাদা ঙাথবিবম্বননি; ষনবিশিং অদু হবাওজখি মবমদি কৃষ্ণনা মনঙ্গলদা পোপ্ লাওনা নুংশিনা থাবিবমই। হি অমা যেকখিবদা মতীক চাই, মবমদি বামা, সীতা অমসুং লক্ষ্মন্না গঙ্গা লানবদা মদু শিজিন্নখি। যেকপগীদমক শগোল অসি অফবা জিবা অমনি মবমদি মহাক্লা মীওইবগী অব্রাবা কোক্লবা লম্বী থিবা চৎপদা সিদর্ধথবু কোংনুদগী জঙ্গল তান্না পুখি। প্রশান্তি নিলযন্নু ঈশ্বরগী লৈফম্নি হাযনা মথম্মোযদা লাৎচম্রবা মীওই কযানা মসিগী নমুনা শেম্নবা হোৎনখি। খব অমনা বাবা যেকপদা নুংঙাইজৈ, মানা শির্দিদা লৈবিঙৈগী শক্তম নত্রগা হৌজিক্ ওইবিবা শক্তমসিদা। পবেং খুদিংমক্তা ব্যবহার উৎপগী অমসুং চেকশিঙ্ববগী খুদম উবা ফঙই; মদুমক মাগী থৌজাল ফঙনবগী মতিক চাববা মগুণশিংনি। দ্বাকামাযীগী, দক্ষিনেশ্বরগী, গোবর্ধনগী, সেন্তপিতবগী, জুমা মসজিদকী অমসুং অতৈ মফমশিংগী হাযবদি মীওইবনা হনবা লৈতনা, থিজবিবা ঈশ্বরগা মবী লৈনবা মফম কযা অসিগী নমুনাশিং অমসুং অযেকপশিং লৈবমই। অহিং অদু বাবাগী মমাংদা অঙাংশিং অদুনা লীলা অমা শান্নখি। চহি ৬/৭ কি অঙাংমচাশিং অদুনা মথম্মোয শোকপগী, অঙকপগী, শাওবগী, জয় ওইবগী মিনুংশি লৈবগী অমসুং নাপলগী ব্রাখলশিং অদু অসুক শেংনা অমসুং অওইবা ওইনা ফোংদোকখ্রে মদুদি লীলা অদুনা পুন্নমক্কি মিৎযেং চিংশিনখি অমসুং থাগৎপা ফংখি। অঙাং অনীনা, মযাম্বা বামগী হুকুম মতুংইন্না লক্ষ্মন্না সীতাবু পুবগা কবি অমতা চিংনবা লৈতনা উমংগী লাইবেম্বীদা শিন্নবগা শোঙ্লবা জঙ্গলদা হুন্দোকলম্বা, অদুগা হল্লকখিবা মতাং অদু উৎলকপা মতমদা হোল অদুদা লৈবিবা মী অমতনা কপখিদবা

য়াওদে। শোঙলবা জঙ্গল মনুংদগী লক্সন্না কোনংদা হল্লকখিবা, দৃশ্য, অমসুং জঙ্গল লাইরেম্বীগী মিনুংশিদা মহাকপু হন্দোকপিরন্নে হায়বা সীতানা খঙলকপা মতাং অদুবাইদা য়েংলিবা ভাবক পুন্নমক্কি থম্মোয় কায়নিংঙাই ওইখি। বাবানা লীলা অদুদা য়েংবিখিবা অদুনা অমুক্কা হেন্না অঙাংশিংদু ফজনা, হৈনিংনা উৎনিংহনখি, মখোয়বু লুনা তৌবিখি অমসুং আশীর্বাদ পিবিখি অমসুং লীলা অদুবু মাইওন পিরিবা অমসুং তশ্বিরিবা ওজাশিং অদুবু বাবানা থাগৎপিখি। মহাক্না লীলা অদু প্রশান্তি নিলয়মদা দশরা কুম্মে মনুংদা শান্নবা পামখি, মরমদি, মতম অসিদি মীওই লিশিং কয়ানা পৃথিবীগী মফম পুন্নমক্তগী লাক্লবা অচৌবা খোঙফম অমনি, অদুনা অঙাংশিং অদুগী চমজবা, মরাল লৈত্রিবা অমসুং নুংশিবা প্রেম অদুনা পুন্নমকপু মথুম-মরাং হৌহনবা ঙমগনি।

শোক ১৯৬৮গী মেগী তাং ১২দা ধর্মক্ষেত্রসি বাবানা শঙ্গাখিবনি; নুমিৎ অসি বোম্বেগী ইতিহাসতা অমদি সাই যুগকি থৌদোক পরিংদা য়াম্না মরুওইখ্রবা নুমিৎ অমা ওইখি। মবম অদুনা, মসি অঙকপা ব্রাফম নত্তে মদুদি নুমিৎ অদু বোম্বে সহরগী মীশিংনা য়াম্না "থাগৎ-ব্রাহৈ" পিবা থৌদোক্কা লোয়ননা পালন্ তৌখিবনি। লোল্ তোঙান-তোঙান্না ঙাঙবা কাংলুপ্ কয়া, জাতি কয়া অমদি ভারতকি ষ্টেট পুন্নমক্তগী লাক্লগা লৈখিবা মীয়াম পুন্নমক অদুনা অঙকপা ফংনা তিনখি অমসুং বাবাদা ব্যবহার উচ্চবা ওইনা অরেপ্পা লৈতনা পুং ১০গী ভজন শকখি। ভিরান্দিগী খৎন-চৈনবগী থৌদোক্কি মরমদা খবর পুন্নমক্লা হকচিনবা কাংলুপকি, অকিবগী অমসুং ওইদবা প্রচাবগী ব্রাফম কয়া ফোংনরিবা তাঞ্জাদুদা অসিগুম্বা মখলগী পালন অসিদি মীয়াম পুন্নমক্তা থাজবা পিবা, ব্রাশক-পিবা, থাজবা অমসুং থৌনাগী মকদ্যানগী মশক ওইখি।

কাংলুপ্ ফুনবগী থৌদোক অমসুং পুন্সিগী সমস্যা ময়াম অসি লোয়শিন্নবনি হায়দুনা হিংশাদা থাজবগী খঙহৌদনা থোরক্লিবা মওং অসিগী মরমদা বাবানা পনবিখি। "উ পাম্বী অমদা য়েংউ। মরাশিং, মউশিং, মশাশিং, মকুশিং, অপোম্বা মতোনশিং, উনাশিং, অপোম্বা লৈশিং, শাৎকায়রবশিং, উহৈশিং অমসুং মরুশিং খুদিংমক অসে তোঙান-তোনবা মওং-মতৌ, মচু, মহাও, মনম, মগুণ লৈ; অদুবু পুন্নমক অসি মরু অমদগী থোরকখিবনি হায়বসিদি নখোয়না য়াদবা ঙমদে। খুদিংদমক অসিগী তোঙানবা শিজিন্নফম অমসুং কান্নবা লৈ। পুন্নমক অসি পৃথিবী অমসুং নুমিৎনা

যোকপিবকপনি। 'বীজম্ মাম সর্ব ভুতানাম্'অসুম্না গিতাদা জগৎকি মপুনা হায; খুৎশেম পুম্নমক অসিগী হৌবকফম মকন্দু ঐহাক্কি! মীওইবনা মাগী মদ অদুতবু পেলহন্নবা মীন্না ঙাঙবা, খৎনবা, ব্রাথি-ব্রাকুম হাযজিনবা, লমচৎ মাঙহন্নবা হাযজিনবা, তুক্কচবা মিৎযেংনা যেংবা, খৎনবা পুম্নমক তৌবিবসিগীদমক্তা ঐনা নুংশিবি। অশাওববু নেমথহন্নবা খ্বাইদগী ফববা হিদাক-মোলোমদি নুংশিবা হাযবসিনি।" ব্রাফম অসিনা তাবিবা পুম্নমক্তা মথব্রাই নুংঙাইবা অমসুং কিদনবগী খুৎলায ওইখি।

শ্রীসত্য সাই সেবা ওবগেনাইজেসন, মহাবাস্ত্রগী প্রেসিদেন্ট ওইবিবা শ্রী এম: এম: পিনজে হাযবা ভদ্রলোক অসি যাম্না মগুণ লৈবা "পিনজেক্লাস" হাযনা কৌবা সংস্থান অমগী ফাউন্দব অমসুং সাসন্ চলাযবিবা মীশক্কি। মহাক্কি সংস্থান অসিদা তোঙান-তোঙানবা ওফিস, ফেক্তবি, লৌমী, স্কুল-কলেজগী ছাত্র-লিশিং কযানা মশাগী লৌশিং-জ্ঞান হেনগৎনবা, পবিক্ষা পাস তৌনবা, হিবম কযাদা মতেং পাঙলিবা মীশক্কি। মাগী অসিগুম্বা সংস্থানশিং অসিগী চহি ২৫ শুবকপগী পালন অমা মেগী ১৩দা বং ভবন ওদিতোবিযম্দা ভগবান বাবাগী মমাংদা পাঙথোকখি। বোম্বে সহবগী জ্ঞান লৈববা পুম্নমক্, কালা বিদ্যাগী হৈ শিংলবা পুম্নমক্, কলেজ কযামকমগী ছাত্রশিং অমসুং ওজাশিংসু তিনখি।

দাইস মথক্তা মাগীদমক অখন্নবা থাবিবা চৌকি অদুদা মহাকপু পুশিনবা মতমদা, বাবানা যামনা চিক্না তিল্লিবা মীযাম অদোমদা ওনশিনখি। মহাক্না মীযাম মবক্তা মীগী থম্মোয মকা লামহনবা মীনোক্না লোযননা চৎখি, অমসুং কনাগুম্বা অমগী খ্বাইদগী নুংশিজববা মকপ নত্রগা মবীমতা অমদা যেংবা মিৎযেং অদুগা লোযননা চৎখি। মহাকপু পুজা তৌজবগী শৈহৌ ঈশৈ শক্কিভৈদা মহাক্তি কংলবা মিৎ অমসুং থম্মোয কযাদা চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবা খিকপিদুনা লৈখি।

ঙহাক্ লৈবগা মহাক্না দাইসতা কাখৎখি অমসুং চৌকি অমগী মনিংদা মাঙলোমদা ঙাথদুনা মিকুপ্ খব লেপখি। অদুদগী মহাক্না কাবপেৎ মথক্তা ফমখি, মদুমক্ ওম্বোক্না শুদ্ধাৎনিংঙাইগী মশক্কি, চেক মোক লাওদনা ফন্নিবা মীযাম পুম্নমক অদুগী যাম্না অঙকপা অমসুং নুংঙাইজবনি। ডাক্তব গোকক্, শ্রীভবদে, শ্রীসবন্ত অমসুং অতৈ শক্লাইববা অতিথিশিং অদুনা দাইস্তা কাখৎলক্লবা মতমদা বাবাসু হৌগৎলকখি, অদুগা অখন্নববা চৌকি অদুদা ফমখি লোযননা থৌবম অদু

হৌনবা যাথং পিখি। ডাক্তর ভি:কে: গোকক্ হায়বিবা ভদ্রলোক অসি শিক্ষা অমসুং শিক্ষাগা মবী লৈনবা ৱাফমশিংদা যাম্না শেংনা উবা ঙম্বা, চুম্না খনবা ঙম্বা, চহি কযা কুইনা কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইবম্বা, অমসুং বঙ্গলোর ইউনিভরসিতিগী ভাইস-চান্সেল্লরসু ওইবম্বা ভদ্রলোক সিনা মীযামদা ৱা ঙাঙবদা অসুম্না হায়খি, "ভগবান বাবানা ঐখোয়গী মাঙদা থম্বিবিবা শিক্ষাগী পান্দম অদুখক্তা ঐনা মতাং অসিদা পঞ্জগনি, মবমদি মখোয় অদুতনা ঙসি ঐখোয়না অৱাবা ফিভম অমদা তাখিবা মওং অসিদগী কনবা ঙমগনি। শিক্ষাগী হৌফম, য়ুম্ফম্ ওইগদবা মরু ওইবা নিয়মশিং অদু বাবানা ঐখোয়গীদমক থম্বীরে, হায়নিংঙাই লৈতনা অচুম্বদা থাজবা, অফবা থবকশিংদা থাজবা, ইংনা চিক্না লৈবা তম্বা অমসুং নুংশিবা প্রেম পোকহন্নবা হোৎনবা। মওং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা, মরু ওইবা ওইনা থম্বিবিবসি আত্মা-বিদ্যানি, মবমদি, ময়ায় অদুবু নিংথিনা ফাদ্রবদি, পুদ্রবদি, অদুগা থৱাইগী, আত্মাগী বাফম অসিবু উবা ঙমদ্রবদি, পোৎশক খুদিংমকসি তোঙান তোঙান্ তাবক্কনি, কেল্লক্কনি। বাবানা শাথু পিবখ্রে মদুদি *শিক্ষানা লৌশিং পিগদবনি, হৈথোয-শিংথোই হনগদবনি, চাং পুহনগদবনি,* অমসুং *নুংদা য়েংবা হৈহনগদবনি।* ছাত্র অদু সমাজগী কান্নববা নাগরিক্ অমা ওইহনগদবনি, মশা মবোমদোমগী মচিনজাক তাঞ্জবতা নত্তনা, কাংলুপ্ অদুগী মনুংদা লৈমিন্নবিবা অতৈগীসু তানবিগদবনি। মাঙ্-তাকহনবগী নিতি, ৱাখল অসিদি পুক্নিং, ৱাখল চাং পুবা ঙমদবা লৈহাওগী পোৎথোক্নি। *নহাবোলগী তগৎ তগৎ তেক্লিবা থৌনাশিং অসি কান্নগদবা হিবমশিংদা ফুদোকচনবগী তাঙ্গা পিগদবনি, মদুনা সমাজদা ৱাখল পাবিংদা চাং নায়হন্নবনি।* মখোয়গী খুদক্তা হৌবকপা ৱাখলশিং অদু বাবক্কদবনি, মদু ধর্মগী লাইবিক পাবনা যাবোই, মদু ৱাখল মপুং ফাববা, শাজৎনিতি চুম্বা, মিচং শঙ্গল নায়দবা সমাজগী কান্নববা, সেবাবিশিং অদুগা শাথেংনবগা যাগনি।"

বাবানা মাগী পাওজেলদা গোকক্না হান্না ঙাঙখ্রবা মরুওইবা নিয়ম্ মবি হায়বদি জ্ঞান্, হৈ-শিংবা, ৱাখল, পুক্নিং চাং পুবা অমসুং নুংদা য়েংবা অসিগী মতাংদা পনবিখি; অমসুং হায়খি মদুদি জ্ঞান হায়বসি ইন্দ্রিশিং অসিগী মতেংনা, থৌদোক্তগী পুশিল্লকপা ৱাফম্না, অমসুং নশানা উজবগা লাকখিবনি। ইতিহাসকি

য়াম্না লাইবক থিববা তাঙ্কক খবদা মসিগী জ্ঞান অসি লৈবাক পুনশিন্নবদা শিজিন্নখিদ্রে, থুগাইনবদা শিজিন্নখ্রে, মীগী যাইফনবদা শিজিন্নখিদ্রে, মীবু কবম্না যাম্না হৈ-শিংনা মাঙহনগদগে হাযববোমদা শিজিন্নখবে। অদুনা জ্ঞানদগী ফংখিবা হৈশিংবা অদু হাৎপবোমদা ওইববকখ্রে, মদুগী ফলনা সমাজদা মান্নবা খল অদু কাযবে; অদুনদি, নুংদা উবগী মহুত্তা মপান্দা উবগী ব্রাযম লাক্লে, তাইবং সংসাব অসিদা ইন্দ্রিগী পেন্নবা থিববোমদা লাকখ্রে।

মখা চত্থবকপদা বাবানা হাযবিখি, "শ্রীবাম্না ব্রাথি-ব্রাবেম তাবদগী অমদি মীযামগী মোত্ ব্যবহাব তৌরুবদগী মাগী মহাবানীদু জঙ্গলদা লোই থাখি। সমাজবাদ হাযবসি থবক ওইনা শ্রীবাম অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মতমদা পাঙথোকখি মবমদি মতম অদু লৌমীশিং অমসুং শিন্মিশিংবু যাম্না সনমান তৌনখি।" "শ্রী কৃষ্ণনা ষন শেনখি; মাগী মযাম্বা বলবাম্না মতম পুন্নমক্তা মাগী লোয়নবা ওইনা লাঙ্গোল অমা পুখি। মখোয অনীমক্লা লৌ-উবা অমসুং শা-ষন যোকপসি অশেংবা শিনফম্নি হাযনা লাউথোকখি।"

"ঙসিগী সমাজ অসিদা পৃথিবীগী মহাদেশ পুন্নমকসি যাম্না থুনা নকশিন্নবক্লবসু, মীওইবা জাতিনদি ইমুং অমতগী মীওইগুম হিংমিন্নবগী জ্ঞান অদুদি তম্নদ্রি। বিজ্ঞান্না খুমাং চাউশিল্লকপগা লোযননা মীওইবনা মপানগী প্রকৃতি অসিবু ফনা নিংথিনা অব্রাংবা পাম্বেনা খুদুম চনবা ঙম্লক্লে, অদুবু মাগী থম্মোযনুংগী ফিভম অদু খুদুম চন্নবদি তমখিবা তাবি। মসিদি থাইনগী পুন্সি খুৎলেন অদু তম্নগা অমসুং থবক ওইনা চত্থবগা খঙবা ঙমগনি।"

মবম অদুনা বাবানা পুন্নমক্তা শিক্ষাগী অনৌবা মওং অমা থৌবাং তৌনবা অমসুং লিংখৎনবা হাযখি, মদুনা থকশি-খাশি নাযবা ব্রাখল্ পিগদবা, ব্রাখলগী অপাম্বশিংসি মওং চুমহনগদবা, খুদক্তা হৌবকপা ব্রাখলশিং ফাথহন্নবা অমসুং নহাবোলদা তেংবাংননিংবগী ব্রাখল পোকহন্নবা, মীনুংশিগী অমসুং মরুপ ওইবগী, ইংনা থবক চত্থহননিংবগী অমসুং কান্নগদবা মওংদা সেবা তৌনবগী ব্রাখল পোকহনগদবা মওংগী সংস্থান ওইগদবনি। *ঙসিদি, শিক্ষানা পিবিবা মওংসি ভিক্ষানিনবা তেঙ্গোং অমা পিবতনি, মদুনা থবক অমা ফংনবতনি।"* বাবানা হায়খি মদুদি মানা বোম্বে সহবদা কলেজ অমা লিংখৎকনি, "কবিগুম্বা নখোযনা

অহানবমক্তা মদুদা চঙবা যাবা ছাত্রশিং থৌবাং তৌববদি।" "মখোযবু আধ্যাত্মিক্কি অচুম্বদু তম্বিযু অমসুং মদুবু মখোযগী নুংতিগী পুন্সিদা থবক্তা শিজিন্ননবা নিযম অদু তম্বিযু। শাজৎ-নিতি যাওদনা লৌশিং-জ্ঞান লৈবদুদি অবেম্বনি, হেন্না খুদোংথিনিংঙাইনি। *নিযম-নিতি লৈতবা বাজনিতি, লমচৎ যাওদবা শিক্ষা, মোবেলিতি যাওদবা বিজ্ঞান্ হাযবসি তশেংনা হুগী মশক্কি।"*

তাং ১৪দা বাবানা অঙাং চা কযা আশীর্ব্বাদ পিবিখি, মখোয অদু যাম্না চেকশিন্না মাগী থৌজাল মনুংদা চঙ্বা যানবা বোম্বে পুম্নমক্তা থৌবাং তৌখ্রবনি। নুমিৎ অদুগী খব থেংথবগা, বাবানা মাগীদমক্তা অখন্ননা শিনখ্রবা প্লেন অমদা গুজবাতকি জাম্নগবদা চৎখি। নুংশাগী মৈশা অদু খাঙ্বা ওম্নখিদে; প্লেনগী তাফম মনাক অদু মৈবুল অমগী মতৌগুম শাবমই। অদুবু, মী লিশিং কযানা চেম্থোক্লবক্তুনা প্লেন অদুবু ওকখি অমসুং যাম্না মিহৌনবিবা দর্শন অদুগীদমক্ চেনশিন্নখি। মদু উবদা, বাবানা উকুম লাংহননিংখি অমসুং নামিবা নুংশিৎ শিৎহলনিংখি। বাবানা প্লেন্দগী হেক কুমথবকপদা, অইং-অশাদা হোংলকখিবদু অঙকর্পাগ মশক্কি, খুদক্তা হোংখি, অপাম্বা মওংদু ওইখি। মীপুম খুদিংমক্না থৌজালগী খুদম অদু উবদা খোঙদগী তোন্ ফাওবদা নুংঙাইবনা থুমহৎখি। নব্রানগবগী বাজমাতা অদুনি পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইজখিবসি। Amar Vilas হাযবা কোনুং অদুদা নুপা, নুপী যাওবা হোম-গার্দ মযাম্না Guard of Honour অমা পিখি, মদুদা পুলিসকি বেন্দ-পার্টিসু যাওখি। নুংথিলদা মী লিশিং তবা হেনবনা মতম কুইনা ঙাইবক্লবা পাওজেল্ তানবগী খুদোংচাবদু ফংজখি অমসুং যাম্না শুদ্ধাৎনিংঙাইগী মশক্ ওইববা, মহাক্না শকখিবা ভজন ঈশৈদু তানবগী খুদোং চাবদু ফংজখি, মদু মীবু থাজবগী লম্বীদা চৎনবগীদমক লাইমিং লৌনবা ঈশৈনি। বাবানা হাযখি মদুদি ঈশ্বরগী মতিক-মগুণগী মবমদা পুন্না শকমিন্নবনা মনুং অমসুং মপানগী নুংশিৎ পুম্নমক্ নুংশিবা প্রেম্না পিক থলহনগনি।

তাং ১৫দা বাবানা দ্বাবকাগীদমক চৎখি, মাইল ১৫০ লাপ্পনি, বাজমাতাগা অমসুং মাগী কাংবুগী মীওইশিংগনি। লম্বীগী পবিং পুম্নমক্তা, সহবগা তাযনবা লম্বীশিংদা, সহবদা, নত্রগা উব্রা হৌদবা লক্মাংদা, ইমুং-মনুংগী মীওই চবুন-চবুন্না বাবাগী শকফম হায়ফেক্তুং উহৌনবা পুন্না-পুন্না লৈবমই; মখোযগী থম্মোযদা বাবাসি

হত্তুনা থমখি অমসুং মাগী ফোটো মখোয়গী লায়শংদা লাৎনখি। ঐখোয়না অসুম থৌখিবদা, ঐখোযগী মাঙ্দা ভাগবতগী লমায় মথং-মথং হাংদোবকখি : ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা থাইনগী মশাগী মবৈকাইদা অমুক হন্না চঙবনি হায়না ঐখোয়না ফাওখি।

দ্বাবকাগী মীযাম্না অমসুং অতোপ্পা সহবদগী লাকখিবা সাই ভক্তশিংনা কৃষ্ণ মন্দিবগী পাকথ্রবা লম্নাং পুম্নমক্তু বাবানা লাক্লিবুঙৈ মমাংদা ওন্তানা পীক থনখি; মহাক্তি মীযাম্ মবক্তু ফাওদুনা নিংথিনা চঙখিবা ঙমখি অদুগা ঐখোযদি কন্না ইন্থোক-ইনশিন তৌদুনা চঙবা ঙমখিদে; অদুনা, ঐখোযগী ফিভম অদু উবদগী বাবানা মন্দিব অদুদগী অমুক হন্না থোবকখি; মদু গোপ-গোপিশিং অদু চিংথোক্তুনা লম্বী খব লাওহন্নবনি। ঐখোযনা মন্দিব মনুংগী 'কৃষ্ণ' অদু অমুক্তং যেংনবা কন্না ইনশিনবা মতমদা কৃষ্ণগী সহব অদুগী মীযাম পুম্নমক অদুনা 'সাই কৃষ্ণ' বোমদা পুমযোম যোমশিনখি। মখোযগী মমিৎ অদু পেন্না বাবাদা যেংর্জখি অমসুং মদুগীদমক্তা মখোয অমগা অমগা থাগৎনখি।

বাবানা মিথাপুবগীদমক্তা খোঙশানখি মফম অদুদা টাটানা লিঙখৎখিবা হিদাক শুংফমগী কাবখানা অদুগী কর্মি মযাম অদুনা চহি কযাগী মমাংদগী ভজন মন্দলি অমা থম্লকখি। মিথাপুব চৎপা লম্বী অদুদা বাবানা মাগা লোযনবিবা ভক্ত অমদা মহাক অমুক হন্না চত্তুনা দ্বাবকাগী লাযশং অদুগী মনুংদা লৈবিবা কৃষ্ণদু যেংনিংলিব্রা হাযনা হংখি; ভক্ত অদুনা যাম্ন নুংশিনা মহাকপু অমুক হন্না দ্বাবকাদা থাবিদনবা হাযর্জখি, মবমদি মহাক সাই কৃষ্ণগী মনাক্তা লৈজবদুদা যাম্না নুংঙাইর্জখি। মিথুংশঙ্ অদুগী অকোযবদা লৈবিবা অহাঙ্বা মফম অদুদা মশিং লাকঙমদ্রবা নুপা, নুপী অমসুং অঙাংনা লেপ্পা লৈতনা চঙনবকখি। বাবানা মখোযগী মবক্তা চৎখি অমসুং পুম্নমক্তা মিনুংশি অমসুং শুঙ্কাৎপা পিবিখি।

নুংথিলদা জাম্নগবদা হল্লকপদা বাবাসি ঐখোযদা মিনুংশি যাম্না লৈখি, মদু কৃষ্ণ মন্দিবদা লাৎলিবা দ্বাবকা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি উনবা হোৎনবদা মীযাম অদুগী চিনবা, ইন্নবা অমসুং চবাংনবা কযানা উবা ফংলকখিদবা অদুদগীনি। খঙহৌদনা মহাক্না হাযবকখি, "ও ! মসিদা সমুদ্র লৈবেনহে৷" অদুদগীদি কাবশিংদু খামথ্রে। পাকথ্রবা লৈঙোইগী তোর্ব্বান অদুদা মতায অমবোমদা নুংজাও মবক্তা মন্দিব অমা লৈবমই, মদুগী মনাক্তা লৈতেম মান্নবা মফম অমদা ঐখোয় চঙশিনখি।

মতুংদা, মফম অদু 'কুবঙ্গ' - হায়বদি 'শক্তি' কৌই হায়বসি খঙলকখি। সমুদ্র অমসুং ঈথকশিং অদুনা বাবাগী মশাদা পোকপদগী য়াওজবক্কবা শান্ননিংবগী ব্রাখল অদু ফাওহনখি। মহাক্না ঈশিংগী ফিবান অদুদা চৎখি, যাম্না নুংঙাইনা, ঈথক্না তত্তনা ঙা-থেংলবিবা ফিবান অদুদা চৎখি। অতোপ্পশিং অদুনা থুমহি চেনবা ঈশিং অদুনা চোৎপা মতমদা মহাক্না নোকখি। মহাক্না মোইবুং খুনগৎখি, অদুগা অতৈসু থিখি, অদুগী মতুংদা লৈঙোই মথক্তা ফমখি, মদু কৃষ্ণনা চহি লিশিং মঙাগী মমাংদা ফন্নমখিবা যাবগী মওংদা ফমখিবনি।

মহাক্না মমাংদা লৈবিবা লৈঙোই অদু ফুট অমবোম ব্রাংনা পৈখৎলি, মদুনা ঐখোয পুম্নমক্তা অঙকপা ফংনা থৌবাংবা পোকহনখি। মহাক্না লৈঙোইদু তেমথোকখি অদুগা ফৈবপ তৌনা লৈই অহুম চিংখি। মতোন্দা কোইবপ্ তৌবা লৈই অমসু চিংখি; অমসুং মদুগী মথক্তা বো মওং মানবা অমসু যেকখি। সাবকল অদু ফাওনা লৈই মতেক অমসু চিংখি, "হৌজিক থৌবাং লোযবে", মহাক্না হাযখি, লোযননা মখুত্তগী লৈঙোইদু কম্থোকখি।

থৌবাং লোযবে হাযবসি কবি ওইবিগদগে হাযবসিদা ঐখোয ভাবনা শাবা ঙমখিদে, লৈই অহুম অদুনা 'শাথেক-অহুম-থেকপা শক্তম' অদুগা সাবকল অদুনা মকোক ওইবম্বা তাববসু; বোগী মওং অদুনা ব্রাহোংমতুগী অদুগা ফৈবপ তৌবা লৈই মতেক অদুনা বাঁসি ওইববসু। 'মসি থৌবাং লোযবে' মহাক্না হাযখি অমসুং মখুৎ অদু লৈঙোই মনুংদা থুম্না থিংজিনখি, *মহাক্কি মখুৎ অদুনা ইঞ্চি ১৫ বোম্ ব্রাংবা সনানা শাবা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্তি অমা, মখুত্তা বাঁসি খোনবা, মীওইবগী খুৎনা শাবা পোৎথোক্কি মনুংদা মসিনা মহেল্লে হাযবা থাক অদু যৌনা ফজববা মুর্তি অমা চিংথোবকখি, "নখোযনা মন্দিব অদুদা কৃষ্ণগী দর্শন ফংলকখিদে; হৌজিক ফংজবো,* "মহাক্না মযামদুদা হায়বকখি। খোঙ্ফম অদো চাংজৌ নাযদনা নুংঙাইজখিবা মিকুপনি।

মুর্তি অদো যেকপা, হকপা খোৎপগী মবমদা চপচানা মপুংফাবে, কবি অমতা অব্রাৎপা লৈবমদে; সনাগী চিনবান অদুদা থম্মোয় শুক্কাৎনিংঙাই ওইববা মোমোন মিনোক অমা উবা ঙমখি। ঐখোয়গী মাঙ্দা লৈবিবা কৃষ্ণ অদুগী নিংথিবা, ফজবা চীংলেম্বা অদুদা য়েংদুনা ঐখোয় কযা কুইনা লৈখিবগে হাযবসি খঙদ্রে। ঐখোয়দি

পুমশুম্ শুঙ্কাৎখিবমই। বাবাখক্তনা ঐখোযবু হৌদোকপিখি, - "লাকও, ঐখোয চৎলসি"। জাম্নগবগী দ্রাইভব অদুনা ইহান-হান্না হৌগৎলকখি : বাবানা মাগী মমিত্তা ফাওবিবা অঙকপদু খঙখি। মহাক্না হংখি, "কবম্বনা নঙগী পামজবা লাইগী মওংনো?" মহাক্না খুমখি, "অম্বা-ভবানি"। ঈশ্বরগী খুৎ অদুনা অনীবক ওৎখি, অদুদগীদি অম্বা-ভবানিগী মুর্ত্তি হকপা, কোইবপ্ তৌবা সনাগী প্লেট অমা বাবাগী খুত্তা যৌবকখি।

জাম্নগবদা অযুক পুং ৯দা যৌখি, মতম অদুদা মীওই লিশিং কযানা ভজন শক্তনা লৈবম্বা, অমদি মখোযগী মবক্তা চঙবিবক্তনা মখোযনা খাক্লিবা অহাঙবা মবক-মবক্তদা চৎপিবখিনি খঞ্জবিবদু উখি। মদুমক্ বাবানা নিঙবা কাযহনখিদে। মখোযগী মবক্তা খব ফাওবনা মখোযগী অনাবদু কোকচনবা খুদক্তা পুথোকপা বিভুতিসু ফংজখি।

তাং ১৬তা বাবানা নবানগবগী কোনুংগী কাংবুতনা লিঙখৎখিবা অমসুং যেংশিল্লিবা আযুর্বেদিক ইউনিভর্সিটিদা চৎখি; মদু ভাবতকি মন্য্দা অমতা ঙাইবিবা, থাইনগী বিজ্ঞান্না লাযেংনবগী হোৎনবিবা সংস্থান্নি। মসিনা মীওইবদা লোক্তনা যাওবিবা পাঙ্গলগী ঈফুৎ অমসুং যোগ, মন্ত্র, মেদিতেসন অদুগা অপান্না থাদোকপনা ফংবা ঙমগদবা মপান নাযদ্রবা যাইফনবগী তুংনফম্ অদুদা যুম্ফম ওইবগা চর্খবিবনি।

"অযুব বেদ নত্রগা হিংনবগী নিযম্ লাইবিক্"। কুপ্না থিজিন্নবগী থবক্ খুমাং চাউশিনহন্নবা, আযুর্বেদিক লাইবিকশিং অসিগী অকুবশিং ফোংদোক্লবা অদুগা হৌজিক্কালগী অনাবশিংসি থাইনগী উপাযনা লাযেংনবগীদমক্ ইউনিভবসিটি অসিদা হৈ-শিংলবা কাংবু অমা লৈবি। বাবানা মখোয খুদিংমকপু মশা-মশাগী লেবোবেটবিদা অমদি টেবলদা আশীর্ব্বাদ পিবিখি। মহাক্না ইউনিভর্সিটিগী জগা খুদিংমক্ ফাওদুনা চৎখি, মদুনা মাগী নুংশিবা মিৎযেং অমসুং ব্রাঙাংনা পুন্নমক্তা নুংঙাইহনবিখি।

অদুগী মতুংদগী মহাক্না ইন্দ্রপ্রস্তা কৌবা বঙ্গলো অদুদা থৌখি, মফম অদুদা সত্য সাই সেবাদলগী মেম্বরশিংনা সেবা হাযবসি আধ্যাত্মিক সাধনা অমনি হায়বসিগী মবমদা খব খুমাং চাউশিনবা ত্রেনিং অমা ফংলিবা মফম্নি। মহাক্না মখোয় অদুদা

থাজবা অমসুং অশেংবা, হায়বা ইনবা অমসুং চঙজবা, নুংশিবা, থাদোকপা অমসুং সেবাগী মবমদা ঙাওখি। "মতম পুম্নমক্তা মঙাল পিবিবা, হকচাংফবা অমসুং নুংঙাইবা পীবিবা নুমিৎকি মঙাল ফংনবা থৌবাং তৌদুনা লৈয়ু"। *"ধর্ম হায়বসি লৌশিংদগী থোবক্তে, নুংশিবগে হায়বা অনিংবা আশা অদুখক্তদগী থোবকই।"*

নুমিদাংৱাইদা বাবানা টাউন হোলদা জামনগরগী বোতবি ক্লবকি মেম্বরশিংদা ৱা ঙাঙখি। মহাক্না মখোয় মযামদা শেমশাবগা ৱা ঙাঙবা অমদি চাক চান্নবনা কবিশু কান্নদবনি হায়না চেকশিন ৱা হায়বিখি। মহাক্না খুৎশেমগী পাম্বৈনা চাবোক লম্হোক্লবা হোৎনবগী যাম্না ফত্রবা ফলশিং অদুগী মবমদা হায়বিখি। অঙাং পোক্তনবা হকচাং মনুংদা বিজ্ঞানগী পোৎ হার্পাচিনবনা পুক্নিং নুংঙাইহন্দবা, হেন্না শাজত্তা থৌশাবক্তবা, দাযিত্ব ৱাৎশিল্লকপা অমসুং ভাবতকি কলচবনা ৱাংনা থাঙ্গৎনবন্বা শাজৎনিতিগী মগুণ হন্থবকপা ওইগনি। "আধ্যাত্মিক্কি নিয়মশিং, ঈশ্বরগী মিংখৈবোল শোনবদা হেন্না কনশিনবা, ধ্যান তৌবা, সেবা অমসুং সংকির্তন শক-শোনবনা পান্দম অদু চপ চানা ফংবা ঙমগনি, মসিনা মীওইবা হায়বা জাতি অসিবু শাগী থাক্তা হন্থহন্দনা পাঙ্থোক্কদবনি," বাবানা হায়খি।

ফনে ! সমুদ্রনা বাবাবু অমুক হন্না লাকপিনবা হায়জখ্রে। নুমিদাংগী পুং ৯ লোম তাবা মতমদা, সৈনিক স্কুলগী কর্মি পুম্নমক্ ভজন শকপদা যাওবমই। বাবানা মথন্তা মুকুম-মুকুম শোঞ্জবিবা ঈথকশিং অদুগী নাকন্দা মোল্লবা লৈঙোই মথক্তা ফমখি। ভজন শক্লিঙৈ মনুংদা বাবানা ডাক্তর ভি· কে: গোকক্তা ভি: অমসুং কে· হায়বা মযেকশিং অসিগী অর্থ কাবনো হায়না হংখি; অমসুং মহাক্না "ভি: হায়বদি বিনায়ক" হায়বনি হায়না হায়বা হৌবকপদা বাবানা লৈঙোই মনুংদগী লুপানা শাবা বিনায়ক্কি মুর্ত্তি অমা পুথোবর্কখি অমসুং মদু মঙোন্দা পিবিখি।

মহাক্না বিনায়ক পোকখিবগী ৱাবী লিবিখি অমসুং বিনায়ক হায়বসিগী অর্থ শন্দোক্না তাকখি, অচৌবা লুচিংবা হায়বনি নত্রগা মসিদগী হেন্না চাউবা লুচিংবা, নঙনা মতুংইনবা যাবা লৈত্রবা হায়না তাকপিখি। অদুদগী মাগী অকোযবদা লৈবিবা মযাম অদুদা হায়খি :"হৌজিক নখোয়না ঐঙোন্দগী অপাম্বা অমা হেক্তা নিবো"; ঐখোয় অযাম্বনা থৌজালতমক্ নিনখি, অদুবু, মানা পোৎশক ওইনা শাবগা পিবা যাবা নিননবা কন্না হায়খি। কবি কবি নিসিগে হায়না কোক্তা খন্নবিঙৈদা, মহাক্না

বিনাযক্কি ওম্বোক্লা ফজখ্রবা মুর্ত্তি অমা শেমখি, অচৌবা, মচা লৈই খুদিংমক্ ওঁম ওইবমই - মনা, মচিন্, মমিৎ, থাঙ্গৈশেংনমক্ পিকচব অপুনবদু ওঁম্ ১০০ না শাবগুমই, যাম্না হৈ-শিংনা, চেকশিন্না যেকপা, মদু শামু মকোক পানবা ঈশ্বব, বিনাযক অদুগী পিকচবনি। নুপা অমনা খুদোপ অমা পামখি, অমসুং ফংখি, সনা শাবনি, মদুগী মথক্তা বাবাগী শকওং যেকই। অতোপ্পা অমনা মালা অমা নিজখি অমসুং নুপী অদুনা মদু ফংজখি, সনানা ফিবান চনবা রুদ্রক্ষ মক ১০৮গীনি। সৈনিক স্কুলগী প্রিন্সিপাল অদুনা, মাগী মমিংদু ঈশ্ববনা আশীর্ব্বাদ পিনবিসনু, মাগী স্কুলগীদমক্তা অফবা খুদোল অমা নিজখি। চিংনবা লৈতনা বাবানা মখুত্তু লৈঙোইদা অমুক্ শান্নখি, খুবক্তা লৈঙোই হৈথখি অদুগা যাম্না ফজববা, লুপানা শাবা ইঞ্চি মঙা ৱাংবা অনন্পুবনগী মুর্ত্তি অমা মাগী মখুত্তা মীযাম পুম্নমক্লা উবা ফংখি, মদু ব্রাত্ত-পাদবী, মবাং-কাযবীগী লাইবেনবীনি, মহাক্লা মাগী মচা পুম্নমক্তা চানবা চিঞ্জাক পির্বিবিবনি। “র্মসি চাকশংদা থমউ। অঙাংশিংনা যাম্না হবাওনা, হাওনা চাগনি অমসুং অঙকপা মওংদা চাউখৎকনি”, বাবানা লাউথোকখি। “অন্না- হাযবদি চিঞ্জাক, মহাক্লা পি। পূনা - হাযবদি মপুং ফানা, মদু হকচাংগীদা নত্তে; অন্না হাযবদি চাশিনবা যাদা, ইন্দ্রিদা, কোক্তা, শিংলিদা। অদুনা, মসিগী লাইবেনবী অসিনা হকচাংগা, পুক্লুংগী অমসুং থৱাইগী, ওজাশিংগী অমসুং নঙগী স্কুলগী ছাত্রশিংগা হিংননবা মচিঞ্জাক পিবিগনি, মহাক্লা আশীর্ব্বাদ পিবিখি। অসুম্না মফম্ অদুদা অঙকপা নাংৎক্লবা অমসুং ঈশ্ববগী ওইবা নুংঙাইবগী ৱাখলদা পূং অনী লৈখি।

তাং ১৭ অসিদি যাম্না শাথীনা মক ওইখ্রবা নুমিৎ ওইখি। বাবানা সোমনাথ্ মন্দিব অদু নৌনা মগুণ হাপখি, হাযবদি ঈশ্ববগী শক্তি হাপখি। মহাক্লা নৱানগবগী লৈখিদ্রবা জামসাহেবকি নিজবা অমা থুংহনবিখি, মহাক অসি অদুগুম্বা ইতিহাসিক ওইববা মন্দিব অদু মথৱাই হাপ্লিবম্বনি, মফম অদুদা তোযনা চত্তুনা, অমদি শাবিবা দলাল মযামদুগী মবক্তা শকক অমা মাগী মাগী মমিং থোঞ্জিন্দুনা। বাবাদা যাম্না লেম্লবা, দিগ-বিজয দ্বাব (মদু লৈখিদ্রবা জামসাহেব, শ্রী দিগ বিজয সিংহগী মমিং লৌবগা থোনখিবনি) অদু শঙ্গাবিনবা হাযজবদা বাজমাতা অদু মায পাকচখি, মদু জয তৌনবগী চংনফমনি।

মসিগী লাইশঙ্ অসি বেদ-শিংদা অমদি অবিবা লাইবিকশিংদা যাম্না মমিংচৎপা মফম অমদা লৈ। মন্দিব অদুদি সিব-গীনি, স-উমা (উমাগা লোযননা), সিব-শক্তিনি। বাবাদি মীগী মওংদা সিব-শক্তি ওইনা লাক্লবনি, মদু থাইনগী মন্দিব অদু ঈশ্বরগী শক্তি হাপচিন্নবনি। সোম-বিদ্যাদা হৈথোয-শিংথোইববা শিবযোগিশিং অমসুং মুণি লাকুলিসানা চহি ২০০ এ:দি: বোমগী মমাংদা পুথোক্লম্বা পসুপত ধর্মগী তুংইনবশিংনা মন্দিব অসিগী মিংচৎ অসি সমুদ্র অমদগী সমুদ্র অমা লান্না শন্দোক্লমই। মখোযনা সোমেশ্বব মন্দিবশিং ভাবতকি মফম পুম্নমক্তা লিঙখৎপিবমই - বতনাগিবিদা, নোংপোক গোদাববিদা, পুর্ণিযাদা জোদপুবদা, মাইসোবদা, অমসুং খা-কনাবা দিষ্ট্রিক্তা।

সোমনাথ্ হাযবসি ভাবতকি খ্বাইদগী ইনাক খুনবা মন্দিবশিংগী মনুংদা অমনি। মুসলিমশিংনা জয তৌখিদুনা পঞ্জাব অমসুং সিন্ধুদা পাল্লবা মতমদা, মসিনা লুটৱালা কযাগী পুক্লিং চিংশিনখি। অমুক্ থুগাইবা, অমুক্ মাংথোকপা, অমুক শাগৎপা অমসুং অমুক নৌনা কথোকপনচিংবা থবকশিং অসি মন্দিব অসিগী শাংলবা ইতিহাসতা হন্না হন্না থোকখিবা থৌদোকশিংনি। অৱাবা খুদোংথিবা থৌদোক কযাগী শাংলবা মামং মবক্তা, শোক ১০২৬ এ. দি: দা মাহমুড ওফ ঘজনি না ত্রর্মথনা লান্দাখিবা অসিনা অহুমশুবনি। মঙাশুবা মন্দিব অদুসু মতৌ অসুম্না চপমান্নবা দিল্লিগী নিংথৌবেলশিংগী মখুত্তা অৱাবা তাখি। শোক ১৯৪৭ কি দিৱালি নুমিত্তা ভাবতকি লাম্নিনা জুনা গর্ধকি নৱাব লৈফম অদুদা চঙলক্নুনা, যাম্না অৱাবগী মশক ওইববা, তুম্না থুগাইখিবদগী নুং ওইনা পৈদুনা লৈববা মফম, মযাম্নদি সোমনাথ মন্দিবনি হাপনবা, অসিবু অদুগুম্বা মুর্ত্তিগী মমল অমসুং কান্নবা খঙদ্রবা, খঙবা ঙমদ্রবা অমদি ঙম্লবোইদবা কযাগী মখুত্তগী খুদমশিং অদু কনবিখি। নুমিৎ অদুমক্তদা সবদাব বল্লভভাই পতেলনা অদুগুম্বা মীওইবা মযামগী হবাও নুংঙাইবগী ঈথক্কী খোঞ্জেল মবক্তা অমাদ থুমহি চেল্লবা সমুদ্রগী ঈথকশিংগী হবাওবগী খোঞ্জেল মবক্তুদা লাওথোকখি, "সোমনাথ নৌনা শাগৎনবা ঐখোযনা লেপ্লবে। মসি যাম্না শেঙলবা থবক অমনি, পুম্নমক্লা শকুক যাগদবনি।"

অনৌবা মন্দিব (মহা মেক প্রসাদ কৌগ্রবা, হান্নগী মতৌগুম্না), অদু হান্নগী মতৌগুম্না যাম্না মান্নবা দিজাইন্দা শাবমই অমসুং গোপুবম, মপুং ওইবা চঙফম

থোঙ্ - ঈশ্বরবু থিজবক্সিবা খুদিংমক্লা জ্যোর্তিলিঙ্গগী লৈফম চৎপদা ফাওনবিবা থোঙ্ অদু মীওইনা লাকপ্রবা সোমেশ্বরনা, সিব-শক্তিনা, সত্য সাই ওইনা লাকখ্রবা মহাক্লা শঙ্গাবা তাবমই।

বাবানা লাউথোকখি মদুদি নুমিত্তুমক্তদা অশেংবা সোমনাথ্ অদু মযামদা মশক তাক্কনি, খঙহনগনি। ব্রাফম অসিনা ঐখোয় পুম্নমক্তা অঙকপা অমসুং হৈনিং হবাওহনবা ব্রাখল পোকহনখি। মবম অদুনা জাম্নগরদগী সোমনাথ-তা তিল্লবিবা লম্বী পুম্নমক্তা জয় হাযবা নুংঙাইবগী খোল্লাওনা নিনখি। দিগবিজযথোঙগী মমাংদা নিংথিনা থৌবাং তৌবিবা সামিযানা অদুদা বাবাবু সোমনাথ মন্দিরগী ত্রস্তকি মীওইশিংনা অমদি ডিষ্ট্রিক্ট অমসুং ষ্টেটকি ওফিসাবশিংনা তবাম্না ওক্লমই। মন্দিরগী নুংশিববা ঈশৈ মবক্তা, কাখৎফমদা থাবিবা অঙাংবা গালিচা-ফি অদুগী মথক্তা মহাক্লা চৎখি অমসুং যাম্না ফজনা হক্তুনা শেমখ্রবা শো, অমদি লুপানা ফিবান চম্বা থোঙ অদু লুপাগী চোজৈ অমনা হাংখি। অদুদগী মহাক্লা ফেসটুন্ মযাম্না লৈতেংলবা, লফুপবেং পবেংগী মবক্তা লৈবিবা খোঙ-লম্বী অদুদা, মী লাক্ষ কযাগী মিৎযেংফম, থাজনফম ওইবিবা, চহি লাক্ষ কয়াগী মমাংদগী মপুং ওইবা সোমেস্বর মন্দির যৌনবা চৎখি।

মহাক্লা খ্বাইদগী শেংখ্রবা মফম অদুদগী হেন্না পুমশেং শেংখ্রবা মফম অদুদা চংখি; ব্রাহ্মিন পন্দির্তশিং অদুনা বেদগী শৈবেং কযা হীবমই, মদুগী খোম্লাং অদু অকোনবা অমসুং মচিনতুম্বা যুমথক্তগী, লৈমাযথক্তগী ফুট ১৫০ ৱাংবদা লৈবিবা লৈতেং অদুদগীসু থক্তোবকখি। মহাক্লা প্লেত অমা পুবক্লবা হাযবকখি। মহাক্লা মখুৎ যেৎকি খুৎশাশিং অদু প্লেত অদুগী মথক্তা শন্দোকখি অমসুং নিকখি, সিলভরগী বিলভা মনা ১০৮ অমসুং সনাগী লৈ ১০৮ মখোল থোক্লা প্লেত মথক্তুদা তাবকখি। মখোয অদু যাম্না ব্যবহাবগা লোযননা ভক্তশিংনা মখুৎনা শোক্লখি, মবমদি মদু মখোযগীদমক্তা ফুট ৩ ৱাংবা লিঙ্গম অদু নৌনা মথৌ, শক্তি হাপকৎনবগী তৌবিবা থবক্তু মখোযগীদমক্তনি। মদুগী লিঙ্গম অদু ইকুই-কুইদ্রিঙৈদা ডাক্তব বাজেন্দ্রপসাদ, ভাবত সবকাবগী প্রেসিদেন্টনা শঙ্গাখিবা মতমদা থমখিবনি, লাৎপা হৌখিবনি। মহাক্লা সিলভবগী মনা অমসুং সনাগী লৈ-শিং অদু লিঙ্গ অদুগী মথক্তা হৈথখি, মদু মহাক্লা শ্রীসাইলমদা লৈবিবা লিঙ্গ অদু শক্তি হাপ্পদা তৌখিবা মওং অদুমক্লি।

থৌওং অদু গঙ্গাগী ঈশিং শোক্কৎলগা গঙ্গাগী ঈচেলদা হৈথবগুমই হায়বদি অসুক্কি মতিক কোয়া, লায়না পাওথোকখি।

মিকুপ খরগী মনুংদা মদুগী ঈশ্বরগী খুৎ অদু অমুক ওৎখি। য়েংউ, লংত্রিক লংবা বোল্ মতুম অমা মাগী মখুত্তা লৈবদু য়েংউ। মতম অদুমক্তা ঐহাক্ দ্বাদশজ্যোর্তি লিঙ্গ-গী শ্লোক অদু পুক্লিংদা শোঞ্জরমই, মদু মঙালগী লিঙ্গ ১২ অদু থাগৎপগী শৈরেংনি, মদু হিন্দু খুদিংমক্না য়াম্না ব্যবহারগা লোয়নননা নিংশিংগদবনি হায়নরিবনি। ১২দুগী মনুংদা বিশ্বেস নত্রগা বরানসি, হিমালয়দা লৈবা কেদরনাথ্, আ-খা ভারত্তা লৈবা রামেশ্বরম্, অন্ধ্র প্রদেস্তা লৈবা শ্রীসাইলম্, উজ্জাইনিদা লৈবা মহাকলা, অমসুং নাসিক্তা লৈবা ত্রয়ম্বক য়াওরি। অদুবু, পরেং অসিদা য়াওরিবা খ্বাইদগী অহানবা মকোক্তি "সোরাস্ত্র-সোমনাথ্", সোরাস্ত্রগী সোমনাথ্ অসিনি। ১২ অদুগী মনুংদা সোমনাথ্কি লিঙ্গ অসিদনি জ্যোর্তিময়ম্ - 'মঙালগী মতিক্ মগুণনা লৈতেংবা' হায়না ইবাৎনরিবসি। অদুগা, বাবাগী হৌজিক্তা 'মঙালগী লিঙ্গ' অদু মখুত্তা লৈরমই! কয়াদা চাউথ্রবা মিকুপনো, ঐনা ঙকখি।

অদুদগী বাবানা লাউথোর্কখিবদু ঐহাক নিংশিংখি : "ঐনা নখোয়দা অশেংবা সোমেশ্বর-লিঙ্গ উৎকনি।" অদুনা, মদু অশেংবদুনি, চৈশাংশিংনা লীনরকপা ব্রারিগী মতুংইন্না ব্রহমা মশামক্না, থল্লমখিবা অদুগা মীগী পুক্লিংবু খুদুম চল্লিবা থাগী-লাইনা পুজা তৌজরকখিবা লিঙ্গদুনি।

লম্কোয়বগী থবক পুরিবা বিভাগনা ফোঙখিবা চে অমদা হাযখি মদুদি স্কন্দ পুবান্দা চহি লিশিং কয়াগী মমাংদা হায়খি মদুদি "সোমনাথ্কি স্পর্স লিঙ্গ অসিদি Swayam Bhu-Linga মশা মথন্তা থোকচরকখিবা লিঙ্গ, য়াম্না শক্তি লৈবা, নুমিত্তৌনা লংবা, য়েনগী মরুমমুক্ চাউবা, লৈবাক মনুংদা লৈবা",নি। মসি নুংশিৎকি মওং-মতৌনি। অতৈ অসিনা অতোপ্প মচাক্ মরি হায়বদি আকাশ, তেজ, ঈশিং অমসুং পৃথিবী অসিগী মহুৎশিনবনি।

মরম অদুনা, মাগী মখুত্তা লৈরম্বা য়েরুম মওং মানবা মঙালগী বোল অদু তশেং-তশেংলবা সোমেস্বর লিঙ্গ অদুনি, মদু মহাক্না চহি-কয়াগী মমাংদগী মাংথোক্তুনা অমদি মমল লৈহন্দনা লৈনুংদা থল্লম্বদু মথক্তা পুথোরক্লগে খনখিবদুনা পুথোরকখিবনি। মন্দির অদুগী লিঙ্গ মখাদা চহি চা কয়া স্পরস লিঙ্গ অদু তাদুনা

লৈবকপনি। মসিগী পাও অসি বাবানা অমদি পুবোহিৎশিংনা ঐখোযদা পিবিবনি। বাবানা মখুৎ অমুক ওৎখি-অদুগা মদু থম্নবা সিলভবগী মখোঙ্ অমা পুথোকখি। মহাক্লা মদু পুবোহিৎ মকোক অদুদা পীখি। “মসিগী মতুংদগীদি মসি মীযাম মমাংদা ফোংনা থল্লে! শেংলবা মিৎশিংনা মসিগী মঙাল অসিবু পাল্লসনু অদুগা মসিগী মতিক মগুন্দু মথম্মোয়দা মমি তাবসনু। মসি অমুক হন্না মকমদা উহন্দনা থম্বগী দবকাব ওইদ্রে। অকিবা পুন্নমক লৌথোক্লবা অবতাব লাক্লে”! বাবানা লাওথোকপিখি।

সোমেস্ববনা মায পাক্লা লৈনুংদগী মপান্দা থোবকপদু মপুং ফাহন্নবা বাবানা মযায থংবা মন্দিব মতোন্দা লৈবিবা ফিবাল অদু থাদদুনা পাইহনখি। মহাক্লা মন্দিবগী থাক্তা লেপ্লগা মীয়ামদা দর্শন পীবিবা মতমদা মী লিশিং কযানা ‘জয-ভগবান্’ হাযনা লাওখি। বীববলদা লৈবা বাজেন্দ্র ভবনগীদমক্ বাবানা নুংথিল পুং ২ দা থাদোকখি। মহাক্লা কেশোদ এবোদ্রোম ফাওবা মোতোব তোংদুনা চৎখি, মদুদগী মহাক বোম্বেগীদমক প্লেন তোংখি। বোম্বেগী ধর্মক্ষেত্রদা মী লিশিং ৩০ না বাবা থুংলবা ঙাইবমখি।

ডাক্তব গোকক্লা মীযাম অদুদা বাবাগী জাম্নগব, দ্বাবকা অমসুং সোমনাথ্তা উৎখিবা লীলাশিং, মহিমাশিং অদুগী মবমদা যাম্না মবিকচুম্না পাওদমখি। বাবাসু জিব খুদিংমক্তা ঈশ্বব লৈ হাযবসিগী মবমদা অমসুং সাধনা অমদি সেবাগী মবমদা ব্রা ঙাঙখি। “জগৎ অসিদা লৈবিবা পোৎ খুদিংমক্তা মুন্না থিজিল্লগা অমদি যেংশিল্লগা ঈশ্বব পুথোক্লবা হোৎনৌ। তশেংনমক্ নহাক্কি উবা ঙম্বা মিৎ পাল্লবদি, নহাক্লা ঈশ্বববু মফম অদুদা উগনি; মবমদি জগৎ অসি ঈশ্ববগী হকচাংনি। নহাক অসি ঈশ্ববগী মৈবিক্ অমনি, মতৌ অসুম্না পুন্নমকসুনি; মতৌ অসুম্না খুদিংমকসুনি।” মহাক্লা লাওথোকখি। “নহাক্লা জিব খুদিংদা, হকচাংগী কা খুদিংদা, এতোম খুদিংদা ঈশ্বব অদু থেংনদ্রিঙৈদা, নঙ্ নশানা পুন্নমক অদুগী অপুনবা শক্তম ওইবনি হাযবসি নঙগী ব্রাঙাংদা, ব্রাখলদা অমসুং থবক্তা হান্নবা থেংনখো”, মহাক্লা পাওতাক পীখি।

তাং ২০দা বাবানা বৃন্দাবনগীদমক বোম্বে থাদোকখি। তাং ২৫ দা ভাবত ইঞ্জিনিযাবিং ব্রার্কশোপ্ শঙ্গাবদা আশীর্ব্বাদ পিবিবা মতমদা মহাক্লা মপুগা কর্মিগা অনীগী মবক্তা লৈবিবা মবী অদু যাম্না নুংশিনথ্রবা, অনীমক্কি পাঙ্গল কন্নবা অমদি

নুংঙাইমিন্নবনি হায়না তাকপিখি। জুনগী তাং ১দা বাবানা কাল্কুন্তে হায়বা খুঙ্গং অদুদা লেঙখি; মদু উমং কয়ানা লোৎশিন্দুনা লৈবা, য়াম্না খুদোংথিবা মাইল ১২ শাংবা খুঙ্গংগী লম্বী অমখক্তনা চঙবা য়াবা মফম্নি। শেংলবা লম্বী অদুদা লৈরম্বা খাংপোকশং খুদিংমক্না মাস্তপ্ মচা অমমম্ খন্দোক্তুনা নহা, অহল্ পুম্নমক্না লৈ পায়দুনা বাবাবু ওক্লবা ঙাইদুনা লৈরমই। কালকুন্তেদা তিল্লিবা খুঙ্গাশিং অদুনা অরাপ্পা চিংদা মঙাল অমা উখি; বাবাগী কারনা সুম্ নকশিল্লক্লগা মঙাল অদু নাপুমচু অমসুং সনানা ফিবান চনখিরমই। বাবানা কারদগী কুমথখি অমসুং পুরোহিৎ অদুনা অরিবা লাইরিক্তগী শৈরেং থীরদুনা মাঙ্ থারমই, মতুংদা মন্দিরগী ঈশৈ শকপশিংনা বাঁসি, পুং, দ্রম য়ৈদুনা তুংদা চৎলমই অমসুং লৌমী ময়াম্ অমনা পুন্না ঈশ্বরগী মতিক মগুণ শক-শোন্দুনা ইন্নরমই। মহাক্না ফরলোং অনীগুম্বা শ্রীরঙ্গনাথ মন্দির য়ৌনবা চৎলমই, মফম অদুদা লাৎলিবা লাইগী মওং অদুনা উৎলিবসি লাই অদু য়াম্না নুংঙাইনা পোথাদুনা অমদি ঈশ্বরগী থোরক্লিবা, হিংলিবা অমদি থুপখ্রিবা লীলা অসিদা করি অমতা থৌ-ব্রা শাদনা লমজিং পাওতাক পিবগী মওংনি।

মফম অদুদা খুঙ্গং অদুগী স্কুল ওইগদবা শঙ্ অমগী যাত্রা হুল্লমই। পাওজেলগী মতমদা মহাক্না হায়খি, "নশামকসি কোয়চৎ-চৎপা মন্দির ওইহল্লু। নঙ্গী মনুংদা লৈরিবা ঈশ্বরদু খঙজিল্লু। নঙবু ঙাক্লিবসি মহাক্ননি, পিবিরিবা পুম্নমকসি মহাক্ননি, ফত্তবা থবক থৌরমশিংদা তাগদবদগী মহাক্না থিংবিরি।" অনৌবা বিলদিং অদুদা হোংজিনগদৌরিবা স্কুল অদুগী মরমদা মহাক্না হায়খি, "ঐহাক শিক্ষাগী মায়গৈদা চঙ্শিল্লে অমসুং তোঙান-তোঙানবা ষ্টেট কয়াদা অনৌবা যুগ অসিগী নুপামচা, নুপীমচাগী কলেজ কয়া লিঙ্খৎখ্রে, মরমদি মখোয়শিং অসি মহৈগী মবেম্মা ওইরিবী সরস্বতিগী মন্দির ঙাক্তনি। নিংতম্বা হায়বসি অচুম্বা খঙলবা মতমদনি। হৌজিক্তি, ওজাশিং অমসুং মমা-মপাশিং, মরুপশিং অমসুং অহলশিংনা অরানবা থবকশিংনা মপুংফাদ্রিবা অঙাংশিংগী অনিংবশিংদু মোৎহল্লি। মখোয়না কখোকপা অমসুং সেবা, অচুম্বা অমসুং অচুম্বা বিচার, নুংশিবা অমসুং জ্ঞান তানবা ঞাখল্লোনগী মরক্তা চাউরক্লবদি, মখোয় অশেংবা, অফবা, মথৌনা ফবা অমসুং মশাখিঙবা নাগরিক ওইনা চাউরক্কনি। হৌজিক্তি মখোয়সি লোয়বা নায়দ্রবা সমস্যা অমা মশাদা অমদি

জাতিদা ওইবে। মখোযসি ঈশ্বৰগী ওইবা গুণশিংদা চুপশিনহল্লবদি, মখোয শোযদনমক্কি মশাগীতা নত্তনা অতোপ্পদসু মমল নায়দ্রবা অতোংবা ওইগনি।"

মদুগী নুমিদাংৱাই অদু, ভাবতিয বিদ্যা ভবনগী মঙ্গলোব সেন্তবনা বাবাবু মখোযগী ওফিস্তা বার্ত্তন তৌজবমই অমসুং তৌবিমল খণ্ডবগী সনমান উচ্চবমই। মদুদা তিল্লিবা মযাম পুন্নমক অদুগী মাযগৈদগী, শ্রী আব: আব: দিবাকব হাযবা যাম্না মথৱাই যাওবা ছাত্র অমনা, উপনিশদকি অমদি উপনিশদকি মখাগী অকবা ৱাফম কয়াবু অর্থ হন্দোক্লিবা অমদি গান্ধি নিতিবু কাযদনা চৎলিবা সাধক, ভাবত পুন্নমক্লা মহাক্কি অৱাংবা থাক্কি মবৈবাকনিংবগী যাম্না ৱাংনা ব্যবহাব তৌনবিবা মীশক অসিনা বাবাবু ওক্লমই। মহাক্লা বাবা অসি ঙসিগী পৃথিবী অসিদা খ্বাইদগী চাউবা অমদি খ্বাইদগী কান্নববা শাজৎ-নিতিগী শক্তিনি হাযনা ঙাঙখি। বাবানা অস্নমা হার্যবিখি মদুদি ভাবতিয বিদ্যা নত্রগা আত্মা বিদ্যাবু ঙাকপা হাযবসি ভাবতিয বিদ্যা ভবনগী অমদি মবী লৈনবশিংগী দাযিত্বনি অমসুং লম্নায় মীওইদা অমদি সমাজদা মসিনা পিবা ঙস্বা তুং কোইগদবা কান্নবা অদু থবক ওইনা উত্তুনা চৎপসি মখোযগী দাযিত্বনি। ইশা মশক খণ্ডজনবগীদমক অশেংবা লাইবিকশিং অমসুং যোগগী লাইবিকশিং মুন্না নৈনৌ অদুগা যাম্না কান্নববা মাখন্ অদু লৌশিল্লু অদুগা মদু চাউখৎপা মালহল্লগা চবা হেল্লিবশিং অদুগা শকক যামিন্নদুনা মী ওইবা জাতিসি হিংমিন্নৌ। ভবন অসিগী কর্মি খুদিংমক্ মশা মশাসি ভাবতিয বিদ্যা অসিগী যাম্না মতিক চাববা, পুকচেল চাউববা মীশক ওইগদবনি হাযবদি, মহাক্লা থাজবা-ধর্ম খুদিংমক্ খাঙবা ঙমগদবনি, যাগদবনি, খুদোংথিববা মতমদা খাঙবা কনগদবনি, অহলশিংদা ভক্তি-ব্যবহাব লৈগদবনি, অশেংবা অমসুং ইতিহাসিক ওইবশিংদা সনমান তৌগদবনি, অমসুং নোল্লুক্কদর্বনি, মীমাংদা য়াম্না তমথিববা গুণ - উৎনিংবা ফোংদোকনিংবগী থবক তৌবোইদবনি।"

জুনগী তাং ৫দা বাবানা প্রশান্তি নিলযম যৌখি।🕮

# অহাঙবদু থলহনবা
## (Filling the Emptiness)

শোক ১৯৬৮ গী জুলাযগী তাং ৮দা আফ্রিকাগী মযোল ওইবিবা কমপলা সহবদা যামখ্রবা মীযাম অমদা ব্রা ঙাঙবদা বাবানা হায়খি, "নুংশিবগী শক্তম ওইবিবশা, ইশাগী ওইজবা থিবা য়াওদনা নুংশিবা তমউ, নুংশিনবা হোৎনৌ অমসুং নশাগী ইজ্জাৎ মাঙহন্দনা অমদি মমাংঙৈদগী চৎনবকপা নিতি কায়হন্দনা হিংনবা হোৎনৌ। থম্মোযগী ওইবা অন্তব জাতিগী লোল অদু তমউ অমসুং মদু থবক ওইনা উৎলু। নঙগী য়ুমথংনবদুসু চপ মান্নবা ঈশ্বরবদুদা থৌজালগীদমক্তা যাম্না থব্রাই যাওনা খুকমজে। মখোয তোঙান-তোঙানবা লোল ঙাঙবা যাই, লাইখুকুন্বগী পুংজাদা মখোযগী ফিভমদু খেন্নবসু য়াই; অদুবু, মশাগী দবকাবশিংদুদি নহাক্কিগা চপ্ মান্নে অমসুং মাখোয়সু নহাক্না চাবি-থক্লিবা অদুমক্না অদুম্ পেল্লি। মখোযনা অব্রাবদা লৈববা মতমদা নুংশিনবা হোৎনৌ অমসুং মখোযনা নুংঙাইববা মতমদা নহাকসু নুংঙাইয়ু। মখোযগী হবাওবদা নঙসু শরুক য়াও, শরুক য়াম্নিবদুনা নুংঙাইবদু চাংজৌ নায়দবা নুংঙাইবদা ওহোক্কনি। নহাক্কি নুংশিবদু জিব পুন্নমক্তা শন্দোকহল্লু। চেন্দবা ঈশিংদি পুন্নকপনি, নমথিবকপনি; অদুনা চেন্থহনখো। নুংশিবা হাযবসিদি নুংঙাইবনি, নুংশিবদি শক্তিনি, নুংশিবদি মঙালনি, নুংশিবদি ঈশ্বরনি।"

"ঐগী পুন্সিনা ঐগী পাওজেলনি", বাবানা হায। মশানা নুংশিবগী শক্লোন্ ওইবনিনা, মহাক্না ঐখোয পুন্নমক্তা কান্নবা থিদনা পুন্নমকপু নুংশিনবা তন্বি, অমসুং লাউথোক্লি মদুদি ঐখোয খুদিংমক্না নুংশিবগী পাশ্বেনা ঈশ্বর ওইবা ঙমই। মহাক্না যাম্না তোযনা হায মদুদি "নখোযনা ঐবু কৈনো অমা কৌনিংলবদি, ঐবু প্রেম শ্বকপ্ কৌ।"

# সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

ইশাগী ওইজবা থিবদগী ওইজবা থিদবদা, পিকশিল্লকপা, শুপচিল্লকপদগী শন্দোরকপদা ঐখোয়বু বাবানা হোংহল্লক্লিবসে অশেংবা নুংশিবননি। "লাইরিক্কি সেন্তর অসিগী সেক্রেটরি ওইনা ঐনা থবক তৌজবসি ঐগী য়াম্না নুংঙাইজবনি। ঐহাক অসুক্কি মতিক নুংঙাইজে মদুদি ঐহাক ঈশ্বরগী মফমদা সেবা খজিক্তং তৌজবা ঙম্লি। বাবাগী মরমদা খরদং খঙজবদগী ঐখোয়গী পুন্সি পুম্নমকসি হোংদোকখ্রে। অসিগুম্বা নুংঙাইবসি হান্না মমাংদা খক্ খঙখিদ্রি। মহাকপু য়াম্না পিকপা মওংদা খজিক্তং সেবা তৌজবসিসু নুংঙাইবগী মশক্কি।" খৃষ্টমাসকি মমাংগী নুমিদাংৱাইনি, গেরি (Gary)অমসুং শারোন্না মখোয়গী ময়ুমদা ভজনগী মিটিং অমা তৌরম্মই। মিটিং অদুগী শেমশারিঙৈদা মখোয়দা খ্বাইদগী ঙকখ্রবা থৌদোক অমা থোকখি। শারোন্না বিভুতি ময়োম্ মচা-মচা শেল্লমই, অমসুং খঙহৌদনা মহাক্না অকনবা, বিভুতি নত্তবা পোৎ অমা বিভুতি মরক্তা উরকখি। মদু বাবাগী পিকচর য়াওবা পিকখ্রবা মেদাল্ অমা ওইরম্মই। মখোয় অসুক্কি মতিক হৱাওখি মদুদি বাবানা মখোয়দা খৃষ্টমাসকি মাঙওইননা খুদোল পিবিখ্রে! ঐখোয়সু মখোয়গীদমক্তা য়াম্না নুংঙাইখি।

"অওইবমক্কি ওইনা, তশেংনমক্কি অঙকপগী মশক ওইরবা মাগী মিরাকলশিং অসি মহাক্না ঐখোয়গী নুংগী খঙবা ঙম্বগী থাক অদুদা অমদি মাগী ভক্তশিংগী পুন্সিদা শান্নরিবা থোকহল্লিবশিং অদুনি। মহাক্না নঙবু অসুক্কি মতিক লেম্না, তপ্না হোংহল্লি মদুদি নঙ নশা শুংখঙ্ খঙহন্দনা অদুম চত্থখিগনি মদুনা নোংমগী অয়ুক অমদি নথন্তা য়েংজবা মতমদা নহাকসি য়াম্না হোংলম্লে হায়বসি খঙলক্কনি। মসিনি অশেংবা মিরাকল হায়বদু। নোংমদি নঙ নশানা খঙলগনি মদুদি নহাক হান্নদগী য়াম্না হেন্না নুংঙাইরে অদুগা, নঙগী ফত্তবা শাজৎ খর থাদোকখ্রে অদুগা অনৌবা অফবা খর লৈরকখ্রে," অসুম্না ইরি, কালিফোর্নিয়াগী শ্রী সত্য সাই বুক সেন্তরগী সেক্রেটরি ওইরিবা, Dorris Babb না।

শ্বামি করুন্যানন্দজি অসি য়াম্না পাকচাউনা লিঙখৎখ্রবা সেবাগী সংস্থান অমগী অহানবা হৌদোকখিবা প্রেসিদেন্তনি, মদু রাজামুন্দ্রিদা লৈবা গোদাবরিগী তোর্ব্বানশিংদা মরাং কায়না লৈখ্রে। চহি ৪৫গী মমাংদা লিংখিবা ওরগেনাইজেসন অসিনা লেপ্রোসি হোস্পিটাল অমগা, শোয়নাইরবশিং অমসুং মরাইবক থিরবশিংগী য়ুম অমগা লিংখৎখি।

নোংমগী অয়ুক অমদা শ্বামি অদুনা মাগী লৈফমদগী থোরকখি অমসুং য়াম্না অৱাবা তারবী মৌনহা অমা থেংনখি; মহাক অসি পালাসাদগী মশক খঙদবা মী অমনা মাবু নুংশিবিবদগী ত্রেন্দা থিনবিরকখি। মাগী চহি ২ শুরবী মচানুপী অমসু সেগাদা য়াওরমই। মহাক্না মাবু হোস্পিটালদা মিং চনবিখি অদুগা মচা অদুবুনা হোসতেলদা পুরগা মদুদা লৈরিবা নুপীশিং অদুদা শিন্নখি। মাগী ফিভম থুনা ফগৎলকখি মরমদি মহাক চয়োল অমগী মনুংদা মচা পোক্লগদবীনি। হোস্পিটাল অদুগী ফক্লাংদা বাবাগী পিকচর অমা য়াল্লমই, মদুদা মহাকসি য়াম্না নুংঙাইনা শান্নবগী মওংদা য়ুবি পাম্বী অমদা ঙাথরমই। হায়রিবা পিকচর অসিদা বাবাসি শক্তিগী ফিভম্মা হেন্না মান্না উই। মসিগী ফিভম মওং অসিবু 'সাধু বম্মা' - গী ফিভম হায়রগা খঙনৈ, অর্থদি লম্বোইরবী নুপী হায়বনি। নারিবা নুপীমচা অদুগীদমক্তদি পিকচর অদু য়াম্না চুনরবা অমা ওইবা য়াই, মাগী থুনা ফনবগীদমক অমদি মাগী থোক্কদৌরবা অদুগীদমক্তা বাবানা মহাকপু ফোটো অদুদগী য়েংশিনবিখি।

নুমিদাংৱাই অমদি লায়েংশঙ্ অদুগী থৌ পুরিবীশিংদু সিনেমা য়েংবা চৎখি অদুগা মখোয়না হল্লকপা মতমদা নুপী অদু মচানুপা অমা পোক্লগা লৈরম্বদু থেংনখি। অঙাং অদু নিংথিনা চামথোক্লগা অঙৌবা খুদৈ অমনা য়োমশিল্লগা নাওশুম অমদা থল্লমই। মমা অদুসু নিংথিনা সেবা তৌবিরমই। মখোয় পুমণক ঙকখি অমসুং কনা লাক্লম্বগে হংবদা পিকচর অদুদা মখুৎ থিল্লদুনা মহাক্না খুমলকখি, –"নুপী অসিনা ঐগী য়াম্না চীরবা তাঞ্জাদা থবক তৌবিখি। মহাক অতোপ্পা অনাবা অমা সেবা তৌবা চৎখ্রি, থুনা অমুক লাকখিগনি।" মসিনি মাগী নুংশিবগী থাক অসি। উপাই লৈত্রবশিংবু মতেং পাংবতনা অমতা ঙাইরবা মহাকপু পেলহন্নবা, মতুংইন্নবা অমসুং মনাক য়ৌনবা লম্বীনি।

শোক ১৯৬৯ গী ফেব্রুয়ারি থাদা চীংম্নি লুচিংবা মরিখক রুমগোং, পন্যা, দিসি অমসুং জিনিং হায়রিবা নেফাগী খুঙ্গং মরিদগী লাকখি; মদুদা পোলিতিকেল এসিসতেন্ত, বোকেন ইত্তে, আরকিতেক্ অমসুং নেফাগী দেপুটি সেক্রেটরিসু লোয়নরকখি। নুংথিলদা মখোয় অদু মীরৈবাক্তগী লাকপা খরগা অমদি গোৱাদগী লাকপা খরগা পুন্না বাবানা মখোয়দা আধ্যাত্মিকি হিরমদা ৱা ঙাঙখি অমসুং মদুগী মতুংদা মখোয় খুদিংমক নাইতোম উনখি, মদুদদি মখোয় মথৱাই নুংঙাইজখি

অমসুং মখোয়গী তুংগী পুন্সি কবম্না লেনগদগে হায়বসিদা নৌনা অমুক্ থৌবাং তৌনবা পুক্লিং থৌগৎপিখি।

দেপুটি সেক্রেটবি অদুনা হ্রবকই, "ঐখোযনা লৈবাক মথক্তা ফমথবগা বাবা মশাগু ঐখোযগী মবক্তা ফমখি, মাগীদমক থাবিবা চৌকি অদুদা ফমখিদে। ইলেক্ট্রিক লাক্তবদগী পঙখা উংদবনা কা অদু যাম্না শাবমই। গোব্রাগী চিফ-সেক্রেটবিগী নুপী অদুনা মাগী থুপচিনবী হুমাই অদুনা হুমগে তৌবদা বাবানা হাযখি মদুদি অতোপ্পনা অব্রাবা খাঙলগা অদুম্না তৌবদু চুমদে। কা অদু মী ২২ ফম্বদা যাম্না থীনা অপিকপা হাযবদু ওইখি। অদুনা বাবানা ঐখোযবু হেন্না নকশিন্না চিংশিনখি, মদুনা ঐখোযদা যাম্না নুংঙাইজখি। বাবানা মাঙদা লেঙশিন্দুনা লৈববদা মাগী মিনুংশিনা থল্লবা থম্মোয অদুদগী চেন্থবকপা অন্তবজাতিগী লোল অদু খঙনবা হোৎনবদা লোল তিন্নদবগী অব্রাবা কবি অমতা লৈখিদে। ঐখোয খুদিংমক্না মহাক্না আধ্যাত্মিক্কি লাউথোক্লিবা ব্রাফমশিংদু হকথেংননা অমসুং লন্নাই ওইনা খঙবা ঙমখি, মদু ঈশা ঈশাগী পুক্লিংদা ফাওবিবা ব্রাখল্লোন অদুগী মতুং ইন্ননি। ইংলিসকি নুপী অমনা মহাক পুক্লিং লুপশিনবা ঙমদ্রে হাযবকপা মতমদা, বাবানা খুদক্তা অঙাংবা, থম্মোয মানবা পোৎ অমা মখুৎ ওক্তুনা পুথোকখি অমসুং হাযখি, "মসিনা নঙগী থম্মোযগী মহুৎ শিল্লবনি, মসিনা নপুক্লিং লুপশিনবদা মতেং পাংগনি।" মহাক্না চিফ সেক্রেটবিগী নুপী অদুগী দাইমন্দগী খুদোপ্ শেমখি অমসুং হায়খি মদুদি মহাক্না বাবাবু খুদোপ অদুদা উবা ঙমগনি। মহাক্না হাযখি, "মসি Die-Mind, পুক্লিং-শিবা হাযবনি, দাইমন্দ নত্তে। ঈশ্বরদা মেদিতেসন তৌবসিনা পুক্লিংগী অপাম্বশিং তাম্থোকখি, অপাম্বশিং অসিননি পুক্লিং হাযবসিবু শাগৎলিবসি অমদি মাগী লীলা মযাম শান্নবিবসি।" মসি ফজখ্রবা আধ্যাত্মিক্কি পাওতাক্নি! অনাবদু ফহন্নবনি অদুগা অথুম্বা প্রশাদি খব ঐখোয পুম্নমক্তা পিবিখি। মহাক্না শেম্বা অশেংবা উত্তু ত্রাইবেল অমগী মখুত্তা হৈথবিখি অমসুং মদু ঐখোয খুদিংমক্কি লাইবক্তা নম্নবা হায়খি। অতোপ্পা খুৎ ওৎপদা পিকচব ৮ পুথোবকখি, মদুনা ঐখোয খুদিংমক্তা অমমম্ পিবকখি।

অদুগী মতুংদগী ঐখোয় খুদিংমকপু মহাক্না নাকন্দা নাইতোম উননবা পুবিখি। মহাক্না ঐখোয খুদিংমক্কি সমস্যা অমদি অনাবশিং লোযনা খঙলমই অমসুং মদু

ফনবা হিদাকশিংসু হায়রকখি। শ্রীবোকেন্ ইত্তেদা মাগী আশীর্ব্বাদ অমসুং পাওতাক পিখি, মদু মখোয়গী চাংমীগী লমদমদা নুমিৎ অমসুং থাগী মন্দির অদু মীয়ামগী অপাম্বা মোত মতুংইন্না শানবনি। মদুদা বাবানা হায়খি মদুদি নখোয়গী মরক্তা করি মুর্ত্তি খিনগদগে হায়বসিগী মতাংদা মোত খেৎনবা লৈরি। ঐখোয়না সুম লেপলিঙৈদুদা মহাক্না মখুৎ অনীদু নাকন্দা য়াম্না কন্না ওৎখি অদুগা নুমিৎ অমসুং থা অনীমক হকপা পুখম অমা পুথোরকখি। মদু ধাতু মঙা হায়বদি সনা, লুপা, কোরি, পিথ্লাই অমসুং য়োৎনা শাবা, পঞ্চলোহ হায়বা, মন্দিরগী মুর্ত্তিশিং শানরিবা মপাক অমনি। "মসিগী পুখম অসি মন্দির অদুদা খিনগদবনি অদুগা নুমিৎ খুদিং অমদি পুর্ণিমা খুদিংগী পুজা তৌগদবনি। লাই মমাং অদুদা থাংমৈ অমা মুৎহন্দনা থাল্লু", মহাক্না হৌদোকখিবনি। "শা হাৎপনা ঈশ্বর পেলহনবা ঙমদে। শাগী ব্রাখল্ থাদোকউ, মদু ঈশ্বরনা মীঙোন্দা পিরিবা অচুম-অরান খঙনবগী শক্তি অদুনা মাঙহনখো। নখোয়না করিগুম্বা মদু পাঙথোকপা তারবসু মন্দিরগী মপান্দা তৌ", মহাক্না হায়খি। মন্দির অদু করম্বা মওংদা শাগদগে হায়বদু পাওতাক পিরদুনা, বাবানা চাউরাকপা লৈই অমা চিংখি, ময়ায় থংবা মন্দির অদুগী মমাংদা সার্কল অমা য়েকখি, মদু চাংমীগী জগোই শাফম্নি। কাংবু অদুদা য়াওরিবা আর্কিতেক্ অদু য়াম্না নুংঙাইনা ঙকখি।"

নাইতোম অমুক্তং উনরবা মতুংদগীদি বাবাসি নহাক্তা তশেংনা লৈমিন্নরে হায়বসি নহাক্কি ব্রাখলনি। পুম্নমক খঙবা ওইবনা, বাবানা শ্রী বোকেন্ ইত্তেদা হায়খি, মর্দুদি মহাক কলিকত্তাদা অফাওবা অহৈবশিংনা মশা য়েংহন্নবা পন্থদুনা লৈহৌই, মদু দিব্রুগরগী ডাক্তরনা য়েংবা ঙমদ্রবা অনাবা অমগী লায়েংনবা উপায় থিবদনি। মহাক্না লায়েংনবা বিভুতি খর পিবিখি, মদুনা অহানবা ময়োম মচা অদু হেক চাবদা অনাবদু ফখি। মদুদগী অনাবদু অমুক্ হৌরকখিদ্রে। চাংমীগী লুচিংবশিং অদু ঈশ্বরগী নুংশিবা ফংজখিবা কাংবুনি। "নুংশিবা নিজখি অমসুং নুংশিবা পিখি।" বাবানা হায়, "ইপানা ঐখোয়দা খুদোল পিবদা, মহাক্না নাপলগা লোয়ননা পিদে নত্রগা অমুক শিংলক্কনি হায়বা ব্রাখলগা লোয়ননা পিদে।"

মসিগী নুংশিবগী পাথরকপা, হৈথরকপা ঈচেল অসিননি কংলবা ঐখোয়গী থম্মোয়দা লৈহাও চেলহন্দুনা থাজবা, আশা অমসুং দানগী ব্রাখল্ পোকহল্লিবা

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

অমসুং মদুনা অমুক্ চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবা ৱাখল অমদা তাহল্লিবসি। সিমানা লৈত্রবা থৌদোক অমগী মতাংদা ডাক্তর বি: জানকিরামা রাওনা ঐঙোন্দা চিঠি অমা ইরকখি : "অহিং নোংয়াই মতুং পুং ২ তাবা মতমদা ডাক্তর কে: ভাসকরা রাও অমসুং ঐহাক্না অনাবা অমগা লৈমিন্নখি, মাগী মিহুল থিবা ফংখিদে, ঈগী শাফু ওনবা ঙমদ্রে, অদুনা মহাক্ ময়ামগী লৈফমদগী কা অমদা পুখিরমই। কোরামিন অমা কাপখি অদুগা বাবানা পিরকপা বিভুতি অদুদগী খর ময়াদা ইনশিনখি।

মথংগী নুমিৎকি অয়ুক পুং ৮দা মাগী মিহুল অদু লৈফম থোকপা চাংদু ফঙখি। অনাবা অদুনা হায়খি মদুদি কনাগুম্বা অমনা মহাকপু মতেং পাংখিঃ মদুবু কনা ওইবিগদগে? নর্স অমসুং অতৈ সেবারিশিং অদুনা মদুগী মবমদা কবি অমতা খঙলমদে, নত্রগা মখোয়নসু অনাবদুবু মতেং পাংখিদে। হোস্পিটাল অসিদা থোকখিবা থৌদোক অদু কযাদা লুখ্রবনো! ঐখোয় ঙকখি...। হাযকদুনা কবি অমুক কান্নরুখিগনি, অনাবদু য়াম্না থুনা ফগৎলকখি অদুগা ময়ুমদা পুমফ ফবগা হবাওনা চৎখি।" ডাক্তর এ: বঙ্গ: রাওনা মদ্রাস্তগী প্রশান্তি ফাওবা লাকখিবদা প্রেত্রোলদগী মৈবি কামথোবকখি। মহাক্না লাওখি, "সাইবাম" অদুগা উফুল খর চাইশিনখি। মৈরিশিংদু মুখখি অমসুং মহাক নুংঙাইনা নিলযম য়ৌনবা থৌরকখি। কোলোনেল বাজানা ঐঙোন্দা হায়খি মদুদি তেজপুবদা লৈবা মাগী বঙ্গলো মনাক্তা পৈদুনা লৈবা য়ামথ্রবা ৱা মপৈ অমা মৈ চাকখি। মৈবি অদু গজ কয়ামকম ৱাংনা কাখৎখি। মাগী নুপীনা মনাক্তা লৈবা নেপালিগী যুম খর মৈনা চাকখিবা তাবে খন্দুনা কিবদগী চেপ্তোরকখি। মহাক্না "সত্য সাই বাবা, সত্য সাই বাবা" হাযনা লাওখি অদুগা কোলোনেল অদুগী ৱাহৈশিং পনবা তাববদি, "মৈ অদু সেকেন্দ ৫গী মনুংদা মুৎখি; মদু মৈ কন্নবা ইঞ্জিন ১২না হোৎনবল্লবসু কনবা ঙম্লম্মোই"। মসি ঈশ্বরনি হায়বগী চাউখ্রবা খুদম্লি, মতম পুম্নমক্তা, মফম পুম্নমক্তা শিন্দুংনা লৈবগী খুদম্লি।

"ঐগী ইয়াম্বগী ফৈগলগী শক অদু থা ৬ কি মমাংদা কায়খি। ত্রিচিনোপোলিদা ঐগী যুমদা বাবানা লাক্লমদাইদা, ইয়াম্বদু ঐনা পুবকখি অদুগা হোল অদুগী মনিংদা চৌকি অমদা ফমহনখি। বাবানা লাকপা মতমদা, ভজন অদু ময়ায়গী হোল অদুদা পাঙথোক্লমই। অদুবু, মহাক্না তুমিন্না ঐগী ইয়াম্বগী মনাক্তা চৎখি, মদু মহাক হৌজিক ফাওবা অনাবা মীশক ওইরি হায়বা খঙবননি। বাবানা বিভুতি পুথোকখি

অদুগা মদু যোৎশিল্লু হাযখি, অদুগা ঐগী ইনাক্তা চঙলক্লগা হাযখি, "ঐনা নয়াম্বগী খোঙ্গী ফিভমদু ফহল্লবনি"। নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা ঐগী ইয়াম্বদু ইমুং-মনুংদা চৎপা ঙমখি, অদুগা চযোল অমগী মনুংদা কনাগী মতেং যাওদনা ইঙ্খোলদা থোকপা ঙমখি অমসুং থা অদু লোযদ্রিঙৈদা মাগী হান্নগী মতৌগুম্ থবক-ইন্খাং পুম্নমক্ শুবা-নোম্বা ঙমখি।" মসিগী চিঠি অসি পন্দ্যান বেক্ককি ফাউন্দব অমসুং দাইবেক্তব ওইবিবা শ্রী এস:এন: কে: সুন্দবমদগী ইবকখিবনি।

মিৎকি যাম্না হৈথোয-শিংথোইববা সবজন্, ডাক্তব এম:এস: বামাকৃষ্ণ বাওনা বাবাগী নুংশিবা প্রেম্না পুথোকপা বিভুতিগী অঙকপা কান্নবা ফলগী মবমদা ইবি। মসিগী ডাক্তব অসিনা মাগী মকপ্ অমা মহৌশাগী মওংদা লাযেংলমই। লাযেং অদু মখা চত্থবকপদা মহাক্না খঙখি মদুদি মাগী অনাবা অদুগী যেৎথংবা মমিৎ অদু যাম্না কিনবিবা চাথৎপা, অপাৎপনি (Dendritic ulcer) হাযবসি খঙলকখি, মদু তমথিবা মহিক অমনা থোকহনবনি। মসিগী মহিক অসিবু ফহনবা ঙম্বসি IDU হাযবিবা আমেবিকাদা শাবা হিদাক্ অসিখক্তনি। লাইবক থিবদগী মদুসু ভাবত্তা ফংলমদে। নুমিৎ খবনিগী মনুংদা মিৎ অমদুসু লৌনবকখি, মদু মহৌশাদি অসুম্না তৌগন্দবনি। "হিদাক ফংনবসু ঐনা কন্না হোৎনখি, ফংদ্রিঙৈ মবক অসিদা ঐনা তৌবা ঙম্বা হাযববু সত্য সাই বাবাদা হাযজবখক্তনি, অদুনা ঐনা মাগী মমিৎ অনীমক্তা বিভুতি হাপচিল্লগা ফিনা যেৎশিন্দুনা থমখি। অহিংদুমক্তদা ঐগী প্রোফেসাব, ডাক্তব আব, সুজপ্রশাদ বাওনা মমল যাল্লবা হিদাক অদু ফঙবা ঙমখি। ঐনা নুংঙাইজখি মদুদি ঐনা নিজবদু বাবানা তাবিখ্রে। মথংগী নুমিত্তা অনাবদু ঐগী ইনাক্তা লাকপা মতমদা ঐনা পুল্লিবা ফি অদু লৌথোকখি, মদু IDU অদু শিজিন্ননিংবদগীনি। অদুবু, ঐগী হাযনিংঙাই লৈতনা অঙকপা অমসুং নুংঙাইবগী মবক্তা ঐনা ফংখ্রে মদুদি মিৎ অনীমক্তা চাথৎপা, অপাৎপদু অমতা লৈবমদ্রে। ঐনা মিৎ অদুগী চানবা মাইক্রোসকোপ্ থাদুনা যেংবদা অনাবা অদুগী খুদম অমতা ফংখিদ্রে, দাগফম ফাওবা লৈবমদ্রে।"

জোন হিসলোপ্ হাযবিবা যাম্না লাইবিক হৈখ্রবা, কাববাব অচৌবা তৌবা আমেবিকাগী নুপা অসি হৌজিক হিংলিবা অবতাব অমগী ৱাবী শানবকপা মতমদা খুদক্তা চৎনবা যাবা নত্রগা লৌবা যাবা ৱা নক্তে হায়দুনা ককথৎলম্বা য়াবা ভদ্রলোক

অমনি অদুবু মহাক অমুক হন্দোকনিংঙাই লৈত্রবা মওং অমদা অবতাবদা থাজবা লৈবকখি। মহাক্না হায়, "ঐহাক অসি ইমুং অমদা যাম্না শিংবা ইপা অমসুং য়াম্না নুংশিবা ইমা অনীমক্তা অখাকপা লৈতনা থাজবা লৈজবা নহা ওইবিবা মচানুপানি। শ্বামিগী ভক্তশিংনা মশানদি হকথেংনখ্রবা, অদুগা থাজবদদি যাম্না ব্রাবিবা থৌদোকশিংনা কনাগুম্বা মী অমগী মগুণশিং অসিমখেদি লৈবা য়াই হায়না খনবা অদুগী ব্রাংমদা, মপান্দা লৈখ্রবা, অখন্ননা অমসুং তোপ-তোপ্না ফজখ্রবা মী অমগী মতিক-মগুণশিং যেক্লি, শিঙথাবি।"

মীওইবা জাতিবু অতম্বা অমসুং অতুম্বদগী হৌগৎহন্নবা, বাবানা যাম্না তোয়না প্রকৃতিগী থৌদোক্কি ব্রাংমদা নত্রগা মীওইবগী শক্তিগী ব্রাংমদা লৈবা পাম্বে কযা শিজিন্নে। উনাইদগী শ্রীভগবান্দাসনা ইবকখি, "ঐগী থংনবা যুম অমদা বাবাগী ফোটোদগী মনম নুংশিববা উৎ তাবকপা ঐহাক্ উখ্রে। মদু উবদা ঐখোয নুংঙাইবনা থুমহৎখি অমসুং বাবাগী দর্শন যাম্না ফংনিংখি।" মসি মশিং লাকওমদ্রবা উপাই কযাগী মনুংদা বাবা মশা তাকচনবগী পাম্বে অমনি, অমসুং মহাক লৈবি হাযবা উৎনবা, মদুনা ঈশ্বরগী অবতাব অমা লাক্লে হাযবা লাউথোক্লবগী পার্শ্বেনি। নেফা হাযবিবা যাম্না লাপখ্রবা মফম, বিভূতিগী অশেংবা মগুণসি কযা নিংথিনা খঙনদ্রিবা মফম অদুদা, যাম্না নঙ্বা অথুম্বা অমৃত নত্রগা খোইহি, নত্রগা মবক-মবক্তা মাখন্, চেং মক নত্রগা মমল যাম্লবা নুঙ্ কযা, লৈতেং ওইনা থেৎলিবা শেংলবা ফোটোদগী নত্রগা প্রানবাগি (Pranava) খুদম্ ওইর্বিবা পিকচবদগী তাবক্লি।

অসিগুম্বা থৌজাল অসি বাবাগী মশক উদ্রিবা, মমিং তাদ্রিবা নত্রগা উনদ্রিবা মীওই কয়াদসু ফংহনবিবি। শিলোংদগী জে: গোগোইনা ইবি : "ফোটো অদুদা যাওবিবা খোঙ্ অদুদা লৈ কৎপা মতমদা অমৃত থোবকই। মসিবু কবম্বা সাইগী লীলা ওইবিগদগে।" কলিকত্তাদগী শ্রী পি: শেবিংনা ইবকই; "ঐগী নুপীনা পুজা তৌনবা বাবাগী ফোটো পুম্নমক তৈথোক-নাম্থোক্লিঙৈদা, মহাক্না খঙহৌদনা বাবাগী পিকচব অদুগী মশা পুম্নমক্তগী অমৃত থোবকখি।" ভুবনেশ্বরগী দিপেন্দ্রদাসনা ইবি, "তৌখ্রবা নুমিৎ খর্বানসিদগী হৌনা, ভগবান শ্রীসত্যসাই বাবাগী ফোটোদগী ঈশিংগুম্বা মহী খব থোবকপগুম তৌই, মদু তশেংলব্রা হাযনা যেংনবা ঐনা ঈশিংগুম্বা মহি অদু শেংনা তৈথোকখি। ঐগী খ্বাইদগী ঙকপা মওংদা, ঈশ্বরগী মখুৎদগী ঈশিংগী ঈচেল অনীখক্ চেম্বকখি।"

বরহামপুরগী ডাক্তর জে: ভিগনেসম্না ইরকই, "ঐগী য়ুমদা বাবাগী ফোটোদগী বিভুতি তারকই হায়বসি ঐহাক কনা অমতদা হায়দোক্নি, অদুবু হায়বিয়ু ঐহাক করি তৌবা তাবগে? মসিগী মতুংদগীদি পিকচর অসি করম্না পুজা তৌগনি? পুজা পাঙথোকপদা ঙাক্কদবা অশেংবা নিয়মশিং অদু করি করিনো? চিঞ্জাক্, য়ুথকপা, চরুপ্ থকপা অসিনচিংবনা কমদৌবা...?" দেল্লিদগী টেলেগ্রাম অমা থুংলে, "ঐগী য়ুমদা নহাক্কি খুয়া থন্নালদগী খোয়হি চেম্থরক্লি। খুরুমজরি, নহাক্কি থৌজালদু অদুম চত্থবিয়ু ঐগী ভক্তিগী ৱাখল ফাওহন্নবা। H.P. মিশ্রা!" সোনাপুর চা-বাগান্দা সাই ভক্তশিংগী মরুপ-মপাং ওইবগী মওংদা মিফম অমা ফম্বা মতমদা, কাংবু অদুনা অয়ুক্কি নগর সংকির্তন হেক হল্লকপগা, আর্তি কৎপা মতমদা, বাবাগী পিকচরদগী বিভুতি অমসুং অমৃত থোরকখি। "ঐখোয় পুম্নমক বাবাসি ঐখোয়গী মরক্তা য়াওরি হায়বা খঙলকপা মতমদা নুংঙাইবনা মথুম-মরাং হৌনখি", ডাক্তর বরুৱানা ইরি। "ঙসি হায়বা নুমিৎসিদা, জগৎকি মবুংঙো ভেনকাতেশ্বরগী ভক্ত অনী ঐখোয়গী ভজন্দা য়াওরখি। আর্তি কৎপা মতমদা, বাবাগী পিকচরদগী করিগুম্বা খর তাখি। মদু তিরুপতিদা ইবুংঙো ভেনকাতেশ্বর পুজা তৌজরবা মতুংদা ভক্তশিংদা পিবিরিবা শ্রীপদরেনু ওইরমখি।" অসুম্না কোহিমাগী All India Radio গী স্তেসন ডাইরেক্তর শ্রী মুর্লিধরন্না ইরকপনি।

থৌজালগী ওইনিংবা খুদম অমা ওইজসনু, মী অদুগী মশাগী ৱাখল পরিংগা চুনজবা নত্রগা ওইরিবা তোপ-তোপ্পা ফিভম, মদুনা ওইহন্নিংলিবা ফল অদু ওইহনবা, ঈশ্বরবু থিজরক্লিবা মী অমবু মীকপ থোকহনবা,নত্রগা অতোপ্পবু সাধনাগী ৱাখল ফাওহনবা পুম্নমক অসি কান্নবা ঙাক্তনি। "ইকুই কুইদ্রিঙৈদা, ঐহাক শিরুবগুম্ তৌরুরে", অসুম্না Marie না মাগী ওজা নিউ-য়োক্তা লৈবা Hilda-Charlton দা ইরকখি। "শিবা, মনুং-মপান অনিমক্কি ৱানি, মরমদি ঐহাক য়াম্না হেঞ্জিন্না হিদাক-মরুওইনা Heroin শিজিন্নরুরে। ঐনা মসি থাদোক্লবা হোৎনবা মতমদা, ঐহাক হেপাতাইতিসনা নাবা হৌরকখ্রে, অমসুং মসিগী লায়না অসিদনা ফনা কুইনা নাখি। অদুদগী Marc Schles না ঐঙোন্দা বাবাগী অশেংবা উৎ খর ভারত্তগী থারকখি, মদুনা ঐবু ফহনবদা মতেং পাঙখি। ঐহাক য়ুম্বগা অমতা লৈরুদ্রে, নিঙ্বা কায়রমই, অমসুং তুংগী আশাসু অমতা উরমদ্রবনি।

অদুবু, সাই বাবাগী মপান্দগী, হৌজিক্ ঐহাক তশেংনা নুংঙাইজরে, মরমদি ঐহাক হৌজিক ইমাগা য়ুমদা লৈজরে, অদুগা কলেজ কানবা থৌরাং তৌজরে। ঐগী মরুপ অহুম অমসু দ্রগতা লায়চুরম্বদু থাদোকখ্রে। ঐহাক হিদাক হেন্না শিজিন্নবদগী শিনিংচিং তৌবম্লবনি হায়বসি খল্লুবদা ইথন্তা তু-চুংজে; ঐহাক বাবাগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চনিংই।"

পেদগোত্তাপলেম জানকিরমাইয়-সি বাবাগী মমিং তারমই, অদুবু মনাক্তদি চঙলমদে, মরমদি মহাক্লা খনখি মদুদি মহাক অসিসু ভারত্তা লৈরিবা সাধু ময়াম অসিগুম্বনি। মহাক্কি লাইদি খুঙ্গং অসিদগী মাইল মঙা চৎলগা মন্দির অমদা লাত্তুনা লৈরিবা মুর্ত্তি অদুনি। মদু মাগী মপা-মপুশিংনা চহি চা কয়াগী মমাংদগী পুজা তৌনরক্লিবা সিবলিঙ্গ অদুনি। সিবরাত্রিগী মতমসু নকশিল্লক্লমই অদুগা মন্দির অদুগী পুজাসু ফেব্রুয়ারি ১৫দা তারমই। মহাক্লা থৌরাং অদুগীমদমক্তা য়াম্না চিল্লিঙৈ তাঞ্জাদুদা দিপথেরিয়ানা নাবক্লমই। মহাক য়াম্না কন্না লায়হৌ হৌরমই অদুগা মশা অদু নারমই। হোস্পিটালদা লায়েংনবগী খুদোংচাবা লৈরমদে; মহাক কবি অমতা চাবা নত্রগা থকপা যারমদে। মহাক করিগুম্বা খরদং নমদুনা পিজনবা হোৎনরমই, অদুবু পুম্নমক করি অমতা কান্নবা ফংলমদে। তাং ১৩গী অহিংদা, মাগী মরী-মতা অমনা সত্য সাই বাবাগী হকচাং তঙ্খায অমা প্লাস্তর তৌবগা পুরকখিবদু নিংশিংলকখি। মঙোন্দা বাবাগী অঙকপগী মশক ওইরবা লায়েংবা ওন্নগী শক্তিগী মরমদা ব্বারী লিরমই। কবিগী মঙোন্দা হায়জবোইদৌবিবনো? বাবাগী হকচাং তঙ্খায়দু মাগী ফমুং মনাক্তা থল্লগা, মদুদা মানা কুইনা য়েংলমই অদুগা অদুম তুমথখিরমই। মঙ অমদা বাবানা মঙোন্দা ঈশিং খব থক্লবা হায়খি, অদুবু, জানকিরমাইযানা মহাক থকপা ওন্লোই হায়না নিংঙাই তৌখি।

অদুবু, বাবানা থক্তবা যাদে হায়না কন্না তকশিনখি : মাগী নুপীনা ঈশিং জগ্ অথনবা অমগা লাকখি, মদু মহাক্লা খ্রখক কংনা থক্তোকখি। অবোইবা য়াউম্ অদু হেক যোৎপগা মহাক হৌগৎখি; মতমদু নুমিদাংগী পুং ১১ তারম্লে। লায়হৌসু ফখ্রে, দিপথেরিয়াসু ফখ্রে! তাং ১৫দদি মন্দির অদুদা মাগী থবক থৌবম খুদিংমক্ শুবা ঙমখ্রে। থম্মোয়দা তৌবিমল খঙবগী ব্বাখলনা পিক থল্লদুনা মহাক্লা পুত্তপার্ত্তি চৎনবা লম্বী অদু তাকপিবক্লবা হায়জবা চিঠি অমা ঐঙোন্দা ইরকখি। "মহাক শিবনি; ঐহাক মাগী মখোঙদা তুজগদবনি", অসুম্না মহাক্লা ইরকখি।

"মদু ঐগীদমক্তদি অহমলকশুবা নিউমোথোরাক্সকী চৈথেংনি", মদ্রাসকি কে: ব্রাদিয়ানা হায়রিব্বনি। "ঐহাকপু বঙ্গলোরগী ভিক্তোরিয়া হোস্পিটালগী ডাক্তরশিং তাননবা পাওতাক পিখি, মরমদি মদু অতে লায়েংবা য়াবা লস্থী পুম্মমক কান্নদ্রবদগীনি। অদুবু পাওতাক অদু পাঙথোক্ত্রিঙৈদা ঐহাক প্রশান্তি নিলয়মদা বাবাগী দর্শনগীদমক চৎখি। অরাপ্পা মফম অমদগী ঐনা মঙোন্দা নিজখি, খুরুমজখি, অদুদগী হল্লকপা তাখি, মদু ডাক্তর উননবনি। ডাক্তব তানরবা মতুংদা ডাক্তর অদুনা হায়খি, "কনাননো নঙোন্দা নিউমোথোবাক্সনা নাবে হার্য়রিবদো?" মখাতানা অমুক য়েংশিন্নবা ঐহাকপু SDS লায়েংশঙদা থাখি, মদুদসু ঐঙোন্দা হায়খি, "নঙ্গী ফত্রে, শোক্লে হায়রিবা য়েৎ থংবা নুংশিৎ উতোং অসিনা ওইথংবদগীদি হেন্না ফবি, হেন্না কল্লি। করিশু তৌনিংঙাই লৈতে।" ব্রাদিয়ানা হায়, "মাগী আশীর্ব্বাদনা ঐবু পুবা ফহনবিখ্রে; দর্শন অদুতনা অদুম য়ারে।"

হোলতেন্দব নিকোলাস-কি পুমতোং তোংঙানবা মওংগী এক্সপেরিয়েন্স অমা লৈখি। "ঐনা বাবাসিবু ইশাগা উনদ্রিঙৈগী মমাংদা ফাওবা, ঐনা মাবু য়াম্না লুনা নুংশিজখি; ঐহাক মাগী মুর্ত্তি অমা শানবা হোৎনখি; মদু লোয়রবা মতমদা, ঐনা খঙখি, মদুদি ঐহাক ইচম-চম্না ভারত্তা চৎলগা মাবু য়েংগনি। ঐহাক প্রশান্তি নিলযমদা থুংখি। কুম্মৈ অদুমক থৌদোক কয়ানা পিক থল্লমই, অদুবু ঐহাক্ অদোমদা মখা চত্থরবোই। কুম্মৈ হেক লোয়বগা, ঐহাক লোক থুংখি, মদু মতুংদা যাম্না শাথিবকখি, লায়হৌসু যাম্না কন্না লোযনবকখি, মদুনা ঐহাক ব্রাখল চুম্না খনবা ফাওবা ঙমখিদে। হোস্পিটালগী ডাক্তরনা ঐঙোন্দা হিদাক্ পিবা মতমদা 'সাই-রাম' হাযনা লাউখি, নহাকখক্তনা মহাকপু ফহনবা ঙমই। ব্রাহৈশিং অসি ঐসু তাখি, অমসুং নিজখি, "বাবা, ইউরোপ্তা ঐগী ইথৌ তৌনবা খুদোংচাবা অদু পিবিয়ু, ঐহাক মসিদা শিহনবিবোইদবনি, মরমদি হৌজিক্তি ঐহাক তশেংনা ঐনা তৌগদবা থবক লৈবি হায়বসি উবে।" "খুদক্তা ঐনা বাবাগী মমিৎশিং উখি অমসুং মাগী মকোক্কি শমশিং উখি; মখোয়শিংসি অমুক লাকই, অমুক চৎখি, মদু ঐনা মেদিতেসন তৌবা মতমদা মঙাল অমা উবদুগা য়াম্না মান্নৈ। মতম অসিমক্তদা ঐগী অকোয়বসিদা ওঁমগী খোম্থাংনা কোইতাও তাওবদু ঐনা তাবা ফঙখি। অযুক্তদি ঐহাক যাম্না ফগৎলম্লে, নোংচুপলোমদগী অমনা (ঐনা মশক খঙদবা) ঐগী কাদা চঙলকখি অমসুং হায়খি, "বাবানা নঙগী মরমদা ঙাঙখিবনি। মহাক্লা

ঐঙোন্দা হংখি, "নঙ নিক খঙব্রা? (নিক' অদুনা মানা ঐগী মিং খঙলমই), ভজন মনুংদা মশা হাইবা অহলদু? মঙোন্দা হাযযু মদুদি ঙবাং অহিং মাগী যাম্না অকনবা হার্তকি অনাবা অমা লৈখ্রে, অদুবু হৌজিক্তি মহাক খুদোংথিববোই। মবমদি ঐহাক্ অহিংচুপ্পা মাগী মনাক্তা লৈবনি।" ঐগী মিৎ পাঙথোকখি। মঙলান অদু ঐহাক ভাব্ তাখি। চিংনবা পুম্নমক কোকখ্রে। হৌজিক্তি ঐহাক খঙলে মদুদি ঐখোযনা তশেংনা মাবু দবকাব লৈববদি বাবানা ঐখোযগী নাক্তা লাক্লগনি।

অব্রাবা তাববা মীওইশিং অদুদা বাবানা তোঙান-তোঙানবা হিবম লিশিং অমদা মহাক লৈ হাযবসি খঙহল্লি। বঙ্গলোবগী সাইন্স ইষ্টিটিউটকি ডাক্তব বামাকৃষ্ণন্ননা প্রশান্তি নিলযমদা লৈবিঙৈদা, মহাকপু নুমিদাং পুং ৯.৩০দা হাযদববাদতগী ফোন তৌদুনা কৌখি অমসুং মঙোন্দা হাযখি মদুদি মাগী মমা অদু ব্রেন্দা ঈ অশিবা মতুম অমা লৈবদগী যাম্না ফিভম চাদনা হোস্পিটালদা পুখ্রে।

মদু মহাক্না উপায অমা তৌদুনা বাবাদা খঙহনখি, মতমদো বাবাদি হান্ননা পোত্থাখ্রবনি। পাও চৎখ্রিবা মীদো বাবানা অমুক্ হন্না থাবকখি, "ঐহাক হোস্পিটালদা যৌর্কই; মহাক হৌজিক্ ফবে; মহাক অহিং অসি ফজনা পোথাবসনু।"

তাঞ্জা অসিদা হাযদববাদতনা, পুং ৯ লোম তাবকপা মতমদা মাগী মপানা মাগী মমিৎ পাঙথোবকপদু উখি, অমসুং অকোযবদা লৈবিবা মযামদুদা হৈনিং-হবাওবা উৎপদু উখি; অদুনা মানা যাম্না লাংতক্লনা হংখি মদুদি মাগী মচানুপা অনীদু মনাক্তা কৌবগী দবকাব লৈবিব্রা। অদুবু নুপী অদুনা খুমলকখি, "হৌজিক দবকাব লৈত্রে; হৌজিক্তা বাবাদু অসিদা লৈবমই, চাননবা খব পিবগা লোযননা মহাক্না ঐঙোন্দা থাজবা পিবমই মদুদি ঐহাক পুমফ-ফবগনি।" মহাক মথং নুমিৎ খবনিগী মনুংদা পুমফ-ফবগা মযুমদা হনখি।

বাবানা মাগী থৌজাল, মাগী নুংশিবা অসি অতোপ্পা মওং অমদা উৎপা যাই। *শ্রী কে: দত্ত গুপ্তনা* হিবি, "মফম অসিদগী মাইল ৩০ লাপ্পা বঙ্গিযাদা, প্রিন্সিপাল বিবেন বোবদোলোযগী ড্রেসিং টেবলগী গ্লাস মখাদা বাবাগী ফোটো মচা অনিখক লৈবমই। অনি অদুগী মনুংদা অমদা বাবানা মশামক্তি খুৎইনা ইবা মখাগী ব্রাফমসি থোকহনখি - আশীর্ব্বাদ - শ্রীসত্য সাই বাবা।" কবিগুন্সা মতমদা, বিভুতি মথক্তা খোঙফম অমা নত্রগা অনী তাহল্লি, মদু মহাক লাকখি নত্রগা লৈবি হাযবগী খুদম্নি।

ঈশ্বরগী মরমদা য়াম্না থিরিবা Meister Eckhort না ইরি: "ঈশ্বরনা মীয়ামদা হায়খি, ঐনা থোঙজিন্দা লেপই, থোঙ থিল্লি অদুগা ঙাইদুনা লৈ। কনাগুম্বা মী অমনা ঐবু চঙহল্লবদি, ঐনা মাগা চাক্লেন চামিন্নগনি"। নখোয়না মফম খুদিং কোয়থি থিবগী দরকার লৈতে। মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা ননাক্তা লৈ, মহাকপু নুংশিহল্লু, নঙগী শেংলবা থম্মোয়দা তশেং-তশেংনা উহন্নবা । নঙ হায়রিবা পোৎশক্ অদুগী অশেংবসি মহাক্তি; মহাক্না নঙোন্দা লৈবিবমখে নঙ্ লৈরিবনি। বাবানা মতম পুম্নমক্তা নঙনা থৱায় য়াওনা হায়জরকপা অদুগীদমক্তা থৌরাং তৌদুনা, ঙাইদুনা লৈ।

বাবানা লন্দনদগী লাকখিবা সিতারমন-খোয়দা করিগী স্তোব্ মথক্তা থাও যাওবা পাত্র অমা থল্লগা গ্যাস কি মৈদু থানগৎলগা অহিং তুম্লিবা করিগীনো হায়না হংখি। "ঐনা গ্যাস অদু মুথৎলমদ্রবদি করি থোক্লমগনি?" মহাক্না হংখি। মহাবাস্ত্রগী নান্দুরবারদগী আর: জি: ঘোলাব্না ইরকখি, "অয়ুক্কি পুং ৪.১৫ রোম তারকপা মতমদা ঐবু হৌগৎলো হায়খিবা খোঞ্জেল অমা তাখি। ঐনা মদু অহুমলক তাখি, অদুবু, ঐনা ইথন্তা হায়জখি-অসুক ঙন্না হৌগৎলগা করি তৌগদৌবিবনো? মিকুপ অমগী মতুংদা ঐনা তাখি, "য়ামদ্রবদা নমিৎ পাঙথোকউ অদুগা যেংউ।" ঐনা য়াম্না হৈনিংদনা মিৎ পাঙথোকখি, অমসুং খুদক্তা ঐনা করি উখি? হুরানবা অমা! ঐনা হেক লাউবকপগা, মহাক চেনখিরমই। কনাননো ঐবু হৌদোকখিবদো, ঐহাক ঙকখি। অদুদগীদি ঐগী কাদগী মপান ফাওবা বিভূতি মবী-মবী তাবম্বদু থেংনখি। মদু বাবানি হায়বসি ঐহাক খঙখি।"

কুর্গদগী সি: এম: অপ্পিয়ানা ইবকই, "ইলেক্ট্রিক্কি মৈ অদু লাকখিদে; অদুনা অগষ্ট-কি থা মখায়দুমদি অমম্বা অহিং ওইখরে। কুমাবসু মাগী চাক্লেন চারগা তুমখ্রে; মহাক য়াম্না মল্লবা যুম অমদা লৈরমই। মহাক্না ভজন ঈশে শক্লিঙৈদা মোম-বত্তি অমগা ধুপ অমগা বাবাগী পিকচর মনাক্তা থাল্লমই। অদুদগী মহাক তুমখ্রে। নুংশিৎ শিৎকৎলকখি, নোং হৈথরকখি। খঙহৌদনা কুমারগী মনাকোংদা করিগুম্বা খর লোন্না হায়খি, "কুমার চেল্লু।" থোঙ্ হাংদোক্লগা কুমারনা অমম্বদুদা চেম্থোকখি। মহাক্না শোরোক্ হেক য়ৌবগা দম হায়বা মখোল অমা তাখি। যুম অদু নিংখায়খিরমই। অয়ুক্তা মানা বাবাগী গ্লাসনা ফ্রেম চনবা ফোটো অদু খক্তং নিংথিনা তেক্ত কায়দনা লৈরম্বদু থেংনখি।"

নোংমা সেতুমাধবান নায়রনা ঈ-না ইরকপা চিঠি, মী মকোক য়েকপা, শরু কারন্ য়েকপা, নক্সলাইতশিংনা ইরকপা অমা ফঙখি। চিঠি অদুনা হায়রকখি, "ভজন শক্কনু, মরমদি নহাক্না মীয়াম অসিবু নমথাক তৌবনি, লৌনম্বনি। নহাক্না চেকশিন ব্রা অসি ফংলবা মতুং নুমিৎ ৭নিগী মনুংদা তোক্তবদি নঙগী নঙক অদু ককথৎকনি।" অসিগুম্বা কিহল্লকপা অসি ঙাকথোক্লবা খুৎলায় অমতং ভক্ত অদুনা খঙখি, মদু বাবাগী মিংখক্তনি। অকিবা লৈতনা, মথংগী নুমিৎ ৭নিদু অহিং নুংথিল নায়দনা ভজন শকখি। মদুনা হেন্না শাওহল্লদুনা, চিঠি ইরক্লিবা নুপা অদুনা মাগী ফত্রবা থবক অদু পাঙথোক্লগে খন্দুনা ৮নিশুবগী অয়ুক্তা লোন্না মাগী য়ুমদা চঙখি অদুগা থোঙনাওদা চেপথদুনা য়েংখি। নায়রদু তুমিন্না বাথরুমদা মখুৎ-মশা হামদোক্তুনা লৈরমই। তুক্কচবা অমসুং শাওনিংবনা হেল্লদুনা নুপা অদুনা থাঙ্ অরুম্বা অমা উরু-রু লৈরগা করিশু নাচুংদ্রবা নুপা অদুদা নিশান তৌদুনা লংশিনখি। অদুবু বাবাদি মতম পুম্নমক্তা মফম পুম্নমক্তা লৈ। মতুংদা নায়রনা হায়খিবা হায়ববু কমলা মচুগী ঙাংলৈনবা অকনবা নুংশিৎ অমনা মাগী মমাংদা পাইখি অদুগা য়াম্না লেপ্লবা খুৎ অমনা মাবু চিংথোক্লগা কা অদুগী কাচিন অমদা ইনখি। খুৎলায় অদুনা লৈমায়দা তাখিবগী মখোলদু মহাক্না তাখি অমসুং য়াম্না য়াঙনা চেনখিবা খোঙথাং অমগী মখোলসু তাখি, মদু নক্সলাইত অদুনা চেনখিবা অদুগী মখোলনি।

খোঞ্জেল অদু তারদুনা নায়রগী নুপী অমসুং ইমুং অদুগী মরুপ্ ওঁম শোন্দুনা লৈরম্বা অমনা কা অদুদা চেনশিল্লকখি অমসুং অঙকপা মনম অমনা পিক থন্না লৈরম্বদু থেংনখি অমসুং নায়রবুনা বিভুতিনা কুপশিন্দুনা লৈরম্বদু থেংনখি। খুদক্তা মহাক ব্রা অমতা ঙাঙবা ঙমখিদে, অদুবু মখোয়না খঙখি মদু নক্সলাইতকি মিহাৎপা অদুগা পুম্নমক্তা শিন্থুংনা লৈবা ঈশ্বরদুগনি!

অতোপ্পা থৌদোক অমদনা গ্রুপ কপ্তান বোসনা, মাগী নুপী অমসুং মকুবোক্কা লোয়ননা অম্বালাদগী গৌহাটি ফাওবা কার অমদা লাকখি, মদু হরিহরগনজ মনাক্কি লৈখোম মরক্তুদা চৎপা য়াখিদ্রে। লমদম পুম্নমক্তু অঙকপা ফংনা চুখিবা নোংনা ঈচাও থোকহনখ্রে; লম্বী অদু পাৎ ওইখরে। মনিংগী চাকা অদুসু লৈখোমদা পুরা ফুম্মজিনখ্রে অদুগা মমাংগী চাকা অদুসু অমদি কোম অমদা তাশিনখ্রে! নুমিদাংগী থেংলবা পুং ১১.৩০ তাবা মতমদুদা, করিগুম্বা মতেং অমতা ফংখিদ্রে নত্রগা হোৎনরুবা খুদিংমক্তসু করি অমতা কান্নখিদ্রে, মহাকপু নাম্ভোক্লবা হোৎনরিবমখৈ হেন্নদুম্ সুম্ পুখখরে।

তোংলক্লিবশিংদু মনাক্তা লৈবা স্কুল অমদা অহিংদুমা লেনখি অমসুং ফান মথক্তা তুমখি। বোসকি নুপীনা খনখি মদুদি শাংলবা, খুদোংথিববা লম্বী অসিদা বাবানা মখোয়বু কনবিবক্লি, অহিংচুপ্পা থৌবদুনা; অদুগা মাগী নুপানা মহাক গৌহাটি য়ৌদবা যাদে, কোর্ট মার্সেল অমগী মানা সভাপতি ওইদবা যাদবনি, হায়না নিংখি। "ইথৌ তৌবদি ঈশ্বরনি। থবক্ তৌবদি পুজা তৌবনি", বাবানা হাযখিবা ৱাফমদু মহাক্না অমুক্ হন্না হাযখি।

অয়ুক নোংঙাল্লক্লবা মতমদা, মনাক্তা চৎখিবা কাব অমতনা নত্রগা ত্রক অমতনা মতেং পাংবিবমদ্রে, নত্রগা কুম্মৈ ওইনা যেংলিবা লৈকাযদুগী মী অমতা হন্না ফাওবা য়েংবিখিদবে। মখোযনা গাডিগী ফিভমদু উবদা নুংঙাইজবিবা ফিভম অদুমক্না হেন্না নিঙবা কাযহন্নিংঙাই মচাক ওইবে। লাইবক থিবদগী মি: বোসতুসু মশাদা মদ্ কাবগী ৱাখল খবদি অদুম্ লৈবমই; মহাক্না সাইগী শক্তিদগী মীগী শক্তিনা হেন্না থাজবগুম তৌবমই, হাযবদি মানা অসুক কন্না হোৎনবদা যাদ্রবসিদবু ঈশ্বরনা কবি তৌগদৌবিবনো হাযবগুম্না ৱাখল অমা মঙোন্দা লৈবমই। থৌবি লৌকদুনা চিংনবা হোৎনবে, মদুদসু কাবদু মচি লেঙ্বা ঙমদবে; ইঞ্জিন্দু অমুক্ থৌদুনা যেংখি, মদুদসু লৈখোমদা হেন্নদুম্ ফুমজিনখিবমই। মদুদগীদি চোকথববা, তৌফম খঙদ্রবা বোসতু লৈমাযথক্তা ফমখবে অমসুং হাযবকই, "বাবাগী থম্বাল মাল্লবা খুযাখাদা চঙজবা খক্তা নত্তনা ঐখোযগী উপায লৈত্রে"। তাঞ্জা অসিমক্তা যাম্না ৱাং-চাউবা, যেংবদা ভদ্রলোক মানবা, মপাঙ্গল কল্লবা নুপা অমা অদোমদা লাকখিবমই। তিল্লিবা মযাম অদুনা কনা অমতনা মশক খঙ্বা মী ওইখিদে, নত্রগা মহাক কদাযৱাইগী মী ওইবম্বা যাবগে হাযবা ভাপ্না শাবা ঙমখিদে। মাগী ছাতিন অদু বোসকি নুপীদা পিবদুনা, ফিভম অদু কবম্না কনবা যাগদগে হাযবদু মাগী থবক ওইখবে। বোসতু গাডি মনুংদা কাখত্তুনা স্তাবিং পাযনবা হাযখি, মতম অসিদা নুংশিত্থবা মনম্ অমনা গাডি মনুংদু পিক থর্নখি, মদু গাডি স্তার্ত তৌদ্রিঙৈ অমদি কনা অমতনা মতেং পাঙনবা গাডি পাযনদ্রিঙৈদনি। বোসকি নুপীনা উখি মদুদি নুপা অদুগী যেৎথংবা মখুত্তু বমপব মখাদা লোনশির্নখি অদুগা অমুক্তং শৎ লাউনা থাঙ্গৎপদা মমাংগী চাকা অনীদু অকংবা লৈমায মথক্তা থাঙ্গৎখি, মতুংদা চাকা মবিমক্ তমথিববা লৈখোম্ অদুদগী নাম্থোকখি। অদুদগী গাডিদা তোংলকখিবা

পুম্নমক্ কাখৎপিনবা হায়জখি। মহাক্কি মতৌদু উবদা পুম্নমক্কা ঙক্লখি অমসুং মখোয়না মহাকপু থাগৎনখি লোয়ননা মহাক কনানো, কদায়দগীনো হায়না হংনখি। মহাক্কা খুন্নকখি, "ও! ঐহাক চৌকিদার অমনি।" অদুদগী মহাক অদুম চৎখিরমই। পুন্নাং লাঙলবা মীরক অদুদগী কারদু থৌদোরকখি অমসুং থুনমক্ নুপা অদুগী মনাক্ য়ৌখি। নুপা অদুসু য়াম্না কন্না মখারোমদা চৎলমই। বোসনা নুপা অদুদা করিগুম্বা খরদং লৌবিনবা হায়জখি অদুবু মানা য়াখিদে। অদুদগী মানা ৱাহৈ মতেক অমতং হায়খি, "নঙনা করিগীদমক্তা ঙরাং অহিংমক্ ঐবু কৌরক্তবনো?" থম্বালগী খোঙ্ অদুমক্ তশেংনা মখোয়গী মনাক্তা লাকখিবনি!

মসিগী থৌদোক অসিনা য়াম্না ময়েক শেংনা নৈনদুনা তাক্লে মদুদি *ঐ হায়বা মদ্ কাবসি থাদোকপগী দরকার লৈরে,* অদুগা ঐখোয়না হায়জরিবা ঈশ্বর অদু, ঐখোয়দা ৱাখল, থৌনা, লৌশিং-জ্ঞান পিবিরিবা অমসুং খ্বাইদগী অৱাংবা আশা পুম্নমক, অসিগুম্বা পিকখ্রবা মীওইবগী শক্লোন লৌখ্রবা বাবাগী হকচাং অসিদা লোয়নমক্ লৈখ্রে হায়বসি খঙবা মতম য়ৌরে। অদুগা খন্থদুনা য়েংশি, অশেংবা মী হায়বসিবু করি করিনা শারিবগে? ঈশ্বরখক্তদা চঙজরিবা, হায়জরিবা অমসুং পুরানা কখোক্লিবা, মশাগী পিকখ্রবা মদ-মচাদুসু য়াওনা, মাগী লৈজবা পুম্নমক্ লোয়না থাদোক্লিবা, *অপাম্বা পুম্নমক তশেংনা লৈত্রবা, ঈশ্বরগী অঙকপসি মীনি হায়না খঙবা ঙম্বা অমদি মী হায়বসি ঈশ্বরনি হায়না খঙবা ঙম্বা মহাক অদুতবু অশেংবা মীনি!* থৌদোক অনিরক্তা জঙ্গলগী মৈনা মেকসিকোগী তায়নবদা, টিকাত্তা লৈবা ইন্দ্র-দেবীগী ফার্মগী অকোয়বদা চাকখিবা। অহানবগী থৌদোক্তা সাই নিলয়মগী অকোয়বদা মৈনা ড্রুং-ড্রুং ঙঙ্না চাকখৎলকখিবা, মনুংদুদনা সাধক ময়াম অমা লৈরিবা, গাড়ি কয়া অমদি টেন্ত কয়া চাকখিবগী মৈখু অমসুং কালিনা ফক্লাং অদু মুশনখিবা, অদুগা মনুংগী মীয়ামদুনা চীংলোমদা চেনখৎখিবা; অদুবু মন্দিরগী কা অদুদি করি অমতা শোক্তনা হান্নগী মতৌগুম্না থম্বীরমই। অনীশুবা খোঙফমদনা, ইন্দ্রদেবীদু য়ুমদা লৈরমই অমসুং বাবাবু থাজরদুনা মাগী লাইখুরুমফম কা মনুংদা চেনশিনখি। মৈরিশিংদু হন্দোকখি। মথংদা মানা ভারত্তা লাকখিবা মতমদা, বাবানা মাগী মিনুংশিগী খুদম অমা "অমুক হন্না মৈ চাক্লগনু" হায়বা ৱাফমসি তাকপিখি।

All India Radio গী ষ্টেসন দাইরেক্তর, মুর্লিধরনদু বাবাগী কেরলা খোঙ্চত্তা লোয়নরমই অমসুং বাবানা ঙাঙখিবা, ঈশৈ শকখিবা পুম্নমক্ কোমা, সেমিকোলোন অমা ফাওবা চিখদনা তেপ্ রেকোর্ড তৌশিনখি। তেপশিং অদুদগী পাওগী মতেক অমতং শেম-শারমই, মদু ঐগী পোক্লফম ইখুঙ্গং ত্রিপগুনিত্তুরাদা অঙাংশিংগীদমক্তা হোস্পিটাল্ অমা শানবগী বাবানা যাত্রা হুন্নবগী থৌরমদা উৎনবনি, থৌরম অদু হকশেলগী মন্ত্রি ৱেল্লিংতোন্না সভাপতি ওইখিবনি।

মহাক্লা পাও অদু থাদোকখি অমসুং মদুদা মথৱাই য়াম্না নুংঙাইজখি, মরমদি ইরনকুলমগী টাউন হোলদা বাবানা ৱা ঙাঙখিবদা শিবরাত্রি মতুংদা অমুক হন্না কেরলাদা শোয়দনা লাক্কনি হায়খিবা ৱাফম অদুদনি। মহাক্লা মখোয়দা থাজবা পিখি মদুদি কন্নানোরদগী ত্রিবান্দ্রম ফাওবা চৎকনি অদুগা মফম খুদিংমক্তা নুমিৎ হেন্না কুইথনা লৈবিগনি। চয়োল অমগী মতুংদা মাগী মরুপ অমনা মাগী ওফিস্তা লাকখি অমসুং মুলিধরন্না খুদোংচাবদু লৌরদুনা নুংঙাইরবা পাও অদু মঙোন্দা পিখি।

মুর্লিধরন্না হায়খি মদুদি করিগুম্বা বাবানা মাগী ৱাশক্তু ঙাক্লক্ত্রবদি মহাক্লা তেপ অদু পুক্তপার্তিদা পুরগা বাবাদা মশানা ঙাঙখিবদু তাহনগনি অদুগা করিগী ৱাশক ঙাক্তবনো হায়বদু 'শীঙনগনি'।

মুর্লিধরন্না য়াম্না থাজনা ঙাঙবদুদা মাগী মরুপ্তু য়াম্না মথৱাই নুংঙাইজখি, মহাক্লা ৱাফম অদু বাবা মশামক্কি মচিন্দগী ঙাঙথোরকখিবা ৱাদু ওইনা তাবা পামখি, অসুম্না তেপ্ অদু মাগীদমক্তা অমুক্ হন্না থাদোক্নুনা তাহনখি। অঙকপা পুম্নমক্কি মথক্তা অঙকপা ওইখবেঃ তেপ্ অদুদা ৱাফমশিং অদুদি অমতা রেকোর্ড তৌরমদ্রে। বাবানা ঙাঙখিবা তেলেগুগী ৱাহৈশিং অমসুং মদুবু ঐনা মলয়ালমদা খুদক্তা হন্দোকখিবা ৱাহৈশিংদু অমতা য়াওরমদ্রে। মিরাকল অসিদা হেন্না অমুক্কা মপুং ফাহনবা ওইনা ৱাহৈশিংদু বেকোর্ড তৌবমদ্রবসু বীল্ অদুদা ৱাহৈশিংদু য়াওদবগী মরক কানবা অহাংবসু অমতা য়াওরমদে।

নুমিৎ অদু বসন্ত পনচমি ওইরমই, অদুবু মীওইশিং অদুদি ৱাফমসি থোইনা খঙলমদে। মখোযনা লক্ষিমপুর ফাওবা গাড়ি তোংদুনা গৌহাটি চৎনবা প্লেন তোংনবা হোৎনখি, মথংদা কলকত্তা, মদ্রাস অমসুং বঙ্গলোর য়ৌবগা অবোইবদা কাবনা বাবাগী মনাক য়ৌনবনি। মখোয়গী থম্মোযদু অৱাবা ৱাখল অমনা য়াম্না

লুমলমই, মদু বাবাখক্তনা য়াংহনবা, কোকহনবা ঙমগদবনি। মখোয়না Airport তা লৈরিঙৈদা ময়ুমদগী টেলেফোন্দা পাও অমা লাকখি। ঙাঙলিবা মীশক্তু নাগালেন্দ সরকারগী মন্ত্রি অমা ওইরমই। "নঙগী কাদা লৈরিবা বাবাগী পিকচরদু করি তৌববগে?" "কবিগীনো, করিগুম্ তৌদেনা! করি তৌরবগে?" "নহাক্না অঙাংবা লং খর মাগী ওইথংবা খুজেংগী মপাদা নপশিল্লম্লে।" "করি হায়বা? ঐ মদুগুম্বা করি অমতা তৌরমদে। মদু অদুম লৈজরসনু।" "মদু গ্লাস মথক্তসু চোম্থরক্লে, মদু কবিনো অর্থ অমদি লৈরমগনি মহাক্না অর্থ লৈতবা করিগুম্বা থবক অমতা তৌরোই, ফবে ঐহাক্ কোন্না ..... "লং অদু পিকচর মথক্তা লৈবনি, গ্লাস মথক্তা লৈবা নত্তে, গ্লাস মখাদনি, - ভাব তাবব্রা?" "ফরে! মদু ঐহাক কাউররোই।" মদু হায়খিবদু মাগী নুপীননি।

"ঐগী খুৎ অনী অমসুং খোঙ অনীসি মফম পুম্নমক্তা লৈ।" মহাক্না গীতাদা হায়বি, মহাক্না নুংঙাইবা খর পিবিরগে খনখ্রবদা কবি অমতনা মদুবু থিংবা ঙমদে।

বীথোবেন্না চে মচেৎ অমদা মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা ব্রাখল অমা ইবগা মদু Royal College of Music, London দা মাঙহনদনা থমখি; মদুদা ঈশ্বরগী মবমদা মখাগী ব্রাফম খরসি য়াওরি। অদুনা, ঐখোযনা বাবাগী মবমদা খল্লকপা মতমদা মহাক্কি ব্রাফমশিংসিনা ঐখোয়দা অখন্ননা চুনহনবা ব্রাখল অমা পীরিঃ "মহাক্কি থবকশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বা, লৌশিনবা ঙম্বা ব্রাফমদি মহাক অসি লেঙ্দবনি, পুমথোই-থোইবনি, পুম্নমক খঙবনি অমসুং মফম পুম্ন মক্তা শিন্থুংনা লৈবনি।"

কলেজ অমগী গোর্বনিংবোদিগী মেম্বর অমদা বাবানা চিঠি অমা ইখি, "সাই সন্‌কল্প অসি বজ্র সন্‌কল্পনি" - হায়বদি সাইগী অনিংবসি থিংবা নত্রগা থৈদোক-থৈজিন তৌবা ঙমদে, বজ্র তাবগুম্বনি। মাগী অনিংবদু নাম্থোকপা শুকয়া য়ারোই। মসিদি অমুক্ হোংদোক-হোংজিন, ককথোক্ কক্শিন তৌবা ঙমদে, শোয়বসু য়াদে। "ঐনা ইশাগী ওইনা অপাম্বা অমতা লৈতে; ঐনা হোৎনৈ; ঐনা পামই, ঐনা থবক তৌই, পুম্নমক অদু শুপ্নগী মীওইবা জাতিগী শোয়দনা চাউখৎনবা অমদি য়াইফনবা খক্তগীনি।"

শ্রীলক্ষ্মিকুমার অসি সবজেক্ত অহুমদা মাস্তর-দিগ্রি ফংলবা, মহৈগী পুন্সিদা য়াম্না মশক থোক্লা লংলবা মীশক্নি। হৌজিকমক্ মহাকসি নেফাগী দিভিসন্ অমগী স্কুল ইন্সপেক্তরনি, মফম অদু হৌজিক্লা অরুনাচল প্রদেশ কৌখ্রে। নোংমদি বাবাগী মরমদা ইবা লাইরিক অহুমখক মাগী মনাক্তা পোষ্ট ওফিস্তগী থুংলখি; "বাবাগী পুন্সিগী ৱারী" "The Life of Baba", "মহাক্লগা ছাত্রশিংদা পিখিবা ৱারোল অমা - "A lecture given by him to the students"। মহাক বাবাগী মরমদা তাখ্রে অমসুং বোম্বেদা ফোঙবা Illustrated weekly of India দা বাবাগী মরমদা ফোঙখিবা মতাং অমসু পাখ্রে, অদুবু, মদুগী নাকলদা য়াওখিবা বাবাগী ফোটো অদুনা মঙোন্দা থোইদোক্লা অখন্নবা, তোঙানবা ৱাখল অমা ফাওহনখিদে, মমি তাহনখিদে। মহাক্লা খনখি মদুদি আর্তিকল অদু পারুবদা থোইনা কান্নরোই। অদুম ওইনমক্ লাইরিকশিংদু মাগী সংস্কৃতকি লাইরিক ময়ামদুগা পুন্না অদুম থম্মিন্নরমই।

কলেজ তম্লিঁঙৈদা লক্ষকুমারসি অহিং নোংয়াইদা হৌগৎলগা মানা পামজবা লাইরিক অমা পাবগী হৈনবিসি লৈখি, মদু নোংঙাল্লমদাইগী পুং ৩/৪ ফাওবা চথবমই, মথং মিকপ অমা তুমথদ্রিঙৈগী মমাংদনি। মহাক্লা লৈরিবা লাইরিক পুম্নমক অসিগী মনুংদা করিগীদমক্তা পানিনিনা ইবা থাইনগী অরিবা সংস্কৃত-গ্রাম্মারগী পন্দুব-নিপাল অদু খক্তবু মাস্তর তৌনিংবা করিগীনো? মহাক্লা হায়, "পানিনিসি য়াম্না মনুং থিংনা শুদ্ধাৎনিংঙাই ওইবা মওংদা ইবা মীশক্নি।" লোনগী মরমদদি মাগী লাইরিকশিং অসিনা খ্বাইদগী অফাওবনি খঙ্গবদগী, মাগী অচিকপা নেফাগী বঙ্গলো অদুদা অহিং য়াম্না থেঙ্বা ফাওবা ফমদুনা পুক্লিং চঙনা পাজে, নৈনজে। অহিং অমদি গ্রাম্মারগী য়াম্না লুরবা মতাং অমদা ফল তাদবদগী মমিৎ উইশিন্দুনা য়াম্না মুন্না খল্লমই। মহাক্লা মমিৎ পাঙথোরকপা মতমদা বাবানা মাগা তায়নবা চৌকি অদুদা গেরুৱা ফিজোল শেত্তুনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা ফম্লম্বদু উখি।

"মিচিক-মিবাওখোন তাদ্রবা, থেঙলবা অহিংদা কনাগুম্বা অমনা পুক্লিং চঙনা লাইরিক পারিঙৈদা অসিগুম্বা শকখঙদবা অমনা খুদক্তা থোরক্লবদি কিবা নত্রগা খঙবা য়াওফম থোকপনি, অদুবু ঐদি অঙকপসু লৈখিদে, নত্রগা অকিবসু লৈখিদে। ঐহাক্ য়াম্না ইঙনা, ভাব তানা লৈখি। ঐনা মহাক কনানো হায়না হংদ্রিঙৈদা, মহাক্লা য়াম্না তপ্না, নুংশিরবা খোঞ্জেলদা ভাব তানা ঙাঙলকপদু তাখিঃ "মাগী ৱাফমদু অনীরক হন্না ঙাঙখি, অদুবু "মহাক কনানো হায়বা" ৱাহং অদুদি অদুম্ লৈখি। ঐনা ৱা ঙাঙথোক্লিঙৈদা, মহাক্লা হায়খি, "ঐনা নঙোন্দা লাইরিক খর থাখি।"

"হৌজিক্তি মহাক বাবানি হায়বসি ঐহাক খণ্ডপ্লে। ঐনা খুমখি, "হোই, ঐহাক্লা লাইবিক খব ফংপ্লে..." ঐনা মখা চখগে তৌবকপদা মহাক্লা মবক থৎপ্লে অদুগা হায়বকখি, "মখোযদু পাউ"। ঐনা হায়খি, "মদুদা কবিশু য়াওদে"। অদুবু বাবানা মাগী ব্রাফমদা কন্না তকশিনখি। মহাক্লা মকপ অমগী মওংদা, অশাওবা অমতা যাওদনা য়াম্না নুংশিনা থেম্বগী মওংদা ব্রা ঙাঙখি। "অদুবু মদুদা কান্নবা খব শোযদনা যাওগনি! যামদ্রবদা অমুক্তংদি পাউ।" মদুদা মহাক্লা মিনোক অমা নোকখি, মদু ঐহাক খক্ কাওবা ঙমদে।"

যেংউ, বাবানা কযাদা লুনা-চান্না লাইবিক থাবিবনো, মশামক চত্তুনা অওনবা অসি পুবক্লবা হোৎনবিবা, ফংলিবা নুপা অদুনা যাম্না থৌশাদ্রবা ফাওবদা, মশা খক্তং কঞ্জনবা খুদোংচাবদু মাঙহনখিদনবা হোৎনবিবা।

ডাক্তব M V N Murthy (কসতুবিগী মচানুপানি) গা উনবগী বেকোর্ড তৌশিল্লবা ব্রাফম অমদা কুমাবনা মখা তাবকখি, "অদুদগীদি লাইবিক অদু নিংথিনা পাদ্রিঙৈদা, থাবক্লিবা মীশক অদুমক্কি মমাংদা কবিশু কান্নদবা ঙাক্তনি হাযখিবসি ঐহাক লাল্লে হাযনা ইশাদা ফাওখি। ঐনা হাযখি, "ঐনা মখোয়দু শোযদনা পাগনি", অদুদগী হৌগত্তুনা মনুংগী কা অদুদা লাইবিক অদু লৌবা চৎখি। ঐনা থোবকপা মতমদদি মহাক লৈবমদ্রে। ঐহাক্লা মতম পুম্নমক্তা ঐগী ব্রাশক ঙাক্লবা হোৎনৈ, অদুনা ব্রাশক অদু মশক খণ্ডবা যাম্না অঙকপা মওংদা লাকখিবা মীনৌ অমদা শকখিবা ওইববসু, লাইবিক অদু পাবদু ঐগী ইথৌনি হাযনা ইশাদা ফাওখি, অদুগা ঐহাক্তি মতম অদু ফাওবদি নোংপোক্লোমগী অমসুং নোংচুপলোমগী ফিলোজোফি খক্তদা যাম্না পানিংলিঙৈ মতমনি, অসিগুম্বা নিতি-নিযম নত্রগা ধর্মগী লুচিংবা অমগী পুন্সি ব্রাবীগুম্বদা হৈনিংদ্রিবা মতমনি; অদুবু, লাইবিকশিং অদু উপনিসদকি অচৌ-অচৌবা ব্রাফমশিংবু অমদি অতৈ নোংপোক অমদি নোংচুপ লৈবাকশিংগী ফিলোজোফিগী মনুংগী লুববা ব্রাফম কযাবু যাম্না নিংথিনা, চম্না, শন্দোক্লা তাকপা ওইবমই। অতোপ্পা ফিলোজোফিগী লাইবিকশিংদা কবিশু লৈতবা ব্রাহৈ কয়া থেংনববসু বাবাগী লাইবিকশিং অমসুং ব্রাঙাংশিং অসিদি ঐগী থম্মোযদা তিং-তিং পানখি, মবমদি মখোযশিং অসি থব্রাইনা আত্মাগা লেঙদনা হকথেংনবদগী থোবকপা ব্রাহৈ-ঙাক্তা ওইবননি অমসুং ব্রাহৈশিং অসিনা ইশামকপুসু অদুগুম্বা ব্রাংলবা থাক অদুদা যৌনবা ব্রাখল ফাওহল্লি।

"নুমিৎ ১০নিগী মতুংদা ঐহাক অমুক হন্না পানিনিনিগী ব্রাফম অমদা, অহিংগী অদুগুম্বা থেংলবা মতম অদুমক্তদা, ব্রাখল চমন্নদুনা মিৎ উইশিন্দুনা খনখি। বাবা অমুক হন্না লাকখি। ঐগী ইনাক্তা লৈবা চৌকি অদুমক্তদা ফমখি। "নহাক লাইরিকশিংদু পারে হায়বসি ঐহাক খঙই", মহাক্না হায়রকখি। ঐনা খুমখি; "হোয়, ঐহাক পাজরে"। "ঐনা তশেংনা থাজে, নহাক লাইবিকশিংদু পামগনি, ঐনা খঙখ্রবনি, নহাক্না লাইরিকশিংদু শোয়দনা পামগনি।" মহাক্না য়াম্না থাজবা মওংদা হায়খি, "নহাক্না মখোয় অদু পারম্লবদি নহাক শোযদনা মখোয়দুবু পামগনি।" মহাক্না অমুক হন্না হায়খি।

"মহাক্কি খোঞ্জেল অদু নুংশিবা-প্রেম অমসুং ঈশ্বরগী ওইবা আশীর্ব্বাদকী ব্রাঙাংনা পিক থনখি। ঐহাক ইশানা তশেংনা য়াজরিবসিনি মদুদি ঐহাক অসুক্ নুংশিবা খোঞ্জেলসি পুক্সিদা অমুক্তা তাখিদ্রি। অদুদগী বাবানা হায়খি, "হৌজিক্ নহাক্না মখোয় অদুবু করিগী অর্থ হন্দোকলোইদৌবিবনো?" মদুদা ঐনা হায়খি, "মদু য়াম্না অরুবা ওইগনি।" বাবানা মাগী ব্রাফমদু অমুক হন্না হাযখি, "হোয়, মদু য়াম্না লুগনি, অদুবু, ঐনা থাজে মদুদি নহাক্না শোয়দনা মদু তৌগনি।" অদুনা. ঐনা মনুংগী কাদা লাইরিক অদু লৌথোকপা চঙখি। হন্দকসু ঐনা থোবকপা মতমদা মহাক অমুক্ লৈরমদ্রে। অর্থ হন্দোকপা, কবি লোন্দনো-হিন্দিদবা নত্রগা অদি-দবা? ঐহাক হংহৌখিদে। ঐনা থাজখি, মফম অদুগী চীংমীগী লোন অসিদা শোযদনা ওইবমগনি। মবম অদুনা ঐহাক্ পোত্থাবা লৈতনা থবক অদু হৌখি।

"চযোল অনীগী মতুংদা লাইবিক অদুদা য়াওবা য়াম্না অরুবা ব্রাহে অমগী অদি-লোন্দ চপ-চানবা ব্রাহে অমা পুথোক্লবা কন্না হোৎনবিঙৈদা, অদি হায়বা লোন অসি যাম্না অরুবা ব্রাহে-ব্রাতাশিং অসিগী মহুৎ থিবদা খর ব্রাগদবা লোন ওইবনা, কবম্বা ব্রাহেনা হেন্না চানবা, চুনবা ওইগদগে হায়না কন্না খল্লিঙৈদা, বাবা অমুক হন্না লাকখি। মতম অদুসু অহিংগী নোংয়াইগী মতম্নি। ঐনা য়াম্না পামজবা আশীর্ব্বাদ পিবগী খোঞ্জেল মানবা ব্রাহে অদুমক্ অমুক্ হন্না তাবা ফংজখি। ঐগী চৌকিগী নাকন্দা লৈবিবা চৌকি অদুদগীনি মহাক্না ঙাওলকখিবদো, "নহাক অর্থ হন্দোকপা হৌরেদনা?"

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

"ঐনা ঙক থাঙ্গৎখি অমসুং মহাকপু মাগী মপুংফাববা মতিক্ মগুণ অদুগা লোয়ননা উখি। ঐনা খুমজখি, "মদু ঐনা হন্দোকপা ঙমজদ্রে; ঐ ইশানা পেঞ্জদ্রে; মদু য়াম্না লুই।" অদুবু বাবানা হায়খি, "নহাক্না ফজনা তৌবা ঙমগনি। কবিগীনো নঙনা তোক্কদৌবিবা? হোয়, থবক তৌবা য়াবা খুদিংমকসে, তৌবগীবুদি, অকবা ঙাক্তনি। নহাক্না মদু ঙমগনি, নহাক্না হৌখ্রেদনা।" অদুদগী মহাক মাঙখিবমই।

থৌদোক অসিনা ঐঙোন্দা পুক্লিং য়াম্না থৌগৎপিখি; অর্থ হন্দোকপদু লোয়খ্রে, অদুনা মদু অদি লোন ঙাঙবা মকুপশিং অমদি খুঞ্জাগী মীওই খবগী মমাংদা পাবগা ব্রাহৈ-ব্রাতাশিং অদু যাবত্রা হায়বদু যেংলগে লেপখ্রে। মবক অসিদা বাবানা অহুমলক লেঙ্ঙকখিবা, মহাকপু উখিবা অমসুং মহাক্না ঙাঙবা তাখিবা অদুনা ঐবু যাম্না অওনবা মীশক অমা ওইহনখ্রে। ঐনা ঐগী থবক্তা যেংলম্বা মিৎযেং অমসুং ঐগী ইথা-থাবশিংদা চৎলম্বা শাজৎ-নিতি অদু হোংদোকখ্রে। হান্নদি ঐহাক যাম্না শাওগল্লমই অমসুং মীবু দণ্ডি য়াম্না পিবমই। হৌজিক্তি, অতোপ্পশিংগী অব্রাবা-খুদোংচাদবশিংদা ভাবতাবা ঙমলে অদুগা মখোয়দা মতেং পাংবা অমসুং মিনুংশি উৎপা ঙমলে। ঐহাক যাম্না নোল্লুকপা মীশক ওইবে; ঐঙোন্দা যাওবিবা 'ঐ' মচাদো হান্নগী মতৌগুম যাম্না মশা-মবেং ফন্দ্রে অদুনা হৌজিক ঐনা লাউথোকপা ঙম্লে মদুদি ঐনা বাবাগী লাইবিক অসি অর্থ হন্দোক্লিঙৈদা, ঐঙোন্দা লৈবিবা খ্বাইদগী ফববা গুণশিংবু বাবানা মপান্দা পুথোবকপদা মায পাকখ্রে।"

অতোপ্পা হিবম অমদা বাবানা খুৎলোয়বা অদুম হায়না গ্রামমাব হায়বসিদসু বাবানা খুৎলোয়। ঈশ্বব হায়বিবা গ্রাম্মাব পুমহৈ হৈববা মীশক অদুগী মনাক্তা গ্রাম্মাবগী মতেংনা যৌবা ঙমই। লক্ষ কুমাবনা হায়খিবগুম্না, মহাক্না পানিনিগী থবক্শিং তমখিবা, নৈনখিবা অমদি অর্থ-হন্দোকখিবা অনিমক্ মাগী গুরু ওইখ্রবা বাবানা আশীর্ব্বাদ পিবিখি। পানিনিগী থাক নিপাল অদু তম্বদা বাবানা থাক্ খুদিংমক্তা যাম্না লেম্না লমজিংবিখি, মদু মানা হেক হায়জবকপা খুদিংগীনি; অকবা ব্রাফম পুম্নমক্ যাম্না লাযবা মওংদা শন্দোক্না তাকপিখি। "মওং ৮ অদুমক্তা লাইবিক অদুগী জগা অমদগী লৌথোবকপা সুত্র খুদিংমক্ ঐনা শন্দোক্না তাকপা ঙমই, মতৌ অসুম্না ঐগী ইচা চহি ১৩দগী ৭ ফাওবগী মনুংদা লৈবিবা অহুমদো মখোয়সু ঙমই", লক্ষ কুমাবনা হৌজিক হায়বিবনি।

বাবাদি নুংশিবনি অমসুং মহাক্কি নুংশিবা প্রেম অদুননি মহাক্কা মাগী খুৎলায় ওইগদবশিং খল্লিবসি, মদু বাবাগী পান্দম অসি থুংহনবদা মখোয়সু শরুক খরদি য়ারিদনা হায়বা ৱাখল মশাদা ফাওজনবনি।

নোরৱেগী মি: তাইদেমানদা হায়খি ঃ "হৌজিক নহাক্না গুরু অমমুক্ খিবগী দরকার লৈত্রে; হৌজিক্তগী মখা তারকপা পুন্নমক্ ঐনা নঙ্বু লমজিংলগনি।" ইন্দ্রদেবীগী সেবক অমনা বাবাদা মানা প্রশান্তি নিলয়মদা মেদিতেসন তৌবা মতমদা হকথেংনখিবা "চাংজৌ নায়দনা নুংঙাইবগী ঈথকশিং"-গী মরমদা বাবাদা পাওদমখি। মদুদা বাবানা মঙোন্দা হায়খি মদুদি মখোয় অদু মহাক্না পিবিখিবা 'হকথেংনবগী খুদম' - Sample experiences নি, মদু মশাদা য়াম্না থাজজনা চত্থনবনি। বাবানা থৌনা, থাজবা, পাওতাক্ অমসুং পুক্লিং ফাথবিবা, থেমজিনবিবগী থবকসি পামজরিবা মী পুন্নমক্তা পিবি।

"নখোয়না ঐঙোন্দা নিবা মতমদা চেকশিল্লু, মরমদি নখোয়না থিরিবা পাল্লিবা অদুতমক ঐনা পি!" পুন্নমক নিঙবা থুংহনবা ঙম্বা শ্বর্গগী ওইবা পাম্বী অদুগী মখাদা লেপ্লগা কবিশু লৈতবা ইচম-চম্বা খুদোল অমা নিগদৌরিবা করিগীনো? করিনা ঐখোয়গী অফবনো হায়বসি মহাক্না খঙই। মরম অদুনা, মহাক্না মাগী অনিংবা অদুগী মতুংইন্না ঐখোয়না দরকার ওইরিবা নত্রগা পাল্লিবদু পীবি। অদুনা, মহাক্না ঐখোয়গীদমক্ তৌবিরিবা থৌরাং, লাইবক্ অদো, মদুদা ঐখোয়না য়েৎশিল্লুদবনা খ্বাইদগী হেন্না ফরে।

মি: ভাতিয়াগী মচানিঙোল অহুম লৈরমই; বাবানা হায়খি, "নঙ্গী য়াম্না থুনা নচানুপা অমা লৈরগনি"; অদুগা হায়বদুমক থোকখ্রে, অদুম্নদি ওইরগা সাধারন ওইনা থা ৯গী মীরোনবগী মতমসি খর শাংনা হেন্দোকখিবনা ডাক্তর অমসুং লাঙতক্লরিবা মপা খোয়দদি খর অৱাবা লৈখি। বাবানা হান্ননা লাউথোকপিখ্রে মদুদি অঙাং অদু মহাক্না বোম্বেদা থুংলবা নুমিত্তা পোক্কনি, ৱাফম অদুমক্না মীপুম খুদিংমকপু অমুক্না হেন্নদুম চমন্নহনখি। অদুবু, ১৩শুবা থাদুদা মচানুপা অমা পোকখি, অমসুং ভাতিয়ানা য়াম্না থুনা মাননিয় পি: কে: সবন্তকি য়ুমদা চৎখি, মদু য়ৌবগদি মহাক্তি বোম্বে সহরগী মতায়ৱাই অমদা বাবাবু ওকপা চৎখি হায়রকখি!

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

মহাক্কি অনিংবসি মতম পুম্নমক্তা অদুম থোকই। ওরাং নহানতা সেফাইয়ারগী খুদোপ অমা "সাই বাবা' হায়বা লাইরিক অদুবু ইরিবা অরনোলদ স্কুলমান্দা পিখি। মদু মহাক কয়া পাম্না লৌনিংখিদে মরমদি মদুনা সান-ফ্রান্সিসকোগী কস্তম্ ওফিসতা খুদোংথিবা নঙবা য়াই নিংবদগীনি; বাবানা হায়খি, "ঐনা মদুগী মরমদা শোয়দনা য়েংশিনগনি"; ওফিসকি মীওইশিংনা মদু য়েংবা মতমদা করিশু মমল লৈতবা, কান্নদবা পোৎনি হায়খ্রে। অদুবু, মতুংদা মদুগী মগুণ খঙবা মীওইশিংনা দোল্লর ১২৫গী মমল লৈবা পোৎনি হায়খি।

বিভুতি য়াওবা পাত্রশিং-হেক লোয়খিবগা মথন্তা থুনমক্ অমুক্ থনগদবনি হায়বা থাজবগা লোয়ননা পিখিবা খুদিংমক য়াম্না থুনা মথন্তা হেক্তা থনগৎলি। ঈশ্বরগী লীলা অমা হায়বসি মহৌশানা মিরাকল হায়না কৌনরিবা অসিনা খঙহনফম্ থোক্লিবসি মসিনি মদুদি ঐখোয়না উরিবা পুম্নমক্ অসি অতৈ করিশু নত্তে, পোৎশক্কি ওইবা আত্মাগী শরুক অমনি হায়বসিনি। মসি ময়াম উনবা, খঙনবা উৎপা নত্তে, তৌবতদি ঈশ্বরনা মীওইবগী হকচাং লৌরগা বাবা ওইনা লাক্লে হায়বদুগী মতম পুম্নমক্তা লেঙদ্রবা শাক্তি ওইহন্নিংবগী পান্দমনি। মসিনা অঙকপা অমসুং ব্যবহার পোকহল্লি, থাজবা হেঞ্জিলহল্লি, মিকপ থোকহনবগী, ভাব-তাহন্নবগী পান্থে ওই, নাপলগী লৈচিল পুম্নমক লৌথোকহল্লি। মীয়াম্না মপুংফানা, নিংথিনা চাউখৎলবা সমাজ হায়রিবসিনা মীওইবগী পুক্লিংবুদি পুরা মোৎহল্লে, মদুনা মঙোন্দা শক্তি অমসুং লন-থুমগী করাম্বা, মীহৌবদা মতেং পাংলে, নুংঙাইবা হায়বদুদি হায়রিবশিংদু ফংবদা লৈরে হায়না লান্না থাজহল্লে, মদুনা অমুক্ শাজৎ-নিতিগী অমসুং হকচাংগী মগুণ, থাক হন্থহল্লে।

মহাক্লা মহিকশিংসি হাত্তোক্লবা অমসুং চুমথোক্লবা, অশিংবা অমসুং অচুম-অরান খন্থগনবা মরক্তা থাজবা অমসুং কিদবগী ব্রাখল ফাওহন্নবা মহাক্ লাক্লে, মদুনা মহাক্লা ফত্তবগী মায়োক্তা চঙ্শিনগদবা খোঙজং অসিদা মাগী তেংবাংনবা খোঙমি-লাম্নি লৈননবনি। মুর্কেৎনা ইবগুম্না - "মখোয় অদুনা হায়বদি মিরাকলশিং অদুনা ঐখোয়দা থাজবা পোকহল্লি অমসুং অনৌবা হৈনিংবা ব্রাখল অমগা লোয়ননা মশা-মশাদু ঈশ্বরগী থাক্তা য়ৌনবগী শেমদোক্লবগীদমক্ থবক তৌহন্নিংবা পোকহল্লি। মসি ঐখোয়গী মাঙদা পাঙথোক্লিবা ফোং-ফোং শারবা

খুদমশিং অসিনা পাওথোকহনবতা নত্তনা, ঈশ্বর অদুগী মশাদগী থোরক্লিবা মঙাল অদুনা য়াম্না লোন্না-থুপ্না হোংদোকহল্লিবা মঙাল অদুনসু পাওথোকহল্লি।”

খুদম ওইনা, লীলা অমনা, য়েংনবগী খুদোংচাবা ফংজরবা মহাক অদুগীদি ফল পুম্নমক অদু অদুম লৈরে, মসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লান্‌ফমদা আর্জ্জুন্দা উহনখিবা বিশ্বরূপ দর্শন অদুগুম্বনি। নোংমা প্রশান্তি-নিলয়মদা ডাক্তর Y.J. Rao, M.Sc., Ph.D, জেওলোজিগী প্রোফেসার ওইরিবা অসিনা চৎমিন্নরিঙৈদা, বাবানা গ্রানাইত অকায়বা মচেৎ অমা খুনগৎখি, মদু খুতুমমুক চাউই অমসুং ডাক্তরবোমদা ওনশিল্লগা মদুগী মনুংদা করি য়াওবিবগে হায়না হংখি। মহাক্না হেক খঙজবা ব্রাহ্মে পুম্নমক্তু হৈথবা য়ারগনি খন্দুনা মহাক নুংঙাইজখি, অদুনা মহাক্না অচুম্বা পাওখুম অদু পিখি। অদুবু বাবানা মঙোন্দা মদুদগী হেন্না লুথনা, করি মচাক্না শাবগে হায়বদু খম্নুনবা তকশিনখি। ব্রাহ্ম অদুগীসু খুমবা মহাক্ থৌরাং তৌরমই অমসুং এতোমশিং, কেমিকেল ফোরমুলাশিং, ইলেক্ট্রোনশিং, প্রোতোনশিং, মেসোন-শিং অমসুং বিজ্ঞানগী অতৈ ব্রাফম কয়ামকম হায়খি। বাবানা মাবু খামখি। মহাক্না হায়খি, “নত্তে, মদুদগী হেন্না লুথবা!” রাওদু মহাক্না খঙজবা, হৈজবা বিজ্ঞানগী ব্রাহ্মে-ব্রাতাসি মদুদগী হেনবা অতৈ লৈখিদ্রে। অদুনা বাবানা নুংদুম অদু বাওগী মখুত্তগী লৌরগা শ্বনা কামলমই। মদুনা বাঁসি খোঙ্‌বা কৃষ্ণগী ফজগ্রবা মুর্ত্তি অমা ওইখ্রে। মচু অদুসু হায়ফেৎ শংবান্নে; মাগী মওং-মতৌদুসু লেপলিবা অদুগা চাননবা হাযফেত্তং হোংদোকখ্রে। “য়েংউ! ঈশ্বরসি নুঙ্ মনুংদা লৈ! নখোয় জিওলোজি হৈবশিংনা ব্রাফম্ অসি খঙজিনগদবনি, ভাব তাশিনগদবনি; ঈশ্বর য়াওদনা পোৎ অমতা লৈতে, ঈশ্বরদগী পোৎ অমতা তোঙান্না লৈতে।”

বাবাগী লীলা খুদিংমক্তা আধ্যাত্মিক্কি নিযম অমসুং বিজ্ঞানগী পাওতাক অমমম্ যাওবি। মহাক্না চৈ-থাংগনি অমসুং মদুনা নুংগী ওইবা ফুমদুনা লৈবা ভাব তানবগী অমসুং নিংজনবগী পাওতাক কোকথোং অমা লৈরমই।

মযুমদা বাবাবু পুজা তৌজবা নুপা অমা লৈবমই, মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী বাবাগী মমিং ১০৮দু থীরমই অদুগা শগোলশেন নুমিৎশিংদনা মিং ১০০৮ লক শোঞ্জরমই, মদু হেক লোযরকপগা বাবাগী মুর্ত্তি অদুগী মমাংদা শাংদ্রোং শাংনা তিংথোক্তুনা, মখুৎ অনিদুনা মমাংদা লেপলিবা বাবাগী মুর্ত্তি অদুগী খুয়া থম্বাল

অনীদুদা পায়জবে হাযবা ব্রাখলগা লোযননা খুকমজখি। খুবাক অনীদুগী মবক্তা অহাঙবা মফম খব লৈবমই, মদুদা মহাক্কা বাবাগী মখোঙ্ অনীদু লৈ হায়না খঞ্জবমই, থৌওং অদু চখবা মতমদা মমিত্তগী পিবাংনা থুক্কৎখি। মতুংদা মহাক্কা প্রশান্তি নিলয়মদা বাবাগী মনাক্তা লাকপা মতমদা বাবানা মহাকপু নাইতোম্ উননবা তাঞ্জা পিবিখি। "ঐনা নমাঙদা লেপ্লসিদা ঐগী খোঙ্ অনিসিদা য়েংউ! ঐনা নুংঙাইনা লৈবাক মথক্তা লেপ্লদা চঙগদবা খোঙ্ফম অনিগী অবাওবদু খঙজিল্লু। নঙগী খুবাক অনীদু নক্লমল্লি; অদুনা ঐগী খোঙ্ অনীদু নঙনা হেক্ পাম্বা খুদিংগী লোনশিন্নবগী মওংদা লেপ্পা তায। খুবাক অনিদু খজিক্তং লাওবপ্পা থমউ।"

মহাক্কা তাবিদবা লাইশোল অমতা লৈতে, মহাক্কা থম্মোযদা বেকোর্ড তৌদবা খুদম অমতা লৈতে, শিন্থখিবা পিবাং অমতা মহাক্কা কান্নদে হাযনা থৌশাখিদবা লৈতে। মহাক অসি খ্বাইদগী নক্লখ্রবা মবী মতানি, খ্বাইদগী লুনা তিন্নবা মকপ্পি, খ্বাইদগী শিংবা লুচিংবনি, খ্বাইদগী লুনা তৌবিবা ইমানি, ঐখোযগী পুন্সিগী থাদোকপা যাদ্রবা শ্বব অদুনি।

মিকুপ অসিমক্তা মহাক অসি লশ্মী পুম্নমক্তা লৈ, যাম্না যাঙনা চেল্লিবা গাডি অদুগী মতুংদা লৈ নত্রগা মদুগা লোযনদুনা লৈ, খুদোংথিবা থোক্কনিকো হাযবা চেকশিন ব্রাহৈগা অমদি মদু কবম্না ঙাকথোক্কদগে হাযবা থৌবাংগা লোযননা লৈ। "কোলচেস্তবদগী লন্দন ফাওবা সেপতেম্বব ২২গী নুংথিল অমদা থৌবদা ঐগী ইচানা মাগী ফম্ফম অদু খজিক্তং নেমথহন্নবা হাযবকখি, মদু মানা ঙাথনিংবদগীনি। মদু ঐনা তৌখি অদুগা ঐখোযগী কাব অদুগী মমাংদা খুদক্তা ত্রক অমা চপ্-লেপখি অমসুং ঐখোযনা মদুদা থোমজিনখি। স্তিযাবিংগী চাকা অদু পুমকোন কোনশিনখি, কাব অদু মমাং থংবা শকক্তা ফনা নিংথিনা কাযখ্রে। ইচাসু নত্রগা ঐসু কবি অমতা শোকখিদে। বাবানা ঐবু নোম্থনবা হাযখি। শেংলবা বিভুতি অদু ইশাদা যাওবমই, অমসুং ঈশ্ববগী মমিং শোঞ্জখি। খুদোংথিবা অদুবু কনবিখিবা ঈশ্ববদুগী মফমদা কোক নোঞ্জখি," অসুম্না ভিঃ কৃষ্ণমুর্তিনা ইবি।

প্রোফেসাব জি: বি: পিল্লাইনা ত্রিবান্দ্রমদগী মদ্রাস ফাওবা মচাগা লোযননা চৎখিবগী নুংঙাইববা ব্রাবী মতেক অমা পিবি। বাবাসি মখোযগী ইমুং-মনুংনা শোক ১৯৬১ দগী খঙলকখি অমসুং যাম্না থব্রাই যাওবা ভক্তশিং ওইববখি। শোক

১৯৬৯ গী ডিসেম্বর তাং ২৩দা মদুরাইরোমদা চৎপা মতমদা অঙকপগী মশক ফংনা চুথখিবা নোং অমনা মিনুংশি অমতা য়াওদনা ত্রেন অদুদা অকনবা চৈফু অমা পিখি। পম্বন থোং অদু ঈশিংনা তাওথখ্রে হায়বা য়াম্না নুংশা থিনিংঙাই ওইবা পাও অমা য়ৌরকখি, অদুনা ত্রেন অদু পুং ৩ মদুরাইদা খামখি, অদুবু মতুংদদি মদু চৎপা হায়না লেপ্পখি। মতম অদুদদি নুমিদাংগী পুং ৯.৩০ তাখরে অদুনা পিল্লাইগী কাংবুশিং অমসুং কা অদুদা তোংমিন্নরিবা ডাক্তর সি: কে: গোপিসু অহিং অদু তুম্নবা লেপ্পখি।

খঙ্গহৌদনা মৈ মুৎখিরমই অমসুং য়াম্না মখোল হৌনা পোকথায়বা অমা তাখি। মখোয়গী দবা অদু কাং-খোং চাইরমই, মচেৎ-মচেৎ কায়রকপশিং অদুনা মরাইবক থিরবা তোংলিবশিং অদুগী মথক্তা তাশিনলমই। প্রোফেসার পিল্লাইদু মখাদা ঙংদুনা চেল্লিবা তুরেল্ অদুদা তাখিরমই, কায়রকপা মচেৎ-মচেৎশিংদুনা ফুজিল্লমই, মহাক মশাদু সুম-সুম শ্বর ফুনশিল্লকপগুম তৌরমই। "ঐগী ইচাদুবু কদায়দা লৈখ্রবগে? ঐগী নুপী অমসুং ইচানুপীগী মরমদা খনখি অমসুং লাওখি, "বাবা-বাবা, ঐবু কনবিয়ু, ইচাশিংবু কনবিয়ু।" মদুমক অদুম থোকখ্রে। খঙহৌদনা ঈশিংগী ঈমায় হুম্থখিবগুম্ তৌখি, ইথক্তা নল্লম্বা ময়ামদু ঈশিংদা তাওথখিবগুম তৌই। "ঐগী খোঙ অসিনা লৈবাক্কা থেংনবা ঙমখি। ঐগী কোক্তু, ঙাওরমই, খোঞ্জেলসু ফাইরম্মি, ঐগী ফিরোলসু তাওথখ্রে। ঐগী ইচাবু কৌরমই, মহাক্না খুমলকখি!"

"বাবানা ঐখোয়গী ইথক্তা য়েংলমই!" খুদোংথিবা অদুদগী কলহৌরবা ডাক্তর গোপিনসু পিবা য়াবা লায়েং পিখি, মবমদি লৈঙোই অমসুং লৈখোম্না প্রোফেসাব অদু পুমলুপ্ লুপখ্রে। মতুংদা নিউমোনিয়াগী অনাবা অমা নারকখি, অদুবু বাবাগী থৌজালনা য়াম্না থুনা ফহনবা ঙমখি।

অইবা অসিদা থারকপা অয়াম্বা চিঠি খুদিংনা অসুম্না হৌবকই; "অতোপ্পা মিরাকল অমা থোকখি!" "সুসন হায়রিবা মশা মতোমতা শিজগে তৌবম্বদগী বাবানা য়াম্না অঙকপা মওংদা কনবিখিবা নুপা অসিগী মচানুপা কেবিন-কৌবা অমা লৈরমই, মহাক অদু অঙাং ওইবিঙৈদা ব্রেন্দা ওপরেসন্ তৌখিবদগী মশাদি কলহৌবে অদুবু মমিত্তি নামা তাঙহৌরে। নুমিদাং খুদিংগী সুসন্না বিভুতি খর মমিত্তা হাপ্পিখি। মমৈথংদা অঙাং অদুগী মমিত্তু অমুক য়েংবা মতমদা উবা ঙম্বগী শক্তি

লৈবকখি - "মাগী ফবিবা মিৎ অমদুনা নিংথিনা উবা ফংদ্রবা ফাওবদা মাগী তাঙলুববা মিৎ অদুনা পোৎ-চৈশিং উবা ঙমখ্রে।" মসি আমেবিকাগী প্রশান্ত সমুদ্র তোর্ব্বান্দা লৈবা সন্তা বববাদগী ইবকপা চিঠি অমদগীনি।

চাউবাক্লা চহি ২০ লোমগী মমাংদা নোংমগী অয়ুক অমদা বঙ্গলোবগী কলেজ অমদগী লাকখিবা নহাবোল কাংবু অমা থেংনখি, মখোয অদুনা বাবাদা চিত্রাবতিগী ওইথংবা তোর্ব্বান্দা লৈবা চীংথক অদুদা পুবিনবা হাযজখি। মখোযনা খনখি মদুদি মখোয়না অমুক্তংবু মদুদা যৌগ্রবদি, বাবানা য়াম্না ফাওববা মঙ্গে পাম্বি অদুদগী মখল মখা কযাগী উহে হেকপিগনি। হাযজবা অদুদা ঐসু য়াওবর্মই, অদুবু বাবাদু তৌগে হায়বগী মতাগুম্ ঙাইহাক্তংদি তুমিন্না লৈখি, অদুদগী শৎ হায়বকখি, "ঐনা দবকাব ওইবিবসি মদুগী উ পাম্বী অদুখক্তবা? উ অমনা হেক্তা য়াগনি।" ঐখোয় পুম্নমক্ আশানা ইশাসি থুন্দ্ৎখি। মহাক্লা ঐখোযদা অতোপ্পা পাম্বী অমদগী উহেশিং পিগনি অদুগা পাম্বী অদুবুনা ওমব ওইহল্লগনি' অদুবু মহাক্লা হাযখি, "নখোযনা কবিগীদমক ঐনা উ পাম্বী অমগী দবকাব লৈ হায়না খল্লিবনো? লৈঙোইসিসু অদুম ফববনি।" মদুনা তাক্লিবদি মহাক্লা তুবেলদগী মযামদা কবিগুম্বা খবদি পিবগনি' ঐখোযবু যামনা থুনমক থাজবা অদু মাঙহনখিবর্মই, "ঐবু তুবেল অমগী লৈঙোই দবকাব লৈব্রা? লৈঙোই অমনা হেক্তা য়াবা নত্রনে?"

প্রশান্তি নিলযমগী, বিলদিং শাবগী থবক চখবিবনিনা লৈঙোই গাডি মপোৎ কযা নাকন্দা পৈদুনা লৈবর্মই। "মসিদা লৈবিবা মপৈ অসিগী মথক্তা ফমলসি, শ্বামী'" ঐনা হাযখি। "লৈঙোই মনুংদগী কবিগুম্বা খব পুথোকপা অদুখক্তনা মিবাকলনি খনববা? লৈঙোই অসিবু অসুক যাম্না চঙদবা যাদববনে?" ঐখোয কবি হাযগদগে খঙখিদ্রে, ঐখোয়দি মিবাকল অমবু উববদি অদুম পেনবা তাবনি, খুৎনা ওৎপদা বিভুতি পুথোকপা ওইববসু। "নখোযনা মিবাকল অমা উননবা ঐনা কবিগুম্বা খব শেম্বা তাবিব্রা? নখোযনা হিংলিবা অসিমক্ ঐগী মিবাকল অমা নত্তববা?" মহাক্লা হংখি। অদুদগী মহাক হৌগৎখ্রে অমসুং চৎখ্রে, ঐখোয পুম্নমক্তা মহাক অসি অমতা ঙাইববা ঈশ্বব অদুগী অবতাবনি, ব্রহমানি, বিষ্ণুনি, মহেশ্ববনি হাযনা অঙকপা মওং অমদা থম্বিবম্লগা চৎখ্রে।

বাবাগী মিরাকল খুদিংমক থৌজালগী খুদোল অমমন্নি। মদু অশেংবা উং অদু খজিত্তুং পুথোকপনা ওইবা য়াই, শিতামিশ্রি মচেং অমনা ওইবা য়াই, ঐখোয়গী মাঙদা পুথোকপা ফোটো অমনা ওইবা য়াই; মদু উং হৈথবনাওইবা য়াই, নত্রগা শিন্দুর থোরকপনা ওইবা য়াই; মনম নুংশিবা চা-চন্দন নত্রগা অমৃত ফোটো মথক্তা থোরকপনা ওইবা য়াই; নত্রগা লৈমায়দা লৈবা উং মথক্তা ওঁম নত্রগা লিঙ্গ নত্রগা লিক অমদগী অরেপ্পা লৈতনা মনম নুংশিবা থাও নত্রগা অমৃত থোকপনা ওইবা য়াই। নঙনা পুজা তৌরিবা পিকচর অদুগী মখুত্তগী চে মচেং ময়াম অমা পাওতাক নত্রগা ব্রার্নিং নঙনা খঙগদবা লোন্দা ইরগা পিরকপনসু ওইবা য়াই। মদু নঙনা তুমদ্রিঙৈদা পিরকপসু য়াই, তুপ্লিঙৈদসু য়াই, মঙদসু য়াই নত্রগা লাইরিক ওইনা পোষ্ট ওফিস্তগী, নঙনদি চেনখিদবা। মাগী মমি-শক্তম্ অমা মিকুপকি ওইনা, নত্রগা ঙাইহাক কুইনা, অদুবু, মদু মতম পুম্নমক্তা মাগী নুংশিবা প্রেম অমসুং চীংলেপ্পগী খুদম্নি।

নঙনা হেন্না পাল্লিবমখৈ মহাক্লা হেন্না অদুম পি: মহাক্লা হেন্না পিরিবমখৈ, নহাক হেন্না অদুম চাউখৎলি, নহাক্লা মনাক্তা হেন্না নকশিল্লিবমখৈ, নহাক্ হেন্না মহাক্কা মান্নবকই।

"নখুৎ হাঙ্না লাকউ", বাবানা হায়। নখুৎনা পায়রিবা পোৎ পুম্নমক্কু লঙথোকখ্রো; তোংবা নত্রগা মাঙবগী থবক্তা শিজিন্নরক্লিবা নখুত্তা পায়রিবা শান্নপোৎশিংদু হন্দোকখো। বাবাদি পিবগতা নুংঙাইজবনি। মহাক্তি ঐখোয়না পুজা তৌরগা নত্রগা পামজরগতা পেনবা নত্তে, মরমদি ঐখোয়গী থাগৎপা অদুনা মাগী মতিক মগুণদা করি অমতা ময়েং তাহনবা ঙমদে। মহাক্তি অহাঙবা খুৎশিং অসি পিক থন্না হাপ্পিরগা মতম কুইনা নুংশিনা, নুংঙাইনা লৈজবদুনা হেন্না হরাওজে; অহাঙবা থম্মোয়দু মতম কুইনা নুংঙাইজবা; অহাঙবা পুক্সি অদু কান্নবা মচাক অমা পুথোকহনবা; অহাঙবা বাঁসিগী উতোং অদুদা নুংশিরবা শ্বরনা থলহনবা।

খুদোল খুদিংমক্লা ঐখোয়বু ইনৌ-নৌনা অতোপ্পা খুদোল অমগীদমক থৌরাং তৌহল্লি, মরমদি অর্থ লৈতনা পোৎ অমা পিদে। মদু ঐখোয় খুদিংমক্লা অচুম্বা থিনবা হোৎনবদা মাঙলোমদা চঙশিনবদা খুদোং চাহন্নবনি। মহাক্তি পিথোকখ্রগা ময়েং তাদে; ঐখোয়না ফংজনবগী শক্তি অদুসু সিমানা লৈতে। মবম অদুনা মীওইবনা দরকার লৈবশিং, অরাম্বশিং, অমসুং ফংনিংবশিং থাদোকই অদুগা মমৈথংদা মাধব হায়বদি ঈশ্বর মশামক্ ওইরমই।

# সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

সাই ভক্ত ময়াম অমদা ব্রা ঙাঙবদা ডাক্তর ভগবন্তম্মা ঙরাং-নহালতা হায়খি মদুদি চহি ১-মুক্কি মমাংদা ভগবানগী কলরগী অফবা ফোটোশিং ফংলমদে। মবম অদুনা মাগী মচানুপানা বাবাগী ফোটো অমগীদমক নিজখি। মচাগী নিজবা অদু খুদক্তা ভগবান্না লিঙ্গ অমা পুথোক্লুনা পিবিখি। মসি অশেংবা হায়বা পোৎশক অদুগী নুংগী ওইবা শক্তম উৎপগী ইঙ্গিৎ অমনি, তাকপনি।

খোঙফম অমদা ভক্ত খরনা বাবাগা লোয়ননা চীংখোঙ অমদা ফম্মিন্নখি অমসুং বাবাগী মখুত্তা নুং মচা খর পায়রমই অমসুং মদু ভক্ত অমদা লংখিরমই, মদু লোয়নমক্ শিতামিস্ত্রি ওনখি। মদু উবদা ভক্ত অদুনা বাবাদা হংখি মদুদি মহাক্না নুংশিং অদুবু শিতামিস্ত্রিদা ওহ্লোকপা ঙন্নবনিনা মখোয়গী মমাংদা লৈরিবা চীংজাও পুন্নমক্তু মহাক্না শিতামিস্ত্রি ওইনা ওহ্লোকপা ঙমলোইদ্রা? বাবানা খুমখি, "মদু তৌবা ঙমই, অদুবু মদু দরকার লৈতবদা করিগী মাগী মথৌদা খুৎ থিংজিনগদৌরিবনো?"

অওইবমক্কি, মহাক্না পোৎশক অমা শেম্মিংবা মতমদা কবিগুম্বা পোৎ নত্রগা খোঙথাং অমতা দরকার তাদে। মহাক্কি সনকলপ, অনিংবা, অদুনা অথোইবনি। খোঙফম অমদা, বাবানা ভক্ত অমদা আধ্যাত্মিক্কি মরমদা ব্রা ঙাঙলমই অমসুং ইখঙ্-খঙহৌদনা ভক্ত অদুনা মাগী মতম্বাক্তা অঙাংবা হৈতুপ্ অমা ফংজখি। ভক্ত অদু ঙকখি অমসুং বাবানা মঙোন্দা হায়খি, "নঙনা ঙসাই ঐঙোন্দা হান্ননা চরা ব্রাল্লক্লি হায়খিবা নত্রা? মদু হৌজিক চাবো, মরমদি নঙগী ঙসি অয়ুক্কি চাক্লেন্দি পুং খরগী মতুংদা চাবগনি।" মসি করিগুম্বা পোৎ অমদগী ওহ্লোক-ওনশিন তৌবগা নত্রগা মখুৎ ওৎলগা পাঙথোকখিবা নত্তে।

*"ঙাইহাক্কি ওইবা নুংঙাইবশিং অসি থাদোকউ; নশামক্ থৌনা ফনা-ঈশ্বরদুদা, পামশিল্লু, চাঙদম্লিংঙাই লৈত্রবা অমদি অতৎ-অখম্ লৈত্রবা, চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবগী ঈপাক অমদা লৈযু"*, বাবানা হায়বি। 📖

# অসুক্কি মতিক থৌজাল হৈ!
# অসুক্কি মতিক থৌজাল হৈ!
# (So kind! So kind!)

শোক ১৯৭০ গী মনুংদা প্রশান্তি নিলয়মদা কনফরেন্স অনী ফমখি; সেবাদলগীনা ওক্তোবর থাগী দশরা কুম্মৈ মনুংদা ফমখি অদুগা সত্য সাই সেবা ওরগেনাইজেনগী ভারত পুম্নমক্কি ওইবা তোঙান-তোঙানবা মশাশিং অদুগী থৌ পুবাশিংগী মীফম্না নবেম্বর থাদা, মপোক কুমওন পালন্গী মতমদনি। মীফম অনীসিমক্তা বাবাগী পান্দম অমসুং পাওজেলবু মপাল মরা তাহনবদা অমদি শন্দোকপদা য়াম্না মতেং পাওখি। তুরেল পুম্নমক্তা মশা মতোমতনা সমুদ্রদা চেন্থজনিংবগুম্না, মীপুম খুদিংমক মশা মরোমদোম ফগৎহন্নিংবদগী হায়নরুবা লৈতনা, মথৌদাং ওইনা অমগা অমগা তেংবাংনগদবনি, মশা-মশাগী ওইবা চাউবা-পিকপা নত্রগা লাইরবা ইনাকখুনবগী ব্রাখল থাদোক্লরগা আধ্যাত্মিক্কি পম্বুং অদু য়ৌননবা; মসিনি বাবানা লন্নায় মীওই অমনা ঈশ্বরদা তিঞ্জবা য়ানবা পায়খৎলিবা থবক থৌরমসি। কনাগুম্বা অমনা মশা মথন্তগী ওইনা ঈশ্বরবু থিজববদি, সমাজগী অতৈ মীওইশিংবু থাদোক্লুনা অমসুং সমাজগী থবক থৌরমশিংবু থাদোক্লুনা, *অদুগুম্বা মীশক অদুবু বাবানা অতোনবা সাধক অমনি হায়না খল্লি।* ঈশিং মরিক অমখক্কি ওইরবদি মদু য়াম্না থুনা মনিল্ ওনখি। মদু নুমিৎকি মৈশানা সমুদ্রদগী পুখৎলকখিবনি, অদু ওইরবসু মহাক সমুদ্র য়ৌবা ওন্নরোই; করিগুম্বা মহাক্তা মাগী মরী মতাশিং অদুগা চৎমিন্নদ্রবদি, তুরেল/ খোঙনুং মচা অমদা তিল্লুদ্রবদি, মদুনা অমুক্ ঈচেল নাইনা তুরেল অমদা তাদুনা

চেম্থখিদ্রবদি। বাবানা হায, "সমাজ অসি লাং থাকপনি খনগনু, নত্রগা লৌনমনি খনগনু নত্রগা মিৎ নাকোং থকহনবা লাং অমনি খনগনু। *প্রেম যোগ হাযবদি নুংশিবগী লম্বীদা চৎপা হাযবনি সমাজ মনুংদা লৈমিন্নবিবা মযাম অদুবু সেবা তৌবা হাযবনি, মদুবুনি খ্বাইদগী ফববা সাধনা হাযবিবসি।"*

সেবা হায়বসি ঐগা মহাক্না (ঈশ্বরগা) অমতনি হায়না খঙগ্নবা মীওইশিং, মসিগা মদুগা খেন্নবা লৈতবনি খঙলবশিং, শেম্বিবিবা মপুগা-শেম্লিবা পোৎশক্না অমতনি খঙলবা মীওইশিং, শক্তিগা পোৎচাক্না অমতনি খঙলবা মীওইশিংগীদমক্তদি মশানা অদুম ফোংদোকচবকপনি। মসিগী পুম্নমক অসি অমতনি হায়বা ব্রাফম অসিনি সনাগুম্লবা নিযম অদুগী হৌনফম্ যুস্ফম ওইখ্রিবসি, — নহাক্না মীওোন্দগী পাম্বা মিৎয়েং নায়েং, শাজৎ-নিতি অদুমক্ মী অদুদা চৎলু।"

"নুংশিবা হাযবসি ঐগী তোপ-তোপ্পা খুদম্মি, শাক্তিনানি, মচাক্কি ওইবা পোৎশক শেম্বনা নত্রগা ঐগী অনিংবা শক্তি শিজিন্নদুনা নশা ফহনবনা অমদি নুংঙাইহনবনা ঐগী শাক্তিনা ওইদে। নখোযনা মিবাকল হাযনা কৌবিবা অদুনা ঈশ্বরগী খুদম্মি হায়না নখোযনা খল্লি। অদুবু, নখোয পুম্নমকপু ওক্লিবা নুংশিবা, ঈশ্বরবু থিবিবা পুম্নমক্কি মনাক্তা চেনশিল্লিবা, শেংলবা লম্বী অদুদা চৎলিবা মযাম অদুগী খুদোংথিবা অমা লাকপা মতমদা মদু লৌথোক্লবা চেনশিল্লিবা, অদুনা ঐগী অশেংবা শাক্তিনানি। থবক খুদিংমক নুংশিবনা থলহল্লু। *নহাক্কি ব্রাখলনা, ব্রাহৈনা নত্রগা থবক্না কনাগুম্বা অমদা শম্না অমগী নুংঙাইতবা পোকহনগনু। মসিনা নহাক্কি সাধনা ওইযু, মবমদি নহাক পুম্নমক অদুনি;* নহাক্না অতোপ্পদা শোকহনবদা, নুংঙাইহন্দবদা, নশাদা শোকহনবনি। নহাক্ সাইনি অমসুং অতে পুম্নমক্তসু সাইনি। হকচাং অদুগী মিৎ অদু খুৎ অদুনা কবম্না খোৎতোক্কনি? নহাক্কি থম্মোযদা নুংশিবগী থাংমৈ থানগৎপা ঐহাক লাকপনি, মৈ অদুগী মঙালনা মীপুম্ খুদিংদা য়াওবিবা সাই অদু উননবনি।"

ভাবত পুম্নমক্কি ওইবা শ্রীসত্য সাই সেবাদলগী মিফম অদু হাংদোক্লদুনা বাবানা হাযখি, "মীপুম খুদিংমক্ ত্রযম্বকমনি হাযবদি মমিৎ অহুম পানবনি হাযনা লৌ, মদুনা 'অনিংবা-থবক-জ্ঞান', 'তৌবিবা মী-মথৌ-লোয়ববা থবক্', 'থৌনা

অফবা মগুণ-লৌশিং' ওইনা শক উৎলিবা মীৎ অহুমদুনি হায়না লৌ। মখোয়দা লৈবিবা ঈশ্বরদু খঙউ, অদুগা নঙনা অঙম্বা সেবা তৌ, অফ-ফত্তগী জ্ঞানগা লোয়নননা, তৌদবা য়াদে হায়বগী অকিবসু লৈতনা অমসুং অমুক হল্লক্কনি হায়বগী ৱাখলসু য়াওদনা। মদুগীদমক্ শক্তাক ফি শেৎপগী দরকার লৈতে, নত্রগা বেদজ্ঞ থেৎপগী দরকারশু ওইদে। অৱাবা তারবা মী অমনা হায়জরকপা ঙাইহ্বগী দরকার ওইদে। পিবা অমসুং ঙাকপিবনা নশাগী হৌনশা ওইবনিনা, নহাক্কি নমিৎ অদুদা মিনুংশিগা লোয়নননা য়েংউ অদুগা নচিন-ননাও ওইবগী তেংবাং অদু পিয়ু। *সেবাগী গর্ভ মনুংদা নুংশিবা প্রেম পোকপনি; নুংশিবা হায়বদি ঈশ্বরনি। মসিগী অচুম্বসিনি ঐনা তম্বিবা লাক্লিবসি। মিনুংশি যাওখ্রবা থম্মোয়শিংদা নুংশিবগী মরুশিং চাইথোকউ, মখোয়শিং অসিনা নুংশিবগী লৌশিং শাংকনি, মদুনা অকোয়বদা লৌরিবা নুংশিং অদু মনম্ নুংশিহনগনি;* নুংশিবগী মরিক-মরিক্লা নোং ওইনা তারক্লবা মতমদা, নুংশিবগী তুবেলনা তম্পাক্তা যাম্না হরাও-নুংঙাইনা তোরোং-তোবোং লাওনা চেম্থগনি; মতম অদুদা অঙাং খুদিংনা, উচেক, শা-অমদি নূং মচাশিং অদুনা নুংশিবগী ঈশৈ শক্কনি"। নুমিৎ অদুগী বাবাগী নুংশিবা প্রেম্না থুম্নাৎলবা পাওজেল অদু তাখিবা নহাবোল নুপা-নুপী ৭০০ অদু ময়াদা হ্য়িং চঙবা খঙখিদ্রে।

মীযাম অদুনা বাবাগী ৱাফমদুদা ফাওনখিবা পুক্লিংগী ফিভমদু আমেরিকাগী সাধক অমনা অসুম্না তেন্না হায়খি, "সাইগী ৱাখললোন্না লমজিং ওইবগা ঐখোয কখোক্লবা সেবাকাবি ওইবসি। আত্মাগা ঈশ্বরগা তিন্নবগী থবক ওইবিবা যোগ অসি থবক ওইনা পাঙথোকপা মীশক্ ওইবসি।" তোঙান-তোঙানবা দিষ্ট্রিক্তা লৈবা সেবাগী কাংবুশিংনা মীফম অদুদা মাগী মাগী রিপোর্ট পানখি অদুগা সব-কমিটিগী কনভেনরশিংদুনা মখোয়না পাঙথোক্লিংবা বাফমশিংসু মযাম্ খন্ননবা থমখি। শ্রীনকুল্সেন্, I.C S না দালগী মেম্বরশিংদা সেবাগী মনুংদা যাওবিবা আধ্যাত্মিক্কি ৱাখল অদু ময়ামদা নিংশিংখি।

সেবাদলগী মেম্বর খুদিংমক্লা ধ্যানগী মরমদা নিংথিনা খঙনবা অমদি মিংথৈ রোল শোম্বগী কোকঙমদ্রবা খৌবাংবা অমা লৈগদবনি হায়না কন্না হায়খি। "নশা নথন্তা নিংথিনা শান্তি লৈজবা ঙমদ্রবদি, নহাক্লা অতোপ্পগা শান্তি লৈবা ঙম্লোই।

অদুগা, খুদোল পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী চাউবসি শান্তি নত্রা, লন্ পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী অথোইবা, মমল যাম্বা পোৎশিবু শান্তি নত্রা?” মহাক্না হংখি। বাবানা হাযখি মদুদি সেবাদলশিংনা পাযখৎপা য়াবা থবক থৌবম পবেং অমা সবকমিটিশিংনা পিগ্নে - ঈদান তৌবা, লাইবিক তম্বিবা, অমোৎপা শেংদোকপা, মন্দিরগী অকোয়বা মফমশিং শেংদোকপা, জেল্ মনুংদা ভজন শকপা, বিমান্দ য়ুমশিংদা লাইবিক তম্বিবা, হোস্পিটালদা অনাবা লৈফমদা চৎপা, অশোক অপন্দা অহানবা-লায়েং তেংবাং পিবা, মৈ-চাকপা কনবা, ধর্মগী অশেংবা মফমশিংদা যাত্রিকশিংনা ত্রেন্দগী কুমথবকপদা মতেং পাংবা অসিনচিংবা। অসিগুম্বা থবক থৌবম খুদিংমক্তা নহাক্না সাইবু মাগী তোঙান তোঙানবা মওংদা সেবা তৌবিবনি হায়বা ৱাখল অদুগা লোয়ননা থবক তৌগদবনি।”

মতাং অসিদা হিলদা চার্লতোন্না ইবকপা চিঠি অমা পনবদা মতাঙ চাবমান্নে নিঙই; “বাবানা ঐঙোন্দা হাযবিখি - পৃথিবী অসিদা নকোক ৱাংনা থাঙ্গক্তুনা চৎলু, ৱাখল আশা চাউনা, থম্মোয অদুনা নুংশিবা প্রেম্না মবাং কাযনা। নশাবু থাজৌ অমসুং নঙ্গী মনুংদা যাওবিবা ঈশ্বর অদুদা থাজৌ। অদু ওইববদি পুম্নমক অফবা ঙাক্তা ওইবগনি। নঙনা হেক যেংবা মফম খুদিংমক্তা ঐহাক লৈবমগনি। নঙনা হেক চৎপা মফম খুদিংমক্তা ঐহাক মফম অদুদা লৈবে। নঙনা উনিংবা মী অমা হেক্তা উনবদা, ঐহাক্ মী অদুদা লৈবে। ঐহাক খুদিংমক্তা লৈবে। খুদিংমক্তা ঐনা পাওখুম পিগনি। নঙনা ঐবু মফম অমদা উবা ঙম্লোই, অদুগা মফম অমদা ঐঙোন্দগী নাম্থোকপা ঙম্লোই। মবমদি, ঐহাক্না মফম পুম্নমক্তা পিক্ থলহল্লি। নঙনা ঐঙোন্দগী নাম্থোকপা ঙম্লোই; নত্রগা কবিগুম্বা অমতা লোম্না তৌবা ঙম্লোই। মবমদি, ঐঙোন্দগী নত্রগা ঐঙোন্দা অবোনবা অমতা লৈতে। ঐগী নিযমশিং অসিগা পুবা চাননা লৈয়ু, অদু ওইববদি অঙকপা কযা থোবক্কনি।” ৱাফমশিং অসিনি কনফবেনস মনুংদুদা নহা ওইবিবশিংগী থম্মোযদা যৈখিবা খোম্থাংশিংদু।

মখোয ৭০০ অদু দশবাগীদমক লৈথখি, অদুনা থবক ওইনা পাঙথোকপা পাওতাক কযা মপু-মশামক্তগী ফংজখি। নুংথিলগী মীফমশিংদনা, মহাক্না থৱাই-আত্মাগী মবমদা ৱা ঙাঙখি, মসিগী অমতা ওইবা অমদি থৱাই পুম্নমকসি মান্নে, অমতনি হায়বগী মবমদা ঙাঙবিখি। “ঙসিদি স্কুলগী অঙাং খুদিংমক্না নুমিৎকি,

থাগী, থৱাম্নিচাক্কি অমসুং অহাঙ্‌বা অসিগী খ্বাইদগী অরাপ্পা মতায় অদুগী মরমদা খঙলে। অদুবু, পুম্নমক্‌ হৈরবা, খঙলবা পান্দিত ফাওবনদি ইচম চম্বা ৱাহং অসিগী পাওখুমদি খঙদ্রি : "ঐহাক কনানো নত্রগা করিনো? ঐ হায়বা ৱাহৈ অসি খ্বাইদগী হেন্না শিজিন্নবা ৱাহৈনি, ৱারী-ৱাতায় শাবদসু খ্বাইদগী তোয়না হন্না হন্না শিজিন্নবা ৱাহৈনি, ঐনা উখি, ঐনা চৎখি, ঐনা তাখি, ঐহাক লোক থুংলে, ঐহাক পাইলোত অমনি, ঐ শাওরে, ঐ মদু তুক্কচৈ, ঐ ৱাঙই... গুণ ময়াম অসিবু য়াওরিবা ঐ হায়বসি কনানো? উপনিসদনা লাউরি মদুদি ঐ হায়বসি মী ওইনা উরিবা নাইতোম অদুবু নত্তে; মহাক্না কায়দোংলিবা হকচাং অদুখক্তগী নত্তে। মসিদি খ্বাইদগী পাকচাউখ্রবা মখলদুনি, লেঙদনা লৈরবা পুমশুপ শুপ্পা, পরমাত্মাদুনি। মসিদি মফম পুম্নমক্তা শিন্থুংনা লৈবা, জগৎকি থৱাই ওইরিবা সত্‌-চিত্‌-আনন্দ অদুনি।" বাবানা অতোপ্পা নুমিৎ অমদা সত্‌-চিত্‌-আনন্দগী মরমদা খব মপুং ফানা ৱা ঙাঙবিখি; *"ঐ হাযবিবসিনা পাঙথোক্কদবা অপাম্বা নত্রগা পুক্লিংগী অনিংবা অহুম লৈ:(১) ঐ হিংগদবনি, মসি শিবা নায়দ্রবা, সত হায়রিবা অদুগী ময়োলদগী পিবকপা ৱাফম্নি। (২) ঐ খঙগদবনি। মসি ঐহাক হাযবসিনা মৈরি অমা ওইরিবা পুম্নমক খঙবা হাযবদুবু হন্না নিংশিংবা চিত্‌ হায়বনি। (৩) ঐ নুংঙাইগদবনি। মসি মশা অদুদা য়াওজববা নুংঙাইবা, আনন্দ হায়বদুগী শাক্তিনি।"*

বিজয়াদসমিগী মতুংদা ভক্তশিংনা নিলয়ম্‌ থাদোক্লরকপা মতমদা বাবানা হায়খি, "নখোয়না চাবদৌনা ঐসু চায়, নখোয়না কোয়চৎ-চৎপগুম্‌ ঐসু চৎলি, নখোয়গী নবোলদা ঐনা ৱা ঙাঙই অমসুং নখোয়না খঙবা ঙম্বা মওংদা শাজৎনিতি চৎলি, মদু নখোয়গীদমক্তনি, ঐগীদমক নত্তে। ঐনা নখোয়বু ঈশ্বররোমদা চঙশিন্নবা লমজিংই, নখোযগী থাজবা ফংলগা, নুংশিবা ফংলগা, নখোয়গী মরক্তা লৈরগা, নখোয়গুম্বা অমা ওইনা লৈরগা। *ঐগী অনিংবদি নখোয় অসি নৌনা অমুক্‌ শাদোক্তুনা ঈশ্ববু পাম্বা মীওই ওম্থোকহনবনি, মদুনা নশাগী চপচাবা অশেংবা শক্তমদু মশক খঙজনবনি, জগৎ অসিগী অশেংবা শক্তমদু খঙজনবনি,* মদু নশাগী অচুম্বা শক্তম অদুগী মমিনি। চৎলিবা, লৈবিবা হায়বদি *লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক অসিগী খুদিংমক্তা নুংগী হৌনফম ঈফুৎ অদু ঐহাক্কি। ঐহাক্‌ অসি পুম্নমকপু চৎহল্লিবা, নোমহল্লিবা শক্তি অদুনি। ঐহাক অসি খঙলিবা মীদুনি, খঙলবা*

*পোৎশক অদুনি, খঙহল্লিবা লৌশিং অদুনি।* অদুবু, ঐহাক্না যাম্না মচিং নাযবদৌনা শক্তি উত্তে নত্রগা নখোযবু চময়হন্দে। ঐহাক্তি খুদম অমনি, পুক্লিং থৌগৎহনবনি, পাওতাক অমনি। ঐগী পুম্সি অসিদি পিবিবা পাওজেল্ অসিদা তাংকক্ খুদিংদা থিন্দুনা তাকপদনি, Commentary পিবতনি।"

শোক ১৯৭০ গী মপোক কুমওন্ পালন। বাবানা সাই সেবা ওবগেনাইজেসনশিংগী থৌ পুবশিংদা, ভক্তশিংনা বাল-বিকাস পাঙথোকপদা, সেবাদলগী থবকশিংদা, মহিলা বিভাগতা, স্তদি সার্কলদা, ভজন-কাংবুদা অমসুং নগবসংকির্তন্ কাংবুদা মতেং পাঙনবা যাথং পিখি।

বাবানা হায়খি, "মসিগী ওবগেনাইজেসন অসি যাম্না পাকচাউনা শন্দোকখ্রে। চাউবাক্না মী ৩,০০০ লোম্ কনফবেন্স অদুদা শরুক যাখি, প্রেসিদেন্ত অমসুং সেক্রেটবি খক্তমক মীফম যাওহনখি, মহুৎ শিনবা মী অমতা যাওহনখিদে। যাম্না মপুং ফানা নৈনববা মতুংদা নখোযগী লম্বী খল্লু অদুদগীদি পান্দম অদু যৌনবা মদু থাদোক্কনু। *সত্য সাই ওবগেনাইজেসন অসি নুংশিবা অমসুং অহিংশাবু নুংতিগী ওইবা থবকশিংদা ওস্থোক্লবা লিঙখিবনি।* অদুগা তঙাই ফদবা সমস্যা মবিদসু থিজিনবদা মতেং পাঙনবসুনি। হকচাং, মসি কবিনো? ঐ অসি মসিবা? নত্তে। অদু ওইববদি ঐ কনানো? অমসুং অবোইবদা, মসি তৎ হাযবদুবা? মসি হাযবগা তৎ হাযবসিগা তোঙানববা অমসুং খেন্নববা? মুনিশিংনা পিবা অচুম্বা পাওখুমদি সোহম্নি-তৎ হাযবসি ঐনি। মাঙবা নাযবা হকচাং অমসুং অবেপ্পা লৈতনা চৎখ্রিবা পুক্লিং অদুবু নঙনি হাযবগী মহুত্তা, অবেপ্পা লৈতনা চৎখ্রিবা দৃশ্য অদুদা লেঙদনা যেংলিবা শাক্ষি অদু ওইযু।

ধর্ম পুম্নমক্কা নুংশিবা অমসুং অ হিংশাবু থাঙ্গৎলি অমসুং থিজিনবা অসিদা পুক্লিং থৌগৎলি। সাই ওবগেনাইজেসন্দি ধর্ম পুম্নমক্কি মীওইশিংগা থবক তৌমিন্নগদবনি। *"নঙগী নশাদা নুংশিবা প্রেম লৈববদি, নহাকপু মী পুম্নমক্কা মফম পুম্নমক্তা তবাম্না ওকপিগনি। ঐহাক্না লাক্লিবসে পৃথিবী পুম্নমক্কি নুংঙাই-যাইফনবগীদমক্তনি, অদুনা নখোযনা যামনা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নববদি, যানদবা হাযবদু অমতা লৈববোই অমসুং নখোযগী থবকশিংনা ঐবু শোযদনা*

*পেলহন্নগনি।"* কনফরেনস অদুগী অয়োইবা নুমিত্তা, বাবাগী মখুত্তা দিলিগেতশিংদগী ব্রাহং পরেং অমা লৈরমই। পাওখুম অদু শন্দোক্না তাকপদা মহাক পুং অনিয়োম মতম লৌখি। *পুক্লিংগী মওংসিবু কমদৌবা জাংনো? কমদৌনা জগৎ অসি শেমখিবগে? অতোপ্পদা সেবা তৌরগা করম্না সাধনা ওইগদৌরিবনো?* জপ্‌গীদমক্ করম্বা মমিংনা খ্বাইদগী হেন্না ফবনো? *করম্বা যোগনা ঐখোয়বু খ্বাইদগী ওনা ঈশ্বরগী মনাক্তা য়ৌগদগে? মেদিতেসন্দা পরা নাইরগা তম্বগী দরকার লৈব্রা?* মুসলিম থৌপুবা অমনা কদায়ফাওবদা মহাক্না ভজন্দা শরুক য়াবা ওম্বগে? বাবানা হায়খি মদুদি মী অমতনা মশাগী য়ানিংবগী মায়োক্তা হায়বদি য়ানিংদনা থবক তৌরোইদবনি। মদু তৌবা তারবদি মদু তাংনি, তৌশিন্নবনি, মদু ঈশ্বরগী মফমদা পাপ্ তৌবনি। প্রেমযোগনা মী অমবু ঈশ্বররোমদা পুশিনগনি। কনা অমতনা অতোপ্পা অমবু মেদিতেসন্দা তম্বিবা ওমদে নত্রগা তম্বিরে হায়বসু য়াদে। মসিদি পুক্লিংগী মতৌ অমনি। ঈশ্বরদি অমতনি, অনীগুদে। মহাক্তি হোংদোক্ হোংজিন তৌদে, নহাক্না মাবু লাৎচরিবা মমিং অদু হোংদোকপা মতমদা মহাকপু শোকহনবা ওমদে। সেবানা ময়াম্বি হায়না লান্না উহল্লিবা মায়খুম অদু লৌথোকহল্লি, তুম্বনা মও মওহল্লি, *মায়া হায়রিবা ঈশ্বরগী শুক্নাংনবা শক্তি ওইরিবা অদুনা ওইদবদা ময়াম ওইনা উহনবনি। পুক্লিং হায়বসি মদকি অকোয়বদা য়োমশিন্দুনা লৈবা অপাম্বা চবুন অমনি।* জপ্ অমসুং ধ্যান্ তৌবদা, ভজন অমসুং সেবাদা মায় পাক্তবা য়াদে হায়না খল্লু। হায়রিবা হিরমশিং অসিদা অতোপ্পগী ফিদম ওইয়ু, মদুনা মীয়াম্বু য়াহন্নবা অমসুং লমজিংনবা লম্বীনি, পাম্বৈনি।

অরেপ্পা মায়গৈ, মাইওন লৈতবা মদ অদুগী মরক্তা নহাক্তি পুক্লিং অদু চাং অমদা থমগদবনি। নহাক খুদক্তা লাকপা অনিংবা নত্রগা অশাওবা ব্রাখলদা তারোইদবনি। ইন্দ্রিগী অমদি সংসারগী ওইবা পোত্তা লৈরম্বা অপাম্বদু ঈশ্বর পাম্বারোমদা ওনশিনগদবনি, মদুনা চাংজৌ নায়দনা নুংঙাইবা অদুগী মহাওনা থম্মোয় অদু থলহন্নবনি।

"ঐহাক মীপুম খুদিংদা লৈ অমসুং থবক খুদিংমকপু য়েংশিল্লি হায়বা ব্রাখল অসিনা নওগী সেবা অমসুং নৈনবগী সাধনা অদু চুম্না চৎহল্লু। ঐহাক্না ওরগেনাইজেসন অসিগী হেন্না থব্রাই য়াওবা কাংবুশিংনা মখোয়না পাওথোকপ্রবা

থবকশিং অদুগীদমক্ নুংঙাইজবদু পামই অমসুং মতুংদা তৌরক্কদবা থবক্কিদমক হৈনিং-হবাওবা পোকহন্নিঙই। নুংশিবা, ব্যবহার, খাঙবা, অমগা অমগা তেংবাংনবা, ঙাকপিহৈবা পুন্নমক অসি পুন্নমক্কি থম্মোয়দগী থোরক্লগা পুন্নমক্কি মফমদা চেষ্টহনখিগদবনি। নখোয় পুন্নমক্ হক্কচাং অমতগী হায়বদি-সাই হক্কচাংগী তোঙান-তোঙানবা কায়াংশিং অদুনি।"

সমুদ্র খাংমদগী লাকখিবা ভক্ত পুন্নমক্ ঈশ্বরবু পুজা তৌজনিংবগী খাখলদা তাওথরে হায়বসিদা অঙকপা নত্তে, অমসুং দশরা মনুংদা মখাগী ঈশৈ অসি অপুনবা খোম্লোক্তা শকখি :

"সাই বাবা! সাই বাবা! অসুক্কি মতিক থৌজাল হৈ! থৌজাল হৈ!

মহাক্কি ঐখোয়গী ইমানি, ইচে-ইচলনি, ইবুং-ইপ্পানি
পুন্নমক্ অমতদা পুন্নদুনি!
মহাক্কি পৃথিবীনি, নুংশিংনি, অমসুং ঈশিংনি
থানি অমসুং নুমিৎনি,
সাই বাবা, সাই বাবা,
অসুক্কি মতিক থৌজাল হৈ, থৌজাল হৈ
মহাক্কি পুন্নমক্তুনি ঐখোয়সু অদুম ওইরগনি-
ঐখোয়সু অদুম ওইরকপ্রবনি-
ঐখোয় মসিদা লৈরে ঙসি অমসুং হয়েং,
মদু মানা ঐখোয়বু উনবা হোৎনবদা তেংবাংনবনিঃ
সাই বাবা! সাই বাবা! অসুক্কি মতিক থৌজাল হৈ! থৌজাল হৈ!

বাবাগী মোত্ মতুংইন্না, সাধনানা ঐখোয়গী নুংগী অশেংবদু পুথোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাঙই; মদু শক্লায়দবা অমনা নত্রগা পোৎশক অমনা য়োমশিন্দুনা লৈবগুম উহল্লি। ঐখোযদি হায়বিবা পোৎশকশিং অসিগী খাখলদা লৈরগসু, অবতারদি মসিগী খাংমদা লৈ অমসুং মসিবু খুদুম চল্লি। ঐখোয়না পোৎশকশিং অসিগা অমতনি হায়না খঙলকপা মতমদুদগী ঐখোয কুমথরকপ্রবনি অমসুং খেন্নবা লৈ হায়বসিদা কান্নদবদা থাজখ্রবনি। পোৎচাকশিং অসি অচুম-

চুমদ, অফ-ফত্তগী ৱাখললনা, পামদবনা, থিজিন্বনা থিনগাইগদবনি; মদু ইশা অসি শাগী থাক অসিদগী ৱাংখৎহন্নবনি।কবিগুম্বা মতমদা থৌবম অসি পাঙথোকপা মতমদা য়াম্না লুনা মপান মবা তাঙ্গবা ওইদবা, মদ অদুদা ঐখোয়বু তাহল্লি, মদু খ্বাইদগী অরোইবা খুদোংথিবা, অপনবা ওইহল্লিবা মদ হায়বদুনা ঐখোয়বু ঈশ্বরগী ৱাখলদগী লাপ্না থমখিবননি। পুক্লিং অসি চপয়ুংনা ফাজিল্লগা অমদি লেঙদনা তুমিন্না লৈরগা, খুদোংথিবদু জয় তৌবা ঙমগনি।"

মপোক কুমওন হেক লোয়খিবগা বাবানা বঙ্গলোরদা চৎখি, অমসুং বৃন্দাবন্দা লৈখি। মথংদা দিসেম্বরদা করি থোকখিবগে হায়বসিদি চাউব্রবা থৌদোক অমা মশানা অদুম ওইজগ্রে। 📖

ওঁ সাই রাম

***************************************

*ফত্রবা গুণশিং তুকচবা, মীহৌবা অমদি নমথাক্লা হৌবা ঙমদনবা নথম্মোয় অদু নুংশিবগী মঙালনা পিক থলহল্লো।*

\- বাবা

*নোল্লুকপা, শেংবা, অপাম্বা পোঙবা য়াওদবা, লেঙবা ঙল্লোইদৌবা নুংশিবগী মরীনা পুনবদু মরুপ ওইবগী শক্তম্নি।*

\- বাবা

***************************************

# অঙকপা এপেন্দিকস
# (The Miraculous Appendix)

"নুংশিববা মকপ শ্রীকসতুরি! অদোমগী সিলোন্দা শোয়দনা লাকপিগনি হায়বিখিবা ৱাফম অদুবু কক্থৎলকপা তেলেগ্রাম্ অদুনা ঐখোয়না বাবাদা লৈবন্বা থাজবা অদু হান্নদগী অমুক্কা হেন্না চেৎশিনহনবদা মতেং পাংলে।" শ্রীসত্য সাই সেবা সমিতি অমগী সেক্রেটরি অমদগী ফঙবা পাওখুম অসি থোইদোক্লা নোল্লুকপা পাওখুম নত্তে। সাই নিতিগী খোঙচৎ অমগীদমক বাবানা ঐবু সিলোন চৎপগী অয়াবা পিবিখিবনি, মদু খুঙ্গংদা অমদি সহবদা ভক্তশিং উননবা, শাথেংনবিবা ময়াম্ অমসুং হরাও-নুংঙাইবা ময়াম অসি শরুক য়ামিন্নবনি। ঐগী খোঙচৎ অদু ত্রেন অমসুং প্লেন্দা চৎনবা টিকেৎ ককপ্লবনি; অদুনা ঐগী বেগ অদুগা অরিবা সুত কেস অদুগা পুরগা বাবাদগী য়াথং লৌনবা অমসুং মাগী আশীর্ব্বাদ ফংনবা হৱাইত ফিল্দ তান্না চৎলমই। মদ্রাস চৎকদবা অয়াঙবা ত্রেন অদু বঙ্গলোরদগী পুং অমগী মনুংদা থৌরগদবনি, ঐহাক্ মদ্রাসতগী প্লেন তোংগদবনি। ঐনা খুযা থম্বাল অদু শোকচবা মতমদা, বাবানা ঐঙোন্দা হঙখি, "নহাক কদায়দা চৎকদৌবিবনো?" ঐহাক সিলোন চৎনবা থোরক্লবনি হায়জখি। মহাক্লা হায়খি, "করিগী সিলোন্দা"?। নহাক্কি খোঙচৎ ককথৎপগী টেলেগ্রাম অমা থাখো অদুগা হয়েং ঐগা লোয়ননা গোৱা চৎশি।"

মদুগী তেলেগ্রাম অদুননি সিলোন্দা লৈবা সাই ভক্তশিংদু বাবাদা লৈরন্বা থাজবা অদু অমুক্কা হেন্না কায়হনবা ওল্লরোইদবা য়ুম্ফম অমদা থম্বিখিবা! মতুংদা, সেক্রেটরি শ্রীত্যাগরাজিয়ানা ঐগী পুক্লিং অসি খর ইংথহনবিখি, লোয়ননা মথোঙ্ হক্রবা কম্মেন্ত অদু শন্দোক্লা হায়রকখি। ডাক্তর নল্লাইনাথন্, সমিতি অদুগী প্রেসিডেন্ত ওইরিবা

অদুনা ঐগী নুমিৎ ১০নিগী ওইবা খোঙচৎ অদু য়াখিবগী চিঠি অদু পাখোকখি, মদু তিল্লিবা ভক্ত ময়াম অদুগী মমাংদনি, মদু পাবা লোয়রগা মহাক্না, নল্লাইনাথন্গী থাক ফাওবনা য়াম্না তৌহৈদবা থবক অমা তৌখি। মশামক্না হায়খিবদু মহাক্না তাখি, "তৌববুদি/তশেংবদি, মি: কসতুরিদু য়াম্না থৌজাল হৈবগা লোয়ননা লাক্লগে হায়না যাবিখ্রবনি অমসুং ঐখোয়গা নুমিৎ ১০নি লৈমিন্নবা য়াবিখ্রবনি। অদুবু তাউ, মহাক শুক্লাক লাক্তবা য়াই! চিনবানগা কপকা অনিগী মরক্তা নাম্থোকখিবা কয়া অমা লৈরি। ইবোয় লোয়বা মিকুপ্তা, মাগী খোঙচৎ অদু ককথৎপগী তেলেগ্রাম অমা ফংবা য়াই।" নুমিৎ ৬নিগী মতুংদা তেলেগ্রাম অদু থুংলখি: সিলোনগী মীশিংনা খঙখি মদুদি নুমিৎ অদুদা ডাক্তর নল্লাইনাথন্না অদুম্না ঙাঙখিবদু বাবানা মঙোন্দা হায়হনখিবনি, মবমদি তুংগী থবক অসিদি মহাক্না ওইহনবনি, মহাক্না হান্নানা শিনখ্রবা থৌরাং অদু অমুক শেমদোক শেমজিন তৌবনি। ঐখোয়না ইশাগী ফাওবা কবি থোক্লগদগে খঙদ্রবদা, কবম্না ঐখোয়না বাবাগী মবমদা মাঙজৌননা হাযবা ঙমগদৌবিবনো? মহাক্না হায মদুদি কনা অমতনা মথংগী মিনিট মঙাগী মনুংদা মানা করি তৌগদৌরিবগে হায়বদু খঙবা ঙম্লোই, মবম অদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরগী লীলা অসি য়েংলগা পেম্থোক্তুনা লৈবা তম্বা তায়।

মথংগী নুমিত্তা নুমিৎ যুংবা মতমদা গোৱাদা কোযনা চৎপা খোঙচৎ অমদা ঐনা বাবাগী তুংইল্লমই। কাব অহুম্মক্ জোগ-ফোলস হায়বদি জোগ-ঈশিং চাইবীবোমদা চৎলমই। কাংবু অদুদা আমেরিকাদগী নুপী ভক্ত অহুম হায়বদি June Scheyler, (মহাক অসি মশানা হায়বা মতুং ইন্না যাম্না চম্বী, চহি মীয়ায় চল্লবীনি, অঙাং মচাশিংগী ওজানি), ইন্দ্রদেবী, (আমেরিকাদা যোগগী অহানবা ওজানি হায়না মমিং চৎলবী), অমসুং শ্রীমতি রাজাগোপালন্, ইটালিগী নিঙোল আমেরিকাদা লৈবী, ভারতকি নুপা অমদা ময়ুম পানবিনি। মহৌশাগী মতৌগুম্না, বৃন্দাবন্ থাদোকপা মতমদা, ভক্তশিংনা শোবোক্কি নাকল অনীমক্তা বাবাবু হায়ফেত্তং উনিংহৌবগী অমসুং কাবগী থোঙনাওদগী খুৎ হায়বকপদু য়েংনিংবগী, মদুনা কোনা অমদা লৈথোকখিদুনা উদ্রবা ফাওবা য়েংনবা পবেং লেঙদুনা লেপখি।

নুংথিল অদু য়াম্না চিকই অমসুং তঙাল-তঙাল্লি, লৈচিন-নোংফাই থাংদে। "কারশিং অদুনা খুঙ্গংগী পাক-চাউখ্রবা চিকখ্রবা লম্বাং অদু চঙ্শিল্লকপগা" জুনেনা

ইরি, "ঐগী পুক্লিং অসি পল্লেপফম খঙদ্রবা ৱাখল ময়াম অমনা পিক থনখি। ঐগীদমক্তদি হৌখ্রবা চহি কয়া অসিদা পুক্লিংদা করিগুম্বা মখল অমগী শান্তি হায়বসি অমুক্তা লৈখিদ্রবনি। মতম অদুদা ঈশ্বরখক্তনা ঐগী অমতা ঙাইরবা আশা ওইখি; অদুগা হৌজিক্তি, অঙকপগী মশক্তি ঐগী পুক্লিংদা লৈরম্বা অরুম্বা পোৎলুম পুম্নমক ঈশ্বরনা থাঙ্গৎপিখিবদগী ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজখি।"

লমখাঙদা, কারশিং অদু নাকলগী লম্বী অমদা খাম্লবা ইঙ্গিৎ পিখি, মদু ঐখোয় পুম্নমক কোফি থক্লবা অমদি অচাপোৎ খর চানবগীনি। মহাক মশামক্তা চান থক্লবা পুরিবা পাত্রশিং অদু হাংদোক্লমই অমসুং পুম্নমক্তা চান-থক্লবশিংদু অমদি কোফিদু য়েনবিখি। দ্রাইভবশিংদুসু মদুদা শরুক য়াখি, মখোয়দসু চান-থক্লবদু পিখি। মফম অদুগী লৌমী খর লেপ্তুনা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্বা খরদি অখন্নবা মিৎয়েং খর মপুদগী ফংজখি।

খোঙচৎ অদু মখা অমুক চত্থরকপদা বাবানা তোংলিবা কার অদু বেরা খর তৌবা হৌরকখি, অদুবু য়াম্না তপ্না, ঈংনা লম্বী অদু য়ৌনবা ইনখি। মথংদা অদুম হায়না মাইল্ ১৫গী মনুংদা অহুমলক তৌবা তাখি; মতাং অসি ফাওবদা জোগ ঈশিং চায়বী য়ৌগদবা মাইল ১০০ রোম ৱাৎলি। নুমিদাং পুং ৮দদি কারদু চৎলু য়াদ্রে, ফনা য়াম্না থেমদুনা, কিহন্দুনা হায়বদি শেম-শাদুনা হোৎনবনি অদুবু লেঙউ য়াদ্রে। মদু অমুক হন্না পুরগা তিপ্তুর হায়বা গাড়ি শেস্ফম অদুদা য়েংহনবা তাখি। অদুদগীদি বাবাদু বৃন্দাবন্দা হল্লগে হায়না লেপখ্রে। বাবাদি করিশু থৌ-ৱা শারমদে, মদুদা মাগী নিঙবা কায়বগী মরমদা কবি অমতা ঙাঙখিদে। ঈশ্বর অমগী মগুণ ৮ লৈবগী মনুংদা বাইরাগ্যম, অপাম্বা লৈতবা হায়বসি অমনি।

জুনেনা ইরি, "থৱানমিচাক অমা তাখি; পুম্নমক কবি অমতা নাম্থোকহন্দবা বাবাসু থৱানমিচাক্না তাখিবদু উখি মদুদা মহাক্না ৱাফম খর হায়খি। ঐসু য়াম্না ইরাইবক ফখি মরমদি ঈশ্বরনা লাকখ্রবা মফম অদুদা য়াম্না লংখ্রবা পোৎ অমা তাখিবদা ঐসু উখি। কার মনুংদা মহাক্তি য়াম্না মতিক-মগুণ লৈববা খোঞ্জেল অদুনা অহিং অদু পিক থনখি, মবমদি মহাক ঈশৈ শকখি, মদুনা পৃথিবীদা থৱাম্মিচাকশিং চিংথখি! ঐখোয়না অহিং নোংযাই য়ৌবা মতমদা নুমিদাংগী চাক্লেন অদু বৃন্দাবন্দা শিনখি। বাবানা ঐখোযবু নুংশিবা প্রেম অদুমক্তনা মহাক অসি ঐখোযগী

অরাম্বা অদু উবদা য়াম্না লাওতক্লবগুম্ উখি। মহাক্না অহিং অদু তুম্বা চঙদ্রিঙৈদা পুম্নমক অদু লোয়না পিজবগা তুমহন্নবা অখন্ননা চেকশিল্লমই। মহাক্না ঐখোয়গীদমক্তা পুক্লিং চঙবিবদুদা মহাকপুনা হেন্না অৱাবা পিরমাল্লে হায়না ঐখোয়না ফাওখি। অদুগুম্বা মমল য়াম্নবা হকচাং অদুবু মহাক্না খিকথবিরিবা নুংশিবা প্রেম অদুতনা হিংহল্লিবা জাৎলা? ঐখোয় ঙকখি।" জুনেনা ইরি, "ঐহাক যাম্না লাওতক্লনা হিপথখি। ঐনা ইথন্তা কিজখি মদুদি বাবাসি হৌজিক ঐখোয়গী মাঙ-থানা প্লেন্না গোৱা চৎখিবা য়াই। অদুগুম্বা নুংঙাইরবা খোঙচৎ অদো মাঙহন্নিংদবদগী ঐহাক লাওতক্লরমই। কার য়াদবনা মরম ওইদুনা হনবা তাবদুদা ঐহাক যাম্না নুংঙাইখিদে। মদুগী নোংমাইজিংগী অয়ুক্ অদুদি ঐখোযনা হৌগৎলবা মতুংদা খর হেক খন্থবা হৌরুবদা কোক অসি তোঙান-তোঙানবা ৱাফম কয়ামকম্না লানবুং ওইরমই। জগৎ পুম্নমক অসিদা লৈবিবা তোঙান-তোঙানবা পোৎ পুম্নমক অসিবু মহাক্কি অনিংবা আশা অমনা লোয়না পুথোকপদি ঙম্লগা মাগী কার অসিদি কবিগী শেমজিনবা ঙমদে? মদু মহাক্না মাঙজৌননা খঙলম্বা যাবনি অমসুং মদু খক্ থোকহল্লমদবা য়াবনি! ৱাহং অসি ঐঙোন্দদি যাম্না মক ওইবা ৱাফম ওইখি, মরমদি ঈশ্বরগী ওইবা শক্তিনা পোৎকি ওইবা থৌদোক-ৱাথোক্কি মথক্তা শোয়দনা ঙম্ফম্ থোকই হায়না ঐনা হান্না থাজখিবননি। ৱাহং অসি ঐঙোন্দা লাকহন্নবগীদমক, বাবানা গাড়ি অদু য়াহল্লমদবা য়াই অমদি হল্লকহল্লম্বা য়াই, মদু ঐনা মসিগী পাওখুম্ থিরক্লবনি। বাবাগী ৱাহৈ খুদিংমক্ থবক খুদিংমক্ পাওতাক অমমম্লি। মফম অসিদসু পবা অমা লৈখ্রে, মসি কনাগী ওইরিগদগে হাযবসি ঐহাক চপ্চাবা খঙখিদে।

ঐখোযনা জাত্রা তৌদ্রিঙৈদা হান্ননা বাবাদু জোগ ঈশিং চাযবীদা চৎনিংখিদে হায়বসি খঙখ্রবনি। মহাক্না মমিং অদু 'ফাগি-তাফম' হায়না কবেম্নখ্রবনি অমসুং খর হেঞ্জিন্নফাও 'ওইদবা ফাগি' হাযখ্রবনি। মহাক্না হায়খি, লম্বী অদু জোগ ঈশিং চাইবীবোমদা চৎলবদি য়াম্না লাপমনখ্রে। নুমিৎ তারবা মতুংদা খুঙ্গং কযা ফাওদুনা চৎপা তাখি। খুঙ্গংগী মীশিং অদুনা বাবা উহৌদনা মখোযগী খুঙ্গং ফাওখি হায়না তারবা মতমদা মখোয় মথৱাই যাম্না ৱাগনি, নুংঙাইরোই। কনাগুম্বা অমনা হাযখি মদুদি অদুগুম্না ইতিহাসিক ওইববা কাব অদু কয়াম নিংথিনা শেম-শাবকখিবগে,

য়েংলকখিবগে হায়না ড্রাইভর অদুদা বাবানা হংখি। গাড়ি অদু কয়া মওং তারোই হায়বসি মাদি শোয়দনা খঙলমগনি", মহাক্না হায়খি।

তশেংনমক্কিদি, মহাক্না নিংলম্লবদি, কার অদু জোগ ফাওবা চৎলম্বা য়াই; মদুগী মহুত্তা মহাক্না ফাগি তাহনগে নিংখিরমই। নোংমা চোম্থরগা ঐখোয় পুম্নমক কাব অনীদা গোব্রাগীদমক চৎখি। লম্বীদা বাবানা মতম শাংনা ঈশ্বরগী মরমদা ব্রা ঙাঙখি। মরক্তা লম্বীদা কারদগী চবা ব্রান্নবা কুমথরগা, মহাক্না ঐখোয়দা অথুম-অহাও পিখি, অমুনবা হৈজামপেৎকুম্বা, মনাক্তা হৌবম্বা পাম্বিদগী হেক্লগা পিখি, লোযননা হায়খি, "হৈজামপেৎশিং, যমুনা তোর্ব্বান্দা, গোকুলদা ঐনা চাখিবা অমদি মরুপশিংগা লোয়ননা হেকখিবা।"

কাবশিংদু অঙকপা ফংনা ঐখোয়দা তেংবাংখি, হায়বদি বেবা অমতা তৌখিদ্রে অমসুং ধরব্রাবদা লৈবা কর্নাটক ইউনিভর্সিটিগী জগাদা থুংখি, অমসুং ভাইস চানসেল্লর, ডাক্তর অদকেগী বঙ্গলোদা নুংথিল পুং ২ দা চঙখি। মফম অদুদা মী ৫০০ রোম্না সামিয়ানা অমগী মখাদা ভজন শক্নুনা লৈরম্বদু উখি। মখোয়না ঈশ্বরনা মফম অদুদা য়ৌরকখ্রে হায়বসি খঙখিরমই। অয়ুক্কি চাক্লেন চারবা মতুংদা, বাবানা মখোয়গী মবক্তা তুমিন্না, নুংঙাইবনা থল্লবা মিনিট খব ফমখি।

জুনেনা ইরি, "অদুগুম্লবা ইউনিভর্সিটিগী চাউব-চাউববা মকোকশিং অদুনা য়াম্না পুক্লিং চঙনা অঙাংমচাগুম বাবাদা য়েংবদুনা ঐগী থম্মোয়দা তিং লাওনা ফাওহনখি"। খঙহৌদনা কনাগুম্বা অমনা ব্রাহং অমা হংলকপদগী তুমিন্না লৈবম্বদু কায়হনখি। অদুগী মতুংদা বাবানা পুং অমবোম্ থাইনগী অরিবা ব্রাবীশিং, পাওবৌশিংগী মরমদা ব্রা ঙাঙখি। "মতেং পাংবা তাবনি। হোয, নহাক্না ঈশ্বরগী থৌজাল নিজৈ, অদুবু, মদু ফংবা ঙম্বা, নঙনদি অব্রাবা তাববা অমনা কৌরকপা মতমদদি মতেং পিখিদে?.. ঈশ্বরদি, নুংশা মঙালনা খ্বাইদগী খুরবা মখুন্দা ফাওজিন্দুনা চঙনবা হোৎনবগুম্ অমসুং অমম্বা মফমশিং অদুদা মঙাল শন্দোকনবা হোৎনবগুম্ অমদি অঙকপা ফংনা ঈংলবা মফমদা মৈশা পিবগুম্ নঙগী থোংজিন্দা ঙাইদুনা লৈ। মতৌ অসুম্না নহাকসু অতোপ্পগী মায়থোং মকা লাম্বা ফংজদ্রবা পুন্সি অদু হেন্না য়াংহন্নবা অমদি ফগৎহন্নবা মতেং পাংনবা তাঞ্জা অদু ঙাইদুনা লৈগদবনি, ... অয়ুক অঙনবদা নগর সংকির্তন শক্নুনা জগৎ অসিবু শেম্বীরিবা ইবুংঙো মহাক্কি মতিক-মগুণগা লোয়ননা হৌগৎহল্লু", মহাক্না হাযখি।

মরক-মরক্তা কন্না নোকথোরকপনা কা অদু থক্-থক্ নিকহনবগী মরমদা জুনেনা ইরি, "ঐনা ইশাদা ফাওখি, মসি তন্দে-মান্দে তৌবা, মোঙ্ হাদবা লাই নত্তে। ঐনা বাবাগী মরমদা খনবা মতমদা, ঐনা জিষ্ণু নিংশিঙই, মদুগী চপ মান্নবা ফাগিগী গুণ অদুগা লোয়ননা বাবাদি ঐনা খণ্ডদবা ভারতকি লোন অমদা ৱা ঙাওখিবনি; অদুবু করিগুম্বা য়াম্না ঙকপা মওং অমদা ঐহাকসু মঙাল অদু ফংখি।"

মদু ফিয়াত কার ১৫০০ নি, মদুদা বাবাগা মাইসোর ষ্টেট ইলেক্ট্রিসিটি বোর্ডকি চেয়ারমেন মি: এন:দি:এম: অল্লাহগা ঐগা চৎলমই। লম্বী অদু নুঙ্ য়াম্না লৈরমই, ফৎলমদে, অদুনা থৌরিবদু য়াম্না চোংখৎ-চোংথ তৌরমই। "মদুনা চোংখৎপা মতমদা ঐনা পুক্তা কয়াম অনাবা ফাওবগে হায়বদু নহাক খণ্ডদে", বাবানা হায়খি। মদুদগী হেন্না ফত্তবা লম্বীশিংদদি খাঙবা ঙমথ্রগা, নুমিৎ অদুদা ড্রাইভর অদুদা তপ্না থৌনবা হায়খিবসি করিগীনো হায়বসিদা ঐখোয় ঙকখি।

ঐখোয়না কাখৎখিবা নোংচুপ থংবা সমুদ্র তোর্ব্বানগী ৱাংলবা, মনা য়াম্না পুঙ্লবা উ ময়াম অদু ফাওদুনা তারমদাই নুমিৎকি মঙালনা শাংনা-শাংনা শেলৈননা তারি। ঐখোয়না মথক য়ৌরবা মতমদা নুমিৎ অদুদি ঈশিং মনুংদা চোংথখি! নুমিৎ খুদিংগী শান্নরিবা ড্রামা অসিদা, হায়বদি তঙাইফদনা নুমিৎ তাবগী থৌদোক অসিদা থাঙ্গেশেংনা মদুদা য়াম্না লেম্বা, লোয়ননা অৱাবগী মশক ওইরবা পোৎশক্ অমা য়াওরি; মসিগী লাঙদবা অমসুং নঙ্না য়াম্না পঙনা মসি অমুক্ থোরক্নরোই হায়না খুল্লুবা মতমদা ফাওহল্লিবা ৱাখল অদুদা। অমম্বগী শক্তিনা থুনা পৃথিবীসি খুদুম চনশিল্লকপদুনা কনাগুম্বা অমদদি নিঙবা কায়বগী ৱাখলসু পোকহনখি। অদুবু, ঐখোয় থুনা নিংশিংলকই মদুদি শিংলবা পৃথিবী অসিনা মাগী তঙ্খায় অমদি মঙাল অমসুং মৈশা পিদুনা থম্নবা হোৎনরি; মরম অদুনা, ঐখোয়না আশা অমসুং নুংঙাইরবা মঙ্গী ৱাখলদা তুমথৈ।

কারশিং অদুনা গোৱা য়ৌবা মতমদা অহিং ওইখরে। থৱাম্মিচাকশিং মরাং কায়না গজ খুদিংমক্তা লোয়নখি। গোৱা ষ্টেটকি তাইনফম্ য়ৌবা মতমদা য়ুম্নু ওইরিবা লিউটিনান্ত গোভরনর, শ্রীনকুল সেন্না বাবাবু ওকচখি অমসুং পোথাশঙ্ অমদা পুশিনবিখি, মফম অদুদা ফক্লাংগী কা কাদা ঙৌরোক ঙৌবা লৈবাক্লা শাবা পাত্র কয়ানা তনিক-তনিক্লমই অমসুং গল্লাদা থাবা অঙাংবা, মঙ্গ্রা মচু, অঙৌবা

শাৎপা লৈ পাম্বী কয়ানা থোঙ্নাও মথক্তা নিংথিনা তনিক-তনিক শাৎলি। ঐখোয় কোফি থকখি, অদুদগীদি বাবানা ষ্টেটকি কারদা মকোক অদুগা লোয়ননা ফম্মিন্নখি।

ফত্রবা লম্বী অদুদা য়াঙনা, কোয়না থৌদুনা পঞ্জিম সহর য়ৌখি, অরোইবদা, চহি চা কয়া পোর্তুগিজশিংনা খুদম চল্লিঔদা, ভারত অমসুং অরাপ্পা নোংপোক লমগী গোভর্নর জেনরেলগী লৈফম ওইরম্বা, হৌজিক্তা লিউটিনান্ত গোর্ভনরগী লৈফম ওইরিবা *'কোব-রাজ-নিরাসতা'* থুংখি। মতম অদু নুমিদাংগী পুং ৯.১৫ তারমই। ঐখোয় অয়ুক্তগীনা অফবা অমদি ফত্তবা লম্বী কয়াগী মথক্তা, মাইল ৩৮৫ গাড়ি তোংলকখি, অদুবু বাবাদি য়াম্না তগৎ-তগৎ তেক্লা উখি; মদু মহাক্না গালিচা অঙাংবা থাবা কাখৎফম থাক ২৮ লৈবা, লৈ-তনা নিংথিনা লৈতেংলবা, মাগী লৈফম ওইনা থমখ্রবা কা অদুদা তহা-তহা কাখৎখিবা মতমদনি। য়াম্না থুনা ঐখোয়বু লিউটিনান্ত গোভর্নরনা চাক চাফম কাদা পুশিনবিখি অমসুং মদুদা বাবানা সভাপতি ওইখি। মহাক্না য়াম্না নুংঙাইবগা লোয়ননা সেবারোই ময়ামদু য়েংখি অমসুং ফজরবা লৈবাক্তা শাবা পাত্রশিংদু য়েংখি, মখোয়শিংদু পোর্টুগিজশিংনা মকাওদগী (Macao) পুরকখিবনি।

শ্রীমতি সেন-না বাবাদা মশাগী মথৌ তৌবিনবা নিশিংজরবসু হায়বদি খরদং চাবিনবা হায়জরবসু, মহাক্না করি অমতা চাখিদে। মহাক্না খুদিংমকপু থুনা তুমহন্নিংবগুম, পোথাহন্নিংবগুম তৌখি। "চৎলো, চৎলো! নখোয় পুম্নমক য়াম্না চোকথরে", মহাক্না কন্না তকশিনখি। ঐনা য়েৎচখি মদুদি মহাক্না লোয়ননা চৎমিন্নবদা কনা অমতনা চোকথরোই, অদুবু মহাক্না ঐঙোন্দা অমুক হন্না নিংশিংলকখি মদুদি ঐহাক খুদক্তা পোথাবা দরকার ওইরে। বাবানা শ্রীমতি সেনদা নিংশিংখি মদুদি মখোয়না অয়ুক হৌগৎলকপা মতমদা মাগীদমক্তদি কোফিদু অয়ুক পুং ৮ দা দরকার লৈ। মহাক্না খঙখি মদুদি প্রশান্তি নিলয়ম্‌দদি বাবানা মাগী কোফি থকপসি নুমিদাং পুং ৬ নত্রগা ৬.৩০ দনি, অদুবু হুকুম অদু হোংদোক্লবা হায়জরবসু, বাবানা অয়ুক্কি পুং ৮ দা কোফি অদু পুরক্লবা হায়খি।

বাবা লৈনবা থমখ্রবা কা অদুদা মথন্তা লৈরমই। নকুল সেননা মনাক অনকপদুদা লৈজগে হায়জখি, অদুবু বাবানা মশাগী কাদা থাখি। ঐখোয় বঙ্গলোরদগী লাকখিবা কাংবুনা মখাদা, লৈমায়গা তায়নবা কাশিংদা লৈখি।

অহিং অদুদা করি থোকখি হায়বগী মতাংদা বাবানা ডাক্তর ভগবন্তমদা চিঠি অমদা ইখি, মদু ঐনা মশাদা তাং ১২দা পিখি "তাং ৭কি অহিংদা অণ্ডকপা থৌদোকশিং থোকখি। ঐ ফমুংদা হিপ্পা ঙমখিদে, ঐনা মদুগী মথক্তা ফম্বসু ঙমখিদে নত্রগা লৈথোক-লৈশিনসু ঙমখিদে। ঐহাক ব্রা ঙাঙবা, কৌবা ঙমখিদে। ঐনা কনা অমতদা লাঙতক্লবা নত্রগা অব্রাবা পিনিংখিদে। অদুনা ঐহাক তুমিন্না লৈখি, ইশাদা করি অমতা তৌদবা মান্না লৈখি।

মথংগী অয়ুক্তা সেন্ মপু-মনায়না তং-তাবা মওংদু খঙলবা মতমদা, বাবানা হৌখিবা নুমিদাংগী চাক্লেন চাখিদবা অমদি কোফি মতম শাংদোকহনখিবা অমসুং মখোয় পুম্নমক থুনা তুমহন্নবা তৌখিবদু করিগীনো হায়বদু ভাব তাখি। মহাক্লা ধরব্রারদগী করিগী লাকখ্রিবনো হায়বদু ঐদি হান্না খঙখি অমসুং মহাক্লা ড্রাইভর অদুদা করিগী চৈথ্রিবনো হায়বদু খঙখি। অশেংবদি, মহাক হান্ননা ধরব্রারদগী লাকখিবা মতমদা নাখ্রবনি।

শ্রীমতি সেননা কোব-রাজ-নিব্রাজ অসি য়াম্না মবায়বক ফত্তবী মফম্নি হায়না মশাদা ফাওখি, মরমদি মফম অসিদা মহাক নাবকখি, অদুবু বাবানা মহাকপু খুদক্তা চুমথোকপিখি। "নত্তে, মসি, মরায়বক ফরবা য়ুম অমনি। ঐনা অনাবদু কোব তান্না পুরকখিবনি, মদু ঐনা মফম অসিদা ফহনবা ঙম্নবনি।"

তাং ৮গী অয়ুক নোং হেক ঙানবদদি বাবাদু য়াম্না কন্না নারবা মাল্লি অদুনা নকুল সেননা গোব্রা মেদিকেল কলেজদগী ডাক্তরশিং অমদি সহর অদুগী অফাওবা ডাক্তরশিং কৌরমই। থুনমক্ শক্লাইরবা ডাক্তর ময়াম অমনা অনাবা ফমুং অদু কোয়শিনখি; মখোযগী বিপোর্ট অদু মখাদা পিরি, "অনাবগী ব্রারী— পুক্কি য়েৎথংবা শরুক্কি মখাদা দিসেম্বর তাং ৭কি নুংথিল পুং ৩দগী নারকপা। হৌজিক্তি অনাবদু পুক পুম্নমক্তা শন্দোকখ্রে; নাবগী চাংসু শুম-শুম হেঞ্জিল্লক্লি; অহিংগী অদুব্রাইদদি অনাবদু খোয়রিনগী জগা অদুব্রাইদা মপুং ওইনা লৈখ্রে অমসুং পুক্কি মখা থংবা শরুক মখৈদা নাখ্রে। হকচাংগী য়েৎথংবা মখামখৈ লেঙবা-খোৎপদা অব্রাবা ওইরে। লেঙবা-খোৎপা তৌরগা অনাবা য়াম্না হেল্লি। দিসেম্বরগী তাং ৮ গী অয়ুক্তা ওনিংবা অমসুং লাইহৌ তৌখি। "কনা অমত্তনা অনাবা অদুগী মরমদা তং-তানা খঙবা ঙমখিদে, খঙ হৈরবা মীওইশিং য়ামখ্রে অমসুং মখোয়গী তোঙান-তোঙানবা মোৎ লৈবদুদা বাবাদু নুংঙাইরমই।

# সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

আমেরিকাগী নুপীশিংদু গোৱাদা লৈবা থাইনগী অরিবা চর্চ যেংবা থাখিবমই, ইতিহাসকা শাগোন্নবক্কবা অমদি ঈশ্বরগী শক্তিগী তুংনফম ওইরিবা চর্চ ঙাক্তনি। সেন্ মপু-মনায়দি ওইরিবা মওং অদুদা তৌফম হায়ফম্ খঙখিদে, মরমদি অতৈ ৱাফম কয়াগী মনুংদা নুমিৎ অদুগী নুংথিল্ পুং ৫ তাবদা সহব অদুগী ময়োলমক্তদা বাবানা মীয়ামদা পাওজেল অমা পিবিগনি হায়না মফম অদুগী সত্য সাই সেবা সমিতিনা লাউথোকখ্রবনি।

জুনে ম্বুইলবনা ইরি, "কোব-দা হল্লক্কগা ঐখোয়না অয়ুক্কি চাকেললনদু বাবা য়াওদনা চাখি। মদুদা মাযথোং লাংশিন্নখি। মীপুম খুদিংমক মহাক করিগী লাক্তবনো হায়না ঙকনখি; মখোযগী মবক্তা খব অমদি খঙখি হায়বসি ঐদি খঙলমদে, অদুনা ৱা ঙাঙথোকপদা য়াম্না অৱাবা ওইখি। বাবানা মাগী কাদগী থোবক্তবা হায়বসি য়াম্না অঙকপগী মশক্কি; প্রশান্তি নিলয়মদা, নত্রগা মানা লৈনিংবা মফম অমদা লৈবদা, মশাশি যাম্না মবাং কাযনা অযুক্তগী নুমিদাংৱাই অথেংবা ফাওবদা মীযামদা দর্শন পিবিবনি। বাবানা সহবদা থোক্কগা মীযামদা ৱা ঙাঙনবগী যৌবম লৈ হায়বসি ঐদি খঙখি। ঐখোয় চর্চতা চৎপদা লম্কাং অদু ফাওদুনা চৎখ্রবনি অমসুং মিটিং হৌগদবা পুং কযাগী মমাংদগী হৌনা মফম অদুদা মী লাক্লখ্রবনি। ঐখোযনা মফম অদুদা, মতম অদুদা মহাকপু উবগনি হাযনা ঐনা থাজখি। ঐখোয়গা মহাক্কা মিটিং অদুদা চৎমিন্নবসু যাই। পুং ৫ তাগদবা মিনিট ১০ মুক্তা ঙাযবা মতমদা ঐখোয পুম্নমক মাগী মাগী লৈজবা ফিজোল শেৎনদুনা মাঙ্গোল অদুদা তিনখি; ঘবি অমনা মখোল্ হৌনা তিক-তিক চৎপগুম্ ঐগী মিহুলসি দং-দং লাউনা মখোল্ হৌনা অমদি থুনা চৎলি, মরমদি, মিকুপ খবগী মনুংদা নুমিৎতুগী অহানবা ওইনা মহাকপু উবগনি হাযবগী আশাদনি... ঐগী ৱাখল পুম্নমক্ত মতমগা ইবোযননা অমুক হন্না মাঙখি, মদু ঐনা অহানবা ওইনা বাবাগী পাও হেক তাবদনি। মকপ অমনা ঐবু মঙোন্দা খুকম্নবা হাযখি। ঐনা খুমখি, "জিসস্ নিঙবা ঐনা কবম্নো? জিসসকি মরমদদি ঐহাক তশেংনা খঙই। কবিগুম্বা বাবানা জিসস্কা অমতা ওইববদি, ঐনা নিজবিবসি মঙোন্দনি। মহাক্কা মদু ওইবমদ্রবদি, ঐনা মঙোন্দা কবিশু তৌনিংঙাই লৈবোই।" অদুগা অমুক ঐনা মখা তাখি, "নখোযনা মহাক অসিবু থাজবিবা পুম্নমক অদু মহাক্কা ওইবল্লবদি, ঐনা তশেংনা থাজে মদুদি মসিগীদমক মানা ঐবু শাওবোই।" ঐনা মহাকপু ইহান হান্না

উখিবা অঙকপগী মশক ওইববা মীকুপ অদু ঐগী পুক্লিংদা লাকখি। অঙকপা অমসুং নুংঙাইবগী ঈথক-ঈপোম্মা ঐবু থুমহৎখিবদো নিংশিলকখি। মহাক্না ঐবু উবা মতমদা ইহান হান্না হায়খিবা ৱাফম অদুনা ঐবু থাজহনখি মদুদি মহাক্না খঙখি, অমসুং ঐনা জিসস্কি মফমদা লৈবিবা ৱাখলদু মহাক্না য়াখি... মদুদি মহাক তশেংনমক্ মহাক্কা অমতনি। ঐগী ৱাখলদু ফিভম তাঞ্জা অদুদা হৈঙবকখি; ঐনা বাবাগী থোঙদা য়াম্না পুক্লিং চঙনা য়েংখি।"

মবক অসিদনা, মশা নাবা, ওনিংবা অমদি লাইহৌ অদুনা বাবাসি নুমিৎচুপ্পা ফমুংদা লৈখি। মীওই লিশিং ২০ না লম্মাং অদুদা বাবাবু ঙাইবি হাযবা পাও লাকখি; মদুগী মনুংদা তঙ্খাই অমদি যাম্না লাপ্পা খুঙ্গংগী মফমশিংদগীনি। বাবানা হৌগৎনবা হোৎনখি অমসুং অনৌবা ফিজোল শেক্তুনা থৌবম অদু কায়হন্দনবা অমসুং মী লিশিং কয়াদু নিঙবা কায়হন্দনবা হোৎনখি। অদুবু কোববাজ নিৱাস কি ইলেক্ট্রিক্না কাখৎ-কুমথ তৌনবদু লৈবমদে, লম্মাং অদু যৌগে হায়ববদি বাবানা থাক ২৮দু কুমথবা তায় অদুগা দর্শন পিনবগীদমক মতেক অমা খোঙ্না চৎপা তাখি। অদুগী মতুংদগী থাক ২৮দু অমুক্ কাখৎপা তাখি।

বাবানা ঐঙোন্দা তিল্লিবা মীযামদু তুমিন্না হনবিখ্রো অদুগা নুমিৎ খবনিগী মনুংদা শোয়দনা মফম অদুমক্তদা মীযামদা ৱা ঙাঙগনি হায়না লাউথোকউনবা যাথং পিখি। বাবানা ভক্ত অমগী অনাবা লৌশিল্লে হাযনা ঐনা মখোযদা হাযবা তাখি, মবমদি অসিগুম্বা অনাবা ফহনবা অমসুং মীগী থৱাই কনবগী থবক অসি মমাংদা ঐনা কযাবক উখ্রবনি।

জুনেনা ইবি, "বাবাগী থোঙদু হাংদোকখি' ... মি: কসতুবি থোবকখি' মি: কসতুবি কবি তৌবে? বাবা থোবক্তুবদি কৈদৌবে? ঐখোয থৱাই নুংঙাইতনা ফমখি, চাউববা, ঈদৌনা ঙাংশঙ ঙাঙবা নুমিৎনা ভাবত মহাসাগবদা লুপখিবদু যেংখি।"

তিল্লিবা মীযামদুনা ঐনা লাউথোকখিবদু অঙকপা অমসুং যানিংবগা লোযননা তাখি, মবমদি মখোযনা বাবাগী মবমদা ৱাবী কযা অমদি মিবাকল কয়াগী মবমদা তাখ্রবনি, অদুবু অসিগুম্বা ভক্ত অমা কন্নবগীদমক অনাবা লৌশিনবগী থবক অসিদি মখোযনা অমুক্তা তাখিদ্রি, নত্রগা ভাবনা ফাওবা খন্থখিদ্রি। অসিগুম্বা মীনুংশি অসিবু লৈব্রনে? বাবানা কমদৌনা অনাবা লৌশিল্লিবা অমসুং কমদৌনা অমুক্ মদুদগী

নাম্থোকলিবা? মমাংঙৈদনা মহাক্না কমদৌখিবা? ব্রাহংশিং অসিগী পাওখুম তানিংবদগী মী কয়ামরুম্ ঐগী তুংদা লাকখি অদুগা ঐনা চাউরবা গুরু পূর্ণিমাগী থৌদোক্ অদু লিখি, মদু বাবানা ভক্ত অমগী ব্রেন্দা ঈ অশিবা লৈবগী অমসুং থম্মোয় নাবগী অনাবা লৌশিনখিবা মতাংদুনি, অমসুং অনাবদু শাংলবা নুমিৎ ৮নি খাঙলবা মতুংদা, মীওই লিশিং মরিগী মমাংদা হুন্দোকখিবা অমসুং মিকুপ্তা মশাদু হান্নগী মতৌগুম্ তগৎ-তগৎ তেক্লা, মনিং তম্না, মপুং ফাবা শক্তমদা অমুক হঞ্জিনখিবা মতাংদুনি। ফত্রবা মীবু ব্রারকপগুম্, অফবা মীবু কনবিবা হায়বসি অবতার অমগী চপচাবা মথৌ অদুনি হায়না ঐনা মখোয়দা হায়খি। *ভক্ত অমগী কর্মগী ফত্তবা শেন্দোন অদু মহাক্না থম্মোয় শেংনা কোকপিনবা হায়জরবদি মহাক্না কোকপি,* ঐনা হায়খি। মদুনি মাগী ঈশ্বরগী ওইবা মীনুংশিগী থাক অদু।

অহিং অদুগী নুমিদাং পুং ৮ তাবদা ডাক্তরশিংনা রিপোর্ট পিবকখি, "লোংনা য়াংলেন্না হিপ্পগা মখোঙ কোনশিন্দুনা লৈ। য়েংশিনবা মতমদা, পুক্কি য়েৎথংবা শকক্তু শ্বর হোন্দোক-হোঞ্জিন্দা লেঙদ্রে; পুক অদু য়েৎলোমদা বেবা লৈরে অমসুং মখা-থংবা শরুক অদুনা খ্বাইদগী হেন্না খুদোংথিনিংঙাই ওইরে। .... এপেন্দিসাইতিসকি অনাবা অমা লৈরে। মশানা ওপরেসন তৌনিংদে।"

খবরগী কাংবুশিংনা ডাক্তরশিংগী মনাক্তা চঙখি, অদুগুম্বা লাউথোকখ্রবা মিটিং অমা য়ৈথোকপগী মরম অমদি পৃথিবী শিঙ্গুংনা মিংচৎ লৈবা মীশক অমগী নারিবগী মওং অদুদা মিপাইদুনা তৌখিবনি। ডাক্তরশিংনা মখোয়দা হায়খি মদুদি বাবাসি খুদক্তা লাকখিবা এপেন্দিসাইতিস কি অনাবা অমনা নাদুনা লৈরে। মসিগী পাও অসি ভারত পুম্নমক শিঙ্গুংখি অমসুং অয়ুক অঙনবদা ফোঙখিবা চেফোংশিংদা শন্দোকখি, অমসুং চেফোংশিং অদু বোম্বে, দিল্লি, কলকত্তা, মদ্রাস, বঙ্গলোর অমসুং মদুরাইদগী ফোঙনখি। টেলেগ্রাম অমসুং টেলেফোন্না ভারত পুম্নমক্তগী তৌনরকখি - ঈশ্বরদা নিজবা, হায়জবা কযা, য়ানিংদা, থাজদবা কয়া, ফহন্নিংবা আশা, কপ্পা অমসুং তেংথাবা কয়ানি। বাবাগী অনাবদু লৌজরগে হায়রকপা মীশক য়াম্না য়ামই; ভক্ত খরনা হায়রকখি মদুদি বাবানা হেক ফত্রি ফাওবা মখোয় চরা হেনগনি। মহাক ঈশ্বরনি হায়না চেংনা থাজবা ভক্তশিংদি অনাবদু য়াম্না অঙকপা মওংদা লৌখিবা অদুম হায়না য়াম্না অঙকপা মওংদা থাদোকখিনি হায়বসিদা থাজরমই।

ডাক্তরশিংনা ঐখোয়দা হায়খি মদুদি বাবাসি হায়নিংঙাই লৈতনা অনাবা খাঙলমগনি, অদুবু মহাক্না হায়খি, "মসিনা ঐঙোন্দা অনাবা পী হায়বসি ঐনা য়াবা তারবদি করম্না মদুবু ঐঙোন্দা ইশানা লৌশিনগদৌরিবনো? ঐনা মদু য়াম্না নুংশিনা লৌখিবনি, অমসুং নুংশিবদদি অনাবা অমতা লৈতে।" জুনেনা ইরি, "শ্রীমতি সেননা ঐঙোন্দা লোন্না হায়খি মদুদি মহাক্না বাবাদা অনাবদু মঙোন্দসু শরুক য়াহনবিয়ু হায়না নুমিৎ চুপ্পা নিজখি। ঐখোয় পুম্নমক্ রাখল অসিমক্ চপ মান্ননা ফাওনখি অমসুং পুন্না বাবাগী কাদা রাখল অদুগা লোয়ননা চঙখি। মহাক্না ঐখোয়বু অমুক হন্না থাবকখি অমসুং হায়রকখি, "ঐহাক অনাবা অমতা ফাওদে অমসুং করিগুম্বা ঐনা মদু ফাওরবসু, ঐনা কৈদৌঙৈদসু প্রশাদি য়েঙ্খোকগুম্ অনাবা য়েনখোকপগী হৈনবী লৈতে।"

ইন্দ্রদেবীগী বিভুতি হাপ্নবা মখুম পানবা পাত্র অমা লৈবর্মই, মখুমদুগী মথক্তা গনেশকি মুর্ত্তি অমা য়াওরর্মই, মদু বাবানা মঙোন্দা পিখিবনি। মদুদা বিভুতি য়াওরর্মই অমসুং মদু মাগী মখুত্তা থম্বা মতমদা বাবানা লাউথোকখি মদুদি "মসি অৱাবা তারবা মীদা পিয়ু, মদুদা অৱাবদু কোক্কনি। বিভুতি অদু খক লোয়বা নাইরোয়।" হৌজিক মানা মদু বাবাদা খর পিখি; বাবানা মাবু তাঙ্খোরকখি অমসুং হায়খি, "মদু ওইজবা থিবা তাগনি। ঐনা অতোপ্পগীদমক্তা নঙতবু পাম্বনি।" "ও! বাবা!" জুনেনা তুমিন্না হায়জখি, "নহাক অসি অসুক্কি মতিক থুর্মই- নুংশি, অসুক্কি মতিক মপুং ফানা কৈ। মসিগী অনাবসি ঐখোয় ময়ামসিনা ফংফম থোকই, অদুবু নহাক্তি, চানবিদুনা নহাক্কি মমল য়াম্নবা হকচাং অদুদগী মসিগী ফিভম অসি লৌবিগনু।"

জুনেনা ইরি, "অরোয়বদা য়াম্না চিংননা, ঐনা জিসস্তা নিজখি, "বাবানা মশাবু ফহঞ্জদ্রবদি, নহাক্না মাবু ফহনবিরোইদ্রা?" অদুবু মসিগী নিজবসি পাওখুম যাওররোইদবা অমনি হায়বসি ঐহাক ভাব তাখি, মরমদি জিসস্ অমসুং বাবাসি অমতনি! ঐহাক অমুক হন্না মেতাফিজিক্সতা নৈনখি। অচুম্বদু খঙবদা অনাবদু লংথোকখিবা য়াই। খৃষ্ট মশামক্তা খৃষ্ট য়েংবসিনা হেন্না লায়বনি!" বাবা! নহাক্তি মঙাল অদুনি অমসুং মঙাল অদুদা অমম্বা লৈতবনি।" ঐনা মসি হন্না হন্না তুমিন্না হায়খি। ঐনা খঙখি মদুদি, সংসারগী ওইবা ফম্বাক অসিদা, বাবানা মায়াবু কনাগুম্বা অমগীদমক্তা, মঙোন্দা পুরা চঙজরবা অমগীদমক্তা মনিং তম্না শান্নহল্লি।

মহাক্না ঐগী মেতাফিজিক্সকী কবিশু লৈতবা অশোয়বা খবসিনা মহাক্না নিংশ্রবা লম্বী অদুদা খোঙকাপ্ অমা ফাওবা শোকহনবা ঙম্লোই। ঐগী খোঙজং অদু লাল্লমাল্লে হায়না ঐহাক নিংখি।"

ডাক্তরশিং অদুনা বাবাগী কাদা অমুক চঙই, অমুক থোকই। ইন্দ্রদেবীনা কোব মন্দিবদা ফমখি, বাবানা মঙোন্দা পিখিবা লায়েংনবা বিভুতি অদুনা বাবাগী চাউববা ফোটো অমগী পুক্কি য়েংথংবা শকক্তা তৈখি, লোযননা মহাক মশানা থুনা ফহনবিরসনু হাযনা নিজখি। শ্রীমতি সেনদি অমুক্ ফগনি খল্লি অদুগা অমুক্ হেক ফববোইদ্রা হাযনা ব্রাখি।

জুনেনা ইবি, "মি: কসতুবিনদি শোয়দনা ফগনি হায়না থাজবা পিখি। মহাক্না তশেংনা খঙখি মদুদি মসি মিবাকল মযামদুগী মবক্তা মিবাকল অমনি, মদুদি বাবানা নাবিবসি অতোপ্পা অমগী অনাবনি; মদুদি ভক্ত অদুনা নুমিৎ কয়ানি নাগদবাঅদু মহাক্না নুমিৎ খবনিদা তেনশিনহনগনি; মদুদি ঐখোয়না থুনমক্ ঈশ্বরগী লীলা অমগী অবোইবদু উবগনি। মহাক্কি ফবক্কনি হাযনা থাজবা নুংঙাইববা আশা অদুগী মৈশা মবক্তা ঐখোযসু যাম্না তোযনা নুংঙাইবগী মৈশা ফংলমই। শ্রীমতি সেনসু চপ্চানা থাজখি মদুদি বাবানা শোযদনা ডাক্তবশিং অদুগা যাম্না ঙক্নবা অমসুং চমন্নহনবা মিবাকল অমনা থেংগাইনবগনি।

মি: কসতুবিদা মাগী সিলোন চৎকদবা যৌবাংদু ককথৎলু হাযখিবা অমসুং ঐখোযগা লোযননা গোব্রা চৎমিন্নসি হাযখিবদো তশেংনমক্ মবম অসিগীদমক্তনি হাযবসি খঙহৌদনা ঐঙোন্দা মঙাল অমা লাকখি। কবিগুস্বা চিংনবনা মঙক হেক হাইগৎলকপদা, থাজবা শন্দোকপা। মাগী যৌদাংদি তমথিববা লিন অদু হেক্ তাম্থোকখিবা অমসুং থাজবদু অমুক হঞ্জিনহনবনি। বাবানা অদুগুস্বা মখোঙ্ মখুৎ পঙথবগী অনাবা অমা লৌখিবদো কবস্বা মতমদনো ঐখোযদা হাযযু, ঐখোযনা হায়জখি, অমসুং মি: কসতুবিনা যাম্না হৈনিং-হবাওনা ব্রাবী অদু মপুংফানা লিবা হৌখি - কবম্না ব্রাববা অযুক্ ৮, নুংথিল ৮ অদু লেনখিবা, লৌশিল্লুবা অনাবা অদু খঙহৌদনা কবম্না তাম্থোকখিবা অমসুং কমদৌনা মায পাক্না ফখিবা পুম্নমক্ অদু নিংথিনা মমুত্তানা লিখি। চাংজৌ নাযদ্রবা মাগী মিনুংশি, চাংজৌ নাযদ্রবা মাগী শক্তিগী ব্রাবী।"

ভক্তশিং অদু বাবাগী কাদগী থোবকখি। মখোয়গী মায়থোঙদু য়াম্না লাংশিন্না উই, মদু জ্ঞান তাবা ঙমদ্রবা অব্রাবা ব্রাখল অমনা থোকহনবা মাল্লি। জুনেনা হাইরি, "ঐনা নোংমদি বাবাদা ব্রাহং অমা হংখি, অমসুং মাগী পাওখুমদু ঐহাক নিংশিংলি। 'বাবা, জিসস্‌না করিগীদমক্ মশা অদু পাংতিংদুনা হাৎহনখিবনো?"
"মরমদি, অচৌবশিং অসিদি মশা কন্নবগীদমক্ ঈশ্বরগী শক্তিদু খক শিজিন্নদে।" অওইবনি! বাবানা থাংজগী অহিংদা য়াখিদবা কার অদু অদুম য়াহনখিদ্রে, মরমদি মদু বাবা মশাগী নত্তনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগী কান্ননবগীদমক ওইখিদবননি।"
"বাবা! বাবা!", ঐনা কৌজখি, "ঐনা নহাকপু নিংজে; ঐনা নহাকপু হায়নিংঙাই লৈতনা নুংশিজে। ঐহাক্তি মপূং ফাজদ্রিবনি, মতিক চাজদ্রিবনি, অদুবু ঐগী থম্মোয় অসি নঙোন্দা পুরা কখোকচরে!"

চপ্‌চানা মিকুপ অসিমক্তদা ঐনা খঙবা ঙমখি মদুদি মি: নকুল সেননা শ্রীমতি রাজাগোপালন, ইন্দ্রদেবী অমসুং ঈশামক্তা বাবাগী কা মনুংদা চংশিন্নবা ইঙ্গিৎ অমা পিবকখি। মদু অচুম্বা ওইগদ্রা হায়বসি ঐহাক থাজবা ঙমখিদে। ঐখোয়না মবুংঙো অদুনা মাগী নুংশিবা ভক্ত অমগীদমক্ অব্রাবগী ঈপাক্তা তারিবা ফমুং অদুদা মুন্না য়েংদুনা, আশা খবগা লোয়ননা চংশিনখি। মহাক ফমুংদা লৈরমদ্রে, মহাক ঐখোয়গী মাঙদা মশাদু শোন্দম নাতম্ লেপলমই, মমিৎ অদুদি নুংশিবা অমসুং থৌজালনা পিক থল্লদুনা, থৌদোক পুম্নমক্তু থোকখিদুনসু য়াম্না শুপ্কৎনিংঙাই ওইবা মিৎয়েংগা লোয়ননা লেপলমই।

মহাক্না শেৎলিবা কন্না মচুগী ফিজোল অদু মশাদা চিংশিনখি অদুগা মমল য়াম্নবা মখোঙ্‌দু শোকননবা অয়াবা পিবিখি। নিংথিরবা খোঙ্ অনীদু লাইহৌ অদুনা মরম ওইদুনা লুম্বু লুম্বু শারমই। নুংশিববা মাযথোং অদু তাইফেৎ তাইরমই, অনাবগী ফিভম লৈরম্লি। খজাইশিংদু তুমদবা অমসুং চাদবনা ইকুৎ-কুৎশিল্লমই। অদুবু, মহাক্না ঐখোয়গীদমক্তা মফম অদুদা লেপলমই। "ব্রাগনু", মহাক্না হায়খি, য়াম্না থোৎ-নৌনা, নুংশিনা, থম্মোয় হেক্তা ইঙ্থহনবা ঙম্বা মেঙলবা খোঞ্জেলনা, "মসে খজিক্তং অদুক বেরা তৌখিবতনি, মদুনা লোযরে", মশাগী য়েৎথংবা পুক্তনি হায়বদু উৎলদুনা।

"শ্বামি! ডাক্তরনা হায়বা হিদাকশিংদু চাবিয়ু", ঐখোয়না হায়জখি। "ডাক্তরশিং অদুনা কবি খঙগদৌরিবনো? মখোয়না করি চাউ হায়বা ঙমগদৌরিবনো? ঐনা পাল্লিবসে নখোয়গী নুংশিবা অদুতনি", মহাক্না য়াম্না তপ্না, আশাগা লোয়ননা হায়রকখি। মহাক্না মাগী কাদগী মপান থোরকখি অদুগা লাংতক্লরবা মীওই কয়ানা ঙাইজরিবা থংনবা কা অদুদা চঙখি। মহাক্না মিনিট খর লেপখি, মপাঙ্গল শোন্দমননা, য়াম্না নুংশিনা ময়াম পুম্নমক্তা য়েংখি, মদুনা কিগল্লবা কাংবুদা থৌনা পীবীনবনি। অদুদগী মহাক মাগী ফমুংদা অমুক্ হনখি। এপেন্দিক্স অদু পোকখাইনিং তৌরম্লে হায়বসি ঐখোয় কনা অমতনা খঙবা ঙমখিদে অমসুং ডাক্তরশিং অদুনা মহাক ফমুংদগী হৌগৎপা শুকয়া য়াদে হায়রম্বদুসু ঐখোয় কনা অমতনা খঙখিদে।"

মতুংদা বোম্বেদা, খৃষ্টমাসকি নুমিত্তা বাবানা গোব্রাদা লৌখিবা অনাবদুগী মবমদা পনখি অমসুং মদুনা মীযাম অমদা অব্রাবা পোকহনখিবা অদুগী মরমদসু পনখি। "নহালদু, য়াম্না শাথিববা অনাবা অমনা মসিগী হকচাং অসিদা গোব্রাদা চঙলকখি। ঐবু থাজরিবা ময়াম অমা লাংতক্লবা অমসুং নিংবা কায়বগী ঈপাক্তা তাখি। অনাবনা মসিগী হকচাং অসিবু খক শোকহনবা ঙম্লোই। মদুনা হকচাং অসিগী মনাক্তা ফাওবা চঙ্শিনবা ঙম্লোই। কবিগুম্বা মতমদা মদুনা লাক্লবদি, ঐবু থাজৌ, মদু কনাগুম্বা অমগীনি; ঐ ইশাগী নত্তে। ঐনা নিংবা মতুংইন্না মানা লাকলম্বা মওং অদুম্না অমুক চৎখি। ঐগা মদুগা মবী নৈনদে; ঐবু মদুনা শোকহন্দে।" অশেংবা ব্রাফম হায়ববু ভক্ত অমনা মতেংগীদমক নিজরক্লবদি, বাবানা মাগী থৌজাল অদু হকথেংননা নত্রগা নাকোযননা পিবি। মরক মবক্তা ভক্ত অমনা মাগী খুদোংথিবা অমা লাক্কদৌবে হায়বসি খঙবা ঙমহৌদে। পুম্নমক খঙবিবা বাবানা মতাং অদুদা ভক্ত অমসুং অনাবা অনীদুগী মরক্তা চঙশিনখি, মদু লোর্দ শিবনা মবকন্দেযগী (Markandeya) মতাংদা তৌখিবা অদুম্ননি।

ডিসেম্বরগী তাং ৯দা ডাক্তরশিংনা নাতোন মনুংদা মরী অমা থাদনবা লেপ্পখি, মদুনা থগোকপা অমা য়াওহন্দুনা খর চনৈনবগুম্ তৌবিবদু কোকহন্নবনি, লোয়ননা চাকখাওদগী নুংশিৎ লৌথোক্লবনি। মখোযনা অপোম্বা অদুদগী নায় অদু খুদক্তা চিংথোক্লবগী ব্রাফমসু খন্নখি। থগোকপা খুদিংগী মসল চিংখৎপা অদুনা বাবাদা অঙকপা ফংনা অনাবা অমা পিরম্বা য়াই অমসুং এপেন্দিক্স অদুগী অকোয়বদা পোমখৎলিবা অনাবা অদুদা শোকহল্লম্বা যাই! অদুবু, ডাক্তরশিংদু

অদু মরী মরাং অমদি লিক্লিশিংদুগা লোয়ননা কোবরাজ নিরাস থাদোক্তুনা চংখি মরমদি মখোয়না হায়রিবা পুম্নমক বাবানা য়াখিদে।

তাং ১০দা ভজন অমসুং মিটিং তৌনবা লাউথোকখি লোয়ননা মদুদা বাবাসু য়াওগনি হায়না পাও শন্দোকখি! বাবানসু হায়খি, "হোয় শিল্লো"। মদু তাবদা ডাক্তরশিংদু মশাদা থাজবা ঙমখিদে। নুমিৎ অদুদা বাবানা মীয়াম মমাংদা থোরক্কনি হায়বসি ওইথোকপা অমতা লৈতে হায়না খনখি। মী পুম্নমক্কি থম্মোয়দা চিংনবা অমসুং অঙকপা ফাওনখি, অদুগা খরদি মানবু হায়খ্রবদি শোয়দনা অদুম তৌরক্কনি হায়না থাজখি। চা থকমিন্নবা মতমদা, শ্রীমতি সেনদি য়াম্না চাননা ব্রাখি, মরমদি মতমদি লৈশিল্লক্ত্রে অদুগা মীয়াম পুম্নমকসু মিটিং মফমদা মরী-মরী লাক্লখ্রে। (মতম অসিদা মশাদি নিংথিনা কন্দ্রি)। অব্রাবগী মশক ওইরবা অনাবগী পাওদুনা থুমহৎলুরবা গোব্রাদো, হৌজিক্তি, অমুক্ নুংঙাইবা পাও অদুনা পুমনিল নিলখ্রে।

বাবাগী ফিভমদি মশামক্কি ব্রাহৈদা অসুম্না হায়বা য়াই : "ডাক্তরশিংদু খুদক্তা ওপরেসন তৌগদবনি হায়বসিদা মোত অমতা ওইখি, নত্রবদি মখা ফত্তবা অমা থোরকপদা মদু মখোয়গী দায়িত্ব নত্তে হায়বসিনি। মখোয়না হায়খি, পোমখৎলবা এপেন্দিক্স অদু পোকখাইখ্রে, অমসুং মদুদগী থোরকখিবা নায় অদুনা ঈদা চঙখ্রে- মদুগী ফিভমদু শিবা নায়বা জিবা খুদিংগীদি যাম্না খুদোংথিনিংঙাইনি।"

বাবানা মাগী কা অদু ফাওদুনা চৎপা তাখি, মীয়াম ফমফম কাদু ফাওবা তাখি, মাঙ্গোল পরিংদা খোঙনা চৎপা তাখি, অনেম্বা থাক অমা কাখৎপা তাখি, মহাক্না খনখিবা ভজন শকফম হোল অদুদা ফাওদুনা চৎপা তাখি, দাইস য়ৌবা তায়, অনেম্বা থাক অনী খাখৎপা তাখি অমসুং অরোইবদা মদুদা থারিবা চৌকি অদুদু্য ফম্বা তাখি। অপুনবদা চৎকদৌবিবা অশাংবসি ফুট ২০০ বোমনি। লম্বী পুম্নমক্তু লৈগী গালিচানা লৈতেংলমই।

ভজন ঈশৈ অদুগী মমৈব্রাইদা শ্রীসেননা ব্রা ঙাঙখি, "ডাক্তরশিংদু য়াম্না নুংশা থিখি অমসুং মখোয় বাবানা ঐঙোন্দা হায়বিখিবা ব্রাফম অদুগী পুরা মায়োক্তা লৈখি হায়বসি ঐহাক খঙবা ঙমখি। ঐঙোন্দা লৈজরিবা মীগা মান্নদবা ব্রাখল (তরুকশুবা ইন্দ্রি) অমনা ঐঙোন্দা থাজহনবিখি মদুদি ভগবান্না গোব্রাদা মাগী লীলা অমা উৎপিখিবনি অমসুং মাগী সনকলপনা অনাবা অদু লাকখিবা মওং অদুম্না য়াম্না থুনা অমুক্ থাদোকখিগনি।"

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

ডাক্তর পুন্নমক অদুগী লুচিংবা ডাক্তর ভরমাদু নুংথিল পুং ৪দা লাকখি অমসুং নৈগী গালিচা অমা ফুট ২০০ শাংনা থাবদুদা য়েংখি, য়ানিংখিদে, মদু খোঙনা চৎপদা শাংমনখ্রে। মহাক্না অশন্বা থোঙ ফাওদুনা চৎপা য়াবা লম্বী অমা হৌদোকখি, মদুগী অশাংবদু চাউরাক্না ফুট ৪০ মুক্তনি। মহাক্না হায়খি, "দাইসতু লৌথোকপা তারে; চৌকি অদু লৈমায়দা থারসি, মরমদি ফনা য়াম্না নেন্বা ওইরবসু মহাক্না কাখৎপা ঙম্লোই, চানবিদুনা দাইসতু অসোমগী মতায়দা থাবদু তোক্লগা অনকপা অসোমগী মতায়দা থাসি।

পুং ৫দা বাবাদু ইরুজফম কাদা পুশিনখি, অমসুং মিনিট ২০গী মতুংদা কাদগী থোবকখি, মকোই শেংনা কোকথোবকখি, অনৌবা ফিজোল অমা শেংখি, নৌনা শাৎকায়রকপা গুলাব্ লৈগুম্ তগৎ-তগৎ তেক্লা থোরকখি।

ডাক্তরশিংনা মহাকপু অমুক হন্না য়েংবা মতমদা মখোয়না নায় লৈবগী মওং অমতা ফংবা ঙমখিদ্রে, নত্রগা মনাক্তা পোমখিবা মতুম লৈবগী খুদমসু ফংখিদ্রে। এপেন্দিকসনা লৈবিবা মফম পুন্নমক্কু ময়ামগী লৈনরিবা অসিগুম্না য়াম্না থোৎনা চুম্না লৈরমলে।"

"য়েংউ", নকুল সেননা হায়খি, মদু বাবানা পুং ৬ হেক তাবদা চৌকিদা ফমখিবদা হায়খিবনি। "ভগবান্না মাগী তুম্ফম কাদগী দাইস ফাওবা খোঙ্না লেঙখি, চাউরাক্না ফুট ২০০ গী অরাপ্পনি, কনাগী মতেং য়াওদননি। মহাক্না ওফিসকি চৌকি অদুদা মশা চুমদ্রিংনা ফমখি।"

অসিগুম্বা য়াম্না নুংঙাইহবা, ইতিহাসিক ওইরবা মিকুপ অদুগী মতাংদা জুনেনা ইরি, "ভজন হৌখ্রে, অদুগা ঐগী মিহুল অসিনা, অনৌবা আশা অমগা লোয়ননা ঈশেংগা চাননা থিল্লি। বাবাগীদমক নুংশিবা প্রেম অদুনা হোল অদু থনখি। আ! মহাক আদা লৈরম্বনি, য়াম্না চীংলেম্না হোল অদুগী মখাদা কুম্মথরকখি, নুমিৎ চুপ্পদা মী অনীনা মাবু শেন্নদুনতা লৈরমলবসু। হৌজিক্তি মহাক্না চৎখি, করি অমত্তা থোকখিদবগুম চৎখি। মাগী খোঙথাংশিং অদো হান্নগী মতৌগুম্ অদুম চপ মান্ননা চীংলেমখি। ঐনা অকোনবা উখিবদা মখজায় ইকুং কুংখিবদো হৌজিক্তি ফরম্লে। মাগী নুংশিবা প্রেম্না হোল অদু পুমথুম থুমখ্রে। পুন্নমক্ মহাক্না থুমহৎখ্রে। মানা কাদা ফৎ চৎখি অমসুং মহাক্না কনাগুম্বা অমনা অনাবা মচা অমগা ফক্লাংদা ঙাদুনা লৈবা উববদি, মাগী মখুৎ অদু মহৌশাগী মতৌগুম ওৎখি, মদু লায়েংনবা বিভুতি পুথোক্লবনি।

বাবাগী মিৎশিং অদুনা হুত্তুনা য়েংখি, নুংশিবা অমসুং মিনুংশিনা থল্লবা মমিত্তুনা, কনাগুম্বা অমনা তমথিবা, ওইদবা তাত্তৌবা অমসুং চুমদবা ব্রা ঙাওবা মতমদা শৎ য়েংশিনবা মিৎ, খুদক্কি লৌশিং জ্ঞান পুম্নমক্লা থল্লবা মিৎশিংদো মহৌশাগী মতৌগুম্না চপচানা মরোল থোকখি। মহাক্লা মাগী ফম্ফম অদু ময়ামগী মমাংদা থারিবা ঙাথফম য়াওদবা সোফা অদুদা ফমখি অমসুং মকোক অমসুং মখুৎনা ভজন ঈশৈগী তান অদুদা য়াওরকখি। শ্রীমিত রাজাগোপালন্না ঐগী নাকোংদা তুমিম্না হায়রকখি, “য়েংউ, মমিৎশিংদো মহৌশাদগী ঙসিনা হেন্না ফজদ্রা। সংসাবসিগী নত্তবা, অতোপ্পা সংসার হায়বদি লাই লৈবাক্কি ওইবা শকতম অমা লৈবিবসে; হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবগী মায়থোং অসে;”

বাবাগী মমিৎ অনিদুনা তিল্লিবা মীযামদুদা চেকশিন্না য়েংখি, মীযাম্ পুম্নমক্কুসু মমিৎকা অমতা কুপ্তনা বাবাদা য়েংখি, মদু বাবানা মশানা মশাবু ফহনখ্রিবসি ঙাইহাক্কিবা নত্রগা খবখকতগীবা হাযবা অকিবা, চিংনবা ব্রাখল অমদগী য়েংলিবনি।”

মি: নকুল সেনদু য়াম্না তৌবিমল খঙবা অমসুং অঙকপা মীনি। মহাক্লা বাবাবু ওকচবগা লোয়ননা অমদি চৎনবীগী মতুংইন্না মীয়ামদা শক্তাকপদা মহাক্লা হায়খি, “ভগবান্দি মাগী ভক্তশিংগী থম্মোয়গী থুপ্পবা কাচিন্দা লৈ, মহাক্লা মখোয়গীদমক্তা তৌবোইদবা থবক অমতা লৈতে। মহাক্লা মাগী হৌজিক্ উবিবা শক্তম অসিদা, মতম অসিমক্তা, তোঙান-তোঙানবা মফম কয়াদা শক্ উৎপিখ্রে, মদু মাগী অব্রাবা তাববা ভক্তশিংবু তেংবাংবিনবনি, নত্রগা মখোয়বু থোক্লগদবা খুদোংথিবা অমদগী কনবিনবনি, মদুগী মবমদদি মহাক খক্তনা মাঙজৌননা খঙবা ঙম্বনি। মহাক্কি সনকলপগী মতেংনা নত্রগা অনিংবনা মহাক্লা মাগী ভক্তশিংগী অনাবদু লৌশিনখি অমসুং মখোযগীদমক্ অব্রাবদু খাঙখি, মবমদি মখোয়দা অদুম্ থাদোক্লন্নবদি মখোয় অদুম্ শিরম্লগনি।

মদু ঐখোয়না হৌজিক উখ্রে, মদু লীলা অমনি, মদুনা গোব্রাগী হৈ-শিংলবা ডাক্তর পুম্নমক্ পুমঙাও ঙাওহনখি। মদুনা ঐখোয়দা চিংনবা অমতা লৈহন্দ্রে মদুদি সংসার অসিদা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী ব্রাংমদা করিগুম্বা পোৎশক অমতা লৈত্রে। মহাক্কি লীলা অসিদি মমাংথক্তা অমুক্তা থোকখিদ্রি; মসিদি য়াম্না নুংঙাইহনবা লীলানি; মসিদি নিংশিংবদা থুম্বনি; মীওইবা জাতিগী নুংঙাই

যাইফহন্নবনি; পুক্লিং অসিবু মপুংফানা লাকশিন্দুনা অচুম্বা, ফজবা অমসুং অফবদা ওনশিলহন্নবনি। মসিনা চাংজৌ নাযদনা নুংঙাইহন্নবনি।"

গোভর্নবনা গোব্রাগী মবমদসু খব মপুং ফানা ঙাওবিখি অমসুং মসিগা বামা অমসুং কৃষ্ণনা মখোযনা পৃথিবীদা লেনখিবা পুন্সিদা লৈনখিবা মবীগী মবমদসু ঙাওবিখি। কোববাজ নিব্রাসকি হেক মমাংদা সমুদ্রদা চেম্থখিবা তুবেল্ অনীসি মন্দবি অমসুং অঘানাসিনি। তুবেল অনীসিগী অশেংবা মগুণ হেনগৎহনখিবা থাইনগী ব্রাবী কযাসু লিবিখি।

শ্রীনকুল সেননা গোব্রাগী থাইনগী মতিক-মগুণ কযাগী মবমদা অমদি মসিগা শিবগা, বামগা, কৃষ্ণগা, পবশুবামগা অসিগুম্বা ঈশ্ববগী অবতাবশিং অসিগা লৈনখিবা মবী অদু অসুম্না লোযশিনখি, "ঈশ্ববনা অমুকহন্না মসিগী লীববা, থাইনগী লম্ অসি মহাক্লা হৌজিক লৌবিবা শক্তম্ অসিদা, শ্রীসত্য সাই বাবা হায়বা মিংথোল অসিদা মফম অসিবু অমুক হন্না যেংলগে হাযনা লেপখিবননি হায়বসিদা কবি অমতা অঙকপা নত্তে; মহাক্লা মাগী মমাংগী অবতাব মতমদা গোব্রা অসিবু যাম্না নুংশিখি অমসুং গোব্রা অসি হৌজিকসু অদুম নুংশিবি।"

বাবানা মিনিট ৪০ হেন্না মাগী মহৌশাগী মওং অদুদা ব্রা ঙাওখি। তিল্লিবা মীযামদু মযাদা হযিং চঙবা খঙখিদে, মবমদি মদু মাযপাকপগী, যাইফবগী অমসুং মঙ্গোল ওইবগী পাওজেলনি।

পুং অমবোমগী মমাংদা ফত্থবা অনাবা অদুগী ব্রাখলদো পুম্নমক্কি থম্মোযদদি কাওনদ্রি, অদুনা, বাবানা মদু কবম্না চঙলকখিবা অমসুং থোকখিবা হাযবদুগী মবমদসু ব্রা ঙাওখি, অমসুং অবতাব অসিনা পাঙথোক্কদৌবিবা থৌবাংশিং অসিগী মবক্তা অসিগুম্বশিং অসিনা কবি ফিভমদা লৈগনি হাযবগী মবমদসু ঙাওখি। "ঈশ্বব লৈ হায়বসিদা চিংনবা মী যাম্না লৈ, নত্রগা মাবু যাদবা, অমসুং ঈশ্বব হায়বসি অপঙবা, মতমগা চুনদ্রবা, অমম্বদা থাজবনি হাযনা খনবা মীওইশিং লৈবি। মখোয়গী অদুগুম্না নাপল্লগী ব্রাখলদু থাদোকহন্নবা ঈশ্ববনা, মাগী লেঙদনা, নুংগী ওইনা লৈবা থৌজালদগী মাগী মীওইবগী থাক্কি ব্রাংমদা লৈত্থবা মতিক মগুন্দু খঙহনবনি, ফোঙদোকপনি। চিংনবিবা মীওইশিংদু ব্রাহং হংদনা পাওখুম ফংখি, থোঙ অদু থিংদ্রিঙৈদা অদুম হাংদোকখি; মবমদি যাদ্রিবা মীওইশিং অদুদি অমুক

হন্না থিল্লররোইদবনি। ওইদবদা থাজরম্বশিং অদু মশানা হকথেংনরবা মতুংদগীদি মঙাল ফংলক্তুনা ঈশ্বরগী থাক্তা ওম্থোরকই। মীওইবগী হকচাং অসিনা লায়না কয়া পোকহল্লি, মদু চিঙ্গাক লানবদগী নত্রগা শাজৎ-নিতি ফত্তবদগী নত্রগা অপঙবা তহ্য তহ্যবদগী নত্রগা অঙাও-অফৈগুম্বা রাখলদগী ওইবা য়াই। নখোয়না হৌখিবা নুমিৎ নিনিদা উখিবা অনাবদুদি পুমতোপ-তোপ্পা মওংনি। মদুদি ঐনা ইশানা য়ানা লৌখিবা অতোপ্পগী অনাবা অমনি, মদু নারিবা মহাক অদু কন্নবগীদমক্তনি, নৎলমদ্রবদি মহাক হিংলল্লরোইদবনি। মহাক মতম খর মশা ফনা হিংবা হায়বসি ঐনা তৌনিংলিবা থবকশিং অসিগীদমক পামখিবনি। ভক্ত অমগী মফমদা থৌজাল হৈজিনবা হায়বসি অবতার অমগী মথৌনি। এপেন্দিক্স অদু পোমখৎখ্রে, মদু নায় চাখ্রে, ডাক্তরশিংনা মদু লৌথোক্লগতা লায়েংবা ঙমই... ঐনা খঙই, মদুদা মহাক হিংবা ঙল্লম্লোই। ঐনা হকচাং অসিদা লাক্লিবসি অতোপ্পা হকচাংশিংগী অনাবদগী কন্নবগীনি। মসিগী হকচাং অসিদি মতম পুম্নমক্তা অনাবা লৈতে। লায়নানা মসিবু শোকহনবা ঙমদে।

ঐঙোন্দা চঙজবকখ্রবা নুপা অমা কন্নবগীদমক ঐহাক চৎপা তাখি। ঐনা মাগী অনাবদু লৌশিনখি অমসুং মদু খাঙখি। মদু মঙোন্দা অমুক হন্না নাররোই। নখোয়না থৌদোক অসিবু মিবাকল অমনি হায়না কৌরি, অদুবু নিংশিংউ, নখোয় খুদিংমক মিবাকল অমমম্লি! শ্বর হোনবা খুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈ হায়বগী প্রমাণ অমনি। থৌদোক খুদিংমকসি ঈশ্বরগী পুম্নমক ঙমই হায়বদুগী ফলনি। নহাক্লা অচুম্বা, ফজবা, অফবা জ্ঞান মিনুংশি ফংলিবা মফম খুদিংদা ঈশ্বর লৈ অমসুং মথৌ তৌরি। লাই থাজদবা মীনা ঈশ্বর য়াদে, মদুমক্ ঈশ্বরনা মঙোন্দা পিরিবা শ্বর অদুগা লোয়নননি মহাক্লা যাদ্রিবদো। ঈশ্বরনা মঙোন্দা পাঙহল্লিবা মমিৎশিংদো মহাক্লা উইশিল্লি অদুগা মহাক্লা ঈশ্বর উবা ঙমদে হায়না লাউবি। মবম অদুনা, অসিগুম্বা অঙকপা থৌদোকশিং অসি তৌবা তাখিবনি অমসুং মফম পুম্নমক্তা মীঙোন্দা খঙহনবা তাবনি, মদু মীওইবনা সংসার অসিদা হেজিন্না য়াওশিনখিবা, তাশিনখিবা অদুদগী কনবা য়ানবনি, অমসুং নুংশিনা, মশানা য়ানা সংসার অসিগী মপুগী মায়কৈদা চিংশিন্নবনি।"

বাবাবু লাৎচরিবা, য়াজরিবা ঐখোয়গীদমক্তদি, অমসুং অবতার অসিদগী কান্নবা ফংলিবা মীওইবা জাতি পুম্নমক্কিদমক্তি ডিসেম্বরগী তাং ১০দু অচৌবা নুমিৎ

ওইখি। বাবানা মাগী চীংলেম্বা মতিক মগুণ, থোইদোক হেন্দোকপা অমসুং যাম্না পুকচেল চাউবগা লোযননা মফম অসিদা লৈবিখি, মদুনা শোম্বুহনখিদবতা নত্তনা, হেন্নদুম হেনগৎহনখি, মদু পৃথিবী পুম্নমক্না মাগী পান্দমগী মবমদা হেন্না লুশিন্না খঙনবকখিবগী ফলননি।

বাবানা ভজন খব শকখি অদুগা মাগী কাদা হনখি। বাবাগী মশাদু হান্নগী মতৌগুম্ মপুং ফাগ্রে হায়বসি নুংঙাইখ্রবা থৌদোক অমদগী খঙ্বা যাই। বাবানা বৃন্দাবন্দগী নহা অনীখক্ বোম্বেদা মহাক্কা লোযননবা হায়খি। ঐখোযনা মখোযদা টেলেফোন্ তৌখ্রে মদু তাং ৯দনি, মশা দাইবেক গোৱাদা লাক্লবা হাযখ্রে; মখোযনা অমুক হন্না টেলেফোন তৌবকখি; পুং খবগী মতুংদা Indian Air Lines কি স্ত্রাইক অদু বঙ্গলোবদসু যৌবকখ্রে। অদুনা মখোয কাবদা গোৱা তান্না লাক্লবা হাযখ্রে। মখোয তাং ১০গী নুংথিল পুং ৬.৩০দা গোৱা যৌখ্রে। মাইক অদুদা বাবাগী খোঞ্জেল তাবদা, মখোযনা কোববাজ নিৱাসগী মনুংদা চংখি, থাকশিংদু চেনখৎখি অদুগা হোল মনুংদা চংখি। বাবানা অসুম্না হাযবদু তাখি, "হৌজিক্তি লৈবাক পুম্নমক্ পুল্লাং লাঙহনখিবা অমসুং মী লাক্ষ কযাগী থম্মোযদা লাঙতক্লহনখিবা অনাবা অদুগী মবমদা ঐনা নখোযদা হাযবগনি মবমদি মখোযনা ঐহাক হোস্পিটালদা লাযেংখ্রে অমসুং ওপবেসন তৌখ্রে হাযনা কিনখি। মসিনা অনাবা কমদৌনা লাকখিবা অমসুং ফখিবা হাযবদুগী মখোয়দা পীবা ইহান হানবা পাওদম্নি।

অদুগী মতুংদগীদি বাবাসি ঐখোয মযাম্না মাগী কা মনুংদা কোযশিল্লমই, সেন মপু-মনায অমসুং ডাক্তবশিংসুনি। ডাক্তবশিংনা ঈশ্বরগী মবমদা যাম্না লুববা রাফম কযা হংখি, অমসুং বাবানা মদু মখোযদা শেংদোকখি। দত্তত্রেযগী মবমদা ঙাঙলিঙৈদা, শক্তি অহুম্নু মহুৎ শিল্লিবা ঈশ্বর, ইলিফান্তাদা ওম্লোক্না চীংলেম্না হক্নুনা লৈবিবা ত্রিমুর্ত্তি অদুগী মবমদা ঙাঙলিঙৈদা, বাবানা মহাক্সি দত্তত্রেয়নি হাযনা লাউথোকখি অমসুং মখুৎ অদু ওৎখি, অদুগা য়েংউ, মাগী মখুত্তা মকোক অহুম পানবা পিকচব অমা, শক্তি অহুমদু অমতা ওইনা, অদুবু অঙকপগী মথক্তা অঙকপা হাযবদুনি, বাবানা পুথোক্লিবা পিকচব অদুদি চপমান্নবা মায় অমতনা অহুম্লক উৎপনি যেত্তসু, ওইদসু, মযাযদসু, শকফম অদু বাবা মশামক্কিনি, ব্রহমা, বিষ্ণু অমসুং সিবা ওইনা। মদু ঐখোযগী পুন্সিদা অহানবা ওইনা উজবা ফংজখিবা পিকচবনি।

তাং ১১দা বাবানা ডাক্তরশিংদু মাগী মনাক্তা কৌশিনখি অদুগা থৌজালগী খুদোল কয়া শেমদুনা পীবিখি লোয়ননা আশীর্বাদ পিবিখি। মখোয় খুদিংমক্না থৌদোক অদুগী মোমেন্তো অমমম ফংজখি। অদুগী মতুংদগীদি নুংথিল খুদিংগী ভজনগী থৌরম পাঙথোকখি, মদুদা য়াম্না লাপ্পা মফমদগী লাকখিবা ভক্তশিংনা শরুক য়াখি। সহবগী ময়োলমক্তদা শোয়দনা পাঙথোক্কনি হায়খিবা মিটিং অদু তাং ১০গী নুংথিলদা শিনখি। মদুদা তিনখিবা মীয়াম অদু তাং ৮দা নিঙবা কায়দুনা হনখিবা মীশিং অদুগী শরুক অনী হেনখি; মরমদি ভক্ত অমা কন্নবগীদমক্ অনাবা অমা লৌশিনবা অমসুং থাদোকখিবা ঙম্বা বাবা অমখক লৈরিবদুগী দর্শন ফংনিংবা মী লিশিং কয়া লৈবননি। শ্রীনকুল সেননা সভাপ্তি ওইখি; মহাক্না মওং-মরিন্ অরেপ্পা লৈতবা ঈশ্বর অদুনা মওং অমগা লোয়ননা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবা ওইনা লাক্লবদা তৌরকপা য়াবা থবক থৌবম কযাগী মরমদা ৱা ঙাঙখি। বাবানা যোগ-গী মরমদা ঙাঙখি অমসুং থবক খুদিংমক্ উদ-যোগ হায়বদি যোগ অদু থবক্তা ওন্থোক্লবগী হেন্না ৱাংবা যোগগী মরমদা ৱা ঙাঙখি।

বোম্বেদা লৈবিবা ভক্তশিং অদুনা বাবানা থুংলবা ঙাইবদা মশাদু য়াম্না চবাংনরমই, পোথাফম খঙলমদে। পাইলোতশিংগী স্ত্রাইক্ অমসুং মখাদা থবক শুরিবা ময়াম অদুগী স্ত্রাইক্ অদুনা মখোয় অদু লৈফম্ চাফম্ খঙলমদে; বাবাদু স্তিমরদা চৎনবা হোৎনবসু য়াখিদ্রে, মবমদি মদুনা পাত্র অদুগী মনুংদা পুং কয়া ফাজিন্দুনা অবেম্বদা মাঙখিগদৌরি। মমৈথংদা লন্নায়গী প্লেন অমা বাবা অমসুং ঐখোয খব গোৱাদগী বোম্বে ফাওবা থিন্নবা ৱাযখি, মদু ডিসেম্বগী তাং ২১দনি। 🕮

# নুংশিনা লৈয়ু
## (Live in Love)

"কনাগুম্বা মীওই খবদি যাম্না হৈ-শিংবা, মবম চাবা-চাদবা থিনিংবা মদুনা মীঙোন্দদি যাম্না শাওহন্নিংঙাই ওইবা মওংগী শক্তম পুই নত্রগা যাম্না নিয়ম কানুন খঙলবনি হাযবগী মশাদা মদ অমা ব্রাংনা লৈজে। মখোয অসি মী অতোপ্পবু হেক্তা হন্থবা থাক্তা থম্লিংবা, চৈনিংবা মীতানি অদুগা মশাবুনা হৈববনি, শিংলবনি হাযনা উৎনিংবা, শক্তাক্লিংবা কাংবুনি। মখোয অসি যাম্না ব্রাংনা পাইবা, খব পাক-চাউনা কদাযদা অশিবা-শা লৈবিবগে হাযনা যেংলিবা লঙজা গুম্বনি", ব্রাফম অসি ভাবতকি মফম খুদিংমক্তা গুরু অমা থিবা চৎখিবা কনাগুম্বা সাধক অমনা ইবিবনি। পোল ব্রুনতোনবু চৌজিকমক্তা ঈশ্বরনা অবতাব তৌবিবা মী অদুগী মনাক্তা পুশিনবিনব নুমিৎ খুদিংগী ঈশ্বরদা নিজৌ, খুকমজৌ হাযনা পাওতাক পিখি। অবতাব অদু নুংশিবনা কু মথবক্লে, মবম অদুনা, অবতাব অদুগী শাক্কিনাদি তঙাইফদনা নুংশিবনি।

হোৎনৌ অমসুং নশাদু পুম্নমক্তা যাওবিবদু অমুক্তং যেংউ, অদু ওইববদি নঙ্না মী অমবুনা হেন্না নুংশিবোই অমসুং অমবুনা ব্রাৎনা নুংশিবোই, মবমদি মখোয অনীদু নশামক্লি খনবদগীনি। নুংশিবা হাযবসি শরুক্ যামিন্নববদি শান্তি লাকই। সংসাবগী লৈনবিবা মবী অসি পিথোকপা অমসুং লৌশিনবা হাযবা নিযম অসিদা যুম্ফম ওইবনি। খ্বাইদগী অব্রাংবা মখলগী নুংশিবা অসিদি ভক্ত অমসুং ঈশ্বব অনীগী মবক্তা লৈনবা অদুনা ওই, ভক্ত অদুনা ঈশ্ববদা তিঞ্জনিংবা অদুননি। অদুদনি নুংশিবনা খুদিংমক্তা অমসুং জিবা খুদিংদা চেনশিল্লিবসি। বাবাগী মোত মতুংইন্না, ঈশ্বব হাযবসি নুংশিববুনি; নুংশিবিবা মী অদুনা নাইতোম অদুনি অদুগা নুংশিবিবা পোৎশক অদুবুনা প্রকৃতিনি। প্রকৃতি হাযবসি মপুং ফানা ঈশ্ববগী খুদুমদা

লৈ হায়বা খণ্ডলগা কবিগীদমক মাগী মখা পোনগদৌরিবনো? ঈশ্বর হায়বসি মফম খুদিংমক্তা লৈ হায়বা খণ্ডলগা, ঐখোয় পুম্নমকপু শেম্বিবিবা মপু অদুবু নুংশিবা তমশি, মরমদি শেম্বা হায়বসি অতৈ করিশু নত্তে, মাগী শক্লোন্ ফোঙদোকপদনি। বাবানা হায় মদুদি ঐখোয়গী ব্রাখল পুম্নমক ঈশ্বররোমদা ওনশিনগদবনি। অদুবু ঐখোয়না পুক্নিংবু খুদুম চনবা ওমদ্রিবমখে মদু তৌবা ওমদে। মসি মতম শাংনা তত্তনা হোৎনরক্লবা মতুংদতনি ঐখোয়না ঈশ্বরদা লৈবা ওমগদবসি, হায়বদি মহাক্কি ব্রাখলদা লৈবা ওমগদবসি। মীগা মীগা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অদুনা খুদিংমক লান্না চৎখিবনা অতৈসু খুদিংমক লান্না চৎলে, মরমদি ইশাগী যাইফনবা খনবনা মযামগী য়াইফনবা খনবা ব্রাখলবু নমহৎখি নত্রগা ঐখোয়না ইশাগী অরাম যৌবাংবনা ঈশ্বরগী যৌরাংবদগী হেন্না মমল য়াম্না লৌই। মীওইবগী অশেংবা নুংঙাইবা হায়বদুদি মঙোন্দা য়াওরিবা ঈশ্বরগীগুম্বা শক্তি অদু খ্বাইদগী মপুংফানা, যাম্না চাউখৎহনবা ঙম্বা মীওইশিং অদুখক্তদা ওইথোকই।

মসিনি ঈশ্বর ফংনবা লম্বী হায়বদু, মসিবু নুংশিবগী লম্বী কৌই। গীতাদা জগৎকি মবুংঙোনা হাযখি, "মবুংঙোদি, ও আর্জুন, জিবা পুম্নমক্কি থম্মোয়দা লেঙশিল্লি; নঙগী পুক্নিং অদু ঐঙোন্দা লেঙদনা লৈয়ু, ঐঙোন্দা ভক্তি লৈয়ু, ঐঙোন্দা কখোকউ, ঐঙোন্দা খুকমউ, অদু ওইববদি নঙ ঐঙোন্দা লাক্কনি।" নঙ্না ঈশ্বর কিনবগী মবম লৈতে, মবমদি নুংশিবনা চিংনবা অমসুং অকিববু নমহৎপা ঙম্বনি। ঈশ্বরবু লোযনবা অমা ওইনা নুংশিউ অমসুং ভক্ত অমনা তৌবগুম মহাকপু ব্যবহার তৌ। বাবাদি অঙাংগা লৈমিন্নবা মতমদা অঙাংদৌনা তৌই, হৈ-শিংবা মবক্তা লৈবগনা হৈ-শিংবা অমা ওই, ডাক্তর মবক্তা লৈবগনা ডাক্তর ওই, মদু মাগী নুংশিবা প্রেম্বনি, মবমদি মহাক্লা খুদিংমকপু যাম্না নুংঙাইনা, অফা-অপুন লৈতনা লৈহন্নিংই।

লাযববরু পিজবা, জেলদা লৈবশিংবু সেবা তৌবিবা, মনা পঙবা, মবোল্ থোক্তবশিংগী মনাক্তা চৎপা, মিৎতাংবগী মনাক্তা, লেপ্রোসি থুংলবশিংগী মনাক্তা, অঙাওবা যেংফমদা চৎপশিং অসি বাবানা খ্বাইদগী রাংবা সাধনানি হাযনা ইবিশ্বরনি। "নহাক্লা মিংখেবোল শোন্নবা নত্রগা ধ্যান তৌনবা ফম্নবা মতমদা, নহাক্লা কনাগুম্বা অমনা নাহেবা, তেংথাবা তাববদি, হৌগৎলু অদুগা কবিনো হায়বদু থিজিল্লু। নুপা অদুগী অনাবদু ফনবা মতেং পাঙখিবদুনা নঙনা ধ্যান ঙাইহাক্তং নাম্থোকখিগদৌবা অদুদগীদি হেন্না অফবা ফল ফঙই।"

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

বাবানা মাগী ভক্তশিংগী নুংশিবা প্রেম অসি তোঙান-তোঙানবা মওং কয়া মরুমদা ফোঙদোকই। অমুকতং ধর্মক্ষেত্রদা বাল বিকাশকি ওজা ময়াম সত্য দ্বীপ্তা পুনখি। মিটিং অদুদা য়াওহনখি। অঙম্বা লম্বী অদু তহা-তহা কানরকপদা অয়াম্বনা শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লমই, অদুগা অহল ওইরবী নুপী অমদি য়াম্না শাথিনা ৱাবগুম তৌখিরমই। বাবানা মহাকপু ফল্লাংদা ঙাহল্লগা পঙ্খা অমগী মখাদা ফমহনখি। অদুদগী মহাক মিকুপ অমা মাঙখি, মদু নুপী অদুদা পিথক্লবা ঈশিং গ্লাস অমা লৌরুনবনি। কনাগুম্বা অমনা নুংশা মরক্তা দর্শনগীদমকতা ৱানা লেপ্তুনা লৈবদু খাঙবা ঙমদে অদুগা নোং পুমচোৎ চোক্তুনা লৈবদুসু য়েংবদা ৱানা থোকই। কালেনগী শারবা মতমদদি নিলয়মগী লাইশোল হোল অদু হনুবী নত্রগা নারবী নুপী অহলশিংদা তুমহল্লি। মী লিশিং কয়া মতেং পাঙনবা লৈরবা ফাওবদা মহাক মশামক্লা অথুম অহাও য়েল্লিবসি নুংশিবা প্রেম অদুননি অমসুং খ্বাইদগী চম্বা চিঙ্গাক চারিবসি লায়রবা কাংবুনা মঙোন্দা পিজনিংবদা য়াননবনি।

মাগী নুংশিবা প্রেমদু থবক ওইনা ওন্থোকপসি মহাক্লা মী পরেং পরেংদুগী মরক্তা য়াম্না চীংলেম্না চৎপা মতমদসু উই, মীয়ামশিং অদু নাইতোম উননবা খনবিরকপদু খৌরাংনা ঙাইজরিবনি। অনাবা অঙাংশিং অদুনা অখন্নবা আশীর্ব্বাদকিদমক খন্দোকই; মখোয়দা ৱা ঙাঙবিখি অদুগা বিভূতি পিবিখি। অনাবশিং, অহল্ ওইরবশিং, সমাজদা হন্থবশিং অমসুং লায়রবা কাংবুশিং অদুবু মহাক্লা য়াম্না নুংশিবি অমসুং লুনা তৌবি। মহাক্লা তেলেগুগী প্রমাণ অমা শিজিন্নদুনা নঙোন্দা থাজবা পিগনি মদুদি নহাক্ ফনা থাপ্লসু ফমজসনু নত্রগা ফনা য়াম্বা মীয়াম্নসু কোইশিনসনু, নহাক্কি লাইনিং অদুনা য়াম্না থৱাই য়াওরবদি, নঙবু খিরক্লনি অমসুং আশীর্ব্বাদ পিবিগনি। মহাক্লা হায়, "নহাকসু সাই হকচাংগুম্বনি, নুংঙাইয়ু নহাকসু সাই হকচাংগী কয়াৎ/শরুক্ অমনি, নহাক মখোঙ খক্তনি হায়না প্রতিবাদ তৌগনু নত্রগা নহাক মকোক অদুনি হায়না চাউথোকচৌ, মরমদি চপমান্নবা নুংশিবগী ঈ অদুনা অনীমক অদুবু হিংহনবিরিবনি!" কনাগুম্বা য়াম্না ফিভম শোক্লবা, মশা অদু নোম্থদুনা মখোঙ্ শোকপা ঙমদ্রবা মীওইশিং লাকপদা মহাক্লা মখোঙ নামা থাঙ্গৎপি, মদুনা শান্তিগী মোলোম পীবিদুনা থম্মোয় অদু ঈংথহন্নবনি। "ঐগী ভক্তশিংনা খুদোংথিবা তারবা মতমদা খুকমজরক্লনি হায়বসি ঐনা মাঙজৌননা, খঙ্গ্রবনি, অদুনা ঐনা মতমচানা মতেং পাঙনবা নত্রগা কন্নবা চংশিল্লি," মহাক্লা হায়।

মহাক্লা নুংশিবগী মরুশিং মীগী থম্মোয়দা থানবগী মরমদসু ব্রা ঙাওখি, মদুনা মাগী ইমুং মনুংদা মতোল-চোংলকপা, মরীমতাদা শন্দোরকপা, খুঙ্গংদা কাংলুপ অদুনা শন্দোরকপা অমসুং অরোয়বদা মদুনা মীওইবা জাতি পুম্নমক্তা য়ৌহল্লক্লবগী মরমদসু ঙাওখি। *মহাক্লা মেদিতেসনগী মতাংদা তম্বিবা মতমদা, মৈরিদা পুক্নিং লুপশিনবা অদুনা খ্বাইদগী ফরবা লম্বীনি হায়বিখি।* "মৈরি অদু পিশুম অনীগী মরক্তা লৈ হায়না ভাবনা শারো, মৈঙাল অদু থম্মোয়গী অহোবা মরক্তা চঙলে হায়না নিংলো অমসুং মদুনা ঙালহল্লে হায়না নিংলো। মদুগী মঙাল অদুনা তুকচবা, মীহৌবা অমসুং মদ কাবা পুম্নমক্ মাঙহনখ্রো, মদুনা নশা পুম্নমক্তা থনহনখ্রো। মদুদগী নশাদগী মঙাল অদু থোরকহল্লো, সুম-সুম, পাকথোকহল্লু-মীওইবা জাতি পুম্নমক কোনশিল্লু, নহাক্লা মরুপ্নি খনবা জিবা পুম্নমক কোনশিল্ল, অদুগা মরুপ নত্তে হায়দুনা খন্দোক্তুনা থল্লম্বা কাংবু অদুবুসু য়াওহল্লু।"

চহি কয়াগী মমাংদা সমুদ্র লৈমায়দগী ফুট ৩,৮০০ ৱাংনা লৈবা হোর্সলি-চীংদা বাবানা মতম খর লৈখি। নোংমদা অনীরক মহাক্লা ঐখোয়বু ফজরবা মফম অমদা পুথোকপিখি, মফম অদুদা ঐখোয়না য়ামনা ঈংনা আধ্যাত্মিকি ৱাফম কয়া তমজবা ঙমখি। ঐখোয়গী অপিক্‌পা লৈফম-কেম্প অদু চীং মরক অদুদা জিপ্ খত্তুনা চঙবা য়াবা লম্বীনি, মরম অদুনা ঐখোয়গী চানবা চিঞ্জাক অমসুং ঈশিংদি খুঙ্গং অদুগী মীশিংনা চীংখোঙ্ অদুদা লৈরিবা য়ুম মচা-মচাশিং অদুদগী পুখৎলকপা তাখি; অতৈ অতোপ্পা মরমগীদমকতদি বঙ্গলো অদুদা লৈবা ইরোই অমদা মাগী মনঙ্গলদা য়ানবা শঔনগী খাওদা ঈশিংদু গুহা অমদগী পুরক্লবদা শিজিন্নৈ। মসিগী চিক্লবা চীংগী ফজরবা দৃশ্য অদু ঐখোয় পুম্নমক্লা নুংঙাইজখি অমসুং ঐখোয় পুম্নমক খোঙনা কুমথমিন্ননবা বাবানা হৌদোরকখি। মহাক্লা কনানা খ্বাইদগী য়াঙনা চেন্থবা ঙম্বগে হায়বদু য়েংনসি হায়রকখি। মহাক্লা মরক্ থত্তুনা হায়রকখি, "ঙাইখো, ঐহাক মিনিট অমগী মনুংদা হল্লক্কে," অমসুং ইঙ্খোল অদুদা চৎখি। ঐখোয় খরনা তুমিন্না বাবাগী তুং ইল্লমই, অমসুং ইরোই অদুদগী বিদায় লৌবদু থেংনখি। মহাক্লা নুংশিনা মখুৎনা পোপ-পোপ্ থাখি অমসুং হায়খি, "সনামতুম্, নঙ্না ঐঙোন্দা/ঐগীদমক্তা অফবা থবক অমা তৌবিরে।"

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

বাবাদি মহাকপু সেবা তৌবা, জিবা পুন্নমক্তা ওইরবসু, খ্বাইদগী পিকপা মওংদা ওইরবসু, অদুগুম্বা মীশিং অদুদা থৌজাল পিবি। নিলগিরি চীংদা বিককান্তি হায়বা খুঙ্গং অদুদা কুত্তন হায়বা মখোঙ তেকপা হুই অমা লৈরম্মই। মহাক অদু য়াম্না অহল ওইরবা নুংশিরবা হুই অমনি, অদুবু মীতোপ লাকপদদি য়াম্না খোংদুনা মশা খিঙলম্মই। বাবানা শোক ১৯৬২দা খুঙ্গং অদুদা চৎপা মতমদা মাগীদমক থারিবা গালিচা মথক্তুদা মখোঙনা চৎখি। কুত্তন অদু বাবাদা চোংশিন্দনবা মকোন্দা ফাজিন্দুনা থমখি। অদুবু বাবানা মনাক্তা লেপখি অমসুং মনঙ্গলদা পোপ-পোপ থাবিখি অমসুং মহাকপু থাদোকপিনবা হায়খি অমসুং "সনামতুম! মথন্তা লৈহল্লু, মহাক শেংলবা আত্মা অমনি", হায়খি। অদুগা কুত্তন্না দাইস মথক্তা বাবাগী তুং ইনখি, কুনখি অমসুং ভজন ঈশৈ তাখি অমসুং মতুংদা চাকশঙ্ তান্না বাবাগী মতুং ইনখি, অমসুং চিঞ্জাক পুন্নমক আশীর্ব্বাদ পিরবা মতুংদা কুত্তনবু হান্না পিজনবা হায়খি। মহাক্না চাবা তোক্লবা মতুংদা দাইসতা অমুক্ কাখত্তুনা বাবাগী চৌকি মনাক্তা লেপখি অদুগা খুঙ্গংগী মীয়াম্না পরেং পরেং শাংনা চাক চাবদু য়েংখি। ঙাইহাক লৈরগা কুত্তন্না বাবাগী খোঙনেৎফম অদুদা মাগী মকোক ঙাথখি অমসুং মিনিট খরগী মনুংদা মাগী অরোইবা শ্বর হোনখি।

মীপুম খুদিংমক্তা মহাক অদু শেংলবা আত্মানি হায়না মশাদা ফাওনখি; মহাক দাইস মনাক্তা ফুমখি, লৈনা পুময়োম্ য়োমশিনখি। বাবাগী অচানবা য়ুমশা কয়া লৈখ্রে - হুই, থেবা, ব্রাহোং অমসুং হৌজিক্তা সাই-গিতা, মহাক অসি বাবাবু অসুক্কি মতিক্ লুনা নিংজে মদুদি বাবানা কুইনা অতোপ্পা মফমদা চৎখিবা মতমদা মহাক্না মপি শিনথৈ। মপানগী হুইশিংনা খোঙ্লকপদা নিলয়মগী অচীকপা কায়গনি হায়দুনা মপান্দা পুথোকখিবা হুইশিংদু মচিঞ্জাক্ চাফম লৈবা মফমদা থম্বিননা পাওতাক পিখি।

মহাক্না হংলি, *"ঐগী পুন্নমাক্কি মফমদা চপ মান্ননা নুংশিবা ব্রাখল্, শান্তি, প্রেমা, খাঙবা কনবা অমসুং অরা-অনাদা থৌনা লৈবা, অমসুং চাংজৌ নায়দনা নুংঙাইবা ওম্নগী মওংবু নশাদা হৈনহন্নবা, পকহন্নবা হোৎনদনা ঐগী মিং অমসুং শকফমদা পুজা তৌবা খক্তনা করি কান্নগনি?* ঐনা পাওজেল লোয়রবা খুদিংদা ভজন শকই, মদু নখোয়গীদমক্তনি, ঐগী নত্তে, মদু মমিং অদুগী নুংশিরবা, হাওরবা মহাও অদু নখোয়না ফংজনবগীনি, মদুনা নঙগী পুক্নিংগী অমোৎপাশিংবু

শেংদোকখি, মদুনা নগুনা ঈশ্বর হায়বসি নগুগী নশাদা অমদি আধ্যাত্মিক্কি শক্লোন্দা লৈ হায়বসি খঙ্জনবনি।"

অসুম্না হায়নৈ, মীওইববু শুক্লাংনবা ঈশ্বরগী শক্তি অনী লৈ-অবিদ্যামায়া অমসুং বিদ্যামায়ানি। করিগুম্বা মতমদা মহাক্কি মায়া অদুনা মহাক অসিবু করিশু লৈতবা ইচম-চম্বা মী অমগুম উহল্লি, অমসুং ঐখোয়না ঐখোয়গী মদ অসিবু মশোং-মরেং ফন্দোকহনবা থবকশিং পায়খৎলি, ঐখোয় অসি য়াম্না অহৈবনি, অখঙবনি, অফাওবনি অমসুং য়াম্না শক্তি লৈবা মীনি হায়না খলহল্লি। নাপলগী লৈচিন অদুনা অশেংবদু কুপশিনখি। মসি অবিদ্যানি। ঐখোয়না মাগী অনিংবদা চঙজরবা মতমদা, মহাক্কা খুদম, শাক্কিনা কয়া উৎলকই, মদুনা ঐখোয়বু অচুম্বা লম্বীদা চৎহন্নিংই। মসি বিদ্যামায়ানি, মসিদগী ঐখোয়না খঙলে মদুদি ঐখোয়না লৈরিবা, চৎলিবসি মঙোন্দনি অমসুং ঐখোয় হায়দুনা লৈবিবসি মঙোন্দনি। 'মহাক' অমসুং 'ঐখোয়' হায়বসি অমতনি। অসুম্না তৌববতদা ঐখোয়না ঐখোয়গী মিৎয়েং, শাজৎ-নিতি অমসুং ব্রাখল-লোন অসি শেংদোকই অমসুং ঈশ্বরবু মাগী অশেংবা শক্লোনশিং অসিদা পুথোকপা ঙমই, হায়বদি মানা শেল্লিবা পোৎ খুদিংদা থব্রাইপানবা ওইনা লৈরিবা ঈশ্বর অদুবু খঙবা ঙমই। মহাক্কি মমিং অসি অর্থ লৈনা শোল্লবদি ঐখোয় অমসুং অতোপ্পশিং অসি কবিশু নত্তে, মাগী মখুত্তা লৈবা, লাইফদিবীগুস্বনি হায়বা ব্রাখল অসি ঐখোয়গী কোক্তা লেঙদনা মমি তাগনি; অদু ওইববদি ঐখোয় মঙোন্দা লৈবা হৌবে, মহাক্কী মপান্না লৈবা হৌরে অমসুং মাগীদমক লৈবা হৌরে।

পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তগী লাকপা, মহাক্কি খুয়া থম্বাল মনাক্তা অমুক্তং নকশিঞ্জনবগী খুদোংচাবা ফংজখ্রবা মীওইশিংনা, মখোয়গী পুন্সি অদু নৌনা শেমদোক্লবা, সংসাবদা য়েংলম্বা মিৎয়েংদু হোংদোক্লবা অমসুং মখোয়না পোৎশক্কি মগুণ, মমল লেপলম্বগী মওংশিংদু হোংদোক্লবা হোৎনবকই। মসিগী মখোল থোক্তনা মশাদা অওনবা অমা পুরক্লবা খোঙজং অসিনা শোকহল্লিবসি মীওই লাক্ষ কয়াগী মফমদনি, মসিমক্লা থৌজালগী খুদোলনি হায়বদু ময়েক শেংনা তাক্লে নৈনরে। অশেংবা সাধনা, বাবাগী মোত্ মতুং ইন্না, হায়বসি ঐখোয়গী থম্মোয় অসিবু নৌহৌনা নিংশিংহন্দুনা, খোয়দোক্তুনা খ্বাইদগী মরুওইবা মরু-মরাং ঐখোয়না হেক ঙল্লিবা মখৈ থানবা, হৌহন্নবা হোৎনবদুনা ওইগনি। 🕮

# চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবগী মঙাল/মৈরি
## (Beacon of Bliss)

য়াম্না ভাব তাঙম্‌দবা, চয়েৎনবা ৱারী কয়ানা বাবাগী অনাবগী মরমদা অমদি তৌশ্রু তৌখিদবা ওপরেসন অদুগী মরমদা শাজিন্দুনা পিখিবা অকুপ্পা ৱারোল কয়ানা অমদি থা কয়ামরুমদি মীয়াম মমাংদা থোকপা ঙল্লরোই হায়বগী য়াম্না থম্মোয় নুংঙাইতনিংঙাই ওইবা ৱারী কয়ানা মথৱাই নুংঙাইতনা লৈরবা বোম্বেগী ভক্তশিংগী থম্মোয়দা অকিবা অমসুং লাঙতক্লবনা থনখি। অসিগুম্বা তোকঙা অমসুং হায়জিনবগী মচা মশু ওইরিবা, দরকার লৈতবা অকিবশিং অসি বাবানা খৃষ্টমাস নুমিত্তা ধর্মক্ষেত্রদা থোরকখিবা অদুনা কোকহনখি। তিল্লিবা মীয়ামদুনা শাংলবা পাওজেল অমা তাবা ফংখি, মথংদা বাবাগী মচিন্দগী ভজন ঈশৈ কয়ামরুম তাবা ফংজখি। মখোয়না অনাবা লৌশিনখিবা অদুগী চপচাবা, তংতাবা অচুম্বা ৱাফম অমসুং খুদক্তা কোকহনখিবগী ৱাফম অদু বাবাগী মফমদগী তাবা ফংখি। অনাবনা অদুগুম্বা শেংলবা হকচাং অদুবু শোকহনবগুম উহনখি, অদুবু, তশেংবদি, মদুনা করি অমতা শোকহন্দে। মদু চুম্না ফাওরগা চৎখিবগুম্বনি; মদু কনাগুম্বা অমগীনি, মদু লাকখি অদুগা লৈচিন নোংফাইনা চৎখিবগুম অদুম চৎখি।

"অদুবু, ঐনা মদুগা মরী অমতা লৈনদে; অদুম ওইনমক্, মীয়াম অমনা অসিগুম্বা ফিভম অসি করম্না থেংনগদগে হায়বগী মতাংদা উপায় কয়ামরুম্ হৌদোক্লবগী থৌনা লৈখি।" মখোয়গী মোত্ মতুংইন্না শ্বামিনা অতোপ্পগী অনাবা অমা মঙোন্দা চঙহনলোইদবনি হায়খি, মীয়াম লাক্ষ অমদা অৱা-অনা থোকহনবা অসিগুম্বা মওং অসি তৌহল্লোয়দবনি হায়খি। বাবানা তিল্লিবা মীয়ামদুদা হায়খি মদদি মাগী মনাক্তা য়োমশিন্দনা লৈরিবা ময়াম অদগী অৱা-অনাদি মহাক

মশামক্না লৌশিনবা হায়বসি মাগী মথৌনি। মতৌ অদুগুম্না, মাগী ভক্তশিংসু অৱা-অনা খাঙগদবনি। অদুবু অচুম্বা ৱাফমদি অৱা-অনা খাঙবগী ৱাফম লৈতে, মরম অদুনা মতৌ অসুম্না লাঙতক্লবগী মরম অমতা লৈতে। খৃষ্টনা মঙোন্দা থাজবা থমখিবা ময়াম অদুগীদমক্তা মথৱাই কৎখি। সেবা হায়বসি ঈশ্বরনি, কথোকপা হায়বসি ঈশ্বরনি মদুনি মহাক্না লাউথোকপিখিবা। পৃথিবী পুম্নমক্না অদুগুম্বা খোল্লাও অদুদগী কান্নবা, নুংঙাইবা ফঙবা য়াই। "ৱাগনু, নখোয়গী অৱাবা শরুক্তু লৌশিনবিদুনা কনবিগদবা মহাক অদু লাক্লে।"

অনৌবা চহিগী অহানবা নুমিত্তা, কামানি হায়রিবা যাম্না মমিং চৎলবা ইন্দস্ত্রিগী মীওইশিং অসিনা কুর্লাদা বাবাবু ওক্চবগী খুদোং চাবদু ফঙজখি। মখোয়গী মীয়াম তিনফম হোল, তশেংবদি ময়ামগী লাইখুরুম্ফম হোল অদুদা চঙবদু অয়াবা য়াওদনা চঙবা য়াদ্রবসু, কনাগুম্বা অমনা ফমখ্রিবা ফিভম অদুদগী হোংদোক-হোংজিন তৌনবা ইঙ্কি অমগী অহাঙবা মফম লৈরমদে। ওদিতোরিয়ম অদু মদুদা থবক শুরিবাশিং অমসুং মখোয়গী ইমুং-মনুংগী লৈফমসু য়াওরমই। মফম অদু ফনা নিংথিজনা চম্না লেম্বা মওংদা লৈতেংলমই, মীয়াম্ তিল্লিবা জগা পুম্নমক থুংনা টেলেভিজন খিন্দুনা বাবাগী দর্শনগী নুংঙাইজবা অদুসু উহল্লমই।

*শোক ১৯৭১গী জনুয়ারিগী তাং অমদা শ্রীসত্য সাই বাবানা,* কল্-কাবখানানা য়াম্না পাক্তক্লনা মরাং কায়না লৈখ্রবা বোম্বে সহরদা য়াম্না জ্ঞান লৈবগী ৱাঙাংনা থল্লবা পাওজেল অমা পিবিখিবসি ঙসিগী ভারত অসিদদি য়াম্না চাউনা চুনবা, কান্নবা লৈ।

মসিগী মতাংদা মোত্ পিরদুনা, ভবনগী চেফোং অদুনা ইখি, "মুণি অমনা মাগী ৱাখল অদু য়াম্না ফজখ্রবা, ৱাংখ্রবা থাক অমদগী অনেম্বা, কবিশু লৈতবা, খুদম ওইনা মপু অমগা মাগী মখাদা থবক তৌবা কর্মচারি অমগা অনীগী মরক্তা লৈনবা মরী গুম্বদা পুথরক্লবদি, ৱাফম অদু শোয়দনা অনৌবা মায়কৈ অমদা লাক্কনি অদুগা ইনৌ-নৌবা আধ্যাত্মিক্কি মঙাল্ অমা লৌরক্কনি।"

কর্মচারিশিং অদুদা তৌফম থোকপা মথৌ পাঙথোক্লগা ফংফম থোকপা অধিকার তান্নবগী হৈনিংবা লৈহন্নবা ঙাঙলিঁঙেদা, বাবানা মপু হায়বদি মখোয়বু থবক হাপ্লিরিবা কাংবু অদুদসু কর্মচারিশিং অদুবু য়েংশিনবিনবা অমসুং মখোয়গী

মচা-মশুশিংদা যাম্না অকনবা অমসুং ধর্ম চেনবা লমচৎ লৈহনবা য়াবা খুদোংচাবশিং পিবিনবা কন্না হাযবিখি। বাফম অদু বাবাগী লোন্দাদা হাযবা তাববদি ঃ "নুংঙাইবা অমসুং শান্তি হাযবসি পুক্লিংগী ফিভম্নি, মসিদি নুংশিবগী লৈহাওদা হৌবনি, শক্তিগী, ইনাক-কৈবাক খুনবগী নত্রগা হৈশিংবগী লৈহাওদা হৌদে।"

*"পুন্সি হাযবিবা পাম্বী অসিগী খ্বাইদগী মমল যাম্লবা উহৈদি নুংশিবগী মগুণ ওইনা পাম্লি, পিবি;* অথুম্বা উহৈদি অখাবা মকু পাম্লি। মসিগী মহৈ অসিসু যাম্না থাথ্রবা, অখাবা কুযোম তকক্লা হাযবদি, *অপাম্বা, অশাওবা, মিহৌবা, পামশিনবা, নাপল* অমসুং *তুক্কচবা* হাযবা কুয়োম ৬ অসিনা যোমশিল্লি। মখোয অসি মাঙহল্লগা মকু অদু লৌথোক্লবদি অমৃতগী মতৌগুম থুম্লবা নুংশিবগী মহাও অদু চাংযেং যেংবা ঙমগনি অমসুং হকচাংগী মনুংদা চেলহনখিবা যাগনি। *অদুগুম্বা নুংদা ফুমদুনা লৈবিবা নুংশিবগী পুক্কে অদুবু ফংনবা হোৎনবিবা কাংবু অদুতনা শান্তি অমসুং ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা অদু ফংবা ঙমগনি। মশাগী মনুংদা লৈজবিবা বিশ্বপ্রেমগী ঈফুৎ অদুবু ফংনবা হোৎনবিবা নিযম অদুবু সাধনা কৌই,* মদুগী মতেংনা মহাক্লা জিব পুম্নমক্লা শকক য়ামিন্ননবা খুদোং চাবদু ফংজৈ।

তোঙান-তোঙানবা মখল কযাগী লম্চুম, লৌ ইঙ্খোল অমসুং শক্তি, মিং অমসুং মিংচৎ হাযবিবশিং অসি থোযনা মমল লৈবা নত্তেদা; নুংশিবা হাযনা কৌবা যাম্না মমল যাম্লবা লন্ অদুদি মীওইবগীদমক্তদি পুন্সিগী শ্বননি। নুংশিবা য়াওদ্রবা থম্মোয অদুদি অমম্বদা লুপশিনখ্রবা লাইমাঙ্ (altar) অমগুম্বনি। অমম্বদা হৈনবা, ফত্তবা অপাম্বগী শেকপিশিংগী লৈফম ওইগনি। মখোয়গী থম্মোয অদু চবাঙনবা, খুদোংথিবনা থল্লবা অমোৎপগী তুংনফম ওইবক্কনি। নুংশিবগী মঙাল খত্তনা থম্মোয অদুবু ঙালহনবা ঙমগনি অমসুং অসিগুম্বা ফত্রবা শায়দাংলিবা মযাম অসিবু তাম্থোকখিবা ঙমগনি।

ঐখোযনা মফম অসিদা, কামানি ফেক্তবিগী কর্মচাবি লিশিং কযানা পুল্লবে। ইন্দস্ত্রিগী, লৌউবগী, ললোন-ইতিক্কি, বাজনিতিগী অমসুং ব্রাযেল-পথাবকি থবক মঙা অসি মীওইবা জাতিগীদমক্তি পনচ-প্রাননি, থব্রাই মঙানি। মখোয়শিং অসি মশা ফবা তাবনি, অমসুং মীওইবা জাতিনা ঈংনা অমসুং নুংঙাই য়াইফনা লৈনবগীদমক্ মখোয মশেল নুংশিনগদবনি। কাংলুপ মঙা অসিনা মখোযগী মবক্তা

লৈনরিবা মরী অদু খণ্ডলবদি অমসুং অমগা অমগা মখা পোন্নরিবদু খণ্ডলবদি, অদুগা মখোয়না অপুনবগী ওইনা নুংশিননা তেংবাংনরবদি, ঐখোয়গী লৈবাক অসি, অদুগা পৃথিবী পুম্নমকসু, নুমিৎ খুদিংমকপু কুম্মৈগী নুমিৎ ওইনা পাঙথোকপা য়াগনি, থোঙজাওগী মায়খল খুদিংমক অশংবনা লৈতেংবা য়াগনি।

অদুবু, ঙসিগী মতম অসিদদি, অমগা অমগগী মবক্তা নুংশিনবা অমসুং তেংবাংনবগী মরী অদু লৈত্রে। হিরম খুদিংমক্তা নাকপাক তানবা ঙাক্তা ঙাইরে, খুদিংমক্লা মানা মানা ঙম্বা ভাব তানদনবা মচাক অসি পুথোক্লরে, অদুনা, লৈবাক অসি মিকুপ্ খুদিংগী হেন্না হেন্না লাংতক্লবদা লুপশিল্লি। মী পুম্নমক্ মথংগী মিকুপ্তা করি থোক্লগদগে হাযবা চিংনবা ব্রাখলগা লোয়ননা মথব্রাই খুবাক্তা হাপ্তুনা যাম্না কিনা চৎনরি। মসি মীওইবগী পামফম থোকপা ফিভম অদু নত্তে।

পুক্লিংগী অকনবা অনিংবা অমসুং অপাম্বসি খঙহৌদনা য়াম্না শাথিরবা, মাঙতাক্লিংঙাই ওইবা ফিভম অমদা তাখিবা য়াই। তশেংনা হায়রবদি কর্মচাবি খুদিংমক্লা সংস্থান অসিগী শকক অমা ওইনা লেপত্রিঙৈদা, মপু ওইবগী ব্রাখল অদু হান্না লৈগদবনি। পুক্লিংগী অকনবা অনিংবা অমসুং অপাম্বসি মপু ওইবগী ব্রাখল অমা লাকখ্রিবা অদুদগী হৌবক্কদবনি, হৌজিক্তি, মখোযগী তৌফমথোকপা মথৌদি তৌদবা কাংবু অদুদগী হৌরক্লে। মপু ওইবা অমসুং মব্রা চৎহনবা হায়বসি, মশাগী মথৌ পাঙথোক্লবা মতুংদা ফাওরক্কদবা ব্রাখলনি। মতম অদুতদা মখোয অদু কান্নগনি। ঐখোয়না ভাব তাগদবনি মদুদি ফংফম থোকপা অধিকার হায়বসিদি তৌফম্ থোকপা মথৌ পাঙথোক্লবা কাংবু অদুতনা ফংগদবনি।

অদুবু ঙসিদি, অন্দোলন্ তৌবনা অধিকাব ফংনবা ওইরে; তৌফম থোকপা মথৌ পাঙথোক্লগা অধিকাব তানশিনবগী হৈনিংবা লৈত্রে। মীপুম খুদিংমক্লা ইথৌ পাঙ্থোকপা হায়বসি ঈশ্বরনি, অমসুং থবক শুবসি পুজানি হায়বা ব্রাফমসি মুন্না ভাব তাবগা থবক তৌগদবনি। ইথৌ পাঙথোক্লিংবগী ভক্তি, অপাম্বদু মপুং ফারক্লবদি, অমসুং থবক পুম্নমক্তা য়াম্না হৈনিংনা, অমদি চুম্না, পুজানি খন্দুনা পাঙথোক্লবদি মীপুম খুদিংমক্ নুংঙাইবা ঙমগনি অমসুং সমাজদু পেন্দবা অমসুং অব্রা-অনাদগী লাপ্না লৈগনি।

# সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

কামানিশিং অদু মখোয়গী কারখানাদা পাও থাদোক-থাজিনগী অৱাংবা উখোংশিং শৌজিল্লি। শৌদোক-শৌজিনগী অমসুং য়ুংখৎপগী কর্মচারি খুদিংমক্না থৱাইয়াওনা অমদি চুম্না পাওথোক্কদবনি; মদু উখোংশিং অদু মপাঙ্গল কন্নবা অমসুং চেৎনবনি। মখোয়গী মরক্তা হেন্না মরু ওইবা থবক তৌরিবসি কনানো? মদু খন্দোক খঞ্জিন তৌবদা ওইথোক্লোই। আইতেম খুদিংমক মরুওইবা ঙাক্তনি অমসুং কর্মি খুদিংনা অপুনবা শরুক অদুগী মনুংদগী মাগী তৌফম থোকপদু পাওথোক্লগা মাগী অধিকার অদু তানশিনখ্রবনি। অমগা অমগা চাংদম্নবগী থবক তৌরোইদবনি অমসুং অর্চৌবা, অপিকপগী ৱাফমসু লৈহল্লোইদবনি। মদুম্না তৌরবদি নুংঙাইনদবগী ৱাখল পোকহল্লি অমসুং নুংশিবা অমসুং খাওবা ঙম্বগী ঈচেল অদুদা খুরৌ থাংহল্লি।

মসি ঐনা খুদম অমা পিদুনা শন্দোক্লা নৈনগে। নুপা অমা লৈরমই, মহাক্না খুঙ্গংগী লম্বীদা সুম চৎপদা শরক্কি নাকন্দা হৌবা পাম্বী অমদা অমুনবা উহৈ খর উরমই। মমিৎ অনীদুনা মঙোন্দা হায়রমই মদুদি মদু ফজখ্রেদা, চারবদি হাওখ্রনিদা। অদুনা, পুক্লিং অদুনা উহৈদুদা পামশিনখি, মখোঙ অনীদুনা উপাম্বী অদুগী মনাক্তা পুশিনখি, হকচাং অদু তুংগী মসলনা নোম্থখি, খুৎ অদুনা উহৈ অদুনা লৈরিবা মায়কৈ অদুদা নুঙ্ অদু লঙখিবদা লেঙজুম্না দরকার লৈবা শক্তি পিখি। মদুনা উহৈ অমা লৈমায়থক্তা তাহনখি। অদুবু, হকচাংগী তোঙান-তোঙানবা শরুকশিং অসিনা তৌগদবা থবক কয়া ৱাংলি। খুদোনবিশিং অদুনা খুনগৎপা তাই, মখুৎনা মদু য়াদা হুকপা তাই, লৈ-না য়াগী মরক্তা থম্বা তায়, য়াশিংনা মদু শায়বা তাই, খৌনাওনা মদু য়োৎশিনবা তাই অমসুং চাকখাওদা থাখিবা তাই। হৌজিক্ থবক্ ময়াম অসিগী মনুংদা করম্বনা মরুওইবনো, করম্বনা হন্থবনো? করম্বা কায়াৎনা হেন্না থবক তৌখিবগে, করম্বনা ৱাৎখিবগে? শরুক্ খুদিংমক্না মানা মানা তৌফম থোকপদু ফজনা তৌখ্রে, মরম অদুনা উথক্তা পাল্লম্বা হৈ অদু মপুক লান্নবা নুপা অদুগী চাকখাওদা য়ৌখি। অপুনবা থবক অদুগী মাগী মাগী তৌফম থোকপা শরুক পাওথোক্লিবনি হায়না খুদিংমকপু ব্যবহার তৌগদবনি। পুম্নমক ঈশ্বরনি হায়না লৌ, পুম্নমক্ চপ্মান্ননা নুংশিগদবনি; মীপুম খুদিংদা অমদি সমাজদা নুংঙাইবা পিগদবা সাধনাদি মদুনি।

কনাগুম্বা অমগী মরায়বক্তা তারকপা মথৌ অদু পাঙথোকপা হায়বসিনা পুঙ্গিবু মতিক চাহনবগী খ্বাইদগী ফরবা পাম্বেনি অমসুং মীপূম খুদিংদা পীরিবা হৈ-শিংবা অমসুং লৌশিং অদু মীয়ামগী কান্ননবদা শিজিন্নরবদি মদু পুঙ্গিবু মতিক চাবা অমা ওইহন্নবগী খ্বাইদগী ফরবা পাম্বেনি। কনাগুম্বা অমনা সংসার অসিদা মী ওইনা পোক্তুনা লাকপগী শিংদোকফম থোকপা শেন্দোন অদু মসিনি। ঐখোয়না সংসার অসিদা চাবা অমসুং থকপখক্কি লাকখিবা নত্তে; *ঐখোয়না চায়, থকই, মদু হিংনবগীদমক্তনি; ঐখোয়না চানবা অমসুং থক্নবগীদমক হিংবা নত্তে, ঐখোয় য়াম্না হেন্না রাংবা পান্দম অদু য়ৌবা তাবনি, ঈশ্বরগী মনাক অদুদা, নুংশিবগী লম্বী ফাওদুনা। হেন্না চাউবা ইথৌদি মদুনি,* ঐখোয়না লৈরিবা ফেকর্তারি (হকচাং) অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না লেমজনফম ওইবা, অরাংবা থাক্কি ইথৌদি মদুনি - *ঈশ্বরগী মনাক য়ৌবদুনি। ঐখোয়গী শক্তি পুম্নমক্, লৌশিং পুম্নমক মায়কৈ অসোমদা লোয়না শিজিন্নগদবনি।* নত্রবদি, ঐখোয়গী পুন্সি অসি চরাংনরবা পুক্লিংগী অকনবা অনিঙ্বা, অপাম্বা ময়াম অসিগী মরক্তা মাঙলগনি।

তশেংববুদি, রাহং অমদি হংবা য়াই; ঈশ্বর হায়বসি কনানো? ঐখোয়না মাবু কদাযদা ফঙবা ঙমগনি? মাবু কনানা উরুরে? পুম্নমকসি নৈনদুনা তাক্লবা রারি অমা ঐনা লীবা ঙমই; লম্বোইবা অমা গেরুরা মচুগী ফিজোল্ শেত্তুনা মাগী তির্থ চৎপগী খোঙচত্তা, লাই থাজদবগীদমক্তা মমিং চৎলবা খুঙ্গং অমদা চঙলকখি। মাগী মপুন্সি অদু ঈশ্বরগীদমক্তা কখোক্লবনি হায়না তাক্লিবা মাগী ফিজোল অদু উবদা, মীয়াম অমা মঙোন্দা য়োমশিন্নকখি অমসুং ঈশ্বর লৈ-লৈতে হায়বগী মতাংদা মঙোন্দা য়াম্না অরাবা পিখিবমই। “নহাক্না ঈশ্বরদু ঐখোয়দা উহনবা ঙমগদ্রা?” মখোয়না হংলমই অমসুং লম্বোইবা অদুনা হায়খি, “ঙমই”। অদুম ওইনমক মহাক্না শঙ্গোম খরদি পুরক্লবা হায়খি, মদু মাগী চোকথবদু ফনবনি। শঙ্গোম অদু পুরক্লবা মতমদা মহাক্না মতম কুইনা, তুমিন্না, কপ্ অদুদা শঙ্গোমদু ওৎখি। কুইমল্লবদুদা খুঙ্গংগী মীয়ামদু ঙায়বা ঙমলক্তুদুনা মানা হায়খিবা মতুংইন্না ঈশ্বরদু উহন্নবা হায়খি। মখোয়না শঙ্গোম অদুদা অদুক কুইনা ওৎলিবা করিগীনো হংলমই। মহাক্না খুমখি, মদুদি শঙ্গোমদা মাখন য়াওই, হায়না মানা তাখি, অদুনা মানা মাখন্ উনবা হোৎনরিবনি। মখোয়দু নোকখি; মখোয়না মহাকপু অপংবা,

গধা হায়না কৌখি অমসুং হায়খি "শঙ্গোম অদু শাহল্লগা অমসুং ইংথহল্লগা, মাখন অদু থোবক্তিফাওবা ওৎকদবনি হায়বসি খঙড্রা? হৌজিক্, মদু শঙ্গোম মনুংদা, মবিক খুদিংমক্তা যাওবিবনি।" লমবোইবা অদুনা হায়খি, "নখোয়গী ব্রাহংগী পাওখুম অদু মদুদা লৈবে। ঈশ্বর হায়বসি পোৎশক খুদিংমক্তা, জিব খুদিংমক্তা, জগৎ অসিদা লৈ। নহাক্লা মাবু তশেং-তশেংনা উনিংলবদি নখোয়না সাধনা কৌবা নিযম কযামকম ফাওদুনা চৎপা তাবনি। মদুগী মতুংদা নখোয়না মহাকপু উবা ঙমগনি, হৌজিক চুম্না হংবনা যাবোই।"

মসিগী তঙাইফদনা চঙলিবা মচাক অসি নুংশিবা-প্রেম অদুনি। নুংশিবা, প্রেম যাওদবা সাধনাদি, ঈশ্বরগী খুৎশেম খুদিংমক্তা হিংচাবা খক্তা উগনি।

মসি ঐহাক্লা খবগা অমুক্ হেন্না শন্দোক্লা হাযগনি। ঐখোযগী অকোযবদা হৌজিক বেদিওগী ঈথকশিং লৈবে, মসিনা বোম্বেগী পাও শন্দোকফমদগী ঈশৈ কযা পুবি। দিল্লিদগীসু বেদিওগী ঈথক কযা ফংলি; তশেংনমক, মফম অসিদা হৌজিকমক পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তগী বেদিওগী ঈথকশিং ফংলি, ঐখোযনা মখোযবু উবা ফংদ্রবসু নত্রগা মখোযনা পুবিবা প্রোগ্রাম অদু তাদ্রবসু। ঐখোযনা মদুবু ফংনবা খুৎলায বিসিভব অদু লৈববদি অমসুং স্তেসন অদুগী ঈথক অদুগা চাননবা শেমদোক্লবদি, ঈশৈ নত্রগা পাও অদু নিংথিনা তাবা ফঙই। ঐখোয পুম্ন মক্কি অকোযবদা, হৌজিক্মক্ মফম অসিদা লৈবিবা ঈশ্বর অসি তশেংনমক মন্ত্র (ধ্যান) অমগী পাম্বৈনা উবা ঙমগনি। মন্ত্রদু শোল্লো, নপুক্লিংদু নুংশিবা প্রেমগা লোযননা মদুদা লুপশিল্লো, অদুদগীদি নহাক ঈশ্বরগী মবমদা খঙলগনি। নহাক্লা খোঞ্জেল অদু চুম্না চানহন্দ্রবদি, পাও অদু তাববোই, কান্নদ্রবা ঙাক্তা তাগনি। মতৌ অসুম্না,নশাগী ওইজবা থিদনা, নুংশিবা প্রেম অসি মবাং কায়না হৈদ্রোক্রবদি, হিংচাবদমক থেংনগনি, ঈশ্বরদি থেংনববোই। অদুনা নহাক্লা নপুক্লিং চপ যুংশিন্দ্রবদি, নঙগী পুক্লিং অদু তোঙানবা হিবম কযামকমদা চেম্ত্রোকখিগনি, মদুনা নঙোন্দা চমম্নবা থোকহনগনি।

মবম অদুনা, নুংশিবা হাযবসিনা থৌজাল ফংনবগী খ্বাইদগী ফববা খুৎলাযনি। খুদিংমকপু ননাক্তা চিংশিল্লু, নঙগী হেক পোকমিন্নবা নচিন-ননাও, নচে-নচল চিংশিনবগুম, অদুগা নঙনা ঙমজবা থাক্তা যাবিবমখৈ চেকশিন্না নঙনা

লৌগদবা দায়িত্ব অদু লৌ। তশেংবনি, কর্মি অমা ওইনা লেনবা পুন্সি অসি খ্বাইদগী মরুওইবনি অমসুং তঙাইফদবনি। *থবক, পুজা অমসুং লৌশিং হায়বসি ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎলিবা লম্বী অদুগী থাক অহুম্নি; থবক হায়বসিনা য়ুম্ফম থোনবনি, কখোক্লবা থবক, য়াম্না নিয়মচুম্না অফবা ব্রাখলগা লোয়ননা অতোপ্পদা ভক্তি ব্যবহার লৈনা তৌবা থবক।* থবক হাপ্লিরিবা মীদুগা, ফংলিবা মীদুগা অনিদু য়াম্না নক্ল রবনি, থম্মোয়গা হকচাংগা নক্লবগুম্বনি। হকচাং য়াওদনা থম্মোয় লৈবা য়ারোই অদুগা থম্মোয় য়াওদনা হকচাং লৈবসু য়ারোই; অনীমক্, অনীমক্কি ওইনা তঙাইফদবনি। থবক হাপ্লিবিবা মপুগা ফংলিবা মীদুগা অনীগী মরী অদু মপা অমগা মচাশিংগা লৈনবা মবী অদুনি। অদুগুম্বা নুংশিবা প্রেম অদু লৈববতদা, কর্মিশিংগী মরকতা মচিন-মনাও ওইবগী ব্রাখলদু লৈনরবতদা, অমনা অমদা তেংবাংনদুনা থবক অদু চাউখৎকনি। অসিগুম্বা ফিভমদদি, খুদিংমক্লা মাগী মাগী মথৌ অদু হবাওনা অমসুং ইংনা তৌরগনি।

কর্মচারিশিং অদুনা মখোয়দা নুংঙাইজদবা সমস্যা অমা লৈববা মতমদা, মদু মখোয়না মপু অদুগী মমাংদা থম্লগা য়াম্না ইংনা, নুংশিননা অনীমক্লা খন্নবা যাই, মদুদা দরকাব লৈতবদা শাওগৎনদুনা, নত্রগা য়েংথিনবগী মওং অমসুং পেন্দবগী খোঙজং চংশিন্দুনা তৌবগী মহুত্তা। পুম্নমক অসিগী মথক্তা, মীপুম্ খুদিংমক্লা মাগী তৌফম থোকপা মথৌ অমসুং ফংফম থোকপা অধিকারদি মতম পুম্নমক্তা কাওরোইদবনি। মদুনি তঙাইফদনা চঙদবা য়াদবা ব্রাফমসি।

হৌজিক্তা কম্যুনিতি সেন্তরদু ঐনা শঙ্গাখ্রে। নখোয়না মদুদা থা অমদা অমুক্তংদি ফম্নবা ঐনা হৌদোকখ্রে, নত্রগা খর তোয়না, থা-মখায়দা অমুক্ নত্রগা চয়োল অমদা অমুক্, মদু অফবা সঙ্গ হায়বদুনি; মতম অদুদা নখোয়না ভজন, ঈশ্ববগী মবমদা পিবা পাওজেল নত্রগা অতোপ্পা থৌবমশিং পাঙথোকপা যাই, মদুনা নখোয়গী পুক্লিংদু ঈশ্বরগী মতিক-মগুণ শৈথাবদা ওনশিন্নবা নত্রগা নশাদা যাওজবিবা ঈশ্বরগী ওইবা গুণশিং অদুদা ওনর্শিন্নবা থৌরম ওইগদবনি। কর্মচারিশিং অসিগী মচাশিংগীদমক্ স্কুল অমা লিংবিবা পামই, মদুদা মখোয় ভজন শকপা তম্বিবা, ঈশ্বরগা মরী লৈনবা নিয়মশিং, থাজবা ব্রাখলশিং পোকহন্দুনা মশাদা অকনবা ধর্ম লৈবা লমচৎ পোকহন্নবনি।

থকশি-খাসি হাযবসি মীগীদমক্তদি খ্বাইদগী চঙদবা যাদ্রবা খুৎলায়নি; হোৎনবিবা পুম্নমক অসিগী অহানবা পান্দমসি থকশি-খাসি নাযহনবনি। *পুন্সি হাযবসি থকশি-খাসি নাযনা লেপ্লবা মতমদতা মাগী মমল অমসুং কান্নবদু লৈ।*

নখোযগা ঙসি লৈমিন্নবসি ঐগী যাম্না নুংঙাইনবগী মচাক ওইবে। অনৌবা চহি অসিনা অনৌবা তাঞ্জা কযা পুবক্কুনা নখোযগী থম্মোযদা নুংঙাইবা অমসুং শান্তি ফংহনবিবসনু।"

শোক ১৯৭১ গী হৌগৎলকপা অসিদি বোম্বেগী ভক্তশিংগীদমক্তদি থোইদোক্লা মকুওইখ্রবা, শেংখ্রবা মতম অমা ওইখি, মদু বাবা মশামক্লা মফম অদুদা লৈবিবদগীনি। জানুযাবিগী অহানবা নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা ধর্মক্ষেত্রগী জগাদা বাবানা মীযামগী মিটিং অমদা ব্রা ঙাঙবিখি। সমুদ্রগী মতৌগুম্ যামখ্রবা মীযাম অদুনা মফম অদু পাথোকখি। মদু উবদা জোন-হিসলোপ্পু চে অমসুং কলমদগী খাযদোক্লবা ঙমখিদবে, মসি মতম খুদিংমক্তা মানা বাবাগী নাক্তা লৈবা মতাংদনি; মহাক্লা বাবাগী মচিন্দগী ঈশ্বরগী মবমদা তাবা বাফমশিং অসি ইশিল্লি। হুন্দক্কি মতাং অসিদদি মহাক্লা ব্রাহং অনীখক্ হংখি - "মীবৈবাক অমদা পোক্লবা, মীবৈবাক অদুগী শিক্ষা ফংলবা ঐঙোন্দা বাবানা হাযবিবসি কবিনো? অদুগা জাতি লৈত্রবা, নাযদ্রবা ঐগী নুংগী ওইবা, উবদি ঙমদ্রবা অদুদনা কবি হাযবিবনো?" মশাগী ব্রাহংশিং অসিগী পাওখুমদি মশানা মবমদম যৌববা মতমদা পাওখুম পিখি। "মহাক্তি থম্মোয়গী মবুংঙোনি। ঐনা চহি কযাসিদা তুংশিন্দুনা লৈখিবা থম্মোযগী অকনবশিংদো মহাক্লা লৌথোকপিখ্রে অমসুং মসিবু তগৎ তেকহল্লে, নৌহল্লে অমসুং নুংঙাইহল্লে।" অনিশুবা ব্রাহং অদুনা অসুম্না খুমখি, "বাবাসি ঈশ্বরনি হাযবসি ওহ্বোক্লা মপুং ফাববা, লাকশিনবা ঙমদ্রবা অঙকপা অমনি। মহাক্তি পুমথোই থোইবা ওজা মকোক্তুনি, মহাক্লা ঐখোয়বু নিংতম্বগী লম্বীদা লমজিংবি।" ভক্তশিং অদুবু আশীর্বাদ পিবিবদুনা বাবানা মখোযদা তোঙান-তোঙানবা কাংলুপ্ মবক্তা শান্তি অমসুং যানবা পুবক্লবা নিজৌ হায়বিখি। মীওইবা জাতিনা ইমুং অমগী মতৌগুম্ নুংঙাইনা হিংমিন্নবা তমগদবনি।

বাবানা বোম্বেদা লৈবিঙৈদা, বাল্-বিহাব ক্লাস য়াওবিবা অঙাংশিং অদুনা লীলা কয়া শান্নখি, কবিতা কয়া থীখি, ভজন শকখি, পুবান অমসুং অবিবা

লাইরিক্তগী ৱারী কয়া লীখি। করিগুম্বা মতমদা মখোয়গী মশাদা বাবানা মদুদা লৈবিবদুগী শাফু অদু অসুক্কি মতিক কনখি মদুদি পিক্লিবা অঙাংশিং অদু ফাওবা মপি তাখি, মদু মানা মানা উৎলিবা রোল অদুগী চানবা মতাংদনি। নুপামচা অমদি ভগবত গিতাগী মরমদা ঙাঙবা লোইশিল্লকপদা মনাক্তা লেপলিবা সাই কৃষ্ণদা হকথেংননা হায়জরগা লোইশিনখিবা মতমদা ফাথবা ঙমদ্রবা, থিংঙমদ্রবা নুংঙাইজবগী পিরাং শিন্থদুনা হিক-হিক কপখি। বাবানা অদুগুম্বা অঙাংশিং অদুবু হৌজিক্কি মতম অসিগী প্রহ্লাদ শিংনি খনখিবদা অঙকপা ৱাফম নত্তে।

"সত্য সাই বাল-বিহার অঙাংশিংনা মখোয়গী থম্মোয়দা লৈরিবা সত্য সাই অদু খঙগদবনি। ওজাশিংনসু মদু সাই রামগী পুজানি হায়না লৌগদবনি। মখোয়গী থম্মোয়দা লৈরিবা সাই অদু করম্না মখোয়দা খঙহনগদগে হায়বসিনা নখোয়গী ৱাফম, সমস্যা ওইগদবনি। অঙাংশিং অদুবু ঈশ্বরগী মায়কৈদা লমচিংবনা ওজাশিং অদু মখোয়গী মমা -মপাবু অমসুং সমাজবু সেবা তৌরবনি, মবমদি মখোয়না মখোয়গী ময়ুম অদু শেংদোক্কনি অমসুং অকোয়বদু হেন্না লুহনগনি" বাবানা হায়খি।

সেবাগী সংস্থান অদুগী মেম্বরশিংদা ৱা ঙাঙলদুনা বাবানা সাধনানা লৌগদবা যৌদাংগী মবমদা শাফু পিখি, মদুনা মী অমবু মশা-মশক খঙজহনগনি, মদুনা উৎলিবদি পুম্নমক অসি হেন্না ৱাংবা থৱাই, চাংজৌ নায়দ্রবা সমুদ্রগী মশক ওইরিবা পরমাত্মা অদুগী ঈথক-ঈপোম ঙাক্তনি হায়বসি মশানা খঙজরক্কনি। মখোয় অদুদা য়াম্না উখোক্লিংবা, ধুম-ধাম্ তৌদনবা চেকশিন ৱাহে তাকপিরগা, মহাক্না মখোয়দু গুণ কয়ানা লৈতেংলবা মমিং ময়াম অদু শোল্লগা পাঙথোক্কদবনি। থৱাই য়াওদনা, তন্দে-মান্দেনা নত্রগা শাওনা মমিং শোনবনা য়াম্না অশোনবা মরী লৈগনি অমসুং মদুনা চেংনা পুল্লু য়ারোই।

জনুয়ারি তাং ৭ তু বাইকুন্ত একাদশিগী নুমিৎ ওইরমই, "নুমিৎ অদুদা শ্বর্গগী থোঙ পুম্নমক হাংদোকই"। অসিগুম্বা কুম্মৈশিংসি বাবানা মদুগী মগুণ অদু হঞ্জিলহন্নবা পাঙথোকই। নুমিৎ অদুদা শকখিবা অখন্দ ভজন্ অদু লোয়শিল্লকপদা, বাবানা একাদসিগী অশেংবা অর্থদু ফোঙদোকপিখি; একাদশি হায়বদি থা অমগী মনুংদা ১১নি শুবা নুমিৎ, হায়বদি, ১১নি পানবা নুমিৎ: ইন্দ্রি ১০সিনা অমগা

অমগা তেংবাংনদুনা ঈশ্বররোমদা ওনশিল্লবদি, শ্বগগী থোঙ্ অদু শোয়দনা হাংদোক্কনি, অদুগা নহাকপু ১১শুবা অদুগী মনাক্তা হায়বদি ঈশ্বরগী মনাক্তা তরাম্না ওক্কনি।

বোম্বে থাদোক্লিঙৈদা, বাবানা সেবাদল্গী মেম্বরশিংদা ব্রা ঙাঙবিখি। মহাক্না হায়খি, "সংসার পুম্নমকসিনা তুক্কচবগী ঈথক্না নত্রগা করেম্নবগী মিনোক্না নঙগী অকোয়বদা য়োমশিল্লক্লবা মতমদা নত্রগা নঙনা য়াম্না থাজনা থমলম্বা মীওইশিংনা নঙগা মবী লৈনরকত্রবা মতমদা থকশি-খাসি নায়বা খক্তনা নঙগী তেংবাংবা ওইরক্কনি। *নঙগী মদ অদো মিনুংশিগী ফম্নাক মথক্তা ফাঁসি তৌথোকখ্রো, অদুগা নঙগী লৈজরিবা হৈ-শিংবা গুণ অদুনা উপায় অমা শিজিন্নদুনা অতোপ্পগী সেবা তৌনবা শেম-শারো।* নশা অদু অসিগুম্বা থবক্তা লুপশিল্লবা মতমদা, মিংখৈরোল শোন্দুনা, জপ্ তৌদুনা, ধ্যান তৌদুনা অমসুং ধর্মগী লাইরিক নৈনদুনা মদ অদু লৌথোকউ। বাবানা মখোয়দা পুক্সি অসি চম্না লেন্নবা, হেন্দোক্না অকে-অমৌগী ফিজেৎ শেত্তনবা অমসুং শাজৎ-নিতি চত্তনবা হায়খি, মবমদি মদুনা সধারন মীয়াম্বু লাপথোকহনখি। নহাক্কি মওং - মতৌদু নথম্তা চাংযেং তৌ, শাজৎ-নিতি খুদিংমক্ অমসুং নহাক্কি নিংলকপা ব্রাখল পুম্নমক অসুম্না চাংয়েং তৌ: বাবানা মসি য়াবিগদ্রা?

বাবানা বোম্বেদা লৈরিঙৈদা, য়াম্না অখন্নরবা লাইবিক অমা বাবাদা কথোকখি, মদু All India Prasanthi Vidwanmahasabha গী মহারাস্ত্রা শাখাগী মেম্বরশিংনা কৎপনি, মহাসভা অসিদি বাবানা লিংখৎখিবা অমসুং লমজিংবিবনি। সভা অদুগী প্রেসিদেন্ত শ্রী পি: কে: সব্রন্তনা লাউথোকপিখি মদুদি লাইরিক অদুনা "ঈশ্বরগী মনাক য়ৌবা লম্বী অমা ঙালহল্লগনি।" মহারাস্ত্রগী বিধান সভাগী চেয়ারমেন্ শ্রীভি: এস: পাজেনা ধর্মক্ষেত্রদা তৌখিবা মিটিংদা লাইরিক অদু কথোকপা মতমদা হায়খি, "ঐনা শ্রী সত্য সাই বাবাগী মখোঙদা চরন্ খাদা ফমজখি অমসুং ঈশ্বর ফংনবগী খোঙজংগী অথুপ্পশিং অদুগী মরমদা ব্রাহং হংজখি। মহাক্কি থৌজালগী পাওখুম অদু য়াম্না কোম্না মরাং কায়না পিবিখি। সভা অদুগী অতৈ মেম্বরশিং অদুসু ব্রাহং হংবা অমসুং তম্বদা শরুক য়াখি। মসি ঈশ্বরগা হকথেংননা ঙাওনখিবগী য়াম্না থাজনিংঙাই ওইরবা বেকোদনি, 'মসিনা ভাব

তাদনা চমন্নদুনা লৈরিবা কাংবু অদুদা মঙাল অমা পিবি। বাবানা শব্দোক্লা হায়খি মদুদি ভক্ত অমগী পুন্সিদা থাংখাং অহুমথোক্লা লৈবগুম তৌই ঃ (১) বাম্নিবহম্ঃ ঐহাক অসি পুরা নহাক্কিনি। মতাং অসিদা ভক্ত অমনা অখাকপা করি অমতা থমদনা ঈশ্বরদা মপুং ফানা চংজবে। (২) মমাইবত্বম্ঃ নহাক ঐ খক্তগীনি। মতাং অসিদা, ভক্ত অসিনা মশামক অসি ঈশ্বরনা খনগৎলবা ভক্ত অমগুম লৌরে অমসুং মদুগী মওংদা দাবি তৌবা হৌরে। (৩) নহাক খক্তনি অমসুং ঐদি নত্তে। ঐ অসে নহাক্কিনি, নঙ অসে অঁতে করিশু নত্তে, ঐবুনি। মতাং অসিদা ভক্ত অসিনা মফম খুদিংমক্তা, মশামকসু য়াওনা ঈশ্বরখকক্তবু উই।

ধ্যান কমদৌনাতৌগদগে হায়বগী মরমদা লমজিংবিরদুনা বাবানা য়াম্না তোয়না তাকপীখ্রবা মওং অমা পনবিখি। "ঐখোয়না ব্রাখল অমা খল্লম্বদগী মদু হেক লোয়খিবগা অতোপ্পা অমা অমুক লাক্তবদি শান্তিদা লৈবা নত্রা? মদুগী মিকুপ অদু নখোয়না য়েংবা তাবনি, মিকুপ অদুগা নশাগা অমতা ওইরো অমসুং মদুনা অতৎপা লৈতবা শান্তি ওইনা লৈননবা মদুদা লেঙদনা য়ুংশিন্দুনা লৈরো; ব্রাখলশিংসে ঈশিংদা ঈপোম মচা হৌবগুম হৌরকই অমসুং মাঙখি; নখোয়না ঈপোম অদুদা য়েংবগী মহুত্তা ঈশিং অদুদা মুন্না য়েংউ। ঈশিং অদু য়েংলিঁডেদা ঈপোমশিং অদু থৌশারুনু।" পাজেনা ব্রাফম অদু মখা তানা হংখি, "**মদুনি নিরভিকল্প সমাধি হায়বদু। নিরভিকল্প হায়বদি ঈথক-ঈপোম য়াওদ্রবা ঈশিং অদুগুম্বনি।** ঈথক-ঈপোম মবক্তা ঐখোয়না ঈশিং য়েংবা ঙম্রা? ঐখোয়না পুক্নিংদা য়াম্না মপুং ফাবা শান্তি ফংনবগীদমক্তা, মতম অমা নত্রগা অমদা ঐখোযনা নিবভিকল্পশি শাথেংনফম থোক্রা?" বাবানা পাওখুমখি, "হোয়। ধ্যানগী খোঙজং চংশিল্লিবা মী অমনা মদু ফংবদা য়াম্না ব্রাবা থাক অমা ওইরবসু নোংম-নত্রগা নোংমদি নিরভিকল্পগী থাক ফঙই। কর্মযোগি অমনা নত্রগা ভক্ত অমনসু থাক অসি হন্না হন্না মহৌশাগী ওইবা মওংদা ফংবা ঙমই অমসুং মসি করিনো হায়বদু মপুংফানা খঙই। মরম অদুনা, মহাক্লা মদু নিংশিংবা ঙমই অমসুং মশানা হকথেংনজবা ঙমই, অদুগা ঈশ্ববগা শাংনা লোয়নজবগী নুংঙাইবদু ফাওজবা ঙমই।" পাজেনা ইরি: "মসি ঐগী ব্রাহং অদুগী মপুং ফাববা পাওখুম্নি অমসুং মদুদা ঐহাক য়াম্নমক পেঞ্জখি। ঐনা অরিবা লাইরিক পাবদা মসিগী পাওখুম অসি ফংবা ঙমখিদে, অদুবু, শ্রীসত্য সাই বাবানা চানবিদুনা পাওখুম অদু

পিবিখি, ঐনা আশা তৌজে, মদুদি পাওখুম অসিনা, ঐ ইশামক য়াওনা, ঈশ্বরবু থিজরক্লিবা মীওই কয়ামরুমদা কান্নরগনি।"

অতোপ্পা বাবানা শেংদোকপিখিবা য়াম্না নুংঙাইববা মকওইবা ব্রাফম অমনা নেত্তি-নেত্তি (মসি নত্তে, মসি নত্তে) হায়বা অসিগী মরমদনি। মহাক্না হায়খি, "ব্রাহমন্ হাযবসি সুম পোওথোবকপা বেল্লুন অমগুম্বনি; মসি খক পোকখাইদে। অদুনা, *নেত্তি হায়বদি ব্রাহমন্‌বু খঙবা ব্রাহমন্ মশাবুদি নত্তবা হায়বনি।* নেত্তিনা হায়দে, "নত্তে, মসি অসিনত্তে", মসিনা হায়রিবদি "নত্তে, মসি অসুম্না নত্তে", 'নত্তে, মসি পুম্নমক্কু নত্তে।" "নত্তে, ব্রাহমন হায়বসিদদি মসি নত্রগা অসুম্না হায়বসিদগী য়াম্না হেন্না অর্থ লৈখ্রে।"

পাজেনা হায়রি মদুদি বাবানা মদ হায়বসিগা ইশাগা অনী অসি খেন্নহল্লি। বাবানা হায়খি, 'ঐ' হাযবসি যামনা শেংলবা অমসুং চল্লবদি ঈশ্ববনি; 'ঐ' না হকচাংগা অমতা ওইনা লৌরবা, উদবা হকচাং (Subtle body) অমসুং মঙদা উবা হকচাংগা মান্ননা লৌববদি মদু 'মদ' নি। অদুদগী পাজেনা হংখি, "ঈশ্বরদি অমতনি হায়নৈ। ঐখোয় পুম্নমক্কি ওইনা অশেংবা অমসুং অচম্বা 'ঐ' অমখক্তা লৈব্রা?" বাবানা খুমখি, "তোঙান-তোঙানবা মদ ময়ামসি ইশা নত্রগা ঈশ্বব অমদুগী থক্তোবকপা মমি ঙাক্তনি।' পাজেনা হংখি, "পুক্লিং অসিবু শাবিবা মচাকশিং অদু ঐখোয়গী হকচাং শান্নিবসিগুম্ববা? মসি পোৎশক ওইনা থিন্দুনা তাকপা য়াববা?" বাবানা খুমখি, হোয়, পুক্লিং অসি পোৎচাক্লি। তৌবতবু, মসি য়াম্না কুপশ্লবনি (Subtle), ঐখোয়না মসিগী মরাক, ময়ুং অথাবা অরুম্বা পুথোকপা ঙমদে। পোৎশক ওইনদি তাকপা য়াই। সন্‌কল্‌পনা মদু তৌবা ঙমই।" পাজেনা মিরাকলগী মরমদসু হংখি। মহাক্না হায়, "শ্রীসত্য সাই বাবানা অসিগুম্বা অঙকপা শক্তি ময়ামসি য়াম্না লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা শন্দোক্লা তাকখি অমসুং মদুদা ঐখোয়না চিংনবা লৈতনা য়াখি।" বাবানা হায়খি মদুদি মিরাকল হায়বসি ঈশ্বরনা মাগী অনিংবা আশা অমদগী সংসার অসি শেমখি হায়বগী শাক্ষিনি, খুদম্নি।

শোক ১৯৭১ গী মহাসিববাত্রিগী কুম্মৈদু ফেব্রুয়ারিগী তাং ২৩দা পাওথোকখি। হায়বিবা মতম অসিদা প্রশান্তি নিলয়মদু মী হেনমন্না তিনশ্লবসু ঈশ্বরগী লৈফম্ অদুগী শান্তিদি অদুম লৈখি, মদু শেংলবা মফম পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না

*শেংলবা মফম অদুদগী থোরকখিবা শেংলবা মণ্ডালশিং অদুননি। সান্তিবেদিকাদগী* ৱা ঙাঙলদুনা বাবানা য়াম্না নুংঙাইরবা ৱাহং অমা হৌদোরকখি অদুগা মদু মশানা পাওখুম পিখি। "নুমিৎ অসিদা শ্বামিনা মশামক্তগী লিঙ্গ পুথোক্লিবসি করিগীনো? ঐনা হায়জরিবসিনি মদুদি ঈশ্বরগী মতিক-মগুণ ভাব তাবা হায়বদি শুওই ওইথোক্তে। নঙনা মসিগী কদায় ফাওবা ঙমই হায়দুনা লেপ্পা, ওনবা ঙমদে; নত্রগা মসিগী মহিমাশিং অসিগী ফল, কান্নবা লেপ্পা ঙস্বা নত্তে; মসিদি অগম্যা-য়ৌবা ঙমদবা; অগোচরা-ভাব তাবা ঙমদবা ঙাক্তনি। মরমশিং অসিদগী নহাক্না ঈশ্বরগী মতিক-মগুণগী মরমদা খুদম অমা ফংবা ঙম্লে। নখোয়গী মরক্তা লৈরিবা ঈশ্বর অসিগী শাক্তি ওইহৌনবা, নশাগী কান্নজনবগী অমসুং য়াইফনবগী, লিঙ্গ অদু থোরকপনি। মসিগী চাউরাকপা খজিক্তংসি ফাওবা উহন্দ্রবদি পুমথোই থোইবা অদুদা লৈবা থাজবদু মাঙখিগনি অমসুং মীহৌবা, তুক্কচবা, মীনুংশি লৈতবা, হাৎন-শুনবা, অমসুং ব্যবহার য়াওনদবগী শাজৎনা অফবা নোল্লুকপা অমসুং অশেংবশিংবু লাকহৎপিগনি।

লিঙ্গ অদু সিমানা লৈতবা, মওংলৈতবা, অহৌবা লৈতবা, ঈশ্বর অদুগী নৈনবা অমনি। বাবানা প্রশান্তি নিলয়মদা লৈখি, মদু য়াম্না অরাপ্পা মফমদগী মমিৎ পেন্না য়েংজনবা, মপুক্লিং লৈতানবা লাকখিবা ময়াম অদুবু কোকহন্নবনি। মদু লিঙ্গ পুথোকপা অদু উবদা ফাওজবা নুংঙাইবা অদুননি অমসুং মহাক্কি মখোঙ্ শোকচবা ফংবা অদুননি। মখোয় পুম্নমক্তা থৌজাল পিবিরম্লগা, বাবানা বৃন্দাবনগীদমক চৎখি, মরমদি মহাক্না আনন্তপুরদা লৈরিবা নুপীগী কলেজ অদু মতম খরগী ওইনা শাখিবা শেদ অদুদগী মশাগী ফজরবা য়ুম অদুদা চহিগী তম্বা হৌবগা ঈরোইননা হোংজিল্লগে নিংখিবননি।

বোম্বেগী সত্য সাঁই সেবা সমিতিনা অহানবা ভারত পুম্বগী ওইবা বাল-বিহার ওজাশিংগী কনফরেনস অমা মেগী তাং ১১ অমসুং ১২ দা শিনখি। মরম অদুনা, বোম্বেগী ভক্তশিংনা হায়জরকপগী মতুংইন্না, বাবানা মতম খরগী ওইনা সহর অদুদা ওজাশিং অদুবু আশীর্ব্বাদ পিবা চৎখি। ওজা ৪০৪না শরুক য়াখি, মখোয় অদু সাঁই যুগ অসিগী শিক্ষাগী অনৌবা মওং অসিদা কখোল্লবা কাংবুনি অমসুং ভগবানগী পাওতাক অদুনা মখোয়দা য়াম্না কান্নজখি। মহৌশানা চৎনরকপা

গুরু-বন্দনা, খুরুমজবগী শৈরেং অদু অর্থ হন্দোকপিখি, মদু ছাত্র অমনা থীখিবনি অমসুং মদুনা মাগী পাওজেলগী ব্রাকম ওইখি। গুরুনা ব্রহ্মানি, মরমদি, মহাক্লা হায়খি, তম্বীবা হায়বসি শেম্বগী থবক অমনি; মহাক বিষ্ণুনি, মরমদি ওজা অদুনা অঙাং অদুবু য়োকপিবা তাই, লমজিংবা তাই অমসুং শেন্নবিবা তাই; মহাক্তি মহেশ্বরনি, মরমদি মহাক্লা ফত্রবা শরুকশিং লৌথোকপিগদৌরিবনি, অমসুং পামদবা শাজৎ নিতিশিং শেংদোক্কদৌরিবনি। শৈরেং অদো, মহৌশাদগী চৎনরকপা ওজাশিংবু থাগৎপগী ব্রাকম উৎপা ওইনা লৌনরম্বদো, মদুনা তম্বীবগী শিনফমদা লৈবা পুন্নমক্তা মমিৎ পাঙহনবগী থৌদাং লৌশ্রে। মদুনি সাইনা অমুক্তং শোকলম্বগী কান্নবা হায়বদু।" গুরু অদু পরব্রহ্মানি, অথোইবনি হায়না থাগৎলি, তশেংনা পুমথোই থোইরবা আত্মানি হায়না থাগৎলি নত্রগা মহাক্লা ছাত্রশিং অদুদা মশা অদু মনিংতম্নবা অশেংবা লম্বীদু মশক খঙহল্লি।" মহাক্লা হায়খি, "অঙাং অদুদা মরুম থুপ্না লৈরিবা চাংজৌ নায়দ্রবা শক্তি অদু মশক খঙউ; মদু মশানা ফোংদোকচরক্লবা মতেং পাঙউ।"

মরম অসিদগীনি, বাবানা অঙাংশিংগী ক্লাসকি মমিং অসি বাল-বিকাস হায়না হোংদোকখিবসি; মরমদি শান্নবা অমসুং পোথাবা হায়বা অসিগী মথক্তা তৌগদবসি অঙাং অদুগী অফবা থবকশিংদা থৌগৎপা, অচুম্বদা অমসুং ফজবদা থৌগৎপা, মদুনা মপুংফানা শাংকাইনবা, ফোঙদোরক্লবা অমসুং শন্দোবক্লবনি। "বাল-বিকাস, হায়বসিনা হেন্না চুম্বা মমিংনি" বাবানা হায়খি। মহাক্লা পামখি মদুদি অপিকপা অঙাংশিং অসিনা ভক্তশিংগী মমাংদা অমসুং অতৈগী মমাংদা ব্রা ঙাঙবা তম্বীগদবনি অমসুং ঙাঙহনগদবনি, মদু অহলশিং অসিনা পিক্লিবা অঙাংশিং অসিগী মচিন্দগী তমজনবনি, মখোয়নদি মদু মখোয়বু পাওতাক পিরিবা ময়াম অসিগী মফমদগী তমউ যাদ্রবা ব্রাফম্লি। পিক্লিবা অঙাং অমনা 'ফিলমগী অয়েকপা শক্তম অমসুং মদুনা পিরিবা অকিবগী মশক ওইরবা ফল' অদুগী মরমদা য়াম্না তেন্না ঙাঙখিবদু বাবানা য়াম্না য়ানিংখি। য়ুম্বানবগী পুন্সিদা য়াম্না চম্না অমসুং শেংনা লেল্লিবা অহলশিংনা মদুদা য়াদুনা লৈরিবদু থাদোক্লনবগী মিকপ্ থোকহনখিবনি।

ঙসিদি ভারতকি মফম পুন্নমক্তা, বাল-বিকাস-কি অঙাং মচাশিং অসিনা ভজন শক্লি, লাই য়েক্লি, ব্রারী ইরি অমসুং মদু লীবি, ঈশ্বরগী মরমদা, অফাওবাশিং

অদুগী মরমদা, লমদম অসিগী চাউরবা মমাশিংগী মরমদা অমসুং উপনিশদতগী, ইতিহাসতগী অমদি পুরান্দগী লৌথোকপা লীলা কয়া অমসুং ধর্ম পুম্নমক্কি লাইরিকশিংদগী লৌথোকপা, য়াম্না পুক্লিং শেংদোকনিংঙাই ওইবা, ৱাংখৎনিংঙাই ওইবা লীলা কয়া শান্নরি। ৱাখলদা য়াম্না চাউবা অওনবা অমা, অমসুং সমাজগী মরীদা অহোংবা অমা কান্নবা মায়কৈদা লাকলি। মহারাস্ত্রগী ষ্টেট কনফরেন্স অমসুং গুজরাতকি ষ্টেট কনফরেন্স অনীদু মে থাদা পাঙথোকখি। মহারাস্ত্র কনফরেন্সকিদমক বাবানা বোম্বেদা লৈখি অমসুং গুজরাত কনফরেন্সকিদমক্ দ্বারকাদা য়াইফ-পাওজেল অমা থাখি। "চৎথরিবা নিয়ম খুদিংমক ঐনা য়েংলি; ঐহাক নখোয়গী মরক্তা লৈতে হায়দুনা নথৱাই নুংঙাইতবা তৌগনু। ঐহাক লেঙদ্রবা শাক্ষি ওইনা লৈরি", মহাক্না হিখি।

বোম্বেদগী হল্লকপদা ধবৱারদা তাং ১৪দা পাঙথোকখিবা মাইসোর ষ্টেট কনফরেন্স অদু বাবানা সভাপতি ওইখি। মাইসোরগী মফম পুম্নমক্তগী লাকখিবা থৌপুবা মীওই ২০০ রোমদা মাঙদা লৈরিবা থবকশিং অদুগীদমক হেন্না চেংনা থাজবা অমদি হেন্না লুশিনবা ভক্তিগী ৱাখল পোকহনখি।

"আনন্তপুরদা লৈবিবা কলেজ অসি, ডা: এস: ভগবন্তম্, দি: এসসি: না হিবকখি, "পুমথোই থোইবা মী অমগী থবক ওইনা উৎলবা থৌওংনি। য়ামগ্রবা লুপা লাক্ষ নিফু চঙনা, অকক্নবা থা তরাগী মনুংদা, বাবানা ইউনিভরসিটি ওইবা য়ারবা শঙলেন অমা য়োকপিখ্রে। থবক পুম্নমক অসিবু কনানা তৌখিবনো? শেলশিং অদুনা কদায়দগী লাকখিবনো? নখোয়না ঈশ্বর হায়বদু থবক ওইনা উনিংলবদি, তশেং-তশেংনা লেঙদ্রবা শাক্ষি অদু আনন্তপুরদা উরগনি! মসি মীওইবগী ৱাখলনা লাম্বা ফংলরোইদবা অমসুং শিবা নায়বা মীওইবগী শক্তিগী ৱাংমদা লৈখ্রবনি।"

কলেজ অদু শোক ১৯৭১গী জুলাইগী তাং ৮দা ভারতকি প্রেসিডেন্তনা শঙ্গাগদবনি, মদু লেপখ্রিবা তারিক অদুগী মনুংদা লোয়বগী আশা নত্রগা খুদম্ অমতা লৈখিদে। মীপুম খুদিংমক্না ৱাশকখি মদুদি মসি ওইথোক্লরোইদবা থবক্নি। শঙ্গাগদবা অদুগী চয়োল অমগী মমাংদা আনন্তপুর য়েংখিবা ইন্দসত্রিয়েলিস্ত অমনা

হায়খি, “ঐনা ঐগী লৈজবিবা শক্তি পুম্নমক্কা লোয়ননা ঐগী কাবখানাগী লৈজবিবা শক্তি পুম্নমকসি যাওবগা হোৎনবদা মখা থা তকক্কি মনুংদা লোযবা ঙমগনি।”

কলেজগী বিলদিং অদু সাই যুগ অসিদা শিক্ষাগী হিবমদা লনাই কনাগুম্বা অমবু নত্রগা সমাজ অমবু অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎনবগী চংখোন্না য়েক্তুনা শাগ্রবা তোমখিন শক্লাইববা মপুং ফাববা শঙ্ অমনি। বাবানা, মীওইবনা মাযকৈ কয়ামকম্মদা মশাদা যাওবিবা ঈশ্বব অদুবু খঙনবা হোৎনবিবা মওং অদুবু খ্বাইদগী মকওইবা, থৱাই ওইনা উৎলিবা শক্তম অদু সাই এমব্লেম ওইনা মযায় থংবা য়ুম্বী অদুদা আশা অমসুং জয ওইবগী খুদম ওইনা চিংখৎলি। কলেজ বিলদিং অদু যাম্না শুমহৎনিংঙাই ওইববা অমসুং চীং লেম্নবা মপুং ফানা কোযশিনবা সার্কল অমনি। মদুনা ধর্ম হায়না কৌবা ঈশ্বববু থিজবকপগী মপুংফাববা থাক অদুবু উৎলি। মসিদি ব্রাহ্মননি, অহৌবা লৈতবদুনি, মদুদি সার্কল অমখক্তনা মহুৎ শিনবা ঙমই। মসিদা ভাবতকি অবিবা কলচব পুম্নমক্কি মমি অদুনা লৈতেংই। মসিদা সনাতন ধর্মগী লেঙদ্রবা পাওজেল অদুগী খোঙ্থাং অদু পিবি। মসিনা থম্বাল লৈবু অতিযা পক্লা ৱাংনা পুবি, মসিনা কাখৎলক্লিবা নুমিৎকি অহানবা মশেক্লা যৈবদা শাৎকাযবি।

বাবানা য়ুম্বী অদুদা ঘবি অমা খিল্লি, মদুনা ‘মতম’ হাযবিবা ঈশ্ববগী চৌকিদাব হাযবদি চৌকিদাবগী মথৌ তৌবিবা ঈশ্বব অদুনা, পুম্নমকপু মতমচানা হৌদোকপিনবা, তশ্বিবিবা অমসুং তম্লিবা পুম্নমক্তা নিংথিনা মতমচানা পাওথোক্লবা, থবেক্লদনবা চেকশিনহল্লিবা, কলেজ অদুদা থোক্লিবা থবক থৌবম খুদিংদা মতমগী মমল খঙনা পাওথোক্লনবা অমসুং মপুং ফাহন্নবা থল্লিবা ঘবিনি। যেক্কদবা মীওইশিং অদুনা বাবাগা ফম্মিন্নখি, মদু বাবাগী ৱাখল্লোন অদু চে মথক্তা পুথোক্লবনি, অদুবু মাগী থম্মোযদগী থোবকপা লাইশোল অমগুমই, অফবা পুম্নমকপু পিবিবিবা ইবুংঙো মহাকপু থাগৎচবগী কবিতা অমগুমই। বিলদিং অদু নুংঙৌ, চেক, নুং, মচু অমসুং মঙালগী মিবাকল, অঙকপা অমনি।

শঙ্গাবা নুমিৎ অদুদা অন্তব জাতিগী থাক্তা শক্লাইববা, চাউব-চাউববা মীওই কযাগী তিন্নফম ওইনা উখি। ভাবতকি বাস্ত্রপতি, শ্রী ভি:ভি: গিবি, লোয়নবী শ্রীমতি সবশ্বতিগিবি, মাইসোব ষ্টেটতকি গোভর্নব, শ্রীধর্মবিব, গোৱা ষ্টেটকি লিউটেনেন্ট গোভর্নব শ্রীনকুল সেন্, অন্ধ্রপ্রদেশকি চিফ-মিনিষ্টব শ্রী পি: ভি:

নরসিমহা রাও, ভানকাতেশ্বর ইউনিভর্সিটিগী ভাইস চান্সেল্লর ডাক্তর জগন্নাথ রেদ্দি, শ্রী জি: সি: ভেনকন্না, শ্রী এম:এন: লক্ষ্মিনরসিয়া, অন্ধ্রাপ্রদেশকি মন্ত্রি কয়ামরুম্- অওইবমক্ মদু হৈথোই শিংথোইরবা কয়া, চাউরবা মকোক কয়া, কখোল্লবা মীওই কয়া অমসুং মরৈবাক নিঙলবা কয়াগী মীওইশিংনা লৈখোক অমতদা শাৎপা লৈগুম তিনখ্রবা নুমিৎনি।

পুম্নমক অদুগী মথক্তা, বাবাসু লেঙশিনখি, হেকপদা ঙাইরিবা লৈগুম তনৌ-তনৌ, নোকমি-নোকমিবা মায়থোংনা লৈতেংলদুনা, ঈশ্বরগী মায়থোং অদুদা চোকথবা, অব্বাবা নত্রগা লাঙতক্লবগী মমি অমতা তাহন্দনা অমদি মাগী অকোয়বদা লৈরিবা কর্মি পুম্নমক্কি মায়থোংদগী চোকথবা অব্বাবগী মমি পুম্নমক লৌথোকপিবগা, বাবাসু লেঙশিল্লি। তরং-তরংলবা অয়ুক অদো অমুক্কা হেন্না বাবাগী মায়থোংদগী থোরক্লিবা নুংশিবা প্রেমগী মঙালনা অমুক শরুক অনীরক হেন্না তরংহনখি।

সিমলাদা লৈবা Institute of Advanced Studies গী দাইরেক্তর ওইরিবা ডাক্তর গোকক্কা তোমথিন শক্লায়রবা অতিথিশিং অদুবু ওকচখি। মহাক্কা তিল্লিবা মীপুম খুদিংমক্তা মিকুপ তাঞ্জা অদুগী ইতিহাসিক ওইরিবা মওং অদুবু পাওদমখি। "মসিগী কলেজ অসিনা অমদি ভারতকি অতৈ ষ্টেটশিংদা বাবানা লিঙ্গে হায়না থৌবাং তৌবিরিবা অসিনা ভারতকি অরিবা কলচরগী অশেংবা রস অমসুং অশেংবা শক্তম্বু অঙাংশিংদা পিবিরগনি; মখোয়গী লৌশিং জ্ঞান খক্তা চাউখৎপদা নত্তনা, হিরম খুদিংদা খল্ পুবা অমসুং মনুং ফাওনা উবা ঙম্বগী জ্ঞানসু চাউখৎহল্লগনি অমসুং ধর্ম পুম্নমক্তা থাজবসি চপ মান্নে হায়বগী ৱাখল অমসুং মশামক্তা থাজজগদবনি হায়বগী জ্ঞানদুসু চাউখৎহল্লগনি।" মমাংদা অন্ধ্র অমসুং ওসমানিয়া ইউনিভর্সিতিগী ভাইস চান্সেল্লর ওইরম্বা ডাক্তর ভগবন্তম্মা হায়খি, "অহানবা শঙ্গাবা নুমিত্তা অসুক্কি মতিক নিংথিনা হিরম খুদিংদা মপুং ফানা লৈখিবা কলেজ অসি ঙসিগী অসি নত্তনা ইতিহাস্তা ইরৈ লৈখিদ্রি?" ডাক্তর ভজন্নাথ রেদ্দিনা কলেজ অদুগা চহি অহুমগী মনুংদা অঙকপা ফংনা চাউখৎখিবগী মরমদা ৱা ঙাঙখি। শিক্ষা মন্ত্রিনা হায়খি, "বাবানা নুপীগী কলেজ অমা লিংখৎপিবা মতমদা ঐখোয়না তশেংনা শোয়দ্রে হায়না লৌবা য়াবা ৱাফমদি মদু চুম্নগী কলেজ ময়ামগী মনুংদা

অমনি হায়বদু ওইরোই হায়বসিনি। মদুনা ময়ামগী মৈরা, পুম্নমক্না ফিদমনিংঙাই ওইবা, অহানবা ওইগনি।" শ্রীব্রহ্মানন্দ রেদ্দিনা শঙ্গাবা নুমিৎ অদু অন্ধ্র প্রদেশকি অমসুং ভারতিয়া কলচরগী কুম্মেগী নুমিৎনি হায়না ওকচখি। শ্রী ধর্ম ভিরনা মশাদা ফাওখি মদুদি নুপীগী কলেজ অদুনা লৈবাক পুম্নমক্কি ওইনা তুং কোইনা কান্নরগনি, মরমদি নুপী অমা লাইরিক হৈহনবা হায়বসি ইমুং অমবু পুন্না লাইরিক হৈহনবনি। প্রেসিদেন্তনা লাউথোকপিখি মদুদি মসি ভারতকি ওইনা য়াম্না ফরবা খুদম, শাক্কিনা অমনি মদুদি বাবানা মীওই লাক্ষ কয়াদা আধ্যাত্মিক্কি মঙাল পিবিবতা নত্তনা লমদম অসিগী নহারোলদা চপচাবা, অফবা মখলগী শিক্ষা পিবিবে।

জুলাইগী তাং ৮, শোক ১৯৭১, *গুরু-পুর্ণিমা* গী নুমিৎনি, থানা মপুং ফাবগী, পুর্ণিমা ওইবগী কুম্মে, *ব্যাস হায়রিবা খ্বাইদগী অহানবা আধ্যাত্মিক্কি গুরু অদুদা কখোকপা নুমিৎ*, অমসুং ঈশ্বরবু থিজরকপশিংনা মখোয়গী আধ্যাত্মিক্কি গুরুবু পুজা তৌজবা নুমিৎনি। মদু মীওই লাক্ষ কয়ানা বাবাগী দর্শনবু থিজরকপা নুমিৎনি। হায়রিবা কলেজ মদুদা থাইনগী ভারতকি গুরুগা সেবক্না লৈনরম্বা মবী অদুবু নৌহৌনা হিঙ্গৎহন্নবা পান্দম থল্লিবা কলেজ অদো, নুমিৎ অদুমক্তদা শঙ্গাবা হায়বসি বাবাগী অনিংবা ওইখি।

বাবানা তাকপিখি মদুদি, লৈনুংদা লৈরিবা মৈগী চীং অমদগী অশাবা মহি কয়া কাপথোকরপগী মতৌগুম্, অনেম্বা থাক্কি অপাম্বা ৱাখল ময়াম অমনা মীওইববু শ্বর ফুলহল্লি, অওইবমক্তি মাগী মরুওইবা অপাম্বদি মশাদা য়াওরিবা ঈশ্বর, অচুম্বা খঙবনা, অমদি অদুগুম্না ঈশ্বর অদুগী খুদম ওইরিবা শান্তি, ফজবা, অচুম্বা অমসুং নুংশিবা পোকহন্নবা হোৎনবনা ওইফম থোকপনি। "মীগী মশাদা নুংঙাইবগী, শান্তিগী, নুংশিবগী অমসুং থৌনাগী লোইবা নায়দ্রবা ঈফুৎ অমা লৈজে। পুম্নমক অসি থবক্না, খুদম্না, অমসুং হোৎনবনা ইশাদা লৈহন্নবা হোৎনৌ, অদু ওইরবদি, লাইরিক হৈরবা নুপা, নুপী পুম্নমক্না মখোয়না হেক লৈরিবা মখৈ অফবা অমসুং তেক্ত-কায়দবা ওইগনি।"

"ভারত হায়বসি ভোগ-ভুমি হায়বদি অকে-অমৌগী লৈবাক্ - অৱাংবা দলান কয়াগী শাফম্, চানবা চিঞ্জাক তিনদা য়োনবা লৈবাক্, এয়র কন্দিসন তৌবা য়ুম, তেলেভিজন কয়াগী লৈফম ওইরে। ভারতমচাশিংসি মীতৌ তমগনবা, লালহৌবা,

থকশি-খাশি লৈতবা মীয়াম ওইহল্লে। মখোয় অসি ফুক্লগা, মরু য়াওদনা অতোপ্পা লৈহাও-লৈবাক অমদা থারে অমসুং হৌহন্নবা হোৎনরে। মসি ঐখোয়গী অরিবা ইতিহাস্তা ইকায়বা পিবনি অমসুং ইতিহাসপু য়াম্না খুদোংথিনিংঙাই ওইবা মওংদা থৌওইদবনি। মসিদি শেঙলবা মতমবু মাংথোকপনি, লান্না শিজিন্নবনি, মীওইবগী হকচাং অসিগী শেংলবা পান্দম্বু মাংথোকপনি। মরম অদুননি, মসিগী কলেজ অসি গুরু পুর্ণিমা নুমিত্তা, গুরুবার নুমিত্তা, শগোলশেন নুমিত্তা, গুরু-কুল ওইনা, অরিবা ভারতকি মতমদা মুনি-ঋষিশিংগী লৈফম ওইনা, মদুদা পুন্সিগী খ্বাইদগী ৱাংলবা ফিদম্বু ছাত্রশিংগী থম্মোয়দা মশানা থবক ওইনা চৎপদুনা উহন্দুনা মতৌ তমহন্নবা অমসুং গুরুশিং অদুনা খৌরাংলিবা ছাত্র অদুবু লমজিংবিবা, নুমিৎ অসিদা শঙ্গানবা ঐনা লেপখিবনি।"

বাবানা আশীর্ব্বাদ অসিগা লোয়ননা পাওজেল অদু লোয়শিনখি, "মরু অদু থাখবে; মদু মতোল চোংখৎলক্লগনি অমসুং মশা-মরেং ফন্দোরক্লগনি, উহৈ-মরাং-কায়না পাল্লক্লগনি, পুম্নমক্তা উরুম লাংহল্লগনি, শোয় ঙামদবা অমসুং পুন্সি হিংজবা পীনবিরগনি।"

বাবাগী আশীর্ব্বাদকা লোয়ননা লিংখৎখিবা শিক্ষাগী সংস্থানশিং অসিনা কনাগীসু মতৌ তপ্লোই নত্রগা হিদান্নবগী নত্রগা সমাজদা লিংদ-য়াদবগী মওংদা লিংখৎখিবগী মতৌশু তৌরোই। মখোয়না য়ামনা চাউবা আশাগা লোয়ননা মাওলোমদা য়েংলি অমসুং নুংশিবা অমসুং তেংবাংনবা সমাজ, মীওইগী আত্মাবু মপুং ফানা শাৎকায়হনবা অমসুং য়াইফরবা মীওইবা জাতি অমনা খুল্লিংবা সমাজ অমা পুরক্লবা পান্দম্নি। 🕮

# ঐখোয়না খঙবা মিংশিং
## (The Names We Know)

"ভগবান্ শ্রীসত্য সাই বাবা" হায়বা ৱাহৈ অসি বাবাবু পূজা তৌজরিবা মীওই লাক্ক কয়ানা পন্নবা, হায়নবা ৱাহৈনি। শোক ১৯৪০গী মেগী তাং ২৩দা, মশাগী চহি ১৪ শুরকপা মতমদা, মহাক কনানো হায়বগী মতাংদা, মশানা মহাকসি সাই বাবানি হায়না লাওথোকখি, ৱাফম অদু মাবু পোকপা মপানা বাবা হায়বদি কবি হায়রিবনো হংখিবদনি অমসুং মহাক্না য়েংশিনগদবা সেবক্ ময়াম লৈরি অদুগা মাগী লোয়শিনগদবা থবক ময়াম লৈরি হায়বদুনা কবিনো, হায়না তক্শিল্লকপদা হায়খিবনি। "সত্য নরায়ন" হায়বসিনা মাগী মমিংনি, অদুগা রাজু হায়বসিনা শাগৈগী মিংথোলনি। পুম্নমক অসি তেনশিন্না য়ুমদা, খুঙ্গংদা অমসুং স্কুলদা সত্য হায়না খঙনখ্রে। বাবা মশামক্না লাওথোকখিবা 'সাই বাবা' হায়বা মিং অদুদা 'সত্য' হায়বা ৱাহৈ অসি তিনশিনখি। মহাক্না লাওথোকখ্রবা মতুং চহি ৫ / ৬ কি মতুংদা, মহাকপু শির্দিদা শক্ ফোংখিবা সাই বাবা অদুদগী তোঙান্না শক তাক্লবা, মাগী ভক্তশিং অদুনা বাবা মশামক্তি শির্দিদা ফোংখিবা বাবা অদুমক্তি হাযবসি ভাব তাবা ঙমখি। অদুবু, মখোয়না শির্দি বাবাবু পামজবা মীওইশিংগী থম্মোয়দা চয়েৎনবা লৈহনবদু পামখিদে। "বাবা" হায়বসি মরাঠি অমসুং হিন্দি লোন্দা লশ্নোইবা হায়বনি। মসিনা হায়রিবদি 'ইপা' হায়বনি। 'সাই' হায়বা মিং অসি শির্দি মনাক্তা লৈবা খান্দোবা-মন্দিরগী পুরোহিতশিংনা বাবাগী মফমদা মহাক্না মফম অদুদা নহা ওইরিঙৈদা থুংলখিবা মতমদা শিজিন্নখিবনি। 'সাই' হায়বদি 'মপু' হায়বনি। মসি সংস্কৃত ৱাহৈ 'শ্বামি' -দগী লাকখিবনি। 'সাই' হাযবা ৱাহৈ অসি পরসিয়াগী ৱাহৈ - শাহ্, শাহি, সাহি, সাই অসিদগীসু লাকখিবনি হায়নৈ।

'শ্রী' হায়বসি লাইশিংগী মমাংদা, অশেংবা লাইরিক্কি মমাংদা অমসুং তোমথিন শক্লায়বা মীওইশিংগী মমাংদা ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা হাপ্পনি। মসি য়াম্না লাইবক ফবা ওইগনি হায়না ফোঙকদোকপা মঙ্গোলগী মশক ওইরবা ৱাহৈ অমনি। ৱাহৈ অসি মীপুম খুদিংমক্কি ওইনা সনমান তৌবগী মওংদা শিজিন্নরক্লে, পুম্নমক্তা নতনা অফবা লাইবক হায়বসি পুম্নমক্কি ওইহন্নিংবগী মওংদা গনতন্ত্রগী নিয়ম ওইনা শিজিন্নরক্লে। মসিগী মরাং কায়না শিজিন্নরকপা অসিদা লাইনিংশংশিংদা লৈরিবা সেবকশিংনা পেন্দবা, অশাওবা অমা ফোংদোরকখ্রে। খুদম ওইনা, শ্রী ১০৮ হায়বসি ঈশ্বরগী মরমদা, আধ্যাত্মিক্কি মায়কৈদা য়াম্না খুমাং চাওশিল্লবা অদুগী ব্যবহার উৎপা ওইনা মমিংগী মমাংদা শ্রী ১০৮ গী পরেং অমনা লৈতেংবনি। (হায়বদি ঈশ্বরগী মরমদা করিসু থিদ্রিবা, খণ্ডদ্রিবা, সাধারন মীয়াম্না শিজিন্নবা য়ারোই হায়বসি শিস্যাশিং অদুনা হায়রিবনি)।

'ভগবান' হায়বা ৱাহৈ অসি 'ভগ-গী গুণ চেনবা' হায়বনি। 'ভগ' - হায়বদি থাইনগী অরিবা সংস্কৃতকি মতুং ইন্না, (১) ঐশ্বর্য্য লৈবা, শক্তি লৈবা (২) বিরয্য-থৌনা লৈবা (৩) য়শ-মিংচৎ লৈবা (৪) শ্রীয়াহ - চাউখৎপা, য়াইফবা (৫) জ্ঞান- লৌশিং লৈবা; (৬) বাইরাগ্য - অপাম্বা লৈতবা হায়বনি।

বাবাগী শক্তিদগী ফংবা মপু ওইবা হায়বসি মশানা অদুম উরে। অখন্নবা বিষয় কয়াদা মপু ওইরবা কয়া খুদম ওইনা ডাক্তরশিং, উকিলশিং, ইঞ্জিনিয়ারশিং অমসুং কালাকারশিংনা মখোয় মখোয়গী বিষয় অদুদা বাবানা মপুনি, মাস্তরনি হায়বসি মশানা য়াজখি। মরমদি মহাক্লা মখোয়বু চুমথোকপা ঙমই অমসুং মমল নায়দ্রবা তেংবাং পিবা ঙমই। মহাক্লা মতম পুম্নমক্তা করি অমতা থৌশাবিদ্রবা মিংচৎ অমসুং য়াইফবা হায়বসিনা মানা চৎখিবা মফম পুম্নমক্তা ইন্নদুনতা লৈ। মথৌনা লৈবগী, লৌশিং শিংবগী অমসুং অপাম্বা থাদোকপগী মতাংদদি মহাকপু খঙলবা মীওই লিশিং কয়ানা মহাক অসিবু গুণশিং অসিগী শক্লোন্নি হায়না খঙলি। শোক ১৯৬৮ গী বোম্বেদা ফমখিবা পৃথিবীগী ওইবা মীফম অদুদা বাবানা লাউথোকপিখি, "হৌখিবা অবতারশিং অদুনা ফংখিবা থাজবা অমসুং ভক্তি অদু খর অমনা অকিবা অমসুং অঙকপদগীনি, অদুগা খর অমনা মীগী মনুংদা অথোইবা শক্তি লৈখিবননি। সত্য সাইগী শাফোং অসিদি হায়রিবা ৱাফমশিং অসি অমতা

য়াওদে। অদুম ওইনমক্, ঙসিগী পাক্তক্লনা ঈশ্বর থাজনদ্রবা, ওইজবা, কান্নবতা থিনরবা, অৱাংবা থাক্কি ৱাখল্লোনবু তাথি তাওইনরবা অমসুং উশিৎ-থওইনদ্রবা মতম অসিদা মীওই লাক্ষ কয়াগী ব্যবহার, সনমান অমসুং নুংশিবা ফংলি।" মসি মহাক্লা মাগী নুংশিবগী পাওজেল অদু করি অমতা থাজদ্রবা অমদি য়াদ্রবা কাংবু অদুদা ফাওবা, মঙালনা অমম্বগী থম্মোয় ফাওদত্তুনা চৎবগুম, শন্দোকখিবননি। মশামকসি শোয়নিংঙাই লৈত্রবা শাফবা, নুংঙাইবা অমসুং লৌশিং-জ্ঞান লৈবা মী ওইনা অমদি মশাদা করি অমতা অপাম্বা লৈত্রবা, পুবা থাদোক্লবা, ভক্তি লৈবশিংসু নত্রগা লৈত্রবশিংবুসু চপ্ মান্নবা মিৎয়েংদা য়েংলবা মীশক অমনি। মহাক্লা চহি ২০ শুরকপা মতমদা ময়াম্বদা ইখি মদুদি মহাক্কি অকক্লবা মমিং লৈতে, নত্রগা পোকফম লৈতে, অমসুং মফম পুম্নমক অদুগা মমিং পুম্নমক মহাক্কিনি। অপাম্বা লৈতবগী থোইদোক হেন্দোক্লবা খুদম অমা ওইনা মাগী অপাম্বা অমখক লৈঃ পুম্নমক শিন্থুংনা লৈবা ঈশ্বর অদুদগী কুমথবক্লবগী অপাম্বা, মদুগী অপাম্বদুনা সংসার অসিবু পঙবদগী, খঙদবদগী মাঙখিগদবা অদুদগী কনবা অসিতনি।

সাস্ত্রদা ইবি মদুদি মকওইবা অঙকপা ৬পু জয তৌবা মপূ, ওইবা ঙন্নবা কাংবু অদুবু 'ভগবান' কৌই।

"শেল্লিবা জিবশিং অসি কমদৌনা হৌরকখিবনো, অমসুং মাঙখিবনো হায়বদুগী অঙকপদু খঙবা ঙম্বা; মখোয়না মাঙ-তাকখিবগী অঙকপা অমসুং মখোযবু কন্বিখিবা, কোকপীখিবগী অঙকপদু খঙবা অমসুং মখোয়গী অপঙবা অমসুং জ্ঞানগী অঙকপদু খঙবা মীশক অদুতবু 'ভগবান' হাযনা কৌনৈ।"

মসি পুমশেং শেংলে মদুদি ঙসি বাবানা ওইবিবা ফিভমসি মসিমক্লি। মহাক্লা অবনোলদ স্কুলমানদা হায়খি, "ঐনা নঙগী হৌখ্রবা পুন্সি খঙই, নঙগী তুংগী পুন্সিসু খঙই। অদুনা নঙনা কবিগী অৱাবা নংলি হায়বসু খঙই অমসুং নঙ করম্না ৱাবা ফগনি হায়বসু খঙই অমসুং করম্বা মতমদা অৱাবা কোক্কনি হায়বসু খঙই। ঐনা মীপুম খুদিংমক্তা, মশা-মশাদা থোকখিবা পুম্নমক লোয়না খঙই, হৌজিক থোক্লিবসু খঙই অমসুং তুংদা থোক্কদবা খুদিংমকসু লোয়না খঙই। মী অমনা হন্দক্কি পুন্সিসিদা করিগী অৱাবা তাগদৌরিবনো হায়বসু খঙই অমসুং

হন্দক্কি মপোকসিদা ৱাখিবদুনা মথংগী অমুক্ পোকপা মতমদা করি থোক্কদগে হায়বসু খঙই।"

বোম্বেগী পতেল স্তেদিয়মদা য়ামখ্রবা মীয়াম অমদা ৱা ঙাঙবদা মহাক্না হায়খি, "ঐনা পুন্নমক্তা থোক্লিবা খুদিংমক লোয়না খঙই, মরমদি ঐহাক অসি খুদিংমক্তা লৈ। মসিগী মৈগী ঈচেল অসি বলব খুদিংমক্তা লৈ। ঐহাক্না জিব খুদিংমকপু ঙালহল্লি। ঐহাক নখোয় খুদিংমক্কি থম্মোয়দা ইনশিল্লিবদুনি।" মহাক্না আনন্তপুরদা লাওথোকখি, "স্বর্গ অমসুং পতাল্‌দা লৈবা মরোল ১৪গী মী পুন্নমক তিন্নদুনা, মসিগী হকচাং অসিদা লাক্লিবা ঐহাক্না পাওথোক্কে নিংলিবা থবক থৌরমশিং অসিবু থেংথহনবা নত্রগা য়ৈখ্রিবা ঙম্লোই, মসিদা করি অমতা খুদোংথিবা লৈরোই, অতেক-অকায় লৈরোই।" শোক ১৯৬৫ দা প্রশান্তি নিলয়মগী মিটিং অমদা মহাক্না হায়খি, "কনাগুম্বা অবতার অমতনা অসুম্না মমাংথক্তা খক তৌখিদ্রি - খুঙ্গংদা মীয়াম মরক্তা চৎপা, অৱাবা তারবশিং খন্দোকপা, তুম্লিবা কাংবুবু হৌদোকপিবা, অতনবশিংবু থুনা ভাব তাহনবা, মীওই লাক্ষ কয়াদা থৌজাল হৈথবিবা অমসুং লমজিং পাওতাক পিবিবা, থেমজিনবিবা, লুচিংবিবা, অচুম্বা ধর্ম, শান্তি অমসুং প্রেমগী মায়কৈদা থাঙ্গৎপিবা, ঐহাক গুরুসু নত্তে, ঈশ্বরসু নত্তে। ঐদি নঙনি। নঙনা ঐনি! মদুনি অচুম্বা হায়বদো অমসুং নঙ্‌না পম্বুং অদু য়ৌরবা মতমদা মদু খঙগনি। নহাক্না ঈথক অদুনি অদুগা ঐহাক্না সমুদ্রদুনি।

শোক ১৯৭০ গী খৃষ্টমাস নুমিত্তা ধর্মক্ষেত্রদা বাবানা হায়খি, "ঐনা তৌবিবসিদা, মী শুমহৎনবা, ঙকহন্নবা নত্রগা মেজিক অমতা য়াওদে! ঐগীসিদি তশেং-তশেংবা ঈশ্বরগী শক্তিদুনি। পুকচেল পিকপশিংনা অমদি লৌশিং মপুং ফাদবশিংনা ঈশ্বর মশক খঙনবা হোৎনবদা শোনমল্লি, খঙবা ঙম্লোই। ঈশ্বরগী মতিক-মগুণসিদি য়ামখ্রবা জাৎনি অমসুং মখোয়গী মায়ানা থল্লবা মমিৎ অদুগীদমক্তদি ওষ্থোক্না মরাং কায়খ্রবা জাৎনি। মরম অদুনা, হায়বদি মখোয়না য়ৌবা ঙমদবদুনা, মখোয়না মদুবু করেম্নৈ, অমসুং যোগ-সিদধিনি, শুক্ষাৎপনি, মেজিক্কি হায়রিবনি। অদুবু, ঈশ্বরদি তৌনিংবা অমা হেক্তা তৌবা ঙমই। মহাক্কি খুবাক্তা শক্তি পুন্নমক লোয়না লৈ। মহাক্কি শক্তিশিং অসি ঙাইহাক চৎনরগা অমুক্ মাঙখিবা অদু নত্তে।" মহাক্না শোক ১৯৬৬ গী দশরাদা মাঙজৌননা হায়বিখ্রে

মদুদি “শিরিবা মী অদুনা মহাকপু লৌশিনবিনবা ঐঙোন্দা নিঙৈ। মহাক্কি মরী মতাশিং অদুনা মাগী মথৱাই হিংহন্নবা হায়বদি পুন্সি শাংদোকহন্নবা ঐঙোন্দা হায়জৈ, নিঙৈ। দৃশ্য অদুগী নাকল অনিমক্ ঐনা খঙই, হৌখ্রবা অমসুং হৌজিক, মানা তৌখিবা মবাল অমসুং দণ্ডি অমসুং মানা তৌখিবা অফবশিং অমসুং ফংগদবা মনাসু খঙই। অসুম্না মরক-মরক্তা ঐনা মখোয়গী দণ্ডি অদু ঐগী থৌজালনা খর শেমদোক শেমজিন তৌই। মসিনা পোকপনা নত্রগা মদুনা শিবনা ঐঙোন্দা শম্না অমগী শোকহনবা লৈতে। ঐগী হৌনশাদি কবি অমতা য়ানশিনবা, অমোংপা য়াওদ্রবা চাংজৌ নায়দনা নুংঙাইবা অদুনি।”

‘ভগবান’ হায়বা ৱাহৈ অসি মপুংফানা, চাংজৌ-নাযদনা নুংঙাইববুসু হায়নৈ। বিষ্ণু পুরান-না হায় মদুদি ‘ভ’ হায়বা ৱাহৈ মতেক্ অসিনা জগৎ অসিবু ‘য়োকপিবা অমসুং তেংবাংবা হায়বনি,’ ‘গ’ - হায়বদি লুচিংবা হায়বনি, ‘ব’ হায়বদি জিব পুম্নমক্না লৈবিবা ময়োল অমসুং জিব পুম্নমক্তসু লৈরিবা থৱায় অদুবুনি। মসিগী ‘ব’ অসিসু বাসুদেব হায়বা মমিং অসিদসু ফঙই, মসিমক্ মহাক্কি শিদিদা লৈবিঙৈগী মমিংনি হায়না বাবানা হাযখি। ‘শিদি-বাবাগী’ বাইওগ্রাফিদা লমায় ১০৩দা গুনাজিনা হায়, “বাবানা হাযখি মদুদি মহাক্তি মফম পুম্নমক্তা শিন-থুংনা লৈ-মঙালদা, নুংশিত্তা, ঈশিংদা, পৃথিবীদা, কংফান্দা, অমসুং শ্বর্গদা অমসুং মহাক্তি সিমানা, ঙমখৈ লৈতে। মহাক্না হায়খি, ‘ঐদি মতম পুম্নমক্তা মফম পুম্নমক্তা লৈ’। ঐগী মওং লৈতে, ঐগী চংননবা থোঙ্ দবকার ওইদে (লমায় ১৫০)। মহাক্কি হৌজিক্কি অবতার অসিদসু বাবানা শ্বামি অভেদানন্দগী ৱামেশ্বরমদা লৈবা কা অদুদা চঙখি, মদু থোঙ অদু পোরোন্ থাদুনা লোনশিল্লবা ফাওবদনি, মদু লম্বোইবা অদুদা থাজবা পিনবা অমসুং জ্ঞানগী মঙাল ফংহনবিনবনি অমসুং মহাকপু সেবক অমা ওইনা লৌশিনবিনবনি, মহাক্না বঙ্গলোরদা লৈবা ওপবেসনগী কা অমদসু থোঙ লোনশিল্লবা ফাওবদা চঙখি, মদু অনাবা অমগী ঈশিং চৎফমগী জগা অদুদা ওপরেসন তৌরিঙৈদা অনাবদুদা আশীর্ব্বাদ পিননবা চঙখিবনি। (মদু ডাক্তর হিসলোপকি ওপরেসনদনি)।

সংস্কৃতকি অবিবা লাইরিকশিংদা ‘ভগবানগী’ অতৈ তোঙানবা অর্থ কয়াসু পীরি। সরনগতি গদ্য-না হায়, “ভগবান হায়বদি সিমানা লৈতনা নুংঙাইরিবা

মহাক অদুবুনি, নুংঙাইবা হায়বদি জগৎ অসিদা লৈরিবা জিবা খুদিংমক্তা অফবা ফল পিবিরিবা। গদ্যনা মখা অমুক্তা তারি মদুদি ভগবান অমনা জগৎকি অঙকপশিং অসিগী মরমদা তোপ-তোপ্পা লৌশিং জ্ঞান লৈগদবনি, প্রকৃতিগী শক্তি পুম্নমক অসিগী মথক্তা মপূ ওইনা লৈগদবনি, শক্তি, মতিক মগুণ, চীংলেম্বা মওং, মমা অমা ওইবগী নুংশিবা প্রেম্, থোৎপা-মেংবা অমসুং মিনুংশি, শাজৎ নিতি অচুম্বা অমসুং অফবা মরুপ-মপাং ওইবা, মিচং-মিথায় নায়দবা, থৌজাল হৈবা, পুকচেল চাউবা, লেম্বা, লাম্লোং হৈবা, থৌনা ফবা, হৈনিংবা, অচুম্বদা লেঙদবা, অমসুং অতৈ অফবা গুণ কয়ামরুম্ অসিগী মথক্তা লৈগদবনি। ডাক্তর গোকক্লা বাবাসি, মী পুম্নমক্তগী হেনবা শক্তিনি, পুম্নমক্কি মথক্তা লৈবনি, অথোইবনি অমসুং মতিক-মঙাল লৈবনি হায়না পুথোকপসিদা চোকথবা লৈতে। অতৈ-অতৈ মরম কয়াগী মনুংদা, মসিগী শক্তিগী ব্রাফম অসিদনি অবতার অমগা লম্বোইবা অমগা খেন্নরিবসি। বাবাগী হৈ-শিংবা অসি চাংজৌ লৈতে। লাইরিক নিংথিনা ইতম তমহৌদনা, পুম্নমক্তা হেক্তা খঙই, এতোমগী ফোরমুলাশিং, বেদগী শৈরেংশিং, ডাক্তরগী ব্রাফমশিং, তন্ত্রগী মন্ত্রশিং নচিংবা ফাওবদা খঙই। শ্রী ঔরোবিন্দোনা হায়বিশ্রে, "অবতার খুদিংমক্লা মীওইবা জাতিগী মমাংদা মশাগী খুদমশিং উৎলি অমসুং লাউথোকই মদুদি মহাক্লা ঈশ্বর ফংনবা লম্বীনি অমসুং থোঙ্নি; মহাক্লা অমমুক লাউথোরকই মদুদি মহাক্ মশামকসি ঈশ্বরগা অমতনি।"

হায়নিংবমখৈ হায়রবসু মী হায়বসে, 'মতম', 'মফম' অমসুং 'মরম' অহুমসিগী থৌরিনা পুন্দুনা লৈরিবা ঈশ্বরদুনি। অদুননি বাবানা হায়রিবদো, "নহাক্লা আত্মাগী নিয়ম হেক ফোংদোকপগা ভগবান ওইরকই। নখোয় খুদিংমক্লা নশাগী তোঙানবা জিব অদু নত্রগা নশা অদু জগৎ শিন-থুংনা লৈবা আত্মাগী সমুদ্র অদুদা হেক তিনবগা ভগবান ওইবা ঙমই।"

অবতার হায়বা ব্রাহে অসিগী অর্থদি কুমথরকপা হায়বনি। মসি সিমানা লৈতবা অদুনা মশা মতোমতা সিমানা লৈহনবা হায়বদুনি, মদু মীওইবা জাতিবু লমজিংনবগীদমক্তনি। চহি খরগী মমাংদা শিবরাত্রিগী পাওজেল অমদা বাবানা শৈরেং অমা থীখি, মসি মহৌশানা মাগী পাওজেল পীরমদাইগী মমাংদা মশানা ইরগা মশানা থীবগী মওংদৌননি, মদুদা মহাক্লা পুত্তপার্তিদা অবতার তৌরকপগী

মরম অমসুং পান্দমশিং অদু হায়ফেত্তুং নৌনা নিংশিংখি। “পুম্নমক্তা লৈরিবা বাসুদেবদো হৃকচাং অসিদা পুত্তপার্তিদা লাক্লে, মদু কলিগী মীয়ামদা অচুম্বগী লম্বি তাক্লবনি; তুক্কচনবা অমসুং করাম-চাউবা লৌথোকখিবনবনি; অফবা অমসুং নোল্লুকপা কাংবুবু অৱা-অনা অমসুং ইকায়বা নঙগদবদগী কন্নবনি; থাইনগী অরিবা লাইরিকশিংদা ভাব তাবা ঙমদনা লৈরিবশিংদু খঙহন্নবনি; মী মচাশিংনা নাপল অমসুং ইরাং তৌবা মাঙহন্নবনি; অমসুং মীওইবা জাতিদা থৌজাল পিবিনবা থাজবা থমখিবশিংদু খুমাং চাউশিনহন্নবনি।” মহাক্না লাউথোকপিখ্রে মদুদি মহাক্ অসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা, তোঙান-তোঙানবা মমিংদা, মওংদা পুজা তৌনরিবা ঈশ্বর অদুনি।

মাগী ‘গীতাগী মরমদা খরদং’ হায়বা লাইরিক অদুদা শ্রী ঔবোবিন্দোনা অবতাব অমনা তৌফম থোকপশিংদু নৈনবিখ্রে; “ঈশ্বরগী ওইবা হৌনশা অদু মী ওইবগী হৌনশাদা অবতার অমনা শক্লোন লৌবগা লাকই, খৃষ্ণ ওইনা, কৃষ্ণ ওইনা, বুধ ওইনা; মদুনা মীওইবগী হৌনশা অসি ব্রাখলদা, থবক্তা, খৃষ্টনা হায়রম্বা, কৃষ্ণনা হায়বম্বা অমসুং বুধনা হায়বম্বা অদুগী মতুংইন্না শেমদোক্লগা মী মশামক্তু ঈশ্বর ওন্থোকহনখিবা য়াই। *অবতাব হায়বসি মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বর ওইনা অমসুং মীওইনা ফিভম অনীসিদা লৈগনি।* ঈশ্বব অদুনা মশাদা মীওইবগী হৌনশা অসি লৌশিঞ্জে, মদু মপান্থোংগী মিংয়েংদা লৈরিবা অকক্লবা, পনখৈ নায়বা, লৈরিবা ময়াম অসিগনি। অবতার অমনা কুমথবকপগী পান্দমদি, মীওইবগী মপোকসি মাগী লৈজরিবা অকক্লবা ময়াম অসিগা লোয়ননা, ঈশ্বরগী মপোক্তা পোক্লবা পাম্বৈ অমা অমসুং ঈশ্বরগী থবক তৌনবা খুৎলায় অমা ওইবা য়াই হায়বদু উৎনবা, প্রমাণ তৌনবা লাকপনি।”

মসিগী মতাংদা বাবানা স্কুলমান-দা হায়খিবা ৱাফমদু নিংশিংবা তাই, “ঐনা নবায়ন ওইনা পাম্বোম মরি পান্দুনা লাক্লম্লবদি, নখোয়না ঐবু সারকস্ শান্নফমদা থল্লমগনি অদুগা ঐবু য়েংবা লাকপা মীদগী শেল লৌরমগনি। ঐনা অতৈ মী অমগুম্না, সাধারন মী অমা ওইনা লাক্লম্লবদি, কনানা ঐনা ঙাঙবদা তাবিগনি? মরম অদুনা, ঐহাক্ মসিগী মীওইবগী শকফম অসিদা, মীওইবদগী অহেনবা শক্তি অমসুং জ্ঞানগা লোয়ননা লাকপা তাখি।”

শোক ১৯৭১ গী মপোক নুমিৎ পালন্দা বাবানা য়াম্না লায়বা মওংদা অবতার অমা লাকপসিদা লৈরিবা অঙকপশিং অদুগী মরমদা তাকপিখি। "নখোয় খুদিংমক অবতার অমমন্নি। নহাকসু, ঐদৌনা শদুম অমসুং শরু মবক্তা ফাজিন্দুনা থন্নিবা ঈশ্বরনি। নঙনা মদু খঙদবখক্তি ব্রাতনি। চহি কয়াগী অরানবশিং অদুনা নহাকসু মসিগী অবতাবগী কৈশুম-শঙ্ অসিদা লাক্লে। অদুগা ঐহাক্তি মসিগী শিবা নায়বা হকচাং অসি ঐগী অনিংবা আশা অমদগী শেৎচিল্লকপনি, লৌরকপনি। নহাক্তি নশা অদুদা গুণ অহুমগী থৌবিনা পুনশিল্লি; ঐহাক্তি মনিং তমই, পুন্দে, মখোয়না শোকপা ঙমদে; মবমদি গুণশিং অসিদি ঐঙোন্দদি করিশু লৈতবা ঙাক্তনি। ঐবু মখোয়না পুন্দে, ঐনা নখোযবু পুন্নবা মখোয়বু শিজিন্নে। নখোয়দি অপাম্বনা কোইচিং চিংই। ঐগীদি নখোয়বু অপাম্বা লৈতবা মী ওইহনবখক পাম্বা নত্তনা অতৈ অপাম্বা অমতা লৈতে।"

অব্রাবা তারবা কাংবুদা বাবানা কৌবিবা খোল্লাও অসি য়াম্না চুমদ্রিং কৌই অমসুং চমইঃ "ঐনা সিদা লৈবগা নখোয়না কবিগী কিবিবা? হে অব্রাবা নঙলবা কাংবুশা! নখোয পুম্নমক ঐঙোন্দা লাক্লো!" বাবানা ঐখোয়দা থাজবা পীরি, ঐখোযনা মঙোন্দা খোঙকাপ অমা থাংজিল্লবদি, মহাক্না ঐখোয়বোমদা তরা থাংজিল্লকই। ঐখোযনা থম্মোয শোক্লা কৌববদি মহাক্না ঐখোযগী খোল্লাও তাই। গিতানা লাউবি: "ঈশ্বরগী খুৎ অমসুং খোঙশিং, মিৎ অমসুং নাকোংশিং অমসুং কোক অমসুং লৈ পুম্নমক ঐখোযবু তেংবাংনবা মফম খুদিংদা লৈ, মদু ঐখোযনা তশেংনা ঈশ্ববগী মনাক্তা কারগে হায়বা অশেংবা অপাম্বদু লৈববা মতমদনি।"

বাবানা হান্না লাউথোকপিখ্রে মদুদি অবতাব অমগীসু শাগী শংসাব অমসুং মীওইবগী মবকসিদা লৈবিঙৈদা ইন্দ্রি মঙা অদুম লৈ। মহাক্না মীওইবদৌনা মাগীসু পুক্লিং, ব্রাখল খনবা, খুদক্তা লাকপা ব্রাখল, অহমকাব নত্রগা মদ অসিনি। অদুবু, অবতার অমগীদি তোপ-তোপ্পা মগুণ তবেৎ লৈ। মবি অমদি মখাগী অসুম্না ওইবা যাই; শ্রশিত-শেম্বগী শক্তি; স্তিতি-য়োকখৎপা, ঙাক-শেনবা অমসুং ঙাকথোকপিবা; লয়া-মাঙতাকহন্নবগী শক্তি; তিবোধনা-উহনখিদবগী শক্তি। *লেমহৌরিবা গুণ অহুম অদুদি মপুং ফারবা অবতার খক্তনা লৈগনি; অনুগ্রহ - থৌজাল্ মখল অনী লৈগনি,* অমনা ফংফম থোকপা মীদুতমক ফংবা থৌজাল

অমসুং অতোপ্পা অমদুনা ফংফম থোকপা নত্রগা থোক্তবা য়েংদনা খুদক্তা হেক্তা পীবা থৌজাল। অদুগা, মহাক্তি মাগী মমিং শোনবা মফমদা অমদি মওং লাংপা মফমদা মতম পুম্নমক্তা লৈ। পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা বাবাগী ফোটোদগী বিভুতি তারিবা অদুনা উংলিবদি কবম্না মাগী মওংনা মাবু নিংশিংলবদি ঐখোয়গা শম্নহল্লিবগে হায়বদুনি।

মাগী মমিং অমসুং মওংবু নিংশিংজরবদি, মহাক মফম অদুদা তশেং-তশেংনা লৈ হায়বসিগী মতাংদা আমেরিকাগী কোম্না লৈবাক্ত লৈবা কোৰানগী ইমুংদগী ইরকপা চিঠি অমা পঞ্জগে। (মতাং অসিদা আমেরিকাদা কোম্নাগী লৈবাক অমা তোঙাম্না লৈৱ্রা হায়বা ৱাহং অমা লৈরি। মসি অইবা শ্রী কসতুরি অসি য়াম্না ফাগি-জুগাই হৈবা মীশক্তি। মহাক্তা আমেরিকা মচাশিংসি অমুবা অমতা য়াওদবা, ঙাংশং-ঙাংশং ঙাঙবদুদা কোম্নাগী লৈবাক হায়না ইরম্বনি খল্লি।) "ঐখোয়গী য়ুমদা, কা মচা অমা লৈ, মদু ঐখোযগী চাউরবা মবুংঙো শ্রীসত্য সাই বাবাগী পিকচরনা পিক থল্লি। মফম অসিদনি ঐখোযনা তুমদ্রিঙৈদা ধ্যান তৌরিবসি। য়াম্না তোয়না-তোয়না সাই নিঙবা কাংবুনা মফম অসিদা লাকই অমসুং খুরুমজে। নুমিদাং খুদিংগী ঐখোয়না বিভুতি থোরকপবা য়েংজে, অদুবু হৌজিক ফাওবদি করি অমতা থোবক্ত্রি। থা অমবোমগী মমাংদা সত্য সাই বাবাগী ভক্ত ওইবা মরুপ খরনা লাকপিখি অদুগা ঐখোয়গা লোয়ননা কা অসিদা মেদিতেসন তৌমিন্নখি। ঐনা হায়নিংই মদুদি কা অসিগী মনমসি লৈ চামনা অমুক্তদা শাৎকাইবগা মনম অদু পুল্লপ থাজিল্লকপগুম, কা অসিগী মনমদু ওম্থোক্লা নুংশিখি। মসি চাউববা শ্বামি অদুনা ঐখোয়দা পিবিবা খুদোল অমনি। কা অদুগী মেঙলবা, নুংশিরবা মনম অদুদা ঐখোয়গী মরুপশিংদু ঙকখি।

ঐখোয় পুম্নমক লাই খুরুমফম কা মচা অদুদা ইকোয় কোয়না ফমথখি অমসুং পিকচরশিং অদুদা থৱাইতানা য়েংজখি। অদুগা য়েংউ! ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবাগী চাউরবা কলরফোটো অমদা 'Sapphire Star' অমা থোরকখি, মদুদগী মঙাল মশেক্ নিপাল্ অমসু থোরকখি, মদু বাবাগী ঙক্তা শিবা সনাগী লিক্লাং অমদা থৌরিগী মপাদা মণি-মুক্তা অমা য়াওবগুমই।"

ভারত্তা, আফ্রিকাদা, সিলোন্দা অমসুং অতৈ লৈবাক কয়াগী ইমুং লিশিং কয়াদা অমদি মীয়ামগী লাইখুরুমফম হোল কয়াদা, ফক্লাংদা য়াল্লিবা পিকচরশিংদা বাবানা মাগী ভক্তশিংদা হিদাক ওইনা শিজিন্নরবা বিভূতি অদু ফংহনবিরগে নিংখি। কোৱানগী ইমুংদসু মাগী লাই লাংফমদা বিভূতি পিবিরি। মতাং অসিদা লাই থাজদবা নত্রগা বাবাবু থাজদবা অমনা মফম অদু য়েংলুবগী ৱারী মতেক অমা লৈবি। লাকখ্রিবা মী অদুগী মমিং জোল-রাইওরদোন কৌই। মহাক হোল্লিরুদকি ফিলমগী মরমদা অইবা নুপানি : "ঐগী নুপীনা হায়খি মদুদি কোৱানগী ইমুংদা ফোটো অমদগী উৎ তারকখি। মহাক খুদক্তা চৎখি। হৌজিক, মহাক্না মদু খজিক্তং পুবকখি... খজিক্তং ঐঙোন্দা উৎখি, য়াম্না অঙকপা ৱাফম্নি, থাজখিদে। নোংমাইজিংগী অয়ুক্তা শীঙনরিবা অদুগীদমক্তা ঐহাক চৎনবা থৌরাং তৌরমই। ... ঐখোয়না পুং অমরোম শ্রী অমসুং শ্রীমতি হিসলোপকি কার মতুংদা ইন্নরবা মতমদা, ঐনা খনখি, মদুদা চৎলুবগী করি কান্নগনি? ঐনা মদুদা কবি তৌরুগনি? ঐগী য়ুম মনাক্তা মাইল অহুমলোমদমক লাপ্পা মফমদা চর্চ অমা লৈরি ...। মিটিং অদুদা খোঞ্জেল ময়াম থোবকখি, শক্লিবা ঈশৈ অদুগা চাননা খুবাক খুখি। মদুদা হিসলোপ্না ৱা মতেক অমা ঙাঙখি, মদু সাই বাবাদগী পোস্ত-ওফিস্তা থারকখিবা চিঠি অমগী মবমদনি অমসুং অঙকপা ৱাফমদি স্তামপ্ য়াওদনা, নপুনা চিঠি অদু কমদৌনা থুংলখিবনো হায়বদুনি। 'মদু মেল পুবিবা নুপা অদুগী খাও মনুংদা স্তামপ্ অদু কেনখিবনি হায়না ঐনা খনখি'। ৱারী অদুদা অতৈ মকুওইবা ৱাফম শোয়দনা লৈরমখিনি হায়বসি ঐহাক থাজখি, অদুবু, ঐগী পুক্নিংদি পিকচর অদুদা য়েংনিংখি। মদুবু কদায়দনো? ঐনা হৌজিক উবা ঙমদ্রিবসি কবিগীনো? মমৈথংদা তাঞ্জা অদু লাকখ্রে; ঐখোয় অতোপ্পা কা অমদা অমুক চংহনবিরে, মদুদা লাই-লাংফম অমা, বাবাগী ফোটো থেক্তুনা লৈরম্বদু থেংনরে, মদুদা উৎ থোরক্লমই।

ঐহাক্না মদু তশেংনা উখ্রে, ঐহাক্না পিকচর অদুগী মনাক্তা চঙশিনখি, মায়কৈ পুম্নমক্তগী য়েংখি - মমাংলোমদগী, মথক্তগী, তুংলোমদগী (খোংউপ্ মরী পানশিনবগী মওং তৌশিন্নরগা টেবল মখাদগী য়েংখি, কবি চলাক্ তৌরগা উৎ অদু তাহল্লিবনো হায়বদু খঙনবা হোৎনখি) ইমুং অদুগী নুপী অদুনা অঙাং নুপামচা অনীদা ৱা ঙাঙখিবদুসু ঐনা উখি অমসুং মখোয় অহুমদুনা ঐঙোন্দা মমিক্তু মূনা-

মূনা য়েংলকখি, মদু উবদা ঐহাক্না মখোয়গী পিকচর অদু নত্রগা ইমুং অদুগী করিগুম্বা পোৎ অমা হুরানগদবগী তৌরিমানে হায়না মখোয়না খল্লবোই নিংখি। ঐহাক খুদক্তা মরাল লৈরবা মায়থোং অমগুম্না মফম অদুদগী থোরকখি।"

থাইনগী অফাওবা এস্ট্রোলোজিগী লাইরিক কয়া লৈরি, মদু খা ভারত্তনা নদি কৌই অদুগা অন্নাং ভারত্তনা ভ্রগুসমহিতা কৌই। মখোয় অদুদা মীওই কয়া কয়াগী অকুপ্পা পুন্সি ন্নারী কয়া য়াওরি, মদুগী মনুংদা সমুদ্র ন্নাংমগী মীওইশিংগী ন্নারীশু য়াওই। মখোয় অদুবু য়েংবা, তানবা লাকখিবা মীওই খরগী মরী লৈনবা পুন্সিগী শরুক খরগী মতাংদা, লাইরিকশিং অদুবু মপা মপু হাক্তংক্তগী শাগোন্নরকখিবা কাংবুনা পাথোরকখি। লৈখিদ্রবা ডাক্তর কে: এম: মুনসিনা চহি খরগী মমাংদা ভন্নানগী চেফোংদা ইখি মদুদি অদুগুম্বা খুৎনা ইরম্বা লাইরিকশিং অদুদা মাগী পুন্সিগী মরমদা ইরল্লিবা ন্নাফমশিং অদুনা মহাকপু ঙকহনখি। রেকোর্দ অদুদা মহাক্না মাগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইরক্কদবী শ্রীমতি লীলাবতি মুনসিগা উনগদবা চপচাবা মফম অমসুং মতম অদু পল্লমই। হরিয়ানাগী চিফ-মিনিষ্টর ওইরম্বা শ্রী শর্মনা হায়, মাগী মরমদা ভ্রগুসমহিতানা মাঙজৌননা ইরমদুনা উৎখি মদুদি মহাক্না ঈশ্বরবু মীওইবগী মওংদা অবতার ওইনা প্রশান্তি নিলয়মদা উনগনি। শ্রী শর্মনা হায়খি মদুদি প্রশান্তি নিলয়ম হায়বসি কদায়দা লৈবগে হায়বসি থিবদা অন্নাবা থবক অমা ওইখি। বাবানা মহাকপু য়াম্না থৌজাল হৈনা তরাম্না ওকপিখি অমসুং মাগীদমক্ নতরজ-মুর্ত্তি অমা শেমবিখি, মদু মহাক্না মতম পুম্নমক্তা মশানা শিনবনি। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা বাবাগী মরমদা হেক থিরুবা খুদিংদা মহাক অসি 'পৃথিবী পুম্নমক্কি মপানি', পুমথোই-থোইবা মাইবা/ডাক্তর মকোক্কি, খুদক্তা ফহনবা ঙম্বনি, পাঠসলা লিঙখৎপা, অন্নাংবা থাক্কি মহৈ তম্ফম লিঙখৎপা অমসুং হোস্পিটাল লিঙখৎপা মীনি" হায়না হায়রকই।'

শ্রী জে:পি: মারুনা ইরি: "ঐহাক্কি নেপাল মচা শাগেগী পাঞ্জি অমা লৈ। মহাক্না থাইনগী অরিবা লাইরিক্ ভ্রগুসমহিতাদগী শৈরেং লিশিং ১৫ নিংশিংবা ঙমই, থীবা ঙমই। শোক ১৯৬৭ কি ওক্তোবর থাদা মানা নেপালদা হন্দ্রিবৈদা ঐনা মাবু উনবা লাকখি, অমসুং ঐহাক্না ইকুই কুইদনা মাগী মরমদা থোকপা য়াবা অচৌবা থৌদোক খরগী মরমদা খঙহনবিরম্নবা হায়জখি। মহাক্না সমহিতাদা

য়েংলগা শৈরেং অমা থীরকখি, মদুদা হায়রকখি মদুদি শোক ১৯৬৭কি নবেম্বর তাং ৪দা ঐগী প্রত্যক্ষ দেব দর্শন লৈগনি। (ঈশ্বরবু তরং-তরং মিংনা উবা) অমসুং হায়খিবগুম্না মদু চপচানা থোকখি! বাবানা উশা-কিরন্দা; ঐগী য়ুমদা লাকখি অমসুং ঐনা নবেম্বর ৪, ১৯৬৭তা খুরুমজবদু য়াবিখি।"

শোক ১৯৭০ গী জুনদা সান-ফ্রাসিসকো অমসুং সিলোনদগী লাকখিবা ঈশ্বরবু থিজরকপা কাংবু অমদা হ্বাইতফিলদা লৈবা বৃন্দাবন্দা ব্রা ঙাওখিবদা বাবানা হায়বিখি মদুদি কনাগুম্বা মীওই অমনা ঈশ্বরদা তিঞ্জনিংবগুম্ ঈশ্বরনসু মীওই অদুদা তিনজনিংই। মহাক্না হায়খি মদুদি মসি মশা মথন্তনা অদুম লাকচখিবা পথাব-নি, শুনু চীংগী শুরুং অহোবা অমদা মথক্তগী শুনু মতুম্ য়াম্বদুনা শৌথরকপা অদুগা মখা লৈমায়দগী ব্রাংনা শুম্ শৌগত্তুনা অনী অদু থেংনবা অদুগুম্বনি। লৈমায়দগী শৌগৎলিবা অদুদি মথক্তা লৈরিবা অদুদগী চহি লিশিং কয়াগী মনুংদা মরিক্ অমা তাখিবদুদগী শৌগৎলকপনি। মসি কমদৌনা থোকপগে হায়বদু বাবানা মখুৎ খুদোনবিশিং শিজিন্নদুনা উৎখি। উৎখিবা অদুদা মহাক মশামকসু খজিক্তং পেনফাৎখিদে। অদুদগীদি মহাক্না মখুৎ অদু য়াম্না শাংনা, কোয়না ওৎখি অমসুং অমুবা, অকোয়বা নুঙ অমা পুথোরকখি, মদুগী অকুম্বা অদুনা মাগী মখুৎ অদু থক-থক নিকহনখি। নুঙ অদু কোয়বপ তৌই, মথক-মখাদা পাক্তক তৌই অমসুং মদুদা করিগুম্বা খুদম-শাক্কিনা অমতা লৈতে। য়াম্না মশা নাল্লি, ইরং-লংই। বাবানা মদু থাঙ্গৎখি অমসুং মচিনবান মনাক্তা থমখি অমসুং মচিন্না কামলগা ওন্থোক্না লেম্না, ফজনা মখুল অমা ইবায়-লায়না শ্বরনা শেমহনখি। মদুগী মখুল অদু সার্কল অনী কক্লবগুম তৌখি। কক্লফম মফমদু য়াম্না পাকখি, লাওখি অমসুং সার্কল্ অনীদু মনুংলোমদা, ময়ায়দা থেংনবগুম তৌই। বাবানা নুঙ অসি মাগী ব্রাফমদু নৈনদুনা তাকখিবদুদা শিজিন্নখি অমসুং মতুংদা জিল্ কৌবা সাধক অমদা পিখি। চহি অমগী মতুংদা জিলনা নুঙ অদু বোম্বেগী জুহু সহরদা লৈবা ভারতমচা মরুপ খরদা উৎখি। মরুপশিং অদুনা মঙোন্দা হায়খি মদুদি নুঙ অদুদা মমি তারিবা অদু 'সালিগ্রাম' হায়বদুনি অমসুং মদু হিন্দুশিংনা পুজা তৌনরিবনি। ব্রাফম অদু তাবদা মহাক পুমঙক ঙকখি। কাংবু অসিদা য়াওখিবা হোব্রার্দ মেলভিন-না য়াম্না নুংঙাইরবা থৌদোক অসিগী মতাংসি ঐঙোন্দা হায়খিবনি।

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

বাবাগী মরমদা ঐখোয়বু য়াম্না ঙকহল্লিবা অতোপ্পা ৱাফম অমদি মহাক্কি তোঙান-তোঙানবা শাজৎ মওং মতৌ লৈহনবসিনি। কনাগুম্বা অমনা মহাক অসি য়াম্না মপুং ফারবা চপ-চানা মতৌ তমনিংবা মোদেল অমগুম্না উই। য়াম্না মরাং কায়না পোৎচৈ শাবা কম্পনি-ফেক্তরি অমগী মেনেজর অমনা মহাক অসি য়াম্না ফিদমনিংঙাই ওইবা মেনেজব অমা ওইনা উই। ডাক্তর অমনা মহাক অসি য়াম্না মপুং ফানা অনাবা মশক খঙবা অমসুং মদুগী লায়েংবগী জ্ঞান লৈবা মীনি হায়না উই। ইঞ্জিনিযার নত্রগা আর্কিতেক অমনা মখোযগী নাপল্ অদু মাগী মমাংদা করিশু তৌবা য়াদবা ওইনা উই অমসুং মখোয়গী মকোক অদু অনৌবা ৱাখল অমসুং নমুনানা পিক থলহনখি লোয়ননা মদুমক্কী ফজবা অমসুং থবক্তা লায়না ওষ্ঠোপা য়াবদুনা মখোয়গী পুঙ্গিদা ফজনা শেন্দান লম্বী ওইজবা য়াবা মওংনি। ঈশৈগী কালাকার অমনা বাবাসি শুবগী থোৎ-মেঙবা, নুংশিবগী হৌরকফম ওইনা উই। কনাগুম্বা অমনা বাবাসি মাগী ঈশৈ হৈবদুগী থাগৎলুবা মতমদা অমসুং মহাকপু ত্যাগবাজগা চাংদমুকবা মতমদা, বাবানা মঙোন্দা হংখি, "ত্যাগবাজগী ঈশৈ অদু কনানা তম্বিখি হায়না নঙনা খল্লি?" বাবাদি কবি পুম্নমক্কি মথক্তা লৈবা কবিনি। মহাক মশামকসি ওষ্ঠোক্না পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইবা হিবম অমা ওইবতা নত্তনা মহাক্না শানবা ৱাবীনা অমদি শুদ্ধৎপা শক্তম্না কবি অদুদা মতম কুইনদগী নুংদা ফুমদুনা লৈবম্বা কবিতাগী ঈচেল অদু অতৎ অখম লৈতনা চেঙ্ছহল্লকপা বাবানি। ফিলোজোফব অমনা বাবাদগী ৱাখলগী যাম্না খনফম থোক্তবা, চমম্নবা ৱাফমশিংদু য়াম্না লায়না, চুমদ্রিং হেক্তো থম্বা ঙম্নবা তম্বা ঙমই। লাইপোক্কম্না হৈরবা লাইয়েকপা নুপা অমনা, মতম খুদিংমক্তা হোংদুনা লৈরিবা মায়থোং অমসুং মমি অদু য়েক্লবা হোৎনবদা অৱাবা অমা ওইরি। লীলা যাওবা মী অমনা থম্মোয়গী থুক লাউনা ফাওহনবা ঙম্বা ৱাঙাং অমসুং খোঞ্জেলগী উচারন অদু বাবাদগী তল্লি। লাইবিক তম্বিবগীদমক ত্রেন তৌরবা ওজা অমনা হায়নিংঙাই লৈতনা নৌরবা নিয়ম অমা বাবাদগী তল্লি। গিতানা অসুম্না হায়রি, "ঈশ্বর হায়বদুদি খ্বাইদগী ফরবদুনি, খ্বাইদগী কনবদুনি, খ্বাইদগী শুদ্ধৎনিংঙাই ওইবদুনি, খ্বাইদগী শিংবদুনি, খ্বাইদগী ৱাংবদুনি, অমসুং খ্বাইদগী ভাব তাবা ঙমদবা জিব-দুনি; ঈশ্বরগী অবতার অমদদি হায়রিবা গুণ ময়াম অসি মশাদা লোয়নমক্ য়াওগনি।" বাবানা ম্মুলমানদা হংখি; "ঙা অমনা করম্না অতিয়াগী মরমদা খঙগদৌরিবনো? মহাক্না করিগুম্বা মফম অমদসু হায়খি, "ঐহাক্তি লাই পুম্নমক্কি অপুনবদুনি। নঙনা

চহি লিশিং কয়া চঙনা, হেক ঙমজবমখৈ হোৎনবদা, মীওইবা জাতি পুম্নমক্না নঙগী মতেং পাঙহল্লগা, নহাক্না ঐগী অশেংবদু খঙবা ঙম্লোই।”

‘কৃষ্ণ হায়বা অবতারগী মরমদা ইরিবা মাগী লাইরিক অদুদা’ ভগবানদাসনা, করম্না, করম্বা ফিভমদা অবতার লাকখিবনো হায়বদুগী মতাংদা ইরি; “ওইদবা ওজানা মশিং য়াম্নখৎলক্লবা, ঈশ্বরগী মরমদা খনবগী মহুত্তা য়ুম্বান্নবগী ব্রাখলতনা ব্রাংখৎলক্লবা মতমদা; অনেম্বা থাক্কি অপাম্বশিং অমসুং মীওইবগী মশাগী নুংগী য়েক্লবা তরুক নত্রগা তমথিরবা পাপ্ তরেৎকি ব্রাখল অদুনা মীওইবা জাতিবু ব্রাহল্লবা মতমদা; কান্নদ্রবা আশা, মশাগী ওইজবা থিবা অমসুং ফত্তবা ব্রাখলনা সংসার অসিবু হুমদুনা পুখ্রবা মতমদা, মতম অদুদা অবতার অসি লাকই। মসিগী ওইরিবা ফিভম্ পরিং অহুম অসিগী মনুংদগী অমা হেক লৈবদা অবতার অদু লাকপা য়াই। ওইদবা ওজানা হেন্না মরাং কায়শিল্লক্লবদি, মদুনা অবতার পুথরকই, অমসুং মহাক্না আত্মাগী বিজ্ঞান অসি নৌনা অমুক্ হন্না ভাব তাহনবি। ফত্তবা অরানবা ব্রাখলতনা মফম পুম্নমক্তা লৈখ্রবদা, নুংশিবা প্রেম্না থুক্কৎলবা অমসুং মশা মতোমতনা অথোৎপদু শেংদোকহনজবা অবতার লাকই। ফত্তবনা সংসার অসিদা পাল্লবা মতমদা, অবানবা পুম্নমক্তু চুমথোকপিনবা অবতার লাকই অমসুং মহাক অদু মহৌশাগী ওইবা কর্ম পুম্নমক অদুগী চান-চানবা ফল পিবা মীশক ওই।

অসিগুম্বা পরিং অহুম অসিগী অমতা ওইনা অপুনবা শক্লোন অদু ঐখোয়না বাবাদা উবা ফংই। মহাক্তি যাম্না চাওবা ওজানি, বেদান্তবু নিংথিনা মমুৎতানা, য়াম্না চম্বা মওংদা খঙহনবা ঙম্বা যাম্না মমিং চৎপা ওজানি। মহাক্তি নুংশিবা প্রেম্বু মরাং কায়না য়েন্থোকপিবা নুপানি। অরোইবদা, মহাক্তি মীওইবা জাতিদা, ঈশ্বরগা মরী লৈনবিবা আধ্যাত্মিক্কি নুংগী ব্রাখল্লোন অদু অমুক হন্না খলহল্লিবা মীশক্তুনি। ঐখোযনা বাবাগী মবমদা, প্রোফে: পি: শনকরানরায়নননা মাগী লাইবিক ‘শ্রী রামচন্দ্র’ দা হায়খিবা অদুমক্ হায়বা য়াই; “মী অমনা ঈশ্বরদগী হৈনিংবা ব্রাখল অদু ফংনবা অমসুং পাওখুম অদু পিনবা, ঈশ্বর অদু শদোং অমসুং ঈ য়াওবা মী অমা ওইরক্কদবনি, মাগী লাই ওইবগী মনুংদুদা মী ওইগদবনি, অদুগা মাগী মী ওইরিবা অদুগী মনুংদা লাই ওইগদবনি। মীবু চাংজৌ নায়হন্দনবা, ঈশ্বরনা মশামক্ অকক্লবা লৈহনগদবনি।” 📖

# ৱাহৈ অমতংগা হেন্না
## (One Word More)

বাবাগী মরমদা ইরিবা লাইরিক অসি পারিবা মহাক্না অমসুং মমাংগী পরিং অসিদা ইখিবা অনী অদুগা পারিবা মহাক অদু শোয়দনমক্কি মশাদা ৱাখল অমা ফাওরন্নগনি, মদুমক্তা মহাক হান্ন ওইরন্বা মীশক অদুদি ওইরন্নরোই। পুক্কি হায়বসিগী মরমদা লাইরিক অসিদা ইখ্রিবা ৱাফমশিং অদুদা মহাক্না হৈনিং হরাওনা য়েংনিংলবদি মদু মহাক্না থৌনাফনা শীঙনদুনা থেংনবা তাই অদুগা মদু য়াই নত্রগা য়াদে হায়বদু মশাগী পেঞ্জনবা প্রমাণ তৌবা তাই। বাবানা কেন্সরনা নারবা অনাবা অমবু "কেন্সর অদু ককথৎলে" হায়রগা ফহনবা ঙমই। মেকসিকোগা তাইনফম কুচুমা চীংদা মৈ চাক্লগা মাগী প্রশান্তি নিলয়মদা লৈবা আশ্রমদা "মৈ চাক্লনু!" হায়রগা মৈ অদু মুথৎখি। মহাক্না লিক্লিগী অচৌবা পাত্র অমা অশেংবা উৎনা পিক থন্না শেন্বা ঙমই অমসুং মদু শিজিন্নবদা শুংলোই লোইহন্দবা ঙমই অমসুং অমুক্তং চম্না শোকপিবদা ঈশ্বরগী থাক্তা চাংজৌ নায়দনা নুংঙাইবগী খুদোল অদু পিবি। মহাক্না ঐখোয় খুদিংমক্কি হৌখ্রবা অমসুং তুংদা লাক্কদবা খুদিংমক খঙই। মহাক্না হায়, ঐখোয় অসি মহাক্কু স্বনি, চপ্‌মান্নে। মদু ঐখোয়গী মায়া অদুখক্তনা মঙোন্দগী তোঙানবনি হায়না খলহনবনি।

'Publishers Weekly' হায়বা চেফোং অদুনা অরনোল্দ স্কুলমাননা ইবা "বাবা' হায়বা লাইরিক অদুগী মরমদা ইখি, "সত্য সাই বাবানা মশামকসি অবতার অমনি হায়, মাগী তুংইনবা মী লাক্ষ হুম্ফু হেনবনা খা ভারত্তা লৈবা পুত্তপার্তিগী আশ্রমদা লাকই, মদু মাগী মখোঙদা ফম্নবনি, মখোয়গী লাইশোল শক্লবনি অমসুং মিরাকল নিনবনি। বাবানা মখোয়না হায়জরিবদু পাওখুম্‌ পী; মহাক্না লায়েংবা ঙমদ্রবশিংদু ফহল্লি, পোৎ কয়া পুথোকপি অমসুং অশেংবা উৎ পুথোকপি, থাজরবশিং অদুবু য়োকপি, অমসুং চিংনবশিং অদুবু ভাব তাহনবি।"

ঐখোয় য়াম্না তোয়না বাবাসি ঐখোয়গুম্বা শিবা নায়বা মী অমনি হায়বা অরানবা রাখল অসিদা তাবা য়াই, মদু মহাক অসি মাগী অনিংবা অমনা শিবা নায়বা খুদিংমক্তা য়াওদুনা লৈখ্রবা ঈশ্বর মশামক অদুনি হায়বসি কাওথোকপদগীনি। বাবানা হায়খ্রে মদুদি মহাক অমসুং শির্দিগী বাবা অনী অসি ঈশ্বর অমতদগী লাকখিবনি। যৌজিক ফাওবদা লাকখ্রবা অবতার পুম্নমক অদুগা বাবাগা অমতনি অমসুং মসিগী মতুংদা লাক্কদৌরিবা পুম্নমক অদুগসু অমতা ওইগনি। বাবাগী মনাক্তা মাগী ভক্তশিংগী মরক্তা নক্লবা হায়বা কাংবু অমমুক লৈতে। মীওইবা জাতি পুম্নমক অসি মাগী ভাক্তনি। মশিং লাকওমদ্রবা কয়া মাগী মনাক্তা চিংশিনখ্রে, অনেম্বা থাক্কী অপাম্বা রাখল খল্লম্বদগী চিংথোকপিখ্রে। হেঞ্জিনবা, অঙাও-অফৈগী রাখলদগী চিংথোকপিখরে। সাই হায়বা মমিং অসি য়াম্না থুনা থম্মোয় খুদিংমক্তা শেংনা মমি তারগনি, লৈতেংলগনি।

প্রশান্তি নিয়লম হায়বসি পুত্তপার্তিদা লৈবা আশ্রমনি, খুঙ্গং অদো মহাক্না মফম অদুদা পোক্কে নিংখিবদুনা অমর ওইহনবিখ্রে। মহাক্না মতম পুম্নমক্তা হায়, "ঐগী লৈফমদি নঙগী থম্মোয় মনুংদনি। ঐগী প্রশান্তি নিলয়মদি নঙোন্দা লৈ।"

বাবাগী ভজন ঈশে অসিনা মশীং লাকওমদ্রবা ইমুংদা ফাওজিনখ্রে অমসুং সহরদদি চাং নায়না শকপগী থৌরম মনুংদা য়াওখ্রে, মদুনা মীওইবগী থম্মোয় অসি ঈশ্বরগী মতিক-মগুণ শক-শোলহন্নবদা মিকপ থোকহনখ্রে। বাবাসি মওং পুম্নমক্তা লাংপা য়াই, অমসুং ঈশ্বরদা হেক কৌনরিবা মিং অমনা কৌজবা য়াই।

কনাগুম্বা অমনা বাবাদা শক্তি অমা উই, মদুগী শক্তি অদুনা পুম্নমকপু ফাওদংপা ঙম্বা মঙালগুম্ ঈশ্বরগী আইনগী, নিয়মগী রাংমদা মথৌ তৌই। মহাক্না ঐখোয়বু মনাক্তা কৌশিল্লি অমসুং ঐখোয়গী অশোয়বা, অরানবা কয়া লৈদুনসু মিত্তগী অন্নাবগী পিরাং অদু তৈথোকপি। মহাক্না শোক ১৯৬২দা লাউথোকখি মদুদি চাইনানা থোকহল্লিবা খুদোংথিবদু নবেম্বর ২৩দা পাঙথোক্কদবা মপোক কুমওন পালন্দা লৈররোই। মসি অশেংবা রাফম্নি মদুদি চাইনানা নবেম্বর তাং ২১গী অহিংদা হিমায়লগী রাংমদা হন্দোকখি। শোক ১৯৬৫দা পাকিস্তান্না লান্দাবদগী দশরাগী কুম্মৈ অদু য়ৈথোক্লগনি হায়না মীপুম খুদিংমক্লা খন্নখি, মতম অদুদা বাবানা লাউথোকখি মদুদি দশরাগী কুম্মৈদু হান্নগী মতমদা অদুম্ পাঙথোক্কনি। অওইবমকসু, নোংমৈ কাপ্লবা তোক্লবা অদু দশরা কুম্মৈ হৌগদবা নুমিৎ হূমনি রাংলিঙৈদা শহি তৌনখি। ৫শুবা ভারত পুম্নমক্কি ওইবা সত্য সাই

## সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্

সেবা সমিতিগী মীফম অদু মদ্রাস্তা ডিসেম্বর তাং ২২, ২৩দা লেপখি। পাকিস্তান্না ভাবতকি প্লেন তাফমদা ডিসেম্বর তাং ৩দা বোম থাদখিবদুনা মীপাইনবদগী লাংতক্ক ববা টেলেগ্রাম কযানা মিটিং য়েথোক্লব্রা হংনবকখি। মতুং তাবা থোবকখিবা থৌদোক্লা পৃথিবী শিন-থুংবা লান অমা থোবক্কদবা মওং মানখি। বাবানা হায়খি মদুদি লান লৈববোই অদুনা কনফবেন্স অদু হান্নগী লেপখিবা মতমদা অদুম তৌগনি। লান অদু ডিসেম্বর তাং ১৭তা লোইশিনখি।

বাবাসি মীপুম খুদিংগী থম্মোযদা লৈ। মহাক্লা নোংম-নোংমগী মী কযা মনাক্তা খোমজিল্লি অমসুং মখোয় অদু যাম্না নুংশিনা অমদি মীনুংশিগা লোযননা লোযনৈ। মশা নাবা, পুক্লিং ব্রাবা, ব্রাখল চোইবা, শেল-লৈতবা, ইমুং-মনুং য়ানদবা, জ্ঞান ব্রাৎপা, শিনফমগী অমাঙবা থেংনবা; পুম্নমক অসি মহাক্লা নিংথিনা মাগী শোযনিংঙাই লৈত্রবা জ্ঞান অদুনা লোয়নদুনা কোকহনবি।

মহাক্লা অশেংবা উৎ পীবি মবমদি মদুনি পোৎ পুম্নমক্লা পোলোইদা ওইবিবসি - আলেকজান্দব, নেপোলিযন্, হিতলব মখোযগী নিংলম্বা আশা পুম্নমক্ অমসুং মখোযগী লৈবাক পুম্নমক্। অসুম হাযননি মহাক্লা ঐখোযদা তম্বিবিবা অপাম্বা থাদোকপগী পাওতাকশিংসি। মহাক্লা ঐখোযগী মীহৌবা অমসুং তুকচবা ব্রাখলবু সংসাবদা লৈবিবা চীংলেম্বা অমসুং মতিক মগুণ লৈবিবা পুম্নমক অসিনা মমৈদা ওইবক্কদবা ফিভমদু নিংশিংহল্লগা কোকহর্নাব।

মহাক পুম্নমক লোযনা খঙই হাযবসি ঈশ্বরবু থাজবা ঙমদ্রবা স্কুলমান ফাওবনা যাদবা ঙমখিদ্রে, মদু বাবানা মঙোন্দা মানা জাপান চত্তুনা জেন বুদধিজম তম্নবা হোৎনবা অমসুং অতে ব্রাফম খবদগীনি। স্কুলমাননা ব্রাফম অদু ডাক্তব গোককতগী পাও লৌবগা বাবানা মঙোন্দা হাযবিবনি খনখি। মদুগী ইঙ্গিৎ অদু খঙবদগী বাবানা মিকুপ অদুমক্তদা গোকক্লা মঙোন্দা পাও অমতা পিদে হাযখি। মখা তাবা ওইনা কনা অমতনা খঙদ্রিবা মাগী নুপীগী অনাবগী মবমদা বাবানা মঙোন্দা হাযখি। মহাক্লা স্কুলমান্দা হাযখি মদুদি অনাবা অদু ফহনখ্রিবদু বাবাননি, মদু মখোযনা, ভাবত্তা মতমচানা লাকচবা য়ানবা তৌখিবনি। বাবা অসিদি পুম্নমক্লা পাবা য়াববা হাংদোক্তুনা লৈববা লাইবিক অমনি। [redacted] অমসুং পম্বুং অদুনি। 📖


MANIPUR UNIVERSITY CANCHIPUR
46193
৩২৪

